



# নীংশিং ৱারী

*অহানবা ফোঙবা* ঃ আগষ্ট ১৯৯৮

*ফোঙবা* ঃ দব্লিউ, বিবেক সিংহ,
ৱাহেংবম লৈকাই, ইম্ফাল

*নম্বা* ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ),
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

*মমল* লুপা ১০০

# য়াওফম

## অহানবা পন্দুপ



## অনীশুবা পন্দুপ



## অহুমশুবা পন্দুপ

## মরিশুবা পন্দুপ



## মঙাশুবা পন্দুপ

১

# পোকপা অমসুং জিরিদা লৈরুবা

তূম্লম্বদগী মীকপ থোক্লকপগুম নোংমা করম্বা মীকুপ্তা ঐঙোন্দা তাইবঙপালগী জ্ঞান লাকখিবগে হায়বগী অকল্লবা পূংফমদু নীংশিংবা ঙমদ্রে, ময়েক শেংদ্রবা মমদুনা লৈরম্বা তাইবঙ অমদগী সংসারগী মশকপু লাকশিনবা ঙম্লকপা অদু য়াম্না তপ্না তপ্না ওইরমগনি নীংই; ভাব তাদ্রিঙৈগী মতমদা থোকখিবা থৌদোক খর্দি মঙওই-হাওই মরক মরক্তা নোংথাঙ কুপ্পগী মতৌগুম্না ৱাখলগী ফীজঙদা য়াম্না মমি শাম্না ঙান্থোরকপা য়াওরকই, অদুবু পূম্নমক অদুদি করিমতা ময়েক শেংনা নীংশিংবা ঙমদে, করিনো হায়বা করিমতা খঙদে। হকচাংগী ইন্দ্রি খুদিংমক মথৌ তৌনা তৌনা, অঙৈং-অশা, অৱা-অনা পূম্নমক ফাওবা ঙম্না ঙম্না পূম্নমক অদু খঙবা ঙমদবগী তাঙ্কক অমা লৈরম্বদু তশেংনা অঙকপগী মশক্নি। মতম অদুগী থৌদোকশিংদু অহল-লমন্না লীবিবদগী খরমখৈ খঙহৌই; মখোয়শিং অদুগী নুংশিবা, মমল অদুদি অদুক্কী মতিক লৈখ্রে মদুদি মখোয়দুবু পুন্সী লীশাংদগী ককথৎলগা হুঞ্জেক্লুনা থম্লম্বদি কৈদৌঙৈদসু ঙম্লরোই। মরম অদুনা থৌদোকশিংদু অহল-লমন্না লীবিবা মতুং ইন্না ঐনা খজিক্তং পঞ্জনীংই।

ঐ পোকপা অসি ইং ১৯৪৭ কী নবেম্বর তাং ১ থাংজ নুমিৎকী সন্ধ্যাদনি। ঐগী অপোকপগী মমিংনা পিশক অদুগা ইমাগী মমিংনা জামিনি কৌই। ঐ পোকপগী মরমদা ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈবা ফুরিৎ তূবা অহল অমনা (ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা মনাক্তা ঐগী ফুরিৎ তূবগী শঙদুনা লৈরিঙৈদা) ঐঙোন্দা অসুম্না হায়, "ইবুংঙো, নহাক পোকপদু মাম্মখোয় নখোয়গী পাকখন খনবা মমাঙ শঙ্গোয় অমদা জুৱার শান্নরি, নিংথমথা চঙলকপা মতমনি। ইমুংগী মীশিংনা নূপা পোকপগী হরাউদুনা য়াম্না লাঙনৈ।" ঐখোয় ইচীল-ইনাউ মঙানি, ইথক্তা ইচে অমগা ঐগী ইখাদা ইনাউনূপা অহুমগা লৈ। অহানবা নূপী পোকখিবা অদুগী মতুংদা ঐ পোকপদা নূপা পোকপগী হরাউদুনা ইমুংগী মীশিংনা লাঙনবা ওইরম্বা য়াই।

ঐ পোকপা মতমদা জিদি য়ুমদা লৈতে (ঐখোয়গী অপোকপদা ঐখোয়

ইচীল-ইনাউশিংনা "জি" কৌই)। মহাক মতমদুদা ফোরেষ্টরনি, জিরিবামগী আউটপোষ্টতা লৈখি। ইমানা হায় ঐ পোকপগী পাউ অদু জিদা য়াম্না থুনা টেলিগ্রাম তৌদুনা খঙহনখি; মহাক্না ঐখোয়বু মাগী মনাক্তা থুনা লাক্লবা খঙহল্লকপদগী ঐখোয় মাগী মনাক্তা ইকুই কুইদনা চৎলি, মতমদুদা ঐ থা অহুমতা ঙায়রি, ঐবু ফি অমনা য়োমদুনা অথাপ্পা মফম অদুদা শোয়দ-ঙামদনবা হোৎনদুনা য়াম্না ৱানা পুখি। ইমানে, ইচেনে, ঐখোয়গী জিবু পোকপা অবোক্কী মচে, মচা লৈতবী থম্বাল কৌবী হনুবী অমনে ঐখোয় মরি জিরিদা লৈনবা চৎলি। খোঙচৎ অদুদা ঐখোয়বু ইপুবোক গোপালনা থিল্লি হায়। ঐখোয়গী ইপুবোক অদু লাইরিক্তি কয়া হৈহৌদ্রবসু লম চৎপদা য়াম্না চালাক লৈবা মীনি, হিন্দী লোনবা য়াম্না হৈ। মহাক মী কয়া চাউদে, মশা পায়, মতম অদুদা মহাক চহী হুম্ফুম্মরি-মঙা শুরম্বা য়াই, মশা-মউ য়াম্না খীংই। (কোন্না ঐখোয়না ফনা চাউরক্লবা মতম ফাওবদা মহাক মশা য়াম্না খীংনা উরি।) অসুন্না থিনবা অসি মাগী নুংঙাইজবী অমনি। মতম অদুদদি জিরি চৎপা অসি ইম্ফালদগী বস তোংদুনা ডিমাপুর য়ৌরগা মদুদগী রেলগাড়ি অমুক তোংদুনা চৎলি।

জিরিদা লৈরিঙৈগী মতম অদু ঐ ভাব করিমতা তাবা ঙমহৌদ্রে। ইমানা ৱারী লীদুনা খঙবদগী হেন্না মফমদুগী শক্তম অমা ফাওবা ভাবনা লাকশিনবা ঙমদে, থৌদোক মচা অমা ফাওবা নীংশিংবা ঙমদে। মহাক্না অসুন্না হায় জিরি তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা চীং খজিক্তং কাখৎলগা চঙফমদা থৈবোঙ পাম্বীনা মপুং ওইনা হৌবা উরক অমদা ইনা কুপ্পা ফোরেষ্টকী বিত অফিস অদু লৈ; মফম অদুগী চীকপা, ফজবা, প্রকৃতিগী শুম্বাৎনীংঙাই ওইবা মতৌ অদু অঙকপনি। ঐনা হেক হেক খল্লি অদুগুম্বা ফজবা, অচীকপা মফম অদু জ্ঞান তারকপা মতমদা উজবা ফংলম্লবদি নুংঙাইজরমগদবনি। ৱারী তারগা ইথন্তা ভাবনা শাগৎপদা ফংবা নুংঙাইবা অদুদগী হেন্না মীৎনা জ্ঞান তানা উহৌবগী নুংঙাইবদুদি ফংখিদ্রে।

ইমানা নহা ওইরিঙৈদা অদুগুম্বা প্রকৃতিগী ফজবা শক্লোন কয়ানা তিল্লবা মফম অদুদা লৈবগী নুংঙাইবদু হেক হেক ফোঙদোক্লুনা ৱারী শাই। ঐখোয়গী লৈফম ময়াদা চীংখাদা চেল্লিবা জিরি তুরেলগী তোপ তোপ্পা ফজবা শক্তম অদু মহাক্না শীংথাদুনা হেক হেক নুংশিনা ঙাঙই। নিংথমথাগী মতমদা থেন্না নুংলক্তা লুপা মহীগী মতৌগুম লুনা চেনবা তুরেলগী ঈশিং অদু য়েংবদা পুক্নীং হুনীংঙাইনি। নোংজু পাম্বাদদি তুরেলগী ঈশিংদু য়াম্না

ঙাওই, ঈমায় পানা অহৌবা ঈরাউখোলগা লোয়ননা চেল্লি, ঈশিংগী মখোলদু যুমদসু হৌনা তায়, অহিংদদি বম বম লাউবা ঈচেলগী মখোল অদুনা তূম্বদা শুম্বগুম থোকই। ইমানা ঐঙোন্দা তম্মী নোং চুদবা থাবল ফবা নুমিদাংদা থৈবোঙ পাম্বী মরক্তা চীংথক্তা লৈবা ঐখোয়গী যুমগী শূমাঙদা লেপ্তুনা মহাক্কা তুরেল ঈরাউখোল তানা তানা ঐবু হেক হেক তূম্বা শুম্মী, চীংথক্তা হৌবা থৈবোঙ পাম্বীশিংদগী মুন্দুনা মখোঙদা কেল্লবা, মীনা চাবীদনা লৈরবা থৈবোঙশিংগী মনম্না মফমদু শীনথুংনা নম্মী।

কালেম্থাদা মফমদুদা অকিবা ফংনা শাবগী ৱারীসি ইমানা ঐঙোন্দা তম্মী। নুংদাংগী মতমদা ওমচারুবনা তূম্বা ঙমদে। জিনা ঐবু তুরেল ময়াদা পমদুনা তুম্নবা শুম্বা ওইনা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। চীংখাদা লৈবা ব্রজমণি কৌবা মীশক অমগী নূপীনা ইমাদা অসুম্না হায়, "ফোরেষ্টকী বাবুনা নুংদাংদা তুরেলগী মপান্দা মচা পম্নগা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা 'ষ্টার বোই' হায়না শুম্বগী মখোল অদু তোরৈ অমদগী তোরৈ অমদা তাবা ফংই।" ইমুংদা চঙদুনা ফমুংদা হীপ্পবা মতুংদসু অহিং চূপ্পা শাবনা খাঙবা ঙমদদুনা হুমাই হুমদুনা লৈবা য়াওই হায়।

জিরিদা লৈরিঙৈদা কিবগী ৱারী কয়া ইমানা লী। মতম অদুদদি মফমদু মী কূংনা তাদে, তরক তরকই, নুংদাংদা লমগী শাশিংনা য়েনখা ফাওবা লিফৎ লিফৎ চৎলি, নোংঙাল্লকপদা শূমাঙদা কৈগী খোঙ্গুল তারম্বা য়াওই। নোংপোক্লোমদা তুরেলগী ৱাংমদা ঙমখৈ উদবমখৈ মংনা শন্দোক্তুনা লৈরিবা কাছাড়গী রিজর্ব ফোরেষ্ট অদুদা মখল কয়াগী লমগী শা শুনা লৈ। করিগুম্বদা শামু লমশা শরূপ শরূপ তুরেলগী মপান্দা থোরকপা য়াওই। নুংদাংগী মতমদা য়াম্না চীকই। করিগুম্বা নুংদাংদা জিনা চখোকখিবা থোক্লবদি যুম অদুদা ঐখোয় ঙাক্তা চীক্লা লৈহৌবদু য়াম্না কি হায়না ইমানা তম্মী। অদুগা অবোক হনুবী অদুদি করিমতা কিবা খঙদে, ইমানা কিবা উৎলগা মানা পাঙদে হায়দুনা ইমাবু থোইনদুম চৈ।

অশীৎ-অৱাম্থাগী মতমদা মফমদুদা অকিবা ফংনা কল্লবা নোংনুংশিৎ শীৎলি। চীংগী উ-ৱা পূন্নমকপু নৈথেক্তুনা শীৎপা নুংশিত্তুগী মরমদা লৈবা পোৎ খূদিংমক হুমদোক্তুনা পুখি। নোংমদি ঐখোয়গা নক্লা লৈমিন্নবা ফোরেষ্ট গার্ড বাবাতোন হায়বা মীশক অমগী অপীকপা খাংপোক অদু নুংশিৎনা হুমদোকখিদুনা অহিং অমা মখোয়গী ইমুং-মনুংগী মীশিংদু ঐখোয়দা লেকই হায়না ইমানা ৱারী লী।

জিরিগী হৱা-নুংশিং ফত্তবা, লৈবদা কয়া নুংঙাইতবা, নাব-য়েকপা তৌবগী ৱাসি জিনা ইতৎ তত্তনা হায়। ঐসু মফমদুদা হকচাং শাগত্তুনা য়াম্না কন্না নুমিৎ নীনিরোম নাখি। মদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী শিংলীদা চিংখি। মদুতা নত্তনা জিরিদা লৈরিঙৈদা জি অমসুং ইমা অনীমক্তা অকিবা, খুদোংথীনীংঙাই ওইরবা থৌদোকশিং থোকখি। মখোয়দা থোকখিবা থৌদোক অনীখক্কী মরমদা ইমানা অসুম্না লী। নোংমা জি অসি থবক অমা চৎলুবদগী নুমিদাং থেঙনা উমং ফাওদুনা য়ুমদা হল্লকই। য়ুম য়ৌরগা মহাক খঙহৌদনা মশা ঙমদবা হৌরকই। মহাক্কী মশাগী মিহুল অদু কন্না চোংই; মশা অদু ফর ফর হাইদুনা ইমুংগী মীশিংনা লাক্লে। খঙহৌদনা মহাক ৱা ঙাঙবদা লৈয়েং ফাইরকই, মরোল শেংলক্তে। য়াম্না ঙকপা অমনা মহাক কিবনা মনাক্তগী মী অমতা হন্দোকহন্নীংদে, মৈ ঙান্না থাল্লিবা কা অদুদা মহাক্না কিরে হায়দুনা কোয়লাউ লাউই। মহাকসি কিগনখিদ্রবা মীনি. উমং-ৱামংদা অহিং কয়া লেনবা হৈনরক্লবা, অহিং কয়াদা মথন্তা কিবা খঙদনা কোয়চৎ চৎপা মীনি, নুমিৎ অদুমকসু মহাক্না অমম্বা উমংগী লম্বী অদুদা কিবা খঙদনা লাকপনি। মাগী মতৌদুদা ইমানা য়াম্না চিংনরে, মদু নহানমখৈ অমুক্তা থোকখিদ্রিবা অঙকপা থৌদোক অমনি, ময়াম্না হায়নবা লাই ওক্লবা নত্ত্রগা নুংশিৎ ফত্তবা থেংনবা হায়বদু ওইবা য়াই হায়না মহাক্না খল্লি। অথেঙবা নুমিদাং অদুদা অনাবগী লাইওঙ অদু য়েংনবা মাইবনচিংবা কৌবা খুদোংচাদে। ইমা মশামকসু মাগী মতৌ অদুদা য়াম্না কিরে। অদুবু খঙহৌদনা লাকপা জ্ঞান অমদগী মহাক্না থুনমক কম্বীদা তিকি হাপ্লগা ইমুংগী কাশিং, মাঙ্গোল অমদি য়ুমগী অকোয়বা মফম খূদিংমক ধূপ ৱা-ৱা থোদোক্লে। অসুম্না তৌরবা মতুংদা জিগী অনাবা অদু তপ্না তপ্না হস্থরকই, অদুবু অহিং অদুদি মৈ ঙান্না থাল্লগা মাগী ফমাঙদা অবোক্না মাগা শঙদুনা লৈরে। নোংঙাল্লগদি জি অনাবদু ফরে। ইমানা হায় মদু য়াম্না থাজদনা থোকপা, মানা হৌজিক ফাওবা ঙক্লিবা তশেংনা অকিবা থৌদোক অমনি। মদুগা হাইফেৎ মান্নবা মঙোন্দা থোকখিবা অতোপ্পা অকিবা থৌদোক অদুনা অসিনি। নোংমা মহাক্না ঈরুজরগা তুরেলগী লৈরাই কারকপদা মশাদা অশাবা নুংশিৎকুম্বা অমা য়ৈরগা শ্বায় লাউবা অমা পোকখি। মদুদগী মহাক মকোক কন্না ঙাওবা, মীৎ তন্দন পাইবা হৌরকখি, য়ুমদা য়াম্না ৱানা য়ৌরকখি। য়ুম য়ৌরগা মহাক হীপ্লে, মাগী থবাক্কী মিহুল অদু য়াম্না কন্না ফ্রঙ ফ্রঙ চোংদুনা লৈখি। মতম অদুদা মাগী হকচাং নুংঙাইতবা অদু খরা লৈরগা ফত্ত্রবসু কোন্না মহাক্না চহী কুন্থ্রামরিমুক শুরবা কান্দা অদুম্না অমুক হৌরক্তুনা মহাক চহী কয়া নাদুনা

ইমুংদগী মপাল থোকপা ঙমদনা লৈখি।

মফমদুদা অবোক্কা লৈমিন্নবদু ইমাগী পূক্নীং য়াম্না লুম্মী। অহল ওইরবসু মহাক্তু থৌনা লৈবী অমনি, খুদোংথীবা অৱা-অনা কয়া থেংনবদা থৌনা উত্তুনা মহাক্না ইমাবু পূক্নীং শোঙ্হন্দবা ঙম্মী। অবোক্তু ঐনা জ্ঞান তারকপা মতুং ফনা চাউরবা ফাওবা হিংদুনা লৈরম্মী, মাগী মশক অদু ঐ হৌজিক ফাওবা ফজনা লাকশিনবা ঙম্লি। মহাক মশা নোয়-পেল্লি, কুচু ঙৌরোক ঙৌই, মশা য়াম্না নাল্লি, মরু কোকই (মকোক্তা পোক ঙাক্তা ঙায়রবা মশমদু তেন্না হৌই)। মহাক থৌনা লৈবগী মতিক মীসু চৈগল্লি, অদুবু অঙাংদি য়াম্না লুনা তৌই। মহাক শূ-নোম্বা য়াম্না কল্লি; মহাক্না লুচিংদুনা ইমাগা মখোয় অনী জিরিদা লশিংফি শাদুনা য়োল্লি, ফিশিং অদু মফমদুগী মীশিংনা য়াম্না পাম্না লৈনৈ।

মফমদুদা লৈরিঙৈদা তুরেলদগী ঙাফাবশিংনা ঐখোয়গী চানবা মখল কয়াগী ঙা পীরকই। মখোয়না পীরকপা বরাক্কী ইলিশাগী মহাউ অমদি (কালীমাই ময়াদা লৈবা) ইরাই কৈথেল কারুরগা লৈরকপা অমতং শেল্লগা চাবা কোন্নবা অচৌবা খজিংগী মহাউ অসিনচিংবগী মরমদা ইমানা ৱারী কয়া শাই।

অশিংবা শামু অমগী মতৌ উবদা মানা ঙকখিবা থৌদোক অমগী ৱারীসু ইমানা ঐঙোন্দা অসুম্না লী। নোংমা মহাক্না মাঙ্গোন্দা ফি ফোত্তুনা লৈরিঙৈদা মতুংদা ময়াং মাহুত অমনা অফিসতা নাপ ওন্নবা পুরকপা শামু অচৌবা অমা তোংলদুনা শূমাঙদা মখোল থোক্তনা, মনা-মনিল অমতা নাইদনা চঙলকই। মহাক্না তুং হেক ওন্থোক্লুবদা অচৌবা শামু অমা চুরিদা লৈরম্বা অদু উবদা মহাক্না পাখৎনা লাউরগা হৌগৎলি। মাগী মতৌ অদু উবদা শামু মথক্তা ফল্লিবা ময়াং মাহুত অদুনা ইশি শিনা নোকই। মহাক্না ইমাবু কিদনবা হায়রগা শামু অদুদা মরোল অমা লোনখি। অদুদগী শামু অদুনা মনাতোন অদু থাঙ্গৎলগা ইমাদা সলাম তৌই। ইমানা কিবোই পাখৎপোই ময়াং মাহুত অদুদা চৈদুনা ঙাঙই। মাহুত অদুদি মাগী মতৌ অদুদা অদুম নোক্তুনা লৈ। মহাক্না শামু অদুদগী কূমথরগা মঙোন্দা করিগুম্বা মরোল খরা অমুক ফ্লোল্লি। অদুদগী শামু অদু তপ্না তপ্না নোমহৌ নোমহৌ শূমাঙদগী থোকখ্রগা থৈবোঙ পাম্বীশিংগী মরক্তা চঙখ্রগা উথক্তা পাল্লিবা থৈবোঙশিং অদু মনাতোন্না নম নমদুনা য়েংই, মুন্দবা খরনা হেক্লগা ময়াদা হুকচিনখি, অদুদগী মমৈথঙদা ফজবা অচৌবা অমুনবা থৈবোঙ অমা মনাতোন্না হেক্লগা অমুক নোমহৌ নোমহৌ লাক্তুনা মদু মাঙ্গোন্দা থম্লরে। অদুগা মহাক্না ইমাদা য়েংদুনা লৈ। মাগী মতৌ অদু উবদা ইমানা

ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না তৌরিবা মতৌ অদুগী মরমদা মাহুত অদুনা ইমাদা হায়রকই, "ঐনা মঙোন্দা ৱাবুনীনা ফৌ পিজগনি থৈবোঙ হেকউ হায়দুনা হেক্রিবনি, করিগুম্বা পীজদ্রবদি মহাক শোয়দনা শাউরক্কনি।" ইমানা শামু অদুগী মতৌ অদুদা য়াম্না ঙক্না অমসুং নুংশিনা শূমাঙদা ফৌরাদা ফৌ খরা হৈদোক্লগা থুম তোংলগা পীজে। থৌদোক অদুগা মরী লৈননা ইমানা অসুম্না হেক হেক হায়, "অতোপ্পা জীব অমগী জ্ঞানগা তাইবঙ মীগী জ্ঞানগা ফাওনদুনা ভাব তানা নীংথিনা মী মশেল লোয়নবগুম লোয়নবা অদু অঙকপনি। তুরেলগী ৱাংমদা উমংদগী মরক মরক্তা থোরকপা লমগী শামুশিং অদুদি তমথিগ্রবা ঙাক্তনি, মখোয় থোরকপগী ইঙ্গিৎ খজিক্তং উবদা তুরেলদা লৈরম্বা মীশিংনা পাখত্তুনা লৈরাইদা চেনখৎনরিবনি। তম্বীবা, লোয়নবদগী থোরকপা লৌশিং-জ্ঞান হায়বসি অঙকপনি। য়েংউ, মী মরক্তসু লমচৎ-শাজৎ তম্বীবা মীগা তম্বীদবা মীগা অসুম্না খেন্নরিবনি।"

জিরিদা লৈরিঙৈদা ঐগী অঙাং ওইরিঙৈদা তৌখিবা মতৌ খরগী মরমদসু ইমানা ঐঙোন্দা তম্মী। ঐনা ফম্বা খরা ঙল্লকপা অদুৱাইদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা মতমদা ফমুংদা হৌগত্তুনা ফল্লগা মপান্দা খোংলকপা কাক্কী মতৌ তমদুনা "আ, উম" হায়না নুমিৎ খুদিংগী লৈ, মদু ঐগী হৈনবী অমনি। ঐনা শন শাদুনা কোয়চৎ চৎপা ঙল্লকপা মতম অদুৱাইদা ঐগী মখোঙ চাদবগী ৱারী খরসু লৈ। নোংমা ঐসি মাঙখ্রে হায়দুনা অহল-লমন্না থৱায় ৱানা কুইনা কোয়থি থিনরবা মতুংদা য়ূম্লোনবা ইমুং অমগী লাইনিংথৌ কাচিন্দা কৎপা লফোয় লফাং অমা মনাক্তা ফল্লগা চাদুনা লৈরম্বা থেংনখি। নোংমনা শূমাঙদা থোরকপা লিন অমা (জিরিগী উরক অদুদা নুংশা শাবা মতমদা লিন-কাঙ য়াম্না কল্লি) ঐনা শন শাদুনা কোয়তান তান্নরগা ফাগদবগী তৌরম্বদগী ইমানা থেংনদুনা ঐবু পাখৎনা ফাখি। খরা চাউরক্তুনা কোয়চৎ চৎপা ঙল্লকপা মতম অদুৱাইদদি নুমিৎ চুপ্পা চৈ অমা শূকথা থাদে, অবোক হনুবী অদুগা ঐগা ফোটো নম্বদা ফাওবা চৈ অমা পায়দুনা নম্মী। ইমানা হায় ফোটো নম্লমদাইদা চৈ অদু ঙহাক্তা থম্মু হায়বদা নিংঙাই তৌদুনা থম্মু য়াদবদগী চৈ অদু পায়রগা ফোটো নম্লিবনি।

অসুম্না জিরিদা লৈবদু চহী অনীরোম হৌখ্রে। জিগী থবক অসি জিরিদগী শুগনুদা অমুক ট্রান্সফর তৌরক্তুনা ঐখোয় জিরি থাদোরক্লে। মফম অদুদা লৈরিঙৈগী থৌদোক কয়াদু ঐনা নীংশিংবা ঙমদ্রবসু মখোয়দুবু ৱারী ওইনা তাবদগী মখোয়দুনা ঐগী তুংগী

পুন্সীগী শক্লোন শেমগৎপদা য়াম্না মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইখ্রবগুম নীংই। ঐনা খঙহৌদ্রবসু মখোয়দুনা ঐঙোন্দা অঙকপা প্রভাব অমা পীবগুম খল্লি। ঐগী আত্মানা মফম অদুদা লৈরুবগী অরোনবা নুংঙাইবা অমা ইতৎ তত্তনা ফাওই।

২

## জ্ঞান তারকপা

ঐখোয়না ইম্ফালগী য়ুমদা থুংলখিবদু নুংথিলদনি হায়না ইমানা হায়। মতমদুদা ঐ চহী অনীগা খরা হেল্লবসু থৌদোক অদুদি নীংশিংবা ঙমদ্রি। য়ুমদা থুংলবগী ইমুংগী মীশিংগা ইমাখোয়গা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা, পোৎ-চৈনচিংবা ট্রঙ্ক অমদি বেডিংদগী লৌথোক্লুনা ৱা-ৱা লাঙদুনা লৈরিঙৈদা ঐসি থিবা খঙদ্রে। মখোয়না ঐবু কোয়থি থিবদা ঐ কোম্বোঙলোমদা থোক্লুনা লৈরম্বা থেংনখি। ইমানা ঐঙোন্দা, “ইবুংঙো, নঙবু কদায়দা চৎলিবনো ?” হায়না হংবদা ঐনা অসুম্না খুম্লকখি হায়, “ঐ য়ুমদা চৎলিবনি, ’সিদি ঐখোয়গী য়ুম নত্তে।” ইমানা ঐবু য়াম্না ৱানা থেমদুনা য়ুমদা অমুক পুশিল্লকখি হায়না তম্মী।

শুগনুদা লৈবা মতম অদুদা ঐ ভাব খরা খরা তারক্লে। অঙাং অমনা তাইবঙদা মীৎ পাঙথোরক্লুনা মপূং ফাদ্রিবা জ্ঞানগা লোয়নননা সংসারগী মচু-মমেনগী পোৎ খূদিংমকপু ঙক্লা, শুম্লাৎনা য়েংবা হৌরকপা মতাং অদুনি; ঐহাক পোৎকী অপাম্বা খঙবা হৌরক্লে, সংসারগী অৱা-নুংঙাইবু খরা ভাব তানা খঙবা ঙম্লক্লে। মতম অদুদা ঐনা উবা সংসার অদু নুংঙাইরবা স্বর্গগী মশক্তি, অঙকপগী শক্লোন্না থল্লবা মফমনি। মতম অদুগী থৌদোকশিং খরদি ঐ হৌজিক ফাওবা ফজনা নীংশিংবা ঙম্লি।

ঐখোয়গী লৈফম বিট অফিস অদু মমায় নোংপোক ওন্দুনা শাবা সড়কী মনীংদা খজিক্তং চঙশিল্লগা লৈবা পিক্তক তৌবা তিন্না কূপ্পা শঙ অমনি, শুগনু বাজারগা নক্লরে। মফম অদু থোইনা চীকপা জগা নত্তে; অদুবু ঐখোয়গী ইমুংগী ওইনদি চীকই মরমদি জিরিদা লৈমিন্নরম্বা অবোক অদু ইম্ফালগী (কাংঙবম লৈকাইগী) য়ুমদা লৈহৌরে, ইচেসু মাগা লোয়নননা লৈহৌরে। জিনা অয়াম্বা মতমদা মাগী অফিস কাদা থবক শূদুনা লৈ। অদুনা ঐ ইমানা থবক চৎপশিংদা মাগী মতুং ইন্দুনা হেক হেক চৎলি। নোংমদি ইমাগা কৈথেলদা চৎমিন্নবদা শুগনু বাজারগী দুকান পরেংদা চবুন চবুন য়াল্লিবা প্লাষ্টিক্কী অঙাঙবা, অশংবা মচু কয়াগী পেটিশিং খরা উরুবদা ঐগী থম্মোয়দু মথূম-মরাঙ হৌথ্রে, মখোয়শিং অদু উবদা শুম্লাৎখিবা, পামখিবা অদু ঐ ঙসি ফাওবা শংশংনা নীংশিংলি। ঐনা ইমাগী

**মনাক্তা চৎনা চৎনা মখোয়দুদা য়েংলগা পেটি লৈবীয়ু হায়না ঙংবা হৌই, মদুদা ইমানা থোইনা থৌশাদনা মাগী লৈগদবা পোৎ অমদি তৌগদবা থবক্কী মরমদা পুক্নীং চঙদুনা চৎলি। ইমানা ঐঙোন্দা থেমদুনা হায়, "করিসু কান্নবা পোৎ নত্তে, নঙগী খোঙ্গ্রাউদু মরী ফাগৎপী ঙাক্তনি, পেটিগী দরকার লৈতে।"**

"অদু ওইরবসু লৈয়ু," অসি হায়দুনা ঐনা মনাক্তা অদুম ঙংদুনা চৎলি।

**ইমানা মদুগী কান্নদবদু পন্দুনা ঙাঙদুনা চৎলি। অসুম্না দুকানগী মপাদু লাম্থোকখি।**

পেটিগী মচুশিং অদুনা ঐবু শুম্নাৎলিবা মতৌ অদু ইমানা খঙবা ঙমদে, মরম অদুনা মহাক্না অদুম্না কোম্না ঙাঙলিবনি। অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদুনা ফজরবা মচুগী অহোঙবা প্লাষ্টিক্কী পেটি অমবু পাল্লিবা অদু দরকারগী ৱা ঙাক্তা নত্তে — মদুদা ঈখৌলাংবা, পোৎ অদুবু য়াম্না মমল লৈনা খনবা অঙকপা ৱাখল মওঙ অমা য়াওরি। ঐ হৌজিক্তা খল্লি মদু ঐবু সংসারগী মায়ানা পুনবা হৌবা মতমনি। মপুং-মরৈ ফারবা অমসুং অহল ওইরবা মীশিংনা মমল য়াম্লবা, ফজবা পোৎশিংবু পাম্বগী ময়াই অদুদগী ঐনা অহোঙবা পেটি অমবু পামখিবগী ময়াই অদুনা য়াম্না হেল্লমগনি নীংই।

মতুংগী নুমিৎশিংদসু ঐনা ইমাগা লোয়ননা বাজারদা চৎপা খুদিংগী দুকান পরেংদা য়াল্লিবা মীৎ থক্না ফজরবা মচু মচুগী পেটিশিং অদুতবু য়েং-য়েংদুনা চৎলি। কোন্নদি ঐনা নিংঙাই তৌমনবদগী ইমানা নুংঙাইতদুনা ঐগী অঙাঙবা পেটি অমা লৈবী। অদুগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা ফংবগী নুংঙাইবদু হায়নীংঙাই লৈতে, মদু ঐনা নুমিৎ চুপ্পা পায়দুনা, য়েংদুনা লৈ, তুম্লবসু মোন ময়াদা থম্মী, তুম্বা হৌগৎলকপদা মদু পায়দুনা থোরকই। ঐগী অচৌবা আশা অমা থুংলবগুম হরাউই।

নোংমা জিনা ঐবু ঐখোয়গী মনীংদা খরা চৎলগা লৈবা নিংথৌদা ঈরেন্দা ঈরুজবা পুবী। মতমদু শরৎ থাগী নুমিৎ য়ুংবা মতমনি, নুংশা মেঙনা শাই। লোইরোয় ঙম্বা চীংয়াগী থেন ময়াদা লৈবা তুরেলগী ঈমায় অদুদা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা লূপা মচুগুম লংলবা ঈথকশিংনা লেঙ লেঙ চৎনা উরি। তুরেল অদু হায়নীংঙাই লৈতনা পাক্লা উই, তোর্ব্বান ৱাংমা তান্না উরিবা ঈমায় অদু য়েংবদা অকিবগী মশক্নি। অঙাং ওইরিঙৈ মতম ওইবনা মদু অমুক হেন্না পাক্লা উবা ওইরম্বসু য়াই। তুরেলগী তোর্ব্বান ময়া অদুদি থোইনা লুদে, অহলগী খ্বাঙমুক্তা লুই। মদুগী মপান্দা হি খরসু পুন্দুনা লৈবা উই। জিনা তোর্ব্বান্দা পুল্লিবা হিশিং অদুগী মনুংদা অমখক থৌরী লৌথোক্তুনা ঐবু ঈশিংদা পুথরগা মদুদা ইবানী

তোংসি হায়দুনা হৌদোরকই। মদু অপীকপা হি অমনি, পাক্লবা ঈশিং ঈমায় অদুগী মচী অমদা ঈচেল অমদি ঈথক্লা য়েবদা মদু মথন্তা হাই-হুন্না লৈরি। জিনা ঐবু হি অদুদা থাঙ্গত্তুনা ইবানী মদুদা তোংনবা হোৎনরকই। মদুদগী হি অদু অমুক হেন্না হাই-হুম্বা হৌরকই, নাকন্দা ঈথক-ইরৈনা য়েবদা হিদুগী মনুংদা ঈশিং চঙলক্কদবগুম তৌনা উই। মদু উবদা ঐগী মিহুল অদু চেনখৎখ্রে, ঐনা কিনা পাখৎনা মদুদগী থুনা কুমথনবা জিদা হায়বা হৌরকই। মানা ঐবু হি মনুংদা থাঙ্গৎপা মতমদা পাক্লবা অকিবা ফংলবা তুরেলগী ঈমায় অদু হেন্না পাকথোরকপগুম তৌরকই; ঈচেল, ঈথক, ঈশিংগী লেঙলিবা মতৌ খুদিংমক শরূক তরা হেন্না অকিবগী মশক ওইরকই। ঈমায়থক অদুদা কন্না হাইরিবা হি অদু ঈশিংগী মনুংদা করিগুম্বা মীকুপ্তা হেক্তা লুপশিনখিবা য়াই হায়বসি ঐগী ৱাখলনি। অহল অমগীদি মফমদু লুদ্রবসু ঐগীদি লেপ ফংদবা মফমনি। ঐনা হিবান্দা পায়রগা পাখৎনা লাউবা অদুদা জিনা ঐবু পাঙদে হায়দুনা চৈ-চৈদুনা হিথক্তগী থাংথরে। ঈরুজবা লোইরগা ইবানী তুরেন্দগী য়ূম্লোমদা হল্লক্রে। লম্বীদা জিনা ঐবু পাঙদে হায়দুনা ঙাও-ঙাওদুনা লাকই। ঐ করিমতা খুমদনা মাগী মনাক্তা কিথী-কিরুম তৌনা চৎলি। মানা ঙাওবা অদুগী কিরবসু ঐ অমরোমদা নুংঙাইবা পোকই মরমদি নুমিত্তুদা ঐ করিগুম্বা অচৌবা খুদোংথীবা য়াবা থৌদোক অমদগী নাম্থোরক্লে হায়না খল্লি।

অওইবমক্তি হি তোংবদু অদুক য়াম্না খুদোংথীনীংঙাই ওইদবসু য়াই, জিনা মদু খঙনা ঐবু নুংঙাইনা ঈপাক অদুদা হি তোংদুনা শান্নহনগে তৌবনি; অদুবু ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী কিগনবা ৱাখল অদুদদি মদু অচৌবা খুদোংথীনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমগুম খনখি, ঈশিংদা তারবা ফাওবা মহাক্তু ঐবু কনবিবা ঙম্বা মীশক অমনি হায়বদু ঐ করিমতা নীংশিংবা ঙমখিদে। নুমিত্তুগী দৃশ্য, অশংবা অতিয়াগী মখাদা চীংয়াগী থেন ময়াদা লৈরিবা লুরবা ঈথক হৌবা অরংবা ঈপাক, মচী মচীদা হিথক্তা ঙা ফারিবা মীওইশিং, শরৎ ঋতুগী তপ্লপ শীৎপা নুংশিৎনা ঈশিং ঈমায় অদু ইপোম হৌহন্না হুন্নকখিবা, মদুনা হকচাংদা য়ৈখিবা, পাক্লবা শক্তি লৈনা উরবা ঈশিংগী ঈমায় অদুদা হি তোংসি হায়বদা কিখিবা, নিংদোল চোংখিবা পুন্নমক অদু ঐগী থম্মোয়দা ময়েক লানা নীংশিংদুনা লৈরি।

নোংমা নুংদাং অমনা ইমাগা লোয়ননা লাইতেন চীংথক্তা লৈবা ইবুধৌ অথৌবা হরাউবা য়েংবা চৎলি। হরাউবদু য়েংদুনা ফক্তা ফম্বা মতমদা অহলশিংনা অঙাংশিংদা নাপী চীকপা য়াদে, লাইবুংদা অদুম্না তৌরবদি অচৌবা দশা তাবা য়াই হায়। মদু তাবদা য়াম্না

কিন্না, চেকশিন্না, খূৎ-শা করিমতা লেঙদনা ফম্লগা হল্লাউবগী থৌরম খূদিংমক্তু পূক্লীং চঙনা য়েংখি। মতম অদুদা কিগনবা অমসুং থাজগনবা অদুগী ঙমখৈ লৈতে।

মফমদুদা লৈরিঙৈদা ইমানা ঐখোয়গী লৈফমদুগী মমাঙদা খরা চৎলগা লৈবা লোকঈ অমদা ঈন চিংবা মরক মরক্তা চৎলি। মহাক করিগুম্বদা নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা তূমিন্না লোকঈ অদুদা চৎখিবা য়াওই; জিনা চৈরক্কনি হায়দুনা মহাক তূমিন্না চৎখিবনি। ঙা ফাবগী অকনবা নেশা অমা মঙোন্দা লৈ। খুঙ্গঙগী নূপীশিংনা মঙোন্দা ঙা য়াম্না ফাবা তান্নসি হায়দুনা লক্লে; অদুম্না তান্নবা অদু মঙোন্দা নুংঙাইবা অমনি। নোংঙাল্লকপদা মহাক্না ঙাকচৌ, ঙমু-ঙাক্রা বালটিন অমা থনকোক তৌনা পুরকই। জিসু মদু উবদা মাবু থোইনা চৈখিদ্রে, অকি-অখং খঙদনা মন্নিঙৈদা হৌগত্তুনা চৎখি হায়না মাবু খরা ঙাঙলগা তোকখ্রে। ইমানা হায় লৈমিন্নবা নূপীশিংগা চৎমিন্নবনি, মখোয় ময়াম লোকঈ মপান অদুদা ঈন চিংদুনা ঙা য়াম্না ফাবা তান্নে, মখোয় করিমতা কিবা খঙদে।

ইমানা ঙা ফাবা চৎলিবদু তশেংবদি চানীংবদগী নত্তে, ঙা ফাবগী নুংঙাইবদু লৈবদগীনি। তশেংবদি শুগনুদা লৈরিঙৈদা ঙা মরাং কায়মনখিবনা ঙা অতেকপগী মনম ফাওবা তানীংদে হায়না মহাক্না হায়। ঙারা-ঙাতিন হায়বা ঙা অদু নত্তনা অতৈ ঙাদি অতেকপা ওইনা থোংদুনা চাদে, অতৈদুদি য়াইথোক্লগা চাবা ঙাক্তনি।

শুগনুদা লৈরিঙৈগী থৌদোকশিং লোইনমক্তি নীংথিনা নীংশিংবা ঙমদ্রে, মতম অদুদা ঐগী খঙবা ঙম্বা জ্ঞানগী শক্তি অদু ৱাৎলি, ঐনা থেংনখিবা অতৈ থৌদোক খরদি শরূক খরনা মঙওই, শরূক খরনা তাইবঙওই তৌনা পূক্লীংদা ফাওবা য়াওই।

৩

## প্রকৃতিগা শকখঙনরকপা অমসুং ৱাখল খনবা ঙম্লকপা

শুগনুদা মতম খরা লৈরম্লগা ঐখোয় ৱাইখোংদা অমুক লৈরে। মতম অদুদা ঐ চহী অহুম খরা হেল্লে। মফম অদুগী থৌদোক খুদিংমক্তি ঐ ফনা য়াম্না ঙাল তানা নীংশিংবা ঙম্লে। মতম অদুদদি ঐ পুম্নীগী ওইবা হীরমশিংদা ৱাখল খনবা ঙম্বগী শক্তিদু খরমখৈ লৈরক্লে, অকোয়বা মফম, থেনরুবা মীশিং, থোক্লিবা থৌদোকশিংদুগী মরমদা ইশাগী ওইবা ৱাখল খরা শাগৎচবা ঙম্লে, নীংথিজবা মহৌশাগী অকোয়বা মরক্তা মফম খঙদনা নুংঙাইবা পোকপা হৌরক্লে।

ৱাইখোংগী ফোরেষ্ট বিট অফিস অদু চীংগী নোংচুপ থংবা চীংখোঙদা লৈ। য়ুমগী মমাঙদা অপীকপা শুমাঙ অমতং লৈ, মদুগী মতোন্দা চাকশঙ লৈ, চাকশঙ অদুগা তাইননা নোংপোক্তা উ, নাপী-শীংনাং য়াম্না হৌবা চীং অদুম লৈখ্রে। লোইরোয়না ৱাংখৎখ্রিবা চীং অদুদা হৌবা উপালশিং অমদি নারক অদুগী মরক্তা ময়াষ খায়না অপীকপা লম্বী অমা লৈ। চীংয়াদা লৈবগী অঙকপা নুংঙাইবা ময়াই অমা মতম অদুদা লৈ। মরক মরক্তা ঐনা চীং অদু মতেক খরা কাদুনা শান্নে। নিংথমথাগী মতমদদি চীংগী লম্বী অদু ইকং কংই, চৎপা নুংঙাই, উপালশিং অমদি অকংবা, মচু ওল্লবা নাপী-শীংনাংশিংনা নাক-য়েত্তা হৌরবসু লৈমায়দু শোঙজিন্দে, তরু তরুনা উই। অদুবু কালেন্থাগী মতমদদি লম্বী অদু নাক-য়েত্তা হৌবা নাপী-শীংনাংনা অমসুং উপালশিংগী মশাশিংনা অদুক্কী মতিক শোঙজিনখিদুনা লম্বীদু ফাওদুনা চৎপা নুংঙাইতে। মরম অদুনা কালেন্থাদদি চীংগী শক্তম অদু য়ুমদগী য়েংবা নত্তনা মদুদা অমুক কাখৎলুবা তৌদে। মখোঙদা চঙবা নত্রগা কাখৎলুবা নুংঙাইত্রবসু উচান অমদি অতৈ উপালশিংনা কূপনা মোংশোং ওইনা হৌরিবা চীংশাং নাপোম অদুগী ফজবদু য়েংবদা পুক্নীং হুনীংঙাইনি। কুমগী নোংনা য়ৈবদা তেকখৎলবা জূম-জূম লাউরবা উপালগী মনাশিংনা পুমশং শংজিনখিদুনা মফমদু অনৌবা শক্লোন অমা লৌরকই। অঙাং ওইরিঙৈগী ৱাখল অদুদদি চীংগী নীংথিজবা শক্তম অদু অঙকপা, অকিবা ৱাখল অমগা লোয়ননা য়েংই। চীংগী অশোঙবা উমংদা লৈরম্বা য়াবা অকিবা জীবশিংগী মরমদা

পুক্লীংদা খল্লি, অদুগা চীংগী ৱাংমদা লৈরম্বা য়াবা মফম কয়াসু ভাবনা শাগৎলি, মদুগা মালেমগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংগা নক্না শন্নবগুম নীংদুনা ঐনা খঙবা মফম অমা মদুদা হেক্তা লৈরমগদবগুম নীংই। অঙাং ওইরিঙৈগী কল্পনা অদুদা ওইথোক্তবা করিমতা লৈতে, মদুনা মশা পান্দুনা অঙকপা মফম খুদিংমক শীনথুংনা য়ৌই।

নুমিদাংগী মতমদদি চীংগী শক্তমদু হোংলকই। অশোঙবা উমংনা কুপ্লবা মুশূক মুনা উরিবা মতৌ অদু করিগুম্বা শক্তি লৈরবা জীব অমনা তুম্লিবগুম তৌনা উই। অচীকপা নুমিদাংগী মতমদুদা অশোঙবা উমং মনুংদা ওইরমগদবা ফীবম অদু পুক্লীংদা শাগৎপদা অকি-তুজুংবা পোকই। থাবল ফরবদি মদুগী তোপ তোপ্পা নীংথিজবা মতৌ অমা লৈ। চীংশাং অদুগী মথক্তা মপূং ফারবা থানা ৱাংখৎলক্লগা মদুগী মঙালনা ফিঙৌ ফৌবগুম শন্দোরকপা, চীংদা শীৎপা লম্নাঙগী নুংশিৎনা অনকপদা হৌবা মনা পূংলবা উপালশিংগী উনারক্তা হুন্নকপদা জ্বায় জ্বায় লাউনা মখোল থোরকপা, নুংশিৎ অদুনা পুরকপা উনা-শীংনাগী মনম্না শূমাঙ অমসুং মাঙ্গোন্দা শীনথুংনা নম্নকপা পূম্নমক অদু তশেংনা পূক্লীং ঈথক হৌনীংঙাইনি। অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদুদা মখোয় অদুগী থোইদোকপা অর্থ করিমতা শাগৎপা ঙমদে; অদুবু অঙকপা, নুংঙাইবা, মফম খঙদনা নুংশিবা ৱাখল অমদি পূক্লীংদা ফাওই, মগুণ চাউরবা, মশক্তি তাকপা ঙম্নরোইদবা করিগুম্বা অচৌবা থৱায় অমগা লোয়নরিবগুম নীংই। ঐগী কল্পনানা মখোয়গী মরক্তা শান্নদুনা লৈখি। অচীকপা চীংখোঙ অদুদা চেক-মোক লাউদনা লেপ্লিবা ঐখোয়গী য়ুম অদুগী মনুংদা চঙলক্লবা ফাওবা ঐগী পূক্লীংদি মখোয়গী মনাক্তা লৈহৌই।

ঐখোয়গী য়ুম অদুগী ময়াদা নক্না চীংখৈ ওইরপ্না চীংদুম মচা অমগী মথক্তা ডাকবাংলো লৈ। মদুদা ঐ অয়াম্বা মতমদা ইমান্নবশিংগা লোয়ননা শান্নবা চৎলি। মফম অদুগী শুম্নাৎনীংঙাই ওইবা শক্তম অমা লৈ। চীংদুম অদুগী নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লোইরোয়না ঙম্বা, অঙাঙবা চীংলৈবাক মরক্তা চেন্নবাক য়াম্না তাবা লম্বী অমা লৈ, খা-ৱাং অমদি নোংপোক থংবা মায়কৈদা উচান পাম্বীশিংনা কূংনা হৌই, ময়ায়গী অহাঙবা শরূক অদুদা তিন্না কুপ্পা পিক্তক তৌবা ডাকবাংলো অদু লৈ। শঙ অদুগী মনুংদা অমনবা কাংথোল অমগা, টেবলগা চৌকিগা লৈ। কাংথোলগী ফম্পাক অদু থৌরীনা জালি লোল্লি, মোম্পাক য়াওদে। শঙ মনুংদা চঙলগা মদুদা হীপুনা শান্নবা, চীংদুম অদুগী মফম খুদিংমক্তা চেন-চোংদুনা শান্নবা, উচান মনা হেকপা, করিগুম্বা নুমিত্তা চাবা য়াবা

মনা-মশীং থিবা অসি ঐখোয়গী মরু ওইবা থবক্নি। (চীংদগী হেকপা লৈবাক মরূম অমসুং হৈমাং মনাগী মহাউ অদু মতম অদুদা য়াম্না হাউখি।) মফম অদুদা চত্তুনা শাম্নবা অদু হৈনবী ওইখিদুনা নোংমা চৎহৌদ্রবদি নুংঙাইতবা পোকই, মফম অদুগা ঐগা অমতা ওইশিন্নখি। উচান পাম্বীনা শংনা হৌরবা চীং অদুনা ৱাদি ঙাঙদ্রবসু ইঙ্গিৎনা ঐবু য়ুমদগী হেক হেক কৌথোকপগুম নীংলকই। মফম অদুদা ঐগী থৱায়বু পুন্দুনা থমখ্রবগুম তৌই। প্রকৃতিগী মশাইগোন্দা ফংবা নুংঙাইবা অদুনা ঐবু মতম পূম্নমক্তা শুম্নংখি। মদু ভাবতি তাদনা মথন্তা ওইজখিবা ফীবমনি।

ঐ অয়াম্বা মতমদা নুংঙাইবা কল্পনাগী জগত্তা তাউদুনা লৈ। অদুবু নোংমদি পুন্সীগী মরমদা অহানবা ওইনা খঙহৌদনা ৱাখল খন্থবা হৌরকখিবা মীকূপ অমা য়াওখি। মদু নোংমা নুমিৎ য়ুংলমদাই মতমদা জিনা পুবীদুনা ঐখোয়গী অৱাংলোমদা খরা চৎলগা লৈবা ঈশিংখোং অমদা ঈরুজবা চৎপদনি। নুমিৎ অদুদা লম্বীদা মাগা ঐগা হিংব-শিবগী মরমদা ৱারী শাদুনা চৎলি। মহাক্না শিবা হায়বা অসি নুংঙাইবা নত্তে হায়দুনা ফজনা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকই। মাগী ৱাহৈশিংদু ঐনা ভাব তাবা ঙমদ্রবদা মহাক্না ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী বুদ্ধিনা লৌশিনবা ঙমগদবা মওঙদা অসুম্না চম্না হায়রকই, "শিরবদি অহাউবা পোৎসু চাবা ফংলরোই, ফজবা ফিরোলসু শেৎপা ফংলরোই, শান্নবসু ফংলরোই, ইমা-ইপাসু উন্নররোই।" মাগী ৱাদু ঐনা য়াম্না পূক্নীং চঙনা তারগা খল্লকই, "উম, হিংবা হায়বা অসি নুংঙাইখ্রবা অমনি. শিরবা মতুংদদি ঐখোয় নুংঙাইবা অমতসু ফংলরোই।"

ঐখোয় অনী অসুম ৱারী শানা শানা চৎপনা খোং মচা অদু য়ৌরক্লে। নৃংলক্তা লূনা চেনবা ঈশিং ঈচেলগী মখোল অদু অচীকপা মফম অদুদা তোপ তোপ্না খোম্থাঙ অমা থোরকই। খোং অদু নারক-মোংশোং ফাওনা চেনখি। অকোকপা মফম অদুদগী নারক-মোংশোং ফাওনা মী-পোং শম্নদ্রবা অরোনবা উমংগী জগা অমদা চঙখিদুনা মদুগী মশক উখিদবদু য়েংবদা য়াম্না নুংশিবা পোকই. মদুনা অচীকপা প্রকৃতিগী মথানুংদা লোৎখ্রবগুম নীংই। মরুম ওইনা তৌবা ঈমায়দুগী মফম খরদা নাপু মচু ওল্লবা উনা কয়া কেন্দুনা তারি, মনাক্তা হৌবা উপালশিংগী মনা অমদি নাপী-শীংনাংশিংনা মদুদা উপথদুনা লৈ। অতোপ্পা জগা খরদনা অকুংবা উনারক্তগী ফাওজিল্লকপা নুংশাগী মঙালনা ঈচেলদুগী অরূবা ঈমায়দা য়ৈদুনা ঈমায়গী ঈথক-ইপোমগা লোয়ননা শান্নবগুম তৌনা উরি।

ঐনা ঈরুজবা লোইরগা জিনা ঈরুজবা অমুক ঙাইদুনা তোর্বান্দা লেপ্তুনা উমং

মনুংদা চেনশিনখ্রিবা খোং মচা অদুদা য়েংদুনা লৈ। মদুনা মফম কদায় য়ৌনা চেল্লমগদগে হায়বসি ঐ য়াম্না খঙনীংবা পোকই, মদুনা ফাওদুনা চেল্লমগদবা উমং নত্ত্রগা চীংনুংগী মফম খুদিংমক্কী শক্তমদু ঐনা ভাবনা শাগৎলকই। ঐনা জিদা খোং অদুনা ফাওদুনা চেনখিগদবা মফমশিং অদু হংবা হৌরকই। মহাক্না ঐঙোন্দা মদুনা য়ৌখিগদবা মফম পূন্নমক্তু তাক্লকই। মহাক থবক্কী নত্ত্রগা উ থাবনচিংবা য়েংশিনবা চৎপগী অকোয়বদা লৈরিবা চীং-মান, তুরেলশিং অদুগী মরমদা য়াম্না কূপ্না খঙই। মহাক্না তাক্লিবা অদু তারগা ঐনা মফমশিং অদুগী মরমদা নৌহৌনা কল্পনা কয়া অমুক শাগৎপা হৌরকই।

ঐ ঈরুজবা লোইরগা নুংঙাইরবা ৱাখল অমগা লোয়ননা য়ূমদা হল্লকই।

নুংথিলদা য়ূমগী মনীংদা লৈবা নাপী হৌবা শূমাঙ অদুদা চেন-চোংদুনা শান্নদুনা লৈ। নুমিৎ তারমদাইদা চীংযাদা য়ৈবস্না নুমিৎকী মঙালনা চীংদোন্দা য়েখ্রগা অকোয়বা মফম অদু উরুম লাংশিল্লক্তুনা নুংশাগী মঙাল অদু তপ্না মাঙখ্রগা সড়ক্কী মনীংদা লৈবা খুল অমদি ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদু মমশিল্লক্লবা মতমদা ঐ শান্নবা তোক্তুনা য়ূমদা অমুক চঙলকই।

করিগুম্বা নুমিত্তা জি ঐখোয়গা লৈমিন্নবা গার্ড অমগা লোয়ননা উমংদা থবক্কী টুর চৎখিবা য়াওই; চীংদা শাংনা চৎপা, করিগুম্বদা চীংনুংদা লেক্তুনা য়ূমদা হল্লক্তবা অসি মহাক হেক হেক তৌই। অদুগুম্বা খোঙচৎ অদু তশেংনা য়াম্না নুংঙাইরমগদবগুম নীংই। পূক্লীং হূনীংঙাই ওইরবা ফজরবা উমংগী লমদমদা কোয়বা, উচান পাম্বী মরক্তা চৎপা, মী-পোং তাদ্রবা অচীকপা মফম, নারক-শীংলক, লোক অসিনচিংবা য়েংদুনা চৎপা পূন্নমক অদুগী নুংঙাইরমগদবা অদু ঐগী ভাবনা শাগৎলি। ঐনা অদুগুম্না চৎপা খোঙচৎ অদুদা পুবীয়ু হায়দুনা মঙোন্দা নিংঙাই তৌবা য়াওই, অদুবু মহাক্না উমংগী মখল-মখা কয়াগী অকিবা শা-ঙা কয়াগী ৱারী লীরগা ঐবু থেমদুনা য়ূমদা থনম্মী।

নুমিৎ নীনিরোম চীংনুংদা টুর চৎলুরগা জিগা গার্ড অদুগা য়ূমদা হল্লকই, মখোয়না চীংদা ফংবা মখল-মখা কয়াগী মনা-মশীং হেক্তুনা পুরকই, চীংমীশিংনা পীরকপা পান, মাইরেল কয়াসু য়াওরকই। মহাক্না চীংদা চৎপদা ৱাবগী, শা-ঙা কয়া থেংনরকপগী অদুগা অমুকসু অচীকপা চীংনুংগী ফজবা, মী তাদ্রবা লোক্কী অরূবা ঈশিং ঈচেলগী নীংথিজবা পূন্নমক্কী মরমদা ৱারী কয়া শাই। মহাক্কী ৱারী অদুনা ঐগী পূক্লীং চিংশিল্লি। নুমিৎ অদুদি

মহাক ৱাবনা ফমুংদা ঙন্না তূম্বা চঙখি।

মথংগী নুমিত্তদি মহাক খাকী খোঙ্গ্রাউ শেত্তুনা হান্নগুম মশাখীংনা অফিসকী থবক শূবা অমুক হৌই। মতম অদুদি মহাক নহা ওইরিবনা মশা-মউ য়াম্না ফরি, চীংনুংদা অদুম্না খোঙনা শাংনা শাংনা চৎপা অদু ইতৎ তত্তনা তৌবা মরম্না মঙোন্দা মদু কা হেন্না অৱাবা অমদি ওইদে; মদু থোইদোক্না মাগী হৈনবী অমদুম ওই। মহাক মাগী থবক অসি য়াম্না হৈননা, পামজনা তৌই; মহাক্না করিগুম্বদা নাপল তৌদুনা হায় ফোরেষ্টকী থবক অসি মশা শোনবা, থৌনা লৈতবা মীনা তৌবা য়াবা থবক নত্তে। মাগী শিনফম অসি অরেম্বা, মগুণ লৈবদৌনা মহাক্না হেক হেক ইতৎ তত্তনা শীংথাই। মহাক্না অদুম্না হায়বা অদু তাবদা ঐহাক ফাওবা মাগী শিনফম অসিদা মফম খঙদনা পূক্নীং চিংশিনবগুম তৌখি, মদুগা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অমা লৈবগুম পুক্নীংদা ফাওখি।

ৱাইখোংদা লৈবা হৌরকপা মতম খরা অদু ঐ অয়াম্বা মতমদা শান্নবগী, চীংদা কোয়বগী, ইমান্নবা তিন্নবগী, পুন্সীদা অনৌবা পোৎ কয়া উবগী নুংঙাইবা ময়াই অমদা তাউদুনা লৈ। চোকথবমখৈ শান্নরগা ফমুংদা নিংঙাইবা লৈতনা তূম্বা অসিনি ঐগী নুমিৎ খূদিংগী ওইবা থবক, তাইবঙপাল অসিমক মপাল নাইদ্রবা নুংঙাইবগী শক্লোন অমনি।

নোংমদি অহানবা ওইনা ঐবু ইমুংগী মরমদা নুংঙাইতবা ৱাখল খলহনখিবা থৌদোক অমা থোকখি। মদু থামম্বা নুংমিদাং অমদনি। ইমানা য়ুমগী মমাঙদা লৈবা চাকশঙ অদুদা চাক থোংলি। মানা চাক্তু থোংনা থোংনা জিবু শাউনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লেপ্পা লৈতনা ঙাঙদুনা লৈ। মদু করিগীনো হায়বা ঐ মুন্না খঙদে। মানা জিবু পেন্দবা করিগুম্বা মরম খরা লৈদুনা অদুম্না তৌরিবনি হায়বা অদুদি খঙই। জিদু মপান্দা মানা তৌগদবা থবক অমা তৌদুনা লৈ, ইমানা ঙাঙবা অদু তারবসু তাদবগুম তৌনা মহাক ইখুম খুন্নক্তে। মহাক মরাল লৈরবা মী অমগুম উই। ইমানা ঙাঙমল্লক্রবা অদুদা মহাক্না শাউদুনা খঙহৌদনা মপান্দা ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈরম্বা শীং অমা পায়রগা চাকশঙদা চাক থোংদুনা লৈরিবা ইমাবু ফূবা হৌরকই।

জিনা ইমাবু অদুম্না ফূবা উবা অসি ঐনা জ্ঞান তারক্লবা মতুংদা মদুনা অহানবনি। ঐহাক্কী থম্মোয়দা য়াম্না পাখৎপা, অকিবা পোকই। মখোয়গী খৎন-চৈনবা মখোলদু তাবদা ঐখোয়গা লৈমিন্নবা গার্ড অদুগা মাগী নূপীগনা চঙলক্তুনা খান্নরে। মখোয়না খামদোক্লবা

মতুংদা জিদু চাকশঙদগী থোকখ্রে, ইমাদি কপ্পা কপ্পা চাকখুম ময়াদা লৈহৌরে।

চাক লোইরবা মতুংদা ইমানা ইচেগা (মহাক মতম অদুদা ইস্কালদগী ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্লে) ঐগা চাক্তু থিদুনা পীজথোক্লে। অদুবু মখোয় অনীমক্তি চাক চাদ্রে। ইচেগা ঐখোয় অনীদি খঙহৌদনা থোকপা নুংঙাইতবা থৌদোক অদুদা পাখৎথিবনা চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা ৱা-লান অমতা ঙাঙদনা ফমুংদা অদুম চঙলে।

নোংঙাল্লগা ইমাগা ফোরেষ্ট গার্ডকী নুপী পদ্মাগা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ৱারী শাবা তাবদগী ঙরাংগী ফুন-চৈনখিবা থৌদোক অদুগী মরমদু ঐ হাইফেৎ খঙবা ঙম্লে। মরম অদু অসিনি — জিনা লমদুদা লৈবী কনাগুম্বা মণি কৌবী নুপী অমা কোয়বা হৌরক্লে; মদুগীদমক ইমানা শাউদুনা। অসুম ঙাঙবদগী জিনা মাবু ফুখিবনি। থৌদোক অদু ঐঙোন্দা য়াম্না অঙকপা অমা ওইনা থোকই। মতম অদ ফাওবা ঐ অহল অমগী অপাম্বা, অনীংবা, য়ুম্বাল-কৈরালগী মরমদা থোইনা খঙলুবা তৌদে; মদু ঐঙোন্দা য়ুমগী অনৌবা সমস্যা অমা ওইনা য়াম্না নুংঙাইতনা থোকহল্লি। ঐনা মমি-শামি খনবা অমদি থৌদোক অদুদা ইমানা চুম্মী হায়বা অসিনি। অঙাংগী ভাবতা ওইরবসু ঐ অসিমদি খঙই ইমুংদা নুংঙাইতবা থৌদোক থোক্লিবদু জিনা অদুগুম্বা থবক তৌরকপদগী থোক্লিবনি, নুপা অমনা অতোপ্পা নুপী অমগা মরী লৈনবা হায়বা অসি অচুম্বা নত্তে।

জি অসি ৱা ঙাঙগন্দে, মাগী থবক চেকশিনবা, খরা শূকপা মায়থোঙগী মতৌ অদু উবদা লম অদুগী মীশিং — নুপা-নুপী খুদিংমক্কা মহাকপু কিনা, হঙ্গোইনা লোয়নৈ, মঙোন্দা ৱা ঙাঙবা কয়া ঙমদে। ঐনা খল্লি, "মণি হায়রিবী নুপী অদুদি মাবু কিদবা জাৎলা?" অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ঐ থৌদোক অদুগী নুংঙাইতবদগী নুপী অদু য়াম্না খঙনীংবা অমদি পোক্লকই।

ঐনা ৱাইখোংগী লৈরক-কোনশাং, ইমান্নবা কয়াগী ময়ুমদা শান্নবা চৎপদা ঐনা ইমান্নবশিংদা নুপী অদুবু ঐঙোন্দা মশক তাক্লবা হেক হেক হায়। নোংমদি ইমান্নবা অমগা লৈরক অমদা চৎমিন্নরিঙৈদা হায়রিবী নুপী অসি থেংনরে। ইমান্নবা অদুনা মহাক্তু ঐঙোন্দা মশক তাক্লে। নুপী অদু মশক্কা মমিংগা পান্ননা খঙদ্রবসু ঐনা হান্না মশক উখ্রবা মীনি। মহাক কুচু ঙৌই, মীয়ায় ওইনা চাউই, মমায় খজিক্তুং তেক্তক তৌই, মমীৎ-মনা ঙাওই। ঐখোয়না লৈরিবা ক্বারটর্সকী মনীংদা লৈবা ৱাইখোংগী সড়ক অচৌবা অদুদা য়াম্না তোয়না হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা নুপীনি। ঐ মাবু উবদা খোয়শাউনবা পোক্লকই, ঐখোয়গী ইমুংদা নুমিৎ

খরনিগী মমাঙদা জিগা ইমাগা খৎন-চৈনবগী থৌদোক অমা থোকখিবা অদু মাগী মরমদগীনি খল্লুবদা মাবু ঐখোয়গী ইমুংদা করিগুম্বা মওঙ অমদা য়েখায়বা পীবা মী অমগুম্না হঙ্গোইনা খল্লি।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। ইমাগা জিগা মরক মরক্তা শাউনবা, খৎনবা অদুম তৌই। অঙাং ওইরবসু পুন্নমক অদুগী মরমদু ঐ খরমখৈ অদুম খঙবা ঙম্মী, মদুনা ঐবুসু ইনুং নুংঙাইহন্দে। ঐনা ইমাদা ঐগী ৱাখলদু অমুক্তা ফোঙদোক্তে, ঐগী চহী মতাং অদুনসু ইমানা ঐবু শান্নপোত্তা পুক্লীং চঙবা, য়ূমদা শান্নবা, ইমান্নবগী য়ূমদা নত্ত্রগা চীংথক্কী ডাকবাংলোদা চত্তুনা শান্নবদা থৱায় য়াওবা অদু নত্তনা ইমুং-মনুংগী থোক্লিবা থৌদোক অদুগী মরমদা করিমতা খঙদ্রিবা পঙলবা, ৱাখল খনবা ঙমদ্রিবা অঙাং ওইনা লৌই।

নোংমদি জিগা ঐগা নুংথিল অমা ৱাইখোং কৈথেলদা চৎমিন্নে। মতম অদুদা মণি হায়রিবী নুপী অসি নাদুনা লৈবা মাল্লি। জিনা নুপীদুগী মনাক্তা লৈবা নুপা অমা বাজারদা থেংনদুনা মঙোন্দা (মীশক্তু কনানো হায়বা নীংশিংবা ঙমদ্রে) নুপী অদুগী অনাবগী মরমদা হংদুনা ৱারী শাই। মহাক্তা ঐবু করিসু জ্ঞান তাদ্রিবা, নৌরিবা অঙাং অমনি খন্দুনা চিংনবা লৈতনা ঐগী ইমাঙদা নুপী অদুগী মরমদা হংদুনা ৱারী শারিবনি। ঐ মখোয়গী ৱারী অদু পুক্লীং চঙনা তাদুনা লৈ, খূদক অদুদা মঙোন্দা করিমতা হায়দে।

জিগা ঐখোয় অনী কৈথেলদগী থবী খরা লৈরগা য়ূমদা হল্লক্লে। মতমদুদা ইমাদু নুংথিল তৃম্লস্বদগী হৌগৎলক্লে, মহাক্তা ঐখোয়না লৈরকপা থবী অদু ফমাঙদা খোকপা হৌরকই। ঐনা মনাক্তা নীঙ্গাংনা ফম্লগা মানা থবী খোকপা অদু ঙাইনা ঙাইনা খঙহৌদনা হায়রুরে, "ইমা, অতোম্বী অদু শিদে হায়য়ে।"

ঐগী ৱাদু তাবদা ইমাদু ঐঙোন্দা তঙক তঙক্লা য়েংখৎলকই, ঐগী মায়থোঙদা য়েংলগা ঐনা হায়রিবা অদুগী অর্থদু লৌশিনবা ঙম্নবা হোৎনরকই।

ঐগী খঙহৌদনা থাজদনা অদুম্না হায়রকপা ৱাঙাঙ অদু তাবদা জিদি তাশিন্নদনা থুনা ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে।

ইমাদি ঐনা হায়রিবা অদুগী অর্থদু খঙনবা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়ামুক হংবা হৌরকই। ঐনা মঙোন্দা ৱাইখোং কৈথেলদা জিনা কনাগুম্বা নুপা অমদা নুপী অদু নাবগী মরমদা হংদুনা ৱারী শাবদু তম্লে, অদুগা অমুকসু হায়, "ইমা, মহাক শিদি শিদে হায়।"

ঐনা মাগী মরমদা অদুম্না করিগী হন্না হন্না হায়রুরিবনো হায়বদু খঙবা ঙমদ্রে, অদুবু

মদু মীশক অদু ঐখোয়দা অকায়বা পীবা মীনি খনবদগী মাবু মরু ওইবা মী ওইনা লৌদুনা হায়খিবা ওইরম্বা য়াই।

ঐগী ৱাদু তাবদা ইমাদু ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অঙাং অমনা মদুগুম্বগী মরমদা করিসু খঙদে হায়না মানা লৌরম্বদু ওন্নরম্রে। ঐনা পাউ অদু তম্লবা মতুংদা মানা জিদা করি হায়খিবগে, মখোয় অনী করি ৱারী শাখিবগে হায়বদি ঐ খঙবা ঙমদ্রে; অদুবু ইমানা ঐনা নুমিৎ অদুদা হায়খিবা ৱাহৈ অদুদি কৈদৌঙৈদসু অমুক কাউখিদ্রে; ঐনা চাউরক্লবা ফাওবা মহাক্লা মীঙোন্দা থৌদোক অদুগী মরমদা ৱারী হেক হেক লী।

ঐ ইমাগা লোয়ননা ৱাইখোং কৈথেলদা মরক মরক্তা চৎমিন্নবসু য়াওই। অদুগুম্বা খোঙচৎ অদু ঐগী নুংঙাইজবা অমনি। কৈথেল অদু ঐখোয়গী লৈফম অদুদগী চাউরাক্লা মাইল মখায়মুক ওইরম্বা য়াই। সড়ক অচৌবা অদুগী নোংচুপ থংবা শরুক্তা মী খরা তারবসু নোংপোক থংবা শরুক অদুদি লম্বাঙনি। লম্বীদু অয়াম্বা মতমদা ইচীক চীকই। নুংথিলগী মতমদা মেঙথরক্লগা নুংশাগী মঙালনা সড়ক, লম্বাঙ অমদি চীংয়া-তময়াগী শরুক অদুদা ঙাঙলৈনবা মচুগা লোয়ননা য়েরকপা অদু য়েংবদা পুক্নীং হুনীংঙাই ওই, লম্বাঙগী নুংশিৎনা হকচাংদা মখোল থোক্লা য়েরকপা অদুদা অঙকপা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা অমা ফাওই।

ৱাইখোং কৈথেল য়ৌরগা ঐখোয় খঙনবা মী অমগী দুকান্দা হেক হেক চঙদুনা ফম্বা য়াওই। মপুদু দুকান অদুদা ময়ুম ওইনা লৈবা মীনি, মাগী নুপীগা মখোয় অনীদা মদুদা লৈ, মখোয় মচ-মশূ পোক্তে। নুপা অদুগী মমিং কোকঙাঙ কৌই, মাগী নুপীগী মমিংদি নীংশিংবা ঙমদ্রে। কোকঙাঙ হায়রিবা মীশক অসি চহী মীয়ায় চল্লবা, মকোক তাঙবা, মী কয়া চাউদবা মীওই অমনি। মখোয়না হৌদোঙ অরাংবী অমা লোই, মখোয় মচা-মশূ পোক্তবা মরম্না হৌদোঙদু মচাগী মতৌগুম্না অদুক্কী মতিক নুংশিনা, লুনা চান্না তৌই মদুদি মখোয়না মদুবু পম্মী, চাক চামিন্নৈ, ফমুংদা হীপমিন্নৈ। মদু উবদা ঐ য়াম্না ঙক্লা থোকই। (অচীকপা, মী ইরৈ লৈতবা ইমুং অমদা অদুগুম্বা জীব অমগী মরুওইবদু ঐ মতমদুদা করিমতা খঙবা ঙমদ্রি।)

মখোয়দগী থোরক্লগা ঐনা লম্বীদা চৎনা চৎনা ইমাদা হংই, "ইমা, মখোয়গী কোকঙাঙগী মচা অসিবু হৌদোঙ ওইনা পোকপ্রা?"

মদু তাবদা ইমাদু শিথবমখৈ নোকখ্রে।

মহাক্না ঐঙোন্দা মখোয়গী মচা-মশূ লৈতবদগী মখোয়না লোইবা হৌদোঙ অদু মচাগুম্না লুনা তৌরিবনি হায়না ভাব তানবা তাক্লকই।

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমনি। ইচেগা ঐগা ঐখোয়গী মনীংদা লৈবা মাঙ্গোল মচা অমদা শান্নদুনা লৈ। মাঙ্গোল অদুগা সড়ক অদুগা ইঙান ঙান্না উনরে। খঙহৌদনা সড়ক্তগী কনাগুম্বী নূপী অমগী খোইরপ তৌবা খোঞ্জেলনা ঐবু কৌদুনা হায়রকই, "হো, বীরেন, থোংজাউদা চৎলুসি লাউহৈ।"

অদুম্না খঙহৌদনা কৌরকপা নূপীগী খোঞ্জেল অদু তাবদা ঐখোয় সড়ক্লোমদা য়েংথোক্লকই। ঐখোয়গী গেটকী মপাদা মণি হায়রিবী নূপী অদু চত্তুনা লৈরম্লে। ঐখোয়না য়েংথোকপদা মহাক্না ঐখোয়দা মমায় ওনশিন্দুনা নোক্তুনা ঐবু কৌখিবগী শকফম অদু হঞ্জিল্লমদ্রি।

মাবু উবদা ইচেগা ঐগনা শাউনা লাউদুনা মঙোন্দা চৈবা হৌরকই। অদুদগী মহাক ইকাইবোই করিওই ঐখোয়না চৈবা অদু তাশিন্নদনা খোঙথাং খরা থুগৎনা চৎখ্রে।

ইচেগা ঐগা ভাবতি থোইনা তাদনা মাবু চীন পেন্না চৈখিবগী নুংঙাইবা অমা ফাওই, ঐখোয়না চপচাবী থবক অমা পাঙথোকখ্রবগুম পূক্নীংদা পেলহৌই।

ঐখোয়না থৌদোক অদু ইমাদা তম্বদা মহাক ঙকখ্রে। অঙাং ওইরিবা ঐখোয়গী পূক্নীংদা নূপী অদুবু য়ানীংদবা, শাউনীংবা ৱাখল লৈরম্মী হায়বদু মঙোন্দা ঙক্না থোকপা পোৎ অমনি। মহাক্না ঐখোয়না তৌখ্রিবা অদু থম্মোয়দদি পেল্লম্বা য়াই, অদুবু মহাক্না মপালথোংদদি ঐখোয়বু জ্ঞান তানবা তাক্তুনা হায়রকই, "নখোয় করিগী মীঙোন্দা অদুম্না হায়রুরিবনো? মানা কোয়রুসি হায়রবসু চুম্না ঙম্মোই. তল্লি হায়রগা তোকপা য়াই। মতুং মনাউদি অদুম্না খক চৈরুনু!"

ইচেগা ঐগদু তূমিন্না মীকূপ খরদং লূকথদুনা লৈরুরগা ইমাদা অসুম্না খুম্মী, "ঐখোয় মাবু শূকনুং হেক নুংশিদে।"

মাবু চৈখিবগী মীকুপ অদুদা ইবানীমক ৱাখল খজিক্তা ফাওবা খম্বা ঙমখিদবনি, চীন্দগী মাবু চৈবগী ৱা ঙাক্তা খঙহৌদনা থোকখি, থম্মোয়দা হান্না লৈরম্বা মাবু শাউবগী ৱাখল খূদিংমক খঙহৌদনা ফূদোক্তুনা ঙাঙখি। কোন্নদি ঐ মাবু নাতৈ চাদনা থীনা চৈরুবগী

নুংঙাইতবসু পোক্লকই, ইমানা হায়রিবদু য়াম্না চুম্মী হায়না খল্লকই।

মরক মরক্তা ঐখোয়গী লৈফমদা ফোরেষ্ট অফিসার নত্ত্রগা রেঞ্জরনচিংবা লাক্লুনা চাক-ঈশিং চাবা য়াওই। ঐনা মখোয়বু জিগুম্না উমং-ৱামং, চীং-মান্দা চৎপা হৈনরবা মী ঙাক্তা ওইনা উই। মখোয়না চাক চারমদাইদা ঐখোয়গী মমাঙদা লৈবা চীং অদুদা কাখৎখ্রগা মোইরাং খমু মনা অমদি নোংমাংখা মপাল থিবা চৎলি। চীংদগী খুদক্তা হেক্লুনা পুরকপা মোইরাং খমু মনা অমদি নোংমাংখা মপাল অদু মখোয়না মোরোক মেৎপগা কোক্লুনা চাবদু য়াম্না হাউরমগদবগুম নীংই। ঐনা মখোয়বু অদুম্না তৌবদা নুংঙাইজবা, প্রকৃতিগা নক্লরবা, উমংদা হৈনরবা মী ঙাক্তা ওইনা খল্লি। মখোয়বু উবদা ঐ নুংঙাইবা পোকই।

ইম্ফালদগী ৱাইখোংদা অমসুং ৱাইখোংদগী ইম্ফালদা মরক মরক্তা বস তোংদুনা চৎপা খোঙচৎ অসি ঐগী নুংঙাইজবা অমনি। অদুগুম্বা খোঙচৎ অদু অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদুদদি মঙ-হাগী খোঙচৎ ঙাক্তা ওইনা তৌই। মফম অয়াম্বা করিমতা খঙদে,গাড়িগী থোঙনাউদা উবা চীং-মান, লৌবুক, লম্মাঙদা লৈবা নায়তোম তাবা য়ুম, লৌখোং, তুরেল পূম্নমক অদু মঙদা উবগুম্না য়েংনা য়েংনা চৎলম্বদগী গাড়িগী মখোলনা শুমদুনা খঙহৌদনা তুমথখিবা য়াওই। লম্বীদা মমখিদুনা মীকপ থোক্লকপদা লম্বী, মফম খুদিংমক অদু উবদা পূমঙাও ঙাওই, গাড়ি মনুংদা থাল্লিবা মৈ, মপান্দা উবা মৈঙালশিং অদুগী মরক্তা করিগুম্বা মফম অমতবু লাকশিনবা ঙমদে। ইম্ফালদা লাকপা মতমদদি মৈগী মঙাল য়াম্না কৃংনো মপান্দা উরক্লবা মতমদা ইম্ফাল য়ৌরক্লে হায়বদু খঙবা ঙম্মী। য়ুম য়ৌরক্লবা মতমদা ভাব খজিক্তং তারকই, অদুবু হকচাং চোকথবনা অমুক তুমথখিবা খঙহৌদে। পুম্নীদা চহীগী মতাং খেন্নবগী মতুং ইন্না খোঙচৎকী নুংঙাইবা অসি শোয়দনা খেন্নরমগনি হায়না নীংই, করম্বা মওঙদা খেন্নরিবনো হায়বদু কৃপ্না হায়বা ঙমদ্রে; অদুবু ভাবতি কয়া তাদনা চৎখিবা খোঙচৎ অদুগী নুংঙাইবা অদু চহী য়াম্লক্লবা মতমদা অমুক্তা ফংখিদ্রে হায়বা অসিমদি শোয়দবনি।

মতম খরা লৈরগা ঐখোয়গী (জিনা নূপী কোয়বগী) ইমুংদা নুংঙাইতবা সমস্যা অমা থোক্লম্বা অদু কোকখ্রে। জিনা মাগা মরী লৈনরম্বা নূপী অদু হন্না য়েংখিদ্রে, থৌশাখিদ্রে। মদুগী মরমদু ইমানা ঐখোয়গা লৈমিন্নবা গার্ডকী নূপী পদ্মাদা তম্বদগী ঐনা তুমিন্না তায়। মদুদি অসিনি — নোংমা নুংদাং অমা জিনা নূপী অদুগী ময়ুমদা চৎপদা মাগী কাদা অতোপ্পা

নূপা অমা লৈরম্মী, নুমিৎ অদুদি জি বা-লান অমতা ঙাঙদনা তুমিন্না হল্লক্লে, অদুবু নোংঙাল্লগা নূপী অদুগী মনাক্তা চত্তুনা মাবু থীনা ঙাঙদুনা ফু-চৈবা তৌখি। নুমিৎ অদুদগী মহাক নূপী অদুগী মনাক্তা অমুক চৎখিদ্রে।

ইমুংগী নুংঙাইতবা সমস্যা অদু কোকশ্রবদা ঐখোয় অঙাংশিংসু নুংঙাইবা শরূক য়াই, পূক্নীং ঈংথে। ইমাগী অতৈ নুংঙাইতবদি থোইনা লৈতে। কৈথেল কাবা নত্তনা মহাক্কী য়ুমগী থবক ইরৈ লৈতে, অঙাং (ঐগা থংনবা ইনাউনূপা) লৌনবা তরুরৈ কৌবী লমদুগী লৈশাবীমচা অমা থম্মী, পাখোন শীনবা নিমাই কৌবা মশা পাবা অৱাংবো পাখংমচা অমা থম্মী, চাক থোংবগী থবক্না গার্ডকী নূপী পন্থানা অয়াম্বা তৌই। য়ুমগী থবক অয়াম্বা মানা চাউয়েং য়েংবতনি। নোংজু পাম্বাদদি আউটপোষ্টতা লৈবগী মতম লেনবদা ৱাবা খরদি লৈ। য়ুমদগী চথোকপা নুংঙাইতবা মতমদুদা মহাক থবক লৈতদুনা লৈমিন্নবা মীশিংগা জুৱার শান্নদুনা লেনবা ফাওবা য়াওখ্রে। মতমদুদা কৈথেল কাবা খুদোংচাদদুনা ঐখোয় চীংদগী হেকপা হৈমাং মনা ইরোন্দুনা চাবা, চীংদগী থিরুবা লৈবাক মরূম থোংদুনা চাবা কয়া য়াওই। লীদুনা থম্বা ঙমুলৈরৌ থাক্তুনা মোরোক শানা কাংশোই থোংদুনা চাবা কয়ানি। অদুগুম্বা মতমদা চাখিবা য়েঙ্খাংশিং অদুগী মহাউদু কাউবা ঙমদে।

অদুম্না লৈরকপনা নোংমদি জিগী ট্রান্সফর ওর্ডর অমুক থোরক্লে। মহাক শওম্মুংগী বিট অফিসতা অমুক লৈবা তারে। মদু ইং ১৯৫২ দনি।

কায়নরমদাইগী মতমদা মফম অদুগী ইমাখোয়গা নক্না তিন্নবা মীওই কয়া ঐখোয়গী য়ুমদা লাকই। মখোয়না ঐখোয়বু কপ্না কপ্না থিন্দোকই। ঐনা কাউবা ঙমদবা অমদি তরুরৈ কৌবী মশম খোইবী লৈশাবীমচা অদুনা মানা মপূং ওইনা য়োকচবা ঐগী ইনাউনূপা অঙাং অদুবু কায়নরমদাই মীকুপ্তা কোন্দুনা থম্মোয় শোক্না কপখিবা অদুনি।

ঐখোয় ঐখোয়গী গেটতা থারিবা, ইমুংগী পোৎ-চৈ — কাংথোল, ট্রঙ্ক, টেবল অসিনচিংবা শুনা হাপকৎলবা ট্রক অমদা কাখৎলবা মতুংদা মখোয়গা অরোইবা বিদায় তৌনরগা মফম অদু থাদোরক্লে।

# ৪

# শওম্বুংদা

শওম্বুংগী বিট অফিস অদু ইরিল তুরেলগী মপান্দা মমায় অৱাং ওন্দুনা শাবা সড়ক্তগী য়াম্না চঙশিন্দনা লৈবা শঙ অমনি (হৌজিক্তি ঐখোয়না লৈরম্বা য়ুম অদু তেকখ্রে)। শূমাঙ ময়াদা চীংখৈ ওইরপ্পা চাউরবা য়োংচাক পাম্বী অমা হৌই; মদুগী মশা-মরেংনা পাক্লা শন্দোক্তুনা শরূক খরদি য়ুমগী শাইজীন মথক্তা কুপথরকই। হিঙ্গোলগী অৱাং অমসুং নোংপোক থংবা শরূক্তা শম্বল্লে পাম্বীশিংনা কোয়না চাং মান্নবা হৌই, মখোয়গী মরক্তো উতোংলৈ পাম্বীশিংনা হঙ্গামপাল মচুগী লৈশিংগা লোয়ননা পূক্নীং হূনীংঙাই ওইবা মওঙদা শাৎলি। য়ুমদুগী মমাঙদা তুরেলদু থেক্তুনা চেল্লি। য়ুমগী শম্বল হেক ৱাংমা লাম্থোকপগা তুরেল লৈরাইগী ঙমথবা শরূক অদুম লৈখ্রে। তুরেল অদুগী ৱাংমদা ফকুং হায়বা খুলদু লৈ, খুলদুগী নোংচুপ থংবা ঙমখৈদা তুরেল মপান্দা ৱা পাম্বীনা পরেং শানা ইশং শংনা হৌই।

মফম অসিদা থোকখিবা থৌদোকশিং অমদি থেংনখিবা মীশিং অদু ঐ হান্নদগী হেন্না ভ্যান তানা নীংশিংবা ঙম্লে। অনৌবা মফম অদুদা অহানবা থুংলবদা ইকোই কোইনা থোকই, মতম ফন্না কুইনা য়ুমদগী চথোক্তে। লমদুগী মী অমতা মশক খঙনদবগী নুংঙাইতবা অমা লৈ।

অহানবদা ঐহাক ঐখোয়গী লৈফম অদুদা হান্না লৈরম্বা গার্ড অনী অদুগদি মশক খঙনরে। মখোয়না ঐবু লুনা তৌই। মখোয় অনীগী মনুংদা অমনা বীর কৌই। মহাক্তু কুচু ঙৌই, মমায় পাকই, নোক্কল্লি, ৱা য়াম্না ঙাঙগল্লি। অতোপ্পা অমদুনা গুলাব কৌই, মহাক্না মী কয়া ঙৌদে, কুলৈ কুচুনি, মচীন খরা তুম্লপ তৌই, বীর হায়বা অদুদগী মানা খরা হেন্না ৱাংই, অদুগা চহীসু মানা খরা হল্লি। মহাক্তি ৱা কা হেন্না ঙাঙগন্দে। ঐ বীর হায়বা মীশক অদুগা খরা হেন্না লোয়নে। মহাক্না ঐঙোন্দা মফম অদুগী মরমদা য়াম্না তাকই — স্কুল লৈফম, শান্নফম লম্পাক, পোৎ য়োনফম, অকোয়বা মফমশিং অসিনচিংবা। ঐনা মানা তাকপা পূম্নমক অদু য়াম্না পূক্নীং চঙনা তায়।

মতম অদুদা ঐ স্কুল কাদুনা লাইরিক তম্বা চত্তে, য়ূমদদি অহল-লমন্না খরা তম্বীবা হৌরে। ঐ অহানবদা য়ূমদগী কয়া চখোক্তুবসু মফমদুগী ইমান্নবা খরদি ঐখোয়দা কোয়থোরক্তুনা ঐগা মশক খঙনরে। মতম খরা লৈরগদি ঐ মখোয়গা লোয়নন্না য়ূমদগী মপান্দা চখোক্তুনা শান্নবা হৌরক্লে। মতম অসিদা ইমান্নবা তিন্নবগী মওঙ, শান্নবগী মওঙ অসিসু হান্নদগী খরা খেন্নরকই, হেন্না নীংতম্না চৎপা, ইশাগী ওইবা (অপঙবা অঙাংগী মওঙদা ওইরবসু) ৱাখল খল্লগা অনীংবা থবক তৌবা, পাঙ্গলগী থবক্তা হেন্না কিবা খঙদবা হৌরকই। ঐগা তিন্নবা ইমান্নবশিংদু ঐঙোন্দগী চহী হনবা, ঐঙোন্দগী চাউবা হেনবনা অয়াম্বনি; মখোয়গী মতুং ইন্দুনা মফমদুগী ফম্না থাপ্পা জগা ফাওবা কোয়বা চৎপা, মখোয়না তৌরিবা থবক অয়াম্বা ফৈ-ফত্তে খঙদনা মতৌ তম্বা অসিনচিংবা কয়া তৌরকই।

ঐখোয়গী য়ূমগী মমাঙদা থেক্তুনা চেল্লিবা তুরেল অদু ঐগী খ্বাইদগী পূক্নীং তাজবা মফমনি। নোংপোক্লোমদগী চেল্লক্লগা মদুনা ঐখোয়গী মপাদা থেক্লগা খা পাংনা চেন্থখি। বসন্ত চঙলকপা মতমদা লোইরোয় ঙম্বা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা হৌবা অশংবা মনা-মশীং, পাকশন্না মীৎয়েং থনবমখৈ শাৎপা হঙ্গাম মপালশিং — মখোয়শিং অদুগী মথক্তা নুংশিৎনা হুম্বদা ইপোম হৌবা পূন্নমক অদুগী শক্তমদু হায়নীংঙাই লৈতনা পূক্নীং হূনীংঙাই ওই। তোর্ব্বান বাংমদা হৌবা ৱা পাম্বীশিংগী মরক্তা নুংশিৎনা হুম্বদা ৱাতোনশিং অদু হাই-হুমদুনা লৈবদু উবদা মখোয়দু নুংঙাইনা শান্নরিবগুম তৌনা উই; মখোয়গী মরক্তগী থোরকপা মখোল অদুনা ঐগী থম্মোয়দা মফম খঙদনা নুংঙাইবা ৱাখলগী ঈথক হৌহল্লি। থেক্তুনা চেল্লিবা তুরেল ঈচেল অদুগী নুংশা য়েবা অরংবা ঈমায়দা মুক্তা থিনবগুম তাউরিবা কোঙ্গোলশিং অদুনা ঐবু শুম্মৎলি, করিগুম্বা মওঙ অমদা পূক্নীং মকালামহল্লি। অদুগা অমুকসু অতোপ্পা জগা অমদা অপূংবা ৱাতোনশিংগী মরুম্না লুমশিন্দুনা ইমক মক্না লৈখ্রবা ঈশিং ঈমায় অদু উরুবদদি ঐবু মফম খঙদনা লাওতক্নবা, নুংশুক নুংজানবা ৱাখলসু পোকহল্লি।

তুরেল অসি ঐগীতা নত্তনা খুঙ্গঙদুগী অঙাং কয়াগী নুংঙাইজফমনি। মখোয়না মসিদা ঙা ফাবা, ঈরোইবা, তোর্ব্বানগী অনানবা মফমদা অঙম্বা লৈরাইদগী ঈশিং য়ৌনা নাম্থদুনা শান্নবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। অসিগুম্বা থবকশিং অসিদদি ঐ মখোয়গা শরুক য়ামিন্নবা ঙমদ্রি। মখোয়না অদুম্না তৌবদা ঐ চুম্নতা তোর্ব্বান্দা ফমদুনা মখোয়গী মতৌ য়েংদুনা লৈ। তুরেল অদুবু ঐনা য়াম্না নুংশিজরবসু ঈরোইবা হৈতবদগী মদুবু য়াম্না কিবগী ৱাখল

অমদি ঐঙোন্দা লৈ। কংথরকপা মতম ফাওবা মদুগী জগা খরদি লেপ ফংদনা লুই। ঐ য়াম্না থেনবা, তোর্ব্বানগা নক্লবা মফম খরদা খজিক্তং কুমথদুনা ঈরুজবা য়াওই, অদুবু মদু ফাওবা য়াম্না কিবা পোকই। তুরেলগী ইরৈনা অরুবা মফমদা চেম্থখিবা থোক্লবদি থব্রায় মাঙবা য়াই হায়না নুংশাথীবা পোকই। অদুনা ঐ অয়াম্বা মতমদা ঈশিংদা কুমথদে, তোর্ব্বান্দা শান্নদুনা লৈ।

নোংমদি সন্ধ্যাদা শান্নবা লোইরগা য়ুমদা হল্লমদাইদা ঐঙোন্দগী খরা চাউবা ইমান্নবা অমনা তুরেলগী লৈরাই কাফম থাক্তা তিংখং খরা হুন্দোক্লুনা থনম্লে। মানা অদুম্না তৌরিবা অদু করি ৱাখলদগীনো হায়বদু ঐ ভাব তাদে। ঐনা হংবদা মানা অসিদমক হায়রকই, "মী লাং থাক্লিবনি।"

ঐ পূক্নীংদা নিংকোক নিংকোক তৌনা য়ূমদা হল্লক্লে। ইমান্নবা অদুনা তৌরম্বা থবক অদুগী ফত্তবা ফল লাকপা য়াবা অদু মরক মরক্তা অমুক নীংশিংবদা ঐ লাঙতক্লবা পোক্লকই। মানা অদুম্না তৌব্দা ঐনা খামখিবনি, অদুবু মহাক্না য়াখিদবা অদুগী খনবদা ইথন্তা ৱাখলদা নুংঙাইতবা ফাওই। য়ুম য়ৌরগদি মমশিল্লক্লুনা ঐখোয়দগী খরা চৎলগা লৈবা তিংখং লংথোক্লম্বা তোর্ব্বানগী মফমদু তান্না চত্তুনা তিংখংশিং অদু অমুক লৌথোক্লবসু কিবা পোক্লে। নুংদাংদু ঐ পূক্নীং লাঙতক্লনা লেনখ্রে।

নোংঙাল্লগা ঐনা নীংলম্বা অদুমক থোক্লে, তুরেল লৈরাইদা ঙন্না কুম্লুবী নূপী অমা তিংখংনা মখোঙদা য়ূদুনা শোক্লে। খ্বাইদগী ঙক্লিবদি অহল ওইবী নূপী অনীনা ঐখোয়দা অয়ূক ঙন্না লাক্লুনা মদুগী পাউদু ঐখোয়গী অহল-লমন্দা তম্লগা ঐবু মখোঙ চাদবগী মরমদা মখূৎ-মশা য়াওনা শাউনা চৈবা হৌরকই। নূপী অমনা হায়রকই, "অদুগুম্বা থবকপু তৌবা হৌনব্রা? ইচানুপীগী মখোঙ অদু ঈহিং-নাইহিং শাহৌরে!" ঐনা তৌবা নত্তবা থবক অদুগী য়ূমদা পাউহোম্বা লাকপা অদুদা ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে। অতোপ্পা ইমান্নবা খরনা তিংখং হুন্দোকপা মী অদুগা ঐগা মফম অদুদা উখিবদগী শোক্লিবা ইমুং অদুদা মদু ঐখোয়না তৌবনি হায়না পাউ পীরিব্রা নত্ত্রগা তিংখং হুন্দোকপা ইমান্নবা অদুমক্না মহাক মশা নাম্থোক্লবা থবক অদুগী মরালদু ঐঙোন্দা থঙজিন্দুনা মখোয়দা পাউ তমশিল্লিব্রা হায়বদু ঐ তশেংনা খঙবা ঙমদ্রে; অদুবু থৌদোক অদুনদি ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। থৌদোক অদুগা মরী লৈননা ঐসু অশেংবা পাউ অদু মখোয়দা তম্লে, অদুবু মদুদা ঐ য়াওদে হায়বা অদুমদি মখোয়না থাজবা ঙমদ্রে। পাউহোম্বা লাক্লিবা নূপী অনী অদুনা ফনা কুইনা ঐখোয়গী চুরিদা লেপ্তুনা

শাউনা থবক অদুগী পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা ঙাঙদুনা লৈরে। মখোয়না মমায় ঙাঙনা শৌ শৌ লাউনা জিদা হায়রকই, "ফত্ত্রবা চোঙলম চাদ্রবা অঙাংদু বাবুখোয়না ফজনা ৱারকপিয়ু।"

জিগা ইমাগদু য়াম্না ইকাইরে। মখোয়না ঐবু লাক্লিবা নূপী অনীদুগী মমাঙদা চৈদুনা অদুগুম্বা থবক অদু অমুক তৌহল্লরোই অসিনচিংবা হায়দুনা মখোয়বু চৎহনখ্রে। ঐনা অদুগুম্বা থবক অদুদা য়াওদে হায়বদু জিগা ইমাগনা ফাওবা থাজবা ঙমদ্রে। মখোয়না খল্লি মফম অদুগী ফত্তবা অঙাংশিংগা তিন্নদুনা ঐনা অদুগুম্বা থবক তৌদুনা চোঙলম চাদবা হৌরক্লবনি।

নূপী অনী অদু হনখ্রবা মতুংদসু মখোয়না ঐবু ফূগদবগী ধমকা তৌদুনা য়াম্না চৈরে। নুমিৎ অদুদগী ঐবু য়ুমদগী মপাল থোকহন্দ্রে, তিংখং হুন্দোকপা ইমান্নবা অদুগসু তিন্নদনবা কন্না হায়রে। ঐ থৱায় য়াম্না নুংঙাইত্রে। পুন্সীদা তিন্নবা মরূপ অমনা ফত্তবা তৌদুনা ঐবু ৱানবা শীনবা থেংনখিবসি মদুনা অহানবনি। মানা ফত্তবা থবক অদুদগী মশা নাম্বোকখ্রগা মদুগী মরাল অদু ঐঙোন্দা থৈজিল্লকপ্রা হায়বসি ঐ খন্দবা ঙমদে, মাগী পুক্নীংগী ওইরমগদবা ফীবম অদু ঐ য়াম্না খঙনীংবা পোকই, মাগা ৱাফম অদুগী মরমদা য়াম্না শেংদোক্লনীংই, অদুবু য়ুমদগী মপাল থোকহন্দবদগী ঐ মদুগী তাঞ্জা অমুক ফংখিদ্রে।

ঐবু য়ুমদগী চখোকহন্দ্রবসু ঐগা লুনা তিন্নবা ইমান্নবা খরদি ঐখোয়গী য়ুমদা ঐগা শান্নবা লাকই। মখোয়গী মনুংদা খেলচন্দ্র, ৱাকলৈ অমসুং অনৌ হায়বা মরূপ অহুমখক্তি ঐ ফজনা নীংশিংলি। মখোয লমচৎ ফজবা অঙাং ঙাক্তনি, মরম অদুনা মখোয়না ঐখোয়দা চঙলক্লুনা ঐগা শান্নরবদা ঐখোয়গী অহল-লমন্না করিসু হায়দে। থোইদোক্না মখোয়গী অহল-লমনগা ঐখোয়গী অহল-লমনগসু নক্না তিন্নে। খেলচন্দ্রগা, ৱাকলৈগদি ঐঙোন্দগী চহী হল্লি, চাউবসু ঐঙোন্দগী হেল্লে, অনৌ হায়রিবা অদুদি ঐনা চাউবা হেল্লি, চহীসু ঐনা মঙোন্দগী হল্লি। খেলচন্দ্র, হায়রিবা মীশক অদু কুলৈ কুচুনি, মশক ফজে, মায়থোঙদু ইচম চম্মী, মরৈ-মরা তৌদবা চুমদ্রীং চৎপা মীওইনি। মহাক মরিল য়াম্না লৈ, মঙোন্দা লাল্লুরবদি ফূনবদা হনবা লৈতে। করিগুম্বা মহাক মবূক ফমনবদগী পংতক তৌবা মানবা মতাংসু য়াওরকই। ৱাকলৈ হায়রিবা মীশক অদুনা কুচু য়াম্না মুই, মমায় চপ্পী, মশা পারপ তৌই, মরেপ্পা ঙম্মী। ইমান্নবা ওইনা তিন্নরবসু মখোয় অনী অদুনা ঐবু খরা অঙাংগুম লোয়নৈ। মখোয়না হায় তুরেল লৈরাইদা তিংখং হুন্দোক্লম্বা ইমান্নবা অদু মখোয় ফূদুনা ৱারক্কে, অদুবু ফূন-চৈনবা থৌদোক অদু থোকহনবা পামদদুনা ঐনা মখোয়বু খাল্লে। অনৌ

হায়রিবা মীশক অসিসু মী মুই, মখজাই পোংতক তৌই; মহাক য়াম্না চম্মী, নুংশিবা মতৌ অমা লৈ, অয়াম্বা মতমদা ঐগী ইতুং কোয়ইন ইল্লি, মঙোন্দগী চহী হুনবা অমসুং চাউবা হেনবা মরম্না ঐনা মঙোন্দা অমুক অহল শাদুনা লোয়নৈ। ঐখোয় অনীদা শান্নবদা মহাক ঐনা হায়রিবমখৈ লোইনা ইল্লি, ঐনা শান্নশি হায়বা মশান্ন খুদিংমক মহাক লোইনা হুরাউ-হুরাউ য়াই, করিগুম্বা শীংনবা, মরৈ য়েৎপগী মওঙ অমতা মঙোন্দা লৈতে। ইমান্নবা ওইনা তিন্নরবসু ঐনা মাবু ইনাউগুন্না নুংশি।

ঐখোয়না লৈরিবা ক্কারটর্স অদুগী হিঙ্গোল অকোয়বদু ফনা য়াম্না চাউই, ঐখোয়গী শান্নফম মরাং কায়না লৈ। য়ুম অদুনা হিঙ্গোলগী অৱাং থংবা জগাদা লৈরগা মদুগী মখা থংবা মায়কৈদনা খরা হেন্না পাক্লা লৈ; মদুদা মনা পূংলবা উপাল খরা হৌই, নারক ওইনা শোঙলপ তৌনা লৈ। উপালশিং অদুগী মনুংদা চাউরবা মঙ্গে পাম্বী অমসু য়াওই। ঐখোয় হিঙ্গোলদুগী মনুংদা মখল-মখা কয়াগী মশান্ন শান্নদুনা লেল্লি। শূমাঙগী অনানবা য়োংচাক মখোঙদা কাংখিন কাপ্তুনা শান্নবা, শম্বল্লৈ মরক্তা হৌরিবা উতোংলৈ পাম্বীদগী মখোঙদা কেন্দুনা তারিবা হঙ্গামপাল মচুগী লৈশিংদু খোমজিন্দুনা শান্নবা, অৱাংবা মঙ্গে পাম্বীদগী অশংবা মঙ্গে হেকপা, মনা পূংবা উপালশিংগী মথক্তা কাখৎলগা উশাশিংগী কারক্তা ঙৌনা য়াওবা উশা ময়াম পূনশিল্লগা উচেক মকোনগী মতৌগুম তোংফম শেম্বা অসিনচিংবা কয়া তৌই। ময়ামদুগী মনুংদা ঐখোয়না খ্বাইদগী নুংঙাইখিবদি অকোনবগী উথক্তা সগাই শাদুনা তোংফম শেম্বা অসিনি। কালেন্থা চঙলকপগী উশিংগী ঙৌনা য়াম্না পূংলকপা মতমদা অদুগুম্বা মশান্ন অদু য়াম্না চুশিন্ননা থোকই। অদুগুম্বা তোংফম অদু ঐখোয় তোঙান তোঙান্না শেম্নৈ। শেম্বা লোইরগা ঐখোয়না ইশা ইশাগী সগাই অদুদা তোংদুনা ঙৌনা মরক্তগী মায় অমুক উত্তুনা, অমুকসু পাকথদুনা নুংঙাইনা শান্নৈ, ঐখোয় মশেল ৱারী লীনৈ, মখল কয়াগী ৱারী শানৈ, মানা মানা শেল্লিবা তোংফম অদুনা হেন্না ফজনা শেম্মী হায়বগী ৱাখলদা ঐখোয় মশেল নাপল তৌনৈ। উপাল মথক্তা লৈরিবা সগাই নত্ত্রগা তোংফম অদুদা নল্লিবা নৌনা হেক্লুবা ঙৌনা, অনৌবা উশাশিংগী মনম অদু য়ান্নমক নুংশি, মদু ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদে। ইমান্নবশিংদু অদুম্না ঐখোয়দা অথেঙবা ফাওবা শান্নরগা ময়ুমদা হুনখি।

লাংবন থাগী থাবল ফবা নুমিদাংদা করিগুম্বা মতমদা দারীদা ইথন্তা ফমদুনা শূমাঙদা

হৌরিবা য়োংচাক পাম্বী মথক্তা শেকপীশিংনা শ্রোৎ শ্রোৎ লাউবা মখোলগা লোয়ননা পাইবা, তোংবা অদু য়েংদুনা লৈ। য়োংচাক্কী মপাল কয়া মখোয়না চীকথদুনা লৈমায়দা থাদরকপগী পোপ পোপ লাউবা মখোল তারকই। শেকপীশিংদু নুমিদাং অদুদা নুংঙাইনা শান্নরিবগুম ঐগী পূক্নীংদা ফাওই, মখোয়গী নুংঙাইবা অদুদা ঐসু মফম খঙদনা শরূক য়াবগুম নীংই। ইথক্তগী পূক্নীংদু চীক্লবা নুমিদাং অদুদা কল্পনাগী অঙকপা তাইবঙ অমদা লৈখি।

ঙহাক অসুম্না ফম্লবা মতুংদা অচীকপা নুমিদাং অদুগী অকোয়বা দৃশ্য অদুনা পূক্নীংদা ওন্ন-তৈনবা ৰাখল কয়াসু অমুক পোকহল্লকপা য়াওই। তুরেলগী নোংপোক থংবা তোর্বান্দা হৌবা ৰাপলশিং অদুগী মথক্তা থানা খজিক্তং কারক্লবসু তোর্বান অদুদি ইমম মম্না উবি, মরুম লাংশিনখ্রবা তুরেল অদুগী শক্তম অদু নুমিদাং অদুদদি অকিবা পোকই। অয়ুক-নুংথিলদা তুরেল খোঙনুং অমদি তোর্বান অদু ঐখোয়গী শান্নফম ওইরবসু নুমিদাংগী অচীকপা, মীগী মীরাউখোল তাদ্রবা মতমদদি মদুদা ওইরম্বা য়াবা অকিবা শক্তম কয়াগী মরমদা ভাবনা শাগৎলকই। অহল-লমন্না লীবা তুরেল খোঙবানগী শোরেন ফুম্ফমশিংদা তন্নবগী ৰা অদু নীংশিংলুরগা খঙহৌদনা য়াম্না কিবা পোক্লকই। মতম অদুদদি মীনা লীবা ৰারী খূদিংমক — ওইথোকপা ওইরবসু ওইথোক্তবা ওইরবসু — চপ য়ুংনা থাজে। ঐ মপান্দা অদুম্না অদুম ফম্বদু কিবা পোক্লক্তুনা ইমুংদা চঙলকই।

নোংঙাল্লগা অয়ূক্তা য়োংচাক পাম্বীগী মখোঙ অদু নুমিদাং শেকপীনা চীকথখিবা মপালশিংদুনা ইচাই চাইনা লৈরম্মী। মথক্তা মপোপ কায়দনা কেনবা কয়াসু য়াওরম্মী। মপোপ কায়দনা লৈরম্বা মপাল অদু খূল্লগা চেকশিন্না শিংজু চানবা থম্মী। মদুগী মতূম তাবা শক্তম অমসুং মনম অদুনা ঐঙোন্দা অঙকপা নুংঙাইবা অমা পী; মদু য়াম্না মমল য়াম্বা পোৎকুম্না খল্লি।

অফিসতা থোকপা থৌদোকশিংগী মরমদা ঐনা কাউঙমদবা খরসু লৈ। অফিসকী চৎনবী, থবক-থৌরম কয়াগী মরক্তা য়াওন্নদুনা চাউরকপদগী মখোয়গা ইশাগী পুন্সীগা ওইশিন্নবগুম খনবা, মরম খঙদনা নুংশিবগুম্বা ৰাখল অমা ঐঙোন্দা মতম চূপ্পদা কন্না লৈ। ফোরেষ্টকী বিট অফিসশিং অসি প্রজা মীওই কয়াগা শম্নবগী হৌনবা থোকহন্নীংদবা থৌদোক কয়াসু থোকই। মরু ওইনা নুমিদাংগী মতমদা শীং-উ তূমিন্না মাসুল থীদনা গেট

লান্না চৎখিবগী ৱাথোক কয়া থোকই। মতম অদুদদি ফোরেষ্টকী মীওইশিংদা শক্তি য়াম্না পীরম্মী; মখোয় খাকীগী ফিজোল ঙাক্তা শেৎলি। অফিসতা নোংমৈ থম্মী। মাসুল থীদনা তূমিন্না গেট লাম্থোক্তুনা চৎপা কাঙবু অদু দণ্ডি তৌবা ওইনা মখোয়গী শনগাড়ি কয়া অদু হুনহল্লক্লগা গেট লোনশিন্দুনা কুইনা পরেং শানা চৎহন্দনা থম্বা য়াওই। মতিক চাবা কেসনচিংবা লৌখত্তুনা মখোয়দা ফাইন তৌই। লমহেল্লবদি করিগুম্বদা মখোয়বু ফূ-চৈদুনা ৱারকপা ফাওবা য়াওই।

নুমিদাং ঙল্লিঙৈদা (অথেঙবদদি গেট লোল্লি) শীং পুবা শনগাড়ি ৱালাশিংনা মাসূল থীদনবা তৌবা চালাক অমা লৈ। মখোয়না গাড়ি মথক্তা তূমশিন্নদুনা চৎলি, অদুগা গেট মপা লাম্থোকপা অদু খঙশিন্নদবা শাই। সড়ক্তগী পংলাপ লাপ্তুনা লৈরিবা ঐখোয়গী ক্বারটর্স অদুগী মনুংদদি অচীকপা নুমিদাং অদুদা সড়ক্তা শনগাড়ি চৎপগী ক্রেক ক্রেক লাউবা মখোল অদু হেক্তা তায়। করিগুম্বা চাকশঙদা লৈরিঙৈদদি অদুম্না চৎখিবদু তাহৌদবসু য়াওই। নোংমদি মখোয়না অসুম্না শীং পুরগা তূমিন্না হূরা৲দুনা গেট লান্না চৎপা অসি ফাগদবগী গার্ড অনী অদু থৌরাঙ তৌদুনা লৈরে। নুমিৎ অদু থামম্বা নুমিৎনি। মখোয় ফি অমমম ইনশিন্দুনা সড়ক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ।

জিদি অফিস কাদা ফমদুনা থবক শূদুনা লৈ।

ঙহান্কী মনুংদা গুলাব হায়বা গার্ড অদুনা শনগাড়ি ৱালা অহুমখক ফা৲দুনা অফিস কাদা পুশিল্লক্রে। মখোয় অদু গার্ড অনী অদুগা খরা খৎনরকপা মাল্লি। মনীং থ৲না চঙলকপা কোয়েৎ য়েৎপা, মী খরা পীকপা, চহী মীয়ায় ওইনা তৌবা শনগাড়ি ৱালা অমদি তশেংনা শূৎ শূৎ কপ্লে।

খাকীগী ফিজোল শেত্তুনা অফিসকী চৌকিদা ফম্লিবা জিনা মাগী টেবল মমাঙদা লেপ্লিবা শনগাড়ি ৱালাশিং অদুদা কিহন্দুনা হায়রকই, "নখোয় হৌজিক চৎপা য়াররোই, অহিং 'সিদা লৈবা তাই। হয়েং নোংঙাল্লগা নখোয়বু পুলিসতা শিন্নগনি।"

জিগী টৈবল মমাঙদুদা মখোয় কিবনা থক থক নীক্লা লেপ্তুনা লৈরে। মনীং থংনা চঙলকখিবা, ফীবম কয়া চাদবা নূপা অদু হৌজিকসু কপ্লি। জিদু মায়থোঙদা অশাউবা উৎলবসু মাগী মতৌ অদু উবদা পূক্নীংদদি নোক্নীংবগুম তৌনা হায়রকই, "করিনো নঙনা তৌরিবা অদু, কন্নানা নঙোন্দা কৈদৌরে?"

নূপা অদুনা ফি মচীনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই, "সিফাই অতেনবা অমনা

ঐখোযবু খামদুনা ফুবিবনি।"

মানা "সিফাই অতেনবা" হাযবিবা অদু খাকী শেংপা মী খরা নেম্বা ফোরেষ্ট গাৰ্ড বীব হাযবা অদুনি। মহাক্তু খবা ফিংই। মখোযনা শীং পুবগা তুমিন্না গেট লান্দুনা চৎপদগী ফাবদা নুপা অদুনা কবি হাযকম্বদগীনো খঙদে বীবনা মাবু খবা ফুরকপা মাল্লি।

জিনা মাগী মতৌ অদু উবদা বীববু মাগী কাদা কৌশিল্লে।

বীব জিগী অফিস কা অদুদা চঙলক্তুনা লেপ্লবে।

জি ওইবমগদবা ফীবম অদু মপূক্লীংদা ভাব তাবে, মহাক্লা কয়া খঙজিন্নদবা মতৌদ নুপা অদুদা হংলকই, "যেংউ, নহাকপু ফূবকপা মী অদু মশক খঙব্রা? মহাক মানব্র যেংউ।"

নুপা অদুনা ফি মচীনা মপি অদু অদুম তৈথোক্লদুনা কিথী কিকম তৌনা বীবদা ফম্লগ যেংলগা জিদা অমুক ওনশিন্দুনা হাযবকই, "বাবু অমম্বা অদুদা তশেংনা মশক খঙবদি ঙমজহৌদ্রে, ঐঙোন্দা ফুবকপা মী অদু সিফাই অতেনবা অমনি হাযবদি খঙই।"

জি মপূন্নীংদদি নোক্লীংলে। মহাক্লা বাফম অদোমদা শাংথবা তৌদনা মখোযদা শী পুবগা অদুম্না মতুং মনাউ অমুক লোন্না চত্তনবা হাযবগা মাসুল থীহল্লগা থাদোকখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা গেট মযাদা পবে শানা থিংদুনা লৈবম্বা শনগাডিশিং অদু চৎখিবগী ক্রেক ক্রেক লাউবা মখোল তাবকই।

মখোয চৎখ্রগা জিগা বীবগা থৌদোক অদুগী মবমদা ঋবী শানহৌই। ফুন-চৈনব থোকপা অদু ফত্তে খল্লবসু নশেংবদি মখোযগী মতৌ অদুদা অদুম্না খবা ঋবকপগী দবনাবসু লে হাযনা জিনা খল্লি। মহাকসু মী খৎনগনবা, ফিংবা শাউগনবা মীওই অমনি মহাক্লা থৌদোক অদুগীদমক বীবদা হোইনা ঙাঙবা তৌবক্তে। কপকনবা নুপা অদুগী মতৌ অদু নীংশিংলগা মখায নোকসু নোক্লীংই, অদুগা শাউসু শাউনীংই।

ক[illegible] অদু সবকাবগী নিজর্ন ফোরেষ্ট এরিযাদগী নামহনবা মীওইশিংনা শীং-উ, উচান যানথৎপগী অচৌবা ঋথোক কযা থোকপা যাওই। জিগা গার্ড অনী অদুগসি মখোযগ থবকন[illegible] [illegible] [illegible] ইবগী ফিংনা, শাউগনবা অগাননা তৌবকপদা খাঙব [illegible] মগী অমা মখায়[illegible] লৈ মখোযনা উ যানথৎলিবা মীশিং অদুদা অহানবদা ফন্ডন হাযদুনা [illegible] কবি [illegible] অদুদ অদুম চৎখবদি অচৌবা পুলিস ফোস পুদনা মযামদুদা [illegible] মযাম্সু পুন্না যাদনা অচৌবা বাথোক থোকপা যাওই। মবী

লৈনবা মীওইশিংনা অফিসতা লাক্লগা শাউবা, লাউ-খোংবনচিংবা কয়া তৌরবা য়াওই। অসুন্না ফোরেষ্ট সার্ভিসকী অরুবা, মীকূপ-নাহুম শিংনা লৈতবা য়াদবা মওঙ কয়া লৈ।

অফিসকী থবক থৌরমশিংদা ৱা থোকপা মতাংদা করিগুম্বদা পূক্লীং লাঙতক্লরবসু ঐ অয়াম্বা মতমদা শান্নবদা পূক্লীং চঙদুনা নুংঙাইনা লেল্লি। য়ূমদা তল্লিবা লাইরিক অদু পাদুনা লেনবসু য়াওই। য়ুমদা অহল-লমন্না তম্বীবা অদু চাংনাইদবদগী পেন্দবা য়াওরকই। ইমান্নবা খরদি ঐখোয়গী মনীংদা নক্লা লৈবা ওজা অমদা সন্ধ্যা মতুংদা হেক হেক প্রাইভেট তম্মী। মখোয়না তল্লিবা অদু ঐ য়াওনীংবনা খাঙবা ঙমদে। নোংমদি ঐনা শ্লেটকা লাইরক্কা পুরগা ইমান্নবশিং অদুগী মরক্তা ওজা অদুগী মনাক্তা লাইরিক তম্বা য়াওবা চৎলে। ঐগী মতৌ অদুদা ওজা অদু ঙক্লে। মহাক্লা ঐঙোন্দা নুংশিবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা য়েংলদুনা হায়রকই, "য়েংউ, ইবুংঙো, নহাক্লা করিগুম্বা লাইরিক তম্বা অসিদা য়াওনীংলবসু বাবুখোয়গা হান্না ৱারী শাখিগদবনি, মখোয়গী মৱা তাদ্রবদি হৌনদে।"

ওজা অদুনা হায়রিবা অরুবা মনুংগী ওইবা ৱাফম — শেল-থুমগী, ঐখোয়গী অহল-লমন্না ঐবু মঙোন্দা লাইরিক তমহনবা পাম্ব-পামদবা অসিনচিংবগী মরমদা ঐ করিমতা ভাব তাবা ঙমদে। নুমিৎ অদুদি ঐ মাগী মনাক্তা ইমান্নবশিংগা লোয়ননা লাইরিক তম্বা অদুম য়াওরে। ওজা অদুনসু ঐবু মখোয়গা লোয়ননা হরাউ-হরাউ তম্বী।

ৱাফম অদু ঐ অহল-লমন্দা ফাওবা তমখোক্লে। মদু নাতে চাদবা থবক অমনি হায়বদু ঐ কোন্নতা ভাব তারকই। ওজা অদুনা ঐবু লাইরিক তম্বা য়াওহন্নীংদবগী ৱা নত্তে, অদুম্না তৌবদু মঙোন্দা ইকাইবদগীনি। মদুগী মতুংদা ঐ য়ূমদা অহল-লমন্না তাকপিবা অদুতা ইথক্তা অমুক ঔরাইবা হৌরে। লাইরিক তম্বা হায়বসি অৱাবা থবক অমা ওইরবসু অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদদি য়াম্না নুংঙাইবা অমগুম খল্লি। পুক্নীগী অনৌবা থৌদাং অমা পায়খৎপগী নুংঙাইবা রাগ কয়া লৈ।

ঐবু অহল-লমন্না য়ুমদগী য়ারিবনখৈ মপাল থোক্তনবা হায়রবসু ঐ তূমিন তূমিন্না য়ূমদগী চথোক্তুনা শান্নবা হৌরক্লে, অদুদগী কোয়দি নীংতম্না ইমান্নবশিংগা লোয়ননা কোয়চৎ চৎপা, লম্পাক্তা শান্নবা, লৈকাইদা, তুরেল খোঙবান্দা চৎপা, করিগুম্বদা ইথক্কী অহলশিংগী মতুং ইন্দুনা লমলাই তান্না খোঙনা চৎপা অসিনচিংবা কয়া অমুক তৌবা হৌরকই। চাউরক্লবা নুপামচা অমধু য়ুমদা কয়া কুইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমগনি? করিগুম্বা ফত্তবা থৌদোক নত্ত্রগা সমস্যা কয়া অমুক থোরক্তবদগী ঐখোয়গী অহল-লমন্না ঐবু

লাকশিল্লম্বা অদু পুরা কোমথোকখ্রে। অসুন্না ঐ খুঙ্গঙদা লেনবা পুম্নীগী চপ চাবা নুংঙাইবা অদু অমুক ফংবা হৌরকই।

মতম খরা হৌখ্রে।

ঐগা খ্বাইদগী লুনা তিন্নদুনা লোয়নবা অসি অনৌ হায়রিবা মীশক অদুনি। ঐনা কোয়বা, শান্নবা চৎপা খূদিংমক্তা মহাক ঐগী ইতুং ইন্দুনা য়াওই। অসুন্না লোয়নরম্বদগী মতম খরা লৈরগদি মহাক থোরকখিদ্রে। ইমান্নবা অতৈনা হায় মহাক নারে, অদুনা মপাল থোরক্তবনি। নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা ঐখোয়গী অৱাং ওইরম্বা লৈরিবা মখোয়গী ময়ুমদা কপ্প-লাউনবা, পূং-ঝাল য়ৈবগী মখোল অমা তারকই। মীশিংনা হায়নরকই অনৌ হায়রিবা ঐগী ইমান্নবা অদু লৈত্রে। মদু তাবদা ঐগী পুক্নীংদা থুক লাউরকই, পুম্নীগী অহানবা ওইনা অশিবা থেংনবগী নুংঙাইতবগী অকনবা চৈনা অমা থম্মোয়দা ফাওবা হৌরকই। মী শিবগী ৱারী অসি অহল-লমন্দগী তাখ্রে, অদুবু কনাগুম্বা অমা শিবগী থৌদোক্তি কৈদৌঙৈদসু থেংনখিদ্রি, ঐগী নুংশিরবা মরূপ অমবু পুখ্রিবা অশিবা হায়বদু তমথিখ্রবা, কিখ্রবা মূর্ত্তি অমগুম ঐগী ৱাখলদা উরকই, মূর্ত্তি অদুগী খূৎনা ঐগী চহী নৌরিবা ইমান্নবা অদুবু খঙহৌদনা লাক্তুনা পুখিবগুম নীংলকই।

ঙহাক্কী মতুংদা সড়ক্তা পূং-ঝাল য়ৈদুনা, ঈশৈ শক্তুনা ফি অঙৌবনা কুপ্পা অশিবা হকচাং য়াওরিবা কু অদু পুদুনা থোরক্লে। অনৌগী মমা, ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা খোঞ্জেল ৱাংনা, থম্মোয় শোক্না কপ্তুনা অশিবা পুরিবা অদুগী মতুং ইন্নরকই। মতমদু কালেন চঙলকপা মতমনি। অয়ূক্কী পূং তরামাথোইমুক তারে। অতিয়াদু অমুবা লৈচিলনা চোইজাইননা খুমখিদুনা নুংশা থোরক্তে। অকোয়বদা উরিবা শক্তমশিং, পূং-ঝাল য়ৈবা, ঈশৈ শকপগী মখোল তারিবা মফম পুম্নমক অদু করিগুম্বা অৱাবগী মমি অমনা লুমশিনখিবগুম তৌরকই। সড়ক্তা চৎলিবা মীশিং, অনকপদা লৈরিবা মীশিং পুম্নমক অশিবা পুথোরকপগী দৃশ্য অদু উবদা মায়থোঙ মকালামদনা উই।

ঐসু মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা অশিবা পুথোরকপা অদু য়েংদুনা লৈ। ঙহাক্কী মতুংদা অশিবা অদু ঐখোয়গী মমাঙগী শম্বক্লে ৱাংমদা লৈবা তুরেল খোঙবান তাবা লম্বী অদুদা পুথখ্রে। কপ-লাউবগী খোঞ্জেল অদু মফম অদুদনা হেন্না হৌনা তারম্লগা তপ্না তপ্না থাপ্তোকখ্রে। ঐ য়ুমগী মৈরম পাংনা শম্বল মরুমদা লেপ্লগা মখোয়না চৎখ্রিবা তুরেল খোঙবান অদু তম্না অমুক য়েংলকই। নুমিৎ অদুদি ঐখোয়গী শান্নফম ওইরিবা তুরেল খোঙবানগী শক্তম

অদু খঙহৌদনা খংহোং হোংখিবগুম তৌরকই। শীং পৈরিবা মোংফমময়াদা লাউ-খোংদুনা, তেংথাদুনা কপ্লিবা অশিবা ইমুংগী নুপীশিংগী খোঞ্জেলদু তুরেল ৱাংমদগী খোঙ্থাঙ য়ৈরকপগুম তৌরকই। খঙহৌদনা ঐগী মীত্তা পিগী ঈরানা কূপশিনখি, মাঙদা উরিবা থৌদোক খুদিংমক অদু মশেন-মরান উরকই। অদুদগী ঙহাক্কী মতুংদা মোংফমদা পৈরিবা শীং অদু চাকপগী অঙাঙবা মৈরি খরা উরক্লে, মদুদগী মরী মরী কারকপা অমুবা মৈখুনা অতিয়া তন্না ৱাংনা হাইগৎথিল্লি। মতম অদুদদি ঐগী মীত্তা চেল্লম্বা পিরাং অদু খঙহৌদনা খজাইদা চেন্থখি। অঙাঙবা মৈরি অদু ঐগী নুংশিরবা মরূপ অদুবু চাকপগী মৈরিনি হায়বদু খল্লুবদা অকি-তুজুংবা পোক্লকই। ঐ দৃশ্য অদুবু য়েংবা ঙম্লক্তে, শিববু হেন্না হেন্না কিবা পোক্লকই। মীওইবগী পুন্সীদা অদুগুম্বা থৌদোক অমা থোকপা অদু য়াম্না ঙকপা, থাজদবা অমা ওইনা থোকই। অহাঙবা তূরেল খোঙবান অদুদা অঙাঙবা মৈরিদুনা নুংশিংকা লোয়ননা মৈচাক ফন্না চাকপা হেনগৎলকই। ঐ ঙহাক নুংঙাইতনা য়েংলম্লগা ইমুংদা চঙলক্লে।

পোৎলোইবা লোইরবা মতুংদা মং কূম্লুবা মীশিং অদু য়োৎপাক, থাঙজৌ, বালটিন্নচিংবা পায়দুনা মরী মরী ঐখোয়গী শম্বল ৱাংমগী লম্বী অদুদা কানখিবা অদু ঐ উহৌই।

নুমিৎ অদুদি ঐ থৱায় নুংঙাইতবদগী শান্নবা চখোক্লে। মাঙ্গোল মচী অমদা ফমদুনা ফনা কুইনা ৱাখল খন্দুনা লৈরে। ঐখোয়না ৱাইখোংদা লৈরিঙৈদা নোংমা জিগা ঈরুজবা চৎমিন্নবদা মহাক্না হায়খিবা ৱাফম অদু ঐ নীংশিংলকই, "শিরবদি অহাউবা পোৎসু চাবা ফংলরোই, ফজবা ফিরোলসু শেৎপা ফংলরোই, শান্নবসু ফংলরোই, ইমা-ইপাসু উন্নররোই।" ঐগী নুংশিরবা ইমান্নবা অদুসু তাইবঙপালগী নুংঙাইবা খুদিংমক ফংলরোই, সংসার অসিদা মাগী শরূক য়াবা লোইখ্রে, সংসার অসিদগী মানা ফংনীংঙাই করিসু লৈত্রে হায়না ঐনা খনবা হৌরকই।

পোৎলোইবা লোইখ্রগা ঐনা য়ূমগী মৈরম্লোমদা লৈবা শম্বল মরুমদগী তোর্বানলোমদা য়েংলুবদা ঙসায় মৈরি ঙাঙনা চাক্লম্বা ইমান্নবা অদুগী মোংফমথক্তুদা চফূ অমা য়ান্দুনা লৈবা উরি।

মথংগী নুমিত্তসু ঐ শান্নবা চখোক্লে। হিঙ্গোলগী অকোয়বা অদুদা ঐ ইথন্তা শান্নদুনা লেপ্লে। ঐনা হিঙ্গোলগী মখা থংবা মায়কৈদা লৈরিবা মঙ্গে পাম্বী অমদি অতৈ মনা পূংলবা উপালশিং হৌরিবা মফম অদুদা চঙলুবদা মনা পূংলবা উ অমগী অচৌবা

মশাশিংগী কারক্তা লৈখিদ্রবা ইমান্নবা অদুনা নাদ্রিঙৈগী মমাঙদা শারম্বা সগাই অমা উরুরে। সগাই শাবদা শীজিন্নরিবা অথেকপা উশাশিংগী মনাশিং অদুদি ইখুই খুইরে। মদু উবদা ঐ থুক লাউরকই। ঐনা খঙহৌদনা খল্লকই, "মহাক কৈদৌঙৈদসু মফম অসিদা লাক্তুনা মাগী সগাই অসিদা অমুক তোংলররোই।" সগাই অদুবু মহাক হিংলম্বগী খূদম অমা ওইনা উরকই। "সংসারদা শিথ্রবা মী অমনা করিগুম্বা থরদি থনম্মী, অদুবু মখোয়দুগী মপু ওইনদি মহাক কৈদৌঙৈদসু অমুক লাক্লরোই," মসিতমক ঐনা মমি-শামি ওইনা মতম অদুদা খনখি।

মতম কুইনা মা কায়নবগী মৈচাক অমা থম্মোয়দা লৈরম্মী। শান্নবা খূদিংমক্তা মাগী মফম অমা ইহাও হাঙবগুম তৌই।

নোংমা নোংমা হৌথ্রে। অয়ূক্তা লাইরিক ঙহাক তৌরগা নুংথিলদা শান্নবা অসিনি ঐগী নোংমগী থবক, মদুগী থোইনা অহোংবা লৈতে। করিগুম্বদা ঐনা ফংদবা শান্নপোৎশিংবু পাম্বগী ঈখৌলাংবা অমা থম্মোয়দা কন্না পোক্লকপসু য়াওই। ঐগী খূত্তা অচাপোৎ চানবা পৈশা মরি, আনা নত্ত্রগা শিকি অমা পায়বদগী হেন্না পায়দে, শান্নপোৎ খূদিংমকপু পেন্না নীংথুংনা লৈবগী খুদোংচাবা ফংদে। অদুগা অহল-লমন্দা ঙমখৈ নাইদ্রবা ঐগী অপাম্বা পোৎ খূদিংমকপু লৈহন্নবা হায়বসু ওইথোকপা নত্তে। পূক্নীংদদি মখোয় কয়াগী অপাম্বদু অদুম লৈ। অপাম্বদু খাঙদুনা লৈবা ঙম্বসু য়াওই, করিগুম্বদা খাঙবা ঙম্বগী ঙমখৈ লাহোরক্তুনা করিগুম্বা উপায় অমনা ঐগী অপাম্বা পোত্তু ফংনবা হোৎনবসু য়াওই। নোংমদি ইমান্নবশিং খরনা কাংখোঙ পানবা উগী গাড়ি অমা মী তোংলগা চিংদুনা শান্নবা ঐনা উরুরে। অদুন্না শান্নবা অদু য়াম্না নুংঙাইরমগদবগুম ঐগী পূক্নীংদা ফাওরকই। ঐ গাড়ি অদু য়াম্না পাম্লকই, মদুগী মপু ওইনীংলকই। মখোয়গী মনাক্তা চুম্না য়েংবা নত্ত্রগা শান্নবা খরা য়াওবা অদুনা ঐ পেল্লক্ত্রে। গাড়ি অদু মতৌ করন্না ঐগী ওইবা য়াগদগে হায়বসি ঐ য়াম্না কন্না খনবা হৌরকই। গাড়ি মপু ওইরিবা ঐগী ইমান্নবা অদু খুঙ্গঙদুগী লাইরবা ইমুং অমগী অঙাংনি। ঐনা ইথন্তা খল্লি মঙোন্দা গাড়ি অদুগী চপ চাবা মমল পীদুনা মদু লৈগে হায়রবদি মহাক য়ারকপসু য়াই। মদুগী মমলদু মতমদুদা চাউরাক্না লূপা অনীদগী মঙা ফাওবগী মনুংদা ওইবা য়াই। অদুবু শেল অদুদি ঐগী খূত্তা লৈতে, মদু অহল-লমন্দা পীয়ু হায়বগী থৌনাসু ঐঙোন্দা লৈতে। ঐ মদুগী মরমদা নোংমা নীনি ৱাখল মুন্না খল্লে। লৈবা নত্তনা মদু ঐগী ওইবা য়াবা মরম থিরকপদা ঐগী শান্নপোৎ কয়াবু নীংশিংলকই,

মতম অদুদা ঐখোয় অঙাংশিংনা পোৎকা পোৎকা ওন্নবা অসি করিগুম্বদা হেক হেক তৌনরম্মী; করিগুম্বা গাড়ি মপু অদুনা মানা পাম্বা ঐগী শান্নপোৎশিং খল্লগা মখোয়দুগা মদুগা ওন্নসি হায়বা য়ারবদি মদু ঐগী ওইবা য়াই হায়বা ৱাখল অসি ঐ খনবা হৌরকই। ঐগী শান্নবা রিং, ফুটবোল, বেদমিন্টনগী রেকেট অসিনচিংবা লৈ। মখোয় অমমমগী মমলদু য়েংউরগা গাড়ি অদুগা ওন্নবা য়াবা ঙাক্তনি।

নুংথিল ইমান্নবা অদুগী ময়ুমদা চত্তুনা মাগী গাড়ি অদুগা ঐগী শান্নপোৎ খরগা ওন্ননীংবগী ৱাখল অদু মঙোন্দা ফোঙদোক্লুরে। ঐনা মঙোন্দা হায় মানা পাম্বা ঐগী শান্নপোৎ অমা-অনী খল্লগা মাগী গাড়ি অদুগা ওন্নবা য়াই। ইমান্নবা অদু মরু লুকথদুনা ৱাখল খল্লকই, ঐনা হায়রিবা অদু মহাক কয়া য়ানীংদবগুম তৌনা উরকই। অদুদগী ঐনা ঐগী অৱৈবা অহেনবা ফুরিৎ-ফিরোল খরগা মদুগা ওন্নসি হায়না অমুক মঙোন্দা হায়রকই। মদুদদি মহাক খরা য়ানীংবগুম তৌরকই। ঐ কোন্নতা খঙলকই নংলবা ইমান্নবা অদুদদি শান্নবা পোৎশিং অদুদগী শেৎন-চানবা ফিরোলশিং অদুনা য়াম্না হেন্না মরু ওই, মখোয়দুনা হেন্না মহাক্না পাম্মী।

মহাক্না হায়রকই, "গাড়িসি ঐখোয়গী তাদনা শাবীবনি, ঐ মঙোন্দা অমুক্তংদি হংখিগে।"

মহাক্না কৌথোক্তুনা মাগী ময়াম্বা ফুরিৎ লীত্তবা, খুদৈ শেৎপা পাখং অমা থোরকই। মঙোন্দা ঐখোয়না ঙাঙনরিবা ৱা অদুগী মরমদা খঙহল্লে। মহাক অহানবদা মদু তাবদা খরা ঙক্লা থোকই; ৱাখল হাইফেৎ খন্থরকই; অদুদগী মহাক্না ঐনা পীগদৌরিবা অকক্নবা ফুরিৎ-ফিরোলগী মশীং অদুগী মমলদু চাউরাক্লা পারকই (ঐ মশীং অদুদি নীংশিংবা ঙমদ্রে), অদুগা হায়রকই, "ফরে, মখোয়দু লৌরুরো হান্না অমুক্তং য়েংখিগে।"

ঐনা হরাউনা য়ূমদা চেল্লক্তুনা ঐগী অহেনবা ফুরিৎ, মোজাফুরিৎ, খোঙ্গ্রাউ অহুম-মরি য়োমদুনা পুরগা মখোয়গী ময়ুমদা অমুক চৎলে।

ইমান্নবগী ময়াম্বা অদুনা ঐনা পুরকপা ফিরোলশিং অদু অমমমতা ওইনা পায়খত্তুনা, মখোয়শিংদু কয়া য়াম্না ফরিবগে, হল্লিবগে হায়বদু মুন্না য়েংলকই। মাগী মায়থোঙদা অপেনবগী মতৌ উৎলকই, অদুদগী মহাক্না হায়রকই, "ফরে, গাড়ি অসি নহাক পুজগ্রো য়ারে।"

ইমান্নবগী ময়াম্বা অদুনা ঐগী ফিরোলশিং অদু লৌহৌরবা মতুংদা ঐনা গাড়ি অদুগী

মমাঙদা কিরিবা থৌরী অদু পায়দুনা সড়ক্তা মখোল হৌনা চিংদুনা পুরক্লে। ঐনা মায়থোঙ হুমাং কানা, অচৌবা লন অমা ফংলকপগী মতৌগুম নুংঙাইনা, পুক্নীংদা হরাউবগী ঈথক অমগা লোয়ননা গাড়িদু সড়ক্তা চিংলকখিবদু ঙসি ফাওবা পুক্নীংদা ফজনা নীংশিংলি। মদু সড়ক্তা চিংবগী মখোল অদুনা ঐঙোন্দা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা অমা পীখি।

ঐনা গাড়ি অদু গ্রোং গ্রোং লাউনা য়ুমগী কোম্বোঙদগী চিংশিন্দুনা পুরকপদু উবদা ইমানা ঐঙোন্দা ঙক্না হংলকই, "ইবুংঙো, মদুদি মতৌ করম্না কদায়দগী পুরক্লিবনো?"

ঐনা চুরিদা গাড়ি অদুগী ময়াদা লেপ্লগা ঙহাক খুম্ফ ম খঙদনা তুমিন্না লৈ। ঐনা তৌরুরিবা থবক অদু অহল-লমন্না চৈরকপা য়াবা থবক্সি হায়বদু পুক্নীংদা ফাওরকই; ঐ কিথী-কিরুম তৌনা লৈ।

ইমানা মদুগী মরমদা অমুক্কসু থৌদুনা হংলক্লে।

ঐনা গাড়িদুগী মনাক্তা অদুম লেপ্পুনা কিথী-কিরুম তৌনা ঐগী ফুরিৎ-ফিরোল খরগা মদুগা ওন্নরকপগী ৱাদু মঙোন্দা তম্লে।

ইমানা ঐগী মতৌ অদুদা ঙক্না ঐঙোন্দা মদুগী মরমদা হেন্না কুপথনা হংবা হৌরকই, অদুগা হায়রকই, "করিনো, ইবুংঙো, নঙনা তৌরিবসি? নঙগী ফিরোলশিংদু য়াম্না ফরিবা ঙাক্তনি। করিগী অদুম্না ওন্নরক্লিবনো?"

ঐনা তৌরিবা থৌদৌ অদু অহল অমগী মীৎয়েংদদি নাতৈ চাদবা থবক অমনি। অদুবু ঐনা গাড়ি অদু পাম্না তৌবা মতৌ অদু উবদা ইমানা ঐঙোন্দা চৈদি চৈরক্লে; মহাক্না ঐবু থেমদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, চৎলো, গাড়ি অসি নমান্নবা অদুগী ময়ুমদা পুদুনা চৎলগা নহাক্কী ফিরোল অদু অমুক পুরকউ।"

ঐ মানা হায়বা অদুদা হনগৎনা খুম্বসু ঙমদ্রে, তৌফম খঙদনা গাড়িগী থৌরী অদু পায়দুনা লেপ্পুনা লৈরে। ঐনা পাম্না পুরকপা গাড়ি অদু অমুক পীথোকখিগদবদু নুংঙাইতনা খল্লি, অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্তা ফিরোলদুগা ওন্নদুনা পুরক্লিবা গাড়ি অদু অমুক হন্দোক্নরসি হায়বদু ঐ য়াম্না ইকাইবা পোকই।

জিসু ঙাঙনরিবা অদু তাদুনা ইমুংদগী থোরক্লে, মহাক্নসু গাড়ি অদু মপুদা পীরুরগা ঐগী ফিরোলশিংদু পুরক্লবা ঐঙোন্দা হায়রে।

ঐ পুক্নীং হম্বনা গাড়ি অদু মমায় লৈথোক্নুনা অমুক ইমান্নবদুগী ময়ুমদা চিংনবা থৌরাঙ তৌরকই।

ঐগী মতৌ অদুদা জিনা নুংঙাইতবা মান্না হায়রকই, "ফিশিংদুগী মহুত্তা পৈশা ওইনা পীরগা গাড়ি অদু লৈগে য়াব্রা হংলকউ। মখোয়না য়ারবদি অপাম্বা মমলদু পীরম্লগা গাড়ি অদু অমুক পুরকউ।"

মাগী অকোনবা ৱাহৈ অদু তাবদা ঐ পুক্নীংদা নুংঙাইবা পোক্লকই।

ইমানা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঙাইখো, ঐগা চৎমিন্নরগা জ্ঞান তানা ঙাঙনসি।"

ঐ ইমাগা লোয়ননা ইমান্নবা অদুগী ময়ুমদা চৎলে। মহাক্না ইমান্নবা অদুগী ময়াম্বদুগা জ্ঞান তানা ৱারী শারগা ঐগী ফিরোলশিং অদু মখোয়দগী অমুক লৌরে অদুগা মখোয়গী গাড়ি অদু মমল পীরগা লৈনবা ঙাঙনরে। ইমানা মখোয়দা পৈশা খরা পীরগা গাড়ি অদু লৈরে। মানা পীখিবা পৈশা অদু কয়ানো হায়বা অদুদি ঐ নীংশিংবা ঙমদ্রে। অদুবু ঐ মসিমদি ফজনা নীংশিংই ইমান্নবা অদুগা ময়াম্বা অদুগা পৈশা ফংবদুদা ফি ফংবদুমুক অদুম হৃাউই। মখোয় ঐখোয়না তৌরিবা থৌওঙ অদুদা করিমতা শাউবা নত্ত্রগা নুংঙাইতবা তৌদে।

ঐ হান্নগুম গাড়িদু সড়ক্তা অমুক চিংদুনা লাক্রে। মতম অদুদদি ঐ পুক্নীং ৱাইশংনা গাড়িদুগী অশেংবা মপু ওইবগী নুংঙাইবা নাপল অমগা লোয়ননা য়ুমদা লাকই।

নোংমা মেরা থাগী নুমিৎ য়ুংলমদাই মতমনি। ঐগী ইমান্নবা খেলচন্দ্রগা ক্বাকলৈগা ঐবু শান্নবা হৌবা লাকই। ঐখোয়না য়ুমগী মনীংদা লৈবা সড়ক অচৌবা অদুদা অসুম চৎপদা সড়ক ময়াদা মমায় নোংপোক ওন্দুনা লৈবা দুকান অমদগী অঙাং খরনা বম্বুলা লৈরগা সড়ক ময়াগী নাপী মথক্তা থাদুনা লৈবা উরুরে। মতমদু দুর্গাপূজা লোইখিবগী অরেম্বা বম্বুলা কয়া দুকান্দুদা য়োল্লি। ঐ মখোয়না তৌরিবা অদু উরুবদা বম্বুলা য়াম্না থানীংবা পোক্লকই। অদুবু বম্বুলা লৈনবা পৈশাদি ঐঙোন্দা অমতা য়াওদ্রে, ঐঙোন্দা য়াওরম্বা শিকি অমদি ইমান্নবা অনী অদুগা হান্না অচাপোৎ লৈদুনা চাথোকখ্রে। ঐ য়ুমদা অমুক চঙদুনা অহল-লমন্দা পৈশা পীয়ু হায়রুগদবদু কিরে। বম্বুলা থানীংবগী ময়াই অদুনা ঐনা দুকান অদুদা চঙদুনা মপুদুদা পৈশা অনী পীবা বম্বুলা অনীখক শোৎকে হায়রুরে। মী পীকপা অহল ওইরপ তৌবা দুকান ফম্বা মীশক অদু ঐবু য়াম্না লুনা তৌই, মহাক্না ঐনা শোৎকে হায়বদু থোইনা চিংনবা লৈতনা য়ারকই। মানা পীরকপা অঙাঙবা বম্বুলা অনী অদু ঐনা হৃাউনা লৌদুনা সড়ক ময়াগী নাপী মথক অদুদা থারে। মখোয়না মখোল হৌনা পোকখায়রগা নাপী মথক অদুদা ইচাই চাইখায়না লৈবা অদু উবদা পুক্নীংদা হায়নীংঙাই

লৈতনা নুংঙাইবা পোকই, মী অতৈনা থারম্বগী মখোলদগী ঐনা থাবগী মখোল অদুনা হেন্না হৌবগুম নীংই, ঐনা থাবগী মখোল অদু তাবদনা য়াম্না হেন্না নুংঙাইবা পোকই।

বম্বুলা থাবা অদু লোইরবা মতুংদা ঐ ইমান্নবা অনী অদুগা লোয়ননা তুরেল্লোমদা শান্নবা চৎলে। তুরেল য়ৌরগা মখোয় অনী ঈশিংদা কুমথদুনা ঈরোইদুনা শান্নবা হৌখ্রে। ঐদি তোর্ব্বান্দা ফমদুনা মখোয়গী মতৌ য়েংদুনা লৈ। তোর্ব্বানগী নাকল অমদা অতোপ্পা নুপামচা খরনা অঙম্বা লৈরাই অদুদা ঈশিংনা নালহল্লগা তোর্ব্বানগী অৱাংবা মফমদগী ঈশিং য়ৌনা জম জম লাউনা নাম্বদুনা শান্নরি। মখোয়গী মশাদা তৈরম্বা লৈনাং ময়ামদু ঈশিং য়ৌরগা মথন্তা থাদোকচখি। মশান্ন অদুদা মখোয় নুংঙাইনা ময়াই কানা উই। মখোয়গী মতৌ অদু য়েংবদা ঐসু নুংঙাইবনা মুক্লি, মখোয়গুম্না মশান্ন অদুদা শরূক য়াবা ঙমদ্রবসু মফম খঙদনা মখোয়গী নুংঙাইবা অদুদি চপ চানা শরূক য়ারিবগুম নীংই।

ঐনা অসুন্না তোর্ব্বান্দা লৈরিঙৈদা অবোক্না ঐবু কোইথি থিরগা মফমদুদা কৌবা লাক্লে। ঐখোয়গী অবোক অদু ইমাগী মমাতোন্নি, ইমাগী অপোকপা অমা অদুদি ইমানা লৈশারিঙৈদা লান মনুংদা লৈখিদ্রে। মহাক ঐগী ইনাউনুপা অমা পোকপগী থবক নোম্নবা ইম্ফালদগী লাকপনি, ঐখোয়গী য়ুমদা লৈবা নুমিৎ খরনি শুরে। ঐনা ঙসায় শিকি অমা ইমান্নবশিংগা অচাপোৎ চামিন্নখিবা অদু মানা পীবনি। হন্দক্কী ৱাকযাত্রা নুমিত্তা পোকখিবা ইনাউদুগী ঙরাং ষষ্ঠী পূজাদা ঐনা ইমাগী মনাক্তা তাবা দানগী পৈশাশিংদু উবদা পৈশা পীয়ু হায়দুনা নীংঙাই তৌবদগী অবোক অদুনা ঐবু ইমাগী মনাক্তগী থেমদুনা পুথোক্লগা দানগী শেল অদুদি লৌথোকপা তৌহেদে হায়দুনা মানা ঐঙোন্দা শিকিদু পীখিবনি। ইবানী ৱারী শাদুনা য়ুমদা লাকপদা মানা ঙরাং পীবা পৈশাদুগী মরমদা হংলকপদা ঐনা মদু অচাপোৎ চাখিবগী ৱারীদি মঙোন্দা তম্মী, অদুবু দুকান্দগী বম্বুলা শোত্তুনা থাবগী ৱা অদুদি মঙোন্দা তমথোক্তে। মহাক্না করিগুম্বা ৱাফম অদু জি নত্ত্রগা ইমাদা তমথোক্লবদি ঐবু য়াম্না চৈগনি, ফূবা ফাওবা য়াই হায়না কিনা খনবদগী ঐনা মঙোন্দা ৱাফম অদু তমথোক্তবনি।

য়ুম য়ৌরগা অবোক্না ঐবু ঈরূ-মায়থজবীরে। মহাক অসি ইমাগী মমা অতোম্বী ওইরবসু ইমা অমদি ঐখোয় পূন্নমকপু য়াম্না লুনা তৌই। মহাক মচা-মশূ পোক্তে। মাগী নুংশিবা অসি ঐখোয় পূন্নমক্না ফংই। মতম অদুদা মহাক চহী য়াঙখৈগী মথক ওইরম্লগনি। মহাক মশা পায়, মীয়ায় ওইনা চাউই, মমায় চপতক তৌই, মমীত্তু খরা কূৎলগা চোত্তক

তৌই, মখোঙ য়াংই, থবক খুদিংমক ইনং নংই, পঙনা নোক্কন্দে। মহাক্কা ঐখোয়দা নুমিৎ খরনি লৈরবা অসিদা ঐখোয়বু য়াম্না কন্না পান্নদুনা শেন্নে, অদুবু মহাক্কা ঐখোয়বু কৈদৌঙৈদসু ফু-চৈবদি তৌদে। মহাক্কা ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈবা অদুদা ঐখোয় মফম খঙদনা পঙনুংদা নুংঙাইবা পোকই। ঐনা করিগুম্বা লমহেনবা থবক তৌরুরবদি মহাক্কা অসিতমক হায়, "নহাক্কা লমহেল্লবদি ঐ নখোয়গী য়ুম অসিদগী চৎখ্রগনি।" মহাক্কা অদুম্না হায়রবদি ঐ মানা পামদবা থবক কয়া তৌবা তোকই, মহাক তশেংনা চৎখ্রগদ্রা খন্দুনা য়াম্না নুংশাথী। মাবু ঐখোয়গী ইনাক্তগী কৈদৌঙৈদসু চৎহন্নীংদবদগী ঐ মানা হায়বা খুদিংমক ইল্লি।

অদুবু মহাক ইমাগী য়ুমশেংবা মতুংদদি ঐখোয়গী ইনাক্তগী চৎখ্রে। চৎলমদাইদা মহাক্কা ঐখোয়বু মনাক্তা তোয়না লাক্লবা হায়রম্মী।

নুমিৎ খরনিদ্ ঐ দুকান্দগী বম্বুলা শোত্তুনা থারুবগী ৱাখল অদু খন্দুনা লৈ, পৈশা অদু য়াম্না থুনা শিংদোকখিগদবনি হায়না খল্লি, অদুবু মতম খরা ঐগী খুত্তা পৈশা মরি অদু ফাওবা পায়দ্রে। দুকান্দার অদুনা নোংমা ফাওবা ঐঙোন্দা পৈশা অদু থৌরক্তে। অসুম্না নোংমা নোংমা হৌখিদুনা নুমিৎ খরা কুইশিনখ্রে, মদুগী মতুংদদি ঐ মাগী পৈশা অদু নীংশিংলবসু কয়া থৌশাদবা হৌরক্লে। মরক মরক্তা অহল-লমন্দগী পৈশা লৌদুনা খুত্তা পৈশা মরি, আনানচিংবা পায়বা য়াওখ্রে; অদুবু দুকান্দারগী পৈশা অদু কোন্না শিংলবসু য়াই খন্দুনা ঐ মখোয়দুনা অচাপোৎ হেক হেক লৈরগা চাথোকই। মদুদা করিগুম্বা মরাল অমা লৈবগুম পূক্লীংদা ফাওরবসু ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী পঙলিবা বুদ্ধি অদুনা ঐগী নীংতম্লবা ৱাখলদুবু লাকশিনবা ঙমদে, অচুম-অরান খঙবা ঙম্বগী শক্তিদু য়াম্না ৱাৎলি, নুংদা অচুম্বগী মঙাল অদু খরা উরবসু মদুবু ইন্দুনা চৎপদি ঙমদে। দুকান মপু অদুনা ঐগী মরমদা খল্লমগদবা ৱাখল, ঐবু নমথাক তৌবা অঙাং অমনি খন্দুনা শাউনীংলম্বা য়াবা মওঙ অদু পূক্লীংদা খরা ফাওরবসু ঐ মাগী পৈশা শিংবগী মতম অদুদি অসুম পূক্লীংদা য়েথোক য়েথোক্তুনা শিংদনা লৈরে।

খঙহৌদনা জিগী ট্রান্সফর ওর্ডর অমুক থোরক্লে। ঐখোয় পাঙ্গেগী বিট অফিসতা অমুক চৎপা তারে। মতম অদুদদি ঐ দুকান্দারগী পৈশা অদু কাউথোকপগুম তৌনা থোইনা খল্লুদ্রে।

মতম অদুদা ঐগী পূক্লীং অসি অনৌবা মফম অদুদা হোংলমদাইগী চরাঙনবা ফীবম

অমদা লৈ, অতে পোৎ, হীরম কয়াগী ৱাখলনা ঐগী পূক্নীংবু কনশিন্দুনা লৈ। লৈমিন্নবা মীশিং, মরূপ-মপাং কয়া কায়নবগী, মফমদুবু নুংশিবগী, হিঙ্গোলদা হৌবা পাম্বীশিংগী মরমদা ৱাখল কয়া খল্লি। মতম অদুদা ঐনা খ্বাইদগী নুংঙাইতনা খনবসি নুমিৎ খুদিংগী ঐনা থৱায়গুম য়েংদুনা লৈরিবা, য়ুমগী মনীংদা হৌবা মাইরেল পাম্বী অমা থনম্লগা চৎকনি হায়বা অসিনি। মদু ঐখোয়না চৎলমদাই অদুদা মরী য়াম্না চত্তুনা মপাল শাদুনা মাইরেল মচা খরা পানবা হৌরে। মখোয়দু ঐনা নুমিৎ খুদিংগী মশীং থীদুনা, কয়া চাউরবগে য়েংদুনা কুপ্না শেন্নদুনা লৈরিবনি। মখোয়বু য়েংবদা ঐগী থৱায়-হকচাং লুপ্লী।

মফমদু থাদোক্তুনা চৎলমদাইগী নোংমা নীনি ৱাৎলিঙেদা ঐনা ইমাদা য়াম্না অরুবা ৱা অমা ওইনা মদুগী মরমদা হংই, "ইমা, ঐখোয়গী মনীংদা পাল্লিবা মাইরেল মচাশিংসি কমদৌনি?"

"ইবুংঙো, মখোয়শিংসি অদুম পাঞ্জহৌবা তারেদনা। মখোয়বু হেক্তুনা চাবা য়াবস্ নত্ত্রি।"

মদু তাবদা ঐ থৱায়দু ইনুং নুংঙাইতে, ইমাদা অমুক হংই, "হয়েং মখোয়শিংসি চাউরগা কমদৌনি?"

"নঙগী মাম্মখোয় লৈহৌরিবা অসিদি . . .।"

মানা মাম্মখোয় হায়রিবদু গার্ড অনী অদুনি। ইমাগী মপুং ফাদবা ৱাহৈপরেং অদুগী অর্থদু ঐ খরমখে লামশিনবা ঙম্লকই। ঐগী থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা ফাওরকই, ঐগী থৱায়গুম খঞ্জবা মাইরেল পাম্বী অদু কনাগী মখুত্তসু শিন্ননীংদে।

ইমানা ঐগী নুংঙাইতবা অদু উদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "মদু মখোয়দা ফজনা শিন্নরমগে, হয়েং মাইরেলশিংদু চাউরগা নঙগী শরূকসু মরাইনা থিঞ্জরক্কনি।"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐগী পূক্নীংদু খরা ঈংথরে। মানা হায়রিবা অদুনা অচুম্বা ওইরবদি মাইরেল পাম্বী অদুগা ঐগা মরী পুরা তৎনবদি নত্তে, নোংমদি মদুগী মহৈ অদু মপুং ফারগা ঐ অমুক্তংদি উবা ফংলক্কনি হায়না পূক্নীংদা চেৎনা থাজরকই।

ঐখোয় পোৎ-চৈ য়োমদুনা পাঙ্গেগীদমক খোঙশাল্লে। মদু ইং ১৯৫৫ গী ফাইরেন থা লোইরমদাইদনি। ঐ গাড়িদা তোংদুনা চৎনা চৎনা নুংশিরবা ইয়ুমগুম্না লৈরম্বা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎপগী নুংঙাইতবা চৈনা অমা থম্মোয়দা কন্না ফাওরকই। শূমাঙদা হৌবা মশা-মরেং ফল্লবা য়োংচাক পাম্বী, শম্বল্লে অমদি উতোংলৈ পাম্বীশিং, হিঙ্গোল মনুংগী

অতৈ উপালশিং, থোকফমগী সড়ক ময়াদা হৌবা অৱাংবা খোংনাং পাম্বী, ঐখোয়গী লৈফম মনাক্তা থেক্লা চেল্লিবা ঐখোয়গী শান্নফম ওইরিবা তুরেল, তিন্নরম্বা মরূপশিং পূন্নমক ঐ মথং মথং নীংশিংলকই। মসিগী মমাংদা য়ূমগুম্না নুংশিনা লৈরম্বা সরকারগী ক্বারটর্সশিংবু থাদোরকপা মতমদা ঐঙোন্দা অসুম্না পূক্নীং নুংশিনা ৱাখল খন্থবা ঙম্বগী শক্তিদু লৈরমদ্রি। ঙসিদি ঐ মফমদু থাদোবকপা মতমদা থবায়গী শরূক অমা মদুদা লৈহৌরবগুম, মফমদুগী মীশিং, উপাল-ৱাপাল, অকোয়বদা লৈরিবা পোৎ পূন্নমক্তুগী অচেৎপা লীপ্পন অমনা ঐগী থম্মোয়বু পুন্দুনা লৈহৌরবগুম নীংই। অসুন্না তাম্না লৈহৌরবা, থাদোক্লম্লবা মফম অদুগী মরমদা অসুম খন্না খন্না চৎলিঙৈদা ঐনা দুকান্দগী পোৎ শোৎলগা পৈশা পীরমদনা লাকপা অদুগী মরমদা খঙহৌদনা নীংশিংলক্লে। মদু নীংশিংলুবদা ঐগী কাযনবগী অৱাবা পূক্নীংগী ফীবম অদু অতোপ্পা মওঙ অমা হোংখিবগুম তৌরকই। ঐগী পূক্নীংদা লাঙতক্লবা, ইথন্তা ইকাইবা ৱাখল অমা খঙহৌদনা পোকপা হৌরকই। "দুকান্দার অদুনা ঐবু করি ওইনা খল্লমগদগে?" ঐ বাখল অসি হঞ্জিন হঞ্জিন খনবা হৌরকই। পৈশা অদু য়ামদ্রবসু মদু শিংলমদবগী নুংঙাইতবদু মফম অদু থাদোক্তুনা লাক্লবা মতম অদুদা পূক্নীংদা য়াম্না কন্না ফাওবা হৌরকই। মখোল হৌনা ঐবু শুম্বগুম তৌনা চৎলিবা গাড়ি অদুনদি ঐবু মফমদুদগী হেন্না হেন্না থাপ্পা অনৌবা মফম অদুদা অসুম পুদুনা চৎলি।

## ৫

# পাঙ্গৈদা

পাঙ্গৈগী বিট অফিস অদু ঐখোয়না লৈরকপা অতে য়ুম খুদিংমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফজনা শাই। মদু তিন্না কুপ্পী, দারী ৱাংই, চাকশঙ, লৈফম, অফিস কা তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লগা মদুদা পুল্লপ লৈ, লৈমায় অদু ফজনা অস্তর তৌই, কা খুদিংমক্তু মিংশেল চনবা থোঙনাউশিং ফজনা মরাং কায়না পাল্লি, মনুংদা য়াম্না ঙাল্লি, নুংশিৎ-নুংশা ফজনা চঙই। মতম খরগী ওইরবসু মদুদা য়ুমগুম্না লৈগদৌরিবনি খল্লুবদা নুংঙাইবা পোকই। অফিসতুগী অকোয়বদু চাউই, শম্বল চেকশিন্না খায়, ঐখোয়গী মখা থংবদা য়ুম্লোন্নবা মীশিং লৈ, অদুগা অৱাং থংবা অমদি নোংপোক থংবা শরুক অদুদি নাপী হৌবা লম্পাক্পা পাক্পা শন্দোক্লুনা লৈ। ঐখোয়গী মনীংদা সড়ক অচৌবা লৈ। সড়ক অদুগী মনীংদা অচৌবা মশা-মরেং ফল্লবা খোংনাং বট পাম্বী অমা হৌই, মদুগী ময়াদা হোটেল, পোৎফম, দুকান্নচিংবা লৈ।

অনৌবা মফম অসিদা ঐগী পূক্নীংনা খ্বাইদগী খোয়দারিবদি য়ুমগা তাইননা লৈরিবা চাউরবা লম্পাক অদুনি। মদুদা মখল কয়াগী মশান্ন শান্নবা ফংলগনি খল্লুবদা ঐ হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকই। মদুগী শক্তম অদুনা ঐগী পূক্নীংবু মফম খঙদনা চিংশিল্লি। লম্পাক্তুগী ময়াদা মখা থংবা মায়কৈদা ময়াম্না “লাইরম” হায়রগা খঙনবা পাৎ অমা ময়ুং নাইনা থাঙ্গপাৎকী মতৌগুম্না শাংনা নোংপোক্লোমদা শন্দোক্লুনা লৈখ্রি। মদুদা থম্বাল অমদি কৌনানচিংবা য়াম্না হৌই। লম্পাক্তু নোংপোক্তা তাম্না শন্দোকখিদুনা ৱাইতোন হায়বা খুল অদুগা শন্নখ্রি. চীংখৈ পাংবদা লৌবুক্তা তাইনৈ, লৌবুকশিং অদুগা তাম্না উরিবা চীংখোঙ অদুগা শন্নখ্রি। অৱাং অমসুং নোংপোক্তা অচীকপা লম্পাক্তা তাইনরিবা য়ুম অদুগী তোপ তোপ্পা পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা মতৌ অমা লৈ।

মফম অদুদা লাক্লবা মতুংদা ঐ ইমান্নবা খরা মশক খঙনবা হৌরে। নোংমদি ঐ মখোয়গা লোয়ননা ঐখোয়গী মনাক্তা লৈবা লম্পাক অদুদা থেঙনা সন্ধ্যা ফাওবা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শাই। মখোয়না মফমদুগী অমদি ক্বারটর্স অদুদা হান্না লৈরম্বা মীশিংগী মরমদা ঐঙোন্দা ৱারী শাই অদুগা ঐসু ঐনা লৈরুবা মফমশিংগী, ঐগা খঙনরকপা মীশিংগী মরমদা মখোয়দা

পাউ তম্মী। নুমিৎ অদু ঐঙোন্দা ইনৌ নৌনা থোকই; ইমান্নবশিংদুগা নকশিন্ননা তিন্নবা হৌবগী অনৌবা নুংঙাইবা অমা পুক্লীংদা ফাওই। মফমদুদা মখোয়গা শান্নবগী, কোয়বগী, লাইরিক-লাইসু তম্বগী নুংঙাইবা আশা কয়া তৌবা হৌই।

ইমান্নবা নত্তবা মফমদুদা ঐগা নক্লা লোয়নবা মীশক অমসু লৈ। মহাক্তু জিনা পাখোন শীদোক-শীজিন তৌনবা থম্বা ঐখোয়দা তোয়না লৈবা পাখংমচা অমনি, মাগী মমিং ইবোতোম্বা কৌই। মহাক মীয়ায় ওইনা চাউই, তোঙ্গানৈ, কুলৈ কুচুদগী খরা হেন্না পাল্লি, মমায় চপতক তৌই, মশম তেন্না ককই চপ চপ যুংই, ব্রা থুনা ঙাঙলবদি মরৈ খরা খরা তৎলি। মহাক্লা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই, ঐগী নুংঙাইনবা ব্রারী-ব্রাতাই শাবা, অপাম্বা শান্নপোৎ শাবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। মহাক ইঙাও ঙাওই, মবুক-মপাউ ফৈ, হায়নীংবা ব্রাদা হেক্তা পন্দনা হায়বা, মবুক্তা ব্রা থম্বা হৈতবা, নুংঙাইথোকপা হৈবা মী অমনি। ফিরোল শেৎপদা মাগী তোপ তোপ্পা অনীংবা, অপাম্বগী মতুং ইন্না তৌই, অনৌবা ডিজাইনগী ফুরিৎ-খোঙ্গ্রাউ য়াম্না শেৎকল্লি, করিগুম্বদা মীনা শেৎনদবা, মা মথন্তা নৌনা পুথোকপা মওঙদা তূদুনা শেৎপা য়াওই। নোংমদি মহাক্লা খ্বাঙদা ইলাষ্টিক পানবা অঙাঙবা, অশংবা হীগোক অসিনচিংবা মচু মচু কয়াগী ফিনা তাইশিন্দুনা তূবা মরাং-তুরাংবা ফুরিৎ অমা লীত্তুনা ঐখোয়দা লাকপদা ইমানা নোক্তুনা মঙোন্দা হায়, "করিনো, ইবোতোম্বা, নঙনা তৌরক্লিবসি?"

মদুদা মহাক্লা কয়া থৌশাদনা ইতিং তিংবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা নোক্লদুনা খুল্লকই, "ইতৈমা, অনৌবা মীনা লীৎনদবা মখল অমা লীৎলিবনি।" মদু লীৎপদা মহাক্লা মথন্তা পেম্বোকচনা, মোন্দা নুংঙাইনা উবা মতৌ অদু ঐ ঙসি ফাওবা ফজনা নীংশিংলি। মাগী মতৌ অদুদা মীনা করি খনবগে হায়বসি মহাক করিমতা থৌশারুবা লৈতে।

নোংমদি মহাক্লা ঐবু মখোয়গী ময়ুম খঙহন্নীংদুনা মখোয়দা কোয়রুসি হায়দুনা হৌই। পাঙ্গৈদা লাক্লবা মতুংদা ঐ য়ুমদগী লাপ্পা অমুক্তা চখোক্ত্রি, মফমদুগী অকোয়বদু য়েংনীংবা, খঙনীংবগী ঈখৌলাংবা ব্রাখল অমা ঐঙোন্দা লৈ। মহাক্লা ঐঙোন্দা অসিমসু হায় মাগী মশানা শাবা ব্রাগী কাঙজে অমসু লৈ, মদু ঐঙোন্দা পীথোক্কনি। ঐ মানা ময়ুমদা চৎলুসি হায়বদু হরাউনা য়ারে।

চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা মানা খূৎ শমদুনা ইবানী মখোয়গী ময়ুমদা চৎনবা থোরক্লে।

মাগী ময়ুম অদু ঐখোয়গী লৈফম অদুদগী অৱাংলোমদা মাইল মখায়মুক ফাবাত্তনা চৎলগা লৈ। নুমিত্তু নুংশা মেন্তনা শাই, অনৌবা মফম অমা খণ্ডনীংবগী লাণ্ডতক্লবগুম, নুংঙাইবগুম ঐ সড়ক অচৌবা অদুদা অকোয়বা মফম অদু কোয়্রয়েং য়েংদুনা চৎলি। উরিবা পোৎশিং — সড়ক্কী মনীংদা লৈবা য়ুমশিং, উপাল-ৱাপালশিং, লৈরক-কোনশাং অসিনচিংবা পূম্নমক্তু ঐঙোন্দা পূন্নৌ নৌবা নুংঙাইবা শক্তম ঙাক্তনি, মখোয়দুনা ঐবু তরাম্না ওকপগী মতৌগুম তৌনা পুক্নীংদা ফাওই। বসন্ত মতমগী নুংশিৎনা লম্বী ময়াগী উপাল-ৱাপাল, নাপী শীংবীগী মরক্তা হুম্বগী শউম অমা থোরকই। মদুনা হকচাংদা য়ৈবদা নুংঙাইবা পোকই। মফম খরদা অঙাঙবা কুরাউগী মপাল ফজনা শাৎপা উই।

অসুম্না অকোয়বা মফম অদু য়েংনা য়েংনা লাকপনা মাগী ময়ুম য়ৌরক্লে। তাইবোতোম্বখোয়গী ময়ুম অদু ইনা কূপ্না অপীকপা শঙ অমনি। শূমাঙদা লৈবম্না মকোক তাঙবা অহল খরা ওইরবা মাগী মপা অদুদা মানা ঐবু মশক তাকই। মহাক্কী মমাদি লৈত্রে। অনৌবা মী অদু উন্নবদা ঐ ইকাইনা লূকথদুনা লৈ। অহল অদু মোমোন নোক্লল্লি, মহাক্না ঐবু ঐখোয়গী অহল-লমনবু মশক খঙনা ব্যবহার তৌবা মওঙদা নুংশিনা য়েংদুনা ৱা খরা হংলকই। মহাক্না হংবা ৱাহংগী পাউখুম অমা-অনী ঐনা মরক মরক্তা খুম্বা নত্তনা ঐ মাগা মায় ওনশিন্নদুনা ৱারী শাবা ঙমদে। ঐবু মাঙ্গোন্দা মোরাদা ফমহল্লগা তাইবোতোম্বনা ইমুংদা চঙখ্রে. অদুগা মাগী মমাঙ কাগী কাচিন্দা ঙাদুনা লৈরিবা মানা শাবা কাঙজৈ অদু মপান্দা পুথোরক্লে। (মাঙ্গোন্দগী থোঙ ফাওনা ঐ মানা তৌরিবা পূম্নমক অদু লোইনা উই।) মদু বাজারদগী লৈবা উগা হোকিল্টিক্কী মতৌগুম্না অদুক্কী মতিক ফজবা নান্না শাখ্রে মদুদি মদু হেক উবদা ঐ হায়নীংঙাই লৈতনা অপাম্বা পোকই, ৱানা শাবা কাঙজৈগী মনুংদা অদুক ফজনা শাবা ঐ কৈদৌঙৈদসু অমুক্তা উখিদ্রি।

মানা কাঙজৈ অদু ঐঙোন্দা পীথোক্লে। ঐনা মদু হরাউনা লৌরগা মদুগী জগা খূদিংমক্তা নান্দুনা য়েংলকই। ঐনা কাঙজৈ অদু মমল য়াম্না, পাম্না তৌবা অদু উবদা মহাক পেন্না নুংঙাইনা উই, মহাক্না শারিবা খূৎশা অদুনা ঐবু পামহনবা ঙম্লে হায়বগী ৱাখলদা হরাউনা মোমোন নোক্তুনা ঐগী মতৌ অদু য়েংদুনা লৈ।

ঐ কাঙজৈ অদু পায়রগা পূক্নীং নুংঙাইনা মাগা লোয়ননা য়ুমদা হল্লক্লে। ঐখোয়গী য়ুম মনাক্তা লৈবা লম্পাক অদুদা কাঙজৈ শান্নবদা মদু পায়দুনা শান্নবগী রাগ অমদা লাকই।

ঐনা খরা লাপ্না চখোক্লুবগী মায় ঙাঙনা কাঙজৈ অদু পায়দুনা লাকপা উবদা ইমানা

ঐবু চৈদুনা ঙাঙলকই, "করিনো, ইবুংঙো, কদায়দা চৎলুরিবনো? ঐখোয় নহাকপু কোয়খি থিনবনা লোইরবনি।"

তাইবোতোম্বনা মঙোন্দা খুম্লকই, "ইতৈমা, ঐনা পুরুবনি, ঐখোয়গী য়ূম খঙহনগে হায়দুনা।"

"অদু ওইরবসু হায়রম্বা হৌনৈদনা, মহাক সিদা লাকপদগী অমুক্তা চখোক্ত্রি, খঙহৌদনা থিবা খঙদবা অদুদা ঐখোয় মমান্নবা কয়াগী ময়ূমদা চত্তুনা হংলুরে।"

তাইবোতোম্বা হাইফেৎ খুম্ফম খঙদনা লৈরে।

মাগী ইকাইবা মতৌ অদু খঙলদুনা ইমানা অমুক হায়রকই, "ফরে, চৎলবসু হয়েংমখৈদি হায়রম্লগা চৎলু হায়বগী ৱানি। নঙগী থবক অতৈ তৌরুরো।"

তাইবোতোম্বা ইমাখোয়না ঙাঙবদা কয়া শাউদবা মীওইনি, করিগুম্বদা মথোঙ চাদবা থবক তৌবগী ইমাখোয়না মাবু হেক হেক চৈবসু য়াওই। মহাক ইমানা ৱা মথং মথং ঙাঙথরক্তনা অদুম্না হায়রকপা অদুদা থুনা বালটিন অনী পুদুনা লাইরমদগী ঈশিং শোকপা চৎখ্রে।

মঙোন্দা নুংঙাইতবা মানবা মতৌ অমতা কুইনা লৈতে। মহাক হল্লকপদা ঈশৈ ঙংলদুনা মোন্দা নুংঙাইনা লাকই, মায়থোঙদু অদুম হান্নগুম মকালাম্না উই।

নুমিত্তুগী সন্ধ্যাদা মানা ঐঙোন্দা হায়, "ঐনা নঙগী কাঙদ্রুম অমগা শাবিরকখিগনি, মদু নোংমা নীনিগী মনুংদা শোয়দনা পুরক্কে।"

ঐ মাগী ৱাহৈ অদুদা অপেনবা পোকই। মাগী মবূক ফবা, অঙাং লুনা তৌবা মতৌ অদু তোপ তোপ্পা মগুণ অমনি। ঐ মাগুম্বা মীশক অমতা হান্না থেংনখিদ্রি।

মহাক মথংগী অয়ূক্তা ঙন্না লাক্কে হায়রম্লগা ময়ূমদা চৎখ্রে।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা ঐ চাকশঙদা অমুক চঙলে। ঐখোয়গী ইবোতোম্বী কৌবা পুজারী পাখংমচা অমা লৈ, মহাক্না চাকশঙদা চাক থোংদুনা লৈরম্মী। ইবোতোম্বী হায়রিবা মীশক অসি শওম্বুংদগীনি, ঐখোয়না শওম্বুংদা লৈরিঙৈদসু ঐখোয়গী পুজারী ওই, পাঙ্গৈদা লাক্লবা মতুংদসু মাবু অসুম লোয়নরকপনি। মহাক মশা ফূক্লৈনৈ, মী কয়া ৱাংদে, মমায় চাম্মী, লুমাঙগী মশম অদু জ্বায় জ্বায় লাউনা মমীৎ ময়াদা তাই, মদু মহাক্না মরক মরক্তা মকোক্তু নাকন্দা চেপখৎলগা হেক হেক হাইগৎলি। মহাক ইবোতোম্বগুম্না অঙাং লুনা তৌগনবা, অঙাংগা লোয়নবা হৈবা মীদি নত্তে। মহাক ফাগী কয়া তৌগন্দে, পঙনা

নোক্কন্দে, অদুবু কেবা নানবা য়াম্না পাম্বা, লৈকাই কোয়গনবা, ঈরাং কনবা, মথন্তগী সংসার অমদা য়াম্না নুংঙাইজবা মীওই অমনি।

মহাক্কা চাক থোংলগা ঐনা চাখুমদা চাক শঙবা অসি ঐগী হৈনবীনি। ঐখোয় অনী থোইনা নুংঙাইবা ৱারী-ৱাতাই শাবদি নত্তে। ঐনা লৈরিবদু মহাক্কী চাক লোইবগী তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈবতনি। মহাক চাক থোংবদা য়াম্না কুইগল্লি, চাক লাম্লবদি ঙাইবা য়াম্না ৱায়। করিগুম্বা খরা থুনা লোইশিন্নবা হায়রুবদা মানা পুক্নীং নুংঙাইতবা ফীবমদা লৈরম্লবদি য়াম্না শাউরকপসু য়াওই। ইবানী অতে ৱারী শাবদা করিগুম্বা মরৈ য়েৎনদুনা মানা শাউনীংবা য়াওরক্লবদি ঐঙোন্দা খুৎচপ্পীনা হেক হেক চপ্পসু য়াওই। মরম অদুনা ঐনা মাবু শাউনীংই, নুংশিফম ইখঙ খঙদে। মানা ঈরাং তৌবদগী চাক য়েঙ্থাং শোয়বসু কোঙ্গায়নি। ইমানা হেক হেক হায় ইবোতোম্বীনা করিগুম্বা লৈকাই কোয়রুরগা চাক থোংলবদি য়েঙ্থাং নত্ত্রগা মোরোক মেৎপদা থুম হেক্তা থাক্তে।

নুমিৎ অদুদি মহাক হাইফেৎ মোন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংলদুনা চাক থোংলম্মী। ইরোম্বগী অফৎপা মচাক অদু পুখমদা হৈদোক্তুনা মোরোক খদোক-খঞ্জিন তৌবগী তাঞ্জা অমা য়ৌরম্লে। মহাক্কা অশাবা আলুগা য়োংচাক্কা অদু ফু-ফা ফূ-ফা কাম্লদুনা হোৎনরম্মী। ঐ ভাবনা খঙই মহাক্কা মোন্দা নুংঙাইনা উরিবদু নুমিত্তু মহাক লিক্লোল শান্নবগুম্বা অমা চৎকদবা মাল্লি। ঐনা ফক্লাংদা ঙাথদুনা ফম্লগা মাগী মোন্দা নুংঙাইনা উবা মতৌ অদুদা মঙোন্দা ৱারী শাবা হৌই, "তাইবোতোম্বী, ঙসিদি চাক ঙন্না থোংলিবসি কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

মাগী লুমাঙগী মীৎচিদা জ্বায় জ্বায় তারিবা মশম অদু মকোক নোমদুনা হাইগৎলগা মচীনবান খরা কাংলপ তৌনা নোক্লগা ঐঙোন্দা হায়রকই, "থবক চৎকদৌরিবনি।" অদুদগী মানা ৱা অদু মখা অমুক তারক্তনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "নহাক্কী ইরোম্বা অসি মোরোক থাক্তনা খাইদোকউরা, পূনশিল্লোরা?"

"পূল্লবসু য়াই," ঐনা খুম্মী।

মাগী থৌরম অদু ঐবু খঙহন্নীংদবা উবদা ঐসু মখা তানা মদুগী মরমদা হংদ্রে। মীকুপ অমতং তূমিন্না লৈরগা ঐনা মাগী পুক্নীংগী ফীবম ফনা লৈবা মতৌ অদুদা মঙোন্দা অতোপ্পা ৱারী অমা শানীংদুনা অমুক কৌরকই, "তাইবোতোম্বী।"

"করিনো?" মানা ইরোম্বা অদু মেৎনা মেৎনা খুল্লকই।

"নহাক শওস্বুংদা চৎকদবা লৈব্রা?"

ময়ুমদা চৎপগী ৱা পল্লকপা অদুদা মহাক্না ৱাখল খজিত্তুং খম্বরগা খুম্লকই, "হৌজিক্তি চৎখিরোই, নিংথমথা চঙলক্লগা চৎকনি। করিগীনো?"

"নহাক্না চৎলবদি ঐবু খরা পুবীয়ু, ঐসু চৎনীংই।"

ঐনা অদুম্না হায়রক্কনি হায়বদু খরা থাজদবা মতৌ অমগা লোয়ননা মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংলকই, অদুগা হায়রকই, "নহাকপু চৎপা ঙমগদ্রা? খোঙনা ফন্না শাংনা লৌবূক ফাওরগা চৎকদবনি।"

"ঙমগনি," ঐনা ইশাবু থাজনা খুম্মী।

"ফৈ, ঐনা হয়েং চৎলমদাইদা নঙোন্দা হায়রক্কে।"

ঐ মাগা অদুম্না ৱারী শাবা অদুদা নুংঙাইবা পোকই। ঐ নুমিৎ অদুদতা খঙলকই মানা ঐঙোন্দা শাউবা নত্ত্রগা ঐগা কয়া লোয়ননীংদবা মানবা অদু ঐনা লমহেনবা, মথোঙ চাদবা থবক তৌরম্বনা ওইবসু য়াই, জ্ঞান তানা ৱারী শারবদি মহাক ঐঙোন্দা হরাউ-হরাউনা, পূক্নীং চঙনা তৌই।

ঐনা মঙোন্দা শওস্বুংদা চৎনীংবগী ৱা হায়রিবদু মরু ওইনা ঐগী পূক্নীংদা হেক হেক নীংশিংলুরগা নুংঙাইতনা লৈরিবা দুকান্দারদগী বম্বুলা শোত্তুনা থারুবগী পৈশা অদু শিংদোক্নীংবগী ৱাখলদনি। অদুবু ৱাফম অদুদি ঐনা মঙোন্দা হায়দোক্ত্রে। পূক্নীংদদি অতোনবা পৈশা অদু শিংদোকপা য়াবগী তাঞ্জা অমা লাক্লবা অদুদা ঐ য়াম্না নুংঙাইবা পোকই।

নুংদাং অদু ঐ চাক চাথোক্লগা ৱাখল নুংঙাইনা ফমুংদা তুম্বা চঙলে।

ঐ খুন্দ্রাকপমগী এল, পি, স্কুল অমদা মরিশুবা ক্লাসতা মিং চন্দুনা তম্লে। স্কুল অদু ঐখোয়গী লৈফম অদুদগী অৱাংলোমদা মাইল অমরোম খরা হেন্না চৎলগা লৈ। মদুদা নুমিৎ খুদিংগী ইমান্নবশিংগা লোয়ননা খোঙনা চৎমিন্নৈ। অহানবদা অদুম্না চৎপা অদু ৱারম্মী, কিনা খল্লম্মী, অদুবু খরা লৈরগদি হৈনরক্লে, লম্বী অদুসু ভাবনা খরমখৈ তেনশিনবগুম নীংলকই। স্কুল অদুগী মওঙ-মতৌ অদু ঐ ফজনা নীংশিংলি। শঙ অদু জিঙঘনা কুপ্পী, কয়া চাউদে, কা অমগা অমগগী মরক্তা ফক্লাং খাদে, ফক্লোংগী মায়খলনা খায়, লৈমায় অদু উফুল য়াম্না হৌই, ফক্লাংদা অহোবা কয়া য়াওই, মনুংদা ফালনচিংবা ফম্ফম মরাং

কায়না লৈতে, ছাত্র খরদি ময়ুমদগী বোরা পুদুনা লাক্লবসু য়াওই। অৱাং ওন্দুনা শাবা স্কুল অদুগী মমাঙদা উফুল হৌবা শূমাঙ মচা অমা লৈ, চীংখৈদা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌই।

ঐখোয়না স্কুল য়ৌবা মতমদা ওজা অমতা হেক হেক লাক্লমদবসু য়াওই। ঐখোয়না খোংনাং পাম্বী অদুগী মখোঙদা কুইনা কাংখিল শান্নদুনা লৈরবা মতুংদা ওজাশিং অদু লাকই।

ঐখোয়গী ক্লাসতা চঙবা ওজা অদুগী মমিংদি নীংশিংবা ঙমদ্রে, অদুবু মাগী শক্তম অমদি মওঙ-মতৌ অদুদি ফজনা নীংশিংলি। মহাক ফৈজোম শেৎলি, মী কয়া চাউদে, মকোক খরা তাঙই, মায়থোঙদু থোৎ-মেঙবা য়াওদে, মচীন তুম্লপ তৌই, ছাত্রদা মমীৎ খানা য়েংগল্লি, মচিং ফত্তে, শাউরবা মতমদা ছাত্রবু য়াম্না থীনা থীনা ফূগল্লি। মাগী ফূগনবা মতৌ অদুদা ঐখোয় মাবু য়াম্না কি। মহৈ তম্বীবগী মতাংদা অনৌবা নিয়ম-নীতি কয়া খঙদনা, লমহেল্লগা নত্রগা পারা ফাদ্রগা ছাত্রবু ফূরগা তম্বীগনি হায়বনচিংবা ৱাখল অসিনা মপূং ওইনা খনবা ওজা মখলদুনি। ঐসু নোংমা মানা থীনা ফূবা তাঞ্জা অমা য়াওখি। নুমিত্তু ঐ স্কুলদা কাঙঘরু পুরকহৌদ্রে। মানা অঙ্ক অমা মচীন্না হায়রগা ঐখোয়বু শ্লেটতা ইহল্লি। ঐনা কাঙঘরু য়াওরক্তে হায়বদু মঙোন্দা হায়বা কিবদগী শ্লেট অদু মাঙদা হাইফেৎ খঞ্জিল্লগা মানা হায়বা অদু ইবা শাদুনা লৈরে। মহাক্না চৌকিদা ফমদুনা অঙ্ক ময়েকশিংদু হায়রম্বদগী খঙহৌদনা হৌগৎলক্কুনা কা অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলগা ঐখোয়গী মতৌদু য়েংলকই। মদুদা মহাক্না ঐনা তৌরিবা মতৌ অদু উখ্রে। ঐগী অনানবা শ্লেট অদু উবদা মহাক্না শাউনা মমায় ঙাঙ্না মদু ঐগী খূত্তগী শত্তোক্কুনা মুম্লগা মদুদা মমীৎ লাওথোক্কুনা য়েংলগা ঐবু চৈদুনা হায়রকই, "করিসু ইদবা! তৌশিন্নবা ঝূট তৌবা অঙাং, লেপখৎলু। করিগী অদুম্না তৌশিন্নরিবনো?" অদুদগী মানা খঙহৌদনা ঐগী না লৈরগা লূখম অমদি নারুমদা খূপাক্না থারকই। মাগী ফূবগী শাফূ অদু অদুক্কী মতিক কল্লি মদুদি ঐ কোক ঙাওই, মীত্তা তন্দন পাই। নুমিত্তুদা ঐনা মাবু কিখিবা অমদি পাখৎখিবা অদু ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি। মতম অদুদা মানা তৌরিবদু ওজা অমগী চপ চাবা তৌফম থোকপা মথৌ অমনি খন্দুনা ঐগী ইরাল অদুতবু মপূং ওইনা নীংশিংদুনা লৈখি।

মাগী ফূগনবা, শাউগনবা মতৌ অদুগা মরী লৈননা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা খনখিবা ৱাখল অমতং লৈ। মাগী মচানূপা অমা ঐখোয়গী ক্লাসতা তম্মিন্নৈ, শাউগনবা, ফূগনবা

ওজা অদুগী মচা ইমান্নবা অদু মপাদুগা লৈমিন্নবা কয়া ৱারমগদগে হায়না খনবা ৱাখল অসিনি; ইমান্নবা অদু তোয়না মীচৈ তারমগনি, তোয়না চৈ চারমগনি হায়না খনখি। অদুবু ঐগী ৱাখল অদু কদায় ফাওবা চুম্নমগদগে হায়বদুদি খঙবা ঙমদ্রে, ঐখোয়নসু ইমান্নবা অদুদা মদুগী মরমদা অমুক্তা হংলুদে; অদুবু ঐখোয়না খঙবা অমতংদি মাগী মচানুপা অদু ক্লাসতা ছাত্র অতৈনা চৈ চাখিবা অদুগুম্নদি অমুক্তা চাখিদে। ফুগনবা ওজা অদুগা ইমান্নবা অদুগগী মপা-মচাগী ওইবা মরীগা মী অতৈগী মপা-মচাগী ওইবা মরীগা করিসু খেন্নবা নত্তে হায়বসি ঐ কোন্নতা খঙলকই।

লাইরিক তন্নিঙৈদা ছুটি থাবগী কাংশি য়ৈরকপা অদু ঐখোয় খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈ। মদু য়ৈবগী মখোল হেক তাবদা ঐখোয় ময়াম মহুমদগী খোই পাইথোকপগুম্না স্কুলগী কাশিংদগী ৱা-ৱা চেম্থোকই। নুংশা হাইগৎলক্লবা মতমদুদা ঐ শ্লেটকা লাইরিক্কা নাকন্দা য়েপ্লদুনা শাংলবা লম্বী অদুদা খোঙনা অমুক য়ুমদা হল্লকই।

নোংমদি ঐনা স্কুলদগী কূল্লকপদা ঐখোয়গা শওম্বুংদা লৈমিন্নরম্বা ফোরেষ্ট গার্ড বীর হায়বদু ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা মোরা অমদা ফমদুনা লৈরম্মী। মহাক অফিসকা মরী লৈনবা থবক অমগীদমক জিগা উন্নবা লাকপা মাল্লি। মী ঙৌবা, মমায় পাকপা, নোকপদা মীৎপান খরা খুইরবা বীর হায়বা মীশক অদুগী মীনোক অমদি ৱাঙাঙদা অঙাংবু লুনা তৌবগী মতৌ অমা য়াওই। মহাক্না ঐবু নুংশিনা কৌশিল্লগা ঐগী লাইরিক তম্বগী, স্কুলগী অমদি মফম অদুদা লৈবদা নুংঙাইব-নুংঙাইতবগী মরমদা হংলকই।

মাবু উবদা ঐদি অতৈ অমতা নীংশিংদে, শওম্বুংদা য়ুমগী মনীংদা মরী চত্তুনা অপাকপা মনা মরক্তা পালহৌবা অপীকপা মাইরেলশিং অদুতবু নীংশিংলকই। ঐনা মানা হংবা ৱাহংগী পাউখুম অমা-অনী খুম্নগা য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমা ওইনা মঙোন্দা হংই, "মাম্মা, শওম্বুংদা পালহৌবা ঐগী মাইরেলশিং অদু চাউরব্রা?"

মহাক ঐগী ৱাহং অদুদা পাকহেক খুম্ফম খঙদনা লৈরে। পোৎ অদু ঐনা লুনা লৌরম্বা অদুদা মহাক ঙকই। তশেংবদি মাইরেলশিং অদু মপুং ফাদুনা মাগা মাগা লৈমিন্নরিবা মীশিং অদুগনা চাথোক্লম্লগদবা মতমনি। মতম অদুদতা ঐ পুক্নীংদা খঙলকই ইমানা অপানবা পোৎশিং অদুগী মরমদা লৈহৌরিবা মীশিংদা ৱারী শাবা ইকাইদুনবু ওইরবসু নত্ত্রগা চৎলমদাইগী চরাঙনবনা কাউখিবনা ওইরবসু মানা মখোয়দা মদুগী মরমদা করিমতা হায়রম্লরোই হায়বদু।

ঐগী ৱাহং অদু তাবদা ইমাখোয়সু নোক্লে, বীরসু নোক্লক্লে। মখোয়না নোক্লিবা অদুগী অর্থদু ঐ পূক্নীংদা হাইফেৎ ভাব তারকই। মাইরেলশিংদু মপুং ফাদুনা লৈহৌরিবা মীশিংনা চাথোকখ্রে হায়বগী অর্থনি।

ঐ ইকাইবগুম করিগুম তৌনা ইমুংদা লাইরিক থম্বা চঙলে।

বীর হায়বা গার্ড অদু চৎখ্রবা মতুংদা ঐ মদুগী মরমদা ৱাখল খন্দুনা লৈহৌই। মখোয়না নোকখিবা অদুগী অর্থদু নীংশিংলুরগা ঐ থৱায় নুংঙাইতবা পোক্লকই। ঐনা নুংঙাইত্রিবদু মাইরেলশিং অদু চাবগী ৱাফম ঙাক্তা নত্তে, ঐনা থৱায়গুম্না নুমিৎ খুদিংগী য়েংজরম্বা অপীকপা মাইরেলশিং অদুনা মপুং ফানা চাউরক্লবা মতমদা ঐগী মীৎসিনা অমুক্তা উবা ফংহৌদ্রে, মতুংদসু উবা ফংলরোই হায়বা ৱাখল অসিদগীনি।

মতম খরা হৌখ্রে। নোংমগী স্কুল কাবা, শান্নবা, লাইরমদা চত্তুনা ঈরোইবা তম্বা, ঈরুপ্তুনা শান্নবা অসিনচিংবা কয়া তৌদুনা মতম লেপ্লি। মরক মরক্তা ইম্ফাল কায়, বাজারদগী শান্নপোৎ কয়া লৈরগা লাকই।

য়ুমদগী তাম্না লৈবনা খরা কুইনা ইম্ফাল কাদ্রগা ইমুংগী নক্লবা মরী-মতাশিংবু য়াম্না উনীংলকপা তাঞ্জা য়াওই, মখোয়গা য়াম্না লাপ্নবগুম পূক্নীংদা ফাওই। নোংম-ফাদোক নক্লবা মরী-মতানচিংবা লাকপদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। নোংমা ঐখোয়গী ইমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা অমা ঐখোয়দা লাকই। মতম অদুদা মহাক পাখংনি, মাগী মায়থোঙদু য়াম্না হৈনীংনা, মকালাম্না উই। ঐনা হরাউনা মাগী মতুং কোয়ইন ইন্নে। নুমিদাংদা চাক ঙাইবা ওইনা ইবানী থাবলদা ঐখোয়গী মনীংগী সড়ক্তা খূৎ শম্নদুনা চৎলি। মহাক্না সড়ক্তা অরিবা হিন্দী ফিলমগী ঈশৈ অমা ঙংদুনা চৎলি, নুমিদাংগী তপ্না শীৎপা নুংশিৎ মরক্তা মাগী হৌফাত্তবা খোজেল অদু ইপোম নাইনা অহাঙবা মালংদা তিনখি। মদুদা ঐসু মফম খঙদনা নুংঙাইবা পোকই। থাবল ফবা নুমিদাংদা অদুম্না অহাঙবা অচীকপা লমজাওদা চৎপা অসি ঐ অমুক্তা ফংদ্রি, মদু ঐঙোন্দদি অনৌবা থৌদোক অমা ওইনা থোকই। তপ্না তপ্না শীৎলকপা লম্বাঙগী নুংশিৎ অদুনা য়ৌবদা হকচাং য়াম্না তেকখৎহল্লি; অহাঙবা মালংদা থোক্লিবা থাবলগী অরংবা মঙালনা লম্পাক, লমজাও, উপাল-ৱাপাল, লৌবুক্তা য়ৌবদা পূম্নমক নীক নীক লাউনা নীংথিজনা উই। ঐ করিগুম্বা অঙকপা অনৌবা তাইবঙ অমদা চৎলিবগুম নীংই। ইবানীনা অদম্না সডক্তা চৎপদ থেঙখিবা খঙহৌদে।

অহিং অদুমা মহাক ঐখোয়দা লেক্লগা মথংগী নুমিত্তা ইম্ফালদা অমুক হনখি।

মতম খরা লৈরবা মতুংদা নোংমা ইমাদু মপামদা চৎলি। মদুদা ঐখোয়গী অবোক ইমাগী মমাতোন অদু নাদুনা লৈরে হায়না মহাক্না তম্মী। (অবোক অদু ঐখোয়না শওম্বুংদা লৈরিঙৈদা লাক্লম্বা অদুদগী ঐখোয়না পাঙ্গৈদা লৈরবা মতুংদদি ঐখোয়গী ইনাক্তা অমুক্তা লাকখিদ্রে।) ইমানা মরক মরক্তা ইম্ফালদা চৎপদা মাগী অনাবা অদু ইফ ফগৎলক্তবগী ব্না তম্মী। অসুম্না মতম ফনা কুইনা হৌখ্রে। ঐসু কুইনা উখিদ্রবা অবোক অদু য়াম্না উনীংবা পোকই, ঐনা ইমাদা ঐসু নোংমতা মানা অনাবা অবোক্কুগী মনাক্তা চৎপদা য়াওগে হায়না হায়নরে।

ইমাগা ইবানীনা নোংমা অবোক্কুগী মনাক্তা চৎপা মতমদা মাগী ফীবমদু য়াম্না ফরমদ্রে। মতম কুইনা ফমুংদা য়াতাদুনা লৈবগী ময়াঙ য়াম্না কংলম্লে, শরূদা উনশাতনা কূপ্লম্লে, মমিত্তু য়াম্না কুৎশিল্লম্লে। মাবু উবদা ঐ থুক লাউই। মতম কুইনা নারবা, অশিবগী খায়াত্তা তাগদবগী ঙাইদুনা লৈরবা অবোক অদুনা হীপ্লিবা কা অদুমক্কী অচীকপা তোপ তোপ্পা মতৌ অদুমক্কা ঐগী পুক্লীংদা ব্লাখল মণ্ডল মণ্ডল খলহল্লি।

ইমাগা ঐগা উবদা মহাক মমীত্তা পিরাং চেল্লি। মহাক্না মহাক্কী কংলবা পাম্বোম অদু তিংথোক্নুনা ঐবু মনাক্তা চিংশিন্দুনা মাগী কাংথোল মচীদা ফমহল্লি, অদুগা ঐখোয়গা হন্দক্কী মপোক অসিগী ওইনা কায়নরগনি হায়বগী মতৌদা ঐগী খূৎ অদু পায়দুনা থম্মোয় শোক্না কপ্পা হৌরকই। মহাক্না কপ্না কপ্না অসুম্না মচীন্দা শোল্লকই, "ঐ ইশূ অসি অমুক উবা ফংলরোইদকো!" থৌদোক অদু তশেংনা কাউঙমদবা অমনি। মশানা শিরগনি হায়বা খঙজরবা মী অমনা মাগী পোলোই অদু য়ৌরমদাইগী মমাঙদা খনবা ব্লাখল অদু করি ওইরমগদগে? মদু থেংনদ্রিবা মী কন্নানসু খঙলোই। মতমদুদা তারকপা মীৎকী পি অদুগা পুন্সীগী অতৈ মতমদা তারকপা মীৎকী পিগা খেন্নে, তাইবঙপাল থাদোক্লমদাইগী অরোইবা বিদায়গী ব্লাখলগা লোয়ননা তারকপা মিৎকি পি অদুদা তোপ তোপ্পা অর্থ কয়া য়াওরি। ফমশেন্নরবী অবোক অদুগী অনাবগী চৈনা খাঙবা মতৌ, ফমুংদা নীংথিনা য়াওনবা ঙমদ্রবা ফীবম অদু য়েংবদা থম্মোয় শোক্নীংঙাইনি। ফৈজুপ্না খুমখিদুনা মাগী হকচাংগী শরূক অদু মপুং ফানা উদ্রবসু মায়থোঙ অমদি খূদাং অদু য়েংলগা মাগী ওইরমগদবা ফীবম খূদিংমক অদু অদুম খঙবা ঙম্মী। মাগী হীক্লবা খোঞ্জেল অদু কা অদুদা খোম্থাঙ য়ৌনা তায়। মাগী মীৎকী পিনা মাগী মোনখুম, ফৈজুপ অমদি ঐগী খূদাং অদু পূমচোৎ চোৎলি।

ইমাসু ঐখোয়গী ইনাক্তা তূমিন্না মোরা অমদা ফমদুনা লৈ, ফিগী মচীনা মমীৎকী পি তৈথোকই। অনাবা অবোক অদুনা মখোল নীক্পা কপ্পা মতৎ মতৎ ঙাঙবা অদুদা ঐখোয়না মঙোন্দা ৱা ঙাঙফম ইরে লৈতবগুম তৌই। তৌরিবা মতৌ অদুদগী ঐখোয়গী পূক্নীংদা করিগুম্বা খরা ইফাও ফাওননা খঙনবগুম তৌই।

ইমাগা ঐখোয় অনী মাগী মনাক্তগী পাঙ্গৈদা অমুক হনবদু নুংথিল ওইরে।

নুমিৎ অদুমা ঐ অবোক অদুগী ওইহৌবা ফীবম, মানা ঐবু উবদা তৌরকপা মতৌ অদু নীংশিংদুনা লৈ। মাগী শিবা ঙাইদুনা লৈরবা শোক্রবা শকফম, কংলবা পাম্বোম অদু মীত্তা হন্না উরকই। মাগী কপ্পা কপ্পা মতৎ মতৎ ওইনা ঙাঙবা হীক্রবা খোঞ্জেল অদু নাকোংনা হন্না হন্না তারকই। মীওইবগী অৱাবগী ঙমখৈনা মদু য়ৌরকই হায়বদু ঐ অমুক্তা খঙখিদ্রি, নুংঙাইনা অমদি শুম্নাৎনীংঙাই শক্তম ঙাক্তা ওইনা উরিবা তাইবঙপালদা অদুগুম্বা অৱাবা অমদি অনাবগী শক্তম অদু অহানবা ওইনা থেংনবদা অকিবা পোকই। শওম্বুংদা লৈরিঙৈদা ঐগী মরূপ অমা শিখিবা মতমদা মীকপ মীরাউখোলগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা মাবু পুথোরকপা অৱাবগী দৃশ্য অদু উথ্রবসু অমসুং মা কায়নবগী মৈচাক অমা থম্মোয়দা ফাওথ্রবসু মাগী শিরমদাইগী শক্তম অমদি অৱাবা মৈচাক খাঙবগী মতৌ অদুদি উখিদে, শিবা হায়বসি চুন্না তূম্বগুম সংসার থাদোক্তুনা চৎখিবনি হায়না খল্লম্মী, হকচাংগী মৈচাক অমদি ৱাখলগী অৱাবা চৈনা কয়া শাগোন্নরিবনি হায়বদু মুন্না খঙখিদে। অবোক্কী শিবা ঙাইদুনা লৈহৌবা শক্তম, মানা ঐখোয়বু উবদা তৌরকপা মতৌ অদুনা ঐবু মীওইবগী পুন্সীগী মরমদা ৱাখল কয়া খন্থহল্লি।

ইকুই কুইদনা অবোক অদু অদুম লৈখিদ্রে। মাগী শ্রাদ্ধদা ইমাগা ঐখোয় ইমুংগী মী খুদিংমক চৎলুই। ঐনা শূমাঙদা খনবা মান্দোপকী মচীদা তুম্বক তাশিন্দুনা তূমিন্না ফম্নগা ঈশৈশকপা, পুংয়ৈবা খুদিংমক্কী মতৌ অদু পূক্নীং চঙনা য়েংখি। কর্মগী শক্তম অদু উবদা, পুং-ঈশৈগী মখোল অমদি কপ্প-লাউনবগী খোঞ্জেল অদু তাবদা অঙকপা, হায়ফম খঙদবা, পূক্নীং নুংশিবা ৱাখল অমা পোকখি।

মতম খরা অমুক হৌখিদুনা শরৎ ঋতু চঙলক্লে। নোংমদি তাইবোতোম্বীনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐ য়ুমদা উৎসব অমা য়াওবা চৎকনি, নঙনা শওম্বুংদা চৎনীংই হায়বদু হৌজিক চৎপা য়ারে।"

"উম, তাইবোতোম্বী, ঐসু চৎকে।"

ঐনা ইমাদা শওম্বুংদা চৎনীংবগী ৱা হায়বদা মহাক য়াম্না ঙক্না থোক্লে, লৌবূক-লম্মাঙ ফাওরগা খোঙনা শাংনা চৎকদবা খোঙচৎ অদু ঐ চৎপা ঙম্লোই হায়না মানা কন্না খাম্মী। ঐনা মফমদুদা চৎনীংবগী মরমদু মানা হংবদা ঐনা চুম্নতা খুম্মী, "ঐখোয়না লৈরম্বা মফম অদু ঐ অমুক্তং য়াম্না য়েংনীংই।" ঐনা ঐগী পূক্নীংদা লৈরিবা অরোনবা ৱাফম অদুদি মঙোন্দা হায়দোক্তে। ইমানা জিদা ঐনা শওম্বুংদা চৎনীংই হায়রিবা ৱাফম অদুগী মরমদা হংবদা জিনদি চৎসনু হায়না য়ারক্লে। মহাক থৌনা ফবগী থবক তৌবা অসি য়াম্না পাম্মী, করিগুম্বা অৱাবা থবক অমা তৌবদা খাম্বা অসি মহাক কয়া তৌগন্দে। করিগুম্বা থবক অমবু কি নত্ত্রগা মদুবু তৌবদা ৱারে হায়বসি মহাক য়াম্না শাউই। খোঙচৎ অদু ৱারবসু মদুদা ঐগী নুংঙাইবা শরূকসু য়াওগনি হায়বা মহাক খঙবগুম তৌনা উই। মহাক্না য়ারবা অদুদা ইমাসু ঐবু অমুক খামখিদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা তাইবোতোম্বীগা ঐগা অয়ূক ঙন্তা নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈদা হৌগত্তুনা ঈরু-মায়থজরগা শওম্বুংদা চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। মহাক্না ময়ূমগী উৎসব অদু য়াওবদা শেৎনবা ফৈজোম-পূময়াৎ অদু খাউ অমদা হাপচিল্লে। ঐসু ইমাখোয়না পীবা পৈশা অচোইবা খরা ফূরিৎখাউদা চেকশিন্না হাপচিল্লে (মদু মখায়মুক ওইবা য়াই, ঐ তশেংনা নীংশিংবা ঙমদ্রে)। মতম অদুদা ঐনা মপুং ওইনা নুংঙাইখিবদি দুকান্দার অদুগী শিংনবা পৈশা অদু খুত্তা লৈরে, মদু শোয়দনা শিংলুরগনি হায়বা ৱাখল অসিনি।

ঐখোয়না ফিরোল শেত্তুনা চৎনবা থৌরাঙ তৌবা লোইবা মতমদা নুমিৎ থোরক্লে। ইমাগা জিগনা ঐবু ইবোতোম্বীদা ফজনা শিন্নরবা মতুংদা ঐখোয় অনী য়ূমগী মমাঙদা লৈবা লম্পাক অদুদা থোরক্তুনা শওম্বুংদা চৎনবগীদমক খোঙশানবা হৌরক্লে। শরৎ ঋতুগী মেঙলবা অয়ূক্কী নুংশানা অহিংগী লীক্লানা চোৎলবা নাপী মথক্তুদা তরু তরু য়ৈরি। অতিয়াদু ইশেং শেংই, অথাপ্পদা লৈরিবা খুল অমদি চীং খূদিংমক তশেং তশেংনা উই। অচীকপা, নাপী হৌবা লম্পাক অদুদা চৎপদা শোৎ শোৎ লাউনা থোরকপা খোঙথাংগী মখোল অদুনা ঐঙোন্দা অচীকপগা অমতা ওইখিবগী অঙকপা নুংঙাইবা ৱাখল অমা পী। লাইরমগী ময়াদা চৎপা মতমদা থম্না, হূপকুম্বগী মনম তপ্না তপ্না নাতোন্দা ফাওরকই। তশেংনমক অয়ূক অদুনা ঐগী পূক্নীংবু য়াম্না তেকখৎহল্লি। লৌবূক-লম্মাঙদা খোঙনা শাংনা চৎপা খোঙচৎ অসি ঐগী পুন্সীদা মদুনা অহানবনি। উরুবা মহৌশাগী পোৎ খূদিংমক ইনৌতা

নৌনা থোকই। তুং হন্না য়েংবদা তাম্না লৈহৌরিবা ঐখোয়গী ক্বারটর্স, মাঙদা লৈরিবা খুল, অকোয়বদা লৈরিবা লৌবুক-লম্মাঙ পুন্নমক্তুনা ঐবু পুক্লীং য়াম্না নুংশিহল্লি। ইশা অসি নহানমখৈগা মান্নদবগুম তৌনা খঞ্জরকই, মীয়ামদগী লাপথোক্লগা, নায়তোম তারগা করিগুম্বা অঙকপা নুংঙাইবা ৱাখল অমা থম্মোয়দা ফাওরকই।

ঐখোয়না শওম্মুং য়ৌবা মতমদা নুংশা ফনা য়াম্না হাইগৎলক্লে।

তাইবোতোম্বীখোয়দা ঙহাক পোখারগা ঐনা মাবু হৌদুনা মহৌশা ঐনা বম্বুলা শোৎখিবা দুকান অদুদা চৎনবা ঐখোয় অনী থোরক্লে। সড়ক্তা লাকপদা ঐখোয়না লৈরম্বা বিট অফিস অদু উরকই। মদু উবদা ঐগী পুক্লীংদু থুক লাউরকই, মতম খরগী মমাঙদা মদু ইশাগী ইয়ুমগুম্না খন্দুনা নুংঙাইনা লৈরম্বদু হৌজিক্তি অতোপ্পা মীনা কনশিনখ্রে। শূমাঙগী চুথেক্তা হৌবা, মতম অমদা ঐনা ইশাগী লেঙদ্রবা লনগুম খন্দুনা লুনা তৌখিবা, মশা-মরেং ফল্লবা য়োংচাক পাম্বী অদু তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি। মদুগী মখোঙদা শান্নখিবা, লাংবন থাগী অয়ুক্তা মখোঙদা ইচাই চাইনা কেল্লম্বা য়োংচাক মপাল, থাবল ফবা নুমিদাংদা মদুগী মথক্তা শেকপীশিংনা মখোল থোক্লা শান্নখিবা পুন্নমক্তু খঙহৌদনা নীংশিংলকই। য়ুমগী অকোয়বদা হৌবা শম্বক্লে, উতোংলৈ পাম্বীশিংদু হৌজিকসু অদুম ফজনা হৌরি, অদুবু মখোয়দুনা ঐঙোন্দা অৱাবগী শক্তোন ঙাক্তা ওইনা উৎপগুম তৌই। হিঙ্গোল মনুংগী অমদি অনরুপগী দৃশ্য পুন্নমক অদু পুক্লীংদা উরকই — ঐনা কাংখিল শান্নরম্বা মফম, উথক্তা সগাই শারম্বা মফম, থেক্লা খোয়না চেল্লিবা তুরেল, মদুগী তোর্বান অসিনচিংবা পুন্নমক। হৌজিক্তি মখোয়দু ঐগা মরী লৈনদ্রবা ঐঙোন্দগী লাপথোকখ্রবা পোৎ ঙাক্তনি খল্লুবদা ঐগী থম্মোয়দা অৱাবগী চৈনা ফাওরকই। ঐসি মফম অসিদা চন্নদ্রবা, লমলানবা মী অমগুম ইথন্তা খঞ্জরকই।

দুকান্দুগী মপাদু য়ৌরক্তুনা তাইবোতোম্বীগা ঐখোয় অনী মদুদা চঙলে। মফম অদুদা মাগী মরূপ অমসু লৈ; মহাক্লা মাগী মরূপ্তু উন্নবা চঙখ্রিঙৈদা ঐনা দুকান মনুংদা লৈহৌরে। মতম অদুদা দুকান মপু অদু লৈরমদে। তাইবোতোম্বীনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "তুমিন্না গদি মচীদা ফমদুনা লৈবম্মু, ঐ দুকান মপুদুসু থিরক্লে।"

ঐ মদুদা ফমদুনা দুকান মপুদু ঙাইদুনা লৈরে।

দুকান অদু চাকশঙগা তাইনৈ, মরক্তা ফাওনবা থোঙ অমা পাল্লি। লৈরিবা থোঙ অদু ফাওনা চাকশঙ অদু ইঙান ঙান্না উই। চাকখুমদা য়াম্না কেবী, কুচু ঙৌবী মৌ অনৌবী

অমা চাক থোংলি (মহাক্তু দুকান্দার অদুগী মমৌনুপী ওইরম্বা য়াই)। মহাক ফনেক হীগোক অমা শেৎলি, ফি হঙ্গামপাল অমা মকোক খুমদুনা ইল্লি, চাক লোইশিল্লকপা তাঞ্জাগী চাকখুমদু য়াম্না ফজনা, নান্না থোইদোক্লা চেকশিনবা মতৌ অমগা লোয়ননা বাই তৈদুনা, লোইশিন্দুনা লৈ। মাগী নৌরবা মশক, ফজবা কুচু, শেৎলিবা মীৎ থক্কৎনীংঙাই ওইরবা ফিজোল, মীগী ময়ুমদা নৌনা লাকপগী মরম মোকপা মওঙদা লূ-নাম্নবা হোৎনরিবা, অপীকপা চাকখুম অদুবু ফজহল্লিবা মতৌ পূম্নমক অদু ঐ পুক্লীং চঙনা য়েংদুনা লৈ। মানা তৌরিবা মতৌ অদু মৌ অনৌবী অমগী তৌফম থোকপা ফিদমগী ওইবা থবক অমা ওইনা ঐগী পুক্লীংদা খল্লি, মাবু য়াম্না মরম মোকপী অমগুম্না নীংই। নূপী ওইবী অমগী য়ুম পানবা নৌরিঙৈগী ফীবমগী মরমদা শেংফাত্তনা থনবা হৌখিবা অসি মদুনা অহানবনি।

ঐনা অসুম্না দুকানগী গদি মচৌদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা দুকান্দার অদু চঙলক্লে। মহাক তাইবোতোম্বীগা উন্নরমগদবা মান্দে। মহাক্লা ঐবু উবদা ইঙক ঙক্লা হংলকই, "ইবুংঙো, নহাক্তি 'সিদা মতৌ করম্না লৈরল্লিবনো, কনাগা লাকই?"

"তাইবোতোম্বীগা লাকই।"

মীকূপ খরগী মনুংদা ঐনা ফুরিৎখাউদগী পৈশা মরি লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীরদুনা হায়, "মাম্মা, মসি লৌশিনবীয়ু, ঐনা মহৌশা বম্বুলা শোত্তুনা থাখিবগী পৈশা অদুনি।"

দুকান্দার অদু ঐনা হায়রিবা অদু করিনো হায়বা ভাব পাক তাবা ঙমদবগুম তৌনা ঐঙোন্দা ঙহাক তঙক তঙক য়েংলকই।

ঐনা মাগী ভাব তানবা হায়, "মাম্মা, মসি ঐনা 'সিদা লৈরিঙৈদা মমাঙগী চহীগী দুর্গাপূজা লোইরকপদা মাম্মদগী বম্বুলা শোত্তুনা থাখিবগী পৈশা অদুনি।"

মহাক ভাব খরা তারকপগুম তৌরকই, ঐঙোন্দা অমুক হেন্না ঙক্লা থাজদনা য়েংলদুনা হায়রকই, "হাইমা, মদু ঐদি পুমকাউ কাউরুরে, নহাক্তি নীংশিংলিবোইরে?"

মহাক পৈশা অদু লৌ হায়বা য়াদ্রে।

ঐনা মঙোন্দা শেংনা হায়দোক্লে, "মাম্মা, ঐ নুংঙাইতদুনা মদু শিংনবগীদমক্তা 'সিদা থৌওইনা লাক্লিবনি, মদু শিংলমদনা পাঙ্গৈদা অমুক হনবা য়াম্না নুংঙাইররোই। পৈশা অসি লৌশিনবীয়ু।"

দুকান্দার অদুনা ঐগী বাহৈ অদুদা পেনবগুম তৌনা মোমোন নোক্তুনা পৈশা অদু

লৌশিল্লে, অদুগা ঐঙোন্দা অচৌবা বিস্কুইট পেকেট অমা পীরকই। মদু মতমদুদা মখায়মুক পীরম্বা য়াই।

মানা ঐবু নুংশিনা তৌবা মতৌ অদুদা ঐসু অপেনবা পোল্লকই। ঐনা পৈশা মরিদং শিংবা অদু মানা ঐগী নুংঙাইতবা কোল্লবা মমিংগী ওইনা লৌশিল্লগা ঐঙোন্দা অদুগুম্বা অতাঙবা অচাপোৎ অমা লেম্না পীরকপদু ঐ কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙম্লরোইদবা থৌদোক অমনি।

ঙহাক্কী মতুংদা তাইবোতোম্বী মাগী মমান্নবা উন্নবা চঙখিবা অদু থোরক্কুনা ঐখোয় অনী দুকান অদুদগী থোরক্লে। ঐ ৱাখলদু ৱাইশংলে।

তাইবোতোম্বীখোয়দা উৎসব য়াওরগা ঐখোয় অনী মখোয়গী ময়ুমদগী অমুক পাঙ্গৈদা হন্নবা থোরকপদু নুংথিল যনা থেঙলে। ৱাইতোন লাম্লোক্লগা লৌবুক-লম্ফাঙ য়ৌরকপা মতমদদি নুমিৎকী মঙাল উদ্রে, উরুম লাংশিনখ্রে। নুংশা য়েদ্রবা লৌবুক্তা হৌবা ফৌ পাম্বীশিং অদু লিরি শীৎপা নুংশিৎনা হুম্বদা অশংবা ঈমায়দা ঈথক হৌবগুম উরি। লম্পাক্তা অঙাংশিংনা শঙ্খী অকংবা খূনবা, শনশিংনা শরূপ শরূপ ময়ুম মায়কৈ পাংনা চৎনবা উই। মালং অদু মৈখুগুম্বা লৈচিল-নোংফাইনা পানা শন্দোক্লুনা লৈ। ঙসায় অয়ুক তরু তরু লৈরম্বা চীংগী মতোনশিং অদু লৈচিল-নোংফাইশিং অদুনা খুমখিদুনা মশক শেংনা উখিদ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা খঙহৌদনা অকোয়বা অদু অমম্বনা তপ্না তপ্না কূপশিনখ্রে। অথাপ্পা খুলদা অমসুং ঐখোয়গী লৈফম মায়কৈদা থানবা কুফেৎ-কাফেৎ তৌবা মৈগী মঙাল খরা খরা উরক্লে। ঐখোয় অনী খোঙলৈ খরা থুগৎনা ঐখোয়গী লৈফম পাংনা লাক্লে।

ঐখোয়না য়ুম য়ৌরকপদু পুরা মন্নে।

দুর্গাপূজাগী মতম য়ৌরক্লে। ঐখোয়গী ক্বারটর্সকী মনাক্তা লৈবা লম্পাক্তা পাখংশিংনা চাউনা মান্দোপ খন্দুনা পূজা তৌই। মদু চহী খূদিংগী তৌই হায়না ইমান্নবশিংনা তম্মী। পূজা তৌফম অদু মাইক হৌনা পান্দুনা ইরাঙ লাঙই, নুংঙাইরবা কুম্মৈ কয়া তৌফম ওই। নুংথিলগী মতমদা মফমদুদা নুমিৎ খূদিংগী ৱারী লী। অদুবু মদু ঐ তাবদি হৈতে। মেরা থাগী অওনবা ঋতুগী শক্তম, মেঙথরল্লবা নুংশাগী মঙাল অদুদা মাইকতা তারিবা ৱারীলীবা অদুগী অনেম-অৱাং নাইনা, লৈতোন শেংনা মোন্দা থীন্দুনা

ৱারী লীবগী খোঙ্গোক অদু ঐঙোন্দা থোইনা হৈনীংবা পোকহন্দে। ঐনা নুংঙাইজবদি পূজা তৌফমগী মান্দোপ অদুদা মরক মরক্তা নুংদাংদা শূমাঙ লীলা অমখক শান্নবা অদুনি। লীলা অদু মফমদুগী মীওইশিংনা মরু ওইনা লিংখত্তুনা শান্নবনি, নিংথৌ হরিশ্চন্দ্রগী লীলানি, ঐনা খঙবা মীওই কয়া য়াওই। ঐগা তিন্নবা ইমান্নবা লুখোই হায়বা অমনা হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতাশ্ব শাই। লীলা য়াওবা মীওইশিংদু ঐনা মশক খঙবা য়াওরবসু মখোয়না অনৌবা ফিজেৎ লৈতেং শেত্তুনা লীলা শান্নবা অদুদা মখোয়বু ৱারীগী মীওইশিংদু ঙাক্তা ওইনা উখিদুনা মওঙ অমা ওইনা ঐগী পূক্নীংবু চিংশিল্লি।. লীলা অদুদা ঐগী পূক্নীং পুম্নূপ লূপশিনখি। পীক্লিবা ঐগী ইমান্নবা অদুনা মানা কূপ্লিবা পার্ট অদু য়াম্না মান্না শাবা, ৱা ফজনা ঙাঙবা, এক্তিং ফজনা তৌনা অদু উরগা ঐ অপেনবা পোকই, থম্মোয়দা মাবু থাগৎলি, মাবু ঐখোয়না তৌবা ঙমদবা থবক তৌবা, মমল য়াম্লবা মী অমগুম লূপ্না খল্লি, পূক্নীংদা মাবু কল্লকপা ফাওবা পোকই। লীলা অদুদা মানা মীবু কপহনবা ঙম্বগীদমক মাগী মগুণবু থোইদোক্না ৱাংনা খল্লি। লীলা লোইবা মতমদা নত্ত্রগা অতৈ মতমদা মাবু ঐনা ইকোই কোইনা খল্লি, অরুবা বিদ্যা অমা হৈরবা, মীগী মমাঙদা মায়পাক্না থোকপা ঙম্লবা মী অমনি খন্দুনা মাবু ব্যবহার তৌই, ভাবনা মাগী বিদ্যা অদুগীদমক্তা মঙোন্দা নাপল অমা ফাওবা য়াওবগুম নীংই, পূক্নীংদদি মাবু থাগৎলবসু অপান্নবা মঙোন্দা লীলা অদুগী মরমদা ৱারী শাবা ফাওবা হঙ্গৈইদুনা পাক শাবা ঙমদে।

পূজা তৌফম অদুদা নুমিদাংদা খূবাক-ঈশৈনচিংবা শকপসু য়াওই। মদুদি ঐ তাবা হৈতদুনা চত্তে, অদুবু মদুগী মাইকতা থাদোরকপা অহৌবা খোঞ্জেল অদুদি লম্মাঙ অদুদা তাম্না শন্দোকখিবগুম নীংই, ঐখোয়গী য়ূমদসু য়াম্না নিন্না তায়। মদুগী খোঞ্জেল অদুনা ঐবু ফমুংদা তূম্বা কায়হনবদি ঙমদে, মরক মরক্তা থারকপা বম্মুলাগী অহৌবা মখোলনদি ঐবু অমুক অমুক মীকপ খংথোক খংথোক থোকহল্লি। অথেঙবা নুমিদাংদুদা পূজাগী তোপ তোপ্পা নুংশিবা মতৌ অমা লৈ।

অয়ুক নুংথিলগী মতমদা ঐ পূজা তৌফম অদুগী ময়াদা শান্নদুনা, মদুবু য়েংদুনা লৈবা য়াওই। অচৌবা, লৈবাক্না শাবা দুর্গাগী মূর্ত্তি, য়ুংলিবা লফূ, উনা-শীংনাগী লৈতেং, পূজাগী পোৎলমশিং, মন্দোপ মনুংদা পরেং পরেং লৈতেং ওইনা য়াল্লিবা মচু মচুগী চেশিং পূন্নমক অদু উবদা ঐ অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওই। মফম অদুদা করিগুম্বা চিংশিন্নীংঙাই ওইবা ময়াই অমা লৈবগুম নীংই। পূজা লোইশ্লবা মতুংদদি মফমদু ইচীক

চীকই, নুংঙাইরবা কুম্মৈ অদু মতম্না পুদুনা চৎথ্রবদা করিগুম্বা অমা ইহাঙ হাঙহৌই, পোত্থাফম খঙহন্দে।

নিংথমথা ওইরক্লে। ঐ অয়াম্বা মতমদা ইমান্নবশিংগা লোয়ননা লম্পাক্তা কাঙজৈ, বোল, ফীবুলহাবীনচিংবা শান্নদুনা লেল্লি। করিগুম্বা নুমিত্তা বোরা পুদুনা থাপ্না লম্পাক্তা শম্থী অকংবা খুনবা চৎলি। নিংথমথাগী কংলবা লম্পাক অদুদা মচু ওল্লবা নাপীশিংগী মথক্তা চৎপদা চোকথবা লৈতে। তারমদাই নুমিৎকী ঙাঙলৈনবা মঙালনা লৌবুক-লম্নাঙ মথক্তুদা য়ৈরম্নগা মতম খরদংগী মনুংদা মঙালদু মাঙখিদুনা সন্ধ্যাগী মতম ওইরকপা মতম অদুদতা শম্থী অকংবা য়াওরিবা বোরাগী মচীন অদু কিশিন্দুনা য়ুমদা হন্নবা থৌরাঙ তৌই।

থাবল ফবা ৱাকচীংগী নুমিদাং অথেঙবদা অঙৈংবা নুংশিৎনা হকচাংদা চীক চীক লাউনা য়ৈবা মতমদা উন য়াবা লম্পাক্তা থোকই। উন য়ারম্নগা য়ুমদা অমুক চঙদুনা থক থক নীক্কা নোং থুনা ঙালহন্নীংবনা ফমুংদা তুমথখি। অহিং মীকপ থোক্তনা তুম্নুরগা নোংঙাল্লমদাইদা মীকপ অমুক্তং থোক্লকপদা য়েন খোংলকপা অমদি ভেন্টিলেসন্দা মঙাল খজিক্তং লাকপদা খোঙউপ য়াওদনা ফমুংদগী চোংথদুনা ঐনা উন য়ারম্বা মফম — মমাঙগী লম্পাক অদুদা চেম্থোকই। নোংপোক্রোমদা ঙাড্রানবা নুমিৎকী মশেক খজিক্তং লাকপদা ঙায়রি। থুনমক উন য়ারম্বা প্লেট অদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মদুগী মমায় অদু খুৎনা নান্দুনা য়েংলকই — কন কন লাউনা গ্লাসকী মমায়গুম্না ইরং লংনা লৈরম্বদু উবদা কান্নবা ফল অমা ফংলবগুম মিহুল তীং তীং চোংনা য়ুমদা নুংঙাইনা চেনশিল্লকই। ঙহাক্কী মনুংদা নোং পুমঙান ঙাম্থোরক্লে; ঐনা উন য়ারম্বা লম্পাক অদু লুপা মকুপ চাইখায়বগুম্না পুমঙৌ ঙৌনা উন্না কুপ্তুনা লৈবা অদুদা পুক্নীং নুংঙাইনা য়েংদুনা লৈ। য়ুম্লোন্নবা ইমুংগী অহল অমনা শম্থী অকংবা থাদুনা মৈ হৌগৎলিবা ফুঙ্গা মনাক অমদা ফম্নদুনা ঐনা উন অদু খুৎনা পায়রগা মরূপ অমগা য়েন্নদুনা চামিন্নৈ। উনগী মহাউসি করিসু লৈতে, অদুবু মদু অহাউবা অচাপোৎকুম্না চায়। মদু পায়রিবা ঐগী খুৎ অদুদি ঙাংশঙ ঙাঙশিনখি, ঈ ফমজিনবগুম তৌখি, মৈদা অমুক য়াইবদা অকনবা অনাবা অমা ফাওই।

অদুদগী য়ুমদা থুনা অমুক চেনশিন্দুনা স্কুল কানবা ফিরোল শেৎচিল্লি, ফি খোঙউপ তোংদুনা, নাকন্দা শ্লেটকা লাইরিক্কা য়েপ্তুনা মরূপশিংগা লোয়ননা অঙৈংবা লম্বী অদুদা শাংনা খোঙনা অমুক স্কুলদু তান্না চৎলি। মদুদা শাবা ৱারী অদু মার্বল শান্নবগী, ঈশিৎপা

চৎপগী, কাওথ্রুম তানবগী ৱারী ঙাক্তনি — মদু ঐখোয়দদি মরু ওইবা ঙাক্তনি।

চহীগী পরীক্ষা লোইখ্রবা মতুংসি মরু ওইবা মতমনি। মতম অসিদদি অহল-লমন্না লাইরিক পাদে হায়বনচিংবগী চৈবা, ৱারকপা অদু পুমতোক তোকখ্রে — নীংতম্না অয়ুক্তগী নুমিৎ তাবা ফাওবা শান্নবগী নুংঙাইবদু ফংই। অহাঙবা, অশংবা, মপাল তান্না উখ্রিবা লম্পাক্তা তেলঙ্গা পাইবা চৎলি, ফাইরেন থাগী অশংবা অতিয়াদা ৱাংনা পাইরিবা তেলঙ্গাদা মীৎ কৃপ্তনা পুক্লীং হকচাং লুপশিন্দুনা য়েংদুনা লৈ। তেলঙ্গা অদুসু থৱায় পানবগুম উই, মাগী লেঙবা মতৌ খুদিংমক্তুদা ঐগী থৱায়সু য়াওই, নুংশিৎ কল্লবা মতমদা মকোক ঙাওবা, হাই-হুন্নকপা অদুদা মিহুল চোংনা থৱায় ৱানা শৈন্নে। করিগুম্বদা খঙহৌদনা অকনবা নুংশিৎ অমা অমুক হুন্নকপদা খৃত্তা পায়রিবা শুৎকী লং অদু খংয়াং য়াংলক্তুনা তেলঙ্গা অদু থৱায় য়াওদ্রবদৌনা তপ্না তপ্না হাইদুনা অহাঙবা মালংদা নীংতম্না নুংশিৎনা পুদুনা চৎখিবা য়াওই। মদুদা খঙহৌদনা ঐনা শকফম হোংনা, নীংবা কায়না তেলঙ্গা অদুদা য়েংই, অদুদগী হঙ্গৎ-হঙ্গৎনা মদুদা অদুম য়েংলগা লৌবুক্কী লৌরীদা চেন্না চেন্না নুংশা মরক অদুদা চীংখোঙ ফাওবা য়ৌনা তান্নে। ইথক্তা কিবা খঙদনা অথাপ্পা চীংখোঙদুগী অৱাংবা উশা মরক্তা পনবা তেলঙ্গা অদু লৌথরগা ৱাবা খঙদনা, করিগুম্বা মমল য়াম্বা মাঙলুরবা লন অমা অমুক মায়পাক্লা ফংলকপগুম নুংঙাইনা লৌরী মথক্তা তেলঙ্গা অদু পুদুনা হল্লকই। খাওথ্রবা অহাঙবা লৌবুক অদুদা লমহেল্লবা নুংশিৎ অদুনা মতমদুদসু শম, ফিরোল হুমদোক্কদবমখৈ কন্না শীৎলকই। লং তেন্না খৃত্তা পায়রিবা তেলঙ্গা অদুসু ঐগী তুংদা পাইগদবগী হোৎনরকই। হন্না য়েংবদা অৱাংবা মুরৈনবা চীং অদুনা তুংদা থাপ্না লৈহৌবদু উরকপা মতম অদুদতা ঐ মফম অদুদা চৎলুবগী অকিবদু পোক্লকই, ইথক্তা তান্নবা চীংয়া অদুদা করিগুম্বা তমথিবা শাগা থেংনরম্বসু য়াই হায়বদু খল্লকই।

ফাইরেন থাগী মতমদুদা লৌবুক্তা কাওথ্রুম তানবা চৎপা, হুপ্না কৃপশিন্দুনা ঈশিং খজিক খজিক্তমক তুংদুনা লৈরিবা কোঙ্গুৎ, লৌখোং নত্ত্রগা পাক্তা ঈশিৎপা, লাইরমদা খোইচোপ্পা চৎপা অসিসু নোংমগী মরু ওইবা থবক অমনি — মদুদা চাগনি থক্কনি হায়বা কাউই। খোইদা ঙা অচৌবা থুবগী নুংঙাইবদু অঙকপনি। লৈরাইদগী থাপ্না ঈশিং কুমথরগা কৌনা, হুপ অমদি থন্না মরক্তা য়ুংলিবা অচৌবা খোইজৈ অদুগী ময়াদা অচৌবা পোরোম্না ঈশিংদা ব্রোঙ ব্রোঙ লাউনা নৈরকপা, চোংলকপা মখোল অদু তাবদা মিহুল অদু লৱাই লুতোন য়ৌখ্রবোই নীংই। ঙসায়মখৈ লাইরমগী মপান্দা উগী মখোঙদা ফমদুনা শঙদুনা

লৈরম্বদগী মখোল অদু তাবদা ঈশিংদা চোংথখিবা খঙহৌদে। পোরোম অদু চোংদুনা হুপ অমদি কৌনা মরক্তা নৈশিন্দুনা লৈরম্বদগী ৱানা লৌথোরক্লুনা লৈরাইদা কাখৎলকই, অদুগা খোই অদুদা ঙাদু অদুম ফ্রিং ফ্রিং চোংনা য়ান্দুনা যুম তম্না হরাউ-হরাউ চেল্লকই। অদুগুম্বা ঙা অদুগী মমলদু হায়নীংঙাই লৈতে।

পরীক্ষা হায়দোক্লবা মতুংদা ঐ মঙাশুবা ক্লাস কাল্লগা পাঙ্গেগী এম, ই, স্কুল অমদা ক্লাস থিদা মিং চল্লে। ইশাসি অমুক লীপুন অমনা পুনবা হৌরে। অদুবু ক্লাস অনৌবা কাবগী নুংঙাইবা রাগ অমদি য়াওই। অনৌবা লাইরিকশিংগী মমিং খঙনীংবনা ঈখৌ লাংই, মখোয়শিংদু লৈবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। অহনবা লাইরিকশিংগী অঙাঙবা, অশংবা ফজবা মখুমশিং অদুনা শুম্মৎলি। কুইনা খূর্জিদগী নাম্থোক্লুরবা শগোলগুম তৌরুরগা অমুক স্কুলগী অকনবা নিয়মশিংনা পুনবদু হৈনদবনা খম থেংই। অহানবা চঙবা ওজানা চেকশিন্নবা, লাইরিক কন্না পানবা ঐখোয়না নৌনা কারিবা ক্লাসতুগী। অরুবা লাইরিক্কী মরমদা ৱারী শাবদা পূক্নীংদা য়াম্না অকিবা পোকই, ৱাখল অদুনা কোক্তা অৱাবা পী। লাইরিক য়াম্না কন্না পানবগী ৱাখল শন্দুনা যূমদগী কয়া চথোক্তবা য়াওই। অদ্বু মতম খরা লৈরগদি অদুক কনবা লীপুন অদু খজিক্তুং কোমথোরকই, লাইরিক পাদবা মতমদা ইমান্নবশিংগা শান্নবা অমুক হৌই।

লমদা থাগী মতমদুদা থাবল ফব্বা নুমিদাংদা লিরি শীৎপা নুংশিৎ মরক্তা লম্পাক্তা ইমান্নবশিংগা পূন্না ফমদুনা নুংঙাইবা ৱারী কয়া শাদুনা লৈ। মতম অদুদা শীৎখিবা নুংশিৎ অদু করিগীনো পুন্সিগী অতৈ মতমদা অমুক্তা শীৎখিদ্রিবা ? মদুনা তুখোঙ খূদিংদা নুংঙাইবগী ঈথক হৌহনখি। সংসার অসি অথুম্বা অমৃতনা থল্লবা মফম অমগুম মসিগী মহী ময়াইদু থকপগী লোইবা নাইখিদে।

করিগুম্বদা নুংথিলগী মতমদা অমুক পাক্লবা অশংবা লম্পাক মথক্তুদা মরূপশিংদুগা লোয়ননা অতিয়াদা য়েংখত্তুনা ৱাংনা পাইরিবা উচেকশিংবু য়েংবা, মশীং থীবা, মশক তাকপা, চেন্দুনা শান্নবা অসিনচিংবা তৌই, নুংঙাইবা ৱারী কয়া লীনদুনা থৱায় তানা নোকই — অহল অমদদি মদু করিসু কান্নদবা ওইবা য়াই; অদুবু মতম অদুদদি ঐখোয়দদি কান্নবা ঙাক্তনি — অতৈ খঙদে — মদুদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফংই। অহল অমদা মাগী অনীংবা খূদিংমক থুংহল্লবসু, অপাম্বা পোৎ খূদিংমক পীরবসু মদু য়ৌনা নুংঙাইবা ঙম্বা ওইথোক্লোই।

মরক মরক্তা জিনা মাগী অতেনবা চীংদা চৎপা খোঙচত্তা ঐবু পুবীবা য়াওই। ঐ নোংমা মাগী মতুং ইন্দুনা ঐখোয়গী মনীংলোমদা লৈবা চীং অমদা চৎলি। মদু শজিবু থা চঙলকপা মতমনি। ঐখোয়না চীংদোন য়ৌবদা নুংশা য়াম্না হাইগৎলক্লে। চীংথক্কী ৱাংলবা উচান পাম্বীশিংগী উরুম লাংবা মখোঙদা ফমদুনা ঐখোয় ঙহাক পোখারকই। অৱাংবা চীংদুগী অঙম্বা চীংমায়, চীংখোঙগী অশূকপা নারক, অশংবা উ-ৱা, তাম্না শন্দোকখিবা লৌবূক-লম্মাঙ পূম্নমক্তু ঐ পূক্নীং চঙনা য়েংদুনা লৈ। চপ ঙম্বা চীংমায় অদুদগী চীংখাদা য়েংথবদা পূক্নীং হকচাং তুজুংনা অকিবা পোকই, অদুবু মদুদা অঙকপা নুংঙাইবা অমদি য়াওই। নুংশিংনা হুন্নকপদা উচান মনা মরক্তগী থোরকপা মখোল, মখোঙদা অঙাঙবা চীংলৈবাক মথক্তা কেন্দুনা তারিবা উচানগী মহৈ অমসুং অকংবা মনাশিং, নুংশিংনা পুরকপা উচান মনাগী অয়াকপা মনম — পূম্নমক্তু তশেংনা শুম্নাৎনীংঙাই ওইবা ময়াই অমা য়াওবগুম নীংই। য়াক্না শাগৎলক্লবা নুংশাগী মৈশাদুদা নুংশিৎ অদুনা হকচাংদা য়ৈবদু থম্মোয় য়ৌনা ঈংহল্লি। মতম অদুদা সংসার অসিদা নুংঙাইবা নত্তনা অতৈ করিমতা লৈত্রবগুম নীংই। লোত্তুনা লৈরম্বা প্রকৃতিগী থৱায় অমনা ঐবু মথানুংদা কোনশিনবিখিবগুম নীংই।

নোংমনা নোংজুথাগী নোং লেপ্তনা চুবা থামম্বা নুংমিদাং অমদা জিগা লোয়ননা ছাটিন তূপ্তুনা তোর্চ পায়দুনা মমাঙগী লম্পাক্তুদা করিগুম্বা ঙানা লৌখোং অমদি লাইরমদগী কাখৎলকপ্রা হায়দুনা কোয়না থিবা চৎলি, অকূৎপা ঈশিং পাথোকপা কোঙ্গুৎ খূদিংমক মৈ ঙান্না কাপ্তুনা ঈশিং হাইগৎলকপা মপানগী অকোয়বা খূদিংমক য়েংই, অদুবু নোংলিক্লা মখোল থোকপমখৈ কন্না তারিবা, অশংবা অমদি অকংবা নাপীশিংনা তাউরিবা ঈশিং অদুদা ঙা অমতা উদে। ঐখোয় ঙা অমতা ফাদনা হল্লকই। অদুবু ঙসিদি নুমিৎ অদুগী নীংবা কায়বা, ঙা অমতা ফাদনা হল্লকখিবা থৌদোক অদুমক্কা মদুবু কাউঙমদবা থৌদোক অমা ওইহল্লি।

ক্লাস থ্রিদা অহানবা ইংলিস তম্বা হৌবা অমদি লাইরিক মশীং য়াম্না তমখৎলকপগী লুবা অদুনা মরম ওইদুনা ঐগী প্রাইভেট তম্বীনবা খেরো কৌবা ওজা অমা থম্মী। ঐনা স্কুলদগী কূম্লকপগা মহাক হেক হেক লাকই, কুইনা পোখাবগী মতম ফংদে। স্কুলদনা খরদুম ফৈ, প্রাইভেট তম্বা মতম অসি ঐগী খ্বাইদগী তনবা মতমনি। ঐগী পূক্নীংদা পূন্নমক

খঙলবনি হায়না খনবা ওজা অদুগী মীৎয়েং অমতংদু ইথন্তা থেংনবা অসি খাঙবদা ৱাখ্রবা অমনি, খঙদবা খুদিংমকপু লোৎপা য়াবগী তাঞ্জা অমতা লৈতে। করিগুম্বা নুমিত্তা মানা মমাঙগী নুমিত্তা পীরম্বা হোমৱার্ক অদু ঐনা তৌহৌদবা মতমদা মহাক্না ঐঙোন্দা মমায় ঙাঙনা, শাউনা, মমীৎ খানা য়েংলগা অসুম্না চৈ, "ৱার্থলেস, নোটি বোই," মদুদা ঐ কিনা তুম্বক তাশিন্দুনা খাঙই। তন্নিবা কাগী থোঙদু লোনশিল্লগা মহাক্না ঐবু য়াম্না চৈখি, ঐগী তুংগী পুন্সীগী অমম্বা ফীবম অমা হাম্না উরবগুম মানা থৱায় ৱানা মাগী অঙাঙবা শকফমদু হঞ্জিন্না মমীৎ তুকথনা ঐঙোন্দা অমুক তুমিন্না য়েংদুনা লৈখি। অদুদগী নোংমগী পারা অমুক তম্বা হৌই। পুং অমা মখায়মুক তন্নবা মতুংদা মানা চৎনবা থৌরাঙ তৌরকপা, প্লেট অঙৌবদা হাপ্তুনা থম্বা চুরুট অমা পায়খত্তুনা চম্বা হৌবা মতম অদুদা ঐগী পূক্নীংদা নুংঙাইবা, স্বর হোন্দোকপা হৌরে।

ওজা খেরো চহী মীয়ায় চল্লবা, মী ৱাংবা, ফৈজোম শেৎপা, চীংলেম্বা, লম অদুগী অঙাং প্রাইভেট তম্বীবদা মমিং চৎপা ওজা অমনি। মহাক মশক ফজৈ, অদুবু মাগী অচেৎপা শকফম অদুদি অকিবা মতৌ অমা লৈ। মাগী পোক খরা খরা য়ানবা মশম অদু লুমাংদা পোংলপ তৌনা য়াম্না নান্না হাৎলি। মহাক মেট্রিক ফাওবা য়ৌনা তমহৌদে, অদুবু মাগী তোপ তোপ্পা লাইরিক খূত্তাক, চেকশিনবা, নিয়ম নাইবা অদুনা অঙাং তম্বীবদদি মীনা তান্নে। মফম অদুগী মীনা মাবু অদুক্কী মতিক থাজে মদুদি মেট্রিক পরীক্ষা থাবা ছাত্রশিংনা করিগুম্বা অঙ্কগী ফল চিংনরবদি মঙোন্দা হংলৈ, অঙ্কদু মানা ইরায় লায়না হোৎলি, অদুগা মতম অদুগী ছাত্রশিংগী থাকপু মানা মপূক্নীংদা করেম্নদুনা মোমোন নোকই।

ঐনা পূক্নীংদা হেক হেক ফাওখি করিগী অসুক মমিং চৎপা ওজা অসিবু ঐগী প্রাইভেট তম্বীনবগীদমক নেক্লিবনো। ঐদি মাগী ছাত্র অমনি হায়বদা ইকাইবা পোকই, মাগী মিংচৎ থীনবনি খল্লি। মাগী ফজনা তম্বীবগী নিয়ম অদু ইনবদা অৱাবগী মশক্নি। লাইরিক্তা য়াওদবা মানা পুথোকপা অঙ্কগী ৱাহং কয়া হোৎহল্লি। অঙ্কদা নত্তনা ইংলিস তম্বীবদসু মাগী তোঙানবা মেথোদ লৈ। মতমদুদা মহাক্না ইংলিসতা ৱাহৈপরেং শেম্বা, ট্রান্সলেসন তৌবা, অরানবা চুমথোকপা, ট্রান্সফোরমেসন ওফ সেন্টেন্স (অচম্বা অরায়বা ৱাহৈপরেংশিংগী) অসিনচিংবা তম্বীবা হৌই।

মাগী ময়ূমসি ঐখোয়দগী মাইল অমরোম লাপ্পী। মহাক মখোঙনা হেক হেক লাকই। নুংথিল মহাক লাকপা মতম ওইরকপদা ঐনা ফমুংদা চোংখত্তুনা সড়ক্লোমদা ওন্দুনা পানবা

মিংশেল চনবা থোঙনাউ অদু ফাওনা তান্না উখ্রিবা অচুম্বা সড়ক অদুদা ঙহাক লৈতনা মহাক লাকপ্রা য়েংদুনা লৈ। ফেজোম শেৎপা, ফুরিৎ অঙৌবা লীৎপা মাগী অৱাংবা মুর্ত্তিদু অথাপ্পদগী লশিং মফোলগুম হেক হেক উই, মদু উদ্রিবা ফাওবদি ঐ নুংঙাইবা পোকই, মাগী অচিনবা থবক্কা লৈদুনা করিগুম্বা লাক্ত্রবদি খন্দুনা; অদুবু অয়াম্বা মতমদা মহাক শোয়দনা লাকই। করিগুম্বা নুমিত্তা লম্বীদা থাপ্পা উবা লশিং মফোলগুম চঙশিল্লক্লিবা, ঐনা মহাক্কি খল্লুবা মূর্ত্তি অমনা মহাক ওইরমদবা থোক্লবা, নুমিত্তু অথেঙবা ফাওবা মহাক লাক্ত্রবা, অদু ওইরবদি ঐঙোন্দা তপ্পা তপ্পা নুংঙাইবা ফাওরকই, লম্পাক্লোমদা হরাউনা শান্নবা চেম্থোকই।

নুংথিলগী মতমদা করিগুম্বা নুমিৎশিংদা ইমানা নোংপোক্লোমদা লৈরিবা লম্পাক অদুদা, লাইরমগী মপান্দা শাংনা ৱাকিং চৎপা য়াওই। ঐসু লাইরিক তম্বা কুম্নক্লগা ৱাকিং চৎপা অদু য়াওগে হায়দুনা মঙোন্দা হায়; মদু অতৈ মরমগী নত্তে য়ারবদি প্রাইভেট তম্বা অদু নাম্থোক্লবনি। ইমানা ঐবু য়াওদনবা হায়রবসু ঐনা কন্না তক্লদুনা মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলি। য়ূমগী মমাঙদা লম্পাক অদুদা খজিক্তং থোরকপদা ঐনা অৱাংলোমদা অহাঙবা লম্বী অদুদা য়েংবদা লশিং মফোল মাল্লবা ওজাগী মূর্ত্তি অদু অথাপ্পদা উরে। মদু উবদা ঐ পূক্লীংদা নিংকোক নিংকোক তৌই, ৱাখল খন্থরকই, "য়ূমদা লৈহৌরগা লাইরিক তমহৌবনা ফৱা নত্ত্রগা মানা লাক্লিবদু খঙশিন্নদনা ৱাকিং অদুম চৎপনা ফৱা?" ঐ ঙহাক্তং চৎনা চৎনা খঞ্জানৈ। অদুদগী অকোনবদা অতনবা ৱাখল অদুনা খুদুমচন্দুনা ঐবু ঈনশিল্লকই, "মহাক লাক্লিবদু খঙশিন্নদনা ৱাকিং চৎপনা ফৈ। ঐ লৈতে হায়দুনা মহাক মরাইনা হঞ্জগ্রগনি।" ৱাখল অসিগা লোয়ননা ঐ ইমানা ৱাকিং চৎপা অদুদা অদুম য়াওদুনা চৎলে। চৎনা চৎনা পূক্লীং মকালাম্না, হাইফেৎ নুংঙাইনা খল্লকই, "ফরে, ঐ ঙসিদি লাইরিক তম্বা নাম্থোক্লে।" লম খরা শাংনা চৎলগা প্রাইভেট তম্বগী মতম অদু হেম্থগ্রে খনবদা পূক্লীংদা হেন্না নুংঙাইবা ফাওরকই। অদুবু ঙহাক্কী মতুংদা ইমানা খঙহৌদনা হায়রকই "ফরে, হল্লসি থেঙথ্রনি। নঙগী ওজা ঙসায়না লাক্লম্লনি।"

মতমদু লম্পাক্তা নুমিৎকী মঙাল লৈত্রে। ঐদি পূক্লীংদা চেৎনা থাজনা অদুম খল্লি, "ওজা অদু ঙসায়না শোয়দনা ময়ূমদা হল্লম্লগনি।" ঐনা ফংথোক্তনা ফংবা অফবা তাঞ্জা অমা ফংবগুম পূক্লীং ৱাইশংনা নুংঙাইনা হল্লকই। অদুবু ঐনা খনবা ৱাখল অদুদি ওন্নরম্লে। ঐখোয়না লম্পাক্লোমদগী হল্লক্তুনা ঐখোয়গী মমাঙগী চঙফম অদু য়ৌরকপা মতমদা

ওজাদুনা মাঙ্গোন্দা মোরাদা ফমদুনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্বা উরে, মাবু উবদা ঐগী পূক্নীং ইহন হন্থরকই। ঐনা লাইরিক তম্বদগী লৈথোক্লবা তৌরম্বা থৌরাঙ অদু মায়পাকখিদ্রে। মহাক্না ঐবু হান্নগী পূংশিং অদুদগী তাদনা লাইরিক তম্বীরগা থেঙনা, মন্নবা মতুংদা ময়ূমদা হনখি।

তশেংনমক ঐ মতমদুদা লাইরিক তম্বদগী অতে থবক্না য়াম্না হেন্না পূক্নীং চঙই। ছুটি নুমিত্তা নুংশা কনখৎলক্রগা লাইরমদা ঈরুপ্পা, ঈরোইবা তম্বা, ৱারগা ঈশিং ময়াদা হৌবা কৌবীলা পাম্বীগী মপাল হেক্তুনা খোইহি চুপ্পা অসিনচিংবা কয়া তৌদুনা লৈ। নোংম-ফাদোক ইম্ফাল কারমদাইদা লাইরমদা শেংনা ঈরুজথোক্তুনা, ফজবা ফিরোল শেত্তুনা কেনা চৎনবা হোৎনৈ; অদুবু ইম্ফাল য়ৌরগদি মরী-মতাশিং, ইচল, ইচেশিংনা ঐঙোন্দা "লৱায় নূপা" হায়দুনা হেক হেক লক্নে। মদুদা ঐগী নুংঙাইতবা, শাউনীংবা অদু হায়নীংঙাই লৈতে, করিগুম্বদা মখোয়গা খৎনবা য়াওই। অদুবু পাঙ্গেদা অমুক হন্নগদি ঐ মখোয়না লক্নদুনা হায়খিবা ৱাহৈ অদু কাউখ্রে, মদুগী করিসু নাচুংবীদ্রে। মখোয়দগী ঐনা হেন্না নীংতম্বা, নুংঙাইবা পুন্সী অমা লেপ্লি হায়না ইথন্তা থোইনদুম নাপল তৌনা খঞ্জরকই; ঐনা শান্নবা ফংলিবা অহাঙবা লমজাউ, ঈরোইবা ফংলিবা অচৌবা ঈশিং, কাবা ফংলিবা উচান পাম্বী হৌবা চীং — পূন্নমক অসি মখোয়না ফংবা নত্তে হায়না খল্লি।

নোংমদি ঐনা হান্না তন্নম্বা এল, পি, স্কুল অদুগী ময়াদা তৌবা গৌরলীলা অমা য়েংবা চৎলি। মদুনা ঐবু অনৌবা ৱাখলগী ইহুল কয়া পোকহনখি। লৈতেং ফজনা তৌরবা মান্দোপ অমদা শান্নবা লীলা অদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি। অঙাং ওইরিঙৈদা লমহেল্লবা নিমাইবু মমানা মরোল-মরি কয়া লোন্দুনা চৈবা, মমা-মচাগী নুংশিনবা মরী, নিমাইনা সংসারগী নুংঙাইবা থাদোক্তুনা লম্বোইদুনা চৎখিবা মতাংদা ইমুং-মনুংনা ৱাহৌবা পূন্নমক অদু ঐঙোন্দা য়াম্না শুম্নাৎনা থোকখি। লীলাদুদা উৎলিবা ফজবা, মনুং হুঞ্জিনবা ৱাখল কয়াশিং অদুনা ঐবু পুন্সীদা হেন্না পাকপা মীৎয়েং অমনা য়েংবা ঙমহল্লকই।

চহী অমদা লাক্লিবা অতে কুম্মৈশিং অসিসু ঐনা য়াম্না মরু ওইনা খল্লি, মখোয়দুগী নুংঙাইবা অমতা ঐ নাম্থোকহনবা পামদে। মমাঙগী চহীদা কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা ইম্ফাল তান্না খোঙনা শান্নপোৎ লৈবা চৎপা য়াওখ্রে, সরস্বতীপূজাদা স্কুলদা তৌবা কুম্মৈ-ফিওং কয়াদা পূক্নীং লূপখি।

অতোপ্পা ঐনা কাউঙমদবা অমদি তাইবোতোম্বগী মতৌ উরগা অমসুং মানা ৱারী শাবা তারগা পুন্সীগী অনৌবা জ্ঞান ফংদুনা নুংঙাইখিবা খরনি। হৌখিবা বারুণীদা মহাক্না ইম্ফালদা লৈবা ঐখোয়গী পাবুং (জিগী ময়াম্বা জেলর ওইবা) অমগা বারুণী কাবা চৎমিন্নরুই। চহী নীফু হেল্লবা ঐখোয়গী পাবুং অদুনা মাগী লমদা লৈবী নুপী অতোম্বী অমগা কেন্না বারুণী কামিন্নবগী ৱারী মহাক্না হেক হল্লকপগা ঐখোয়দা তম্মী। নুংশাদা ৱানা চৎলক্লবা মতমদা কেরবী নুপী অদুগী মমায়দগী পাউডর কোক্লক্তুনা মমায়দু মরাং মরাংবা, মহাক্না অৱাবা উত্তুনা কেন্না মখোল নৌথনা ঙাঙবা, পাবুংগা মখূৎ শম্নদুনা কাবা — মখোয়গী মপোৎ-মচৈ খূদিংমক্না মঙোন্দা পুহনবা অসিনচিংবগী মরমদা তম্মী। পাখংমচা ওইরিবা মহাক্না চহী লৈশিল্লবা মীওইশিংনা তৌবা মতৌ অদুদা য়াম্না ঙক্না, মরিং মরাংনা উরুবগী মওঙনি। মহাক্না চুম্নতা পাউ তম্বা নত্তনা মশামক্না লীলা কুম্বগুম মাঙ্গোন্দা লেপখৎলগা ৱা ঙাঙদুনা, মশা-মউ থেক থেক্তুনা, মমায়-মমীৎ য়াওনা এক্তিং তৌদুনা মখোয়গী মতৌ তল্লকই। অদুদগী মহাক শিথবমখৈ নোক্তুনা অমুক ফমথরকই। মহাক্না হায় নুমিৎ অদুদা নুপী অদুনা মমায়দা তৈরকপা পাউডর অদু খূত্তুমমুক থায়, অদুগা মচানবান অদুনা তেনৱাগী মচানমুক ঙাঙনা শঙই।

তাইবোতোম্বা করিগুম্বদা তোঙানবা মচিং-মশোন নাইবা লীচৎ চৎলকপসু য়াওই। মহাক তনবা হৌখ্রবদি য়াম্না শাথি। নিংথমথাগী মতমদা মানা তনবা হৌখ্রবদি নুমিৎ চুপ্পা লাইরম মপানগী নাপী মথক্তা কৌবীলা মখোঙদা অদুম কম্পোর অমা শূপ্তুনা হীপ্তুনা লৈখি। মানা অদুম্না লৈখ্রবদি ইমাখোয়না মাগী পুক্নীংগী ফীবম অদু খঙদুনা মঙোন্দা ৱা অমুক ঙাঙলুদ্রে, পাখোন করিমতা শীরুবা তৌদ্রে। মানা হৈনৗংলবা মতমদা লাইরম মপান্দগী কারকই।

মহাক অসি সিনেমানচিংবা য়েংবদসু থৱায় য়াম্না য়াওই। মহাক্না মরক মরক্তা ইম্ফালদা চৎলুরগা য়েংলকপা সিনেমাগী ৱারী অদু ঐঙোন্দা হেক হেক লী। ঐনা জ্ঞান তারকপদগী সিনেমা হায়বদু অমুক্তা য়েংখিদ্রি, মরম অদুনা ঐ মানা লীবা ৱারী অদু য়াম্না ঙক্না নুংঙাইনা তায়। ভাবনা শাবা মীওইবগী পুন্সীগী মতৌ তম্বা কলাগী মহাউ অমা খঙখিবসি মদুনা ইহান হানবনি। মদুগী মমাঙদা ঐনা হরিশ্চন্দ্রগী লীলা অমসুং গৌরলীলা য়েংখ্রবসু মখোয়দু অশেংবা থোকখিবা ৱারী ঙাক্তনি হায়না খন্দুনা থোইনা অনৌবা অঙকপা অমা ওইনা থোকখিদে। সিনেমাগী ৱারীদা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা পুন্সীগী, মীওইবগী

মরমদা থৌদোক কয়া লেংশিন্দুনা শেন্নগা পুথোরকপা অদুদা ফংলিবা নুংঙাইবা অদুগী মরমদা ঐ তশেংনা য়ান্না ঙক্লা খল্লি। মহাক্লা খ্বাইদগী পামজবা ফিলম এক্ট্রেস অসি মধুবালানি, মহাক্লা কৃস্বা ফিলম অয়াম্বা মহাক য়েংই, সিনেমাগী ৱারী লীবদা মধুবালাগী মশক-মতৌ, পকচবগী মরমদা মহাক্লা য়ান্না পল্লি।

তাইবোতোম্বনা লীবা সিনেমাগী ৱারী অদুতা নত্তনা ইমানা ঐঙোন্দা ফুঙ্গাৱারী কয়াসু লীবি। মখোয়দু ঐনা পূক্লীং য়াম্না চঙনা তাখি। ঐগী পূক্লীংদা কলাবু পাম্বগী অহানবা মরু হুনখিবা অসি মতম অদুৱাইদরা হায়না খল্লি। ৱারীশিং অদু তারগা কল্পনাগী অঙকপা তাইবঙ অমা শাগত্তুনা ঐগী ৱাখলনা মদুগা ঈরোইনদুনা লৈখি। অওইবা পুন্সীদগী হেন্না নুংঙাইবা করিগুম্বা অরোনবা তাইবঙ অমা লৈরি হায়না খনখি।

মতম অদুৱাইদা ঐ লৈমিন্নবা মী অতৈশিংগী মতৌবুসু কুপ্না য়েংই। মখোয়গী মচিং-মশোল নাইবা শাজৎশিংনা ঐঙোন্দা কুম্মৈগুম নুংঙাইনা থোকখিবা য়াওই। নোংমা ঐখোয়গী অঙাং লৌনবা থম্না, চহী কুন্থ্রামুক শুরবী, ময়াঙ কংবী, মী পীকপী লৈহাউ কৌবী নূপী অমগা পুজারী ইবোতোম্বীগা খৎনবগী থৌদোক অমা থোকখি। মখোয় অনীমক ঈরাং য়াম্না কনবা মী ঙাক্তনি। নুমিত্তু লৈহাউনা ইবোতোম্বীদা মহাক ৱাইতোন্দা জগোই রাস অমা য়েংবা চৎকনি, চাক ঙন্না থোংউ হায়; অদুবু ইবোতোম্বীনা সন্ধ্যাদা লৈকাই কোয়বা চৎখিদুনা মহাক্লা চৎপা নংনবা চাক ঙন্না থোংউ হায়বদু থোংদ্রে। মদু মহাক্লা তৌগে হায়না তৌবা ওইরম্বসু য়াই। কুম্মৈ য়েংবা চৎলমদাইগী কেরবী লৈহাউনা ইবোতোম্বীনা হল্লক্লগা শাউনা, ঈশৌ লাংনা ঙাঙলুবদগী মখোয় অনী থীনা খৎনবা হৌরকই। মখোয়বু ইমানা য়াম্না ৱানা খামদোকই। ঈরাং কল্লবা মীশক অনী অদুনা মখোয়গী তোঙানবা রাগ অমমমদা তাউনদুনা খৎনখিবা মতৌ অদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদে। লৈহাউ হায়রিবী নূপী অদুনা ইবোতোম্বীনা ঐখোয়দা লৈরিবমখৈ মহাক ঐখোয়দা লৈররোই হায়না শাউদুনা নুমিত্তুদা অদুম চৎখিবদগী ঐখোয়দা অমুক হল্লকখিদ্রে।

লৈমিন্নবা গার্ডশিংগী মনুংদসু মখল কয়াগী মীওই য়াওরকই। — য়ুথকপা, জুৱার শান্নগনবা, নূপী কোয়গনবা, মী খৎনগনবা, মমায় থকপা মীওই অসিনচিংবা। জিনা মখোয়বু নীংথিনা কন্না পান্নে। মরম অদুনা মফমদুদা লৈরিঙৈদা থোইনা নুংঙাইতবা, অচৌবা সমস্যা থোকখিবদি লৈতে। ঐনা নীংশিংবদা নোক্লীংবা থৌদোক মচা অমতংদি লৈ। মদুদি অসিনি। মমায় থকপা, মীনা হায়ন-তান্নবা কয়া য়াদবা ফোরেষ্ট গার্ড সেঙ্গোই হায়বা অমনা

পাঙ্গৈদা লাকপা রিক্সো অহনবা অমা থৌবসু হৈতনা থৌরুবদগী নালাদা থৌথদুনা রিক্সো অদু পুমখোয় খোয়খি। মহাক ইকাইবনা মমায় ঙাঙনা অতেকপা রিক্সো অদু শেন্নবা লুপা য়াঙখৈ শিংবা তাখি। নুমিৎ অদুদা মাবু ময়াম্না য়াম্না নোক্লীংঙাই ওইবা চোঙলম চাদবা মী অমগুম থন্নখি।

এম, ই, স্কুলদা ক্লাস থ্রি তম্লিঙৈগী থৌদোক কয়া, থেংনখিবা ইমান্নবশিং অমদি ওজাশিং থরদি য়াম্না ফজনা নীংশিংলি। ক্লাসতা পারা ফাদ্রবদি ওজানা মখল কয়াগী দণ্ডি তৌই — ফাল মথক্তা লেপহনবা, চৈনা ফূবা, না লৈনহনবা অসিনচিংবা কয়া। মতম অদুদা স্কুলগী ওজাশিংদু শক্তি লৈবা অকিবা মীওই ঙাক্তা ওইনা উই। ঐগা তম্মিন্নবা ইমান্নবশিংগী মনুংদা ইনাক খুনবা ইমুংগী মচা য়াওই, লাইরিক য়াম্না ফবা য়াওই। মখোয়বু ঐনা তূমিন্না কল্লকই। শগোলমাঙদা লৈবা ইনাক খুনবা ইমুং অমগী ইমান্নবা মচীন-মনাউ অনীখক নুমিৎ খুদিংগী স্কুলদা অঙাঙবা ফজরবা সাইকল মচা অমমম তোংদুনা কারকই। মখোয় অনীমক কুচু ঙৌই, মশক ফজে, মফি-মরোল নান্না শেৎলি। মখোয় য়াম্না নুংঙাইনা উই, সাইকল তোংদুনা লাকপা ঙম্বা ইনাক খুনবা ইমুংগী মচা-মশূনি হায়না মখোয়বু য়াম্না ব্যবহার তৌই, মখোয়গী ফজরবা সাইকল মচাশিং অদুবু ঐখোয়না কল্লক্না য়েংনৈ। ক্লাসতা ঈশৈ শকপা হৈবা মখোল ফবা ইমান্নবা অমসু য়াওই। মহাক মী মুরগা মমায় পাক্তক তৌই, খরা ইকাইথী। নোংমদি মহাক দশা তাবা অমা য়াওখ্রে। ঐখোয়গী ওজাশিংগী মরক্তা মী ঙৌবা, মনাতোন তুম্বা, ময়াম্না কিনবা ওজা গোপাল কৌবা অমা য়াওই; মহাক্না ইমান্নবা অদু ঈশৈ শকপা হৈবনি হায়বা খঙখ্রে। ওজা অদুনা ইমান্নবা অদুবু ক্লাসতা ঈশৈ শক্কবা হায়রকই। মী নীফুমুক তম্লিবা, থংনবা কাগা তাইনবা অদুসু ফক্লোং অমনা খাবা ক্লাস অদুদা লাইরিক তম্বা মতমদা ঈশৈ শকপা হায়বসি মরিং মরাংনা থোকই, ঐখোয়গী কা অদুতা নত্তনা থংনবা ক্লাস অদুসু লাইরিক তম্বা কায়হনবা য়াই। ওজানা ঈশৈ শক্কবা হায়রকপা অদুদা ঐগী ইমান্নবা অদু ইকাইনা লূকথদুনা লৈখ্রে, ঈশৈ শকউ হায়বা য়াদ্রে। ওজা অদুনা মাবু ঈশৈ শক্কবা হন্না হন্না থেম্লকই। ঙহাক্তংদু ঐখোয় ময়াম ক্লাসতা চেক-মোক লাউদনা লৈ, ওজানা হন্না হন্না থেম্লবা ফাওবদা মহাক ঈশৈ শকউ হায়বা য়াদ্রে। মমৈথঙদদি ওজা অদু শাউরক্লে, ফজনা হায়বগী মহূত্তা ইমান্নবা অদুবু চৈদুনা, চৈ-লাং উত্তুনা শংগত্তুনা লাউরগা কিহনবা হৌরক্লে। মতম অদুদদি ঐখোয় পূক্লীংদা

নুংশাথীবা পোক্লকই, ফুগল্লবা ওজা অদুনা হায়বা য়াদ্রবদি ইমান্নবা অদু খুদোংথীবা য়াই হায়না খনবা হৌরকই। লুকথদুনা লৈরিবা ইমান্নবা অদুগী মমায়দু হেন্না হেন্না ঙাওশিল্লকই; মহাক মমীত্তা পিরাং চেল্লক্লে। মমৈথঙদদি মহাক খঙহৌদনা কিনা মখোল নীক্লা ঈশৈ অমা শকপা হৌরক্লে। অদুদগীদি ওজাদু হরাউবগুম তৌনা পুক্নীং চঙনা ঈশৈদু তাবা হৌখ্রে, ঐখোয়সু করিমতা লাওদনা মাগী ঈশৈদু তাদুনা লৈ। থংনবা ক্লাসতগী ছাত্রশিংনা খাজিল্লিবা ফক্লোংগী অহোবদা ঐখোয়গী ক্লাসতা তৌরিবা মতৌ অদু য়েংনরকই। নহানমখৈ মানা ঈশৈ শকপা মুন্না তাদ্রিবা ইমান্নবা অদুবু মগুণ লৈবা কলাকার অমগুম্না খন্নরকই।

স্কুলগী হাফ থাবা মতমদা ঐখোয় মখল-মখা কয়াগী মশান্ন — কেরোম, লুডো, রিং, বোল অসিনচিংবা হেক হেক শান্নদুনা লৈ। অদুবু নোংমদি ইমান্নবা অমগা ঐখোয় অনী শান্নবা য়াওদনা স্কুলগী লম্পাক মচী অমদা ফম্লগা ৱারী শাদুনা লৈ। লম্পাক্কী নোংপোক থংবা শরূক্তা হুপ্না কুপশিনবা, ঈশিং খজিক্তং লৈবা কোম মচা অমা লৈ। মদুগী ময়াদা অসুম ফমদুনা ৱারী শারম্বদগী ইমান্নবা অদুনা কোম মচা অদুদা মুন্না য়েংলগা খঙহৌদনা হায়রকই, "য়েংউ, কোম মচা অসিদা ঙা য়াম্না লৈরে।"

অদুদগীদি মহাক থুনমক কোম মচা অদুদা কুমথখ্রে, মদুদা লৈবা হুপ্নচিংবা হাইদোক্নুনা ঙা ফানবা থৌরাঙ তৌখ্রে। ঐ পুক্নীংদদি নুংশাথীবা পোক্লকই, স্কুলগী হাফ থাবা মতম অসিদা মানা লৈখোম মরক্তা কুমথদুনা ঙা ফানবা তৌরিবা অসি মতাং চাদে, ওজানা উখ্রবদি য়াম্না থীনা ফুবা য়াই; অদুবু ঐ মদু মঙোন্দদি ফোঙদোক্তে, মানা ঙা ফানবা তৌরিবা থৌরাঙ অদু তৃমিন্না য়েংদুনা লৈরে। মহাক্না হুপ অমদি লৈনাং অদু খরা হাইদোকপা মতমদা তশেংনা কোম অদুদা ঙানা প্রীক প্রীক শৌনা লৈরম্লে। ঙমু, উকাবী, ঙাপেম্মা অমদি অতৈ ঙাশিংনা লৈনাং মরক অদুদা পুল্লপ পুল্লপ তাশিন্দুনা লৈরম্বা অদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। মানা মখোয়দু ফাদুনা কোম মপানগী নাপী মথক্তা থম্বা হৌরকই। অসুম্না মানা ঙা ফারিঙৈদা স্কুলগী হাফ কৌশিনবগী কাংশি য়ৈখ্রে। ইমান্নবা অদুনা লৈখোম মরক্তা ঙা ফাদুনা লৈহৌরগা ঐ ইথক্তা ক্লাসতা চঙগদবদু নুংঙাইতদুনা ঐসু কোম ময়াদা মাবু ঙহাক অদুম শঙদুনা লৈরে। স্কুলগী মপান্দা ছাত্র অমতা লৈবা উদ্রে। ইমান্নবদু ঙা ফাবা লোইরগা কোম অদুদগী কাখৎলক্লে, অদুগা অনকপদা হৌবা পাঙখোক্লাগী অপাকপা মনা অমা হেক্নুনা ঙাশিং অদু হাপ্লে। অদুদগী মহাক্না অনকপা খোং অমদা চত্নুনা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লুরে।

ঐনা মঙোন্দা নুংশাথীনা হায়, "হাফ কৌশিনখিবা ফনা কুইখ্রে, হৌজিক ঐখোয়না ক্লাসতা চঙলবদি ওজানা শোয়দনা ফুরনি। কমদৌশিগে?"

ইমান্নবা অদুনা থেক্কৎলুবা ফুরিংকী খূদাং অদু অচোৎপা মখূৎ অদুনা থেকথদুনাশেন্না শেন্না রাখল খল্লকই। মহাকসু নুংশাথীরে, হাফ মতুংদা চঙবা ওজা অদু ফুগল্লবা ওজা অমনি।

ইবানী ক্লাস অদু লোইবা ফাওবা মপান্দা লৈথোক্লগা পুং তারবা মতুংদা মথংগী ওজা অমা চঙলক্ত্রিঙৈদা ক্লাসতা চঙলসিরা হায়না খন্নবা হৌরকই। অদুবু মদুগী খুদোংথীনীংঙাইসু লৈ, করিগুম্বা ওজা অদুনা ঐখোয়বু থিরক্ত্রবদি ফৈ, মানা থিরক্লুনা ঐখোয়বু থেংনখিবা থোক্লবদি মদুনা হেন্না ঐখোয়গী অচৌবা দশা অমা তাবা য়াই। অকোনবদা ইবানী ক্লাসতা চঙলসি হায়না লেপ্নরে। ইমান্নবা অদুনা অফাবা ঙাশিং অদু হাপ্লিবা অপাকপা পাঙখোক্লা অদু মখূৎ অনীনা ফজনা পমখত্তুনা পায়রগা কাবক কাবক য়োমশিল্লে, অদুগা ঐখোয় অনী ক্লাস তম্না চঙলকই।

ঐখোয় অনীনা থোঙদা চঙলকপা উবদা ওজা অদুনা লাউরকই, "করিগীনো নখোয় অনী হৌজিক্তা হঞ্জিল্লক্লিবা? ঙসায়মখৈ কদায়দা চৎলুই?"

ঐখোয় অনী কিবদগী খুমদ্রে।

মহাক্না ইমান্নবদুনা নাকন্দা পুরক্লিবা পাঙখোক্লানা য়োম্বা ঙা ময়োম অদু উরবদা অমুক্কা হেন্না শাউনা লাউরকই, "করিনো অদুনা? হায়য়ু, নখোয় কৈদৌরুই?"

মহাক্না ঐখোয়বু ফুগদবগী ধমকা তৌদুনা মনাক্তা কৌশিল্লক্লে। ঐখোয় কিবনা থক থক নীক্লা মাগী টেবল ময়াদা চঙলে।

তাঞ্জা অদুদা ইমান্নবা অদুনা কিথী-কিরুম তৌনা মাগী টেবল ময়াদা লেপ্লগা ঙা ময়োম অদু ওজাগী টেবল মথক্তুদা থল্লগা হাইদোক্তুনা হায়রকই, "মখোয়সি ঐখোয়না কোমদগী ফাজরকপনি, ওজাগী চানবা ওইবীরো।"

অপাকপা পাঙখোক্লা অদুদা নৈরিবা লৈখোম তৈবা ঙমু, উকাবী, ঙাপেম্মা অসিনচিংবা ঙা ময়াম অদু উবদা ওজাদু খোল খরা নেমথখ্রে। মহাক্না ঐখোয়দা ফুবা তৌদ্রে, ঐখোয়বু মপালথোংদা অসুম চৈশিন্নরবসু থম্মোয়দদি খরা পেনবগী মতৌ উরকই। মহাক্না ঐখোয়দা ঙাশিং অদু মতৌ করম্না ফারকপগে হায়না হংবা হৌরকই। অসুম্না নুমিত্তুদা ইমান্নবদুগা ঐগা ক্লাসতা থেঙনা চঙলকপগী দণ্ডি ফংহৌদ্রে। ওজা অদুনা ঐখোয়বু মতুং

মনাউ অদুম্না তৌদনবা খরা ঙাঙলগা তোকখ্রে।

পুং তারবা মতুংদা মহাক্না ছাত্র অমবু ঙাশিং অদু ষ্টাফ রুমদা পুহল্লি, অদুগা ছুটি থারবা মতুংদা মখোয়দু ময়ুমদা পুদুনা চৎখি।

নুমিৎ অদুদা ইমান্নবা অদুনা নোল্লুকপা মওঙদা ওজাদা ঙা কৎখিবা, শাউরম্বা ওজা অদুনা নেমথরকপা, মাগী মায়থোঙদা হোংলকখিবা মতৌ, বাঙাঙ, নুমিত্তুদা ঐখোয়না দণ্ডি ফংখিদবা অসিনচিংবা পুন্নমক অদু ঐ কৈদৌঙৈদসু কাউররোই।

নোংমা থামম্বা অহিং অমদা ইম্ফালদগী জিপ তোংদুনা ঐখোয়গী খুরা অমগা মখোয় মী খরা ঐখোয়গী লৈফমদুদা খঙহৌদনা লাক্লে। মখোয়না লাকথোক্তনা অদুম্না অহিংদুদা লাকপা অদুদা ইমানা খরা ঙক্না থোঙ হাংদোকপদা মখোয়না অরাবা পাউ অমা পীররে। মখোয়না হায় ঐখোয়গী অবোক থম্বাল হায়বী ঐখোয়গা মহৌশা জিরিদা লৈমিন্নরম্বী অদু লৈখিদ্রে, মহাক বাজার মনুংদা মাগী পোৎফমমক্তদা রাম্থরকপদগী লৈখিদবনি। (মহাক বাজারদা অরূপ্পা লীক-কোল য়োন্দুনা পোৎফম ফম্মী।) মতম অদুদা জিদি চীংদা টুর চৎখিদুনা কারটর্সতা লৈতে। নুংদাং অদুমক্তদা ইমাগা ঐখোয় খুরাখোয়না তোংলকপা জিপ অদুদা তোংদুনা ইম্ফালদা চৎলে।

নুমিৎ নীনি-হুন্নিগী মতুংদা জিদু টুর চৎপদগী হল্লক্তুনা ইম্ফালগী য়ুমদা থুংলরে। মহাক অফিসকী লৈমিন্নবা মীশিংদগী হান্না অবোক লৈখিদবগী অরাবা পাউ অদু তারগা লাকপনি। মহাক্না য়ুম য়ৌরগা মফি-মরোল হোংদোক্তনা ফমুং মথক্তা থরো থরো ওন্দুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। জিনা "ইম্মাল" কৌবী মচা পোক্তবী হনুবী অদু মহাক্না মমাগুম্না নুংশিনা কোন্দুনা লৈমিন্নরকপনি। মানা লৈখিদবা অদু ঐখোয়গী ইমুংদা মেনশিনবা ঙম্লরোইদবা অচৌবা অরাৎপা অমনি। মহাক্না ঐখোয়গী ইচে অদুবুসু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। মখোয় অনীতা ঐখোয়গী ইম্ফালগী য়ুমদু শঙদুনা লৈরম্বনি।

শিবগী অরাবা থৌদোক অদুদা ঐখোয় অঙাংশিংসু ইতূক তূকথনা লৈ; য়ুমদা লাঙবনচিংবা তৌদে। নোংমগী লাইরিক তাবা, কর্মগী লাঙবা পুন্নমক অদু ঐখোয়দা ইনৌ নৌবা অমা ওইনা থোকই। অহল-লমনগী অমকপা মায়থোঙশিং, লাঙলিবা পুন্নমক অদু উরগা ঐখোয়সু ভাবতি কয়া তাদনা অরাবা অদুদা শরূক য়াই। অদুগা অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদুদা ইমুংগী মী অমা লৈখিদবা অদু য়াম্না কিবসু পোকই। নুমিদাংদা ঐখোয় অঙাং

মশেল পূনশিন্নদুনা লৈবা নত্ত্রগা অহল অমগী মনাক্তা লৈবা নত্ত্রবদি কিবনা লৈবা ঙমদে। ইমুংদা, মাঙ্গোন্দা, য়েনখাদা, থোঙজিন্দা অবোক অদুগী পোক হৌবা, মশম তেন্না ককপা (লু কোকপা), অনোয়বা মূর্ত্তি অদু হেক্তা থোরক্কদবোই নীংই।

অসুন্না মতম খরা হৌখিদুনা মাগী শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবা লোইখ্রে। মদুগী মতুংদা ঐখোয় পাঙ্গৈদা অমুক চৎলে।

ঐনা ইম্ফালদা চৎলুরগা পাঙ্গৈদা হল্লকপদা ঐখোয়গী লৈফমদুগী মমাঙদা শম্বল ময়াদা লম্পাক্কা তাইননা হৌবা হৈরিৎ পাম্বী অমগী মখোঙদা চেনশিন্দুনা হৈরিৎ অমুনবা পানব্রা হায়দুনা হেক হেক য়েংই। খোংবান ময়াদা মরা চত্তুনা হৌবা হৈরিৎ পাম্বী অদুদা পানবা হৈরিৎশিংদু ঐনা মফমদুদা লৈরবদি নুমিৎ খূদিংগী অমুনবা য়াওব্রা হায়দুনা শঙদুনা লৈবনি। মতম খরা ঐনা ইম্ফালদা লৈরুবা মতুংদা লাকপা নুমিৎ অদুদসু পাম্বী অদুদা হৈরিৎ কয়া ঙাংশঙ ঙাঙনা চগুঙননা মুন্দুনা পাল্লম্মী। মখোয়দু উবদা ঐনা থক্কৎনা, হরাউনা হেক্লগা য়ূমদা পুশিল্লকই।

ঐনা ইম্ফালদা লৈরুবা অদুদা ইমান্নবা কয়ানা ঐবু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐনা ইম্ফালদগী করি শান্নপোৎ লৈরকপগে হায়বা অসিনি মখোয়না খ্বাইদগী খঙনীংলিবা। নুমিৎ অদুদা ঐনা ইম্ফালদগী অচৌবা রবরগী বল অমা লৈরকই। মদু মখোয়না হরাউনা য়েংলগা নুংথিলদা মদু শান্নবগী রাগ কয়া শাগৎপা হৌরকই।

অসুন্না নোংমা নোংমা হৌখিদুনা জিগী ট্রান্সফর ওর্ডর অমুক থোরক্লে। মহাক খোংহামপাত্তা অমুক লৈবা তারে।

ঐখোয় ইম্ফালগী য়ূম অদুদা হান্না চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। চৎলমদাইদা ঐবু প্রাইভেট তম্বীবা ওজা খেরো হায়বা অদুসু ঐখোয়দা লাকই। ঐনা য়াম্না ঙকখিবদি নুমিৎ অদুদা মাগী মায়থোঙদা অহোংবা অমা উখিবা অদুনি। নহানমখৈ ঐনা কিবা মাগী অচেৎপা, শাউগনবা মায়থোঙ অদু নুমিৎ অদুদদি মীনুংশি অমদি অৱাবগী ইঙ্গিৎ উৎলকই। মাগী মায়থোঙ অদুনা অদুগুম্বা মতৌ অমা উৎলক্কনি হায়বসি ঐ কৈদৌঙৈদসু থাজরুদে। ঐখোয়গী অহল-লমনগী মমাঙদা মানা ঐগী কোক্তা নুংশিনা মখুৎনা নাম্বরদুনা হায়রকই, "য়েংউ, মতম চুপ্পদা লাইরিক থৱায় য়াওনা পাগদবনি, অফবা, লমচৎ ফজবা মী ওইনবা হোৎনগদবনি। মরক মরক্তা ঐঙোন্দা চিঠি ইরকউ, নঙগী লাইরিক-লাইসু তম্বগী মরমদা ঐঙোন্দা খঙহল্লক্কদবনি।" ৱা অসি হায়রগা মাগী মমীত্তু ইতু তুথখ্রে, পারবা মীৎকী পিগী

ঈরা অমনা খুমখ্রে। ঐসু মাগী মতৌদু উবদা খঙহৌদনা মীত্তগী পি তারকই। নুমিৎ অদুমক্তদা মহাক অসি ঐগী খ্বাইদগী নুংশিরবা মী অমগুম খল্লকই। মানা হায়খিবা ৱাহৈ খরা অদু ঐ তুংগী পুন্সীদসু মরক মরক্তা নীংশিংই, কৈদৌঙৈদসু কাউবা লৈতে।

ঐগী মরূপশিংসু লাক্তুনা ঐবু ইকোয় কোয়শিল্লরে। মখোয়না ময়ূমদা পানবা উহৈ-ৱাহৈ অচাপোৎ কয়া পুরকই। মখোয়না ঐঙোন্দা হায়, "তুংদসু কাউনগুমসি, করিগুম্বা ঐখোয়গা ইম্ফালদা উন্নবা থোক্লগা নঙনা কৌদ্রবদি ঐখোয় য়াম্না শাউগনি।"

ঐনা মখোয়দা ৱাশক্তুনা হায় ঐ কৈদৌঙৈদসু মখোয়বু কাউরোই, অদুগা উন্নবা মতমদা কৌদবসু তৌরোই। অদুবু ঐনা নুংঙাইতবদি মখোয়বু ঐনা কৈদৌঙৈদা কাউদ্রবসু মতুংদা মখোয়গা অমুক্তা উন্নবদি ফংখিদ্রে।

মখোয়গা বিদায় তৌনরবা মতুংদা ঐ ঐখোয়গী চৎনবা থৌরাঙ তৌদুনা লৈরিবা গাড়িদা কাখৎলে। অদুগী মতুংদদি মতম পূম্বগী ওইনা থাদোক্লগদবা লৌবূক-লম্মাঙ, চীং-মান, থম্বাল শাৎপা লাইরম অদু উনা উনা চৎপা হৌরক্লে, মখোয় খূদিংমক্না ঐঙোন্দা বিদায় তৌরক্লবগুম ঐগী পূক্নীংদা ফাওই। লম্বী ময়াদা হৌবা অৱাংবা, মশা-মরেং ফল্লবা খোংনাং মচ অদুসু লেঙ-ওৎপা তৌদনা অৱাবা শক্লোন পুদুনা ভুমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌই।

১

# জেলগী ক্বারটর্সতা লৈবা

ইম্ফালদা ইমাগা ঐখোয় মতম খরা লৈহৌরগা জিদি হান্না খোংহামপাত্তা চত্তুনা মাগী অফিসতা জোইন তৌরুরে। হন্দক্তি মখোয়না ঐগী লাইরিক তম্বগী মরমদা মুন্না খন্নরকই, থবক ট্রান্সফর তৌবা খুদিংগী স্কুল তোয়না হোংদুনা খুদোংচাদবা থোকহনবদু পামদ্রে। মখোয়না ঐবু ইম্ফালদা থমদুনা লেঙদনা স্কুল অমদা তমহন্নবা ব্বাখল খন্নরকই। মুন্না খন্নরবা মতুংদা ঐবু জিগী ময়াম্বা জেলর ওইরিবা পাবুংগী মনাক্তা ক্বারটর্সতা লৈহন্নবা লেপ্পরে। ইচেদি অবোক শিখ্রবা মতুংদা হান্ননা মহাক্কী মনাক্তা লাইরিক তমদুনা লৈখ্রবনি। জিনা নোংমা পাবুংগী মনাক্তা চত্তুনা মহাক্কা ব্বাফম অদুগী মরমদা ঙাঙনরে।

ঐখোয়গী পাবুংনা লৈরিবা জেলগী কারটর্স অদু ঐ হান্নসু মরক মরক্তা চৎলুরে। মখোয়গী লৈরিবা খুৎলৈ, লৈমিন্নবা মীশিংনা মঙোন্দা তৌবা ব্যবহার, অকোয়বা মফম, ইমুংদা লৈবা লৈতেংগী ওইবা অনৌবা পোৎ-চৈশিং পুন্নমক অদু উবদা ঐ মখোয়বু নুংঙাইনা লৈবা ওইনা উখি। ঐসি মখোয়গী মনাক্তা লৈরগনি হায়না খনবদা থোইনা পুক্নীংদা নুংঙাইতবা ফাওদে; মখোয়গী চাওখৎপা মান্না পানবা য়ুম্বাল অদু উবদা ঐসু থোইদোক্না নুংঙাইবগী রাগ অমদুম শাগৎলি, মখোয়গী মনাক্তা লৈনীংবা পোকই।

ঐগী দরকার ওইবা পোৎ-চৈ, ফিরোলনচিংবা পুদুনা নোংমা জিনা ঐবু পাবুংনা লৈরিবা জেলগী কারটর্স অদুদা থিল্লে। অদুগা মহাক ইমাগা ইনাউনুপা অঙাং অনীগা লোয়ননা খোংহামপাৎকী বিট অফিস অদুদা চৎখ্রে।

মতম অদুদদি ঐ পুক্নীং নুংশিবা পোক্লকই, অহানবা ওইনা ইমুংগী মীশিংগা কায়নবগী অব্বাবা অমা থম্মোয়দা ফাওরকই, করিগুম্বা অকনবা লীপুন অমদগী নাহোক্তুনা নায়তোম তানা লৈহৌরবগুম নীংই, অনৌবা মফম অদুদা ইচু চুশিন্নবা ঙমদবগুম ইতুক তুকথনা ব্বাখল কয়া থোক্তনা লৈহৌই।

নুংথিলদু ঐ মাঙ্গোলগী ফাল অমদা তুমিন্না ফমদুনা জেলগী অকোয়বা শক্তম অদু য়েংদুনা লৈ — পরেং শানা লৈরিবা ক্বারটর্স, অশংবা লম্পাক, অচৌবা পুখ্রী, ব্বাংনা কোয়না

খাজিন্দুনা লৈরিবা চেকপল, চেকপলগী চুথেক চুথেক্তা অৱাংবা সন্ত্রি তৌফমদা নোংমৈ পায়দুনা লেপ্লিবা সিফাইশিং অসিনচিংবা। অৱাংবা চেকপল অদুনা মরু ওইনা ঐঙোন্দা অকিবা পোকহল্লকই, মদুগী মনুংদা ওইরমগদবা অঙকপা তোপ তোপ্পা সংসার অদু ভাবনা শারকই। মনুংদা লৈরিবশিং অদু মীওইবা ঙাক্তনি, অদুগা মখোয়বু ঙাক্লিবশিং অদুসু মীওইবা ঙাক্তনি; মখোয়গী খেন্নবদু ঐনা মমি-শামি খল্লকই। মনুংগী মীওইশিং অদুগী ওইরমগদবা মতৌ, পূক্নীংগী ফীবম অদুগী মরমদা ঐনা ইথত্তা অসুন্না খল্লকই, "মখোয় খূদিংমক পোন্দা ফাজিন্দুনা লৈরবগুম্বা ঙাক্তনি। মখোয়না মপান্দা লাঙবা মীনিলগী মখোল, গাড়ি চেনবগী মখোল, কুম্মৈ-ফিওং তৌবগী মখোল কয়া তারমগনি, অদুবু ৱাংলবা চেকপল অদুনা খাজিনখিদুনা মখোয়গী উবগী মীৎলম খূদিংমক্তি থৎখ্রে; চেকপলনা থিংবা ঙমদনা লানশিল্লক্লিবা খোঞ্জেল অদু তাবদা মখোয়গী পূক্নীংদা করি ৱাখল পোক্লমগদগে? মখোয়গী মশা অদুদি ফাজিন্দুনা লৈরবসু মখোয়গী পূক্নীংদি মপালগী মফম খূদিংমক্তা য়ৌরমগনি, করিগুম্বা খরগী ঈখৌলাংবা ৱাখলনা মখোয়গী থম্মোয়দা মতম চূপ্পদা লৈরমগনি।"

ৱাখল খন্না খন্না ফম্বনা নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে। অকোয়বদা মৈ থানগৎনরকই। অনৌবা মফম অদুগী শক্তম অদুনা ঐবু করিগুম্বা মওঙ অমদসু পূক্নীং লাঙতক্নহল্লি। পোকপদগী খুঙ্গঙগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লেল্লক্লবা ঐনা অনৌবা মফম অদুদা কয়া য়াম্না নীংতম্না, নুংঙাইনা লৈবা ফংগদগে হায়বসি খনবদা চমম্নে। ইম্ফালগী অকে-অমৌ, কুম্মৈ-ফিওং মরক্তা লেনবগী তোঙানবা নুংঙাইবা মখল অমা লৈরম্বা য়াই, অদুবু নীংতম্না অপাকপা লম্পাক্তা শান্নবগী, লৌবূক-লম্বাঙদা কোয়বগী, কাওথ্রুম তানবগী, পাত্তা ঙা ফাবগী, চীংদা চৎপগী নুংঙাইবা অদুদি ফংলরোই হায়না খল্লকই। পুন্সীগী নুংঙাইরবা তাঙ্কক অমা হঞ্জেক্লম্বগুম, মেনশিনবা ঙম্লরোইদবা করিগুম্বা মরু ওইবা অৱাৎপা অমা লৈরবগুম পূক্নীংদা ফাওরকপা হৌরকই। নুমিৎ অদুদি ঐবু মফম খঙদবা অৱাবা ৱাখল অমনা খূদুমচল্লি। অসুন্না ঐ কুইনা ৱাখল খন্দুনা মপান্দা লৈরম্লগা ইমুংদা চঙবদু ফনা থেঙলে।

ঐবু মিং চল্লম্লিবা স্কুল অদু কৈশামথোং এম, ই, স্কুলদনি। ঐ হান্নগী পাঙ্গৈগী স্কুল অদুদা ক্লাস থ্রিগী থা তরুক্কী পরীক্ষা থারম্লগা অকোনবগী স্কুল অসিদা ট্রান্সফর তৌরক্লুনা ক্লাস অদুদা অমুক তম্বনি। মতম অদু ইং ১৯৫৬ তনি। ঐনা হান্না তম্লকপা স্কুল অদুগা অকোনবগী অসিগা খেন্নবা খরা লৈ। হান্নগী স্কুলদুগী ওজাশিং খূদিংমক্তু ছাত্রশিংবু

ফূ-চৈবা, কিহনবা অসিনা মরু ওইনা তৌই, মখোয়গী মরক্তা কনামতনা ছাত্র খূদিংমক্তা মীৎয়েং থমদুনা মখোয় অমমমগী তোঙান তোঙানবা মহৈ অমদি বুদ্ধিগী থাক অদু খঙনবা হোৎনদে। অদুবু অকোনবা স্কুল অসিগীদি ওজা খরা ফুগনবা য়াওরবসু খরা অমদি ছাত্রশিংবু পূক্লীং চঙনা, কয়া ফূ-চৈবা তৌদনা অনৌবা মওঙ অমদা ঐখোয় খূদিংমক্কী অহৈ-হৈতগী থাক খঙনা তম্বী। মরু ওইনা মতম অদুদা স্কুল অদুগী হেডমাষ্টর ওইরম্বা ওজা নাউরেম রাজেন অসি থোইদোক্লা অখন্নবা অফবা ওজা অমনি। (ঐনা হান্না তম্লকপা স্কুল অদুগী হেডমাষ্টর অদুদি কনানো হায়বা ফাওবা ঐ মুন্না নীংশিংবা ঙমদ্রে।) ওজা রাজেনদি তশেংনা ছাত্রশিংবু ফহন্নীংবা ব্লাখলদা কন্না পান্নবা, য়াম্না চেকশিনবা ওজা অমনি। মহাক ছাত্র খূদিংমক মশক খঙনবা হোৎনৈ, ঐখোয়গী তোঙান তোঙানবা বুদ্ধি অমদি হৈব-হৈতবগী থাক্কী মতুং ইন্না তম্বীনবা হোৎনৈ, পূকচেল য়াম্না তপ্পী, ছাত্রশিংবু য়াম্না লুনা তৌই, অদুগা কিসু কিহল্লি। ফৈজোম শেৎপা, মরেপ্পা ঙম্লগা মশা খরা পাবা, মী মুনং তৌবা, আনোক উপ্পা মাগী শক্তম অদু ঐখোয়না অচুম্বা, অশেংবা, চেকশিনবগী শক্তম অমা ওইনা উই। মহাকপু ঐখোয়না নুংশি, ব্যবহার তৌই; অদুগা কিবসু য়াম্না কি। মহাক পঙনা শাউগন্দে। মহাক্না শাউরবা কান্দা মায়থোঙদা পেন্দবা উত্তুনা খজিক্তং শূক্তোক্লগা মচীন তুমথোরকই, অদুগা নাতোন্দা মীত্তগী লাপ্পা তাখ্রিবা আনোক মথক্তগী মমীত্তুনা লমহেনবা নত্ত্রগা পারা ফাদবা ছাত্র অদুদা লুরাক্লনা য়েংলকই, অদুগা ছাত্র অদুগী মখুৎ তিংথোকহল্লগা য়াম্না চেকশিন্না চাং কল্লা মমিংগী ওইনা কিহন্নবা ফুই। মহাকপু অশাউবগী ইস্থলনা কৈদৌঙৈদসু পুদুনা চৎখিবা ঙমদে, মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা মশাবু ফাথবা ঙম্না চৎলি। ঐখোয়গী পূক্লীংদা ইতৎ তত্তনা ফাওই মহাক্কী থম্মোয়দা থৌজাল অমদি মীনুংশিগী শরুক্লা য়াম্না হেন্না য়াওই, মহাক্কী অশাউবা অদুদা ঐখোয়বু য়াম্না ফহন্নীংবা, নুংশিবগী ইঙ্গিৎ অমা য়াওরি। মরম অদুনা ঐখোয়না মাবু নুংশিদবা ঙমদে।

মহাক্না নৌনা মিং চম্লকপা ঐবুসু মুন্না মশক খঙই; ঐঙোন্দা মহাক্না "অরাম্বা" হেক হেক কৌই। নোংমা মহাক্না ক্লাসতা ঐবু অনৌবা ছাত্র অমা ওইনা চাংয়েং তৌনীংবগুম তৌনা মৈতৈরোনগী ব্লাহৈপরেং অমা ইংলিসতা হন্দোক্লবা হায়রকই। মহাক্না খরা লুই হায়না খনবা ব্লাহৈপরেং অদু ঐনা মতা চারুদুনা চুম্না খুম্বা ঙমখ্রে। মহাক্না ঐবু হান্নগী ছাত্রশিং অদুগী মমাঙদা য়াম্না থাগৎখি। ঐ ইকাইবগুম, নুংঙাইবগুম তৌনা লুকথদুনা লৈ। অদুবু ঐ কোন্না ক্লাস অদুদা অরাংবা পোজিসন অমতা লৌবদি ঙমখিদে, মদুগীদমক ঐ

ইকাইবসু পোকই।

ঐ ইথন্তা কোন্না খঙজরকই ঐনা ইম্ফালদা হোংলকপদগী ঐগী লাইরিক্কী থাক অসি য়াম্না হন্থখ্রে। হান্নগী স্কুল অদুদদি ঐ তৰুকশুবা পোজিসন্দা লৈরম্মী, অকোনবগী স্কুল অসিদদি ঐ মদুদগী হেন্না হাইথখ্রে। হৌজিক্তি হান্নগী অদুগুম্না য়ুমদা প্রাইভেট তম্বীনবা ওজা থমদ্রে, স্কুলদা ওজানা তম্বীরকপা অদু ঐনা ইথন্তা পাজবা, খঙনবা হোৎনবা অদুতা মঙায়রে। মতম অদুদা ৱারক-ৱাতেম্বীনবা কয়া য়াওদবদগী ঐ য়াম্না নীংতম্বগী মওঙ তৌই, ওজানা তাকপা অদু খঙদ্রগা পারাশিং অদু নমশিন্দুনা থম্লগা করিমতা পাদনা তোকথোকই। তশেংনমক মতমদুদা ঐ অনৌবা পুক্সী মখল অমা লেনবা হৌরে, থবক অয়াম্বা ইশানা খঞ্জরগা ঐনা পাম্বা মতুং ইন্না তৌই, অঙাং ওইবগী হৌনবা করিগুম্বা অচুম-অরান বিচারগী ৱাখল কয়া ইখন খন্দে।

ঐ মফম অদুদা লৈবদু মতম খরদি হৈনরমদে, অদুবু কোন্নদি খরা অসুম হৈনরক্তে। মফমদুদা লৈবা, ঐনা চহী হনবা ইমান্নবা অমা-অনী তিন্নদুনা কম্পাউণ্ডদা শান্নবা, তেলঙ্গা পাইবা অসিনচিংবা তৌই। অদুবু মদু য়াম্না পেনবা, নুংঙাইবদি নত্তে, অফা-অপুন্নবগুম পূক্নীংদা ফাওবা অমদি অদুম লৈ। ঐ স্কুল কাবা নত্তনা অয়াম্বা মতমদা কম্পাউণ্ডদগী ইহেন হেন্দোক্তে।

ঐঙোন্দা নৌনা থোকখিবা, ঐনা কাউবা ঙমদবা অমদি ফি অঙৌবদা মচু মচুনা শাংনা লাংবা ফিজোল শেৎপা ফাদোক খরগী শক্তন্নি। মখোয়দু কুইনা মিয়াদ তাদুনা লৈরক্লবা ফাদোক ঙাক্তনি। মখোয়দি ঐখোয়না লৈরিবা কারটর্স অদুদা ঙহাক লৈতনা থবক-ইথ্যাং নোম্বগী নত্তগা মনুংদা থাবা পোৎ-চৈ, মনা-মশীংনচিংবা থিল্লকপগী হেক হেক লাকই। মখোয়বু জেলগী চেকপল ৱাংমদা থোক্তুনা অদুম্না নীংতম্না ক্বারটর্সতা চৎথোক-চৎশিন তৌবগী অয়াপা পী। ঐনা মখোয়বু অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংই। মখোয় মরাল অমমমগী জেলদা ফাদোক তাদুনা লৈরক্লবসু মখোয়গী লমচত্তি থোইনা অকায়বা লৈতে, মখোয়না পাবুংদা অমদি ইমুং-মনুংগী মীদা উৎপা ব্যবহার, নোল্লুকপা মতৌ, মখোয়না ক্বারটর্সকী হিঙ্গোলদা লৈবাক তৌবা নত্তগা শীং খায়বা লাকপা মতৌ অদু উরগা মখোয়বু থোইনদুম নিয়ম নাইবা, অফবা, মরম মোকপা, থবক ফবা মী ঙাক্তা ওইনা উই। নোংমদি পাবুংগী মচা ইচে অনীখক্না ঐঙোন্দা মখোয়গী মশক মমিং তাকই, অদুগা মখোয়না করি করি মরাল তৌদুনা ফাদোক তারক্লিবনো হায়বগী মরমদসু

ঐঙোন্দা ৱারী লী। ৱারী অদু তাবদা ঐ তুজুংবা পোকই, মী তরেৎ হাৎলুবগী জেলদা লৈরকপনি হায়বা ফাদোক ফাওবা য়াওই। ঐনা ঙক্লিবদি অসুন্না অচৌবা মরাল কয়া তৌরুরবা মীওইশিংদু থবক-ইস্থাং নোম্বদা, ৱারী-ৱাতাই শাবদা অদুক্কী মতিক মী মানবা অদুনি, ঐনা মখোয়বু অরানবা থবক তৌরুরবা মীওইশিংনি হায়বসি থোইনা নীংশিংবা ইঙম ঙমদে। মখোয়গী অঙৌবা ফিজোল অদুখক্তনা মখোয়বু ময়ামদগী তোপ্পা উই; নত্ত্রবদি মখোয়গী লমচত্তা, ৱাঙাওদা মখোয় সাধারণ ওইবা মীওই ঙাক্তনি।

ঐদি মীনৌ ওইবনা মতম খরদি মখোয়গা থোইনা নকশিন্নবা তৌদে, অদুবু হান্না লৈরম্লবা ইমুংগী মী অতৈদি মখোয়গা ফজনা ইমুং-মনুংগী, হৌখিবা পুন্সীগী ৱারী ফাওবা পুথোক্তুনা শানৈ। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী ফজনা নীংশিংবসি মঙ্গি কৌবা ফাদোক অমখক্লি, মহাক ইমুংগী মীগসু খ্বাইদগী নকশিন্ননা লোয়নৈ। মহাক মী পঙচাউ চাউদে, মমায় কোয়দানৈ, মমীৎ লাউতক তৌই, মচীন-মখা য়াংই, য়াম্না চালাক লৈ। মহাক্না ঐখোয়গী ইনাক্তা লাকপা অদুদি থবক-ইস্থাং নোম্বগী নত্তে, চুম্না ৱারী-ৱাতাই শাবা কোয়থোরকপনি। মহাক ফাদোকশিংগী মকোক্লি, থবক শূদে। মাগা ইমুংগী মীশিংগা ৱারী-ৱাতাই শাবদু য়াম্না মরূপ-মপাংগী ওইবা মওঙদা নুংশিননা শানৈ। ইচেশিংনা ঐঙোন্দা হায় মানা ফাদোক তারকপদু মী হাৎলুবগীনি, মহাক মরিল য়াম্না খাবা মীশক অমনি।

মাগা শকখঙনরবা মতুংদা ঐবুসু মানা লুনা তৌবা হৌরকই। নোংমদি মহাক্না ঐবু জেল মনুং অদু য়েংহনগনি হায়দুনা খূৎ শম্লগা পুদুনা চৎলি। অহানবদা মহাক্না লূ-নান্না লৈরবা, টেবল চৌকি ফজনা থারবা কা অমদা পুশিন্দুনা মখূৎ থিন্দুনা তাক্লকই, "মসি নখোয়গী পাবুংগী ফম্ফ ম্লি।" মতম অদুদা পাবুংদি লৈরমদে। অদুদগী মানা ঐবু জেল মনুংগী ফাদোকশিং লৈরিবা মফম অদুদা পুশিল্লকই। নহানমখৈ মপান্দগী য়েংবদা চেকপলনা কোয়শিন্দুনা লৈখ্রবা মনুংগী শক্তম অদু ভাবনা শাবা নত্তনা অশেংবা শক্তমদু অমুক্তা উদ্রিবনা ঐ মফমদু য়েংনীংদুনা মানা পুবীগে হায়বদুদা চঙলকপনি; অদুবু মনুংদু য়ৌরগদি ঐ পূক্নীংদা পাখৎপা, কিথী-কিরুম তৌবা পোক্লকই। অনৌবা মফম অদুদা চঙবগী অদুম্না হঙ্গোইনা, কিথী-কিরুম তৌনা মঙ্গিগী মতুং ইন্দুনা চৎলিঙৈদা খঙহৌদনা ফাদোক অমনা য়োৎকী বারদা মখূৎ অনীনা পায়রগা ঐঙোন্দা য়েংদুনা নোক্তুনা করেম্লবা মওঙদা লাউরকই, "অহ! অঙাং নঙদি করি তৌবগী চঙলক্লিবনো, পোৎ হুরাল্লুবগীরা?"

য়োৎকী বার মরক্তা উবা নূপা অদুগী ময়া খিগৎপা, করেম্নবা মায়থোঙ অমদি মাগী অহৌবা খোল্লাউ অদুনা ঐবু য়াম্না কিহল্লকই। মনুং অদুদা করিগুম্বা মখলগী খুদোংথীবা অমা হেক্তা থোরকপা য়াবগী ৱাখল খল্লকই। ঐ মফম অদুদা অরেম্বদা চঙলক্লুরে হায়না নীংলকই।

ঐনা মঙ্গিগী মতুংদা নূপা অদুবু উদনবা লৈশিল্লি। মাদি নূপা অদুনা লাউরকপা অদু করিমতা থৌ-ৱা শাদে, মাগী ৱাহংদুগী পাউখুমসু পীদে। অদুম্না তৌবা অদু মনুং অদুগী মহৌশাগী মহৌশানি হায়বগী মওঙদা মহাক্না করিমতা থৌশাদনা চৎলি।

ঐনা কিবা মতৌ অদু খঙলদুনা মহাক্না ঐগী খূৎ শল্লগা চৎনা চৎনা হায়রকই, "করিমতা কিরুনু, নূপা অদু অঙাওবনি। মহাক কৈদৌঙৈদসু কা মনুং অদুদগী থোরক্লোই।"

ইবানী মফমদু লাম্থোক্তুনা চৎলে। মহাক্না ঐবু ফাদোকশিংগী তোঙান তোঙানবা লৈফমশিং, মখোয়গী থবক শূফম.— উ শূফম, ফি শাফম অসিনচিংবা কয়া কোয়না চত্তুনা য়েংহল্লকই। মনুংদুগী তোঙানবা সংসার অদুনা ঐবু য়াম্না ঙকহল্লি। তোপ তোপ্লা নিয়ম খরনা পুনবগুম উরিবা মখোয়গী পুন্সী মরেল অদু অহানবা উবদা পূক্নীংদা অনৌবা ৱাখল কয়া পোকহল্লি।

মপাল থোরক্লগা ঐবু মঙ্গিনা লৈফম ফাওবা অম্যক থিল্লকই। মহাক্না ঐখোয়গী ইমুংগী মীদা ঐনা জেল মনুংগী ফাদোক লৈফমদা চঙবদা কিবা. ইতূক তূকথবা মতৌ অদুগী মরমদা ৱারী শাদুনা নোকই।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। ঐ করিগুম্বা নুংঙাইবা ইতাউ তাউবা পুন্সী মওঙ অমদা লেল্লি। মফমদুদা ঐগী ইমান্নবা ইরৈ লৈতে, করিগুম্বা নুমিত্তা স্কুলগী ইমান্নবা লাক্তুনা শান্নরবা য়াওই। ঐঙোন্দগী খরা অঙাং ওইবা ক্বারটর্সতা লৈবা ৱার্ডরশিংগী মচাশিংগা অশংবা জেলগী কম্পাউণ্ড মথক্তুদা সাইকল তোংদুনা শান্নবা, তেলঙ্গা পাইবা, নুমিদাং মৈ ঙান্না থাল্লবা লম্পাক অদুদা চেন-চোংদুনা শান্নবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। ইথত্তা ঙায়বা তাঞ্জাদা ঐখোয়গী লৈফমগী অৱাং থংবা শূমাঙদা হৌবা মনা পূংলবা বোরোই পাম্বী অমদা কাদুনা বোরোই হেকই। মরক মরক্তা নিঙোল চাক্কৌবগুম্বা কুম্মৈ-ফিওং নুমিত্তা অহল-লমনগী মতুং ইন্দুনা এরিয়ান ঠিয়েটরদা ড্রামা য়েংবা চৎলি, অদুবু মখোয়দুগী মহাউদু ঐ থোইনা নীংশিংবা ঙমদ্রে, পাঙ্গৈদা লৈরিঙৈদা য়েংলকপা হরিশ্চন্দ্রগী লীলা নত্ত্রগা গৌরলীলা

অদুগুম্না নুংঙাইবা ঙমখিদবগুম নীংই। ড্রামা য়েংলুবগী থামম্বা নুমিদংদা থেঙনা হল্লকপদা লম্পাক্তা, অহাংঙবা মফমদা, সড়ক্কী মতাইদা কুফেৎ-কাফেৎ ঙান্না পাইরিবা তন্দনশিংগী মরক্তা ঐগী কল্পনানা শান্নখিবা অদুনা হেন্না নুংঙাইখিবগুম তৌনা নীংশিংই।

মফম অদুদা লৈরবা মতুংদা ঐ লাইরিক্তি অদুম পূক্নীং ইচঙ চঙখিদ্রে। ইমুংদা লৈরিবা মীশিংনা ঐবু ৱারকপা ঙমদে, পাবুং মথন্তনি ঐনা খরা কিবা, অদুবু মহাকসু যূমদা ইরৈ লৈতে। মহাক্তি অয়াম্বা মতমদা মাগী নূপী অতোপ্পীগী ময়ূমদা লৈখি, নোংম-ফাদোক মরক মরক্তা ঐখোয়গী ইনাক্তা লাকপতনি। ঐনা মাগী মতৌ অদুদা ঙক্না থোকখি। নুমিদাং খূদিংগী মাগী চাক শরূক অসি পিথ্রাইগী শমুক্তা ফজনা হেক হেক খাক্তুনা ফমাঙদা থম্মী, অদুবু অদুগুম্বা চাকলূক অদু নোংঙাল্লগসু অদুম লেঙদনা লৈরম্মী। মহাক জুৱার শান্নবা, নূপী কোয়বদা পূক্নীং লূপ্পী। মহাক্না ইমং-মনুংগী ফীবম নত্ত্রগা অঙাংশিংবু য়েংশিনবা অসিনচিংবা করিমতা তৌদে। মহাক মাগী মরনাইগী নুংঙাইবা সংসার অমদা তাউদুনা লৈ।

মহাক্না নোংমা চাউনা ঈরাং তৌদুনা বামোন লৈকাইদা কাং শান্নবা চৎপা অমা য়াওখি। নুমিৎ অদুদা মহাক জেলগী ক্বারটর্সতগী কাং শান্নফম অদু য়ৌবা ফাওবা শামু তোংদুনা চৎলি। ঐখোয়গী ইমুংগী মীশিংসু কাং শান্নবা অদু য়েংবা চৎলি। লৈতেং তৌরবা চাউরবা মান্দোপ অমদা মীনা পীক থন্না তিল্লি, কাং শান্নবা য়াওবা মীশিংগী মরী-মতা, মরূপ-মপাংশিংনা অথেনপোৎ --- হৈ-লৈ, অচা-অথক কয়া লূকমায়দা হাপ্তুনা পুরকই। ঈরাং তৌনা নূপী-নূপা পূন্না শান্নবা কাং অদুদা নূপীনা কাং পানবা খূদিংগী লূপা তরা তরা থায়; লাঙবা, খূবাক খূবগী মখোলনা মান্দোপ অদু ইনিল নিল্লি।

ঐ চুম্না ইমুংগী মীশিংগী মতুং ইন্দুনা কাং শান্নবা অদু য়েংবা লাকপতনি, মদুদা থোইনা ভাব তানা য়েংবদি নত্তে, মপালগী ঈরাং অদুনা হেন্না পূক্নীং চঙই। অনৌবা মফম অদুদা তিল্লিবা মীশিং অদুগী মরক্তা লৈবদা অমদি মখোয়না লাঙলিবা মতৌ অদু উবদা পূক্নীং ইশোন শোম্থবা, হৈনীংদবসু পোকই। অদুক থৌরাঙ চাউনা শীল্লিবা থৌরম অদুগী কান্নবদু করিনো হায়বদু ঐ থোইনা খঙবা ঙমদে, মী হায়বসিনা অদুগুম্বা থৌদোক অমদা অদুক্কী নতিক নুংঙাইথোকপা ঙম্মী হায়বা অসিতনি ঐনা উখিবা।

কাং শান্নবা য়েংবা চৎলুবা অদুগী হল্লকপদা ঐনা পোৎলানবদা য়াওরকপা ফজরবা উ-থম্বাল অমা যূমদা পুরকই। কুম্মৈ অদুনা ঐবু অদুক য়াম্না নুংঙাইহনবা ঙমখিদ্রবসু

উ-থম্বাল অদুনদি ঐবু য়াম্না নুংঙাইহনখি। মদুবু ঐনা মমল য়াম্না খনখি। উ-থম্বাল হায়বসি ঐ পুন্সীদা অমুক্তা উখিদ্রি, মদুবু অহানবা উবদা মদুগী লফূ লৈয়োন মচুগী লৈনা, ফজরবা শক্তম, মদুদগী থোরকপা ঈংলবা নুংশিরবা মনম অদুনা ঐবু পেলহল্লি। মদু ঐনা ঐগী ফি থম্ফম উপুদা হাপচিল্লি। ফিরোল খূদিংমক নোংঙাল্লগা য়েংবদা মদুগী মনম্না চুদুনা লৈরম্মী। মদুদা ঐ হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকই, উ-থম্বালগী মনম্না চূরবা ফিরোলশিংদু স্কুল কাবদা শেৎপদা ইথক্তা থম্মোয়দা অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওই। কনাগুম্বা ইমান্নবশিংনা ঐগী ফিজোলগী নুংশিবা মনমদু ফাওরমগনি হায়না পূক্নীংদা খল্লি; অদুবু মদু ইথক্তগী ওইবা ৱাখলনি, কনানসু মদুগী মরমদা খল্লমদবসু য়াই।

কালেন ছুটি য়ৌরক্লে। ছুটি মনুংদা জিনা ইচেগা ঐগা লৌবা লাক্তুনা খোংহামপাত্তা মতম খরা লৈরক্নবা চৎলি। মতমদুদা পূক্নীং য়াম্না নুংশিবা পোকই, থা তরামুক শুরে খুঙ্গঙগী পুন্সীগা শম্নরক্তবা। ইম্ফালগী অকে-অমৌ, কুম্মৈ-ফিওংগী চরাঙনবা মরক্তা লৈরুরগা মহৌশাগী অচীকপা প্রকৃতিগী শক্লোন অদু অমুক উরুবদা পূক্নীংদা থুক লাউই, অনীদুগী খেন্নবদু মুন্না খঙলকই। লাঙবগী নুংঙাইবদগী অচীকপগী নুংঙাইবা অদুনা য়াম্না হেল্লি। ঐগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা লাঙতক্লবা. নীংঙমদবগুম্বা ৱাখল অমা ফাওরকই, হৌখিবা নুংঙাইরবা খুঙ্গঙগী পুন্সী অদু অমুক লাক্লরোই. মদু ঐঙোন্দগী পুন্সীগী ওইনা লাপথোকখ্রবনি হায়বদু খল্লুবদা করিগুম্বা অচৌবা লন অমা মাঙখ্রবগুম পূক্নীংদা নুংঙাইতবা ফাওই।

খোংহামপাৎকী বিট অফিসতা লৈবদু ঐঙোন্দা ইনৌ নৌনা থোকই, মহৌশা লৈমিন্নরম্বা গার্ড অমতা মফমদুদা লৈরমদে। পুজারী ইবোতোম্বীগী মহূত্তা মী পীকপা কুচু ঙৌবা বামোন নহা অমনা শিল্লম্লে। ইমানা হায় পাঙ্গৈদগী হোংলক্লবা মতুংদা ইবোতোম্বীদি শওস্বুংদা অদুম হনখ্রে। মফমদুদা লৈবা অদু ঐ মহৌশাগী পুন্সী অদুগুম্না নীংতম্না শান্নবা, চথোকপা তৌদে, ক্বারটর্সতা অয়াম্বা মতমদা লেঙদনা লৈ, ইমান্নবা কনামতা তিন্নদে। মরক মরক্তদি বামোন পুজারী অদুনা তুরেলদা ঈরুজবা চৎপদা মতুং ইন্দুনা চৎলি, চীংখোঙদা হৌবা হৈজামপেৎ নত্ত্রগা পুংদোন হেকপা চৎলি।

ঐখোয়গী ক্বারটর্সকী হেক মনীংদা লৈবা য়ুম অমদদি ঐ খরা খরা চথোকপসু য়াওই। মদুদা মচা পোক্তবী ভাগ্যবতী কৌবী নূপী অমা লৈ। মহাক্কী য়ুমদা মখল কয়াগী য়ুমশা — শন, হুই, হৌদোঙ অমদি ঙানু, খুনু, য়েন্নচিংবা উচেকশিং লোই। ঐনা মখোয়দা চৎলিবদু

মরু ওইনা শা-উচেক ময়ামদু য়েংনীংদুনা চৎপনি। মখোয়দা লোইরিবা জীবশিং অদুগা মাগা লোয়নবা মতৌ অদু উবদসু নুংঙাইবা কুম্মৈ মখল অমনি। মহাক মখোয়গা মীগুম্না ৱারী শাদুনা নুংঙাইথোকপা ঙম্মী। ভাগ্যবতীগী নুপাদু শূমাঙ লীলা য়াওই। মপুরোইবনা নুংদাং থেঙনা হল্লক্লগা মহাক্না জীবশিং অদুগা ৱারী শাদুনা মতম লেপ্লি। অদুগুম্বা পুন্সী খূৎলেনন্দু ঐ য়াম্না ঙক্না থোকই, য়াম্না নুংঙাইরমগদবোই নীংই; শা-উচেকশিং অদুগা মাগা মরোল তিন্নদ্রবসু মানা ৱারী শাবা অদুদা মখোয়গী মরক্তা করিগুম্বা খরা নীংথিজনা খঙনবগুম তৌনা উই।

কালেন ছুটি লোইখিদুনা ঐ ইম্ফালদা অমুক হনবা মতম য়ৌরক্লে। জিনা ইচেগা ঐগবু থিন্নবা থৌরাঙ তৌরে। বস তোংখৎলবা মতুংদা বস অদুনা চীঙ্গোন্দা অসুম থৌবা হৌরকপদা ঐখোয়গী লৈফম ক্বারটর্স অদুনা তাম্না অসুম লৈহৌবা, মদুগী মনাক্তা ইমানা লেপ্তুনা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈহৌবদু উরগা খঙহৌদনা মীত্তা পি তারকই। মাগা কায়নবগী অৱাবা মৈচাক অমা থম্মোয়দা কন্না ফাওরকই।

জেলগী ক্বারটর্স য়ৌখ্রবা মতুংদদি ঐগী নুংঙাইতবা অদু খরা কাউখ্রে। ঐগী হান্নগী মফম অদুদা লেনবা পুন্সী খূৎলেন অদু অমুক লেনবা হৌরক্লে। মরক মরক্তা নুংদাংদা জেল মনুংদা কাপ্পা সিনেমা য়েংবা চৎলি, লম্পাক্তা শান্নে, অহলশিংগী মতুং ইন্দুনা কুম্মৈ য়েংবা চৎলি। নোংমদি ইচেশিংনা পুবীদুনা তম্ফাসনা গালর্স হায় স্কুলদা সরস্বতীপূজাগা মরী লৈননা পাঙথোকপা — শান্ন-খোৎনবা, ফেনসি ড্রেসকী থৌরম অমা য়েংবা চৎলি। মতম অদুদদি লৈশাবী অচৌবা ঙাক্তা ওইনা উরবী স্কুলগী ছাত্রীশিং অদুনা পাঙথোকপা ফেনসি ড্রেসকী থৌরম অদু য়াম্না নুংঙাইবা কুম্মৈ অমনি। মরু ওইনা নূপী অনীখক্না উৎখিবা এক্তিং অদু ঐ কাউবা ঙমদে। মী কয়া ঙৌদবী নূপী অমনা খ্বাঙদা খ্বাঙজেৎ শেত্তুনা, মঞ্জুনরবা ফিজোল শেত্তুনা ঙায়োনবী হনুবী শাদুনা থোরকপা অদু তশেংনা ঙায়োনবীমক ওইরবোই নীংই। অদুগা অতোপ্পা কুচু ঙৌবী, মমায় পাকপী, ফীবম-মূর্ত্তি ফজবী নূপী অমনা খোঙ্গ্রাউ শেৎলগা হৈনীংবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা নোক্তুনা এক্তিং তৌরগা, "মেরা জূতা হৈ জাপানী . . ." হায়দুনা ঈশৈ শক্লকপদা অঙকপা ফংনা পকচবা পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা মতৌ অমা লৈ। ঐনা মহাকপু অচৌবা কলাকার অমগুম মগুণ লৈনা খনখি। মাগী খোঞ্জেলদুগা মানা তৌরিবা এক্তিং অদুগা য়াম্না চুশিন্নে। মাগী নোকপদা উবা য়াতোনগী ফজবা, মমীৎ য়াওনা নোকপা মতৌ, মখূৎ-মশা য়াওনা এক্তিং তৌবা

মতমদা ফজবা শাথেক-শাবান অদুনা তিল্লিবা মী খুদিংমকপু পেহলল্লি। মতম অদুদা ঐ কলাগী ওইবা পোৎশিংদা পূক্লীং চঙবা, নুংশিবা ঈশৈগী মহাউ খঙবা হেল্লক্লে।

অসুম্না ঐগী জ্ঞান্না তপ্না তপ্না হেনগৎলকপগা লোয়ননা পুন্সীদা খরা হেন্না পাকথোকপা মীৎয়েং অমনা য়েংবা ঙম্লকই; অনৌ অনৌবা থৌদোক কয়া থেংনবদা পূক্লীংদা ফাওবা ৱাখল মওঙ অদু হোংলকই। অদুবু পুন্সী অদুদি মরা য়াওদবা অতাউবা পুন্সী মখল অমনি; মপালগী থৌদোক ঙাক্তদা পূক্লীং চঙবা, করিগুম্বা জ্ঞানগী, লাইরিক-লাইসুগী ৱাখল কয়া য়াওদবা চরাঙনবা ফীবম অদুনি। করিগুম্বা নুমিত্তা ক্বারটর্সতা জুৱার শান্নবা পাবুংগী মমান্নবশিংগী চা লোলহনবা নত্ত্রগা পাখোন চৎপা য়াওই। (মদুগীদমক ঐঙোন্দা য়েরুম অফুৎপা পীজে।) অতে মতমদা ঐখোয়দা লোইবা ঙানুশিং শেন্নবা, মরুম কোকপা পান্নবা অসিনচিংবা তৌই। পূম্নমক অদুদা ঐগী থবক চিল্লি।

নোংমদি ঐখোয়দা অরুবা সমস্যা অমা থোক্লে। মদুদি অসিনি। পাবুংনা জুৱার শান্নবদা সরকারগী শেল কয়া শোকচিন্দুনা থাদোকখ্রে। মদু য়াম্না থুনা অকক্লবা নুমিৎ অমগী মনুংদা শিংগত্ত্রবদি মহাক থবক তোকপা য়াবগী ফীবমদা লৈরে। ঐনা মদুগী মরমদা খঙলকপা অদু নোংমা নুংদাং অমদনি, ইচেনা ঐঙোন্দা তুমিন্না হায়বদগী খঙবনি। নুংদাং অদু ইমুং, মাঙ্গোল, শূমাঙ পূম্নমক মৈ ঙান্না থাল্লি, ইমুংগী মী খুদিংমক শূকথদুনা লৈনৈ, ৱা কয়া ঙাঙনদে। মখোয়গী মতৌ অদুনা অসুম্না উৎলি, "ঐখোয় য়াম্না থুনা ক্বারটর্স অসি থাদোক্তুনা চৎপা য়াই।" খঙহৌদনা পাইরকপা অৱাবগী লৈচিল অমনা মকালাম্না লৈরম্বা ইমুংগী নুংঙাইবা শক্তম অদু মকহনখ্রে। ঐ মীকুপ অদুদা করি ৱাখল খনখিবনো নীংশিংবা ঙমদ্রে, অদুবু থৌদোক অদুগী ফল ওইনা লাকপা য়াবা অচৌবা অৱাবা অদুগীদমক্তদি মমি-শামি পূক্লীংদা লাঙতক্লবা ফাওখি।

নুংদাং অদু ঐদি ফমুংদা তুমিন্না অদুম চঙলে। অদুবু ইমুংগী মী অতৈদি তুম্বগী ৱাখল চঙনদে, মৈ ঙান্না থাল্লদুনা অদুম লৈহৌই। মখোয় মরক মরক্তা করিগুম্বা খরা মুরুম মুরুম ঙাঙনদুনা অরুবা ৱাফম অদুগী মরমদা খন্নদুনা লৈবদু ঐনা ফমুংদগী তায়। ঙহাক্কী মতুংদা ঐ খঙহৌদনা তুমথখ্রে।

নোংঙাল্লে। অহিং অদুদা করি খন্নখিবনো ঐ করিমতা খঙবা ঙমদ্রে, অযুক্তদি ইমুংগী মীশিংদু খরা ঈংথনা উরে। অরুবা ৱাফম অদুগী মরমদা মুন্না তান্নরবা মতুংদা মখোয় করিগুম্বা ফল অমা ফংলবগুম তৌবা মাল্লি।

স্কুল কাবা মতম ওইরক্লদুনা ঐ স্কুলদা চৎলে। ঐনা লৈত্রিঙৈদা করি করি তৌখিবনো ঐ খঙবা ঙমদ্রে। ঐনা স্কুল কুম্লকপদসু ইমুং অদুদা থোইনা পাখৎনবা, নুংশাথীনবগী খূদমদি উদ্রে। ঐনা পুক্নীংদা খল্লি করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা সরকারগী শোকচিল্লুবা শেল অদু শিংগৎলম্বা য়ারে, অদুননি ইমুংগী মীশিংনা তূমিন্না লৈনরম্লিবসি।

নুমিৎ হুন্নি হৌখ্রে। মরিনি শুবগী অয়ুক্তুদা ঐখোয়গী ইমাদু ঐখোয়গী ইনাক্তা ইথা থাজদনা লাক্লে। মহাক্না করিগীদমক্তা লাক্লিবনো হায়বদু ঐ অহানবদা করিমতা খঙদে, অদুবু মহাক্না পাবুংগী নুপী ইমাইবেম্মগা ৱারী শাবদগী ঐ মদুগী মনুংগী ৱাফম অদু খঙবা ঙম্লক্লে। নহান নোংমা ইমুংগী মীশিংনা য়াম্না পাখৎনবা, নুংশাথীনবা নুংদাং অদুগী নোংঙাল্লগা পাবুংনা খোংহামপাক্তা ইমাখোয়গী মনাক্তা মী থাদুনা ইমাগী অরৈবা সনাগী লীক-কোল খূদিংমক ইমাইবেম্মগা মচানুপী অনীগা লুহোংবা চৎকনি হায়দুনা ৱায়খ্রগা নুমিত্তু ফাওবা থিল্লক্তবগীদমক্তনি ইমানা ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্লিবদু। অদুবু মানা লাক্লগদি খঙলে হৌজিক মাগী লীক-কোল পূম্নমক্কু অমতা লৈত্রে, মখোয়দু লোইনা কায়থোকখ্রগা সরকারগী শোকচিল্লুবা পৈশা অদু শিংগৎনখ্রে। পাউ অদু তাবদা ইমাদু শকফম পূমওন ওনখ্রে, শাউবদগী মমীত্তা মপি তাখ্রে। মতম অদুদা মহাক নহা ওইরি। নহা ওইরিবী নুপী অমদদি মাগী লৈজবা লীক-কোল খূদিংমক তূমিন্না থুগায়বীখ্রে হায়বসি মাগী মথৱায় লৌখিবগা চপ মান্নে। মহাক্না মমাঙকাদা ইমাইবেম্মগা মদুগী ৱারী শাবদা শূৎ শূৎ কপ্পুনা ফিগী মচীনা মপি তৈথোকখিবদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউদ্রি। ইচেগা ঐগসু কাগী মচীদা ইতূক তূকথনা নুংশাথীনা তূমিন্না মখোয়গী ৱারী অদু তাদুনা লৈ।

ইমাইবেম্মনা হায়রকই, "অরুবা ফীবম অমা লাকপদগী তৌদবা য়াদদুনা সনাশিং অদু কায়খ্রবনি, নহাক শাউরনু। ঐখোয় ঙম্বা মতমদা মখোয়দু শোয়দনা শিংলক্কনি।"

ইমানা মাগী ৱাহৈ অদুগী পাউখুম পীরক্তে। মহাক খঙই ইমাইবেম্মগী ৱাহৈ অদু মাগী পুক্নীং থেমজিন্নবা অদুক হায়রিবা হায়বদুনি, নুমিৎ চুপ্পা জুৱার শান্নদুনা পৈশা হুন্দোক্তুনা লৈরবা পাবুংনা মদু শিংলকপগী ৱাখল খনবা ওইথোক্ত্রবা ৱানি।

ইমাদু কপ্পগী মমীৎ-মমায় ইপোম পোম্না হনখ্রে।

ইমানা জিদা ৱাফমদুগী মরমদা তম্লুরগা করি থোক্লগদগে খন্দুনা ইমুংগী মী খূদিংমক নুংশাথীনদুনা লৈনরে।

নুমিত্তু নুংশা ময়েক শেংনা থোক্তে, অতিয়াদা লৈচিল-নোংফাই থাংই। নোংজুথাগী

মতমনি। মমাঙগী নুমিৎ খরদা নোং চুখিবগী লৈমায়দু ইচোৎ চোৎলি। অঙাং ওইরবসু ঐখোয় ৱাখল নুংঙাইতবদগী তুফক-তুফাই চন্না লৈ।

নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইরক্লে। ইখঙ খঙহৌদনা জিদু সাইকল অমা তোংদুনা জেল কম্পাউণ্ডদা ফিংনা থৌজিল্লকপা উরে। মহাক উবদা পাবুংদি মফম অমদা লোৎখ্রে। জিনা সাইকল অদু ক্বারটর্সকী মমাঙদা থুনা ঙাশিল্লগা মমায় ঙাঙনা শাউনা ইমুংদা চঙলক্লে। সনাশিং অদু মতৌ করন্না কায়খ্রিবনো হায়বগী নৌনা অমুক হৌদোক্লনীংঙাই করিসু লৈতে, মহাক্না ইমাদগী পাউ খুদিংমক তারক্লবনি। মহাক্না হেক চঙলকপগা লাউ-খোংদুনা, চৈ-থাংদুনা মদুগী মরমদা ঙাঙবা হৌরক্লে। মহাক শাউবদগী ব্যবহার, থকশি-খাশিগী ৱা ফাওবা কাউখ্রে, অথিংবা লৈতনা পাবুংবু চৈবা হৌবক্লে। মাগী ৱাহৈ অদুদা ইমাইবেম্মখোয় করিমতা খুল্লক্তুনা চেক-মোক লাউদনা লৈখ্রে। থৌদোক অদু য়াম্না নুংঙাইত্রবা মতৌ অমা ওইরে। ইমুং অমদি অকোয়বা মফম অদু ফাওবা কবিগুম্বা মওঙ অমদা নুংঙাইতবগী অমকপা লৈচিল অমনা কুপখিবগুম তৌই। ঐখোয়দি কিবনা কা অমদা তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈ।

মতম অদুদা পাবুংগী মমান্নবা অমা-অনীসু ক্বারটর্স অদদা লাক্লে। মখোয়না জিগী অশাউবদু ঈংথনবা থেমজিনবা হৌবকই। মখোয়না মাবু মফম অদুদগী ঙহাক অসুম চখোক্তুনা বাবী শাকনবা পুথোকখ্রে।

পূংখায অমরোমগী মতুংদা জিদু ঐখোযগী লৈফমদুদা অমুক হল্লক্লে; মহাক্না ইচেগা ইবানীদা চঙশিন্দুনা অচেৎপা খোনফমদা হাযরকই, "নখোয় হৌজিক নফি-নরোল শেৎলো, ঐগা চৎলসি। নখোয 'সিদা লৈবা যাররোই।"

থৌদোক অদুগা মবী লৈননা মানা শাউনা লৌরকপা ৱারেপ অদু তাবদা ঐখোয় ঙহাক চঙরুনা লৈ, মাগী নুংদা লৈবিবা নুংঙাইতবা ভাব খুদিংমক্তু উরকই। নুংঙাইতবা থৌদোক অদুগী মতুংদা খঙহৌদনা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎপা য়াবগী মওঙদু লাকপদা পূক্নীংদা বাখল মওল মওল খল্লি।

ইমাইবেম্মনা জিদা ঐখোযবু পুখিদনবা কন্না খাল্লকই, অদুবু মহাক্না মদুদা অমুক তাব্বা তৌদ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা ইচেগা ঐগা চৎনবা থৌরাঙ তৌবা হৌরে, ঐখোয়গী লাইরিক-লাইসু, পোৎ-চৈ, ফিরোল খুদিংমক য়োমশিল্লগা খোঙ-খুৎ হামদোক্তুনা ফি শেৎলে।

জিনা বিক্সো অমা পুবক্তুনা কারটর্সকী মমাঙদা থাররে।

ঐখোয় পোৎ-চৈ অদু মদুদা হাপকত্তুনা তোংখৎলে, তাঞ্জা অদুদা লৈমিন্নবা মীশিংদা করম্না বিদায় তৌগদগে হায়বদু খণ্ডবা ঙমদে, চীন্দা করিগুম্বা ৱাহৈ অমতা থোরক্তে; চমম্নবা ফীবম অদুনা ঐখোয়বু ইপঙ পঙশিলহল্লি।

রিক্সো অদু থৌবা হৌরক্লে। জেলগী অকোয়বা ক্বারটর্স, মনুংগী নাপী হৌবা লম্পাক, মদুগী মমাঙদা লৈবা পুখ্রী, সড়ক ময়া অমদি চঙফমদা পরেং ওইনা হৌরিবা অৱাংবা কৌবীলা পাম্বীশিং, কোয়না লৈবা অৱাংবা চেকপল পূম্নমক অদু লৈহৌবদু উবদা খঙহৌদনা অৱাবা ফাওরকই, মখোয়গা মতম খরা নক্না লৈমিন্নরুবগী করিগুম্বা অঙকপা লীপুন অমা ঐঙোন্দা লৈরম্বদু মতম অদুদতা খঙলকই। লম্বীদা চৎনা চৎনা নিয়ম য়াওদ্রবা কায়নবগী থৌদোক অদু নীংশিংলুবদা পূক্নীং য়াম্না হন্থবা পোকই। চৎলিবা রিক্সোগী মখোল অদুনা ফাওবা ঐঙোন্দা কায়নবগী তোঙানবা অর্থ অমা হনবগুম তৌই।

ঐখোয়না য়ূম য়ৌবদা ইমাখোয়সু লাক্কুনা লৈরম্লে। ইচেগা ঐগতা মদুদা লৈবা নুংঙাইরোই খন্দুনা মহাকসু ইস্ফালগী য়ূম অদুদা পুরা লৈনবা লাক্লবনি।

জিদি নোংঙাল্লগা খোংহামপাত্তা মাগী অফিসতা অমুক চৎখ্রে।

## ২

# সাহিত্য পাবা হৌবা

ঐ ইম্ফালদা চনীং তাবা পুক্সী অমা লেনবা হৌরে। হান্নদি অহল-লমন্না নাউকোন্দবা, মীগী ময়ুমদা লৈবগী হৌনবা করিগুম্বা অচৌবা অৱাৎপা অমা লৈরম্মী, ৱাখলদা লৈতাদবা, কা হেন্না নীংতম্বা অমা লৈরম্মী, অদুবু হৌজিক্তি মখোয়দু কোকখ্রে। হৌখিবা চহী অনীরোম ফানীংচিৎকী মতম অদুদা ঐগী ফীবম কয়া য়াম্না মাঙথখিবগে হায়বদু ঐ কোন্নতা ফজনা খঙলকই।

মতম অদু ঐ ক্লাস ফাইভ তম্লি, ইং ১৯৫৮ অদুৱাইদনি। মতম অদুদা ঐগী ৱাখল মীৎয়েং অসি খরগা হেন্না পাকথোরক্তুনা হীরম কয়াদা পুক্নীং চঙবা, অনৌবা পোৎশিংবু খঙনীংবগী ঈথৌলাংবা হেনগৎলকই। মতম অসিদনি ঐনা ডাক্তর কমলগী *মাধবী* বু অহানবা ওইনা পাখিবা। মদু তাঞ্জা চাকুবদগীনি। *মাধবী* অসি মতম অদুদা ক্লাস টেন্দা তম্লে, অয়াম্বা য়ুম খূদিংদা মদুগী কপী লৈনৈ, তম্বা লোইখিবা কনানসু লাইরিক অদু মাঙহন্নদে, ইমুংগী লাইবিক পাবা হৈবা মী খূদিংমক মদু পানদবা য়াওদে। ঐখোয়দসু মদুগী অরিবা কোপী অমা ময়াম্না পানবগী টেবলদা তাদুনা লৈ। নোংমদি ঐসু মদু লৌখত্তুনা পাবা হৌই। মীকুপ অদু ঐগী পুক্সীগী মরু ওইবা মীকুপ্নি, সাহিত্যগী ৱাখলগী ময়োল চোংখিবা তানফম্নি। অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদদি নোংমদা চেনা খরা খরদমক ৱানা পাই, অপীকপা উপন্যাস ওইরবসু ঐ মদু পাবদা মতম ফনা কুইনা চঙখি। মদু পাবদা নুংঙাইখিবা অদুদি ঐ ৱাহৈনা অমুক থাবা ঙম্লরোই। তশেংনমক মদু পাবা লোইরগা কল্পনাগী তাইবঙ অদুদগী অওইবা তাইবঙদা অমুক থোরকপদা ঐগী পুক্নীংদা হৈনীংদবা পোকই। ঐনা য়াম্না নুংঙাইখিবসি "চীংয়াগী লৈকোল" হায়বা মতাংদা হৈবোকচীংগী দৃশ্য থাবা অদুনি। মতম অদুদা ঐ কাঞ্চিপুরদা কৈদৌঙৈদসু চৎলুদ্রি, হৈবোকচীং হায়বদু উখিদ্রি, অদুবু মফমদুগী মরমদা থারকপদা চানবা ৱাহৈনা মরীক চুম্না থামনখিবনা ঐ ইতোমতগী কল্পনাদা হৈবোকচীংগী শক্তম অদু ময়েক শেংনা উখি, মদুবু তশেংনমক স্বর্গগী লৈকোলগুম্না খনখি। বীরেনগা কায়নরবী উরিরৈগী অৱাবা শক্তম থাবা অদুসু ঐঙোন্দা য়াম্না শুম্নাৎনীং-

ঙাই ওইনা থোকই, ফক্লাংগী অহোবদা ফাওজিল্লকপা থাবলগী মঙালনা পিরাংনা চোৎলবী উরিরৈগী মায়থোঙদা য়েবগী ফজরমগদবা শক্তম অদু ঐগী কল্পনাদা উই। *মাধবী* দা য়াওরিবা লৈতেং তৌরবা লোলগী মনুং হুনজিনবা অর্থ কয়া খঙদ্রবসু মদুগী থোৎ-নৌবা মশক অদুনদি ঐবু পেলহল্লি। লাইরিক অদুগী দোষনচিংবা ঐ করিসু খঙদে, থৌদোক খূদিংমক অশেংবা থোকপগুম্না থাজে, চরিত্র খূদিংমক অহিংবা ওইনা খল্লি, মখোয়গী অৱাবা নুংঙাইবা খূদিংমক্তা শরূক য়াই। অঙাং ওইরিঙৈগী কল্পনাগী শক্তিনা থন্না লৈরিঙৈগী মতম অদুদা নুংঙাইখিবা মওঙ অদু অহল ওইরগদি অমুক্তা ফংখিদ্রে।

মদু পারুরবা মতুংদা ঐ পুন্সী অমসুং তাইবঙপাল অসিদা অনৌবা মীৎয়েং অমনা য়েংবা হৌরকই। মহৌশা প্রকৃতিগা শাগোন্ননা লৈদুনা মাগা লোয়নবগী নুংঙাইবা অমা লৈখ্রবসু সাহিত্যগী তাইবঙ ফাওনা মাবু অমুক্তা য়েংখিদ্রি; হৌজিক্তি থাবল ফবা, নোংজু-নুংশা অমদি ঋতুগী অওনবা ফজবা শক্তম খূদিংমক ঐঙোন্দা অনৌবা অর্থ অমা থোরকই, মখোয়গী পূক্নীং হূনীংঙাই ওইবা মতৌ অদুসু হেনগৎলকই।

মথংদা ঐনা পাখিবা অতোপ্পা লাইরিক অমনা অয়েকপম শ্যামসুন্দরনা মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা শরৎ চন্দ্রগী *দেবদাস* হায়বা উপন্যাস অদুনি। মদু পারুবদগী সাহিত্যগী তাইবঙদা অমুক হেন্না পূক্নীং লূপ্পা হৌরে। মতম অদুদসু অদুম খঙই শরৎ চন্দ্রগী ৱারী লীবা হৈবগী মগুণ অদু, মী অমনা মাগী মতৌ হেক্তা তম্বা ঙম্বা ওইথোক্তে হায়বসি খল্লি। ৱারী মরীদা কমলগী *মাধবী* দা থেংনবদগী মদুদনা হেন্না হৈশিংবা মওঙদু উবা ফংই, *মাধবী* দা ইতিং তিংনা থৌদোক পরিংদু কায়দনা কোইনা কোইনা থাদুনা লীথৈ; *দেবদাস* তদি থৌদোক খূদিংমক চোং চোংদুনা লীদুনা অপাববু তন্থহন্দবা ফীবম অমদা শুমদুনা পুবা ঙম্মী। *দেবদাস* কী অখন্নবা নুংঙাইবা মতাং হায়বা লৈতে, মতাং খূদিংমক যাদুগী মতৌগুম্না শুম্নাৎপা ঙাক্তনি। মদুগী মতাং অমা হেক ফাক্তোক্তুনা পাবদা হেক্তা নুংঙাইবা ফংই — নুংঙাইবা ৱারী মশা, লমচৎ য়েকপগী ফজবা, লূম্লবা মরেপ য়াওরবা মীওইবগী পুন্সীগী দর্শন অসিনচিংবগী মনুংদা অমা হেক্তা থেংনৈ। তশেংনমক দেবদাসকা পার্বতী নত্ত্রগা চন্দ্রমুখীগা নুংশি-নুংওনগী ৱাফম অদু ঙাক্তনা ঐগী পূক্নীংবু মপুং ওইনা চিংশিনবদি নত্তে, শরৎ চন্দ্রনা মীওইবগী পুন্সী অমদি লমচত্তা কূপ্পা উশিন্দুনা উৎপা, থৌদোকশিংগী বর্ণনাদা পূক্নীংদা পান্নবা চপ চানা থাবা ঙম্বা অমদি মাগী ৱারী লীবা হৈবগী মগুণ অদুননি। *দেবদাস* পু ঐনা কয়ারক হন্না পাখিবগে হায়বদু নীংশিংবা ঙমদ্রে, মদু ঐনা মোন ময়াদা

নত্ত্রগা ঐগী টেবলদা থমদুনা মশীং নাইদনা পাখি। মদু পাবদা চোকথবা খঙদে। *মাধবী* পাবদা তৌবগুম্না মদুগী অশোয়-অঙাম থোইনা খঙদে, নুংঙাইবা অদুতনি ঐনা খঙবা। অসুম্না মতম অদুদা অহানবা ওইনা ঐনা সাহিত্যগী মহাউ খঙবা হৌখি।

৩

## স্কুল কাবদা অমসুং স্কুলদা থেংনখিবা থৌদোক খরা

মতম অদু সাহিত্যদা পুক্নীং চঙলকপদা নত্তনা ঐগী ৱাখলদা অতৈ অহোংবা কয়াসু লাকই। ইমান্নবশিংগা স্কুল চৎপদা কেনা চৎনীংবা, নুপীগী ফজবা য়েংনীংবা, থাপ্পা কোয়বা চৎনীংবা, হোলদা সিনেমা য়েংনীংবা অসিনচিংবা হৌরকপা মতমনি। স্কুলগী ইমান্নবা খরদি তশেংনা নুপী-নহাগী ঈরাংদা পুক্নীং কন্না চঙবা য়াওই। চহী মতাং অদুদা অসুন্না ঈরাং তৌবা অদু তশেংনা নোক্নীংবা ৱাফন্নি, অদুবু মখোয়না মপুং ফারবা মী অমগী মতৌ তমদুনা য়াম্না ঙন্না নুংশি-নুংওনগী ঈরাংদু তৌবা হৌই।

ঐদি থোইনা অদুগুম্বা ঈরাংদা লূপ্লুবা লৈতে, অদুবু নুপী অমগী চিংশিন্নীংঙাই ওইবা মগুণ, শক্তমগী ফজবা অদুদি মুন্না খঙবা হৌরকই, নুপীশিংগী মওঙ-মতৌ, চরিত্রবু মুন্না য়েংশিনবগী  হৈনবী অসি মতম অদুৱাইদা লৈরক্লে। মদু কোন্না সাহিত্য ইবগী কান্নবা মচাক অমনি। ঐনা নীংশিংবা অমা লৈ। ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী স্কুল কারকপদা থেংনবা সাইকল তোংদুনা লাকপী মশক য়াম্না ফজবী ইচেগুম্বী নুপী অমা লৈ। মহাক স্কুলগী দ্রেস ফনেক অশংবা শেৎলি, লৈ মচুগী ফি অমা ইল্লি, কুচু ঙোই, মশা পাতক তৌই, মশম য়াম্না শাংই, সাইকল তোংবা অদুদসু ফীবমদু য়াম্না চুং ফিরান চানা ফজনা উই। মাবু ইচেগুম্না খল্লবসু মাগী ফজবা অঙৈংবা শক্তম অদুনদি ঐখোয়বু তশেংনা শুম্মৎলি, মাবু মমল য়াম্লবী নুপী অমগুম্না খল্লি। ঐগী ইমান্নবশিংনা মাবু "সরস্বতী" হায়রগা খঙনৈ। ঐখোয়না মাবু উন্নবা খুদিংগী পুক্নীং চঙনা য়েংই, মাগা উন্নবা নুমিত্তা নুংঙাইবা পোকই।

অদুবু স্কুল য়ৌরগদি ঐখোয় লাইব্রিক তম্বদা পুক্নীং চঙখিদুনা অদুগুম্বা ৱাখল পুন্নমক অদু কাউই। হাফ থাবা মতমদা অমুক স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা মখল কয়াগী মশান্ন শান্নৈ। থোং অহাইবী মনাক্তা খোংনাং মখোঙদা মার্বল শান্নবসু য়াওই। য়ুমদগী পুরকপা পৈশা অনী নত্ত্রগা পৈশা মরিনা পাফোর, থম্মৌ নত্ত্রগা অতৈ মখলগী অচাপোৎ লৈদুনা চায়। লমহেনবা ইমান্নবশিংনা খরা পীকপা অশোনবা ইমান্নবশিংদগী অচাপোৎ লাক্তুনা চাবসু য়াওই। তশেংনমক অঙাং ওইরিঙৈগী অফ-ফত্ত খঙদবা, লাকশিনবা ঙমদবা লোনচৎ

কয়াশিং অসিনা মরম ওইদুনা মতম অদুগী পুক্সীদা নুংঙাইতবা শরূক কয়া অমসু লৈ। অঙম্বা ছাত্রশিংনা অপীকপা ছাত্রশিংদা লরুবা, ফু-চৈবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। ঐখোয়না তম্লিবা স্কুল অদুগী কম্পাউণ্ড মনুংদা নূপীমচাশিংগী তোঙানবা স্কুল অমসু লৈ। মখোয়না নূপীমচাশিংবু লরুবগী হৈনবী অমসু লৈ।

নোংমদি ঐ ইকাইবা নংবা তাঞ্জা অমা য়াওখ্রে। ঐনা স্কুল কারকপদা নূপীমচাশিংগী স্কুলদুগী থোঙনাউ মপা লাম্হোকপদা নূপীমচা অমনা থোঙনাউদগী শাউনা মমীৎ খানা ঐঙোন্দা য়েংলদুনা খঙহৌদনা চৈরকই, "করিগী ঙাওশিন্নরিবনো? অদুম হায়না তৌবা হৌনব্রা?"

ঐ য়াম্না ঙক্লা থোক্রে, ঐ থোঙনাউ মপা অদুদা লাকপদা ঙায়রি, মঙোন্দা করিসু তৌরুবা নত্তে, অদুগা ঐ মমাঙদসু নূপীমচাশিংবু লরুবসি অমুক্তা তৌখিদ্রি। মাগী মীচৈ অদু তাবদা ঐ পুক্সীংদা খঙলকই কনাগুম্বা ঙাওশিন্নবা ইমান্নবা খরনা মখোয়গী থোঙনাউ অদুদা নুংনা থারুবগুম্বা অমা তৌরম্বা য়াই, মদু মহাক্লা ঐবু ওইরবোই নীংদুনা ঐঙোন্দা চৈরকপনি।

ঐনা মঙোন্দা ঙক্লা য়েংলগা হায়, "করিনো? ঐদি নঙোন্দা করিসু তৌদে।"

ঐনা হায়রিবা অদু থাজদনা মহাক্লা শূক্তোক্তুনা ঐঙোন্দা অমুক হায়রকই, "ঐ লোইনা খঙই, অদুম্না মতুং মনাউ অমুক তৌনু। অদুম্না অমুক তৌরবদি ওজাদা তাকথোক্লগা চৈ চাহনগনি, খঙলেদনা?"

মদু হায়রগা মহাক্লা অশাউবা মীৎয়েং অমনা চেপ্পা য়েংলম্লগা থোঙনাউ অদু গম লাউনা থিংজিনখ্রে।

ঐ চঙরুনা ঐখোয়গী কাদা চঙলে। ইকাইবগুম, থব্রায় নুংঙাইতবগুম ঐ ওজা চঙলক্ত্রিঙৈগী মতম অদু কা মনুংদা অদুম লেঙদনা লৈরে, মপাল অমুক থোকউদ্রে।

ঐঙোন্দা চৈরক্লিবী নূপীমচা অদু ঐ মশক মুন্না খঙই। মাগী মমিং লৈপাকলোৎপী কৌই। মহাক্তু মচীন কনবী, খরা অফাওবী নূপীমচা অমনি। মহাক মশক-মতৌ ফজে, ফীবমসু ফজে, মশমদি খজিক্তং খোইরপ তৌই। মানা চৈরকখিবা নুমিৎ অদুদগী ঐখোয় মশক খঙনবগুম তৌরে। থোকখিবা থৌদোক অদু ঐগা স্কুল কামিন্নবা ইমান্নবা অনীসু মুন্না খঙই। মখোয়না ঐঙোন্দা ৱাফম অদুগী মরমদা নূপীমচা অদুদা অমুক্তং শেংদোক্লবা কন্না হায়, অদুবু মদু ঐ ঙম্বগী শক্তি লৈতে, খরা ইকাইবা নংখ্রবসু তুমিন্না অদুম লৈথোকপনা

ফৈ খন্দুনা লৈ। অদুবু নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ইমান্নবা অনী অদুনা ঐঙোন্দা হায মখোয়না নুপীমচা অদুগা উম্নদুনা হৌখিবা থৌদোক অদুদা ঐগী ইরাল লৈতে হাযনা মঙোন্দা শেংদোকখ্রে।

শেংদোকখ্রবা নুমিৎ অদুগী মতুংদা লৈপাকলোৎপী স্কুলগী থোঙদা থোবক্তুনা নত্ত্রগা থোঙনাউ মপাদা মবক মবক্তা মপাল্লোমদা য়েংদুনা লৈবা যাওই। অদুবু হৌখিবা থৌদোক অদুগী মবমদা ঐগদি ঝা অমতা ঙাঙনখিদ্রে।

# ৪

# কলাগী ইথিল

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। স্কুল চাংনাইনা কাবা, অরেম্বা মতমদা শান্নবা অসিনচিংবা তৌদুনা মতম লেল্লি, লাইরিক্তদি পুক্নীং অদুম ইচঙ চঙদ্রে। নোংমদি স্কুলগী ওজা অমা-অনীনা ছুটি থারগা স্কুলদা তৌবা কোচিং অমা য়াওনবা ইমান্নবশিংনা হায়বদগী ঐসু মদুদা য়াওশিল্লে। মদু লাইরিক য়াম্না হৈনীংদুনা তৌবা নত্ত্রবসু নুংঙাইবা অনৌবা থৌদোক অমা ওইনা য়াওবনি। কোচিং অদু লোইরগা য়ুমদা হল্লকপদা নুমিৎ পূমতা তাই। করিগুম্বা নুমিত্তা স্কুলগী লৈকাই অদুদা তৌবা কুম্মৈ-ফিওং য়েংদুনা লৈথোকপসু য়াওই। ঐগী পুক্নীংদা য়াম্নমক মমি তাহনখিবা কুম্মৈ অনীখক্তি লৈকাই অদুদা তৌবা জগোই রাস অমগা "জাগর্তি" কৌবা ফিলম অমগা অনী অসিনি। জগোই রাস অদু স্কুলগী ময়াদা লৈবা মান্দোপ অচৌবা অমদা শান্নবনি। মান্দোপ অদু অঙকপা ফংনা ফজনা লৈতেং তৌরম্মী। মদুদা ফি শেৎপা ওইরম্বা মীশক অদু ইমাগী (মপা মপা পোকমিন্নবা) মবুং ঐগী মাম্মা অমনি। মহাক অদুগুম্বা কুম্মৈগী ফি শেৎপদা মমিং চৎপা মীশক অমনি। মহাক্না ঐখোয়বু ফম্ফম তাক্তুনা মফম চানা ফমহন্দুনা য়েংহল্লি। পুন্সীদা অমুক্তা উখিদ্রিবা মীৎ থক্কৎনীংঙাই ওইরবা কুম্মৈ অদু য়েংবদা অমসুং সুত্র শকপীগী নুংশিবা ঈশৈগী শৈহেক অদু তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখি। নুমিদাং থেঙনা য়ুমদা হনবা কিবদগী জগোই রাস অদু মতেক খরদং য়েংলগা হন্নীংদনা য়ুমদা হল্লকখি। "জাগর্তি" হায়রিবা ফিলম অদুদি স্কুলগী মনীংদা খরা চঙশিল্লগা ইমান্নবা অমগী ময়ুমদা কাপকদৌরি হায়দুনা য়েংবা চৎপনি। ফিলম অদুদা উৎলিবা অঙাং ওইরিবা ছাত্রশিংগী মতৌ, ফিদম্নীংঙাই ওইরবা ওজা অমগী শক্তম, মানা মখোয়বু অফবা লম্বীদা লমজিংনবা থৱায় য়াওনা হোৎনবা মতৌ পূম্নমক অদু অঙাং ওইরিবা ঐখোয়গী থম্মোয়দদি য়াম্না নুংঙাইনা অমদি পেন্না থোকই। মদুনা ঐখোয়দা অফবা ৱাখলগী মঙাল অমা পী। ঐ কোন্নতা খঙলকই অদুগুম্বা অফবা কলাগী পোৎ অদু অমর ওইরবা লন অমনি, মদুনা ঐখোয়দা নুংঙাইবা পীবতা নত্তনা অঙকপা ফংবা কান্নবা অমসু পীখি। অঙাং ওইরিঙৈগী অফ-ফত্ত, অচুম-অরান মুন্না খঙদ্রিঙৈগী মতম

অদুদা অদুগুম্বা অফবা রাখল শন্দোকপা ফিলমদু য়েংলুবা অদুনা ঐখোয়দা অফবা লমচৎকী মতৌ তম্নীংবা রাখল অমা তশেংনা পোকহল্লি। নুংদাং অদু ঐ য়ুমদা হল্লক্লগা রাখলদু ইশেং শেংবগুম নুংঙাইবা অমা ফাওই।

ঐ মতমদুদা মমি-শামি খঙলকই কলা হায়বসি পুন্সীগী পোথাফম অমনি, চঙজফম অমনি — মদু অফবা লীলা, সাহিত্য নত্ত্রগা ঈশৈ ওইবা য়াই।

৫

## পরীক্ষা লোইবা অমসুং সরস্বতীপূজা

ক্লাস ফাইভকী চহীগী পরীক্ষা তৌখ্রে। পরীক্ষা লৌইরবা মতুংদা তেলঙ্গা পাইনবা লং শুংবা, শান্নবা, কোয়বা চৎপা অসিনচিংবা তৌদুনা অমূক লেপ্লে। নোংমা য়ুম্লোন্ননা লৈমিন্নবা ইমান্নবা অনীগা লোযননা মহাবলী ময়াদা লৈবা কোম মচাশিংদগী থরোই ফাবা চৎলি। ঐখোয় খাউ অচৌবা অমমম পায়। নিংথমথাগী নুংশাদু মেঙনা শাই। মহাবলী যৌরমদাইগী লক্ষ্মীগী মতাইদা লম্মাঙদা লৈবা কোম কয়াদা অব্দবা ঈশিং খবা খরদমক থেন্না লৈ, ঈশিংদুদা যেংথবদা কোমশিং অদুগী লৈখাদা পুল্লপ পুল্লপ তাশিন্দুনা লৈরিবা থরোই ময়ামশিংদু যাম্লা শেংনা উবা ফংই। মদু উবদা ঐখোয হরাউবনা নিংদোল চোংই, খঙহৌদনা মমল য়াম্লবা পোংশিং থেংনকব্বগুম খল্লি! ঐখোয মচু ওল্লবা, কোম মযাগী নাপী মথক্তুদা লেপ্তুনা থরোইশিংদু ফানবা বাখল খন্নবকই। ঐখোয়না অথেনবা কোমশিং অদুদা তপ্না কুমথদুনা য়াবিবমখৈ ঈশিংদু নৈখাযদনা থরোইশিংদু ফাবে, অদুগা ঐখোযনা পুবকপা খাউশিং অদু পীক থন্না হার্পাচিল্লে। মতম অদু ফাওবদা কোমশিং অদুদা থরোই অদুম লৈরি। হাগফম লৈতবদগী ঐখোয় অফাবা খবা অদু পুদুনা য়ুমদা হল্লকই। লম্মাঙদগী অদুম্না নীংতম্না ফারকপা থরোইশিংদু পুদুনা লাকপদা ঐখোয়না নুংঙাইবদু হায়নীংঙাই লৈতে।

যুম য়ৌবগা ঐখোয়না তৌরক্লিবা মতৌ অদুদা অহল-লমন্না ঙকখ্রে। মখোয়না থরোইশিং অদুগী মরমদা হংবদা ঐখোযনা মখোয়দু মহাবলী ময়াগী লম্মাঙগী কোমশিংদা লৈরম্বা মওঙ অমসুং মখোযদু ফারকপগী মওঙদু হরাউনা তম্মী।

নুমিদাং অদু ঐখোয় অচৌবা চাক চানবা অমা পাঙথোকপগী মওঙদা থরোইদু থোংদুনা চামিন্নে।

ফাইরেন থা য়ৌরক্লে। অনৌবা ঋতু চঙলকপগী মালেমদা অওনবা শক্তম অমা লাক্লে। নিংথমথাগী ঈংবদু খরমখৈ মাঙখ্রে, অদুবু নুংশাদি অদুম মেঙলি। করিগুম্বা নুমিত্তা অতিয়াদা লৈচিল-নোংফাই থাংই, নুংশা থোরক্তে, উতোন-বাতোনশিংদা ঋতুগা

লোয়নরকপা নুংশিংনা মখোল থোক্লা হুম্মী। ঋতু অদুদা পাঙথোকপা সরস্বতীপূজা কাউবা ঙমদ্রবা কুম্মে মখল অমনি। নুংশা মেঙনা থোক্লবা ইংলি ইংলি তৌরবা অয়ুক্তা লম্বী সড়ক্তা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা লাই পুদুনা শাংনা লেংদুনা প্রোসেসন চৎপা, ৱাঙাঙ হৈবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা সরস্বতীবু লৈশি-লৈথোঞ্জবা ৱাহৈনা ভক্তি উত্তুনা মাইকতা লাউবা, সরস্বতীগী খূয়াদা কৎপা মচু মচুগী লৈশিংনা সড়কশিংদা ইচাই চাইনা তাবা, নুংশিবা ধূপকী মনম্না শীনথুংনা নমদুনা লৈহৌবা পুম্নমক্তু থোইদোক্লা পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওই। ঐখোয় মফম কয়াদা কোয়চৎ চত্তুনা তোঙান তোঙানবা স্কুলশিংগী লম্বীদা লাকপা প্রোসেসন কয়াবু য়েংই। স্কুল খূদিংমক্তা তল নত্ত্রগা খেচ্রিনচিংবা অচা-অথক কয়া তৌই। পূজাগী নুংঙাইরবা ঈরাংনা স্কুল খূদিংমক্তা ইনিন নিল্লি, ছাত্র-ছাত্রী খূদিংমক্কী মায়থোঙদু মকালাম্মী, হরাউ-ঈথক হৌনা উই।

সরস্বতীপূজা নোংঙাল্লগা ঐখোয়গী স্কুলগী স্পোর্টস হৌই। মদুদা মখল কয়াগী মশান্ন শান্নে। স্কুলগী অর্পাকপা কম্পাউণ্ড অদু অনৌবা চরাঙনবা, পূক্নীং লাঙতক্নীংঙাই ওইবা মফম অমা ওইরকই। ঐখোয় মশেলগী মরক্তদি মদু যাম্না মরু ওইবা, চাংয়েংনবগী অচৌবা তাঞ্জা অমনি। মদুদা ইমান্নবা খূদিংগী তৌবা ঙম্বা শক্তি, মথৌনা লোইনা ফজনা থঙবা ঙম্মী। অদুবু অঙাং ওইরিঙৈদা স্পোর্টসকী নুংঙাইতবা অমনা ক্লাস মান্নদবা, চাউবা খেন্নবা ইমান্নবশিংগী মরক্তা চাংয়েং তৌনবা অদুনি। ৱাং-চাউবা হেনবা, চহী হনবনা খুদোংচাবা কয়া লৈ। প্রাইজ অয়াম্বা চাউবা হেনবা ক্লাস সিক্সকী ছাত্রশিংনা লোইনা লোই। ঐসু মশান্ন অনী-অহুমদা শরুক য়াই — রিং শান্নবা, বেডমিন্টন শান্নবা, ইমান্নবা খরগা খোঙ অনীগী কারক্তা খৃৎ লোনশিন্নরগা শম্নদুনা তুং হন্না চেনবা লমজেন অসিনচিংবা। অকোনবগী মশান্ন অদুদা ঐখোয়না ফার্ষ্ট তাই। ঐ অতৈ শান্নবদদি পোজিসন অমতা লৌবা ঙমদ্রে।

প্রাইজ য়েন্থোকপগী থৌরম অদুদা ঐখোয় নুংঙাইনা পূক্নীং লাঙতক্নবা অমগা লোয়ননা য়েংদুনা লৈ। স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা মাইক পান্দুনা থৌরম অদু পিক্তক তৌনা য়াম্না ফজনা শীল্লি। ওজা অমদি ছাত্রশিং য়াম্না তিল্লি। প্রাইজ পীফম মনাক্তা পাক্লা শন্দোক্লবা ফি অঙৌবনা কূপ্লা ফাল অশাংবশিংগী মথক্তা য়েন্থোক্কদৌরিবা মনাশিং অদু থম্মী। মখোয়গী মনুংদা ফজরবা হীগোক মচুগী অলাদিনজ লেম্প মচা অমা, অথাবা হিন্দুস্তান বই, মোজাফুরিৎ, ডিক্সনারি, খুজাই, কলম, পেন্সিল অমদি অতৈ অতোপ্পা পোৎলম কয়া য়াওই। মখোয়দুবু ঐনা মমল য়াম্না খল্লি, মনাশিংদু ফংগদৌরিবা মীশিংনা মখোয়গী মশাগী

মতিক মগুণগী মতুং ইন্না মখোয়বু লেম্না ফংগদৌরিবনি খল্লুবদা মখোয়বু কল্লকপা পোকই। মনাশিং অদুগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী পামখিবা অসি হীগোক মচুগী অলাদিনজ লেম্প মচা অদুনি, মদু ফংগদৌরিবা মীশক অদু মরাইবক য়াম্না ফবা মীশক অমগুম্না খল্লি।

ঙহাক্কী মতুংদা প্রাইজ য়েঙ্খোকপগী থৌরম অদু হৌরে। ওজা অমনা মাইকতা তোঙান তোঙানবা মশান্ন কয়াদা পোজিসন ফংখ্রবা ছাত্রশিংগী মমিং লাউথোক্কুনা মখোয়বু মথং-মনাউ নাইনা কৌশিল্লগা মনাশিং অদু য়েঙ্খোকপা হৌরকই। ক্লাস সিক্ষকী মঙ্গি কৌবা ছাত্র অমনা অচৌবা মনা অয়াম্বা লোইনা ফংখি, অলাদিনজ লেম্প মচা অদুসু মহাক্না ফংখ্রে। মহাক্কু শান্নবা ফবতা নত্তনা লাইরিকসু ফবা, ক্লাস অদুগী মকোক ওইবা ছাত্রনি। নুমিৎ অদুদা মহাকপু ফিদম্লফম ওইবা ছাত্র নত্ত্রগা অচৌবা হিরো অমগুম খনখি।

থৌরম অদু লোইরগা ঐখোয় লম্বীদা প্রাইজশিং অদুগী মরমদা ৱারী শাদুনা লাকই। ঐসু কলর পেন্সিলগী বোক্স অমগা মোজাফুরিৎ নিমাই অমতংগা ফংলকই।

য়ূমদা হল্লক্লগা ঐগা চৎমিন্নরুবা ইমান্নবা অদুনা মমাদা প্রাইজশিং অদুগী মরমদা ৱারী শারুবদা মমা অদুনা খুম্লকই, "চরোদা তানীংদে, নখোয়দি নরিন পান্দবনিনা তোক্লে, কৈদৌনি মীনা ফংলগা?"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা ঐখোয় খরা ইকাইবা পোকই। প্রাইজ য়াম্না ফংখিবা ছাত্রশিং অদুগা ঐখোয়গা থেন্নবা, মখোয়গী ঐখোয়না মতৌ তম্বা ঙম্লরোইদবা মতিক মথৌনা কয়া অদুবু নৌহৌনা অমুক নীংশিংলকই। ঐ মঙোন্দা ইকাইদুনা ঐনা ফংলকপা কলর পেন্সিলগী বোক্স অমদি মোজাফুরিৎ অদুগী মরমদদি তমদ্রে।

৬

# পোলভোল্ট চোংবদা খূৎ শোকপা

মতম খরা লৈরগা ঐ ক্লাস সিক্স কারে। ঐ লাইরিক হেন্না কন্না পাবা, হোৎনবা অসিনচিংবদি কয়া তৌদে, শান্নবদনা হেন্না পূক্নীং চঙই। মতমদু ঐ চহী তরানীথোই চঙলক্লে। ঐ য়ুম্লোন্নবা ইমুংগী ৰাখোঙদা লৈবা লম্পাক মচী অমদা কোম তৌরগা লৈঙোই হৈদুনা শেম্বা চেঞ্জোং, মাঙজোং, হাইজম্প অমদি পোলভোল্টনচিংবা চোংবা য়াবা শান্নফম অমদা পোলভোল্ট চোংদুনা হেক হেক শান্নে, মদু ঐগী পামজবা মশান্ন অমনি। ৰাংনা ফৈদুনা লৈরিবা চৈ অমা লাল্লগা লৈঙোই মথক্তা তারকপদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই, অৰাংবা চৈ অদুদা য়েংখৎলগা মদু ঐনা লাপ্তোকপা ঙম্লবনি খল্লুবদা পূক্নীংদা ইশাগী শক্তিবু থাজবগী নাপল অমা লৈ। নুমিৎ খূদিংগী হেন্না ৰাংনা চোংবা ঙম্নবা হোৎনৈ। নোংমদি অদুম্না চোংবদা খুদোংথীবা অমা থোক্লে। অশাংবা চৈ অদু পায়দুনা কন্না চেল্লক্লগা ৰাংনা ফৈদুনা লৈরিবা চৈ অদুদা য়েংদুনা চোংনবা হোৎনবদা ঐনা পায়রিবা চৈগী মতোন অদুনা চোংফম ময়াগী কোঙ্গুৎ অদুদগী নাপ্তোকখিদুনা ঐ অৰাংবদগী তারক্লে। খূদক অদুদদি ঐঙোন্দা চৈনাখোল ফাওদে, অদুবু ঙহাক্কী মতুংদা ঐগী ওই থংবা খূনম অদু চাউনা পোমখৎলক্লে, অনাবা ফাওবা হৌরক্লে। পোলভোল্টকী চৈ অদুগা লোয়ননা অৰাংবদগী তারকপদা খূৎ অদু ননশিন্দুনা তারকখিবা ওইরমগনি হায়বদু কোন্নতা ভাব তারকই। ঐ চোংফম ময়াগী নাপী মথক্তা ফি অমা ইনশিন্দুনা তুমিন্না শূকথদুনা ফমদুনা লৈরে, মতম অদুদদি ঐগী পোমখৎলক্লিবা খূনম অদু ফোঙ ফোঙ শাগত্তুনা চৈনাখোল হেন্না কন্না ফাওবা হৌরক্লে। ঐ খঙলকই ঐগী খূৎ অদু তেকপা নত্ত্রগা শাথিবা মওঙদা শিংলি থূপ্লগুম্বা অমা তৌরে হায়বদু।

ঐ নুংশাথীদুনা য়ুমদা পাক চঙদ্রে। পোলভোল্ট চোংবা অসি অহল-লমন্না য়াম্না চৈ, মদু চোংবদা শোক্লকপা অদু উরবদি মখোয়না ঐবু য়াম্না চৈরক্কনি হায়না অকিবা পোকই। সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লবা ফাওবা ঐ চোংফম ময়াগী নাপী মথক্তুদা ফি ইন্দুনা অদুম ফমদুনা লৈরে। মতম অদুদা ইমানা ঐবু থিবা লাক্লে। ঐনা চোংফম ময়াদা লৈরম্বা অদু উবদা

মহাক্না লাপ্পা কৌরগা হায়রকই, "ইবুংঙো, য়ুমদা চঙলক্লোদনা, নুমিৎ চুপ্পা লম্পাক্তা শান্নদুনা লৈরে, নুমিৎ তাবা ফাওবা অদুম লৈরগেরা?"

মানা কৌরবসু ঐ তুমিন্না হান্নগুম লেঙদনা ফমদুনা অদুম লৈরে।

মহাক ঐগী ইতৌ অদুদা চিংনবগুম তৌনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লে। ঐনা লৈরম্বা মতৌ অমদি ঐগী লাংশিল্লবা শকফম অদু উবদা মহাক্না ঐঙোন্দা হংলকই, "কৈদৌরে তুমিন্না ফল্লিবদু?"

"চোংবদগী শোয়দুনা তারক্লুনা খুৎ শোক্লে," ঐনা কিথী-কিরুম-তৌনা মঙোন্দা হায়।

"কদায় য়েংগে, করম হায়না শোক্লিবনো?"

ঐনা ঐগী ওই থংবা খুৎ অদু ফি মনুংদগী মপান্দা তিংথোক্লুনা খুনমদু মঙোন্দা য়েংহল্লকই। ৱাংনা পোমখৎলবা ঐগী খুনম অদু উবদা মহাক্না পাখৎনা হায়রকই, "ইস, নখুৎসি ওস্থোক্না চাউনা পোল্লে! তেল্লবা জাৎলা? কমদৌনি সিদি?"

ইবীনী তুংথ-মাঙথ য়ুল্লোমদা চঙমিন্নরক্লে।

য়ুম যৌরগা ঈশিং অশাবা লুমদুনা ঐগী খুনম অদু হাঁগা য়েরে, অদুগী মতুংদা ঘিনচিংবা তৈদুনা হোৎনরে। অদুবু মদুগী কান্নফম থোইনা খঙদে, নাবদু করিমতা হস্থরক্তে। নুমিত্তুগী অহিংদু খুত্তু চীকপনা তুম্বা য়াদ্রে। অনাবা অদু খাঙনবা হোৎনবদা খুত্তু মোন ময়াদা মফম অমদগী মফম অমদা হোংদুনা থমদুনা য়েংই, অদুবু নাবগী চৈনা অদুদি মীকুপ অমা ফাওবা হস্থরকপা তৌদে। ঐ অহিং অদু হায়ফম খঙদনা ৱানা খাঙই। অসুম্না মথংগী অহিং অদুসু তুম্ফম খঙদনা হৌখ্রে।

হুন্নিশুবা নুমিত্তদি ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈবা খুৎ তেকপা শম্বা হৈবা, মাইবসু শাবা অহল অমা ঐখোয়গী য়ুমগী মনীংদা লৈবা য়ুম অমদা লাকপা তাঞ্জা চানরুদুনা ঐগী খুৎ অদু মঙোন্দা য়েংহল্লে। ফৈজোম শেৎপা, মী মুনং তৌবা অহল অদু ৱারী শাবদা মোমোন নোক্কল্লি, হীরম অদুদা থোইনা অরুবা ওইনা লৌদবা মাল্লি। মহাক্না ঐগী ওই থংবা খুনমদা ৱাংনা পোমখৎলিবা মফম অদু য়েংলকই, অদুগা মদুদা মখুৎনা তপ্পা তপ্পা নান্দুনা হায়রকই, "চুম্নগী শিংলি থূপ্পা অমনি, অচৌবা শিংলি অনী লোনশিন্নবদগী তৌবনি।" ঐনা খল্লি মানা তপ্পা তপ্পা নাল্লিবা অদু ঐগী অনাবা অদুগী য়েংদুনা তৌবনি, খুৎ অদুদা মহাক্না অদুক কন্না মেৎলক্তবা য়াই। শিংলি থূপ্পগী শম্বা অসিসু ঐনা খজিক্তং চন্না খল্লি; মানা ঐগী খুত্তা য়েংলিবা মতৌ অদু ঐনা শম্বা হৌবা মওঙ অমা ওইনা ফাওবা খন্দুনা পুক্নীংদা

অদুক হাক্লা কিরুদে, অদুগা থোইদোক্লা মাইবা অদুগী থৌশাদবা, মদুবু লায়না লৌবা মান্না মোমোন নোকপা মীনোক অদু উরগসু ঐ খূৎ শম্বা অদুদা থোইনা নাগনি খন্দে। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক্লা পায়রিবা ঐগী খূৎ অদু মতৌ মান্দনা তপ্না তপ্না হেন্না কনশিন্না পায়বা হৌরকই। মতম অদু ফাওবা ঐ খরা খাঙবা ঙল্লি। অদুদগী খঙহৌদনা মীকূপ খরগী মনুংদা ঐগী ৱাংনা পোমখৎলবা, খজিক্তং থেংবা ফাওবা নারবা খূনম অদুদা মহাক্লা মাগী খূবী অনী অদুনা কন্না মেৎশিন্দুনা নোইখায়রগা শিংলি অদু শেম্বা হৌরকই। মতম অদুদদি ঐ লূকথদুনা ৱানা খাঙবা হৌরক্লে, মায়দা হুমাং কারক্লে, স্বর থিংবগুম তৌরক্লে, হকচাং অদু ফর ফর হাইরক্লে। অসুম্না মিনিট খরা তৌরবা মতুংদা মানা ঐগী অনাবা খূনম অদুদা পায়দুনা নল্লিবা অকনবা খূৎনমগী চাং অদু খরা হুম্বরকপগুম তৌরকই, অদুদগী মাগী অতপ্পা খোঞ্জেল অমনা অসুম্না হায়বা তারকই, "লোইরে, লোইরে, ফরনি।"

মতম অদুদা ঐ স্বর খজিক্তং হোম্বরকই। ঙসায়মখৈ ঐ নাবনা স্তান মাঙবা ফীবমদু য়ৌরুরে। ঐনা মায় হনগৎলকপদা মাইবা অদুগী হান্নগুম মোমোন নোকপা মশক অদুদি ইহোং হোংলমদে। মতম অদুদদি মাগী মোমোন মীনোক অদু অকিবা পোক্লকই, মদুগী মরুমদা করিগুম্বা তমথিগ্রবা পোৎ অমা লৈবগুম নীংলকই। খূৎ শম্বা লোইবা মতম অদুদা খঙলকই ঐগী মীত্তু পিনা পূমচোৎ চোৎলম্লে।

দক্ষিণা তৌরবা মতুংদা মাইবা অদু চৎখ্রে।

ঐ শাথিরবা লাম্ছেং অমা থেংনরুরবা মতুংদা হল্লকপগুম যূমদা হল্লক্লে, মতম অদু ফাওবা থবাক্কী মিহুল অদু চোংবা লেপত্রি। অনাবগী চৈনাখোল অদু খাঙলুবগী হকচাংদু চোকথবা ফাওই।

মাইবা অদুনা ঐগী ৱাংনা পোমখৎলবা খূনম অদুদা মেত্তুনা শিংলি খাইদোক্লবা হোৎনখিবা অদু তশেংনা নিয়ম চুম্না তৌখিব্রা হায়বদু খঙবা ঙমদে, অদুবু মতম অদুদা ঐখোয়না মাবু হীরম অদুদা খঙ-হৈরবা অমনি হায়না চপ য়ুংনা থাজখি। নুমিত্তুগী অহিং অদুসু অকনবা চৈনাখোল ফংদুনা তূম্বা য়াদে। অসুম্না নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। অদুগী মতুংদদি ঐগী খূনমগী পোমখৎপা অদু তপ্না তপ্না হুম্বখ্রে, অনাবা অদু ফখ্রে।

থৌদোক অদুগী মতুংদা ঐ পোলভোল্ট চোংবগী থবক অদু কৈদৌঙৈদসু অমুক তৌখিদ্রে।

৭

# বাঁশি

ঐ কেরোম শান্নবা, বেডমিন্টন শান্নবা অসিনচিংবা মশান্ন কয়াদসু পুক্নীং চঙই, অদুবু মতমদুদা ঐগী খ্বাইদগী পামজবদি বাঁশি শাবা অমদি খোংবা অসিনি। অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী ঐ গ্রামোফোন রিকোর্ডনচিংবদা খোংবা বাঁশিগী নুংশিবা মখোল অসি তাবা মতমদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। যন্ত্র অদুগী অঙকপা ময়াই অমা লৈবগুম নীংই। কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা মহাবলীদা লাই খুরুম্বা চৎপদা ঐনা খ্বাইদগী পুক্নীংনা তাবা অসি মফম অদু য়ৌরমদাইগী লম্বী ময়াদা য়োনবা, মুরৈনবা নত্ত্রগা ঙাঙলৈনবা রং ফজনা তৈরবা বাঁশিশিং অদুনি; মখোয়বু উবদা পাম্বনা ঐগী পুক্নীংদা মথুম-মরাঙ হৌই। ঐনা পুবা পৈশা খরনা অতৈ পোৎ অমতা লৈদনা বাঁশিশিং অদুগী মনুংদা ঐগী পুক্নীংনা খ্বাইদগী তাবা অমা খন্দুনা লৈরগা য়ুমদা হরাউনা হল্লকই। অদুবু মতম অদুদা ঐ বাঁশি খোংবা হৈতে, ঐনা খোংবদা সুর হাপ্পা ঙমদে। গ্রামোফোন রিকোর্ডতগী থোরকপা নুংশিবা বাঁশিগী সুর অদু হাপ্পা ঙম্নবা কন্না ইথত্তা তম্বা হৌই।

খোংবা তম্বতা নত্তনা বাঁশি শাবা অসিসু পুক্নীং য়াম্না চঙনা হৈনবা হোৎনৈ। খোক ব্বাগী মতাং অশাংবা থিরগা সুর চুম্বা বাঁশি শাবা ঙম্বগী নুংঙাইবা অদু অঙকপনি। ঐখোয়গী য়ুম্লোন্নবগী খোক ব্বা য়াম্না হৌবা ব্বাপল মরক্তা চঙদুনা নুমিৎ চুপ্পা বাঁশি শাবা য়াবা মতাং অশাংবা ব্বা থিদুনা লৈবা য়াওই। করিগুম্বা থেংনরবদি মদুগী মতাং অশাংবা মতোনগী শরূক অদু তূমিন্না ককথৎলুবা য়াওই। মদু মপুনা খঙখিবা থোক্লবদি য়াম্না শাউই; অদুনা মতুংদদি মপুগা নীংথিনা ইমাগা ঙাঙনহল্লগা অদুগুম্বা ব্বাশিং অদু হেক হেক লৈ। মখোয়দু ঐনা ফজনা কক্লগা বাঁশিশিং শাই, মখোয়দুগী মনুংদা সুর চাবা কয়া য়াওই। অদুগুম্বা বাঁশি অদু মরূপ-মপাং কয়ানা লৌখিবসু য়াওই।

মতম খরগী মতুংদা ঐ সুর হাপ্তুনা বাঁশি খোংবা খরা ঙম্লে। থাবল ফরবা নুমিদাংগী মতমদা সিড়িদা ফমদুনা বাঁশি খোংবা মতমদা ইশামক্কী সুরগী ইপোমদা তাউদুনা লৈখি। তপ্না লিরি শীৎপা নুমিদাংগী নুংশিৎনা ঐগী বাঁশিগী খোঞ্জেল অদু অথাপ্পা অহাঙবা

মালংদা পুখি। ইশানা শাজবা বাঁশিদা অদুন্না সুর য়াওবা খোঞ্জেল থোকহন্দুনা খোংবা অমদি খোঞ্জেল অদুনা অথাপ্পা মালংদা তিনখিবা অদুদা পূক্নীংদা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফাওই।

## ৮

## সঙ্গ

ঐগা লুনা তিন্নবা মমা-মপানা মথন্তা পোকপা ইমান্নবা অমা ঐখোয়গী মনীংদা লৈ। মখোয়গী য়ুমদু য়াম্না চীকই, মপাদু দ্রাইভবনি, অযাম্বা মতমদা ময়ুমদা লৈতে, মমানা কৈথেল কাখিবা নুমিত্তা নুংদাংদা ইবানীদা মখোয়গী য়ুমদা লাইবিক তৌমিন্নদুনা লৈবা যাওই। তশেংবদি ইবানী লাইবিক অমতা নীংথিনা পাদে, ফক্তা ফমদুনা লাইবিক অমা-অনী মাঙদা থম্লগা ৱারী শাদুনা অদুম লৈ। ইমান্নবা অদুগী মমিং বুদ্ধ কৌই। মহাক অতোপ্পা স্কুল অমদা তম্বা ছাত্রনি, ঐঙোন্দগী ক্লাস অমা হেল্লি। মহাক্কা ঐঙোন্দা মানা স্কুল কাবদা তৌবকপা থবকশিং — সিনেমা যেংবা চৎপগী, মমান্নবগা নৃপী কোযবা চৎমিন্নবগী, নৃপীশিংগা বাবী শারকপগী মবমদা ৱাবী কয়া লীদুনা লৈ, নৃপীশিং অদুগী মশক-মতৌ ফজবগী মরমদসু মোন্দা নুংঙাইনা ঐঙোন্দা তম্মী। মহাক্কা মহাক্কী মমান্নবা চালাক য়াম্না লৈবা, মশক্তি কয়া ফজদবা প্রতাপ কৌবা মীশক অমনা মশক-মতৌ ফজবী ড্রামা য়াওবী নুপীমচা অমা কোয়বগী ৱারী তম্মী। অদুগুম্বা ৱারী অদুদা ইবানী পুক্নীং য়াম্না চঙই, নৃপা-নৃপীগী নুংশি-নুংওনগী সংসার অদু য়াম্না নুংঙাইরমগদবগুম নীংই, মদু ঐখোয়দা য়াম্না নৌনা থোকই। ঐখোয়না প্রতাপ হাযবিবা মীশক অদুবু মরু ওইবা মী অমগুম খল্লি।

ৱাবী শানা শানা ইমান্নবা অদুনা সিজর চুরুট অমা পুথোরকই, অদুগা মদু ময়ায় চপ চানা ব্লেদ অমনা ককথৎলগা তংখায় অমা ঐঙোন্দা পীরকই। ইবানী চুরুটকী তংখায় অমমমদু চমদুনা থক্লগা নুংঙাইনা ৱারী অদু চথৈ। অহল-লমন উদনা অদুম্না তুমিন্না চুরুট থকপা অদু ইবানী য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। অসুম্না মী লৈতবা অয়াম্বা নুমিৎশিংদা ইবানী য়ুম শঙবা ওইনা মখোয়গী ময়ুমদা অদুম্না লেল্লি। করিগুম্বা নুমিত্তা লাইরিক তৌরিবনি হায়বগী মওঙদা লাইরিক খরা খরা পানবসু য়াওই। ইমান্নবা অদুনা মাগী ক্লাস সেভেন্দা তম্বা অথাবা অলজেব্রা, এরিথমেটিক অদু পুথোরকই, অদুবু মদুদা য়াওবা অঙ্কদি অমতা মহাক নোংমতা হোত্তে। মহাক্কা ইবানী লাইরিক পানরসি হায়না পাবা খুদিংগী ইতিহাসকী পারা অমা পুথোরক্লগা অসুম্না হেক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন পারকই. “অলেকজেন্দর দি গ্রেট, সন

ওফ কিং ফিলিপ সেকেণ্ড ওফ মসেদোনিয়া . . .।" মহাক পারা অদুদগী হেন্না অতৈ অমতা অমুক্তা পারক্কে।

ঐ নুংদাং ফনা থেঙবা ফাওবা মখোয়গী য়ুমদা অদুম্না লৈরুরগা য়ুমদা হেক হেক হল্লকই।

য়াউশঙ মতম অসি ঐখোয়গী খ্বাইদগী নুংঙাইবা মতমনি। নুংথিলদা নুমিৎ খুদিংগী হোলদা সিনেমা য়েংবা চৎলি। শিকি পীবা টিকেট অমমম লৈরগা ফ্রেণ্ডস টকিজগী চিলড্রেনগী সিত্তা ফমদুনা ঙক লোংখত্তুনা য়েংই, অহানবদা সিনেমাদু হেক হৌরকপদদি মীৎ য়াম্না থকই অদুবু ঙহাক লৈরগদি ফরকই। সিনেমা অমদা হজ্ঞিন হজ্ঞিন য়েংই। য়াউশঙ মতমদা "তুমসা নহীঁ দেখা" হায়বা ফিলম অদু তরেৎলক হন্না য়েংই। ভিক্তোরি সিনেমা হোলদা চিলড্রেনগী টিকেট লৈতে, ফ্রন্টকী টিকেট অসি মখায়নি, মদুদসু "জিম্বো" হায়বা ফিলম অমা মরিরক য়েংই। নুংদাংগী মতমদা পাখংশিংগী মতুং ইন্দুনা থাবল চোংবা য়েংবা নত্রগা লীলা য়েংবা চৎলি। খরা চাউরক্লবা, খরা হেন্না নীংতম্লক্লবা মতম অদুদা পুঙ্গীগী নুংঙাইবা অসি অনৌবা মওঙ অমদা লাকই। মরু ওইনা পূক্লীংগী অনৌবা শক্লোন কয়া হোংলকপগা লোয়ননা খল্লমদবা ৱাখল কয়া খল্লকই, তৌরমদবা থবক কয়া তৌরকই।

ঐগা তিন্নরিবা মরূপ অদুগী লমচৎ ফবা নত্রগা ফত্তবগী মরমদা ঐ করিমতা খন্দে, মাগা লোয়নবা নুংঙাইবা অদুনা মরু ওইনা খল্লি, করিগুম্বদা মাগী মতৌদু ফনা য়াম্না তমগে তৌরুই। মহাক্তু জুৱার শান্নবা য়াম্না পাম্মী। লৈকাইগী পাখংশিংগা লোয়ননা অহল-লমনশিংনা উদবা নারক-মোংশোং, ৱারক, নৌনা তৌবা কোম নত্রগা অকংবা অরুবা খোংবান্দা লোত্তুনা জুৱার শান্নবা অসি মহাক হেক হেক তৌই। মখোয়না শান্নরিবদু ফ্লাসনি, পৈশা মরি বোৎ হাপ্লে, অদুবু ৱাইগুদি য়াম্না চাউনা চাউনা তৌনৈ। ঐগী মরূপ্তু মবূক ফবা ঐনা হায়বদা য়াম্না য়াগনবা মীনি, অদুবু মহাক্লা জুৱার হেক পায়খ্রবদি ৱা ঙাঙনবা নুংঙাইত্রে, হান্না লুনা থবক অমা চৎমিন্নসি হায়নখিবা লৈরবসু মানা অদুম্না তৌখ্রবদি ঐনা মনাক্তা ফনা কুইনা থবক অদু চৎমিন্ননবা ঙাইরবসু মহাক ঐনা হায়বা ৱা অমতা তাদবগুম তৌনা লৈ, হায়নখিবা ৱাফম অদু কাউথোকখিবগুম তৌই। মরম অদুনা মানা অদুম্না জুৱার শান্নদুনা লৈরম্লবদি ঐ মঙোন্দা ৱা অতৈ অমুক হায়দ্রে, থবক চৎকদবদু ইথন্তা চৎলি। অদুবু মখোয়গী মনাক্তা কুইনা শঙবদগী ফত্তবা অমনা ঐ ফ্লাস শান্নবগী নিয়ম অদু খরা খঙলক্রে।

নোংমদি ঐসু জুৱার শান্নবা য়াওগে তৌবা মীকুপ অমা য়াওখ্রে। ইমান্নবা অদুগা লৈকাইগী পাখংমচা খরগা জুৱার শান্নবদা মদুদা য়াওরম্বা মী অমখক তোক্লগে হায়দুনা ময়ুমদা চৎখ্রে। মতম অদুদা ঐনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা য়াওগে হায়দুনা জুৱারগী চে অদু পায়গে তৌরুরে। মদুদা পিশক কৌবা লৈকাইগী পাখং অমনা ঐঙোন্দা চৈদুনা হায়রকই, "করিগী ঙাওশিন্নরিবনো? চখোকও, য়াওবা য়ারোই। অঙাং নঙ মাঙলগেরা?"

মাগী পীশুম শূক্তুনা চৈরকপা ৱাহৈ অদু তাবদা ঐ ইকাইবগুম, কিথী-কিরুম তৌনা হন্দোক্লে, জুৱার শান্নবদু য়াওদ্রে। মানা শক্তি শীজিন্নদুনা ঐঙোন্দা চৈবা অদু ঐ মতম অদুদা খরা শাউনীংই। ঐনা খল্লি, "মানসু ঐঙোন্দা অফবা শাদুনা ৱারক্লি। অদুগা মাদি করিগী শান্নরিবনো?"

অদুবু কোন্নদি ঐনা ভাব তারক্লবা মতমদা মীশক অদুবু ঐগী পূক্নীংদা য়াম্না থাগৎলি। মানা ঐবু লৈখা তানা মাঙলম্বা য়াবা মীকুপ্তুগী কনবিরে হায়বদু খঙলকই, মাবু নুংশিবা পোক্লকই। মতম অদুদা অচুম-অরান, অফ-ফত্ত খঙদনা পুন্সীগী তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াদা থৌদাং য়ানীংবা অসি তৌই। মরম অদুনা জুৱারগী চে অদু পায়গে তৌরুবনি।

নোংমদি ঐগী মরূপ্তুগা ইবানী পিকনিক চৎলুসি হায়দুনা লেপ্লে। নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ূক অমদা ইবানী সাইকল অমমম তোংদুনা য়ুমদগী থোরক্লে, হোটেলদগী তল খরা লৈরগা রুমাল অমদা য়োমশিন্দুনা ঐখোয় নম্বোললোমদা চৎনবগীদমক খোঙশানবা হৌরে। অয়ূক্কী অমেঙবা নুংশা অদুদা ইবানী নুংঙাইবা রাগ অমগা লোয়ননা চৎলি। ইম্ফালদগী খরা হাইথরগা উরকপা লৌবূক-লম্মাঙ, উরিবা চীং-মান পূম্নমক অদু য়েংবদা য়াম্না নীংথিজে। ঐখোয়গী পূক্নীংদা মফম খঙদনা করিগুম্বা কল্পনা খরা শাগৎলি, থম্মোয়দা নুংঙাইবা ৱাখলগী ইহলনা পীক থল্লি। লম্মাঙগী নুংশিৎকা মায়য়োক্লনা সাইকল থৌবদুদা খরদি ৱায়, অদুবু নুংশিৎ অদুনা হকচাংদা য়ৈবদা ফাওখিবা নুংঙাইবা অদুদি কাউবা ঙমদে, মদুদা হায়ফম খঙদ্রবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শুন্দ্ধৎয়াইগী ওইবা শক্তি অমা য়াওরি।

অসুন্না ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা লম্বীদা শঞ্জেনহা অমনা খুদৈ শেৎলগা চৈ অমা পায়দুনা শন খরা হোইদুনা চৎলম্বা থেংনরে। ঐখোয়না শনশিং অদুদগী হেনগৎনবা মরক্তা খায়দুনা চৎপদা খঙহৌদনা শন অনীখক ৱাইনরক্তুনা ঐখোয়দা কন্না থেংজিল্লক্লে। ইবানীমক

সড়ক্তা তুরে। ঐখোয়না ইপা পাখৎনা হৌগত্তুনা সাইকলশিং অদু হুগৎলে, অদুগা ফিরোলনচিংবা কম্থোকই। লাইবক ফবদগী ইবানী খোঙ-খূত্তা উনশা খরা তৎপা নত্তনা থীনদি শোকহৌদ্রে। অদুবু থৌদোক অদুদা য়াম্না নুংঙাইতবা, শাউনীংবদি পোকই। চৈ পায়বা, য়েম্পাক তূপ্না শঞ্জেনহা অদুনা চঙক্লনা ঐখোয়গী ইতৌ অদু য়েংদুনা লৈ। ইমান্নবা অদুগা ঐগা মঙোন্দা চঙশিন্দুনা শনশিং অদু ফজনা শেন্নদে হায়না পেন্দবা ফোঙদোক্লুরে। মদু খূদক্কী ওইবা থক্কৎপা অমদি অশাউবদগীনি।

ফি অমোৎপা শেৎপা শঞ্জেনহা অদু ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না চাউবা পাখংনি। মহাক্না কয়া উশিত্তনা ঐখোয়দা হায়রকই, "করিনো? অদুবু ঐনা তৌব্রা? শনশিং ৱাইনরকপবু ঐনা খাম্বা ঙম্রা?"

লৈবাক মচা তাদবা খুঙ্গঙগী শঞ্জেনহা অদুগী ৱাহৈ অদু তাবদা ঐখোয় তশেংনা য়াম্নমক শাউনীংলে। মাগী মায়থোঙদু কম্থা কলেন্নৈ, খরা শূক্তানৈ, শীঙনবা, খৎননীংবা মতৌ নত্তনা ঐখোয়গীদমক্তা নুংঙাইতবা করিমতা ফোঙদোক্তে। ঐগী ইমান্নবা অদুদি মাগা খৎনগদবগী তৌরক্লে। অদুবু অহাঙবা লম্মাঙ, মশাগী মরম অদুদা মাগা খৎন-চৈনবা তৌবা ফত্তে খন্দুনা ঐনা ইমান্নবা অদুবু কন্না খামজিল্লে।

ঙহাক্কী মতুংদা শঞ্জেনহা অদু শনশিংদু হোইদুনা কয়া থৌশাদনা মফম অদুদগী চৎখ্রে।

থৌদোক অদুনা ইবানীগী হৈনীংবা পূম্বা মাঙহনখ্রে। পিকনিক চৎলিবনি হায়দুনা ৱাগ শাগত্তুনা, অকোয়বা দৃশ্য অদু য়েংনা য়েংনা লাকপা ইবানীগী নুংঙাইবা ৱাখলগী মঙলান অদু মদুনা পূমকায় কায়হনখ্রে। ইবানী সাইকলদু অমুক তোংখৎপা তৌদনা লম্বী ময়াদা হৌবা উপাম্বী অমগী মখোঙদা নাপী মথক্তা ফমদুনা পোখাদুনা লৈরে। ঐখোয় সাইকল শাংনা থৌরকপগী হকচাংসু খরা চোকথরে।

ইমান্নবা অদুনা পূক্নীং হম্থনা হায়রকই, "মফম অসিদগী হল্লসিরা?"

ঐনা মাগী পূক্নীংগী ফীবম অদু খঙনা খুম্মী, "ফরে, সিদগী হেন্না চৎলগুমসি।"

ইবানী উ মখোঙগী নাপী মথক অদুদা রুমালনা য়োম্লকপা তল অদু পুথোক্তুনা চামিন্নরে। অদুদগী ইবানী য়ুম্লোমদা হন্নবা মায় ওল্লক্রে। হল্লকপদা ইবানী ৱা ইঙাঙ ঙাঙনদনা পূক্নীং হম্থনা লাকই। ঐনা চৎনা চৎনা ঙসায় ইবানীনা চৎলমদাইদা হাইফেৎ খন্নরকখিবা ৱাফম অমা নীংশিংলকই — মদুদি নোংমাইজিং নুমিত্তা নোংচুপ চৎপা ফত্তে হায়না অহল-লমন্না হায়নবা ৱাফম অদুগী মরমদনি। চৎলমদাইগী মতমদা ইবানীনা মদু হাইফেৎ খন্নরগসু

ৱাফমদুগী মরমদা থোইনা থাজদনা লাকপনি, অদুবু খুদোংথীবা থৌদোক অমা থোক্লবা অদুদদি ঐখোয়না অহল-লমন্না হায়নবা ৱাফম অদু চুম্মী হায়না থাজবা পোক্লকই। ঐনা চৎনা চৎনা খল্লকই, "কৈদৌউদেসু নোংমাইজিং নুমিত্তা মনীং পাংনা চৎলোইদবনি।" অহল-লমনগী ৱাফম অদু অন্ধবিশ্বাস ওইবা য়াই অদুবু নুমিৎ অদুদদি মদুবু অচুম্বগুম য়াম্না থাজখি।

চহী অদুদা মণিপুরদা ঈশিং তাংবা তাঙ্গা অমা থোকখি। পুখ্রী-খোংবান খুদিংমক কংদুনা লৈত্রক চৎলি। লৈকাইগী ওইবা তোটি অমতং তাবা অদুদগী ঈশিং য়াবা নত্তনা অতৈদগী ঈশিং লৌনীংঙাই উপায় লৈতে। তোটি অদু অয়ুক-নুংথিলগী মতমদা কোন্না পল্লোন তরেৎ কোয়খিদুনা ঈশিং য়াবা পাক ফংদে। নুংদাংগী মতমদদি খরা হাঙই। ঐসু লৈকাইগী ইমান্নবশিংগা লোয়ননা নুংদাংদা তোটিদগী ঈশিং য়াবা হেক হেক চৎলি। থাবল ফবা নুমিদাংদা ঈশিং য়াবা ঙাইবা ওইনা সড়ক ময়াদা ইথক্কী অহল পাখংশিংগা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শাদুনা হেক হেক লৈ, মখোয়না লীবা ৱারী কয়াবু পূক্নীং চঙনা তাদুনা লৈ। মখোয়না য়াউশঙদা থাবল চোংবা চৎপগী, য়াউশঙ মমাঙদা নোং লাউবগী, সিনেমা য়েংবগী, নেশা চাবগী, নূপী কোযবগী, দুর্গাপূজাদা পোৎ হূরানবা চৎপগী ৱারী কয়া শাই। ঐখোয়সু মখোয়গী ৱাবীদু তারগা মখোয়গী মতৌ য়াম্না তম্নীংবা পোকই, মখোয়না তৌরিবদু অচুম্বগুম্না খল্লি, মখোয়বু থৌনা লৈবা মীশিংগুম্না খল্লি।

অসুম্না মখোয়গী মতৌ তম্নীংবদগী হেন্না কৈনীংবগী ৱাখলসু লাক্লে, পাখং ফানীংবা, থুনা চাউনীংবা ৱাখল অমা পোক্লকই, পাখং ওইবা মতমগী পুন্সী অসি য়াম্না নুংঙাইবা অমগুম খল্লি। মখোয়না খোঙ্গ্রাউ অশাংবা শেৎলগা, ফজবা ফুরিৎ লীত্তুনা, পাউডর থারগা, এসেন্স মনমগা লোয়ননা সাইকল তোংদুনা কোয়বা চৎপা অদু য়াম্না কল্লকই। মখোয়না কোয়বা নূপীশিংনা মখোয়দা ৱারী শারকপা, নুংশিবা উৎলকপা, রুমাললনচিংবা পীরকপা, লিক্কোল শান্নমিন্নবা অসিনচিংবগী ৱারী অদু তারগা পূক্নীংদু ইরাঙ লাঙই। মদুদা হায়ফম খঙদ্রবা অঙকপা রস অমা য়াওরিবগুম নীংই। পুন্সীগী নুংঙাইবা তাঙ্কক অমা মখোয়না হান্না চঙশিনখিবগুম খন্দুনা মখোয়বু কল্লকপা পোকই। মখোয়গা ঐখোয়গা খেন্নবা অমা লৈরিবা অদুগীদমক পূক্নীংদা লাঙতক্লবা ফাওই।

মেরা থা চঙলক্লে। মঙ্গলারতি হৌবা অসি য়াম্না নুংঙাইবা অমনি। মদুগী তোপ তোপ্পা ময়াই অমা লৈ। তূম্লুরগা মীকপ থোক্লকপদা নোংঙাল্লমদাইদা বামোনগী লাইশঙদগী

খীংলকপা কাংশিগী গোং গোং লাউবা মখোল অদু তাবদা পূক্নীংদা অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওই। অচীকপা অহিংদুদা তাম্থা নাইনা খীংবা, মালংদা নৈদুনা লৈরিবা কাংশিগী মখোল অদুনা ঐবু কৌথোকপগুম নীংই; ঐ মদু তাবদা ফমুংদগী হৌগৎখিবা খঙহৌদে।

মপান্দা থোরকপদা থাবলগী মঙাল অদু লংত্রিক লংনা লৈরম্মী, তুম্লমদাই মতমদা উখিবা অদুদগী য়াম্না হেন্না লংই, মঙাল অদুনা নোংঙাল্লমদাইগী লীক্লানা চোৎলবা উনা-ৱানাশিংদা য়ৈবদা তোপ তোপ্পা অরংবা মঙাল অমা থক্তোরকই। মতম অদুগী থোইদোকপা চীংলেম্বা, নীংথিজবা মতৌ অমা লৈ। শজিক থবানা থবলগী মঙাল অদু নমহৎকে হায়বা মওঙদা চাউনা অতিয়াদা লংনা থোক্লম্মী। লাইশঙ কয়াদগী মথং-মনাউ নাইনা নত্ত্রগা পূন্না খীংলকপা কাংশিশিংগী মখোলনা মতম অদু ফাওবা ইনিন নিন্না তারি।

ঙহাক মপালগী ফজবদু য়েংলগা ইমান্নবশিং হৌবা থোরকই। মতম অদুদা ঐখোয়গা হেক হেক ৱারী শাবা লৈকাইগী পাখং অনীখক নোংঙাল্লমদাই অদুদা মফি-মরোল নান্না শেৎলগা সাইকল অমমম ঈন্দুনা থোরকই। মখোয় উবদা ঐনা মখোয়দা মঙ্গলারতিদা াইকল তোংলগা কদায়দা চৎকদৌরিবনো হায়না হংই।

মদুদা মখোয়না নোক্লগা খুল্লকই, "সড়ক্তা থোরকপী মঙ্গলারতি হৌবী নূপীশিং কোয়না চত্তুনা য়েংলুগদৌরিবনি।"

মখোয়গী ৱাদু তাবদা ঐ খরা ঙক্লা থোকই। মখোয়না নুংঙাইরিবা মওঙ অদুগা ঐনা নুংঙাইরিবা মওঙ অদুগা য়াম্না খেন্নৈ। ঐনা নুংঙাইরিবদি তোপ তোপ্পা মওঙ অমদনি, মখোয়গী ঈরাং অদুদা নত্তে, নোংঙাল্লমদাইগী অরংবা থাবল অদুদা কাংশি মখোল তানা তানা অসুম খোঙনা চৎপা অদুনি।

ইমান্নবা অমগা লোয়নননা ঙহাক চৎলুরগা য়ূমদা হল্লকপদা নোং ঙাম্থোরক্রে। ঙসায়গী সাইকল তোংদুনা চৎখিবা পাখং অনী অদুসু ঐনা হল্লকপদা লম্বীদা থেংনরে। মখোয় মোন্দা নুংঙাইনা, মায়থোঙ মকালাম্না উই; মখোয়না কোয়রুবদা মখোয়গা নুংশিনবী নূপী কয়াবু লম্বীদা উরকপগী, ৱারী শারকপগী মরমদা ঐখোয়দা তম্মী, মদুদা মখোয় নুংঙাইবগী ময়াই অমা কায়। ঐখোয়সু মখোয়গা লোয়নননা য়ূমদা হনমিন্নরক্রে। নুমিৎকী মঙাল লাক্লুবদা নোংচুপ থংবা অতিয়াদা পাক্লা মকোয় হাইফেৎ মান্ননা লৈরিবা থাগী মঙাল অদু তপ্না তপ্না মমি শামখ্রে। নোং ঙাম্থোরকপা অদু উরগা নুংঙাইবা অদু

মপুং ইফা ফাহৌদনা হৌড্রবগুম নীংই, ওহাক্কী মতুংদদি নোংমগী তম্বরবা থবকশিং - লাইরিক ঔরাইবা, স্কুল কাবা অসিনচিংবা তৌবা হৌরগনি খল্লুবদা হৈনীংদবা পোকই।

## ৯

## ক্লাস সিক্সকী তেষ্ট অমসুং অরোইবা পরীক্ষা

নোংমা নোংমা হৌখিদুনা খঙহৌদনা ক্লাস সিক্সকী তেষ্ট পরীক্ষা নকশিল্লক্লে। মতম অদুদদি লাইরিক্কীদমক্তা নুংশাথীবা খরা পোল্লক্লে, সেসন হৌবদগী অয়াম্বা মতমদা শান্নদুনা, সিনেমা য়েংদুনা অমদি কুম্মৈ-ফিওং য়েংবদা পূক্নীং চঙদুনা লৈবদগী লাইরিক কয়া নীংথিনা পাহৌদবগী অৱাৎপা অদু মতম অদুদদি ফজনা খঙলক্লে। ঐ পরীক্ষা থাবা ফাওবা অকিবা পোক্লে।

থৱায় ৱাবদগী ঐ লাইরিক খরা পারগে খল্লে, ক্লাসতা ওজানা তাকপা অদু পূক্নীং চঙনা তাবা হৌরে। পরীক্ষা ময়া নকশিল্লক্লবা অদুদদি ওজাশিংনা ক্লাসতা য়াম্না চেকশিন্না তম্বী, পারা কয়া নমদুনা ফাহল্লি। অদুবু ঐদি মখোয়না তাকপা অদুদি নীংথিনা লৌশিনবা ইঙম ঙমদে, মতম কুইনা লাইরিক নীংথিনা পারক্তবগী অচৌবা অহোবা অমা ঐঙোন্দা লৈরে। মক ওইনা হিন্দীগা জ্যামিতিগা অসি খ্বাইদগী ভাব তাবা ঙমদে। হিন্দীগী ওজাদু কুঞ্জবিহারী কৌই। মহাক মী ঙৌবা, মমায় শাংবা, মনম খরা পোন্তক তৌবা, মখোল মেঙনা ঙাঙবা, মবুক য়াম্না ফবা, নোংমতা ছাত্র ফূদবা ওজানি, তম্বীবদসু য়াম্না মমুৎ তানা তম্বী; অদুবু সবজেক্ট অদুদা ঐনা শোনমনবদগী লৌশিনবা ঙমদবনি। জ্যামিতিনা ওজা বাবুধন হায়বা খরা নহা ওইবা আনোক উপ্পা ওজা অমনা তম্বী। মহাকসু লাইরিক য়াম্না থৱায় য়াওনা তম্বীবা, ছাত্রশিংবু শোয়দনমক হৈহল্লগে খনবা ওজানি, অদুবু মহাক্তি খরা শাউগল্লি, করিগুম্বদা লমহেনবা ছাত্রবু থীনা ফুবা য়াওই। মহাক্না ক্লাসতা মীকূপ অমা ফাওবা মতম মাঙহন্দনা, জ্যামিতি তম্বীনবগী অচৌবা, উনা শাবা ইনষ্ট্রুমেন্টশিং অদু পায়দুনা ব্লেক বোর্ডতা য়েক্লগা মখূৎ-মশা চোকনা পূমঙৌ ঙৌনা হুমাং তানা অহৌবা খোঞ্জেলদা থৱায় য়াওনা তম্বী। ঐখোয়না মাবু অফবা ওজা অমা ওইনা লৌই, য়াম্নসু কি। পরীক্ষা ময়া অদুদদি মহাক্না ছাত্রশিংবু চাংয়েং তৌবা ওইনা মানা তাকখ্রবা জ্যামিতিগী থিওরেম নত্রগা প্রোব্লেমশিং অদু ছাত্রশিংবু ব্লেক বের্ডতা চঙদুনা হেক হেক তৌহল্লি। ব্লেক বোর্ডতা চঙবা অদুদা পাখত্নুনা ছাত্র অয়াম্বা চিনফা পুরকপা কয়াসু য়াম্না কাউনৈ৷ ঐদি ব্লেক বোর্ডতা

চঙদুনা অমুক্তা জ্যামিতিগী থিওরেম নত্ত্রগা প্রোব্লেম অমা ফাওবা তৌরুবা ঙমদে।

মানা ফনা থৱায় য়াওনা তম্বীদুনসু ঐনা মমাঙগী মরী লৈনবা থিওরেম নত্ত্রগা প্রোব্লেম কয়া খঙলক্তবনা ঐঙোন্দদি থোইনা কান্নফম খঙদে। ঐনা মঙোন্দগী কান্নবা ফংখি হায়না খনবদি অতোপ্পা হীরম অমদনি। নোংমা ঐখোয়না লাইরিক তম্বা ইতন তহ্না উবা নুমিৎ অমদা মহাক্না খঙহৌদনা ইথা থাজদনা অসুম্না হায়রকই, "নখোয় লাইরিক তম্বা তল্লগা করি পাম্মী, ৱারী লীয়ুরা?"

ঐখোয় অহানবদা মহাক্না হায়রিবদু শাউদুনা হায়রিবনি খন্দুনা কিথী-কিরুম তৌনা লৈ, পাক খুম্ফম খঙদে। মহাক অদুগুম্না নোংমা ফাওবা হায়খিদ্রি। মাগী ঙাংতক তৌবা, নাতোন শূমাঙ অমদি নাকচিদা হুমাং কাবা মায়থোঙ অদু য়াম্না চেকশিনবা লাইরিক তম্বীবদমক পকচবা মায়থোঙ ওইনা উই।

ঐখোয়না খুম্ফম খঙদবা অদু উবদা মহাক্না খজিক্তং মোমোন নোক্লদুনা অমুক হায়রকই, "নখোযনা পাল্লবদি লীবিগে, নোংম-ফাদোক অদুম্না তৌবসু থোইনা কায়দে, মদুসু নখোয়গী অফবা কান্নবা অমনি, লাইরিক তম্বগী শরূক অমনি।"

মহাক্কী অওইবা ওইনা হায়বা ৱাঙাঙ অদু তাবদা ঐখোয় ময়াম ৱা-ৱা লাঙদুনা হায়, "অদুদি, ওজা, লীবিয়ু। নুংঙাইবা ৱারী অমতং লীবিয়ু, ঐখোয় য়াম্না তানীংই।"

মহাক হান্নগুম মোমোন নোক্তুনা ঙহাক্তং তুমিন্না লৈ। নুমিৎ চুপ্পা ক্লাসতা লাইরিক্কী পারা ঙাক্তনা কোক ঙাওহল্লবা ঐখোয় ময়াম্না ৱারীদু তানীংবনা ঈখৌলাংনা মাগী মতৌ অদু য়েংদুনা লৈ। "অদুদি ফরে, ঐ লীবিরগে, নখোয় তুমিন্না তারো," মহাক্না হায়রকই।

মহাক্না বঙ্কিম চন্দ্রগী উপন্যাস *কপালকুণ্ডলা* গী ৱারী লীবা হৌরকই। উপন্যাস অদু মহাক্না বী, এ, দা তম্মী হায়। ঐখোয় ময়াম ক্লাস অদুদা চেক-মোক লাউদনা মাগী ৱারী অদু পূক্নীং চঙনা তাবা হৌরকই। লাইরিক তাকপদা ফবা অদুগুম্না মহাক ৱারী লীবদসু য়াম্না ফৈ, য়াম্না মচা তানা লী, উপন্যাসতা য়াওবা দৃশ্য খুদিংমক ময়েক শেংনা থাদুনা মীত্তা উহন্না অওইবা মান্না লী। মাগী ৱারী অদুদা মুনখিদুনা পিরিয়ড তাখিবা খঙহৌদে। অসুম্না নুমিৎ নীনি-হুম্নি মহাক্না উপন্যাসকী ৱারী অদু লোইদ্রিবা ফাওবা চখৈ।

মহাক্না হান্না তম্বীখিবা জ্যামিতিদা (ঐনা হান্না খঙমন্দবদগী) ভাব ইতা তাদদুনা থোইনা কান্নবা ফংখিদ্রবসু ৱারী অদুনদি ঐবু তশেংনা কান্নহনখি। মদুনা সাহিত্যগী জগত্তা ঐবু খোঙফম অমা অমুক চিংশিনবীখি। শরৎ চন্দ্রগী *দেবদাস* পু নুমিৎ চুপ্পা কোন্দুনা মদুগী

ময়াইদা লূপ্পুনা লৈরিঙৈদা বঙ্কিম চন্দ্রগী সাহিত্যগী মহাউ খরা অমুক খঙহনবীবা অদু তশেংনা ঐঙোন্দা সাহিত্যগী অনৌবা ইচ্ছা অমা পীবনি।

ঐ লাইরিক ইপা পাহৌদনা তেষ্ট পরীক্ষা অদু মমিংগী ওইনা থাখ্রে।

নুমিৎ খরনিদংগী মনুংদা পরীক্ষা অদু হায়দোরক্লে। ঐখোয়গী ক্লাসকী তংখায় অমা হেন্না ফেল ওইরে, ঐসু মখোয়গী মরক্তা য়াওরক্লে। অসুন্না হায়নৈ তেষ্ট পরীক্ষা অদুদা ওজাশিংনা য়াম্না চেকশিন্না চে য়েংদুনা সবজেক্ট খুদিংমক্তা মার্ক খজিক খজিক্তা পীদুনা ছাত্র য়াম্না থথনবা হোৎনৈ। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, পুন্সীগী অহানবা ওইনা পরীক্ষাদা ফেল ওইবগী অকনবা চৈনা অদু ফংবদা খঙহৌদনা পূক্নীং য়াম্না হন্থখ্রে। ঐগা য়ুম্লোন্নবা ইমান্নবা অমসু পরীক্ষাদু ফেল ওই। পরীক্ষা হায়দোকপা য়েংল্লরগা ইবানী য়ুমদা তূমিন তূমিন হন্নরক্লে, মদুগী মরমদা অহল-লমন্দা করিমতা হায়দোক্ত্রে।

ঐ য়ুম য়ৌরগা ৱাখল য়াম্না খল্লে। ইমাখোয়না মদুগী মরমদা করিসু খঙদবনা ঐঙোন্দা ইচম চম্না ৱা ঙাঙলকপা, পাখোন শীরকপা পূম্নমক অদু ইহৈ হৈনদ্রে। ঐনা ইথন্তা খল্লকই,"ঐগী ফেল ওইবগী ৱাফম অসি ইমানা খঙলক্রবদি মানা অসুন্না ৱা অমতা ঐঙোন্দা নীংথিনা ঙাঙলক্ররোই, নুমিৎ চূপ্পা চৈদুনা লৈরগদবনি।" অরুবা ৱাফম অমা পূক্নীংদা লোন্ডুনা লৈবা অদুনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দবা পোকহল্লি, অদুবু ঐ কিবদগী মঙোন্দা ৱা অদুদি অদুম হায়দোক্ত্রে।

নুমিৎ অদু ঐ য়ুমদগী চথোক্ত্রে। নহানমখৈ লাইরিক্তা থওইরুদনা অরেম্বা থবক কয়া তৌদুনা মতম মাঙহনখিবদু হৌজিক্তা মদুগী চপ চাবা ফল ফংলবা মতমদা ঐ মীৎ পাঙলক্লে। নুমিদাংদু ঐ চাকলূক মপান্দা ফম্নগা চাক খজিক্তুং হূক্লগা তোক্লে। ইমুংদা পোত্থাফম খঙদদুনা ঐ মপান্দা থোক্লে। সিড়িদা ইথন্তা ফমদুনা লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা মীত্তগী পি তারকই, চহী অদুমা লৈহৌদুনা মখাগী অঙাংশিংগা তম্মিন্নরগনি খল্লুবদা ইথন্তগী পূক্নীংদা হায়নীংঙাই লৈতনা ইকাইবা পোক্লকই। ঐ নহানমখৈ অমুক্তা খল্লুদে অসিগুম্বা অমুবা নোংগী মতৌগুম্বা অমম্বা ৱাখল অসিনা ঐগী পূক্নীংগী জগৎ অসিবু নোংমা খঙহৌদনা কূপশিল্লবা য়াই হায়বদু। সংসার অসিদা নুংঙাইবা ঙাক্তা উরুই, মসিগীসু মহূ অমা লৈ হায়বদু কাউথোক্লুরে। নুংদাং অদু ঐ মপান্দা কুইনা ৱাখল খন্দুনা লৈরম্লগা ইমুংদা তূম্বা চঙবদু থেঙলে।

মদুগী মতুং নুমিৎ খরনি অদু ঐ য়ূমদগী চখোক্নে, স্কুলদসু অমুক্তা চৎলুদ্রে।

নোংমদি ঐগী য়ূম্নোন্নবা ইমান্নবা অদুনা ঐখোয়দা লাক্লগা হায়রকই, "ঐ ঙসিদি স্কুলদা চৎলুই।"

"করিগী চৎলুরিবনো?" ঐনা হংই।

"তেষ্ট ফেল ওইবশিং অদুগী মরমদা করি খন্নরিবগে হায়না অসুম পাউ লৌবা চৎলুবনি।"

মাগী ৱা অদু তাবদা ঐনা কয়া হৈনীংদনা খুম্মী, "করি করি হায়নবা তারকপগে? স্কুলদা কনা কনা থেংনরকই?"

"পাস ওইবা ইমান্নবা খরা থেংনরকই, মখোয়না হায় তম্বা লোইহৌদবা পারা শরূক খরগী ক্লাস চথরি, মদুগীদমক মখোয় লাক্লিবনি। অদুগা ফেল ওইহৌবা ছাত্রশিং অদুসু লৌখৎনবা খন্নরি হায়না তায়।"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐগী মন্নম্বা ৱাখল অদুদা আশাগী মঙাল খজিক্তং ফাওরকই।

"নহাকসু হয়েংদি স্কুলদা চৎলুসি, পাউ 'সুম লৌরুসি, ফেল ওইবা অতৈ ইমান্নবা খরসু লাক্লবা য়াওই," ইমান্নবা অদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই।

মথংগী নুমিত্তা ইমান্নবা অদুগা ঐগা হৌনদুনা স্কুলদা চৎলে। নহালমখৈ স্কুলদা চৎলুদবগী অদুম্না চৎপদু ইকোই কোই। নিংথমথা ওইরকপগী নুংশা অদু অদুক হাক্না কন্দে। স্কুল কানবা মতমদগী থেঙথরদুনা লম্বী অদু খরা হাঙলে, ছাত্র-ছাত্রী ইচৎ চৎনরমদ্রে

স্কুল য়ৌরগা উরে পাস ওইবা ছাত্রশিং অদুগী ক্লাস চথরি, অদুগা মপান্দা পরীক্ষা ঙমদবা ছাত্র খরসু লৈরম্মী। মপান্দা লৈরিবা ছাত্রশিংদুনা ঐখোয়দা হায়রকই, "ঙসি ওজাশিংগী মিটিং অমা তৌগনি, অদুগা ফেল ওইবা ছাত্রশিংগী মরমদা খন্নগনি হায়।"

মখোয়গী ৱাদু তাবদা ঐখোয় অরেপ্পা পাউ অমা খঙনবগীদমক্তা স্কুলদা ঙাইদুনা লৈরে। ঙহাক্কী মতুংদা ওজাশিংগী মিটিং হৌখ্রে।

যম্না কুইনা মিটিংদু তৌরবা মতুংদা ওজাশিংদু হেডমাষ্টরগী কাদগী মরী মরী থোরক্লে। ঐখোয়না লাঙতক্না মখোয়গী মায়থোঙশিংবু য়েংদুনা লৈ, মিটিং অদুদা করি করি খন্নখিবগে হায়বসি ঐখোয়না মখোয়দগী য়াম্না তানীংই। ইমান্নবা অমনা ওজা অমদা চঙশিন্দুনা হংলুবদা মহাক্না হায়রকই, "ঙাইখো, হেডমাষ্টরনা নখোয়বু কৌরকখিগনি, মাগা

ৱারী শারবা মতুংদা নখোয়গী মরমদা অরেপ্পা খঙগনি।”

মানা হায়রিবা অদুগী মনুংগী অর্থ করি লৈবনো হায়বদু ঐখোয় খঙবা ঙমদে; মখোয় করিগুম্বা মরু ওইবা ৱারেপ অমা তাদুনা থোরক্লবনি, মদু মহাক্না ঐখোয়দা হান্না হায়দোক্তবদনি। ঐখোয়গী লাঙতক্লবদু হেল্লকই, বিচারগী মরু ওইবা রাই অমা ঙাইবগুম পোথাফম খঙলক্তে।

ঙহাক্কী মতুংদা চৌকিদার থোরক্তুনা ঐখোয়দা হায়ররে, “নখোয় মঙা মঙাগী কাঙবু অমমম পুন্না হেডমাষ্টরগী কাদা মথং মথং চঙলকউ হায়।”

অহানবা চঙবা ছাত্র মঙা অদুগী মনুংদা ঐসু য়াওরুরে।

হেডমাষ্টর মাগী চৌকি অদুদা ময়াঙলেন তিংখৎলদুনা লেম্না ফমদুনা লৈরম্মী (মহাক ফম্বদা চপ তিংনা হেক হেক ফম্বসি হৈনবীনি)। মাগী টেবলদা চৈ অমগা, ইঙ্কষ্টেন্দ অমগা চে-চাং খরগা লৈ। ঐখোয় চঙলকপা উবদা মহাক্না মাগী নাতোন্দা তারক্লবা আনোক্কী মথক্তা খরা লুরাক্লনা ঐখোয়দা পেন্দবা মওঙদা য়েংলকই। মহাক ঐখোয়বু উবদা ৱা ঙাঙনীংদনা উই। মহাক্না শাউরপ তৌনা অদুবু য়াম্না ফাথবা মওঙদা ঐখোয়বু পরেং শানা মাগী টেবল মমাঙদা লেপ্লবা হায়রকই। মাগী মায়থোঙ অদু চেৎলি, কুপ্পা মনুং ফাওনা উবা মানবা মমীৎ অদুনা ঐখোয়বু চেকশিন্না য়েংদুনা লৈ।

ঐখোয় কিথী-কিরুম তৌনা মাগী টেবল মমাঙদা পরেং শানা লু লূকথদুনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরে।

হেডমাষ্টরনা মরৈ খজিক্তং মরক মরক্তা তৎনা হায়রকই, “নখোয় হৌজিক ফাইনেল পরীক্ষা থাবা তোকপা তারে। নমান্নবশিংদি তেষ্ট পরীক্ষা পাস তৌরে, অদুগা নখোয়দি ঙমদ্রে। নখোয় ঙাওশিন্নবা, মথোঙ চাদ্রবা ছাত্র ঙাক্তনি, হায়য়ু, নখোয় লাইরিক্তি পাদনা মতম চুপ্পা কৈদৌদুনা লৈ?”

মাগী ৱা অদুদা ঐখোয় করিমতা খুম্বা ঙমদে, উয়ুংগুন্না মাগী টেবল মমাঙদা অদুম তুমিন তুমিন্না লুকথদুনা লেপ্তুনা লৈ। কাদু ঙহাক চেক-মোক লাউদে।

হেডমাষ্টরনা মাগী টেবলদা লৈবা চৈ অদু পায়খৎলগা টেবলদা অমুক অনীরক মখোল হৌনা কল্লগা হায়রকই, “খুম্মু, নখোয় নচীন পান্দ্রা, করি তৌদুনা লৈহৌই? নুমিৎ চুপ্পা ঙাওশিন্নদুনা লৈব্রা?”

ঐখোয় মদুদসু করিমতা খুম্বা ঙমদনা তুমিন তুমিন্না অদুম লেপ্তুনা লৈরে। ঐখোয়

কিবনা নিংদোল চোংনা থক থক নীক্তুনা লৈ।

হেডমাষ্টরনা ঐখোয়বু শাউনা য়েংলগা মখোলদু অমুক নেমথদুনা অদুগা অমুকসু লাউখত্তুনা ঙহাক চৈদুনা লৈরে। ফাইনেল পরীক্ষাদা ছাত্র য়াম্না পাস তৌরক্ত্রবদি মাগী মায়খুবনি হায়বগী ৱাখলসি মহাক য়াম্না খল্লি। মহাক্না নুংঙাইতনা ৱাখল খনবা মাম্না মীকুপ অমতং মমীৎ উইশিন্দুনা তুমিন্না লৈখ্রে, অদুদগী অকোনবদা ঐখোয়দা অসুন্না হায়রকই. "ফরে, নখোয় মুন্না তাও ঐ ৱা হায়গে। নখোয় লাইরিক কন্না পাদুনা কম্পিতিসন পরীক্ষাদা শোয়দনা পাস তৌবা ঙম্নবা হোৎনজরগে হায়দুনা ঐগী ইমাঙদা অমমমতা ওইনা ৱাশকউ।"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐখোয় পুক্নীং খজিক্তং মকালাম্লকই. মদু মঙোন্দা চেকশিন্না থাজবা পীরবদি ঐখোয়বু তেষ্ট পরীক্ষা অদুদা লৌখৎপিরগে হায়বগী ইঙ্গিৎনি। মানা ঐখোয়বু চৈখিবা মতৌ অদুদা ঐখোয়বু নুংশিবগী মওঙ অমসু য়াওরি হায়বদু ঐখোয় খঙই।

মানা ঐখোয়বু অমমমতা ওইনা মাগী মনাক্তা নক্না কৌশিন্দুনা ৱাশকহল্লে, অদুগা ঐখোয়গী বাশক্তু শোয়দনা কন্না ঙাক্নবা হায়রগা ফাইনেল পরীক্ষা থাহনবগী বাফম ফোঙদোরক্লে। অদুদগী মানা ঐখোয়বু মাগী কাদগী থাদোরক্লে।

মপান্দা ঙাইহিরিবা ছাত্রশিং অদুগী মনুংদা মঙাখক অমুক চৌকিদারনা কৌরক্তুনা হেডমাষ্টরগী কাদা চঙখ্রে।

ঐখোয়না মপান্দা থোরকপদা স্কুলগী শঙ, অকোয়বা মফম, উবিবা পোৎ খুদিংমক ঙাম্থোক্লা উরকই, হান্নদি পুক্নীং ৱাবদগী পুন্নমক তুফক-তুফাই চন্না উরুরে। ঐখোয় অনৌবা মপোক অমা পোকপগুম নুংঙাইরে।

ইমান্নবা অদুগা ইবানী হৱাউ-হৱাউনা য়ুমদা হল্লকই।

নুমিৎ অদু য়ুম য়ৌরগা ঐঙোন্দা অনৌবা ৱাখল অমা লাক্লে। হেডমাষ্টরনা ঙাওলকপা অদু ঐঙোন্দা অচৌবা পারা অমনি। ঐনা মঙোন্দা শক্লম্বা ৱাশক অদু য়াম্না মরু ওইনা খল্লি। ঐনা ঐগী টেবলদা চাইদুনা লৈরম্বা লাইরিকশিং অদু নীংথিজনা লোইশিল্লে, অদুগা নুমিত্তুগী নুংদাং অদুমক্তদগী পুক্নীং চঙনা লাইরিক ঔরাইবা হৌরে।

তেষ্ট পরীক্ষাদা ফেল ওইখিবগী ৱাফম অদুদি কিবদগী অহল-লমন্দা অদুম খঙহনখিদ্রে।

ঐ য়ুমদগী মপাল ইথোক থোক্লে, অয়াম্বা মতমদা লাইরিক থৱায় য়াওনা পাদুনা

মতম লেপ্লে, অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা চুম্না পাস তৌবগী ৱা ঙাক্তা নত্তনা মার্ক খরা ৱাংনা ফংবগী ৱাখল ফাওবা খল্লে। অয়ুক্তা নোংঙাল্লমদাইগী পুং মরি অদুৱাইদা হৌগত্তুনা পালং থানগৎলগা লাইরিক পাবা হৌই। হান্না পাহৌদবা পারা কয়া মেনখৎপা ঙম্ববা হোৎনৈ, অদুবু প্রাইভেট তিউসন তৌদবনা স্কুলদা তম্লকপা খরা অদু ইথন্তা খঙনবা হোৎনবা অদু অৱাবগী মশক্তি। মরু ওইনা হিন্দীদি ঐনা হান্না পাখিবা খরা অদুদগী অনৌবা পাশিনবা ইঙম ঙমদে।

লাক্লিবা চহী ইং ১৯৬০ গী জনুয়ারি তাং ৪ দা ঐখোয়গী ক্লাস সিক্সকী কম্পিতিসন পরীক্ষা অদু তৌনবা লাউথোকখ্রে। ঐখোয়গী স্কুলগী ছাত্রশিং অসি শীংজমৈ গার্লস হায় স্কুলদা সেন্টর তাই। মফমদু ঐখোয়গী য়ুমদগী মাইল অনীরোম খরা হেন্না লাপ্পী।

পরীক্ষা হৌবা নুমিৎ অদুসু ঐ নোংঙাল্লমদাইদা য়াম্না ঙন্না হৌগত্তুনা লাইরিক পাই। ঐখোয়গী মমাঙগী অপূংবা ৱাপল অমদা নোংঙাল্লমদাইদা চোঙা শঙ্গু অমনা হেক য়া-য়া খোংলকই; মখোয়না খোংলকপা অদু তাবদা ঐ নহানমখৈ হেক হেক ইতৎ তত্তনা হৌগৎলি, অহিংগী অচীকপা অদু থুগায়দুনা মখোয়না নোংঙাল্লমদাইদা খোংলকপা মখোল অদু তাবদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিবা ৱাখল অমা পোকই, মদুনা ঐবু তুম্বদগী হৌদোকপগুম খল্লি। পরীক্ষা হৌবা নুমিৎ অদুদি ঐ মখোয়না খোংলক্ত্রিঙৈদা হৌগৎলি। ঐনা লাইরিক ফনা কুইনা পারবা মতুংদা মখোয়না ৱাপল মরক্তা য়া-য়া লাঙদুনা খোংলকই। মদুগী মতুং ঙহাক লৈরগা নোং ঙাম্থোরকই।

ইমাসু ঙন্তা হৌগত্তুনা য়ুমগী থবক-ইশ্বাং লোইশিল্লগা ঐগী চান-থক্লবা থোংনবা থৌরাঙ তৌখ্রে। ঈংখ্রবা নিংথমথাগী অয়ুক অদুদা মানা হৱাইথরাক্কা হৱাইমুবীগা আলুগা য়াইঙঙ থাক্তুনা থোংবা ফোঙ-ফোঙ শাবা য়েঙ্গুাং অদুগী মহাউদু ঐ ঙসি ফাওবা নীংশিংলি। চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা ঐ পরীক্ষা চৎনবা শেম-শারে।

অঈংবা অয়ুক অদুদা ঐ য়ুম্লোন্নবা ইমান্নবা অদুগা লোয়ননা পরীক্ষা তৌগদবা মতম য়াম্না ৱাৎলিঙৈদা য়ুমদগী চৎপা হৌই। ঐ অমুবগা কাংচেৎ মচুগা ফৈনা লাংবা শামতুগী স্কাফ অমা ইল্লি। ইবানী ফনা শাংবা লম্বী অদু খোঙনা চৎলি।

অহৌবা নুমিৎ অদু খরা পাখৎলি। অপীকপা স্কুল অমদগী লাকপনা হায় স্কুলগী কা অদু য়াম্না চাউবগুম নীংই। ফম্ফম থিবা ছাত্রশিং অমদি মখোয়গা লোয়নরকপা অহল-লমন কয়ানা কাদু ইরাঙ লাঙই। ঐগীদি মমাঙ ওইরপ্পা লৈরম্বা ফাল অমদা ঐগী রোল

নম্বর নপ্লম্বা থেংনরদুনা মফমদুদা তূমিন্না ফমদুনা লৈরে।

ঙহাক্কী মনুংদা পুং তাখ্রে। চে য়েল্লবা মতুংদা ফজনা ছাপা তৌরবা ক্বেসন-পেপরশিং অদু য়েঙ্থোকপা হৌখ্রে। মতম অদুদা থবাক্কী মিহুল অদু তীং তীং চোংই। ক্বেসন-পেপর ফংলবা মতুংদা পাবদা হুংলিবা ৱাহংশিং অদু স্কুলদা নহানমখৈ ওজানা হংবগা মান্নদবা অনৌবা নমূনা কয়া য়াওই, ইনৌ নৌনা থোকই। পারকপা পারা কয়াদগী খরা ওন্থোক-ওনশিন, শেমদোক-শেমজিন তৌরগা খুমগদবা কয়া য়াওই। খরা লুনা থোক্লবসু ঐনা পারকপা পারা কয়াদগী ৱাহংশিং অদু খুন্নবা হোৎনরে।

মথংগী নুমিৎশিংদদি ঐ পাখৎপদু খরা ফংখ্রে, পরীক্ষা তৌরিবা মওঙ অদুদা হৈনরক্লে, মফম অদুসু থোইনা কোইনা থোক্তে। অসুম্না নুমিৎ খরনি চখরবা মতুংদা পরীক্ষা অদু লোইখ্রে, ঐ সবজেক্ট খুদিংমক্তা য়াম্না থীনা শোয়বদি য়াওখিদ্রে।

পরীক্ষা লোইখিবা নুমিৎ অদু ঐ ৱাখল ৱাইশংনা, নুংঙাইনা ইমান্নবশিংগা লোয়নননা য়ুমদা হল্লকই, হল্লকপদা চীংঙা কাদুনা ঙহাক শান্নরকই।

য়ুম য়ৌরগা ঐ লাইরিক-লাইসু ফজনা লোইশিল্লে। ঐনা নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা পাবগী লাইরিক খরসু ফমুংদা চাইদুনা লৈরম্মী। মখোয় অদুসু পুল্লপ তাশিন্দুনা থমখ্রে। ছাত্র অমগী পুন্সীদা পরীক্ষা লোইখিবা নুমিৎ অসিমুক নুংঙাইবা অতৈ অমতা লৈতে। লাইরিক অমুক পাররোইদবা মতম অদুদা পরীক্ষা লোইরগা তৌগে নীংখিবা থবক কয়া নীংশিংদুনা নুংঙাইবা কল্পনা কয়া শাগৎপা হৌরকই।

# ১০

# কাঞ্চিপুর য়েংবা

পরীক্ষা লোইখিবা মতুংদা নোংমদি ইমান্নবা অনীগা লোয়ননা সাইকল তোংদুনা কাঞ্চিপুরদা চৎলুই। মখোয়না ঐঙোন্দা মখোয়গা ইমুংগী মীশিংনা কাঞ্চিপুরদা লৈবা সিফাইশিংগী কেম্প তৌকম অমগী মাথংদা তৌরি, ঐসু চৎনাংলবদি নোংমা চৎলুসি হায়বদগী ঐখোয় মফম অদুদা কোয়বা চৎপনি। মখোয়গী অহল-লমনশিংনা ঐখোয়দা তাকই মফম অদু সিফাইশিংগী লৈফম ওইবনা মী অতৈ চঙবা য়াদে, গেটতা সিফাইনা সন্ত্রি তৌদুনা লৈ, মখোয়না করিগুম্বা হংলবদি, "হম কান্টিনকে আদমী হৈঁ," হায়গদবনি। ঐখোয় মখোয়না তাকপা ৱাহৈশিংদু চীনফা পুরগা চৎলি।

ঐখোয়না চৎপদু অয়ূকনি, নুংশা খরা থোরক্লে। কাঞ্চিপুরগী অহাঙবা লৌবূক্তা তাইনবা কেম্প তৌফম লম্পাক অদুদা (মতম অদুদদি মফমদুদা শঙনচিংবা অমতা লৈতে) গেট অমগীময়াদা নাতোন শূমাঙদা মকোই খাকপা অমুবা ময়াং সিফাই অমা লৈরম্মী। মহাক্না ঐখোয়দা মমীৎ লংথোক্তুনা কনানো হংবদা ইমান্নবা অমনা খঙহৌদনা খুম্লকই, "হম কান্টিনকে আদমী হৈঁ।" মদু হায়বদগী ঐখোয় অদুম মনুংদা চঙবা য়ারে।

ইমান্নবশিং অদুগী অহল অনীনা লম্পাক্তা খনবা ডম্বুর অমগী মনুংদা কান্টিন অদু তৌরম্মী; মনুং অদুদা য়োন্নবা পোৎ-চৈ — চুরুট-বিড়ি, মৈখেৎ অমদি অতৈ চান-থরুবা পোৎ কয়া লৈরম্মী। ডম্বুর খল্লিবদুগী মপান্দা ৱাউথাংনবা নাপী মথক্তা নিংথমথাগী নুংশানা লুম্বু লুম্বু শানা য়ৈরি। নাপী মথক্তুদা কান্টিন্দু শীল্লাওবা য়াওবা ঐখোয়গী লৈকাইদগী পাখংমচা অঙৌবী হায়বা অমনা শীং খায়দুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না মঙোন্দা "তাঙৌবী" কৌই। ঐখোয় মাগা ঙহাক ৱারী শাদুনা নাপী মথক্তা ফমদুনা লৈরে।

ইমান্নবশিং অদুনা মাগা ৱারী শারিঙৈদা ঐদি মফম অদুগী অকোয়বা লৌবূক-লম্মাঙ অদু পূক্নীং চঙনা য়েংদুনা লৈ। ডাক্তর কমলগী *মাধবী* পারুবদগী ঐ মফমদুবু নুংশিবা তোপ তোপ্পা ৱাখল অমা লৈ, মদুমক্লসু ঐ মফম অদুদা লাকপনি। লম্মাঙ অদুগী অচীকপা মতৌ অদুদা নুংঙাইবা পোকই, মফমদুদা শীৎপা নুংশিৎ অদু ফাওবা ঐঙোন্দা মফম খঙদনা

পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওই। মখা মায়কৈদা হৈবোকচীং লৈরিবদু ফজনা উরি, মদু অশংবা মনা-মশীংনা কৃপশিন্দুনা চীংলেম্না লৈরি। ঐগী কল্পনাগী মঙলানগা ঈরোইনদুনা উরিবা মফম অদুদা প্রকৃতিগী ফজবা পূন্নমক তূংদুনা লৈরমগদবগুম নীংই।

চাক থোংবা লোইরবা মতুংদা কান্টিনগী ডম্বুর খল্লিবা জগা অদুগী ময়াদা নাপী মথক্তা পিকনিক্কী মতৌগুম্না ঐখোয় ময়াম চাক চামিন্নরে। ঐখোয়না চাখিবা য়েঙ্গুাং অদু য়োংচাক ইরোম্বনি। তাঙৌবী হায়রিবা পাখং অদু চাক-য়েঙ্গুাং থোংবা য়াম্না হৈ, মহাক্না ইরোম্বা অদুদা মরোই-মপাং মখল শুনা থাক্লগা পুথোরকই। মদুদা থাকপা লোম্বা অমসুং মপাল শাৎপা ফদিগোমগী মনম অদু অঙকপা ফংনা নুংশি, লম্মাঙদা থোঙবগী চাগা খরা কাবা চাক অদুগা মদুগা চামিন্নখিবগী মহাউ অদু তশেংনা কাউবা ঙম্নরোইদবা অমনি।

চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা মরূপ অনীদুগা ঐখোয় অহুম হৈবোকচীং কাবা চৎলে। পুন্সীগী অহানবা ওইনা হৈবোকচীংগী দৃশ্য অদু উবদা কমলগী *মাধবী*বু নীংশিংদুনা পূক্নীং অসি ইনৌ নৌথোকই। মদুগী অকোয়বা খূদিংমক্কু য়াম্না পূক্নীং চঙনা য়েংই। চীংখোঙদগী য়েংবদা চীংচেপ্তা উরিবা লোইরোয় ঙম্বা লম্বী, উপালশিং অমদি চীংথক্কী অমনবা লাইশঙ পূন্নমক্কু উবদা থুক লাউরকই। মঙলান্দা উবগুম ভাবকী জগত্তা উরম্বা হৈবোকচীংগী শক্তম অদুমক মাঙদা উবদা ফাওরকপা নুংঙাইবা, পূক্নীং নুংশিবা ৱাখল অদু তশেংনা হায়ফম খঙদে, পূক্নীংদা *মাধবী*গী থৌদোকশিং পূন্নমক অদু তশেংনা থোকখিবগুম খল্লি। ভাবনা উরম্বা শুক্নাৎনীংঙাই ওইবা শক্তম অদুদগী অওইবা শক্তম অদুনা করিসু হুস্থরমদে, থোইনদুম মদু উরগা ঐগীতা ওইবা নুংঙাইবা কল্পনা অমুক নৌনা শাগৎলি। মফম অদুবু উজবদা ঐগী পূক্নীংদা নাপল অমা ফাওই। মফম অদুমক্তি কমলনা থোইদোক্না মতিক-ময়াই হাপ্তুনা মীয়ামগী পূক্নীংদা কাউঙমদবা মফম অমা ওইহল্লম্বা। চীংগী লম্বী অদুদা খরা কাখৎলগা উরক্লে থৈবোঙ অমদি লৈহাউ পাম্বীশিং। মখোয় খূদিংমক্কী শক্তমদু ঐনা কমলগী *মাধবী*গী তাইবঙ অদু ফাওনা য়েংই। মতম অদুদা ঐগী পূক্নীংদা থুক লাউখিবা, কাউঙমদবা অমদি হৈবোকচীংগী অৱাং থংবা চীংমায় অদুদা পাকশন্না ঙৌরোক ঙৌনা শাৎলম্বা ৱারককুন্দশিং অদুনি; মখোয়গী মনম্না চীংমায় নাকল অদুমা শীনথুংনা নম্মী। নিংথমথাগী উন্না য়ৈবদা উরী-উপাল, উনা খূদিংমক মচু ওল্লবা মতম অদুদা লৈশিং অদুনা অতেকপা অশংবা মনাশিংগী মরক্তা নীংতম্না মকাফন্না শাৎলম্বা উবদা ঐগী থম্মোয়বু মথুম-মরাঙ হৌহল্লি। অদুগুম্বা ৱারককুন্দশিংদু কমলগী মতমদা শাৎলমদবনা মহাক্না

শীংথাবদা য়াওরমদবা য়াই; অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, হৈবোকচীংদা শাংলম্বনি খল্লুবদা লৈশিং অদু ঐনা থোইদোক্লা নুংশিনা, মগুণ লৈনা, মমল য়াম্না খল্লি। চীংথক য়ৌনা কাখত্তুনা য়েংবা য়াবা মফম, লাইশঙ, রাসমণ্ডল পুম্খী অম্নিনচিংবা পুম্নমক য়েংলে। অওইবমক মফম অসি অচম্বা মফম অমা নত্তে, মফমদুগী অকোয়বা দৃশ্য পুম্নমক্কু য়েংবদা মীকুপ অমা ফাওবা মীৎ চোইথোকপা ঙমদে, মফম অসিদা অরোনবা থবায় অমা লৈরি। ঐগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা কমলবু কল্লকপা পোক্লকই, কাঞ্চিপুরদা পোকপা ফংজরম্বা অদুগীদমক মাবু মরাইবক ফবা অমগুম খল্লকই। কাঞ্চিপুরনা মহাকপু য়োকপিরক্লে অদুগা মহাক্না কাঞ্চিপুরবুসু অনৌবা থবায় হাপ্লম্লে, অমর ওইহল্লম্লে। কাঞ্চিপুরগী মগুণ অমদি কবিগী মগুণ অনীমক কয়াদা মরী লৈনখ্রবনো।

নুংথিল মরূপশিং অদুগা ঐ সাইকল তোংদুনা মফম অদুদগী অমুক হল্লক্লে। ঐখোয়না য়ুম য়ৌবদু থেঙলে, নিংথমথাগী মতমনিনা মমথখিবা খঙহৌদে। নুমিদাংগী চাক চারগা ঐ চোকথমনবদগী ফমুংদা ওন্না অদুম তূম্বা চঙলে।

১

# পরীক্ষা হায়দোকপা অমসুং জোনষ্টোন স্কুল কাবা

মতম খরা হৌখ্রে। পরীক্ষা লোইখিবা মতুং অদু ঐ করিগুম্বদা ক্বেসন-পেপরশিংদু পুথোক্তুনা ঐনা ইরম্বশিংদুগী ফংবা য়াবা মার্কনচিংবা পাদুনা মতম লেনবা য়াওই। সব্জেক্ট খুদিংমক্কী খ্বাইদগী য়াম্না ফংবা য়াবা মার্কতগীনা খ্বাইদগী হন্থনা ফংবা য়াবা মার্ক ফাওবা হোত্তুনা পাই। করিগুম্বদা ভাব তারক্তুগনা তুমিন্না চে কলমদু থমজিনখিবসু য়াওই। পরীক্ষা হায়দোক্লমদাই ময়া য়ৌরক্লগা থব্বায় ব্রাবা, লাঙতক্লবা ব্রাখল অমা পোকই।

নোংমদি পরীক্ষা অদু ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা হায়দোরক্লে। ঐ সেকেণ্ড দিভিজন্দা পাস তৌরক্লে। নুমিৎ অদু ঐ হরাউনা ইশাবু থাজনা ইমুংদা থোঙনাউ ময়াগী টেবল মনাক্তা চৌকিদা ফম্লদুনা ক্বেসন-পেপরশিং অদু নৌনা অমুক পুথোক্তুনা ঐনা চাউনা পাখিবা মার্কশিং অদু চপ চানা ফংলম্বা য়াই হায়বগী নুংঙাইবা রাগ অমগা লোয়ননা অমুক নৌনা মার্কশিং অদু পাদুনা লৈ। (মতম অদুদদি মার্কসিটনচিংবা পীদে, সেকেণ্ড দিভিজনগী মার্ক অসিসু চাদা য়াঙখৈ ফংগদবনি।) খ্বাইদগী অব্রাংবা দিভিজন্দা পাস তৌবা নত্ত্রবসু ঐ মদুদা য়াম্না পেন্থোকই, মরমদি হৌখিবা তেষ্ট পরীক্ষাদা ঙমখিদবগী ব্রাফম অদু ঐ ইতৎ তত্তনা নীংশিংই। হৌখিবা ফীবম অদুদগীদি ঐগী ওইরক্লিবা থাক অদু হেন্না ফমনখ্রবনি হায়না খল্লি।

ঐনা অদুম্না থোঙনাউ ময়াগী টেবলদা মার্ক পাদুনা লৈরিঙৈদা ঐগী খুরাগী মচানূপী ইচননূপী প্রমোদিনীনা থোঙনাউ মপাদা লেপ্লগা ঐনা তৌরিবদু য়েংলগা লক্লরকই. "করি তৌরিবনো, তাবীরেন, মার্ক পারিব্রা?"

পরীক্ষা লোইখিবা মতুংদা ঐনা অদুম্না হেক হেক মার্ক পাবদু মানা ইতৎ তত্তনা উই, অদুনা মানা ঐঙোন্দা লক্লরক্লিবনি।

পরীক্ষা হায়দোকখ্রবা মতুং অদুদি ঐনা পূক্লীং নুংঙাইনা খুম্মী, "উম।" মঙোন্দদি হায়দোক্ত্রবসু ঐনা ইশাবু থাজনা পূক্লীংদা অসুম্না তুমিন্না খল্লি, "ঐ পারিবা মার্ক অদুদগী হেন্না ফংলম্বা য়াই।" অদুবু মদু চুম্নগী ঐগী নুংঙাইবা তাঞ্জা অদুদা ইথন্তা পঙখন খনবা

ৱাখল অমনি, মদু কয়া য়াম্না চুম্বনো চুমদবনো হায়বা খঙবা ঙমদে, পরীক্ষাগী মার্কসিট অদু পীদবনা মদুগী মরমদা করিমতা অদুম খঙবা ঙমখিদ্রে।

ঐ ক্লাস সেভেন তম্নবগীদমক্তা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা মিং চল্লে। মতম অদুদা জোনষ্টোন স্কুল অসি অফবা স্কুল অমা ওইনা ঙাওনৈ, মরম অদুনা ঐ মদুদা তম্মীংদুনা মিং চনবনি। মিং চল্লবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা ঐ স্কুল অদুদা কারে।

কম্পাউণ্ড ময়ায়দা সার জেমস জোনষ্টোনগী নুংগী মূর্তি খিনবা, চেক্লা শাবা অচৌবা স্কুল অদু লমসিগী ঐতিহাসিক ওইবা ঈচেল অমগা ঈরোইনবগুম খনবা নুংশিবা স্কুল অমনি। মতম অদুদা অসুক চাউনা ফজবা চেক্লা শারা স্কুল অমতা লৈতে, মদুগী শক্তম অদুমক পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাইনি। স্কুল অসিদা লমদমসিগী শক্লাইবা মীওই কয়া তমখিবা, ওজা ওইরম্বা, জাতিগী সভ্যতা, সংস্কৃতিগী মরু ওইবা হৌফম ওইখিবা অসিনচিংবা পূম্নমক অসি মসিগী শক্তম্বু উরুবদা হেক্তা নীংশিংই। স্কুল অদুগী চীংলেম্বা, মগুণ লৈবা শক্তম অসি উরগা ঐসু মদুদা তম্বা ফংবগী নুংঙাইবা নাপল অমা থম্মোয়দা ফাওই। অপীকপা এম, ই, স্কুল অমদগী চেক্লা শাবা অচৌবা স্কুল অদুদা অহানবা চঙবদা পূক্নীংদা অনৌ অনৌবা ৱাখল কয়া পোকই; মদুগী অচৌবা কা, ফক্লাংদা য়াওজরবা ব্লেক বোর্ড, মরাং কায়না লৈরবা ফালশিং, মিংশেল চনবা থোঙনাউশিং. ফজনা অস্তর তৌরবা লৈমায় — পূম্নমক অদু উরগা করিগুম্বা মওঙ অমদা নুংঙাইবা পোকই, অদুগা অমুকসু মখোয়গা ওইশিন্নবা ঙমদবগী লাঙতরুবা ৱাখল অমসু পূক্নীংদা ফাওই। ক্লাসতা চঙলকপা মশক খঙদবা ওজাশিং, স্কুল কয়াদগী তম্নকপা মশক খঙনদবা ছাত্রশিং পূম্নমক অদু ঐঙোন্দা ইকোই কোইনা থোকই। অনৌবা স্কুল অদুগী নিয়ম, লোনচৎ, চৎনবী করিমতা খঙদ্রিবনা ঐ নীংতম্না থবক অমতা তৌবা ঙমদে। মতম খরদি ইচম চম্না স্কুল অসিগী চৎনবী নিয়ম কয়াদু খঙনবা হোৎনৈ।

ঐঙোন্দা নৌনা থোকপা অমদি ক্লাস হৌদ্রিঙৈদা স্কুলগী এসেমব্লি তৌবা অসিনি। মদুদা হেডমাষ্টর ওজা কালাচান্দ শাস্ত্রীনা ভেরেন্দাদা লেপ্লগা ছাত্রশিংদা স্কুলগী মরু ওইবা ঈ-পাউ তম্বা, লমচৎ-শাজৎকী মরমদা পাউতাক পীবা, অদুগা মদু লোইরগা ছাত্র ময়াম পুন্না জাতীয় সংগীত শকপা অসি তৌই। মদুদগী ঐখোয় ময়াম ক্লাসতা চঙই।

হান্না ক্লাস সিক্সতা (ইংলিসকা হিন্দীগা নত্তনা) মৈতৈরোন্দা সবজেক্ট খূদিংমক তম্নম্বদগী ক্লাস সেভেন্দা ইংলিসতা ঙাক্তা তম্নকপা অদু খরা ৱানা থোকই। ইংলিসতা

তম্লবসু ওজাশিংনা অর্থ হন্দোকপিদুনা তাকপা লাইরিকশিং অদুদি খরা ফৈ; মখোয়দু নত্তবা *ডাইরেক্ট মেথোদ* কৌবা ইংলিসকী লাইরিক অমা তম্মী, মদুমদি য়াম্না ৱানা থোকই, মরমদি মদু তম্বীবদা ওজানা অর্থ হন্দোক্লগা তাক্তে। মদুগী ক্লাসশিং অদুদা নৌনা থোকখিবা, হৈনখিদবা অদু ঐ ফজনা নীংশিংনি। লাইরিক অদু চন্দ্রহাস কৌবা ওজা অহল অমনা তাকই। মহাক ফৈজোম শেৎলি, মী কয়া চাউদে, মমীৎ খরা কুৎতক তৌই, মশা য়াম্না থীংই, নাতোন শূমাঙদা কোই খরা থাকই, লাইরিক তাকপদা খোঞ্জেল খরা য়াক্লা নাতোন্দা পুখত্তুনা ঙাওই, খাক্লিবা মকোই অদুসু ফ্রিং-ফ্রিং চোংনা উই। মহাক য়াম্না চেকশিল্লি, করিগুম্বদা য়াম্না ফিংই, ঙাওশিন্নবা ছাত্রশিংবু য়াম্না থীনা মমায়দা খূবাক্লা থাদুনা ফূবা ফাওবা য়াওই। মহাকপু ঐখোয়না য়াম্না কি, লাইরিক অদু লুবগা, মানা তাক্লিবা অর্থ হন্দবা খূত্তাক অদু ভাব তাদবগা ঐ ক্লাস অদুদা চমম্নবা ফীবম অমদা লৈ। মানা ইংলিস ঙাক্তা ঙাঙদুনা তাক্লিবা অদু কয়া য়াম্না নিয়ম চুম্ননো হায়বদু খঙবা ঙমদে, অনৌবা মেথোদ অদুদা মানা তাক্লিবা মওঙ পুম্নমক অদু অচুম্বা ঙাক্তা ওইনা খল্লি। ঐখোয় মানা তাক্লিবা অদুদা ভাব তাদ্রবসু মাবু কিবদগী ক্লাসতা তুমিন তুমিন্না পূক্নীং চঙবা মান্না তাদুনা লৈ। ওজা অদু মার্কসু য়াম্না লীকই। সবজেক্ট অদু লুবগা অহানবা থাগী পরীক্ষাদা ছাত্রশিংনা ইংলিসতা মার্ক খজিক খজিক্তমক ফংই, অয়াম্বনা ফেল ওই। মদুগীদমক মহাক্লা ক্লাসতা ঐখোয়বু মকোই ফ্রিং-ফ্রিং চোংনা য়াম্না শাউনা চৈ। মদুদা ঐখোয় নুংশাথীনা তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈ।

খঙবদা ৱানা থোক্লবসু অচৌ অচৌবা লাইরিক কয়া তম্লকপগী নুংঙাইবা অমদি লৈ। ঐনা মহৌশা অথাবা অলজেব্রা, এরিথমেটিক নাকন্দা য়েপ্তুনা লম্বীদা লাইরিক তম্বা কাবা ছাত্রশিংবু উবদা য়াম্না কল্লকখি, মখোয়দু ক্লাস অয়াম্বা ছাত্রনি খন্দুনা পূক্নীংদা ব্যবহার তৌখি। হৌজিক ঐসু মখোয়গী মতৌ তমদুনা মীনা ক্লাস অয়াম্বা ছাত্রনি হায়না খন্নবা অথাবা লাইরিক কয়া নাকন্দা য়েপ্তুনা স্কুল কায়। য়ুমদসু নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা মরু ওইবা পারা কয়া (ইংলিস ৱাহৈ খরগী প্রননসিয়েসনদু লান্না) হৌনা হৌনা পাই, চীনফা পুনবা হোৎনৈ। মখোয়দু পাবা ঙম্বা নত্ত্রগা চীনফা পুবা ঙম্বগী নুংঙাইবা ৱাখল অমা পূক্নীংদা লৈ।

## ২

# কালেন ছুটি

মতম খরা লৈরগা কালেন ছুটি থারক্লে। অসিগুম্বা অশাংবা ছুটি অসি পোত্থাবগী মতম ওইনা লৌই, লাইরিক ইপা পাদে। ইং ১৯৬০ গী কালেন্থা অদুসু ঈশিং তাঙই, পুখ্রীনচিংবা পূন্নমক কংদুনা লৈক্রক চৎলি। ঐ তোটিদগী ঈশিং হোনবা অমদি য়ুমগী পুখ্রী তৌবা অসিনচিংবা কয়া য়াওই। নোংমদি নুংশা মরক্তা কুইনা পুখ্রী তৌরগা ব্বামনখিবনা ঐ নুংথিল তুম্লুরে; অদুদগী হৌগৎলগা মঙ্গে মহী গ্লাস অমা থীৎলগা থকই। নুমিত্তুগী সন্ধ্যাদা ঐ খঙহৌদনা নিংথম চনবা হৌরক্লে, হকচাংসু শাগৎলে।

মথংগী নুমিত্তদি ঐ তশেংনা হকচাং ঙমদবগী ফীবমদা লৈরে, হকচাংদুসু য়াম্না হেন্না শাগৎলক্লে, কোকসু য়াম্না ঙাওই, হৌগত্তুনা চৎপদা ব্বানা থোক্লে। সন্ধ্যাদা ঐখোয়গী ইমা পোকপা ইপুবোক গুলামজাৎ থবক অমগী ঐখোয়দা লাকই। মহাক মাইবা শাবদা মমিং চৎলি। ঐনা হকচাং ঙমদে হায়বদুদা মহাক্না ঐখোয়গী ফুঙ্গা মপান্দা ঐগী খুদাংগী মিহুল অদু পায়দুনা য়েংলকই; অদুগা য়া কাথোকহন্দুনা চীন-লৈসু য়েংলকই। মহাক্না ব্বাখল মুন্না খল্লগা হায়রকই, "ইশূনা নারিবসি ডাইফদকী মওঙনি, চেকশিন্দবা য়াদে। মহাক চাক পীজবা য়াদ্রে, বোমগুলি অদু চাংনাইনা পূংশিং কল্লা পীজবা তারে।" (মহাক্না "বোমগুলি" হায়রিবদু এন্টিবাইওটিক কেপসুলনি।) মহাক্না মমিং-মথা তাক্তুনা গুলি অমদি ভিটামিন্নচিংবা খরা লৈনবা হায়রকই। মহাক্না ঐগী লাইওঙ অদু মুন্না খঙনা মস্ত্রনচিংবা অমতা শোন্দে।

মহাক চৎখ্রবা মদুংদা ঐ ফমুংদা চঙদুনা অদুম হীপ্লে। ঐগী হকচাং অদু শাগৎপগা লোয়ননা পূক মনুং অদুসু প্রোক প্রোক চাকই। মহাক্না তাক্লম্বা হীদাকশিংদু খুদক্তা লৈদুনা চাবা হৌরে।

নোংঙাল্লগা ঐ ফমুংদগী পুরা হৌগত্রে। নুমিত্তুগী অহিং অদু হকচাং কল্লা শাগত্তুনা চোইরোন লোনবনচিংবা কয়া তৌই। ইপুবোক লাক্তুনা ঐগী ফীবম অদু অমুক য়েংশিল্লরে। মহাক্না হায়, "ফবদা মতম খরা চঙগনি, হীদাকশিং অদু চাংনাইনা চাগদবনি। শঙ্গোমগুম্বা মহী-মনাই নত্তনা মপংগী পোৎ অমতা চারোইদবনি।" ঐগী হকচাং শাগৎলক্রগা তৌগদবা

মওঙ অমসুং সেবা তৌবগী মওঙ অদুসু মহাক্না ইমাদা তাকই।

মতম অদু জিদি য়াইরিপোক্কী বিট অফিসতা লৈরি। মহাকসু ঐনা নাবা অদুদা অফিসতগী ছুটি লৌদুনা য়ুমদা লেঙদনা লৈররে। নুংদাংগী মতমদা মহাক্না ঐগী ফমুংদা ফমদুনা ঐগী অনাবগী ফীবমদু চেকশিন্না য়েংদুনা লৈ, ঐগী শাগৎলবা হকচাং অদু মখূৎনা নাইহে। অসুন্না মহাক অহিং চূপ্পা ঐগী ইনাক্তা ফমুংদা লেঙদনা লৈ।

নুমিৎ খরনি ঐ ফমুংদগী হৌগৎপা ঙমদনা লৈরে, চারা কুইনা হেনবগী য়াঙসু কংত্রিক কংশিনখ্রে। মরু ওইনা নুংথিলগী মতমদা কালেন নুংশাগী মৈচাক অদু খাঙবা য়াম্না রায়; হকচাং শাগৎপা, শোম্বা, কোক ঙাওবা অদুগা নুংশাগী মৈশা অদুগা য়াম্না চূনদে। ঐ ফমুংদা হুমাং কাংনা য়াওন তোয়না ওন্দুনা লৈ। অদুবু মতমদুদা ঐ পুন্সীগী অনৌ অনৌবা রাখল কয়া খল্লকই, হৌখ্রবা মতমগী রা কয়া নীংশিংলকই, হৌজিক্কী অমদি তুংগী মরমদসু কয়া খল্লকই। নহানমখৈ উরমদবা পুন্সীগী অরোনবা মশক অমা পূক্নীংদা উবগুম তৌরকই। ঐনা নাদ্রিঙৈদা কয়া থওইখিদবা থবক অমদি থৌদোক কয়াবু মতমদুদা মমল লৈনা খল্লকই, মতম অদুদা পুন্সীগী মমল অসি হেন্না মুন্না খঙলকই। মরু ওইনা ঐনা নাবা ফরগা তৌগদবা থবক থৌরম কয়াগী মরমদা খল্লি, নাবা ফরগা চাব-থকপা য়ারগা চাগদবা চানীংবা পোৎ কয়াগী মমিংশিংবু নীংশিংই। অসুন্না রাখল খন্না খন্না লোংনা হীপ্লম্বদগী খঙহৌদনা উইথরকপা য়াওই। ফমাঙদা মরক মরক্তা থবক নোম্বগী হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিবা ইমানা ঐবু হৌদোরকই। অদুদগী মহাক্না ঐগীদমক শঙ্গোম নত্রগা হোরলিক্স লোন্দুনা পুশিল্লকই। ঐগী মীৎ শিংনবা মহাক্না ঙহাক ইনাক্তা ফমদুনা রারী শাদুনা লৈ।

অসুন্না নুমিৎ কুন্নিরোম ফমুংদগী হৌগত্তনা নাদুনা লৈরুরবা মতুংদা ঐ তপ্না তপ্না ফগৎলক্লে, হৌগত্তুনা চৎপা খরা ঙম্লক্লে। অদুবু কোক্তি য়াম্না ঙাওই, হকচাংসি হাইবং-তুরং তৌই, য়াঙ য়াম্না কংই, য়ুমদগী মপাল থোক্ত্রি। মতম অদুদা ঐগী খুরা এ, আই, ওইবা অমখক্না স্কুলগী পীনবা গ্রামোফোন অনীখক পুরক্তুনা য়ুমদা থম্লগা চাংয়েং তৌবা ওইনা মরক মরক্তা খোংই। মদু ঐগী য়াম্না পোথাফম ওই। নোংমা নুংথিল অমা নুংশা মেঙথরক্লবা মতমদা শূমাঙদা ফক থারগা মহাক্না গ্রামোফোন পুথোক্লগা খোংই, ঐখোয় অঙাংশিংনা ফক্তা ইকোয় কোয়না ফম্লগা তাদুনা লৈ। ঐ কোক ঙাউফিং-ঙাউফিং তৌনা ফক্তা ফম্লগা ঈশৈ অদু পূক্নীং চঙনা তায়। মপুং ওইনা ঐগী থম্মোয়দা থুক লাউখিবা

ঈশৈ অসি গান্ধীগী মরমদা রাফিনা শকপা ঈশৈ-ৱারী, "সুনো সুনো হে দুনিয়াৱালোঁ বাপুকী য়হ্ অমর কহানী . . ." হায়বা অদুনি। ঈশৈ অদুনা ঐঙোন্দা অঙকপা নুংঙাইবা ৱাখলগী ঈথক অমা হৌহল্লি। ঈশৈনা পূক্নীংদা পীবা য়াম্না মরু ওইবা ইথিল অদু ঐ খঙলকই, মদু তাবদা নুংঙাইবা পোথাবা ফংখিবা অদু কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদে।

ঐনা নাবা ফরকপা অদু কালেন ছুটি লোইগদবা মতম খজিক্তা ঙায়রে। ঐখোয়গী ইমুংগী মী পুন্নমক জিগী পোষ্টিং তাফম য়াইরিপোক্তা ছুটি কাদ্রিঙৈগী নুমিৎ খরনিদু লৈরুনবা চৎলে। মফমদুদা অহানবা থুংলবা মতম খরা অদু ঐ মপাল কয়া থোক্তে। মরক মরক্তা বাজারদা নত্ত্রগা তুরেলদা জিগা লোয়ননা চৎপা য়াওই, অদু নত্তনা ঐ ইথন্তদি অমুক্তা চথোক্তে। মতম অদুদা ঐ হকচাংদুসু য়াম্না শোল্লি।

মফম অদুদা লৈরিঙৈগী ঐনা থোইদোক্না নীংশিংবা অমদি মধুমঙ্গল কৌবা অহল ওইববা ঐখোয়গী পুজারী অমনা থোংখিবা য়েঙ্খাংশিং অদুনি। বামোন অহল অদু ঐখোয়দা মমাঙঙৈদা লৈরম্বা পুজারী অমতগা মান্নদে, মাগী থোংবা হৈবগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমা লৈ। মহাক মফমদুদা উৎসব, চাকচা-হৈজানবদা থোংবা হৈবগী মমিং চৎপা মীনা তান্নবা বামোন অমনি। মহাক্না থোংবা ঙা ওইরবসু, কাংশোই ওইরবসু তোপ তোপ্পা মনম অমা য়াওই। মহাক্না থোংখিবা য়েঙ্খাংশিং অদুগুম্না হাউবা ঐ পুন্নীদা অমুক্তা চাখিদ্রিবোই নীংই। মহাক মবুকসু য়াম্না তপ্পা, শাউগন্দবা, নোকমি নোকমিতা তৌদুনা লৈবা মীশক অমনি। ঐ কোন্নসু মাবু নীংশিংদুনা লৈ, মহাক থোং-থাকপগী শিনফম অসিদা ফিদম্নফম ওইবা মীশক অমা ওইবতা নত্তনা তশেংনা মী ওইনসু য়াম্না ফবা মীশক অমনি।

নোংমদি জিনা পুদুনা ঐখোয় ক্কারোক মহাদেব খুরুম্বা চৎলি। মদু চাক চাবা তোক্লবা মতুং নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুৱাইদনি। কালেম্থা ওইরবসু নোং মংদুনা নুংশা ময়েক শেংনা থোক্তে। লৌবূক-লম্মাঙ ফাওরগা চৎপা খোঙচৎ অদু য়াম্না নুংঙাইবা খোঙচৎনি। মতমদুদা ঐ হকচাংদি খরা শোল্লবসু খোঙচৎ অদুদা য়াম্না চোকথবদি খঙদে, মমিং চৎলবা লাইগী খুভম অদু য়ৌবা ফংগনি খল্লুবদা পূক্নীংদা নুংঙাইবা শরুক্না হেল্লি। চীং খজিক্তুং কাখৎলগা লৈবা মহাদেবগী খুভম লৈরিবা অকোয়বা মফম অদু য়ৌবদা মতম কুইনা কায়নবগুম তৌরুরবা মহৌশা লাইরেম্বীগী মশাইগোন্দা মীকুপ খরদং ওইরবসু অমুক নৌনা চঙজবগুম ঐগী থম্মোয়দু মীকপ থোক্লকই, মঙগুম্না হৌখ্রবা মাগা লোয়নবগী নুংঙাইবা

মীকুপশিংদু অমুক নীংশিংলকই। ঐ পূক্লীং চঙনা ঈশ্বরগী খূয়াদা খুরুম্লে। নুমিত্তু ঐ লৈফমদা হল্লক্রগসু পূক্লীংদু ইশেং শেংবগুম নীংই।

কালেন ছুটি লোইরক্নুনা ইমাগা ঐখোয় ইম্ফালদা অমুক হল্লক্লে।

৩

## স্কুলগী অনৌবা জ্ঞান খরা

মতম খরা লাইরিক তম্বা কারবা মতুংদা ঐ জোনষ্টোন স্কুলগী মওঙ-মতৌ, চৎনবী, হান্না লৈরম্বা ছাত্র অমদি তস্মিন্নরিবা ইমান্নবশিংগী লীচৎ-শাজৎকী মরমদা খরা মুন্না খঙলকই। বাজার মনুংদা লৈবা স্কুল অসিগী অফবা অমদি ফত্তবা নাকল অনীমক লৈ। ওজা মরাং কায়বা, স্কুলগী পোৎ-চৈ অমদি শান্ন-খোৎনবগী মচাক শুনা লৈবা, লাইব্রেরি ফজনা লৈবা, চথোক-চৎশিনগী খুদোংচাবা অসিনচিংবগী য়েংলুরগা স্কুল অসি শীংথানবা য়াই অদুগা অমুক সিনেমা হোল নকপা, দুকান অমদি হোটেল নকপনা মরম ওইদুনা ছাত্রশিংনা ক্লাসতগী লৈথোকপা, ছুটি হুরানবা অসিনচিংবা কয়া তৌবা য়াবগী ফত্তবসু লৈ। স্কুল অসিদা খ্বাইদগী শীংথানবা য়ারবা অফবা ছাত্রদগীনা খ্বাইদগী ফত্তবা ছাত্র ফাওবা তম্মী। ওক্তবা, ছুটি লৈথোক্লনবা, মী ফূনগনবা ছাত্র কয়া য়াওই; অদুগা অকোয়বা মওঙ-মতৌ, ফত্তবা ফীবম কয়ানা করিমতা হুমদুনা পুবা ঙমদবা, হীরম খুদিংমক্তা মতৌ তম্নীংঙাই ওইবা অফবা ছাত্র কয়াসু য়াওই। অদুবু চাং ওইনা ময়ায় ওইবা অমদি ফত্তবা ছাত্রশিংনা মশীং খরদি হেল্লি।

স্কুল অসিদা তম্বা অয়াম্বা ছাত্রশিংগী হৈনবী অমা লৈ। হাফ হেক থাবগা ছাত্রশিংনা সড়ক্লোমদা মরী মরী থোক্তুনা হোটেল, দুকান, সিনেমা হোলনচিংবদা হেক হেক চৎলি। ঐসু জয়কুমার হায়বা ইমান্নবা অমগা লোয়ননা অদুম্না হেক হেক চৎলি। সিনেমা হোলদা থেৎপা পিকচর য়েংবা, ফিলম অনৌবা হোৎব্রা য়েংবা, মদু লোইরগা কাওজৈবুংগী খা নোংচুপ থংবা চুথেক অদুদা উগী মখোঙ উরুম লাংবা মফম অমদা ফল্লগা ক্বা চাদুনা চুরুট থকপা অসি ঐখোয়গী হৈনবী অমনি। চুরুট-ক্বাগী খরচ অদু ইবানী নোংমা নোংমা পুনৈ। মফম অদুদা ইবানী স্কুলগী হাফ কৌশিনবা মতম য়ৌরকপা অদু ফাওবা মখল-মথেলগী ৱারী — সিনেমাগী, কুম্মৈ-ফিওং, লীলা-ফলাগী, নূপীগী অসিনচিংবা — কয়া শাদুনা লৈ। ঐখোয়না মখোঙদা ফল্লিবা উপালদুগী মনাশিংদা নুংশিৎনা তপ্পা তপ্পা হুল্লকই, মাঙদা অশংবা নাপী মথক্তা নুংশানা য়ৈরি, অদুবু মীত্তি ঈংই, শাবা খঙদে। ঐখোয়না

নুংঙাইনা পোত্থাবা মওঙদা মখল-মথেলগী ৱারী কয়াশিংদু শারগা পুং তাবা মতম য়ৌশিল্লকপদা স্কুলগী চঙফম মপা অদোমদা য়েংলকই। মতম অদুদা কাঙজৈবুং অসি পুমহাঙ হাঙই, শহীদ মিনার শাদ্রি, মতাইদা লৈরিবা খনজিনবা দুকান ময়াম অসিসু অমতা লৈতে। ঐখোয়না ফল্লিবা মফম অদুদগী কাঙজৈবুং ফাওনা চৎলিবা লম্বী অমদি বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড অদু ইঙান ঙান্না উই। হাফতা থোরকপা ছাত্রশিংনা মরী মরী অমুক স্কুলদা হল্লিন্নখিবা অদু ফজনা উবা ফংই। ঐখোয়সু কাঙজৈবুং ফাওদুনা চৎলগা স্কুলদা অমুক চঙলকই।

জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লিবা ছাত্রশিংনা স্কুল ঙন্না কারক্লগা লম্বী ময়াদা লেপ্তুনা স্কুল কারকপী ছাত্রীশিংবু লক্লবা অসি হৈনবী ওইনা হেক হেক তৌই। অদুন্না তৌবা অদু ঐদি য়াওদে, অদুবু নূপীশিংবু মুন্না য়েংদুনা মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মগুণ, শক্তমগী ফজবা, লমচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ অসিনচিংবগী মরমদদি পুক্নীংদা তুমিন্না চাং ওনবদি তৌই।

মতম অদুগী নূপীশিংগা হৌজিক্কী নূপীশিংগা খেন্নবা য়াম্না লৈ। মতমদুগী ছাত্রীশিংদুগী মরক্তা সাইকল তোংবা খরতনি, মখোয় অয়াম্বনা লম্বীদা পূন্না পূন্না মখোঙনা চৎলি, স্কুলগী দ্রেস ফজনা শেৎলি (খরা নৌরিবা অঙাংশিংনা স্কার্ট শেৎপা য়াওই, অদুবু লৈশাবী অচৌবীশিংদি ফনেক লোইনা শেৎলি, ফি ইল্লি)। মখোয় লম্বীদা চৎপদা লাঙবা নত্ত্রগা কা হেন্না নোক-খেবা তৌদে, অয়াম্বা মতমদা চীংলেম্না চৎলি, নূপীগী ঈং-তপ্পা ফজবা হায়বদু মখোয়দা চপ চানা লৈ। কন্নাগুম্বশিংনা লক্করুবদা মখোয় পাক খুমদে, নাতৈ চাদবা খোলনা লক্করবা ফাওবা মখোয় লূকথদুনা খাঙই। নূপীগী চীংলেম্নীংঙাই ওইরবা শক্তম অদুমক্কি — থোৎ-নৌবী, ইকাইথীবী, লমচৎ-শাজাৎ, ফিজেৎ-চাকচাগী মরমদা য়াম্না চেকশিনবী, কিনা খনবী ঙাক্তনি। হৌজিক্কী মতমগী ফিজেৎ-চাকচা, হৌন-লোনচৎকী মরমদা থোইনা চেকশিন্দবী নূপীমচাশিং কয়া অসিগা মখোয়দুগা য়াম্না খৈন্নে।

# ৪

# নুংশিবা

মতম অদুদা ঐগী পুন্সীদা অহানবা ওইনা কনাগুম্বী নূপী অমবু নুংশিবা ৱাখল পোকপা হৌরকই। মহাকসি ঐগী পুন্সীদা মরু ওইবা মীশক অমনি, কল্পনা কয়াগী হৌরকফম ওইথিবী অমনি, ঐগী পূক্নীংনা মাবু শক্তমদা, লীচত্তা মপূং ফাবী ফিদমগী মশক অমনি হায়না খনখি। অদুবু মদু ঐগী মপূং ফাদ্রিবা ৱাখলনা চাং হেঞ্জিন্না খল্লুবনি, ঐ কোন্নদি খঙলকই মহাক ঐনা খল্লম্বা অদুমক্কুম্না মগুণ লৈবা, ফিদম্নীংঙাই ওইবী নূপী অমদি নত্তে।

মহাক্তু ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা হান্নসু মরক মরক্তা উখ্রবা মীশক্নি। মহাক্না য়াম্না পীক্লিঙৈদা লাই হরাউবদা রেশম ফুরিৎ লীৎলগা মমান্নবী অমগা লোয়ননা জগোই শাবা মতাং অমা ঐ ফজনা নীংশিংলি। মাগা ঐগা চাউরাক্না চহী লেঙ্গানি, মতম অদুদি অঙাং মশেল ওইনা ঐনা মাগী মরমদা করিমতা খনখিদে। অদুবু কোন্না নোংমদি মানা ঈনখৎলক্লবা মতমদা খঙহৌদনা মাগী ফজবা, পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইরবা শক্তম অদু উরুবদা মাবু মমল য়াম্লবী অমগুম খনবা হৌখি, মাগুম্না ফজবী অমতা সংসার অসিদা লৈত্রবগুম খনখি। মহাক মীয়ায় ওইনা চাউই, খোঙ-তোন মান্নে, কুলৈ কুচুদগী খরা হেন্না ঙৌই, মমায় কোয়দানৈ, নোকপদা উবা ময়া অদু য়াম্না ফজৈ, মীৎয়েংদা ৱাঙাওদা মীবু খোনবা ঙম্বগী মতৌ অমা লৈ। ঐ ইথন্তা খঙজৈ ঐ মাবু উরুবদগী নুংশিবগী অঙকপা কল্পনাগী তাইবঙ অমদা লুপ্তুনা লৈবা হৌরে। ৱাফম অসি ঐনা ইমান্নবা অমা-অনীদসু খঙহল্লি।

ঐনা মাবু নুংশিবা হৌরকখিবা অসি নোংজু পাম্থা মতুংদনি, নুংঙাইবা কুম্মৈ-ফিওং অয়াম্বা লোইখ্রবা মতমদনি। ঐ লাক্কদবা মথং চহীগী য়াউশঙদা মাবু য়েংবা অমদি উন্নগদবগী নুংঙাইরবা মঙলান অমদা তাউদুনা লৈ। ঐনা খল্লি মাবু নুংশিবা হৌরকপদগী করিগুম্বা অচৌবা কুম্মৈ অমতা থেংনদ্রি, হৌজিক্তি কুম্মৈ খূদিংমক্তা মাগা শরূক য়ামিন্নবগী নুংঙাইবা ফংলগনি, মাবু উবদা ঐগী মীৎ থল্লগনি।

ঐনা অসুম্না খল্লবসু মীশক অদুনা ঐবু করম্না খল্লিবগে, ঐবু নুংশিব্রা হায়বদি ঐ করিমতা খঙদে। ঐনা খনবা হায়ববু মহাক্না উন্নবা খূদিংদা ঐঙোন্দা য়েংলকই, মায়য়োক্লনা

উন্নবদা মমায় পুবা ঙমদনা লূকথদুনা চৎলি, করিগুম্বদা মমান্নবীশিংগা ৱারী শাদুনা চৎপদা ঐঙোন্দা মোমোন নোক্তুনা য়েংবা য়াওরকই অসিনি; পূন্নমক্তু মানা ঐবু নুংশিবগী খুদম্নি হায়না ঐ কোম্না লৌই। মতম অদুদা ঐনা ইচম চম্না মীনা হায়নবা ৱাহে, "ঐখোয়না কনাগুম্বা অমবু নুংশিরবদি মীশক অদুনসু ঐখোয়বু নুংশি" হায়বা ৱাফম অসিদা থাজবা অমা লৈ। মাবু নুংশিবগী সংসার অসিদা লূপখিদুনা ঐনা মাবু তাইবঙপাল অসিদা কনাগীসু নত্তে হায়না খনবা হৌরকই।

নোংমদি মহাক্না হায়খিবা ঐবু নুংশিবগী ইঙ্গিৎনি হায়না খনখিবা ৱাহে অমা লৈ। মদু ঐ কাউবা ঙমদে। ঐগী ইমাদু মতম কুইনা নাদুনা চখোকপা ঙমদবদগী ঐনা কৈথেলদা য়ূমগী য়েঙ্গাং-নাপী লৈবা হেক হেক চৎলি। ঐনা কৈথেলদগী খাউজাউ অমা য়াল্লগা হেক হেক য়ূমদা হল্লকপা অদু উবদা মহাক্কা মহাক্কী মমান্নবীশিংনা নোক্নীংনা থোক্লম্বা য়াই। নোংমা মহাক্না ঐঙোন্দা লক্লদুনা হায়রকখি, "কৈথেলদু ঐ ওইনা কাবীরগে।" মদু তাবদা ঐ নুংঙাইবনা পূক্নীং মথূম-মরাঙ হৌই।

নুমিত্তু ঐ য়ূমদা হল্লক্লবসু মাগী ৱাহে অদুতা নীশিংদুনা লৈ। "মদু তশেংনা নুংশিবগী ৱাহেনি, মানা ঐবু নুংশিবদগী হায়রিবনি," ঐনা অসুম্না হঞ্জিন হঞ্জিন্না খল্লি। ঐনা মমল য়াম্না খনবা, মাগী ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈরগা নুংঙাইরিবা মীশক অদুনা অদুগুম্বা ৱাহে অমা হায়রকপা হায়বসি তশেংনা ঐঙোন্দদি মপাল নাইদনা নুংঙাইবা অমনি। ঐনা লুনা তিন্নবা ইমান্নবা অমা-অনীদা মানা হায়রকপা ৱাহে অদু তম্মী। মখোয়না মদু তাদি তারবসু ঐগুম্না অদুক হাক্না লুনা খন্দে। নূপী অমনা নোক্নীংবা মতৌ অমা উরগা চুন্না ফাগী-জুগায় তৌদুনা নত্ত্রগা লক্লবা মওঙ অমদা ৱাহে অদু হায়রকপনি হায়না মখোয়না লৌরম্বা য়াই; অদুবু ঐঙোন্দদি মদু য়াম্না মরু ওইবা পুন্সী চূপ্পা কাউদবা ৱাহেনি। নুংশিবগী ইঙ্গিৎ উৎলকপদা মদুদগী হেন্না ফজবা ৱাহে অমা লৈতে হায়না ঐনা খল্লি।

নোংমা রিপব্লিক দে নুমিৎনি। অয়ুক্তা মীয়াম্না মসিবু অচৌবা কুম্মৈ ওইনা লৌদুনা সড়ক্তা চৎপা কনটিঞ্জেন্টশিং অদু য়েংগদবগী ময়ূম ময়ূমদগী থোক্লরকই। অসুম্না চাউনা থৌরম পাঙথোকপা অসি মতম অদুৱাইদা হৌরকপা কুইদ্রি, মীয়াম্নসু অনৌবা কুম্মৈ মখল অমা ওইনা মদুবু খৌরাংনা য়েংগদবগী ঙাইনৈ। ঐসু কুম্মৈদু য়েংবা থোক্লে। নিংথমথাগী নুংশা তরু তরু থোকপা অয়ূক অদু থোইদোক্না পূক্নীং হূনীংঙাই ওইবা অনৌবা শক্তম ওইনা উই, লম্বীদা চৎপা মীয়ামগী ইনিল অদুদা পূক্নীং লাঙতক্লবা পোকই। নুমিৎ

খজিক্তং হাইগৎলক্লবা মতমদা লম্বীদা ধোন থীন্দুনা কনটিঞ্জেন্ট ময়াম অদু লাকপা হৌরে। তিল্লিবা মীয়ান্না লম্বীগী নাক-য়েত্তা পৈদুনা লৈ, দলানগী মথক, কৈথেল-শঙগী মথক্তা ফাওবা কাখত্তুনা মীশিংনা য়েংনৈ। ঐসু ঠাকুর-বাড়ি মমাঙদা লম্বী ময়াদা লেপ্তুনা কুম্মৈদু য়েংদুনা লৈ; অদুদগী খঙহৌদনা উবক্লে নুপী পোৎফমগী দাবীদা লেপ্তুনা মহাকসু কুম্মৈ য়েংদুনা লৈবদু। (মতম অদুদদি ঠাকুর-বাড়িগা মায়য়োক্লবা দুকান পরেং অসি শাদ্রি।) মাগী মাযথোঙ অদু মীয়ামগী সমুদ্র অদুদা ইঙান ঙাম্থোক্না উই। মানা ঐবু য়েংলিবগুম ঐগী পূক্নীংদা ফাওই। মতম অদুদা ঐনা কয়া য়াম্না নুংঙাইখিবগে হায়বদু ৱাহৈনা থাবা ঙম্নবোই, কুম্মৈ অদুমক তশেংনা মহাক্কী মঙাল অদুনা হেন্না নুংঙাইবা অনৌবা শক্লোন অমা ওলহনখি, কুম্মৈদু মহাক্তনা থৱায় হাপ্লগুম তৌখি।

পূং অমরোম লম্বীদা পবেং লেংদুনা চৎপা কনটিঞ্জেন্টশিং অদু লোইখ্রবা মতুংদা কুম্মৈ য়েংলম্বা মীয়ামশিং অদু ৱা-ৱা কায়নখ্রে, থাপ্লপ্পা মায়য়োক্লনা লেপ্তুনা লৈরম্বা মাগী মূর্তি অদুসু মীযাম মবক অদুদা মাঙখ্রে, মানা লেপ্লম্বা পোৎফমগী দাবী অদু ইহাঙ হাঙলে। মতম অদুদা ঐগী পূক্নীংদা খঙহৌদনা লাঙতক্লবা ফীবম অমা লাকই, মীয়ামগী মবক অদুদা ঙহাক চঙক্লনা লৈ, ঐগী পূক্নীংবু ঙালহল্লম্বা শক্তম অদুনা খঙহৌদনা মাঙখ্রবদা মীয়ামগী সমুদ্র অদু ফাওবা অহাঙবগুম্না উবকই।

নুমিত্তু ঐ য়ুমদা হল্লক্লগা থৌদোক অদুতবু নীংশিংদুনা লৈ। কুম্মৈ অমদা মহাক্কা উন্নদুনা য়েংমিন্নবা অসি মদুনা অহানবনি।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। মীশক অদুদা ৱা অমতা ফোঙদোকপা ঙম্বগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈতে। মরক মরক্তা মাগা উন্নবদা য়েংলকখিবা মীৎয়েং, মীনোক্কী মতৌ অদু নুংশিবগী ইঙ্গিৎনি খন্দুনা মানা ঐবু নুংশি হায়বা অসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। মদুদা ঐ অদুম মপূং ফানা পেন্থোকপা ঙম্মী।

মাগা উন্নবা নুমিৎ অসি ঐগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনি। মহাক লাইরিক তমদবী নূপীমচা অমনি, পঙনা মপাল থোক্তে, নুংথিলদদি তোটি ঈশিং শোকপা হেক হেক থোরকই। ঐ নুংথিলদা মাগা উন্ননবা ফিরোল নান্না শেৎলগা কৈথেল কাবা থোকই। মরক মরক্তা মহাক লম্বীদা সনাবুন পুদুনা চৎপা থেংনৈ নত্ত্রগা তোটি ময়াদা ঈশিং য়াবা ঙাইদুনা লৈরম্বা য়াওই। মাগা উন্নরকপা নুমিত্তু ঐ নুংঙাইবনা য়ুমদা নুমিৎ চুপ্পা মাগী ৱাখলদা লৃপ্তুনা লৈ, করিগুম্বা উন্নদবা নুমিৎশিংদি ঐগী য়াম্না নীংবা কায়বা নুমিৎনি।

খঙহৌদনা নিংথমথা লোইখ্রে, বসন্ত মতম লাক্লে। মালেম পূম্বা উপালশিংগী অনৌবা য়েনীংনা লৈতেংদুনা অনৌবা শক্লোন হোংলে। নহানমখে ঐনা লাঙতক্পনা ঙাইরম্বা য়াউশঙগী কুম্মৈ অদু য়ৌরক্লে। মতম অদুদা ঐগী থম্মোয়না কুম্মৈ অদুবু কয়াদা হরাউনা তরাম্না ওকখিবা! মদু ৱাহৈনা থাবা ঙম্লরোই। ঐগী নুংশিবগী অনৌবা লীলাগী ফীজঙ অমা মদুনা হাইদোকপিরগনি হায়না খল্লি, কুম্মৈ মনুং অদুদা ঐনা মাগা উন্নগদবা মফমশিং — থাবল চোংফম, শেল মুনফম, লীলা তৌফম অসিনচিংবা কয়া নীংশিংদুনা নুংঙাইবা কল্পনা কয়া শাগৎপা হৌই, মদুদা মানা উৎলক্কদবা নুংশিবগী ইঙ্গিৎ কয়াগী মরমদা খন্দুনা লেল্লি।

য়াউশঙ মনুংদা ঐখোয়গী লৈকাইদা থাবল তোয়না চোংই। ঐগা ইমান্নবা অচৌ হায়বা অমগা ঐখোয় অনী অতৈ লৈকাইদা চত্তে, ঐখোয়গী লৈকাইদা থাবল চোংবা য়েংদুনা লৈ, ঐখোয় মতমদুদা থাবল চোংবসু হৈত্রি। থাবল চোংবা য়াওদ্রবসু থাবল চোংফমদা মহাক লাকপ্রা য়েংবা অসিনি ঐগী মপূং ওইবা থবক। করিগুম্বা মহাক য়াওরম্লবদি মহাকপু য়েংবদা অদুম নুংঙাইবা ঙম্মী। কুমদুগী য়াউশঙ মতমদু নোং খরা চুই, অতিয়াদু অয়াম্বা মতমদা অমুবা নত্ত্রগা ঙৌরুনবা লৈচিলনা কুপ্পুনা লৈ; অদুবু নোং হাংবা মতমদা থাবল চোংবগী থৌরাঙদি অদুম ফজনা তৌই। নোংমা নুমিদাং অমা মহাক ঐখোয়গী মনীংদা লৈবা শূমাঙ অমদা থাবল চোংবা য়াওবা লাকই। ঐগী মরুপ্পুগা ঐখোয় অনী খারিবা থৌরিগী ৱাংমদা লেপ্পুনা থাবল চোংবা অদু য়েংদুনা লৈ। ঐনা পূক্নীং চঙনা য়েংলিবা অসি মহাক্না থাবল চোংবা য়াওরিবা অদু কুম অমগী অসুম নুংঙাইনবা য়াওরিব্রা নত্ত্রগা মহাক্না কনাগুম্বা নক্না মরী লৈনবা মী য়াওব্রা অসিনি। মৈঙান্দা মী কুংনা চোংলিবা, মরক মরক্তা খোঙনা চত্তুনা কোয়রিবা অদুদা মহাক্না ঐখোয়গী মপা য়ৌরকপদা ঐনা মাগী মতৌ খুদিংমকপু মুন্না য়েংই; মহাক্সু ঐখোয়না লেপ্লিবা মায়কৈ অদুদা হেক হেক য়েংলকই। মাগী মায়থোঙদু নীংবা কায়বা মান্না মকালামদনা উই। মদুবু উবদা ঐনা খল্লি মহাক ঐগা চোংমিন্নবা ফংদবগী শোয়দনা পেন্দবা অমা লৈরমগনি। ৱাখল অদুনা ঐবু নুংঙাইবগী ময়াই অমা কাহল্লি। নূপা কয়ানা মাগা চোংমিন্নগদবগী তান্নৈ, অদুবু মদুদা মহাক পূক্নীং কয়া চঙদনা উই। মতম অদুদা ঐনা মাগী পূক্নীংগী ফীবম খুদিংমকপু উরবগুম তৌরকই, থাবল চোংবা য়াওরিবা নূপা কয়া অদুদগী ঐনা হেন্না নুংঙাইবগুম ইথস্তা খঞ্জরকই। ঐনা পূক্নীংদা নাপল অমগা লোয়ননা খল্লি মখোয়না মমল য়াম্না খন্দুনা তান্নরিবা

মহাক্তুনা মখোয়দা পুক্নীং করিসু চঙদে, মহাক্কী পুক্নীংদি ঐঙোন্দা থম্মী। চোংলিবা অরাঙবা মরক অদুদা মাগী মায়থোঙ্না ঐখোয়গী মপা য়ৌরকপদা মরক মরক্তা ঙাম্ম্রোরকপা, যন্ত্রগী ঈশৈ অমদি ধোন থীনবগী মখোল পূম্নমক অদু ঐঙোন্দা শুক্নাৎনা থোকই। ঐনা খল্লি মহাক্না নুংঙাইরমগদবসি ঐনা থাবল চোংবা য়েংবা লাকপা অদুদনি, মহাক্না থাবল চোংবা য়াওবা অদুদা নত্তে। (ঐগী ৱাখল অদু কয়া য়াম্না চুম্নমগদগে খঙদে, অদুবু মতম অদুদদি ঐ চপ য়ুংনা মদু অচুম্বনি হায়না খল্লি।) অসুম্না নুংঙাইবা ৱাখল অমদা লূপ্তুনা য়েংলিঙৈদা খঙহৌদনা অতিয়াদা নোং খোংবা, নোংথাঙ কূপ্না হৌরকই, নুংশিৎসু খরা শীৎপা হৌরকই। অতিয়াদু অমুবা লৈচিলনা পাকশন্না কূপখ্রে। ইকুই কুইদনা নোংনুংশিৎ তৌরকপদগী থাবল চোংবা অদু কায়খ্রে।

নুমিদাং অদুদা ঐনা লাঙতক্নবা ৱাখল অমগা লোয়ননা য়ুমদা হল্লকই। অহৌবা নোং খোংবগী মখোল, ৱাপল-উপল হুমদোক্তুনা শীৎপা নুংশিৎকী শউম অমদি মদুনা পুরকপা লন্না লন্না তারকপা অচৌবা নোংগী মরীক পূম্নমক্তুনা ঐগী নুংঙাইরবা কুম্মৈ অদু থুগায়খিবদা নুংঙাইখিদবদু ঐ ঙসিসু নীংশিংলি।

য়াউশঙ মতুংদা তৌবা লীলা কয়াদসু মহাক্না ঐগা য়েংমিন্নৈ। ভাবক মরক্তা ঙাল্লিবা মাগী মায়খোঙ অদু উরগা নুংঙাইবা ভাবকী রাগ কয়া শাগৎলি, ঐ লীলাদা পুক্নীং কয়া চঙলুদনা মাগী মায়থোঙবু য়েংদুনা লৈ। মহাক্নসু ঐবু য়েংলকই হায়বগী নুংঙাইবা কল্পনাদা তাউদুনা লৈ।

কাং মতমদসু মান্দোপতা তৌবা কুম্মৈ, লীলা-ফলা কয়া নোং ঙানবা ফাওবা য়েংমিন্নবা য়াওই। মতম অদুদা তৌবা কুম্মৈ-ফিওং, খূবাক-ঈশৈ, মাইক্কী অমদি লীলাগী মখোল অদু তোপ তোপ্পা অঙকপা ময়াই অমা য়াওই। কাং মনুংগী কয়াদি ঙান্দবা তরু তরুবা থাবল অদু থোইদোক্না য়েংবদা নুংশিবা পোকই। মদুগী থোইদোকপা মমল অমা য়াওবগুম নীংই।

৫

# ঈনখৎলকপা মতম

ঐনা ক্লাস আইট তম্লকপা মতম অদুৱাইদা ইশাগী ৱাংবা, চাউবা হেনগৎলকপদু পূৰক্লীংদা য়াম্না মৰু ওইনা লৌই। নুংদা অঙকপা অহোংবা ৱাখল কয়া লাকই। ঐ খোঙ্গ্রোউ অচোনবা শেৎলে। স্কুল কাবদা মতম অদুগী স্কুলগী ড্রেস — লাইট ব্লুগী খোঙ্গ্রাউ অমা শেৎলি, ফুরিৎ অঙৌবা লীৎলি। অচম্বা লংজমগী ফিজোল অদু ঐনা য়াম্না মমল য়াম্না খল্লি, খোয়দানা শেৎলি, মদু শেৎপদা মওঙ তাব্রা তাদব্রা হায়বসি য়াম্না মুন্না য়েংই। মৰু ওইনা খোঙ্গ্রাউ অদুনি ঐনা লুনা খল্লিবা। মতম অদুদা খোঙ্গ্রাউ মতোন অখুবা অসি চৎনৈ, কন্নাগুম্বশিংনা য়াম্না খুনা ইঞ্চি তরানীথোই নত্ত্রগা তরাহুমদোইদা লাওনা তপ নপ্পা শেৎনবা য়াওই; অদুবু ঐগীদি অদুক য়াম্না খুদে, ঐগী খোঙ্গ্রাউগী মতোন্দি ইঞ্চি তরাতরূক লাওহল্লি। মদু শেৎলগা ঐনা মিংশেলগী মমাঙদা লেপ্তুনা মওঙ তাব্রা তাদব্রা হায়না কুইনা য়েংবা য়াওই নত্ত্রগা ইশা ইথন্তা ইশাগী ফীবমদু য়াম্না তোয়না তোয়না হস্থনা য়েংজে। চাউবা ঈনখৎলকপা মতম অদুদা ফীবম ফজবা অসি য়াম্না পাম্মী, শেৎপ-চাবগী মরমদসু য়াম্না মৰু ওইনা লৌই। মী অতৈ — ইমান্নবশিং নত্ত্রগা ওজা পাখংশিংনা শেৎপা মওঙ অদু মুন্না য়েংই। করিগুম্বদা ফীবম ফজবা, ফিজেৎ নান্না শেৎপা ওজাশিংগী মতৌ তম্নবা হোৎনৈ।

ঈনখৎলকপা মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা লৈচিলবু পুবগুম অপুনবা মায়কৈ অমদা পুবা মতম অদুদা স্কুলগী ইমান্নবা কয়া গুণ্ডা ওইবা, মী খৎনবা, ডাকুগী থবক তৌবা কয়া য়াওই; মদুদা মখোয় মতিক লৈবা, চীংলেম্বা, মওঙ তাবা ওইনা খন্নে। সমাজদসু অসিগুম্বা নহারোল কয়া থোরকই। থাবল চোংফমদা, লীলা য়েংফমদা খোঙ্গ্রাউ য়াম্না খুবা শেত্তুনা ফুরিৎকী কোলর থেক্কৎলগা শীংজঙ মচা নত্ত্রগা থাঙ য়েপ্তুনা লাকই, অদুগা মখোয়না কুম্মৈ তৌফমশিং অসিদা থাঙনা থিন্নবা, শীংজঙনা য়ান্নবা নত্ত্রগা নুংনা থানদুনা মকোক থুগায়নবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। অসিগুম্বা মখোয়গী মতৌ অসি ঐ য়াম্না হঙ্গোইনা খল্লি, য়ারিবমখৈ অসিগুম্বা মীশিং অসিদগী লাপথোক্নবা হোৎনৈ। গুণ্ডা ওইবদা

মমিং চৎপা অসি পাম্নবা, লেম্নবা ওইনা খনবা নহারোল কয়া লৈ।

নোংমদি অসিগুম্বা মমিং চৎপা গুণ্ডা অমগী শাথিবা মতৌ অমা ঐ উখ্রে। স্কুল মনাক্কী লম্বীদা মহাক্কা চৎপদা ইমান্নবা অমনা অতোপ্পা ইমান্নবা অমদা মীশক অদুগী মমিং পন্দুনা মখুৎনা খজিত্তং থিন্দুনা মশক তাক্লুরে। মদু গুণ্ডা অদুনা উখিদুনা মাবু মশক তাক্লুরিবা ইমান্নবা অদুবু তান্নরগা খোঙপাক্কা কাওদুনা থীনা ক্ষুরম্মী। অদুক তমথিবা মী অদুগী শকফম-মূর্ত্তি অদু উবদা ঐ তশেংনা অকিবা পোকই। মতম অদুদা গুণ্ডাশিংনা মী ফূবা, করিগুম্বদা মকোক থুগায়বা অসি য়াম্না তোয়না উখ্রে। অদুনা ঐ মখোয়বু উবদা নুংশাথীনা হন্দোকই, ফিজেৎ-চাকচাদা মখোয়গী মতৌ তম্বগী ৱাখল কৈদৌঙৈদসু খন্দে। ঐগী ঈনখৎলকপা মতমগী ৱাখলদু অতোপ্পা ঐগী পামজবা হীরমশিংদা ঈথৈ পীদুনা ইথন্তগী ওইবা মওঙদা কেনবা হোৎনবা, কুম্মৈ-ফিওং, সিনেমা য়েংবা অসিনচিংবদা মরু ওইনা পূক্নীং চঙদুনা লৈ।

## ৬

# এক্সকরসন

নোংমা স্কুলদা ছাত্রশিং এক্সকরসন চৎনবগী নোটিশ অমা থোরকই। মদু মণিপুরগী মপান্দা কলিকাতা, দিল্লী, আগ্রানচিংবা চৎনবগীনি। অসুম্না অথাপ্পা লমদা এক্সকরসন চৎনবা সরকারনা থৌরাঙ অমা শীল্লকপা অসি হায় স্কুলগী থাক্তা তল্লিবা ছাত্রশিংগীদি ঐনা খঙবদা মদুনা অহানবনি। ঐ নোটিশ অদু উবদা এক্সকরসন চৎপা অদু য়াওনীংবনা লাঙতক্লে। অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদদি লংফৈ চৎপা অসি য়াম্না নুংঙাইবা অমনি হায়না খল্লি। মদু চৎপা য়াওরবদি ইমান্নবা কয়ানা উবা ফংদ্রিবা অঙকপা তোঙান তোঙানবা লম কয়া উবা ফংলগনি খল্লুবদা মদু য়াওনীংবনা ঐগী পুক্নীং অদু মথূম-মরাঙ হৌই। ঐ কনাগুম্বা লংফৈদা চৎলুরবা ইমান্নবশিংনা মখোয়না উরকপা ফজরবা সহরশিং, ফুরা-দলান, অঙকপা মফমশিং অদুগী মরমদা নাপল অমগা লোয়ননা ৱারী শারকপা তাবা য়াওখ্রে। ঐসু মখোয়গুম্না লংফৈদা অমুক্তং চৎপা ফংলবদি নুংঙাইগনি হায়না পুক্নীংদা খনখি। অদুনা হন্দক্কী এক্সকরসন চৎপগী ৱাফম অসি লাকপদা ঐ অসুক য়াম্না য়াওনীংবগী ঈথৌলাংবা পোক্লিবনি।

নোংমদি এক্সকরসন চৎপদু য়াওনবা ছাত্রশিং খনবগী থবক অদু তৌবা হৌরকই। মদু য়াম্না চম্না তৌই। ঐখোয়গী হেডমাষ্টর ওজা কালাচান্দ শাস্ত্রীনা ক্লাসশিংদা মথং মথং চঙদুনা এক্সকরসন চৎপা য়াওবা য়াবা ছাত্রশিংদু খল্লি। নুমিত্তুদা মহাক্না কা মথং মথং চঙলুরগা ঐখোয়গী ক্লাস অদুদা খঙহৌদনা চঙলক্লে। মহাক চঙলকপদা ঐখোয়বু তম্বীরিবা ওজা অমদি ঐখোয় পূম্নমক লেপখত্তুনা মঙোন্দা ব্যবহার উৎলি। ঐখোয় পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈ, ঙহাক্তং ক্লাসতু পুমচীক চীকই। মহাক ইচম চম্না মখূত্তা রেজিষ্টর অমা পায়দুনা চঙলকই, চৈ পায়রক্তে। (নহালমখৈ স্কুল কম্পাউণ্ডদা লমহেনবা নত্ত্রগা ছুটি লৈথোকপা ছাত্র য়েংবা থোকপদদি মখূত্তা লীচৈ অমা ইতৎ তত্তনা পায়বনি।) মহাক্না ঐখোয়বু ফমহল্লগা টেবল ময়াদা লেপ্তুনা এক্সকরসন অদু চৎপগী অমসুং মদুগী কান্নবগী মরমদা জ্ঞান তানা, মরক মরক্তা মমীৎ উইশিন্দুনা লূকথরগা মচা খায়না, ময়েক শেংবা খোঞ্জেলদা

অনেম-অৱাং নাইনা ঙহাক ঙাঙবা হৌরকই। মাগী ৱাঙাঙ অদুনা ঐখোয় পুন্নমক্কী পূরক্কীংবু চিংশিল্লি। মানা মদু ঙাঙবা লোইরগা মহাক্না ছাত্র খনবগী থবক অদু তৌনবা থৌরাঙ তৌদুনা ঐখোয়দা হায়রকই, "নখোয় চৎপা য়াওনীংবমখৈ লেপখৎলু।"

ঐখোয়গী ক্লাসকী ছাত্র অয়াম্বা লেপখৎনরকই। ঐসু লেপখৎপা য়াওরে।

মহাক্না মহাক্কী অথৌবা মমীৎ অদুনা আনোক মনুংদগী খরা লুরাক্নদা লেপখৎলক্লিবা ছাত্র ঐখোয় ময়ামদা ঙহাক তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। ঐ খঙই মহাক্না য়েংলিবদু চহী নৌরিবা, চাউবা মপূং ফাদ্রিবা ক্লাস আইটকী ছাত্র ঐখোয়গী মরক্তগী খরা হেন্না ৱাংবা, মপূং ফানা উবা ছাত্র খল্লিবনি। ঐ পূরক্কীং লাঙতক্নদা লৈ, মীকুপ অদু ঐঙোন্দদি য়াম্না মরু ওইবা মীকুপনি, মরমদি ঐনা ঈখৌলাংনা নীংলিবা অনীংবা অদু থুংবা নত্রগা থুংদবা হায়বসি মীকুপ অদুদা লেপকদৌরিবনি। ঐসি মাগী মীৎয়েংদা মপূং ফানা চাউনা উরমগদ্রা হায়বসি লাঙতক্নদা খল্লি। ঐ খোঙ্গাউ অশাংবা শেক্তুনা পাখং শারবসু ঐখোয়গী ক্লাসকী লেপখৎলক্লিবা ছাত্রশিং অদুগী মনুংদা ঐঙোন্দগী চাউবা হেনবা, লিংনা উবা, ঐঙোন্দগী চহী হল্লমগদবা মানবা ছাত্র ফনা য়াম্না য়াওই। হেডমাষ্টরনা লেপখৎলিবা ছাত্র অতৈশিং অদুদা মথং মথং য়েংলক্লগা ঐগী মপা য়ৌরকপদা ঐগী ফীবম-মূর্ত্তি অদু ঙহাক মুন্না য়েংদুনা লৈ। মতম অদুদা ঐগী থবাক্কী মিহুল অসি তীং তীং চোংই, ঐসি মাগী খন্নীংবা মীতা ওইরমগদ্রা ওইরম্লোইদ্রা হায়বসি য়াম্না খঙনীংই, মীকুপ অদুদা ঐগী ৱাংবা, ফীবম পুন্নমকপু ইথন্তা নীংশিংই। খঙহৌদনা মহাক্না ঐবু য়ানীংবগুম তৌবা মতৌ উত্তুনা ঙহাক লেপ্তুনা লৈনবা হায়রকই। অসুম্না মহাক্না অহানবগী খনগৎপা ওইনা ঐসু য়াওনা ছাত্র খরা লেপ্তুনা লৈহল্লগা অতৈশিং অদুবু ফন্নবা হায়রকই। মহাক্না অহানবা খনগৎপা ছাত্র মশীং অদু খরা য়াম্লে, ঐখোয়গী ক্লাসকী য়াওফম থোকপা মশীংদগী হেনখ্রে, অদুদগী মহাক্না লেপ্লিবা ঐখোয়শিংদুগী মরক্তগী মঙাগুম্বদং অমুক খন্নবা হোৎনরকই। মহাক্না ঐখোয়গী মরক্তুদগী খ্বাইদগী ৱাংবা, মশা-মউ লিংনা উবা মঙাখক্তং খনগৎলগা অতৈবু অমুক ফন্নবা হায়রকই। অকোনবগী ফন্নবা হায়রকপা হায়বদি এক্সকরসন চৎপা য়াওদনবা খত্তোরকপা ছাত্রশিং অদুগী মরক্তা ঐসু য়াওরে।

হেডমাষ্টরনা ছাত্র মঙা অদুগী মমিং, রোল নম্বরশিংদু হংলগা রেজিষ্টর অদুদা ইশিল্লগা ইথৌ থৌশাদনা থুনা ঐখোয়গী ক্লাসতগী থোকখ্রে।

ঐ নীংবা কায়না লৈহৌরে। হেডমাষ্টর চৎখ্রবা মতুংদা ঐখোয়গী ক্লাসতা লাঙবা

হৌরকই, চঙলম্বা ওজা অদুনা লাইরিক অমুক তম্বীনবা হোৎনরবসু মায়পাক্লে। ছাত্র অয়াম্বগী পূক্লীংদু চরাঙনদুনা লৈ। অসুম্না লৈরিঙৈদা পূং তাশিনখ্রে, ঐখোয়গী ক্লাসকী ওজা অদু থোকখ্রে।

নুমিত্তু ঐ হৈনীংদনা য়ূমদা হল্লকই, খনখ্রিবা ছাত্রশিং অদুবু পূক্লীংদা কল্লকপা পোকই, চাউবা খজিক্তং মপূং ফাহৌদবদগী খনবা অদুদা য়াওহৌদবনি খল্লুবদা য়াম্না পেন্দবা পোক্লকই। মতম অদুদা ইমাসু নাদুনা লৈ, ঐনা ইমুংগী মীশিংদা এক্সকরসন চৎপা অদু য়াওবা ফংলোইদৌরে হায়না নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লুবদা মখোয় কনামতা ঐগী ৱাফমদু লুনা লৌদে, ঐগী পূক্লীংদা লৈরিবা চৎনীংবগী ঈখৌলাংবা অদু মখোয়না মুন্না খঙদে। ইমা নারিঙৈ মতম অদুদা য়ূমদগী চখোকপা ফত্তে হায়দুনা ঐবু খল্লক্তবা অদুদা ফরে হায়বগী মওঙদদুম হায়রকই।

ঐ মদুগী মতুং নুমিৎ খরনিদু থৱায় নুংঙাইরমদ্রবসু মতম খরা লৈরগদি পূক্লীং খরা ঈংথখ্রে, এক্সকরসন চৎপগী ৱাদু কন্না খল্লুদ্রে। স্কুলদসু মদুগী ৱাফম অদু কয়া ঙাঙনখিদ্রে, নমশিন্দুনা লৈবগুম তৌখ্রে। সরকারদগী মদু চৎনবা পৈশা তান্নরি হায়বনচিংবগী ৱাদি মরক মরক্তা তায়।

মতম খরা হৌখ্রে, ক্লাস আইটকী পরীক্ষা লোইখ্রে। নোংমা স্কুলদা চৎলুবদা এক্সকরসনগী ৱাফম অদু অমুক নৌহৌনা কন্না হায়নরকপা তারে। ছাত্র খরনা ঙাঙনরকই মদু মার্চ থাগী হৌগৎলকপদা চৎলগনি। ঐঙোন্দা খজিক্তং নুংঙাইবা পাউ অমনা এক্সকরসন অদুগীদমক খনখিবা ছাত্র খরদি ডিপোজিৎ লূপা য়াঙখৈ থমখ্রবা মতুংদা চৎলরোই হায়রকপদগী মখোয়গী মহূত্তা অনৌবা ছাত্র খরা য়াওহল্লগনি হায়বা অসিনি।

ঐসু ইমান্নবশিংদা হায়নদুনা অসুম্না খনখ্রগা চৎপা য়াওরোইদবা ছাত্র থিরে। উচিন নাচিন্না চৎপা য়াওরোইদবা অদুগুম্বা ছাত্র অমা থেংনদুনা ঐ মাগী মহূত্তা চৎকে হায়না ঙাঙনরে। ঐনা মঙোন্দা মানা থমখিবা ডিপোজিৎ লূপা য়াঙখৈখক অদু হঞ্জিল্লে। ৱাফম অদু মরী লৈনবা ওজাশিংদা খঙহন্দুনা ঐগী মিং অদু মখোয়দা পীখ্রে।

য়ূমদসু ঐগী চৎনীংবা মতৌ অদু উবদা ঐবু অমুক কন্না খাম্বা তৌদ্রে।

ঐ এক্সকরসন অদু চৎপগী নুংঙাইবা ৱাখলগী রাগ কয়া শাগৎপা হৌরকই, মদুদা পুগদবা পোৎ-চৈনচিংবা লৈদুনা থৌরাঙ তৌবা হৌরে। নুংঙাইবা ৱাখলগী রাগ কয়াশিং অদুগী মনুংদা খঙহৌদনা ঐগী নুংশিবা মীশক অদুগী মরমদা নীংশিংলুবদা পূক্লীংদা খরদং

অৱাবসু পোক্লকই, মরমদি মতম খরদি ঐহাক মাগা উন্নবা ফংলোইদৌরে। ইশামক অসি মঙোন্দা য়াম্না মরু ওইবদৌনা খল্লকই অদুগা মহাকপুসু কায়নরমদাই অদুদা হেন্না পূক্নীং নৌথবা মওঙদা নুংশিবা পোক্লকই। ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অমদি ঐনা মঙোন্দা নুংশিবগী ৱাহৈ অমতসু ফোঙদোকখিদ্রিবা মরম্না নুংশিনবা মী অতৈনা তৌনবগুম্না কায়নরমদাইগী মতমদা মঙোন্দা বিদায়গী ৱাহৈ অমতা হায়রম্বা ঙম্লোইদৌরে হায়বা অসিনি। পূক্নীংদদি ইথত্তা খল্লি মফম খঙদনা ঐনা মতম খরা লংফৈদা কোয়দুনা মাঙখিবা মতমদুদা মহাক্না ঐবু উদবগী লাঙতক্লবা ৱাখল অমা শোয়দনা পোকহৌগনি, অৱাবগী চিন্তা কয়া শোয়দনা তৌহৌগনি। অসুম্না খনবা অদুনা ঐবু মওঙ অমদা নুংঙাইহল্লি, পূক্নীং য়াম্না নৌথহল্লকই; অদুগা অমুকসু কায়নবগী অৱাবা, নুংনাংবা ৱাখল কয়ানা ঐগী থম্মোয়দা মৈশা পীরকই।

এক্সকরসন চৎকদবা নুমিৎ অদু ইং ১৯৬২ গী মার্চকী তাং ২ দনি।

হয়েং চৎকনি হায়বগী অহিং অদু ঐখোয় চৎকদবা ছাত্র খূদিংমক স্কুলদা লেক্লবা ওজানা হায়বদগী ঐ নুংদাংদা চাক চারগা বেডিংগা এয়ারবেগ অমগা পুদুনা য়ুমদগী স্কুলদা চৎলি। ঐনা জ্ঞান তারকপদগী পুন্সীগী অহানবা ওইনা শাংখ্রবা লমশাং অমা চৎপগী ৱাখলদা থোরকপা অদু পূক্নীং য়াম্না নুংশি, করিগুম্বা অঙকপা হায়ফম খঙদবা ঈখৌলাংবা, থৌনা অমদি কল্পনা অমগা ঈরোইনৈ। স্কুলগী কা অমদা ছাত্র ঐখোয় ময়াম তুম্ফম ওইনবগীদমক থৌরাঙ তৌদুনা পোৎ-চৈ থম্লে। ঐখোয় ময়াম মদুদা পুন্দুনা মখল-মথেলগী ৱারী শানবা হৌই। ঐখোয়গী ফিজেৎ, মওঙ-মতৌ খূদিংমক অদুদা করিগুম্বা অহোংবা খরা লৈ; অনৌবা আশা, নুংঙাইবগী ৱাখল কয়ানা থল্লবা ইমান্নবশিংগী মায়থোঙ খূদিংমক মকালাম্মী। নুমিৎ অদুদা ঐসু পাখংগী মওঙদা ঙকশমদা কাংচেৎ মচুগী মফলা অমা য়েৎলি (মদু ইপুবোক্না ঐঙোন্দা চৎলমদাইদা পীরকপনি)।

নুমিদাং অদু ছাত্র খরনা স্কুলগী লেকফম কাদা, ভেরেন্দাদা, কম্পাউণ্ডদা ৱারী শাদুনা লৈ, খরনা বাজাররোমদা পোৎ-চৈ অৱাৎ-অপা লৈবা চৎনখিবা য়াওই। ঐসু ইমান্নবা খরগা লোয়ননা ঙহাক চখোক্তুনা দুকান্দগী মখোয়গী পোৎ অমা-অনী লৈবা য়াওমিন্নরুই। মদুদগী হল্লক্লগা স্কুলদা লেঙদনা লৈরে।

ঐখোয় খরা বেডিংদা নত্ত্রগা স্যুটকেসতা ফমদুনা ৱারী শানরকপদা ইমান্নবা অমা-অনীনা ডাইরিনচিংবা পুথোরক্লগা করিগুম্বা খরা ইশিনবা উরকই। মদু উবদা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা জ্ঞান অমা লাকই, ঐদি ডাইরি হায়বসি অমুক্তা শীজিন্নবা খঙদ্রি, অদুবু লংফৈ

চৎলবদি ডাইরি অমা পুবা হায়বসি য়াম্না দরকারনি, ঐখোয়না চৎপদা থেংনরকপা, উরকপা খুদিংমক মদুদা ইশিনগদবনি হায়বসি খল্লকই। ঐ হৌজিক্তা দুকান্দা চৎলুরবসু মদুগী ৱাদু খঙদবা মরম্না ডাইরি অদু লৈরকহৌদে। ঐনা ডাইরিগী অপাম্বদু ফোঙদোক্তুনা হায়বা মতমদা ইমান্নবা অমনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐঙোন্দা অহেনবা ডাইরি অমা য়াওরি, নহাক লৈরগেরা?"

"কদায়নো ঐ অমুক্তা য়েংগে," ঐনা হরাউনা হায়।

মহাক্না ফুরিংখাড়দগী অপাকপা নুরৈনবা মচুগী ডাইরি অমা পুথোরকই। মদু মহাক্না খাল্লা পাগরিবা অথাবা ফজবা ডাইরি অমদগী য়াম্না হস্থবা মখলগী ডাইরিনি। অদুবু তাক্লা [illegible] পুথোরক্লিবা ডাইরি অদু য়াম্না মরু ওইনা খন্দুনা মদু পায়দুনা য়েংলগা [illegible] মঙোন্দা হংঙ, "মসিগী মমল কয়ানো?"

"মথায় অমনি।"

ঐনা মঙোন্দা পৈশা অদু পীদুনা ডাইরি মচা অদু মঙোন্দগী লৈরে। মদু লৈরবা মতুংদা ঐগী অৱাৎ-অপানচিংবা থোইনা করিমতা য়াওদ্রে।

নুংদাং থেঙজিল্লক্লবদা ঐখোয় ময়াম স্কুলগী কা অদুদা বেডিং তিংথোক্তুনা হীপ্লে। অদুবু অহিং অদু ঐ পূক্নীং চরাঙ-খোইরাংনদুনা তূম্বা য়াদে। নোং ঙানফাত্রিঙৈদা ইমান্নবা কয়া মাঁকপ থোক্তুনা ৱারী শানবা হৌরকই। ঙহাক্কী মতুংদদি মখোয় খরা হৌগৎনবা হৌরকই। ঐসু তূম্বা য়াদদুনা অদুম হৌগৎলে।

মার্চ থা ওইরবসু নোংঙাল্লমদাইদু ঈংই, অঈংবা নুংশিৎনা তপ্পা তপ্পা শীৎলি। মল্লি মল্লিবা মতম অদুদা স্কুলগী কম্পাউণ্ড, সড়ক, কৌবীলা পাম্বী পুন্নমক অদু অনৌবা শক্তম ঙাক্তা ওইনা মিত্তা উই। ঙহাক্কী মতুংদা নোং ফনা য়াম্না ঙাম্থোরক্লে। এম, এস, টি, গী অশাংবা বস অমা স্কুলগী নোংপোক থংবা গেট মপাদা কৌবীলা মখোঙদা থাররে। ঐখোয় থৌরাঙ পুন্নমক লোইশিন্দুনা বস অদুদা পোৎ-চৈ হাপকৎনদুনা তোংখৎলে। ঐখোয়বু এক্সকরসন চৎপা অদুদা পুবীগদবা ওজাশিং — অমুমচা, মণি, সূর্যমঙ্গল মখোয় অহন্না অৱাৎ-অপা খুদিংমক য়েংশিনবীরগা ঐখোয়বু লমজিংবীদুনা ঐখোয় খোঙচৎ অদুগী যাত্রা তৌবা হৌরক্লে।

খরা চৎলবা মতুংদা নুংশা তরং তরং থোরক্লে, অতিয়াদু তশেং তশেংই, বসন্ত মতমগী ইনৌ নৌবা পূক্নীং হুনীংঙাই ওইবা ফজবা মতৌ অমা লৈ। গাড়িদা তোংনা তোংনা পুঙ্গীগী

অহানবা ওইনা যাম্না থাপ্পা মফমদা চৎকদৌবিবনি হায়বগী ৱাখলদা পূক্নীংদু মথুম-মরাঙ হৌই। তুং হন্না লৈহৌবা লৌবুক-লম্নাঙ, চীং-মান কয়া গাডিগী থোঙনাউদা উবা মতমদা পূক্নীং নৌথরকই, য়ুমগী মী কয়াবু নীংশিংলকই। তম্পাক্তা ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা চীং কাখৎলক্লে। থেক-খোযনা লৈবিবা লম্বী মযাদা লুনা লৈবিবা লোকখা উবকপদু অকি-তুজুংবা পোকই, অদুবু চাংগী থোইদোকপা নীংথজবা মতৌ অদুদি পূক্নীংদা য়াম্না মমল যাম্না খল্লি। তুবেলগী খোঙনুংদা শংত্রিক শংবা ঈশিংগী মবক্তা লৈরিবা অচৌবা নুংজাউর্শিং, তুবেল ৱাংমদা লৈবা অশূকপা অকিবা ফংবা উমংশিং, লফ্ পাম্বীনা থন্না হৌবা অঙম্বা চাংমাযশিং -- পূম্নমক অদু উবদা ঐগী থম্মোযদা মপাল নাইদ্রবা নুংঙাইবা ৱাখলগী ঈথক কযা হৌবকই। ডিমাপুবগী লম্বী অসি ঐ মতুংদা কযাবক হন্না চৎখ্রে, অদুবু অঙাং ওইবিঙৈদা (ঐনা জ্ঞান তাবকপদগী) অহানবা ওইনা চৎখিবা অদুদা পূক্নীংদা ফাওখিবা অঙকপগা মপাল নাইদ্রবা কল্পনাগা ঈবোইনবা নুংঙাইবা অদুদি মতুংগী খোঙচৎশিংদা অমুক্তা ফংখদ্রে। খোঙচৎ অদুদা উখিবা চীংগী দৃশ্য পূম্নমক পূক্নীং হুনীংঙাই ওইখি, উমংগী মী তাদবা অকিবা ফংনা শূক্লবা মফমশিংবু উবদা অকি-তুজুংবা পোকখি, অদুবু পূক্নীংনদি মীনা যৌঙম্লবোইদবা মানবা অশূকপা উমংশিং অদুগী মনুংদা যৌনীংবনা ঈখৌলাংখি, মখোযদুগী মনুংদা কবিগুম্বা অঙকপা মীনা খঙদবা প্রকৃতিগী শুদ্ধৎযাইগী মশক ওইবা শক্রোন অমা লোত্তুনা লৈবিবগুম নীংই। তশেংনা শাংলবা চীং লম্বী অসি চৎপদা ঐ মঙলানগী তাইবঙ অমদা লূপ্তুনা লৈ।

ঐখোযনা ডিমাপুর য়ৌবদু নুংথিল ফনা থেঙলে। জ্ঞান তাবকপদগী অহানবা উবা ডিমাপুবগী শক্তম অদু ঙক্না থোকই; শাংলবা বেলগাড়িশিংনা যাঙনা চেনবগী শক্তম, মখোযগী মখোল, অয়াকপা হোর্নগী মখোল, কোইলাগী অমুবা মৈখু, মনম, বেলরে স্তেসন মনাক্তা কুলিশিংনা হাথু হাথু চেনবা মতৌ, লংফৈ চৎপা মীশিংগী অমগা অমগা উনদবা হোবে হোবে চৎনবা মওঙ, কা হেন্না চরাঙনবা মতৌ পূম্নমক অদুনা ঐবু থক্কৎপা পোকহল্লি। ঙসাযমখৈ গাড়ি তোংবদা কযা চোকথবা খঙদ্রবসু মফমদু য়ৌরগদি চোকথবা পোক্লকই। ঐখোয় ছাত্রশিংনা মশা মশাগী পোৎ পুজদুনা ওজাশিংনা লমজিংবা মায়কৈ অদোমদা চৎপা হৌরক্লে।

ঐখোয় ডিমাপুরদা উগী মথোল অনী শাবা মৈতৈ হোটেল অমদা থুংই। মী ময়াম চৎপগী চরাঙনবা, পোখাফম খঙদবা অমদি অদম থেংনবা হৌরে। মপং ফাদ্রিবা ছাত্রশিং

অদুনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা শাজৎ, অপাম্বা, অনীংবা মওঙ কয়া ময়েক শেংনা উখোরকপা হৌরকই। খরনা হোটেলগী দলান মথক্কী কাদা লৈহৌই, খরনা কোয়বা চৎখি, হোটেলদা লৈহৌবশিং অদুগী মনুংদা ঙাওশিন্নবা ছাত্র খরনা হোটেল মপুগী মশক-মতৌ ফজবী মচানুপী অমবু লক্লবা ফাওবা য়াওরকই। চালাক লৈবা শাদুনা ছাত্র খরনা পোৎ য়োনফম অমদি লম্বীদা হিন্দী লোনবা হৌরকই। মণিপুরগী মপান্দা থোকপগী মেন তাদবা, চরাঙনবা, ইঙাও ঙাওবা মতৌ অমা ছাত্র ময়াম অদুগী মতৌদা উবা হৌরকই।

হোটেল অদুদা অহিং লেক্লগা ঐখোয় মথংগী নুমিত্তা রেলগাড়ি তোংদুনা চৎপা হৌরে। অনৌবা দৃশ্য, অনৌবা মীওই, অনৌবা পোৎ কয়া উবগী নুংঙাইবা, অঙকপা অদু মতম অদুদনা য়াম্না হেল্লি। রেলরে স্তেসন কয়াদা লৈবা চাকনিবা, অশোয়বা মীওই কয়া অদুনা ঐবু রাখল য়াম্না খম্বহল্লকই। থোঙনাউগী ময়াদা ফমদুনা মপালগী দৃশ্য য়েংনো য়েংনো রাখল কয়া খন্দুনা চৎলি, য়ুমদগী অসুম অসুম হেন্না থাপ্তোরক্লগা য়ুমগী মীওইশিংবু নীংশিংলকপা, পূক্নীং নুংশিবা অসুম হেল্লকই।

মতম অদুদা দিল্লী য়ৌনা চৎপা খোঙচৎ অসি রেলগাড়ি শিন্দোক-শিঞ্জিন য়াম্না তৌই। ব্রহ্মপুত্র অমদি গঙ্গা তুরেল অনী অসিসু ষ্টিমরনা লাল্লি; মদু তোংলমদাইদা রেলগাড়িদগী কুমথদুনা মতম ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌবা চঙই। ব্রহ্মপুত্র লাম্থোক্লবা মতুংদা রেলগাড়ি ঙাইবা ওইনা কুইনা স্তেসন্দা পন্দুনা লৈখিবা অদু নীংশিংলি। ঐখোয় ময়ামগী পোৎ অদু পুল্লপ্না থল্লগা খরনা মথং-মনাউ নাইনা শঙনরগা ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা ঈরুজবা চৎলি। মার্চ থাগী নোং কন্না চুরক্লিঙৈ মতম অদুদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী ঈমায়দু নেম্না লৈ। মতম অদুদা ব্রহ্মপুত্রগী মথক্তা শারিবা থোং অসি চাউরাক্লা তংখায়মুক্তা চল্লি, তুরেলগী ঈমায়দা ইঞ্জিন কয়ানা ঙংলদুনা ময়ায়গী মখোঙ অদু শাগৎনবা হোৎনরি। ঈমায় হম্বখ্রবা তুরেলগী তোর্বান্দা পাক্লা শন্দোক্তুনা লৈরিবা অঙৌবা অরংবা লৈঙোই মথক্তা খোঙনা চৎপদু য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। অদুগুম্বা লৈঙোই অদু ঐ অমুক্তা উখিদ্রি। ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা ঈশিং মপান য়ৌরে। ঐখোয়না থোং শারিবা মফম অদুদগী লাপ্তুনা তুরেল তোর্বানগী অথেনবা জগাদা কুমথরগা ঈরোইদুনা শান্নবা হৌরকই। নক্লা লৈরিবা, মথক্তা য়েংখৎপদা অঙকপা অমা ওইনা উরিবা শাবা লোইশিন্দ্রিবা থোং, অচৌবা অকোয়বা মখোঙশিং, পাক্লবা ঈথক-ইপোম হৌরবা তুরেলগী ঈমায় — পুন্নমক্তু ঐঙোন্দা অনৌবা ঙাক্তা ওইনা থোক্তুনা ঙকপগী মপাল নাইদে। তুরেল অদুদা নীংতম্না হোক্তুনা ঈরোইদুনা শান্নবা অদুদা য়াম্না

অপেনবা পোকই. অদুগুম্বা অপাকপা তুরেল অদুদা ঈরোইবা ফংলে হায়বগী নাপল অমা পূক্লীংদা ফাওই। ঈরোইদুনা শান্নবা অদুদা তোর্বান্দগী ফনা লাপ্না অরুম্বা জগাদা চঙশিনগে তৌরুই, অদুবু মতম অদুদদি অপাকপা ঈশিংগী ঈমায় অদু য়াম্না হেন্না কিনীংঙাই ওইবা শক্তম অমা লৌরকই। ঐ থুনা অমুক অথেনবা জগারোমদা হল্লকই।

ইমান্নবশিংদুগা ঐগা ঈরোইবা লোইরগা রেলৱে স্তেসন্দা হল্লক্রে। অদুদগী রেলগাড়ি লাকপা ঙাইরগা মখাতাবা খোঙচত্তু অমুক চৎপা হৌরকই।

ঐখোয়না কলিকাতাদা থুংবদু নুমিদাংনি। মখোল মঙামুক ৱাংবা হোটেলগী কা অমদা ঐখোয় পুল্লপ লৈরে। নুমিদাং অদুদা অৱাংবা দলান মখোল অদুদগী সডক্তা য়েংথরকপদা ট্রাম, টেক্সি, বস অমদি অতৈ গাড়িশিং অদুনা মৈ ঙান্না থান্দুনা কুংনা চেনবা উই। মদু ঐখোয়না অঙকপা কুম্মে অমা ওইনা য়েংদুনা লৈ। অচৌবা সহরগী তোপ তোপ্পা শক্তম অদুনা তশেংনা ঐখোয়বু পূক্লীং মথুম-মরাঙ হৌহল্লি।

নোংঙাল্লগা ওজাশিংনা লমজিংদুনা বস অচৌবা অমদা তোংদুনা কলিকাতাগী মফম যনা য়াম্না কোয়দুনা য়েংলে — আলিপুরগী জু, ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েল, মিউজিয়ম অসিনচিংবা কয়া য়াওই। মার্চ থা ওইরবসু কলিকাতাদা য়াম্না শাই। গাড়িগী মনুংদা ওমচারুন্না শাই, কুমথরগা অয়াকপা নুংশাগী মৈশানা য়ৈরকপদা হকচাং চোকথবা ফাওই। নুমিৎ অদু থেঙনা ঐখোয়গী লৈফম হোটেল অদুদা হল্লকই।

মথংগী নুমিত্তা রেলগাড়ি অমুক তোংদুনা দিল্লী য়ৌনবগীদমক চৎপা হৌরে। রিজর্ব তৌদুনা চৎপা রেলগাড়িগী দব্বা মনুংদা ছাত্রশিংনা লাঙদুনা, ঈশৈ শক্তুনা চৎলি। খরনা ঙাওশিন্নবা থবক কয়া তৌই; মখোয়না স্তেসন্দা পোৎ য়োনবশিংদগী রেলগাড়িগী থোঙনাউদা অচা-অথক লৌদুনা দব্বা মনুংদা চাথোক্লগা পৈশা পীদবা, ময়াংশিংগা খৎন-চৈনবা কয়া য়াওরকই। রেলগাড়ি মনুংদা মশীং কল্লা পুরকপা চাক্বী প্লেটশিংদু হেন্না চাখোক্তুনা ওজাশিং চারা হেনবা ফাওবা য়াওই। ওজাশিংনা ছাত্রশিংবু লাক্লবা অদু য়াম্না অৱাবগী মশক্নি।

দিল্লী য়ৌরগা ঐখোয় রিভর হোটেল হায়বা অমদা লৈ। দিল্লীদগী নোংমা নোংঙাল্লমদাই মল্লিঙৈদা ঐখোয় বস তোংদুনা আগ্রাগী তাজমহল য়েংবা চৎলি। মাইল চামা হেন্না লাপ্পা মফম অদুদা য়ারিবমখৈ ঙন্না য়ৌরগা মফমদু পেন্না য়েংলগা অমুক হল্লরুবগীদমক ঐখোয় য়াম্না ঙন্না চৎপনি। খোঙচৎ অদু চৎপদা লম্বীদা নোং ঙানফুং

ঙানফুং তৌরকপদু য়াম্না নুংশি, নাকন্দা উবা উপালশিং, লৌবুক-লম্মাঙ, মনা-মশীং হৌবা মফমশিং অদু অমম অঙান শিন্নরকপা মতম অদুদা ময়েক শেংনা উরকই, মখোয়দু উবদা থোইদোক্লা পুক্নীং তেকখৎলি। ঐ বস অদুগী মমাঙ ওইরপ্লা থোঙনাউ ময়াদা তোংই। ঐনা মপালগী দৃশ্য অদু য়েংলগা মীত্তু লৈশিল্লকপদা ড্রাইভরগী থোঙনাউ ময়াদা পাল্লিবা ড্রাইভিং মিরর অদুদা য়েংবদা ময়াং ড্রাইভর অদুনা উইরুম উইরুম তৌদুনা গাড়ি অদু থৌবা খঙহৌদনা উরুরে। মহাক ঙন্না লারুবা হোৎনবদা অহিংদু তূমশীৎ ফানা তূম্লক্তবনা ওইরম্বা য়াই। মদু উবদা ঐ খঙহৌদনা য়াম্না পাখৎপা পোক্লকই। ঐনা থংননা ফম্বা ইমান্নবা অমদা মদু খঙহন্দুনা ঐখোয় অনীনা ওজাদা ড্রাইভর অদুনা উইদুনা গাড়ি থৌবা অদু তাক্লে। ওজা মণিনা ড্রাইভর অদুগী মরেংবান পায়দুনা হিন্দী লোল্লগা অদুম্না উইদুনা গাড়ি থৌদনবা হায়রকই। মদু হায়রবা মতুংদা ময়াং ড্রাইভর অদু উইরুম উইরুম তৌরম্বদগী মমীৎ ঙাংলি ঙাংলি তৌনা পাঙথোরকই। মহাক্না মমীৎ পাঙথোক্তুনা থৌখ্রবা মতুংদা ঐ মঙোন্দা অমুক থোইনা য়েংলুদ্রে, মপালগী দৃশ্য অদু অমুক য়েংবা হৌরকই। অদুদগী ঙহাক চৎলবা মতুংদা খঙহৌদনা অহৌবা মখোল অমা থোরকপগা লোয়ননা ঐখোয়না তোংলিবা গাড়ি অদু থক থক নীক্লকই। মদু লম্বীদা থাদুনা লৈরম্বা অতোপ্পা বস অমদা ঐখোয়গী গাড়িগী নাকল অদুনা থেংজিনবগী অহৌবা মখোলনি। গাড়ি মনুংদা তোংলিবা ঐখোয় ময়াম পূম্নমক পাখত্তুনা ৱা-ৱা লাঙনরকই। ঐ ভাবনা খঙই ড্রাইভর অদুনা ওজানা হায়রবা মতুংদসু গাড়িদু থৌনা থৌনা অমুক উইথরুবদগী থৌদোক অদু থোক্লিবনি। থৌদোক অদুদা থোইদোকপা অশোক অপনদি য়াওহৌদ্রে। ওজাশিংনা ময়াং ড্রাইভর অদুবু থৌশাদবগীদমক্তা য়াম্না চৈবা হৌরকই। মদুগী মতুংদদি মহাক মমীৎ-মনা শিংখিদুনা গাড়ি থৌনা থৌনা অমুক উইবা তৌখিদ্রে।

অয়ুক্কী নুংশা মেঙনা থোরক্লে। ঐ পুক্নীং খরা ঈংথনা বসকী থোঙনাউদা মপালগী দৃশ্য অদু অমুক য়েংবা হৌরকই। মথুরা ফাওদুনা চৎপা মতাংদা লম্বীগী নাকন্দা হৌবা উপাল অমগী অনেম্বা মশাদা ৱাহোং অমা তোংদুনা লৈবা উরকই। লমদা লৈবা ৱাহোং উবা অসি ঐগী পুন্সীদা মদুনা অহানবনি, জুনচিংবদদি ঐ ৱাহোংবু হান্না উখ্রে। লম্মাঙদা মদুনা লৈরম্বগী তোপ তোপ্পা নীংথিজবা মতৌ অমা লৈ; উশাদা মদুনা তোংলগা অরংবা মতুংশিংগী অশাংবা মমৈ অদুনা উশাদগী চোঙ্গরকপা অদু উবদা মীৎ থক্কৎনা ফজে, মফম অদু ফাওবা ৱাহোং অদুনা ইঙান ঙাম্থোকহনবগুম নীংই। অসুম্না অয়ুক অদুদা মপালগী

দৃশ্য কয়া — লৌবুক-লম্নাঙ, উপাল-ৱাপাল, উচেক-ওয়া য়েংদুনা অশাংবা লম্বী অদুদা চৎপা অদুদা চোকথবা খঙদে।

ঐখোয়না আগ্রাদা থুংবদু চাউরাক্লা পূং তরামাথোইমুক তারম্লগনি। আগ্রা য়ৌরকপদা থায়নগী অমনবা অচৌবা ফুরা-দলান, অতেক-অকায় কয়াশিংদু অহানবা ওইনা উরকপদা হৌখ্রবা মীওইবা কয়াগী মতিক-মঙ্গাল কয়াশিংবু খঙহৌদনা নীংশিংলকই। আগ্রাগী থোইনা চাউদবা সহর, লম্বী, কয়া কুংদনা চৎলিবা গাড়ি, রিক্সো, খোঙনা চৎপা মীপুম খুদিংমক্কী মতৌ অদু উবদসু মখোয়দু মতম কয়াদগী ইতিহাসকী ঈচেলদা শাগোন্নরক্লবগুম নীংই।

ঐখোয় আগ্রা ফোর্টকী মপাদা কুমথরে। অদুবু খুদোংচাদবা খরা লৈবদগী মদুদি য়েংলক্তে, ওজাশিংনা ঐখোয়দা চুম্না মদুগী ৱারী লীরগা মপালগী অকোয়বদু য়েংলগা তোক্লে। মখোয়না ঐখোয়দা হায় শাহজহানবু শিরমদাই মতমদা মচা ঔরঙ্গজেবনা বন্দী থমখিবা কা অমা মদুদা লৈ, মদুদগী তাজমহলবু ফজনা উবা ফংই, শাহজহান্না কা অদুদগী তাজমহলবু য়েংনা য়েংনা মপুন্সী লোমখি। ৱারী অদুনা ঐবু থম্মোয়দা থুক লাউহনখি। (ঐনা কোন্না ইং ১৯৯৪ দা আগ্রাদা অমুক চৎপদদি আগ্রা ফোর্ট মনুংদা চঙদুনা য়েংলকই। হায়রিবা শাহজহানবু বন্দী থমখিবা কয়া চাউদবা, ফক্লাংদা অঙকপা ফংনা কুপ্না লৈরোং হত্তুনা লৈতেংলবা ফজরবা কা অদু ফোটো নম্লকই। আগ্রা ফোর্টকী মনুংদা লৈরিবা অঙকপা মতৌ অদু য়েংলুরগা মতম অমদা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা মফম অদু য়েংলক্তনা তোকখিবদু নুংঙাইরক্তে। কোন্নসু মদু অদুম য়েংলমদ্রবদি অচৌবা মাঙজবা অমা ওইরমগনি হায়না খল্লি। মনুংগী অঙকপা শক্তমশিং অদু উরগা মীওইবগী নুংঙাই-য়াইফবগী, অকে-অমৌগী ঙমখৈ অদু য়ৌনা মোগল নিংথৌরেনশিংনা পাল্লম্মী হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। অদুবু ঐনা মফম অদুদা খ্বাইদগী পুক্নীং চঙনা য়েংবদি শাহজহানবু বন্দী থমখিবা কা অদুনি।)

ঐখোয় আগ্রা ফোর্ট মপাদা ঙহাক লৈরম্লগা তাজমহল য়েংবা চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। মতমদু নুংশা য়াক্লা শাই, আগ্রা ফোর্ট মনাক্তা ৱাহোং মতুনা শাবা হুমাই কয়া য়োল্লম্মী, মদু ঐসু অমা লৈদুনা হুল্লে। তাজমহল য়ৌরগা ঐখোয় গাড়িদগী কুমথদুনা মদু য়েংনবা চঙলক্লে। অচৌবা নুংজাউ কয়া লোনখৎনদুনা শেম্বা নুংগী ফক্লাংনা মদুবু কোয়শিন্দুনা লৈরিবা শক্তম অদু তশেংনমক অঙকপগী মশক্নি। চঙফমদা তাজমহল শাবগী অকুপ্পা মরোল — মদু শাবগী শক, চঙখিবা চহী মশীং অসিনচিংবা কয়া ইরিবদু পারবা মতুংদা ঐখোয় মনুংদা চঙলক্লে। তরু তরুবা নুংশাগী মঙান্দা ঙাম্বোক্লা উরিবা নুংঙৌনা শাবা

তাজমহলগী শক্তম অদু অহানবা ওইনা মাঙদা মপূং ফানা উরকপা মতমদা ফাওখিবা ব্লাখল অদু তশেংনা থুক লাউবা, হয়াউ-তুজুংবা, অঙকপা ব্লাখল অমনি, মদু ব্লাহৈনা চপ চানা থাবা ঙম্লরোই। ঐনা কোন্না তাজমহলবু অমুক উরবসু অহানবা অঙাং ওইরিঙৈদা উখিবা অদুগদি মান্নদ্রে, চপ মান্নবা পোৎ ওইরবসু অঙাং ঔইরিঙৈগী অঙকপা কল্পনাগা লোয়ননা উখিবা তাজমহল অদুদি তোপ তোপ্পা মশক অমনি। মদু উবদা মঙলান অমদা উবগুম উখিবা মশক অদু কোন্নদি অদুম্না অমুক উবা ঙমখিদ্রে। মতম অদুদদি অউবা খূদিংমক য়েংবদা অঙকপা নুংঙাইবা ঙাক্তা পোকই। অকোয়বদা লৈতেং তৌরবা মফমশিংদা কুচু ঙৌবা মীরমগী মচা কয়ানা ফোটোনচিংবা নম্বা উই। তাজমহলগী য়েৎ থংবা মমাঙগী অব্লাংবা য়ূম্বী মতোন অদু খরা কীন্থখিবগী নাকন্দা সগাই ব্লাংনা শাদুনা শেমজিনবগী থবক তৌরম্মী, অকায়বা নুংঙৌ খরা মফম অদুদা তাদুনা লৈ। ঐসু নুংঙৌ মচেৎ অমা লৌখত্নুনা নীংশিং খূদম ওইনা য়ুমদা পুনবা ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লি। তাজমহল মনুংদা চঙদুনা য়েংবদা কূপ্পা হৎখ্রবা লৈতেং ময়ামশিংদু উবদা য়াম্না অঙকপগী মশক্লি। মদু নৌনা অমুক হায়রুবগী কান্নবা লৈতে। মখোয়দু শেম্বদা মীনা মতৌ করম্না, কয়াম খূৎ চঙনা হোৎনরমগদগে খনবদা অমম্বা পোকই। ওজাশিংনা ঐখোয়দা হায় লৈতেং তৌরবা মফমশিংগী অহোবা মরক্তা মখল কয়াগী মণিমুক্তাশিং থিল্লম্বনি, মখোয়শিংদু সাহেবশিংনা মখোয়না পাল্লিঙৈগী মতমদা লোইনা পুখ্রে। ঐনা খল্লকই মণিমুক্তাশিং অদুনা থাল্লিঙৈদা তাজমহলগী ফজবা অসি হায়নীংঙাই লৈরম্লোই, মদু তশেংনা য়েংবা ঙমদবমখৈ মীৎ থক্লা ফজরমগনি। মথক্কী শরূক য়েংবা লোইরগা ঐখোয় লৈনুংগী মোংফম অদু য়েংনবা থৌরাঙ তৌরকই। ঐখোয় শুরুংগুম্না মম্বা মফম অদুদা মোমবাতি চল্লগা চঙই। (হৌজিক্তি মনুংদু ইলেক্ট্রিক বল্ব থাল্লে, মতম অদুদদি থাল্লমদে।) চঙলকপগী সিড়ি কুমথরকপদা মদুগী মনুংদা মী চামা চামা লৈবগুম খোঞ্জেলগী মখোলনা য়াম্না নিন্না খোষ্থাঙ য়ৈনা তারকই। মোমবাতিগী মঙাল অদুনা ঙান্দবগা সিড়ি থাক অদুদগী মনুংগী ফীবম অদু করিমতা শেংনা উদে। মনুং পুরা য়ৌরবা মতম অদুদদি মী মঙা-তরূক্তমক লৈরম্মী, মখোয়না ব্লা ঙাঙবগী মখোল অদু মী কয়া কয়াগী খোঞ্জেলগুম খোম্থাঙ য়ৈনা তাবা ওইরম্মী। তাজমহলগী মথক থংবা শরূক অমদি মপান্দা য়েংবা মতমদা ঐ মপূং ওইনা মদুগী লৈতেং তৌনা ফজনা শাবা খূৎশা, মীৎ থন্না উরবা নুংঙৌগী ফজবা মূর্ত্তি অদুনা শুম্নাৎলম্মী, অদুবু মনুং অদুদা চঙলক্লবা মতমদদি ঐগী পুক্নীংদা অনৌবা ব্লাখল অমা

খঙহৌদনা পোক্লক্লে। মনুংদা নিংথৌবেন শাহজহান অমসুং মাগী নুংশিজববী নুপী মমতাজ বেগম মখোয অনীগী মমল তাঙলবা মচু মচুগী নুংনা লৈতেংগা লোযননা চন্দুনা খন্নাংননা লৈবিবা মোংফম অনী অদু উবদা খঙহৌদনা থম্মোযদা থুক লাউবকই। ঐনা খঙহৌদনা খল্লকই, "মপালগী নুংঙৌগী মূর্ত্তি অমদি মদুদা তৌবিবা লৈতেং খুদিংমক অদুদি কুযোমতনি, তাজমহলগী অশেংবা থবাযদি 'সিদা লৈবে।" মফম অদুদা প্রেমিক প্রেমিকা অনীমক অমব ওইনা হিংমিন্নবগুম ঐগী পুক্লীংদা ফাওই। নুপা-নুপীনা নুংশিননা অমব ওইনা হিংমিন্নবগী খুদর্মদি মসিদগী হেন্না ফজবা অমা লৈত্রে। মোমবাতিগী মঙালনা শেংফাত্তনা যৈববা চীংলেম্লবা লৈতেং তৌববা নুংগী মোংফম অনী অদুদা ঐ ঙহাক পুক্লীং চঙনা যেংদুনা লৈ। তাজমহল যেংলুববা কনামতনা মখোযবু কাউবা ঙমগনি থাজদে। মখোযদু যেংবদা ঐ মমল নাইদ্রবা আধ্যাত্মিকী ওইবা লন অমা ফংলবগুম নীংই।

ঐখোয মপান্দা অমুক থোবক্তুনা তাজমহলগী অকোযবা অদু অমুক ঙহাক যেংলকই। লৈমাযদা থাবিবা নুংঙৌশিংগী মবক্তা চাং মায়না কক্লবা নাপী, লৈতেং তৌনা কক্তুনা শেন্নবা পাম্বী মচাশিং অদু যেংবদা যাম্না মীৎ ঈংই। চুথেক্তা হৌবা পাম্বী মচা খবগী মবক্তা অঙৌবা খৈবোয মচা খবসু কোযচেন চেন্দুনা শান্নবা উই। ঐহাক ইমান্নবা অমগা লোযননা ঈশিং শংত্রিক শংনা লুনা লৈববা তাজমহল মমাঙগী পুখ্রী অমগী মপান্দা লেপ্তুনা ফোটো নম্মিন্নে। ফোটো নল্লিবা মফমদুগী মীশিং অদুনা ফোটোশিং অদু ঐখোযদা কোন্না থাবরুবা ঐখোযগী এদ্রেস লৌহৌই। মতম অদুদা তাজমহল মযাদা লেপ্লগা ফোটো নম্বা হাযবসি যাম্না মক ওইনা খল্লি।

ঐখোযনা দিল্লীদা অমুক হল্লকপদু নুমিদাং ফনা থেঙলে।

ঐখোযনা লৈবিবা মফম অদু ওল্ড দিল্লীনি। হোটেল অদুদা নুমিৎ মবিনি লৈদুনা ঐখোয কোযবা, পোৎ-চৈ লৈবা অসিনচিংবা কযা তৌই। নোংমদি ওজাশিংনা ঐখোযবু পার্লিযামেন্ট হাউস যেংহন্নবা পুবী, অদুবু মদুগী মপালদং যেংবা নত্তনা মনুংদদি চঙলক্ত্রে। মদুগী মনুংদা চঙনবগীদমক্তি ঐখোযগী এম, পি, অমা য়াওগদবনি হায়রকপদগী মতম অদুদা এম, পি অমতা উন্নদদুনা ঐখোয় মনুংদা চঙলক্তবনি। অতৈ নুমিৎশিংদি ঐখোয় ইশানা অযাম্বা খোঙনা কোয়বা চৎলি। অসুম্না খোঙনা চত্তুনা কোয়বা অসি য়াম্না নুংঙাই, লম্মাংনগনি হাযবগী থোইনা চিংনবা লৈতে, মরমদি ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুদগী জুম্মা মসজিদকী অঙাঙবা, অৱাংবা, অচৌবা মূর্ত্তি অদু নক্লা লৈরে, ঐখোয় মদুগী ময়াগী

লম্বীদা হেক হেক চৎলি; ওল্ড দিল্লীগী মফম অয়াম্বদগী জুম্মা মসজিদকী অৱাংবা মতোন অদু হেক্তা উবা ফংই, লম্বী কঙাওনরবা মতমদা মদু য়ৌনবা লাক্লবদি ঐখোয়গী লৈফমদু অমুক থিবা ৱাদ্রে। নোংমা নুমিদাং অমদি ঐগা ইমান্নবা অনীগা লোয়ননা মফমদুদা তৌরম্বা মেলা অমা য়েংবা চৎলি। মেলাগী বুঠ খুদিংমক কোয়না চত্তুনা য়েংলবা মতুংদা মমৈদা মেরি-গো-রাউণ্ড লৈরিবা মফম অদুদা য়েংলুরে। মদুদা কুচু ঙৌবী, মশক য়াম্না ফজবী সালৱার শেৎপী লৈশাবী অমা মমান্নবী অমগা লোয়ননা ফম্ফমদা ফমদুনা তোংবা উই। মহাক্না মেরি-গো-রাউণ্ডগী ফম্ফমগী পায়ফমদা মখুৎ চেৎনা পায়দুনা ফম্লগা মমান্নবী অদুগা ৱা অমা-অনী ঙাঙনরগা মঙক হাইবা, নোকপা, মাগী লেঙ-ওৎপা পূম্নমক অদু মৈ ঙায়া থাল্লবা মফম অদুদা য়াম্না শেংনা উই। মাগী ফজবা শক্তম অদুনা ঐখোয়বু শুদ্ধাৎলি। ঙহাক্কী মতুংদা মেরি-গো-রাউণ্ড অদু লৈবা হৌখ্রে। মদু লোইরবা মতুংদা নূপী অদু কুমথরক্লে। মহাক মাগী অহল-লমনগা লোয়ননা মেলা তৌফম লম্পাক অদুদগী তপ্না তপ্না থোকখ্রে। ইমান্নবা অনী অদুগা ঐখোয় অহুমসু মেলা তৌফম অদুদগী থোরক্তুনা লম্বীদা নূপী অদুগী মতুং থাপ্লপ্না ইন্নদুনা লাক্লে। মহাক চুম্না মশক্তা ফজবা নত্তে, মাগী ফীবম অদুসু য়াম্না চুং-ফিরান চানা ফজৈ, সালৱার শেত্তুনা চুনরী য়ান্দুনা চৎপদা উবা মাগী ফীবমগী ফজবা অদু নূপীশিংগী মরক্তা অতাঙবনি। অতোপ্পা ময়াং পাখং খরসু নূপী অদুবু ইন্নদুনা চৎপা উই। মহাক্তু মশক ফজবদা মমিং খরা চৎপী ওইরম্বা য়াই। ঐখোয়না মাবু থাপ্লপ্না ইন্নদুনা মাগী ফীবমগী ফজবা অদু য়েংদুনা লাকপনা ঐখোয়গী লৈফম মপাগী লম্বী হাইজিনফম য়ৌরে। ঐখোয়না নূপী অদুবু য়েংনা য়েংনা ঐখোয়গী চঙফম সড়ক ময়াদা লৈহৌবা অদু ময়াং পাখংশিং অদুসু খঙবগুম তৌনা ঐখোয়দা চিংননা য়েংলম্মী। ঐখোয় ঐখোয়গী লৈফম তান্না লাক্লে। ঐনা কোন্না থৌদোক অদুবু নীংশিংলুবদা নোক্নীংবা পোক্লিবদি ঐখোয়না পুন্সীগী অমুক্তা উন্নররোইদবা মঙলানগী লাইরেম্বীগুম্বা মীশক অদুদা য়াম্না রোমান্টিক ওইবা মওঙদা ইন্নরুরিবা, মাগী শক্তমগী ফজবদা ঙাওদুনা ময়াই কারুরিবা অদুনি।

ঐখোয় ঐখোয়গী লৈফম হোটেলদুদা হল্লকপা অদু নুংদাং ফনা থেঙলে; ঐখোয়গী চাক অদু লোইনা ঈংলম্লে। ওজাশিংনা ঐখোয়বু অদুম্না নুংদাং থেঙনা হঞ্জিল্লকপগী য়াম্না ঙাঙই।

দিল্লীদা লৈরিঙৈদা ইমান্নবশিংনা ময়ুম ময়ুমদা থানবা চিঠি য়াম্না ইনৈ। ঐদি

চিঠিনচিংবা ইবগী ৱাখল খন্দবনা পোষ্টকার্ড, ইনভেলপ নত্ত্রগা ইনলেণ্ড লেটরনচিংবা অমতা লৈদুনা থমদে। মখোয়না ইনবা উবা অদুদা ঐসু য়ুমদা থানবা চিঠি অমতং ইনীংলক্তুনা ইমান্নবা অমদগী ইনলেণ্ড লেটর অমা লৈরে, অদুগা মদুদা মরোল খরা ইবা হৌরকই। ইমান্নবশিংদি চিঠি ইবদা য়াম্না থুনা ইনৈ, অদুবু ঐদি মখোয়গুম্না থুনা ইবা ঙমদে, মরোল-মরী থোরকউ হায়বা ইয়া য়াদে। ঐনা ৱাখল খল্লগা চিঠিদু ইবদা মতম ফনা কুইনা চঙই। মদুদা ঐনা মরু ওইনা ইমা নাদুনা লৈরিঙৈদা য়ুম থাদোক্তুনা লাকপা অদুগী লাঙতক্নবা ৱাখল ফোঙদোক্তুনা, ঐনা য়েংলুবা মফমশিংগী মবমদা শুগায়না পন্দুনা অমদি ঐনা য়ুমদা থোবকপা যাবা মতম খঙহন্দুনা ইখি। ঐনা চিঠি ইবা অসি পুন্সীদা মদুনা অহানবনি। অদুগা মদুমক ঐগী পুন্সীদা ইবগী অহানবা অভ্যাসনি হায়বা য়াই।

দিল্লীদা ইমান্নবশিংনা পোৎ কয়া লৈনবা য়াওই। ঐসু পোত্তি লৈনীংই, অদুবু পৈশাদি য়াম্না পুরক্তে, য়ুমদগী খবচকিদমক লূপা য়াঙখৈদগী হেন্না য়াওরক্তে। মদুগী মনুংদা লাকপগী খোঙচত্তা রেলগাড়ি মনুংদা চুরুট থকপা, অতৈ অচা-অথক খরা চাবদা পৈশা খবা লোইশিনখ্রে। লেমহৌরিবা পৈশা খরদু ঐনা দিল্লীদগী হল্লগদবনিনা পোৎ-চৈ খরা লৈথোক্লগে হায়না খল্লে। নোংমা ইমান্নবা অনীগা লোয়ননা বাজারদা খোঙনা পোৎ লৈবা চৎমিন্নরে। দিল্লীসি খোঙউপ হোঙই হায়দুনা খোঙউপ য়াম্না লৈনৈ, ঐসু খোঙউপ য়োনফম দুকান অমদগী ঐগী তোংনবা লূপা তরাতরুক পীবা খোঙউপ অমুবা অমা লৈরে। অদুদগী ইমান্নবশিংনা থাদুনা য়োনবা বেপার খরদা নূপী খোঙউপ খরা য়েংবা হৌরকই। ঐসু মখোয়গুম্না নূপী খোঙউপ অমা-অনী য়েংলকই। মদুদা মওঙ ফজবা খোঙউপ য়াওই। অচম্বা অতিয়া মচুগী মরী পানবা খোঙউপ অমা উবদা ঐনা পাম্না পায়খত্তুনা য়েংবদা অয়োনবা ময়াং অদুনা মোমোন নোক্তুনা ঐঙোন্দা ফাগী তৌদুনা হায়রকই, "অদোমগী সাথীগীদমক্তেরা?"

ঐ মাগী ৱাহং অদুদা খুস্ফম খঙদনা হাইফেৎ চমন্নবা মওঙদা লৈ। ঐ তশেংনমক অদুগুম্বগী বাখল খন্দুনা য়েংলুবা নত্তে, অদুবু মাগী ৱাহৈ অদুনা ঐঙোন্দা অনৌবা ৱাখল অমা খঙহৌদনা পোকহল্লকই। ঐ করিগুম্বা অনীংবা আশা অমগা লোয়ননা খোঙউপ অদু লৈরগে হায়বা ৱাখলদা মঙোন্দা মদুগী মমল হংই।

"মদুগী মমল লূপা অনী মখায়তনি," ময়াং অদুনা খুম্লকই।

ঐনা অতিয়া মচগী মরী পানবা খোঙউপ অদগা মদগা চপ মান্নবা অঙাঙবা মচগী

মরী পানবা খোঙউপ অমগা অনীখক লৈরে। ঐ অতে পোত্তি অমতা লৈদ্রে, ঐগী খোঙউপ অদুগা নূপী খোঙউপ অনী অদুগা লৈখ্রবা মতুংদা ঐঙোন্দা পৈশা ইরে লৈত্রে। ইমান্নবশিং অদুসু মখোয়না অপাম্বা পোৎ-চৈ খরা লৈরগা ঐখোয় হোটেলদা হল্লক্লে।

শাংনা খোঙনা চৎলুবগী ৱাদুনা ঐ হোটেলগী কাদা বেডিং মথক্তা ঙহাক পোত্থাদুনা লৈরে। মতমদুদা কা অদুদা ইমান্নবা য়াম্না লৈতে, মখোয় অয়াম্বা ওজাশিংগা বাজারদা পোৎ-চৈ লৈবা, কোয়বা চৎখিবদগী হল্লক্লমদ্রি। ইমান্নবা খরনা দলান মথক্তুগী মাঙ্গোন্দা লৈ, খরনা কাদা মরনাইগী ৱারী শাদুনা লৈ। কাদু খরা চীকই। ঐদি কনামতগা ৱারী শাবা য়াওদনা তুমিন্না লৈরে। মতম অদুদা ঙসায় খোঙউপ য়োনবা ময়াং অদুনা ঐঙোন্দা ফাগী তৌদুনা হায়রকপা ৱাহে অদু অমুক নীংশিংলকই। ঙসায়গী মাগী ৱাহৈদু য়াম্না হেন্না অর্থ লৈবগুম, মমল য়াম্বগুম, মরু ওইবগুম পূক্নীংদা ফাওবা হৌরকই। ঐনা নুংশিবা মীশক অদুগা মরী লৈননা খল্লকই, "ঐনা লৈরক্লিবা অতিয়া মচুগী খোঙউপ অসি মঙোন্দদি য়াম্না পকচগনি। করিগুম্বা মসি ঐনা মঙোন্দা শোয়দনা পীবা ঙম্লবদি কয়াদা নুংঙাইথ্রগদবনো!" ৱাখল অদুনা ঐগী পূক্নীংবু হেন্না হেন্না খূদুমচনবা হৌরকই, মদু মঙোন্দা পীবগী মরমদা কূপ্না খল্লকই। ঐনা মদু মঙোন্দা পীবদা মহাক্না হরাউনা মোমোন নোক্লক্কদবা মীনোক, মদুবু মমল য়াম্না খনগদবা মতৌ খূদিংমক অদু ভাবনা শাগৎপা হৌরকই। ঐনা মদু চেকশিন্না য়োমশিল্লে। ঐনা খল্লকই, "ঈশ্বরনা চানবীরবদি ঐনা খুদোংচাবা ফংদুনা মঙোন্দা ঐগী নুংশিবগী ৱা ফোঙদোকপা ঙম্বা য়াই, অদুগা খোঙউপ অসিসু মঙোন্দা পীবা ঙম্বা য়াই।" নুমিত্তু ঐ খোঙউপ অদুগা ঈরোইনবা নুংঙাইরবা ৱাখলগী মঙলান অমদা লূপ্তুনা লৈ।

অসুম্না নুমিৎ মরিনি দিল্লীদা লৈরবা মতুংদা ঐখোয় য়ুমগীদমক খোঙশাল্লক্লে। হল্লকপগী লম্বী অদুদি য়েংনীংঙাই ওইবা অনৌবা পোৎ থোইনা য়েংগদবা লৈতবগা, হকচাং চোকথবগা অমদি খূত্তা পৈশা পায়রক্তবগা য়ুম য়ৌনীংবগী ৱাখলনা মরু ওইনা খল্লি। ঐ রেলগাড়িগী থোঙনাউ মপাদা ফমদুনা মপালগী দৃশ্য য়েংদুনা চৎলি। ওজা উদ্রগা মরক মরক্তা তুমিন্না চুরুট থকই; চুরুট থক্লগা ৱাখল খনবদু য়াম্না নুংঙাই। ঙক্তা ঐগী শামতুগী মফলা অরাংবা অদু য়েৎশিন্দুনা চীংলেম্বা, ৱাখল লৈবা, মপুং ফাবা মী শাই, ইশাবু থাজবা মতৌ উৎলি। নুমিদাংদু থাবল ফৈ। অদুম্না থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা মপালগী দৃশ্য য়েংদুনা চৎপদু য়াম্না নুংঙাই। ঐদি অহিংদা রেলগাড়ি মনুংদা হীপ্লগা তুমদুনা চৎপা অসি

কয়া হৌনদে, অয়াম্বা মতমদা মীৎশেঙ খাঙদুনা ফমদুনা চৎলি, তূন্নীংবনা খাঙবা ঙন্নক্লবা মতমদা ঙহাক ফম্না ফম্না ঙাথদুনা উইবা নত্তনা ঐ ইতুম তূমদে। ঐগী ইনাক্তা ইমান্নবা খবনা শাংনা তিংথোক্তুনা হীপ্পগা তূম্নে (মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা চোইরোন লোল্লকপসু যাওই), খরনা ফম্ফমদা ফম্না ফম্না ঙাথদুনা তূম্নে। মখোয়গী মরক্তা ওজাশিংসু তূম্মী। মতম অদুদা ঐদি নীংতম্না চুরুট থক্লদুনা ৱাখল মখল-মখা কয়া খল্লদুনা চৎলি। অহিংদা চেনবা রেলগাড়ি অদুগী অহৌবা মখোল, থাবলনা য়েরবা লৌবুক-লম্মাঙ, নারক-মোংশোংশিংগী অমুবা তোপ তোপ্পা শক্তম, অথাপ্পদা কুফেৎ-কাফেৎ উবা মৈঙালশিং, মবক মরক্তা অপীকপা স্তেসনশিংদা ঙহাক ঙহাক খাম্বা, মখোয়দুদা অহিং তূমদনা চা যোনবা নত্ত্রগা পোৎ য়োনবা খরনা শংদুনা লাউবা মখোল, নোংচূপ থংবা অতিযাদা উবা তাবমদাই থাগী অমেঙবা মঙাল মপান্দগী হুমজিল্লকপা অঈংবা নুংশিৎ — পন্নমক্ত ঐঙোন্দা পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওই। মতম অদুদা ঐ য়ুমগী ৱাখল কয়া খল্লকই, থাপ্পা লৈহৌববী ঐনা নুংশিজবা মীশক অদু নীংশিংলকই। ঐনা মহাক্না মবী লৈননা খল্লকই, "নুমিৎ কুন্নিবোম ঐনা য়ুম থাদোক্তুনা লাক্লবা মতুংদা মহাক্না কবি বাখল খল্লমগদগে?" ঐবু মফম খঙদনা উখিদবগীদমক মহাক নুংঙাইতনা চিন্তা তৌবম্বা য়াই, মচী মচাদা তূমিন তূমিন্না ফমদুনা ঐগী মবমদা খল্লম্বা য়াই, লোন্না মমীত্তা পিরাং শিন্থদুনা নুমিৎ চুপ্পা মায়থোঙ মকালামদনা লৈবম্বা যাই।" ৱাখল অদু খল্লুরগা ঐগী পূক্নীংদু অসুম নৌথবকই; অমরোমদা মদুগীদমক ৱাবা, অদুগা অমরোমদসু থম্মোযদা মদুগীদমক অপেনবা পোকপা, নুংঙাইবা ৱাখল অমা পোকপা হৌবকই, অঙাং ওইবিঙৈ মতম অদুদা কনাগুম্বী মশক-মতৌ ফজরবী নূপী অমনা ঐগী ৱাখলদা লূপ্তুনা, চিন্তাগী পোৎলূম পুদুনা লৈবমগনি হায়বা ৱাখল অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অতৈ অমতা লৈতে।

নোংঙাল্লমদাই য়ৌবক্লে। থোঙনাউদা হুমজিল্লকপা নুংশিৎ অদুসু ঈংবা হেঞ্জিল্লকই। মতম অদুদা ঙসায়মখৈ তূম্লুবা ঐগী ইনাক্তা ফম্বা অমোৎপা ময়াং অমনা করি ৱাখলদগীনো ঐখোয়গী মথক্তা পানবা ফেন অদু থাগৎলকই। মদুনা ঐগী ৱাখলগী মঙলান খুদিংমক অদু খঙহৌদনা কায়হনখ্রে। নোংঙাল্লমদাই ঈংলক্লবা মতম অদুদা ফেন থাগৎলকপদু য়াম্না চূনদে, মদুনা ঐগী হকচাংদা অঈংবা নুংঙাইতবা ফাওহল্লকই। ঐ পূক্নীংদা খোয়শাউনবা পোক্লকই। ফেনদু ঙহাক উঙলবা মতুংদা ঐনা হৌগত্তুনা খুৎনা লাম্নগা মদু অমুক মুখৎলে। অমোৎপা, ফৈজোম অপীকপা শেৎপা, থবকশবা মানবা অমবা ময়াং অদ ঐঙোন্দা খরা

হৈনীংদনা অমুক্তং য়েংলগা লৈথোক্লুনা লৈখ্রে। মহাক ঐনা তৌরিবা অদুদা শাউনীংলম্বা য়াই, অদুবু ৱাদি করিমতা ঙাঙলক্ত্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা নোং ঙাম্থোরক্লে। অপীকপা স্তেসন অমা য়ৌরদুনা রেলগাড়ি অদু ঙহাক খাম্লকই, মপান্দা চা য়োনবা, পোৎ য়োনবশিংগী অহৌবা তোপ তোপ্পা খোঞ্জেলদা লাউবা মখোল তারকই। তূম্লম্বা ইমান্নবা কয়া হৌগৎনরক্লে, খরনা ইশি শিনা তূম্লি। অসুম্না নোংঙানবগী খোঙচৎ অদু অমুক চৎপা হৌরকই। মতম অদু য়াউশঙ মনুংনি, রেলগাড়িদা চৎপদা আবীর মহী হৈজিল্লকপা, লৈখোম চাইশিল্লকপা কয়া তৌই। য়াউশংগী কুম্মৈ অদু উবদা ইমান্নবা কয়াদি পূক্নীং মরাঙ হৌনা উই, য়ুমদা থুনা য়ৌদুনা য়াউশঙগী নুংঙাইরবা কুম্মৈ অদু শরূক য়ানীংবগী ৱারী কয়া শাই। মরু ওইনা মখোয়না য়াউশঙগী থাবল চোংবা য়াওনীংবগী ঈখৌলাংবা ৱাখল কয়া ফোঙদোক্লে। ঐদি মতম অদুদা থাবল চোংবদি অমুক্তা য়াওদ্রি, মদুগী ময়াইদু খঙদ্রি, অদুবু মখোয়না মদুগী ৱারী শারকপা মতম অদুদদি পূক্নীংদা ফোঙদোকফম খঙদবা ঈখৌলাংবা লাঙতক্লবা ৱাখল অমা পোক্লকই। ঐখোয়না ৱারী শাবদু নুংথিলনি। বসন্ত মতমগী অনৌবা শক্তমশিং — শাগৎলক্লবা নুংশা, ময়োল চোংলবা উপালশিং, আবীর অমদি অতৈ মচু কয়া তৈরবা মীওইশিংগী হরাউ-মথোই কারবা মতৌ পূন্নমক অদু উবদা ঐখোয়গী পূক্নীংদু ইরাঙ লাঙই।

নুমিত্তুগী নুংদাং অদুসু ঐ ঙরাংগুম থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা থাবল য়েংদুনা চৎলি। নুংদাংগী চাকচামাঙদা ঙহাক তূম্লুদুনা ঐ ঙল্লিঙৈগী মতম অদু অদুক কন্না তূম্লীংবা ফাওদে। ঙসায় ইমান্নবশিংনা থাবল চোংবগী ৱারী শাখিবা অদু ঐ পূক্নীংদা খঙহৌদনা অমুক নীংশিংলকই, মদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মমাঙ চহীগী য়াওশঙদা ঐগী নুংশিজবী মহাক অদুনা থাবল চোংবা য়াওবা, অদুবু চোংলিবা অদুদদি পূক্নীং চঙদ্রদুনা খাজিল্লিবা থৌরীগী ৱাংমদা ঐখোয়না লেপ্তুনা লৈরিবা মফম অদুদা তোয়না তোয়না য়েংলকখিবা, করিগুম্বদা ঐগা য়েংমিন্নরিবা ইমান্নবা অদুগা ঐখোয় অনীনা মাগী মতৌ য়েংগে খন্দুনা ঐখোয়না লেপ্লম্বা মফম অদু হোংদুনা অতোপ্পা মফম অমদা তূমিন্না লেপ্তুনা লৈরুবা মতমদা মহাক্না ঐখোয়না হান্না লেপ্লম্বা মফম অদুদা ঐখোয়বু থিবা মান্না লাঙতক্লবা মীৎয়েংগা লোয়ননা য়েংখিবা মতৌ পূন্নমক অদু শংশংনা নীংশিংলকই। "হন্দকসু মহাক থাবল চোংবা য়াওরমগদ্রা?" ঐ ইথন্তা খল্লকই। মীকূপ খরগী মনুংদা ৱাহং অদুগী পাউখুমদু নুংদগী পীরকই, "মহাক হন্দক্তি ঐবু উদবদগী নীংবা কায়বনা মরম ওইদুনা য়াওশঙগী

থাবল চোংবা থোক্লম্লোই। হন্দক্কী য়াউশঙ অসি মঙোন্দদি য়াম্না হৈনীংদ্রবা কুম্মৈ অমা ওইরমগনি।" ঐগী ৱাখল অদু কয়া য়াম্না চুম্লমগদগে নত্ত্রগা লাম্লমগদগে খঙবা ঙমদে; তৌবতবু অদুম্না খনবা ৱাখল অদুদা ঐ ইথন্তা য়াম্না পেম্থোকচৈ, মদুদা অঙকপা নুংঙাইবগী ময়াই অমা লৈ।

অসুম্না শাংলবা রেলগী খোঙচৎ অদু নুংঙাইবা কল্পনা কয়া তৌদুনা লাকই। চাফম থকফম খঙ্গদবগী, অহিং তূমদবগী চোকথবসু হকচাংদা ফাওই। অরাঙবা স্তেসনশিংগী শক্তমশিং, নোং ঙানবা, নুমিৎ তাবা, অহিংগী তোঙান তোঙানবা দৃশ্য, থেংনরকপা থৌদোকশিং পূম্নমক অদুদা ইনৌতা নৌই, চোকথবগা লোয়ননা য়ূম য়ৌনীংবগী লাঙতক্লবা, হায়ফম খঙদবা করিগুম্বা ঈখৌলাংবা বাখল অমসু থম্মোয়দা ফাওই।

ডিমাপুরদগী বস তোংদুনা লাক্লগা তম্পাক য়ৌরকপদা মৈতৈগী খুঙ্গঙশিং উবকপা মতমদা পূক্নীং য়াম্না নৌথোকই। ঐখোয়না য়ৌরকপা নুমিৎ অদু য়াওশঙ মঙানি চনবনি। তাবমদাই নুমিৎকী ঙাঙলৈনবা মঙালনা নোংচূপলোমদগী শন্দোবক্তুনা লৌবূক-লম্ফাঙ, উপাল-ৱাপাল খূদিংমক অনৌবা মচুনা শঙবগুম তৌনা উই। লম্বীদা য়াউশঙগী ঈবাংদি নেমথবম্লে, শেল মুনবা, আবীর তৈনবা, অঙাংশিংনা লাঙবা অসিনচিংবা কয়া তৌরমদ্রে, অদুবু লম্বীদা অনৌবা মচুগী ফিজোল ফজনা শেত্তুনা চৎলম্বী নূপীমচা অমদি নূপামচাশিং খরা উবদদি য়াউশঙ মতমগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমা উই। ঐখোয়দি কুম্মৈ অদুগী মপূং ওইবা নুংঙাইবা শরূক অদু য়াওবা ফংহৌদ্রে হায়বা অদুগীদমক পূক্নীংদা কবিগুম্বা ইৱাৎ ৱাৎপা, নীংঙমদবগুম্বগী ৱাখল অমা ফাওই।

# ৭

## কায়নবা

ঐনা য়ূমদা থুংলবদু সন্ধ্যা ওইরে। ইমুংগী মী ময়াম চঙদুনা ঐনা লৈরকপা পোৎ-চৈ, অচাপোৎনচিংবা ফাকপা হৌরকই। ঐনা লৈরকপা ঐগী খোঙউপ অদুগা নূপী খোঙউপ অঙাঙবা অদুগদি মখোয়দা উহল্লি. অদুবু অতিয়া মচুগী ঐনা পুক্নীং তানা অনীংবা আশা অমগা লোয়ননা লৈরকপা খোঙউপ অদুদি মখোয়দা উহন্দ্রে, চেকশিন্না লোত্তুনা থম্লে।

নুমিৎ তাপ্রবা মতুংদা ঐগা য়ূম্নোন্ননা লৈবা মরূপ অচৌ ঐখোয়দা কোয়থোরকই। মহাক ঙসায় ঐনা থোরকপা মতমদা ময়ূমদগী চখোক্লুই হায়, হৌজিক্তা ঐ থোরক্লে তারদুনা ঐগা উন্নবা লাক্লিবনি। ইবানী ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই। ঐনা য়ূমদগী মতম খরা চখোক্লুবা অদুদা ঐগী নুংশিবা মীশক অদু মতৌ করন্না লৈবগে হায়বসি য়াম্না খঙনীংই। মাগী মরমদা হৌদোক্লদুনা ঐনা মরূপ্তুদা হংই, "মহাক হন্দক থাবল চোংবা য়াওব্রা?"

মরূপ অদুনা ঐগী পুক্নীংগী ফীবমদু খঙনা মীকুপ অমতং তূমিন্না লৈ, অদুদগী অশেংবা অদু হায়রকই, "মহাক মরক মরক্তা য়াওবা উই।"

মাগী পাউখুম অদু তাবদা ঐ পুক্নীংদা নুংঙাইতবা ফাওই। ঐনা থাপ্না লংফৈদা লৈরিঙৈদা খল্লম্বা ৱাখল অদুমক ওন্নরবদা মহাক্না ঐবু থোইনা খন্দ্রব্রা হায়বসি চিংনবা হৌরকই। নুমিত্তু ঐ ইমান্নবদুগা মাগী মরমদা মখা তানা ৱারী ইশা শাদ্রে, লমদা চৎলুবগী ৱারী অতৈ অতৈ খরা শারগা তোক্লে।

লংফৈদগী থোরক্লুবা মতুংদা ঐ নূপী অদুগা থোইনা উন্নখিদ্রে, ইরাপ লাপথোক্লবগুম তৌখ্রে, অদুবু ঐগী পুক্নীংদা মাগী মফমদগী করিগুম্বা অরেপ্পা অমদি খঙবা চুম্মী হায়বসি য়াম্না কন্না খল্লকই। লংফৈদা চৎলুরবা মতুংদদি ঐগী ৱাখলদসু করিগুম্বা অহোংবা অমা লাক্লে; ঐ হান্নগুম অদুক হাক্লা ইকাইথীবা অদু তৌদ্রে, ইশাবু থাজবা হেল্লকই, নুপামচা অমা ওইনা হায়ফম থোকপা, ফোঙদোকফম থোকপা অদুদি ইচঙ থৌনা ফোঙদোক্কদবনি হায়না খল্লকই। তশেংবদি ঐ অদুক হাক্লা মরম চানা ৱাখল খনবা ঙম্বদি নত্তে, লংফৈদা

চৎলুরবা মতুংদা (চহী মতাং অদুৱাইগী অঙাং অমনা হেক হেক তৌবগুম) ইথন্তা হেজিন্না চালাক লৈবা শাবগী মওঙ খরা লৈবা অদুনি ঐনা তৌরিবদু। ঐনা মতৌ করম্না মঙোন্দা ঐগী ৱাখলদু ফোঙদোক্কদগে হায়বসি খনবা হৌরকই।

নোংমদি ঐগা য়ুম্লোনবা ইমান্নবা অদুগা থাবল ফবা নুংদাং অমদা লৈরক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চক্তুনা লৈ। অসুম্না নুংদাংদা মখল কয়াগী ৱারী শাদুনা হেক হেক চৎপা অসি ঐখোয় মহৌশাদগী হৈনবী ওইনা তৌই। ঐখোয়না অসুম্না চৎপা নুংদাং অদুদা তাঞ্জা চারুবদগী মমান্নবী অনীগা লোয়ননা মহাকসু তোটিদগী ঈশিং শোকপা থোরক্লে। মতাং অদু ঐগী পূক্লীংগী ৱা ফোঙদোকপা য়ারবা খ্বাইদগী ফবা তাঞ্জা অমনি হায়না খল্লকই, ঐ মঙোন্দা চিঠি অমতং পীনবসু হেক হেক ফুরিৎখাউদা হাপ্তুনা পুই। ৱাখল অদু খল্লুবদা ঐগী থবাক্কী মিহুল অদু তপ্না তপ্না চোংলকই। বসন্ত মতমগী লূরবা থাবলগী ফজবা, তপ্না শীৎপা নুমিদাংগী নুংশিৎ, থাবলদা শাৎপা লৈগী লৈনম, লৈরক্কী নাকল অনীমক্তা হৌরিবা উপাল-ৱাপাল পূম্নমক অদু তাঞ্জা অদুদা য়াম্না চুশিন্নবা, ঐগী পূক্লীংবু মথূম-মরাঙ হৌহনবা মওঙ ওইনা থোকই। পূক্লীংগী অকনবা থৌইনশিন অমনা ঈনশিন্দুনা ঐ মঙোন্দা ৱা খরা হায়নবগীদমক থৌরাঙ তৌরে। থাবল অদুদা মহাক মমান্নবী অনী অদুগা হরাউ-হরাউ. মশা কোন্না ৱারী শাদুনা সনাবুন অমমম পায়দুনা লৈরক্তা চৎলি। ঐ চপ য়ুংনা নীংবা অরেপ্পা ৱাখল অদুগা লোয়ননা মখোয়গী মতুংদা নক্না চঙশিল্লে। ঐনা খরা পাখৎনা ফিংলপ তৌনা চঙশিনবা অদুদা সড়ক্তা তারম্বা নুংজ্রেঙ অমা কাওরুদুনা মখোয়গী মরক্তগী অমখক্কী সনাবুন্দা পান্দুনা ক্রেং লাউবা মখোল অমা খঙহৌদনা থোরকই। মদুদা মখোয় তুং হন্না য়েংলকই। ইথা থাজদনা ঐনা মখোয়গী মতুংদা নক্না চৎলম্বা অদু উবদা মখোয় পাখৎপগুম তৌনা খোঙলৈ খরা থুগৎনা চৎপা হৌরকই। ঐনা খল্লি মমান্নবী অনীদুনা পাখক্তুনা খরা থুনা চৎখৎপ্রবসু মহাক্তি ঐবু উবদা ঐগী ৱা খরা তানীংদুনা শোয়দনা খরা লৈথহৌবা য়াই, অদুবু অদুম্না তৌবগী মহূত্তা মহাক মমান্নবী অনী অদুগী মাঙ থানা হেন্না থুনা চৎখৎখ্রে।

ঐ মঙোন্দা ৱা হায়বা খুদোংচাদ্রদুনা তুংদা চৎপী মমান্নবী অমদা ঐগী চিঠি অদু পুথোক্তুনা মঙোন্দা পীবিনবা হায়রকই। মমান্নবী অদুনা মখূৎ তিংথোক্তুনা চিঠি অদু লৌহৌরে।

মদুদা ঐ অদুম পেনবগুম তৌনা নিংদোল খরা চোংনা লৈথদুনা লৈহৌরে।

নুনিৎ খরনি হৌখ্রে। ঐগী চিঠিগী মরোল অদুনা মহাক্কী পুক্নীংদা করম্না পাল্লমগদগে হায়বসি ঐ নুমিৎ চুপ্পা খন্দুনা লৈ। মঙোন্দগী করিগুম্বা পাউখুম অমা ফংবা য়াই হায়না আশা তৌই; মদু লাওতক্লনা ঙাইদুনা লৈ।

ঐ করিগুম্বদা মাগা অমুক উন্নবা য়াই খন্দুনা ইমান্নবা অচৌগা লোয়ননা সন্ধ্যা মতুং মমথরক্লবা মতমদা লৈরক্তা হেক হেক চৎপা য়াওই। নোংমা নুমিদাংদি মহাক মমান্নবী অনীদুগা লোয়ননা তোটিদা লৈরম্বা উরে। নুমিত্তুদি থাবল য়াম্না ফবা নত্তে, পানখৎলকপা থাগী মঙাল খরদি ঈংনা শন্দোরকই।

ঐ ইমান্নবা অদুগা লোয়ননা তোটি ময়াগী লম্বীদা অমুক অনীরক হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক অনকপদা লৈবা মমান্নবী অমগী মতেং পাংবা ওইনা ঈশিং বালটিন অমা থাংদুনা মমান্নবীদুগী ময়ুমদা চৎমিন্ননবা থোরকই। ঐ মতম অদুদা মাগী মতুং ইন্নদুনা চৎলে।

ঐনা মঙোন্দা নোংমা মাগা চৎমিন্নবী মমান্নবী অদুদা পীখিবা চিঠি অদুগী মরমদা হংবদা মহাক থোইনা তাদবগুম তৌনা ঐগী মাঙদা অদুম লূকথদুনা চৎলি, পাউখুম পাক পীরক্তে। মমান্নবীদুগী কোম্হোঙ মপা য়ৌশিল্লক্রে, লম্বীদসু মী অমা-অনী মরক মরক্তা চৎলি।

মহাক্না মী অতৈ উহন্নীংদবগুম তৌনা খঙহৌদনা অতপ্পা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "কোম্হোঙগী মরুম অশোমদা খরা চঙশিনসি।"

মদু হায়রগা মহাক্না কোম্হোঙগী শম্বক্লে অমদি উগী মরুম খজিক্তং তাবা মফম অমদা চঙশিল্লে, অদুগা মহাক্না য়াল্লকপা ঈশিংগী বালটিন অদু লৈমায়দা থম্লগা ঐগী ৱা ঙাইবগুম তৌনা বালটিন ময়াদা খরা লূকথদুনা লেপ্পুনা লৈ। ঙানফাত্তবা থাবলগী মঙান্দুদা লেপ্লিবা মাগী মূর্তি, লূকথদুনা লৈরিবা মাগী মায়থোঙ অদু উবদা ঐবু থক্কৎহল্লি; ঐগী হায়নীংবা ৱা কয়া চীনবান্দগী থোরক্তে। মাগী মমান্নবী অদুসু খরা হন্দোক্লগা মাবু ঙাইদুনা লেপ্পুনা লৈ; ঐখোয়গী মতৌদু মঙোন্দা খরা ঙক্লা থোকপগুম মমান্নবীদু ৱা অমতা ঙাঙলক্তে।

ঐনা মঙোন্দা হায়, "নহানগী চিঠি অদুগী পাউখুম অমতং . . .।"

মহাক মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈ, মঙোন্দগী থোইনা থাপ্পুনা লৈরিবা মমান্নবী অদুগী মমাংঙদসু অদুম্না ঙাঙনবদু খরা ইকাইনা উই।

মহাক্না ইকোম কোম্না কয়া থৌশাদনা খুম্লকই, "করম্বা চিঠিনো?"

"নহানমুক ঐনা নমান্নবীদা পীখিবদু।"

"ঐদি মদু ফংদেনা।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা ঐ থুক লাউরকই, ইকাইবনা মফম অদুদা লেপ্পা ঙম্লক্তে। ঐ খঙই মাগা চৎমিন্নবী মমান্নবী অদুদা পীরম্বা চিঠি অদু মানা ফংলোইদবগী মরম লৈতে, মদু চুম্না লৈথোক্লবগী খুম্লকপা পাউখুম অমনি।

তাঞ্জাদুদা লম্বীদা মী খরসু লাক্লে।

ঐ ৱা মখা অমুক তারমদনা মাগী মনাক্তগী লৈথোক্তুনা লাক্লে। ঐ শাউনীংবগুম, পূক্নীং নুংশিবগুম খোঙথাং থুনা য়ুম্লোমদা অদুম লাক্লে, তোটি ময়াদা লৈহৌরিবা ঐগী ইমান্নবা অদুগী মনাক্তা ফাওবা চঙলমদ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা ইমান্নবা অদু ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্লে। মতম অদুদা ঐ থৱায় নুংঙাইতনা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ৱাখল খন্দুনা লৈ। ইমান্নবা অদু থোকখিবা থৌদোক অদুগা মরী লৈননা ঐঙোন্দা করিগুম্বা ৱা খরা হায়বা লাক্লিবনি হায়বদু ঐ খঙই। মহাকসু খরা পাখৎনা উই।

"নঙনা মঙোন্দা করি হায়রম্লে?" মানা ঐঙোন্দা হংলকই।

"করিসু হায়দে, চুম্না চিঠি অদুগী মরমদা হংবতনি।"

"মহাক্লা তোটিদা অমুক হল্লকপদা ঐগা উন্নে, মহাক খরা পেন্দবা, নুংঙাইতবা মতৌ ওইনা উই।"

"মহাক্লা করি করি হায়রকই?" ঐনা হংই।

"করিসু থোইনা হায়রক্তে, মহাক্লা থৌদোক অদুদা খরা শাউনীংবা, নুংঙাইতবগী মওঙদা নঙবু অমুক্তং উন্ননীংই, ৱা খরা ঙাঙননীংই হায়রকই। নহাকপু অমুক্তা কৌথোকপিরকউ হায়রকই।"

মাগী ৱা অদু তাবদা ঐ ইকাইবা, খোয়শাউনবা ৱাখলনা অমুক হেন্না থম্মোয়দা ওমচারুবা ফাওরকই। ঐনা খল্লি, "মানা ঐবু ফজনা কৌথোক্লগা ঐনা তৌরুরিবা থবক অদুগীদমক জ্ঞান তানা ইকাইবা পীদুনা ঙাঙগদবগী ঐবু কৌথোক্লিবনি। মদুদা চৎপা দরকার ওইদে। ঐ কৈদৌঙৈদসু মাগা অমুক উন্নররোই।"

ইমান্নবদুনা ঐ তৃমিন্না লৈখিবা অদুদা অমুক হায়রকই, "মহাক য়াম্না নুংঙাইত্রি, তোটিদা অমুক থোরকখিগনি হায়হৌই।"

ঐ ৱাখল অমদা উংবগুম তৌনা লৈ।

ঐ নুমিত্তু মাগা উন্নররোই হায়বা ৱাখলদু চপ য়ুংনা লেপ্লে। ইমান্নবা অচৌ ঐগা ঙহাক ৱারী শারগা ঐগী ইনাক্তগী হুনখ্রে।

মহাক হনখ্রবা মতুংদা ঐ তুমিন্না মাঙ্গোন্দা অদুম ৱাখল খন্দুনা ফমদুনা লৈহৌই। ঐ কোক ঙাউফিং ঙাউফিং তৌরকই, পূক অমদি থবাক্তু ইশা শাগৎলি। স্বর হোনবদা ইফুন ফুনগৎলি। অতেনবা মতম অদুদা ঐঙোন্দা ফাওরকপা নুংঙাইতবা অদু পুবা ঙমদবা পোৎলুম অমা ওইরকই। ঐ মদু ৱানা খাঙনবা হোৎনৈ। ঐ য়ুমদগী অমুক মপাল থোক্লে। থাবল মুশি মুশি ফবা নুমিদাং অদুদা মহাক ঐগা উন্নবা অমুক তোটিদা থোরকখিব্রা নত্ত্রগা থোরকখিদব্রা হায়বদু ঐ খঙবা ঙমদ্রে।

নুমিৎ অদুগী মতুংদা ঐ মাগা ইউন উন্নখিদ্রে, থোইনা উন্নগে হায়নসু খল্লুদ্রে।

জুলাই থা য়ৌরক্লে। কুম অদুদি ঐ কাং মনুংগী কুম্মৈনচিংবা য়েংবা কয়া চথোক্তে। কাং মতুংদা নোংমা ঐনা ইমান্নবা অচৌগী ময়ুমদা চথোক্লুবদা মহাক্না ঐঙোন্দা তন্নকই ঐগী নুংশিজবী নূপী অদু চেনখ্রে।

মদু তাবদা ঐ শ্বায় লাউই, পাক হেক থাজবা ঙমদে, ঙহাক্তু ৱাখল খন্থবা ঙমদে। ঐনা পূক্লীং ফাথনা মঙোন্দা হংই, "কনাদনো? মফম্না কদাইদনো নহাক খঙব্রা?"

"মশক্তি খঙদে। মীনা হায়নবদা দরজীনি হায়, ক্বাকৈথেলদগী ওইরমাল্লে।"

"ফরে কৈদৌনি," ঐনা হান্নগুম পূক্লীং অসুম ফাথদুনা অসিতমক খুম্মী। ঐ মদুগী মরমদা পূক্লীংগী ৱা ফোঙদোকপা অমদি মত পীরুবনচিংবা থোইনা তৌদ্রে।

য়ুমদা হল্লক্লবা মতমদদি নুংঙাইতবা ৱাখলগী পোৎলুম অমনা ঐঙোন্দা তপ্না তপ্না অসুম ননবা হৌরকই। পুন্সীগী করিগুম্বা মমল নাইদ্রবা লন অমা মাঙখ্রবদা মদুগীদমক ৱাদবা শাদুনা, পূক্লীং ফাথদুনা কয়া কুইনা লৈবা ঙমগদগে? হৌজিক্তি মাগা কায়নবগী মৈচাক অদু থম্মোয়দা মৈরি চামা থোক্লা চাকপা হৌরকই। সংসারগী নিয়ম খূদিংমক ঐঙোন্দদি হোংখ্রবগুম নীংলকই। অসুম্না নুমিদাং অদু ঐ চাক চাদ্রে, অহিংসু মীৎ কক্লা অমতা তুমখিদে।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। নোংমদি ইমাবোক্কী মচানূপী ঐগী ইচে লৈশাবী অমা ঐখোয়দা কোয়থোরকই।

ঐনা ঙহাক ৱাখল খল্লগা ঐনা এক্সকরসন চৎলুবা হল্লকপদগী চেকশিন্না লোক্তুনা থল্লিবা অতিয়া মচুগী খোঙউপ অদু মঙোন্দা পীথোকখ্রগে হায়না খল্লদুনা মদু মঙোন্দা

য়েংহল্লকই, অদুগা হায়, "ইচে, মসি ঐনা লংফৈদগী লৈরকপনি, পাম্রা য়েংউ।" (ঐনা হৌজিক খোঙউপ অদু অমুক লোত্তুনা থম্বগী দরকার ওইদ্রে হায়না খল্লি।)

ইচে অদুনা অতিয়া মচুগী খোঙউপ অদু উবদা হরাউনা তাপ পায়দুনা হায়রকই, "ফজখ্রেদা মসিদি, ইবুংঙো, য়াম্না পাম্মী, ইচেগী ওইজরগে। নহাক্না কনাগী লৈরকপনো?"

"হুম, চুম্না হোঙবদুদা লৈরকপনি, কনাগীসু নত্তে, ইচেগী ওইরবসু য়ারে," ঐনা থৈদোক্তুনা খুম্মী। (ঐনা লৈরকপা অতোপ্পা খোঙউপ অঙাঙবা অদুমদি ঐগা পোকমিন্নবা ইচেনা হান্নগা লৌখ্রে।)

মানা খোঙউপ অদু মখোঙদা উপশিন্দুনা য়েংবদা চপ চারে।

ঐনা মদু মঙোন্দা পীথোকখ্রে। মহাক হরাউনা ঐখোয়গী য়ুমদগী হনখ্রে। মহাক হনখ্রবা মতুংদা ঐহাক খোঙউপ অদুগা মরী লৈননা শাগৎলুবা ঐগী আশা অদু নীংশিংলক্তুনা ঙহাক অৱাবা ৱাখলগা লোয়ননা ফুম্বংননা চিন্তা তৌদুনা লৈহৌই।

৮

# কায়নখ্রবা মতুং

নূপী অদুগা কায়নখ্রবা মতুংদা ঐগী পুন্সীদা অহোংবা অমা লাক্রে, লাইরিক-লাইসুদা পুক্নীং খরা চঙবা হৌরে। মতম অদুদা ঐ খঙলকই ঐ মাগীদমক অরেম্বা ৱাখল কয়া তৌদুনা, কল্পনাগী জগৎ অমদা তাউদুনা মতম কয়া মাঙহনখ্রে, লাইরিক্তা পুক্নীং করিমতা চঙদদুনা তশেংনা অমাঙবা ছাত্র অমা হায়বদু ওইরুরে। হৌজিক্তি ঐগী ৱাখলদু অমরোমদা ৱাইশংলে, লাইরিক্তা হোৎননীংবগী আশা অমা লাক্রে।

মতম অদু ঐ সাহিত্যাদসু পুক্নীং হেন্না কন্না চঙলকপা মতমনি। সাহিত্য পাবদা নত্তনা ইবগী ৱাখলসু খনবা হৌরকই। ঐনা মহৈশাদগী চেৎনা লুনা থমজবা হঞ্জিন হঞ্জিন মশীং নাইদনা পারবা শরৎ চন্দ্রগী *দেবদাস* অদু নত্তবা ঐনা মতম অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা পাবা অতোপ্পা লাইরিক অমদি মতম অদুদা বী, এ, দা তম্নবা কালিদাসকী *শকুন্তলা* হায়বা বসুদেব শর্ম্মনা মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা নাটক অদুনি। মদু চপ চাবা কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম*-গা খজিক্তুং খেন্নে, মণিপুরদা ড্রামা ওইনা শান্নবদি লাইরিক অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা শান্নবা ঙাক্তনি। লাইরিক অদু পাবদা ঐনা ফংখিবা নুংঙাইবা অদু ৱাহৈনা থাবা ঙম্লরোই, তশেংনমক ঐবু মদুনা পুমগুম শুম্লৎলি। হন্দোক্লিবা অইবা অদুগী থোং-নৌরবা লোলগী ফজ্ববা অদু অঙকপনি, মৈতৈরোনগী লময়ৌনা, খমথেংনা ফজবা হায়বদু মদুদা লৈরবগুম নীংই। অদুগা অমুকসু কালিদাসকী হিমালয় মখোঙগী অচীকপা আশ্রমগী সংসার অদু মপুং ফাবা নুংঙাইবগী তৃংনফম ওইরবা মফম অমা ওইনা খল্লি, ঐগী পুক্নীংনা অচীকপা প্রকৃতিগী মশাইগোল অদুদা য়ৌখি, নুমিৎ চুপ্পা মদুগী কল্পনাগী সংসারদা তাউদুনা লৈখি। কালিদাসকী নাটক্কী মহাউদু মতম অদুদনবু হেন্না খঙখিবগুম নীংই। অঙাং অমদা অথুম্বা পোৎ অমা পীজবদা মদু করিনো খঙদ্রবসু অথুম্বা রস অদুদি অহল অমদগী হেন্না পাম্না চুপ্পগুম ঐসু মদুবু করিনো মুন্না খঙদ্রবসু মদুগী রস অদুদি হৌজিক্তগী হেন্না পাম্না চুপখি।

অতোপ্পা ঐনা নুংঙাইখিবা অমনা ক্লাসতা ওজানা ৱার্ডসৱার্থকী "ডেফোদিল" হায়বা শৈরেং অদু তাকপদনি। শৈরেং অদুদা কবিনা থাবা পাৎয়াদা শাৎপা ডেফোদিলশিংগী

ফজবা, মদুনা মাগী পূক্নীংদা তুংকোইনা পীবা নুংঙাইবা পূন্নমক অদু শীংথাবদা তশেংনা অঙকপা মওঙ অমদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পী, কবিগী নুংঙাইবা খূদিংমক অদুদা ঐসু শরূক য়াই। ডেফোদিল হায়বা লৈ অদু তশেংনা উদ্রবসু পূন্না পাক্তক্না শাংপা অতৈ হঙ্গামপাল মচুগী লৈশিংবু উরগসু ঐ ৱার্ডসৱার্থগী ডেফোদিলবু হেক্তা নীংশিংই। মাগী মতৌ তমদুনা ইংলিসতা শৈরেং মচা অমা-অনী ফাওবা ইবা হৌই।

ক্লাস নাইন তম্বা মতম অদু ঐ তশেংনা সাহিত্য ইবা হৌবা মতমনি। মতমদু ঐ চহী তরামঙামুক শুরে। মদুগী মমাঙদদি ঐ পাবগী নুংঙাইবতমক লৌরম্মী, ইবগী নুংঙাইবা মহাউ অদুদি খঙলমদে। মতমদুদা ইবা অদু মরু ওইনা স্কুলগী মেগাজিনদা হাপ্নবগীদমক্তনি। অহানবা ওইনা ৱারী মচা অমা ইবা হৌই। ৱারী মচা অমা ইবগী নিয়ম-নীতি করিনো হায়বা করিমতা খঙদে, চুম্নগী অতেনবা ৱারী অমা মপূং ফানা শাগৎপা অদুনি ঐগী অনীংবা। ঐনা ঐগী অপীকপা লাইরিক তৌফম কাদা থোঙ লোনশিল্লগা চৌকিদা ফমদুনা কল্পনা কয়া তৌবা হৌই, পুন্সীদা থেংনরকপা থৌদোক কয়া নীংশিংই, মদুদগী ৱারীগী মচাক ওইবা য়াবা য়াওৱা হায়দুনা খনবা হৌরকই। ৱাখল খনবা মতমদুদা ভাবনা শংশংনা দৃশ্য কয়া উদুনা ঐ তশেংনা নুংঙাইবা সংসার অমদা লূপ্পা হৌরকই। অদুবু ইবা মতমদদি ঈরোইবা হৈতবা মীনা ঈশিংদা ঈরাক্লবগুম অনীংবা ৱাখল কয়া অদুগী মরক্তা চনৈনদুনা লৈখি, অঙৌবা চেবাং মথক্তুদা মওঙ তানা ফোঙদোক্তুনা কলম থাবা ইঙম ঙমদে। ঐ ৱানা হোৎনদুনা ৱারী মচা অমা ইবা লোইরে। অহানবা ইখিবা অদুদগী করিমতা শেমদোক-শেমজিন তৌদ্রে। ঐনা খল্লি পূক্নীংগী ঈথক হৌরকপা মতমদুদা ইখিবা অদু করিসু শেমদোকপগী দরকার ওইদে। (ৱাখল অদু অচুম্বা নত্তে হায়বদু ঐ মতমদুদা খঙবা ঙমদে।) ৱারী মচা অদুগী মমিং "অৱাবা সংসার" কৌই। ঐনা অতোপ্পা ইংলিসকী শৈরেং মচা অমসু ইরে। মদুগী মমিংদি নীংশিংবা ঙমদ্রে।

আর্টিকল অনী অদু হাপ্নবা মেগাজিন সেক্রিটরিদা পীশিনখ্রবা মতুংদা ঐনা মেগাজিন ফোঙলকপা ঙাইবা অসি অৱাবগী মশক্নি। আর্টিকল খন্দোক-খঞ্জিন তৌরিবা ওজাশিংনা মখোয়দু খনবীরমগদ্রা নত্ত্রগা খনবীরপ্লোইদ্রা হায়না খনবদা পূক্নীং য়াম্না লাঙতক্লে। অদুবু থা খরা ৱানা ঙাইরবা মতুংদা মেগাজিন অদু ফোঙলকপদা লাইবক ফবদগী ঐগী আর্টিকল অনী অদু য়াওরক্লে। মেগাজিনগী মশক অদু ঐ হৌজিক ফাওবা নীংশিংলি; মদু অশংবা চেনা মখুম পাল্লগা মনুংদা য়াম্না ফবা অঙৌবা চেদা নম্মী, য়েংবদা য়াম্না তরু তরুম্না ফজনা

উই। অঙৌবা চে অদুদা ইশানা ইবা ৱারী মচা অমদি শৈরেং অদু য়াম্না লুনা ফজনা ছাপা তৌদুনা পুথোরকপা অদু অহানবা উবদা ঐগী পুক্নীংদা অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওই। মোগাজিন অদুবু মমল নাইদ্রবা পোৎ অমগুম খল্লি। মদুগী কপী অদু ঐঙোন্দা য়াম্না কুইবা ফাওবা লৈরম্মী। কোন্নদি মদু মফম খঙদনা মাঙখ্রে।

মতম অদুদা ঐ তশেংনা তুংগী পুন্সীদা অইবা অমা ওইরগে হায়বগী অরেপ্পা আশা অমগা লোয়ননা ইবদি নত্তে, মেগাজিন হাপ্পবগীদমক্তা ইবনি; অদুবু মদুগী মহাউ অদু খঙলুরবা মতুংদদি থাদোকপা ইঙম ঙমদবা নেশা অমা চুবগুম তৌরকই। ঐনা শরৎ চন্দ্রগী ৱারী মরী অদু য়াম্না তম্মী; অদুগা লোন্দা-পুদাদা *শকুন্তলা* দা ইরিবা মৈতৈরোন অদু মান্নবা হোৎনৈ, মদুদা শীজিন্নরিবা প্রমাণ-পাম্থে, মফোঙদোক অদু য়াম্না কুপ্পা য়েংশিল্লি। ঐনা ইকোম কোম্না ইশাবু থাজনা খল্লি ঐনা ইরিবা অদুসু মখোয়না ইরিবা অদুগুম্না মীবু নুংঙাইহনবা ঙমগনি; লাইরিক ইবা হায়বসি কয়ামুক লুবা, কয়ামুক য়াম্না হোৎনবা দরকার ওইবা পোৎ অমনো হায়বদু ঐ মতমদুদা করিমতা খঙবা ঙমদে।

সাহিত্য ইবদা য়াম্না নুংঙাইবা, পুক্নীং চঙলকপগা লোয়ননা ঐগী ৱাখলদা অতৈ অহোংবা কয়াসু লাকই। ঐ ইথন্তা মপূং ফাবা মী অমা ওইনা খঞ্জরক্নুনা তুংগী পুন্সীগী মরমদসু মরু ওইনা খন্থরকপা হৌরকই। ঐগী নুংশিবা মীশক অমা কায়নখিবা অদু ঐঙোন্দদি থোইনদুম অফবা অমা ওইখ্রে; ঐগী তায়োন্নরা ৱাখল লম্ফে অমদা চৎলম্বা য়াবা মতৌ অদু তোক্নুনা অফবা মায়কৈ অমদা লাকখ্রে। ঐ কোন্নতা খঙলকই মদু ঐগী পুন্সীদা অচৌবা, মরু ওইবা ৱারকপা অমনি — মদুনা ঐবু তশেংনা ভাব য়াম্না তাহনখি।

কোন্নদি ঐ ৱাখল খরা মুন্না খন্থরগা নূপী অদুনা ঐবু খল্লম্বা য়াবা ফীবম অদুসু অওইবা পুন্সীগী মীৎয়েং অমদগী য়েংদুনা পুক্নীং লাকশিনবা ঙম্নবা হোৎনরকই। মহাক্না ঐবু তশেংনা হন্থনা য়েংখিব্রা হায়বসি ঐ খনবা হৌরকই। মদু খল্লুরবা মতুংদদি ঐনা মাগা কায়নখিবগী অৱাবা চাং অদু হন্থখি, থোইদোক্না ঐনা তৌরুরিবা অমসুং ৱারুরিবা খুদিংমক অসি মরম চাদবা, অর্থ য়াওদবনি হায়না নীংলকই।

অসুম্না খনবা মওঙ অদুনা পুক্নীংদা মাগা লাপথোক্নহনবা ঙম্বগী শক্তি অমা পীরবসু অমরোমদা ৱাখল মখল অদুনা ঐগী পুক্নীংদা অনৌবা নুংঙাইতবা ৱাখল অমদি পোকহল্লকই। ঐ ইশাবু ইশানা হন্থনা খঞ্জবগী ৱাখল অমা ফাওরকই। অদুদগী ৱাখল অদুনা ঐগী কোকপু লুমহল্লকই। ফত্ত্রবা ৱাখল ঙাক্তা মরী মরী শন্নরা লাক্নুনা ঐগী তুংগী পুন্সীগী

লম্বী অদু অমম্বা লৈচিল থাংবগুম ইমম মমশিল্লকই। মতম অদুদা সংসার অসি মমল অমতা য়াওদবগুম নীংলকই। ফজবা করিগুম্বা পোৎ অমতা য়েংনীংদে, মীসু তিন্ননীংদে, ইশা ফাওবা নুংশিবা পোল্লক্তে। অসিগুম্বা নীংহন্নবা ৱাখল অসি য়াম্না ফত্তবা অমনি, কনাগুম্বা অমনা অসিগুম্বা ৱাখলগী ফীবম অসিদা আত্মঘাত ফাওবা তৌখিবা য়াই। মদু অদুক্কী মতিক নুংঙাইতবা ফীবমনি।

ঐনা মতম অদুদা ধর্ম্মগী নত্ত্রগা অচৌবা মীশিংনা ইবা পুন্সীগী পাউতাক য়াওবা লাইরিক খরা পারম্লবদি ঐ ফীবম অদুদগী লায়না কোক্লম্বা য়াই, অদুবু মতম অদুদদি ঐ মদুগুম্বা মখলগী লাইরিক অমতা পাদ্রিবনা পুন্সীগী লম্বীদা মীত্তাঙবনা চৎপগুম য়াম্না পরিং চুন্না চৎপা ঙমদে। ঐনা ফীবম অদুদগী খজিক্তং কোক্লবা হোৎনখিবা হায়ববু লাইরিক্তা মায়ওনশিনবা অসিনি।

# ৯

## হেডমাষ্টর কালাচান্দ শাস্ত্রী

ওজা কালাচান্দ শাস্ত্রী তোপ তোপ্পা মখলগী ওজানি। মহাক্না স্কুল চলাইবগী থবক অদুগা অইবা অমা ওইনা মাগী ইবগী থবক অদুগা অনী অসি য়াম্না চাং কক্না ফজনা খল অমা থমদুনা হোৎনৈ। মহাক মতিক চাবা ওজা অমসুং অইবা মীশক অনীমক্নি। মহাক ছাত্র কয়ামুক্তা মাগী অফবা মগুণগী প্রভাব কয়া তাহনখ্রবা ঐখোয়গী তাঙলবা শক্লাইরবা ওজা অমনি। ঐসু মহাকপু য়াম্না অঙকপা মী অমা ওইনা ব্যবহার তৌদুনা মাগী মওঙ-মতৌ কয়াবু পূক্নীং চঙনা য়েংখি। মহাক অয়াম্বা মতমদা মাগী কাদা মহাভারত নত্রগা অতৈ লাইরিক অনুবাদ তৌদুনা লৈ। মানা মুক অব্দপ্পী কলম অমা পায়রগা ইবা খূৎই অদু য়াম্না ফজৈ, চাং মান্নৈ। মাগীদি অহানবা ইখিবা অদুনা লোইরে, অমুক শিন্দোকপা তৌদে। ঐখোয়না করিগুম্বা নুমিত্তা ৱাকৎপা ওইরবসু নত্রগা করিগুম্বা সমস্যা অমগীদমক্তা ওইরবসু মাগী কাদা মাগা উন্নবা চঙলুবদা মহাক্না অদুম্না হেক হেক লাইরিক ইদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না মনাক্তা চঙলকপদা মহাক্না লাইরিক ইরম্বদগী খরা পেন্দবা মওঙদা শূকথদুনা মমায়দু হনগৎলকই, অদুগা ঐখোয়দা আনোক মনুংদগী মুন্না য়েংদুনা ঐখোয়না হায়রিবা অদু তানবা হোৎনৈ। মাগী অশূকপা, ৱাখল লৈবা মানবা, চীংলেম্বা মায়থোঙ অদু উবদা ঐখোয় য়াম্না কি; ঐখোয় (মহাক্না মনা খরা তাথীবদগী মঙোন্দা ৱা ঙাঙবদা হৌনা ঙাঙলবসু) মঙোন্দা হৌনবী ব্যবহার উত্তুনা নোল্লুক্না ঙাঙই। মহাক্না ঐখোয়না হায়বা অদু তাবদি মাল্লবসু করি হায়রিবনো মুন্না খঙদনা ঐখোয়দা মরম চাদনা খংলাউ লাউদুনা চৈরকপসু য়াওরকই। মাগী মতৌ অদুদগী মহাক ঐখোয়না হায়বা ৱা অদু তাদ্রে হায়বা খঙলদুনা ইমান্নবা অমনা খোঞ্জেল খরা হেন্না হৌনা লাউনা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ঙাঙবা হৌরকই। অদুদগী ওজা হেডমাষ্টর অদু ইমান্নবদুনা ঙাঙলিবা ৱা অদুগী শরূক খরা তারবগুম তৌনা খোল নেমথনা ঙাঙবা হৌরকই; মহাক্না ঐখোয়গী ৱাকৎ নত্রগা হায়নীংলিবা ৱা অদুগী পাউখুম পীরবা মতুংদা ঐখোয়বু চৈবোই-লাকপোই তৌনা ক্লাস য়াওরুনবা মাগী কাদগী তাঙ্খোরকই।

ঐদি মাগী কাদা লৈরিঙৈদা ইমান্নবা অতৈগা মাগা ৱা ঙাঙনবা অদু খরমখে তারবসু মরু ওইনা ওজা হেডমাষ্টরগী মওঙ-মতৌ, মাগী লৈরম্লিবা ফীবম অদু য়েংবদা হেন্না পূক্নীং চঙদুনা লৈ। মানা অদুম্না টেবলদা লাইরিক ইদুনা ফম্লম্বা অদু উবদা ঐ য়াম্না কল্লকই, মানা তৌরিবা অদু নুংঙাইরমগদবা মাল্লি, মতৌ তম্নীংবা পোকই। মহাক অসি মী মরক্তগী অথোইবা অচৌবা পণ্ডিত অমনি হায়বসি খল্লি। মঙোন্দগী হেন্না থবক ফবা, স্কুলগী থবক ফজনা পুবা হেডমাষ্টর অতৈ লৈরম্বা য়াই, অদুবু ঐ মখোয়বু অৱাংবা, অচৌবা থাক্কী মীওই ওইনা খন্দে, মরমদি নোংমা থবক্তগী পোত্থাবা মতমদা মখোয়না তৌরম্বা থবক খূদিংমক্তু মীনা কাউথোকপিখিবসু য়াই; অদুবু ঐখোয়গী ওজা অসিনা তৌরিবা থবক অসিদি হেন্না ৱাংবা জাতিগী ওইবা থবক অমনি — ঐখোয় পূম্নমক্কী লেমজনীংঙাই ওইবা,পীক্রবা স্কুল অসিগী ৱাংমদা তৌবা হেন্না মরু ওইবা থবক, মতম পূম্বদা লৈহৌরগদবা, মদুনা মাগী মিংচৎপু অমর ওইহল্লগদবা। মাগী চীংলেম্লবা, জ্ঞান লৈনা উবা অশূকপা শক্তম, মূর্ত্তি অদুমক ঐঙোন্দা থোইদোক্লা পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওইনা থোকই; মাগী মগুণ অদুনা কা অদু পূমঙান ঙাম্থোকহনখিবগুম নীংই।

মহাক অসুম্না মাগী কাদা লাইরিক ইদুনা লৈরম্বদগী মরক মরক্তা হেক হেক স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা থোরকই। ফৈজোম শেৎপা, ৱাউথাংনেনা শংবান্নবা নত্ত্রগা মুগা মচুদী পূময়াৎ ফূরিৎ অমা হেক হেক লীৎপা, মুনং তৌবা,কয়া ৱাংদবা, অহল ওইবগী খজিক্তং কোল্লপ তৌরবা মূর্ত্তি অদুনা খোঙথাং তপ্না, লুরাক্ননা অথাপ্পদা য়েংদুনা মখূৎ তুংবুন্নদুনা লীচৈ অপীকপা অমা লোৎপোই-করিওই তৌদুনা পায়রগা চৎপা উরবদি ছাত্র খূদিংমক কিনৈ, ঙাওশিন্নরম্লবসু ইতপ তপথনৈ, মপান্দা লৈরম্বা কয়া ক্লাসতা চেনশিন্নৈ। মহাক্না অদুম্না তপ্না তপ্না লূকথদুনা থোরক্লগা স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা কোয়না চত্তুনা য়েংলবা মতুংদা মমৈদা স্কুলগী অৱাং থংবা গেট ময়াদা লেপ্তুনা সড়ক্লোমদা অমদি ইম্ফাল টকিজরোমদা য়েংদুনা লৈ; কনাগুম্বা ছাত্রনা ক্লাসতগী লৈথোক্লগা মপাল থোক্লবদগী হঞ্জিল্লকপা নত্ত্রগা লমহেনবা ঙাওশিন্নবা থবক তৌবা উরবদি মহাক্না পায়রিবা লীচৈ অদুনা নঙ্গলদা থীনা ফূই। করিগুম্বদা মরাল লৈতবা ছাত্রশিংসু শোয়দুনা চৈ চাবা য়াওই; মখোয়না ওজাদা হায়রম্লগা নিয়ম চুম্না করিগুম্বা থবক অমগী মপাল থোরকপা ওইরবসু হেডমাষ্টরনা ৱা হংবদা মখোয়না খুম্লকপা অহানবা পাউখুম অদু মানা তাদবদগী ক্লাস লৈথোকপা ছাত্র ওইরবোই নীংদুনা হান্না ফূজিনখিবনি; অদুগুম্বা ছাত্রশিং অদুনা কন্না অহৌবা খোঞ্জেলনা

মানা তানবা হায়রবা মতমদা মহাক্না কন্না লাউদুনা চৈরম্বদগী খরা ঈংথরক্তুনা মখোয়বু থুনা ক্লাসতা চঙখিনবা তানশিল্লি। মখোয়না চাখিবা চৈ অদুদি অমুক হন্দোকপা য়াদ্রে।

মহাক্কী তোপ তোপ্পা মগুণ অমনা লাইরিক তম্বীবদা নুংঙাইবা অসিনি। মহাক্না মরক মরক্তা স্কুলগী ভেরেন্দাদা কোয়না চত্তুনা য়েংবদা করিগুম্বা ক্লাসতা ওজা লাক্তদুনা চঙলমদবা য়াওরবদি মহাক মশামক্না ক্লাসতা চঙবা য়াওই। নোংমদি ঐখোয়গী ক্লাসতসু ওজা চঙলক্তদুনা ছাত্র ময়াম ৱা-ৱা লাওদুনা লৈরিঁঙৈদা মহাক্না খঙহৌদনা থোঙ ময়াদা লেপ্তুনা ঐখোয়দা হংলরে, "নখোয়গী ওজা লৈত্রা?"

"লৈতে, ওজা," ঐখোয়না খুম্মী।

"ওজা কনা থোকই? করি সবজেক্টনো?"

ঐখোয়না ওজা অদুগী মমিং হায়রে (ওজাদু কনানো হায়বদু ঐ নীংশিংবা ঙমদ্রে), অদুগা সবজেক্ট অদুসু মণিপুরীনি হায়বা তাক্লে।

মহাক্না ওজাদু ছুটি লৌখ্রে হায়বদু নীংশিংবগুম তৌনা মীকুপ অমতং তূমিন্না লূকথদুনা লৈরুরগা ঐখোয়গী ক্লাসতা তম্বীনবা চঙলক্লে।

লাওলম্বা, চোং-ফন্দুনা, কোয়চৎ চত্তুনা লৈরম্বা ছাত্র খূদিংমক তূমিন তূমিন্না মাগী মাগী মফমদা ফমদুনা লৈনখ্রে।

"করি লাইরিক্নো?" মহাক্না হংই।

"*মাধবী*নি, ওজা।"

অদুদগী মহাক্না ছাত্র অমদগী লাইরিক অমা লৌরগা উপন্যাস অদুগী ওজানা তাক্লম্বা জগা অদু হংলগা জ্ঞান তানা পারা মখা তাকথনবা থৌরাঙ তৌবা হৌরকই। মানা তম্বীবগী নুংঙাইবা অদু অঙকপনি; নুমিৎ অদুদতা মাগী ওজা ওইবগী তোঙানবা মগুণ অদু মুন্না খঙলকই। মপান্দা লমহেনবা ছাত্র ৱারকপগী, চৈবগী শূক্না উবা মাগী মায়থোঙ অদু ক্লাস চঙদুনা লাইরিক তম্বীরবা মতমদদি পূমহোং হোংখ্রে; মহাক্না নোক্না নোক্না মোন্দা নুংঙাইনা, সুর চানা, খোঙ্গোক্কী অনেম-অৱাং নাইনা ঐখোয় ময়াম্বু সাহিত্যগী মহাউ খঙহন্নবা তম্বীবা অদুদা ঐখোয় পূন্নমক নুংঙাইবনা মুল্লি। মাগী ফাগী কয়ানা ঐখোয় ময়াম্বু শিথবমখৈ নোকহল্লি। লাইরিক্কী মহাউ অদু ফংহন্নবা তম্বীবগী নুংঙাইবতা নত্তনা ঐনা নুংঙাইরিবদি ঐখোয়না পঙনা উগে ফংদবা মাগী অনোকপা, নুংঙাইবা মায়থোঙগী মতৌ অদু উবদুনি। মতম অদুদা মহাক্কী চৈগনবা, ফূগনবা মতৌ অদু পূমকাউ কাউই; মহাক অসি ঐখোয়গী

অপেনবা, নুংঙাইজবা মীশক অমা ওই। মহাক্না তম্বীবগী নুংঙাইবদা মুনখিদুনা পুং তাখিবা খঙহৌদে। মহাক্না ক্লাসতগী থোকখ্রবা মতুংদা ঐনা খলহৌই, "মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী তম্বীরবদি কয়াদা নুংঙাইখ্রগদবনো! কয়াদা তাঙখ্রবা, মগুণ লৈখ্রবা ওজানো!"

# ১০

# কালেন ছুটিগী কোচিং

কালেন ছুটি মনুংদা লৈকাই লৈকাইদা ফ্রি কোচিংনচিংবা কয়া তৌনৈ। ঐসু ইমান্নবশিংনা হৌদুনা থা অমরোমদু মৈনো লৈরক্তা তৌবা কোচিং অমা য়াওই। অদুবু মদুদা থোইনা কান্নবদি ফংদে, তোঙান তোঙানবা লৈকাই অমসুং স্কুলশিংদগী লাকপা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা নৌনা শকখঙনদুনা থোইদোক্না ঈরাং তৌনফম ওইদুনা লাঙদুনা তোকই।

ঐখোয়সু থোইনা লাইরিক তম্নবা নত্তনা ঈরাং অমদা য়াওবা ওইনা তৌই। ওজাশিংগী মনুংদা বী, এ, তম্লিবা ছাত্রদগীনা হায় স্কুল, কোলেজগী ওজা ওইবা ফাওবা য়াওই। হায় স্কুল অমদি কোলেজগী ওজা ওইবশিং অদুবুদি ঐখোয়না ব্যবহার তৌই; অদুবু বী, এ, তম্লিবা ওজা ওইবগী শিনফমদা তশেংনা চঙড্রিবা কাঙবু অদুদি ঐখোয়না থাজবা ঙমদে। মখোয়না তম্বীবদা দোষ পুথোক্তুনা, মরৈ য়েত্তুনা তোকই। নোংমদি ইমান্নবা অমগা ঐগনা অঙ্কগী ওজা নহা অমদা মেকানিক্সকী অরুবা অঙ্ক অমা তারুবা হায়। ওজা অদুনা ব্লেক বোর্ডতা মমায় ঙাঙনা অঙ্ক অদু ফল তাদনা কুইনা হোত্তুনা লৈরবদা ইমান্নবা অদুগা ঐগা ক্লাসতগী মপান্দা অদুম থোক্লে। ওজা নহা অদুনা ঐখোয়গী মতৌ অদুদা শাউই হায়না কোন্না ইমান্নবশিংনা তম্মী। ঐখোয়দি অদুম্না তৌবা অদুদা নুংঙাইবা পোকই, ক্লাসতা ওজা নহা অদুনা অঙ্ক ফল তাদনা মকোক ঙাওদুনা হোৎপা, ক্লাসতা অপনবা পীবা অদুদা ঐখোয় করিগুম্বা মরু ওইবা থবক অমদা মায়পাক্লবগুম্না অগেনবা পোকই।

অসুম্না খনবা ৱাখল অদু অপঙবনি হায়বদু কোন্নতা খঙলকই। তশেংবদি হৈবা ৱাৎলবসু ওজা নহাশিং অদুনা মখোয়না খঙবা থাক্তদি ওজা অহলশিং অদুদগী হেন্না ফজনা থৱায় য়াওনা ঐখোয়দা হৈনবা তম্বীরিবনি। মখোয়গী থৱায় য়াওবা, হোৎনবা অদুগী মমলদু ঐখোয়না খঙফম থোকপনি; অদুবু অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদুদদি মদু খঙবা ঙমখিদে।

ওজাশিংগী মনুংদা ঐখোয়না খ্বাইদগী কিনা ব্যবহার তৌনা খনবা অসি ডাঃ কে, রাজেন অসিনি। লৈকাইগী কোচিং অদুগী অশীন-অরাঙ তৌবা নহারোলশিংনা হায়জবদগী মহাক ক্লাস টেন্দা চয়োল অমদা ক্লাস অমা-তনীদা লৌগে হায়দুনা য়াবীরকপনি। মতম

অদুদা মহাক অসি লাইরিক-লাইসু ফবদা অরংবা থৱানমিচাক্লুম মঙাল নাইনা থোরক্লবা, মীরৈবাক্তগী অৱাংবা ডিগ্রি ফংলক্লবা মীয়াম্না থাগৎনরবা মীশক অমনি; মীয়াম্না মাবু জেনিয়স অমগুম্না খল্লে। অতৈগী নত্ত্রবসু মহাক্না নক্লা থেংনবা, মাগী মতৌবু কুপ্না উবা ফংলগনি হায়বসিদা ঐ নুংঙাইবা পোকই। মহাক চঙলক্কদবা ক্লাস অদু ঐখোয় খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈ; মহাক্না তম্বীগদৌরিবা সবজেক্ট অদু মেকানিক্সনি। মহাক্না ইহান হানবা চঙলকপা অদু ঐ ফজনা নীংশিংলি। মহাক ঐখোয়গী ক্লাসতা হোবে হোবে চঙলকই, নোংজু পাম্থা ওইবনা খুকউ য়ৌবা অশাংবা রবরগী গম বুটস তোংই, খোঙ্গাউ ফুরিৎ অঙৌবা ঙাক্তা শেৎলি, মাগী অঙৌবা কুচু অদুগা শেৎলিবা ফিজোল অদুগা মশা য়াম্না নান্না উই, মানা হেক চঙলকপগা ক্লাস অদুদা মনম নুংশিবা সাপোন নত্ত্রগা এসেন্সকুম্বগী মনম্না ৱা-ৱা নম্মী। থোইদোকপা পীথোরকপা মগুণ অমগা লোয়নরবা অফাওবা মীশক অদুগী ৱাঙাঙ-শঙাঙ, মওঙ-মতৌ খুদিংমক্তু ঐখোয়না পূক্নীং চঙনা য়েংই, ক্লাসতা চেক-মোক লাউদনা তুমিন তুমিন লৈনৈ। মাগী পীথোরকপা জ্ঞান লৈবা মতৌ অদুগা শেৎলিবা অনানবা ফিজোল অদুগা য়াম্না চুশিন্নবগুম তৌই। আনোক মনুংদগী য়েংলক্লিবা মাগী মমিৎ অনী অদু য়াম্না থৌই, করিগুম্বা অমতা কিদবা, পূম্নমক ইকোম কোম্না খঙবা উবগী মওঙ অমা উই। (মতম অদুদা মহাক চহী কুম্ল্লাতরেৎমুক্কী বয়স ওইরম্বা য়াই।) মহাক্না চৌকিদা ফম্লগা ঐখোয়দা মেকানিক্সকী অঙ্ক হোৎহনবা হৌই। ঐখোয়না খঙদবা মতাংদা মহাক্না চৌকিদা অদুম ফম্লগা তুং ওম্লোক্তুনা ব্রেক বোর্ডতা চোক অদুনা কাক কাক লাউনা থীল্লগা ময়েক অমা-অনী খোৎলগা চীনফাওই-করিওই ঐখোয়না হোৎলিবা অঙ্ক অদুগী ফল হেক্তো হায়রকই। মাগী মতৌ অদুদা ঐখোয় য়াম্না ঙক্লা থোকই। ঐখোয়গী থাক্তু নেমমনবা মরম্না মহাক ঐখোয়দা তাকপদু পেন্দনা উই। মদুগীদমক পূক্নীংদা তুমিন্না ইকাইবা পোকই। মহাক্না ঐখোয়গী হোৎনবা ৱাৎপা, চেকশিন্দবা মওঙ অমা উদুনা ঐখোয়দা অসুম্না চৈবা ওইনা হায়বা য়াওই, "ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদদি ওজা রাধেশ্যাম্না তম্বীবদা হৈত্রেগা য়াদা শঙ্থী ইনগনি হায়দুনা য়াম্না থীনা চৈবা য়াওই। ঐখোয় ইকায়বদগী য়াম্না কন্না হোৎনৈ।" মাগী ৱাঙাঙ অদুদগী ঐখোয়না থায়নগী অফবা ওজা অমগী অকন্নবা চৈরাক অমসুং থৱায় য়াওবা ছাত্র অমগী মহৈদা কখোক্তুনা হোৎনবা মওঙ অদু ফজনা উবা ফংই। কোচিং তম্বা অদুদা য়াম্নমক কান্নবা ফংখিদ্রবসু মাবু মশক খঙহৌবা অদুদি ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইবা অমদি কান্নবা অমগুম্না খল্লি।

## ১১

# কালেন ছুটি মতুং অমসুং মেট্রিক থারমদাই

ক্লাস টেন তম্লিঙৈগী মতম অদুদসু ঐ ৱারী মচা অমা-অনী ইদুনা স্কুলগী মেগাজিনদা হাপ্পী। হন্দক্তি ইবদা ঐ হান্নদগী খরা হেন্না চেকশিন্না ৱাহে খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা হোৎনৈ, ৱারী মচা অমা ইবদা মতম কুইনা চঙই। অদুবু ঐ সাহিত্য ইবদগী কোয়ব-লংবনা হেন্না পূক্নীং চঙই।

কোচিং য়াওরুরবা মতুংদা তিন্নবা ইমান্নবগী সঙ্গ খরা হেনগৎলক্কুনা ঐ মখোয়গা লোয়ননা লৈকাই কোয়বদা থৱায় য়াওবা হৌরকই। পূক্নীং লাকশিনবা ইঙম ঙমদবা, চৎলগা, কোয়রগতা নুংঙাইবা ফীবম অমা তৌরকই। ইশানা চপ চানা পাখং ফারে হায়বা ৱাখল অমা খঞ্জদুনা অদুম্না তৌবা অদু হৌনবী থৌদাং অমা ওইনা ফাওবা নীংলকই। মেট্রিক থাগদবা চহী ওইবনা লাইরিক্কী মরমদসু হেক হেক নীংশিংলুরগা থৱায় ৱাদবা ঙমদে, লাইরিকসু খরা চাংনাইনা পানবা হোৎনৈ। কোয়বা চৎপগী ৱাখলগা, লাইরিক পাবগী ৱাখলগা অনীদুগী মরক্তা চপ মান্নবা খল অমা থম্নবা হোৎনবা অসি অৱাবগী মশক্নি। পূক্নীং অসি তংখায় অমনা য়ূমদা লৈ, অদুগা তংখায় অমনা লমদা লৈ। অদুবু কনাগুম্বী অকক্নবা মীশক অমগীদমক আশা তৌদুনা চৎপদি নত্তে, অসুম ইমান্নবশিংগা লোয়ননা পল্লেপফম খঙদনা পঙচত্তা চৎপা, পঙকোয়দা কোয়বা অদুদা নুংঙাইবা অদুনি। কুম্মে-ফিওং তৌফম, লীলা তৌফম, ইম্ফালদগী খরা হাইথবা লিক্কোল শান্নফম অসিনচিংবদা চোকথবা লৈতনা চৎলি।

স্কুল কাবদসু ঐ লাইরিক য়াম্না পুদুনা চত্ত্রে, অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক অথাবা য়াম্না পুদুনা চৎলগা মীনা ক্লাস য়াম্না তম্বা ছাত্র মান্নবা হোৎনবদু তোকখ্রে; বই অথাবা অমগা অঙ্ক নত্ত্রগা ইংলিসকী লাইরিক অদুতগা পুদুনা চৎলি, বই অদুদং পুরগা তোকপসু য়াওই। ওজা অয়াম্বনা ঐখোয়বু স্কুলদুগী খ্বাইদগী অৱাংবা ক্লাসতা তম্লবনি হায়দুনা চৈ-থাংবা তৌদনা নীংথিনা জ্ঞান তানা লোয়নৈ। অদুবু ছাত্র খরনা মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা ওজাবু উশিত্তবসু য়াওই।

নোংমদি লমহেনবা ছাত্র অমগা ওজা টি, ঐচ, সুরেশকা থীনা খৎনবা থৌদোক অমা য়াওখি। মদুগী নুংঙাইতবা চৈথেং অমা ফংখিবা অদু ঐগী পূক্নীংদা ঙসি ফাওবা কোকপা ঙমদনা লৈ। ছাত্র অমনা ওজাদা অদুক থীনা উশিত্তবা উত্তুনা খৎনবা হৌবা অদু ঐনা উবদা মদুনা অহানবনি। ওজা সুরেশ ঈং-তপ্পা, মবুক ফবা, অমুক্তা শাউগন্দবা মীওইনি, মানা অদুন্না শাউরকপা অদু ছাত্র অদুগী কা হেনবা লীচত্তগীনি। মহাক্না লাইরিক তাক্লিঙৈদা (মহাক্না ঐখোয়গী ইংলিসকী পোইত্রি তম্বী) ছাত্র অদুনা ৱারী শাদুনা লাঙবদগী ওজানা তূমিন্না লৈনবা হায়বদা ছাত্র অদুনা হৌগত্তুনা মমীৎ-মনা শংদোক্তুনা মঙোন্দা উশিত্তনা ঙাঙলকই। ছাত্র অদুগী মমিং অদু ঐ নীংশিংবা ঙমদ্রে, অদুবু মহাক্কী ফীবম-মূর্ত্তি, মওঙ-মতৌ অদুদি ফজনা নীংশিংলি। মহাক মীয়ায় ওইনা চাউই, মশা-মউ ফৈ, তেন্না ককপা মশম অদু চপ চপ য়ুংই, য়ামাঙ খরা লল্লি। মহাক মমাঙগী চহীদা মেত্রিক পরীক্ষা ফেল ওইদুনা ক্লাসতুদা হঞ্জিন্না তম্বা ছাত্রনি।

মাগী মতৌ অদুদা ওজানা শাউনা হায়রকই, "করিনো নঙনা হায়রিবসি, য়াম্না উশিত্তবগী ৱারা?"

ছাত্র অদুনা ওজাগা হেক্তা ফূনরগে হায়বগী ফীবমদা লাউদুনা, শংগত্তুনা খুন্নকই, "করিগী উশিৎকদৌরিবনো? ঐ ওজানা অদুন্না হায়বা য়াবা মী নত্তে।"

মাগী ৱাদু তাবদা ওজা সুরেশ শাউবনা মমায় পূমঙাঙ ঙাঙখ্রে; মহাক্না চৌকিদা ফন্না ফন্না টেবল মথক্তা খূদুন্না মখোল হৌনা হন্না হন্না শুরদুনা লাউদুনা ছাত্র অদুবু চৈবা হৌরকই। মাগী অনোয়বা মশা অদু শাউবদগী থক থক নীকই; মাগী স্বরদু থবেৎ থবেৎ হোল্লি। ছাত্র অদুসু অসুম লেপ্তুনা হান্নগুম্না উশিত্তনা ফূনসি হায়বগী মওঙদা শংগত্তুনা লাউদুনা লৈ।

মখোয় অনীগী লাউনবা, খৎনবা মখোলনা ক্লাস অদু পূমনিল নিল্লি। অতৈ ছাত্র খূদিংমক্তি চেক-মোক লাউদনা, তূমিন্না অঙকপা অমা ওইনা মদুবু য়েংদুনা লৈরে। লমহেনবা ছাত্র অদুগা ফূনরুব্বসু য়াদ ওজা অদুনা মাগা খৎনবদা উপায় লৈতনা শাউনা মখোল হৌনা টেবল মথক্তা খূদুন্না শুদুনা খাঙখিবা অদু ঙসিসু নীংশিংলুবদা থম্মোয়দা নুংঙাইতবা ফাওই।

ওজাগা খৎনরবা মতুংদা ছাত্র অদুনা উশিত্তনা মরেং ফল্লদুনা ক্লাস অদুদগী থোকখি। নুমিৎ অদুদা ঐ পূক্নীং য়াম্না নুংঙাইখিদে। ঐখোয়বু অফবা জ্ঞান পীবিরিবা, তাকপী-

তম্বীরিবা, লমজিংবীরিবা ওজা অমদা অদুম্না তৌবা অদুগী কান্নবা করিনো ঐ খঙবা ঙমদে। ঐনা খনবদা অদুগুম্বা ছাত্রদু ওজাদগী করিসু লৌশিনবা ঙমদ্রবা, মঙোন্দা তাকপীবগী মমল করিসু য়াওদ্রবা, মশাগী কান্নবা লনবু হৈদোকচখ্রবা মীওই অমনি।

খরা লৈরবা মতুংদা তেষ্ট পরীক্ষা তৌরে; অদুদগী ঐখোয় স্কুল অমুক কাদ্রে।

স্কুল কাদবা মতম অদু অরোইবা পরীক্ষাগীদমক য়ূমদা লাইরিক খরা পারবসু ময়ামগী স্কুল কানবা মতমদদি য়ূমদা লৈবা হৈনদবদগী মরক মরক্তা স্কুলদা চখোকপা, ইমান্নবা উন্নরগা কোয়মিন্নবা য়াওই। নোংমদি ঐগা হেক হেক তিন্নবা ইমান্নবা জয়কুমার হায়বা অদুগা লোয়ননা পাঙ্গে তান্না সাইকল তোংদুনা কোয়বা চৎলি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা লৈরম্বা মফম অদু নুংশিদুনা ঐনা গৌগুইনা ইমান্নবা অদুবু মফমদু য়েংলুসি হায়দুনা হৌদুনা পুবনি। নিংথমথাগী মতম ওইবনা নুংশা অদুক হাক্লা কন্দে। ঐখোয়না পাঙ্গে য়ৌবদু নুমিৎ য়ুংবা মমাঙদনি। ঐনা মফমদুদা লৈরম্বদু চাউরাক্লা চহী তরেৎমুক্কী মমাঙদনি। ঐনা মফম অদু অমুক হন্না উবদা পূক্নীংদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিবা ৱাখল অমা পোকই। মতমদু কা হেন্না কুইবা নত্ত্রবসু অঙাং ওইরিঙৈদগীনা পাখং ফারকপা ফাওবগী মতমদু কুইখ্রবোই নীংই। ঐখোয়না লৈরম্বা ক্বারটর্স, ঐনা ঈরোইরম্বা লাইরম, শান্নরম্বা লম্পাক খূদিংমক লৈরি; অদুবু মখোয়দুগী শক্লোন্দু করিগুম্বা মওঙ খরদা হোংখ্রবগুম নীংই। ঐ মফম অদুদা পুরা মীনৌ অমা ওইরে। উন্নবা মীশক কন্নানসু ঐবু মশক খঙদে। ঐনসু মশক খঙদবা কয়ানি, অখঙবা মী কন্নাসু থোইনা থেংনদে। ঐনা কন্নাদসু ইশাবু মশক তাক্লুবগী ৱা খন্দ্রে। ফোরেষ্টকী বিট অফিস অদুদা চহী কয়াদগী মথং মথং লৈরম্বা মীওই কয়ানি, ঐনা ইশাবু মফমদুগী মীশিংদা মশক তাক্লুবদা মীশিংদুনা ঐবু নীংশিংদবা নত্ত্রগা থৌশাবীরক্তবসু য়াই খন্দুনা ইশাবু মশক তাক্লুবগী ৱা অদু থোইনা খল্লুদবনি।

মরূপ অদুগা ঐগা খোংনাং বট পাম্বী মখোঙদা মহৌশাদগী লৈবা হোটেল অমদা চা থকই। হোটেল ফম্লিবী থৌরানী অদু ঐগা অঙাং ওইরিঙৈদা তিন্নরম্বা অমুবী কৌবা ইমান্নবা অমগী মমানি। মহাক্তু মী মুনং তৌই, ময়াঙ কংই, মমীৎ কূৎলি, মহৌশাগী ফীবম অদুদগী খরা অহল ওইশিল্লম্লে। মহাক্না ঐখোয়গী ইমাঙদা ফাল মথক্তা চা গ্লাস অনী অদু থম্লগা তূমিন্না চঙখি। ঐ পূক্নীংদদি নুংশিবা পোকই, মহাক্না ঐবু মশক খঙবা ঙমদ্রে; ঐনদি মাবু উরগা মচাগা তিন্নখিবা অমদি মফম অদুদা থোকখিবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংই। কয়াদা হোংখ্রবা মীওইবগী পুন্সীনো। ঐনা পীক্লিঙৈদা মফম অদুদা ইয়ুম

লমদমগুম নুংঙাইনা লৈরম্বা, লৈরক-কোনশাংদা, লম্পাক্তা চেন-চোংদুনা শান্নরম্বা, লাইরমদা ঈরূপ্তুনা শান্নরম্বা, মফম অদুদা লৈবা মীওইশিংগা নক্লা তোৎন-তিন্নরম্বা পূন্নমক অদু ঙসিদি ঐঙোন্দা মঙগুম্না থোক্লে। ঐগী হক অমতা মফম অদুদা লৈতবগুম নীংলে।

ঐখোয় অনী ঙহাক চা থক্তুনা ফম্লগা হোটেল অদুদগী থোরক্লে। নীংশিংবা নত্তনা অমুক লাক্লরোইদবা ঐগী পুন্সীগী অঙনবা শরুক্তা থেংনখিবা থৌদোকশিং অদু পুক্নীং নুংশিনা নীংশিং নীংশিংদুনা ঐ য়ূম মায়কৈ পাংলক্লে।

তেস্ট পরিক্ষা লোইখিবগী স্কুল কাদবা মতমদুদা নোংমসু অয়ুক মল্লিঙৈদা হৌগত্তুনা ঐগা ইমান্নবা অহুমগা হৌনদুনা লম য়েংবা ওইনা সেন্দ্রাদা সাইকল তোংদুনা কোয়বা চৎলুই।

মতম অদুদা মোইরাংদগী লোক্তাক ফাওদুনা চৎলিবা সেন্দ্রা তাবা লম্বী অসি নৌনা শেম্বগী য়াম্না ফত্তে, নুংজাউ কয়া কয়া খিন্দুনা লৈ, সাইকল থৌবা য়াদে। ঐখোয় মদুদা সাইকল ঈন্দুনা চৎলি। সেন্দ্রা য়ৌরবা মতমদা চীংথক্তগী লোক্তাক্কী ফজবা য়েংবদু হায়নীংঙাই লৈতনা পুক্নীং হূনীংঙাই ওই। ঐনা পুন্সীদা লোক্তাক উবসু মদুনা অহানবনি। নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইরবসু নুংশাগী মঙালদু মেঙই, অরংবা ঈথকশিংনা লোইবা নাইদনা পাক্লবা ঈপাক অদুদা ইপোম হৌরি। হিদা ঙা ফারিবা মীওইশিংনা য়ৈবা ঙা তানবগী তাক তাক লাউবা মখোলনা ঈপাক মথক্তা অহাঙবা মালংদা খোম্থাঙ য়ৈনা নিল্লি। অঙৈংবা ঈশিংগী মনিল পুবা নুংশিৎনা চীংমায়দা য়ৈরকপদা পুক্নীং হকচাং তেকখৎহল্লি। অকোয়বদা তারিবা খুল, লৈরিবা চীং, ফুমথক্তা লৈরিবা য়ুমশিং, অরংবা ঈপাক পূন্নমক অদু য়েংবদা পুক্নীং হূনীংঙাইগী মশক ঙাক্তনি। মখোয়না ঐবু নুংঙাইরবা তাইবঙ অমদা পুবগুম তৌই।

সেন্দ্রাগী চীংথক্তগী লোক্তাক্কী ফজবদু য়েংবা ঙাক্তনা ঐখোয় পেন্দ্রে। ঐখোয়না চীংথক্তগী অমুক কুমথরগা চীংয়া অমদি চীং লম্বীদা ফনা শাংনা সাইকল ঈন্দুনা খোঙনা অমুক চঙশিনবা হৌরে। ঐখোয় নুংঙাইরবা ৱাখল অমদা তাউদুনা চৎলি, কনানসু ৱায় নত্রগা চোকথৈ হায়নদে। চৎলিবা মফম নত্রগা খুলদুগী মমিংসু করিনো হায়বদু ঐখোয় খঙবা ঙমদে। চুম্নতা প্রকৃতিগী ফজরবা দৃশ্য অদু য়েংদুনা চৎপদা ঐখোয় পঙনুংদা নুংঙাই, মহৌশা লাইরেম্বীনা ঐখোয়বু চিংদুনা চৎলিবগুম নীংই। খুলগী ময়াদা লৈবা খরা ৱাংখৎপা চীংয়াগী লম্বীদগী য়েংথবদা নক্লা লৈবা য়ুমগী মাঙোল অমদা কনাগুম্বী কুচু ঙৌবী লৈশাবী অমনা অঙাঙবা ফনেক শেৎলগা, হঙ্গামপালগী ফি মতেক ইন্দুনা ফি শাদুনা

লৈবা উই। মহাক্কী অশেংবা শক্তম অদু উদ্রবসু মহাকপু য়াম্না ফজবী নুপী অমা ওইনা কল্পনা তৌই। অচীকপা প্রকৃতিগী মরক্তা লৈরম্বী নুপী অমগী তোপ তোপ্পা শুম্নাৎনীংঙাই ওইবা শক্তম কয়া পুক্নীংদা শাগৎলি, কালিদাসকী শকুন্তলা, বঙ্কিম চন্দ্রগী কপালকুণ্ডলাবু নীংশিংই। চীংগী অঙাঙবা লৈবাক, ইনা কুপ্পা খুঙ্গঙগী অচম্বা য়ুমগী মাঙ্গোল, তেমথোক্লবা শূমাঙ, অকোয়বদা লৈরিবা অশংবা উপাল-ৱাপাল পূন্নমক অদু মাগা অদুক্কী মতিক চুশিন্নে মদুদি মহাক মশামক প্রকৃতিগী শক্লোন অমা ওইনা উরকই। ঐখোয়না মাবু য়েংনা য়েংনা চীংয়াগী লম্বী অদুদা চৎলি। ফনা শাংনা খোঙ্না হেক ঙম্বমখৈ অঙম্বা চীং ফাওবা সাইকলদু ঈনখত্তুনা চঙশিল্লুরবা মতুংদা ঐখোয় অমুক য়ুমদা হন্নবগীদমক মায় ওল্লকই।

শাংখ্রবা লম্বী অদুদা সাইকল তোংদুনা অমুক য়ুমদা হল্লকপদা নুমিৎ পূমতা তারে। লম্বীদা চৎলিঙৈদা চোকথবদু কয়া খঙদ্রবসু য়ুম য়ৌরগদি হকচাংদু হায়নীংঙাই লৈতনা চোকথবা ফাওরকই। থুনা ঈশিং অশাবনা ঈরু-মায়থজরগা ফমুংদা পোথাবা চঙলে।

মেট্রিক পরীক্ষাদু নোংমা নোংমগী নকশিল্লক্লে। ঐ লাইরিক খরা হেন্না থৱায় চঙনা পারে, য়ুমদগী মপাল কয়া অমুক থোক্লে। পরীক্ষা অদুগী অরুবা, মদুদা পাস তৌরবসু নীংথিনা মার্ক ফংদ্রবদি অফবা কোলেজদা তম্বা ফংলোইদবা অমসুং তুংগী পুন্সীদা অকায়বা লাক্কদবা পূন্নমক অদুগী মরমদা ঐ ৱাখল মুন্না খল্পরকই। সন্ধ্যাদা থাপ্পা চখোকপগী মহূত্তা মেট্রিক থামিন্নগদবা ইমান্নবা অমা-অনীগা লোয়ননা লৈরক্তা ঙহাক চৎলগা নত্ত্রগা লম্বী ময়াগী লম্পাক মথক্তা ঙহাক ফমদুনা ৱারী শারগা য়ুমদা হেক হেক হুঞ্জিল্লি।

# ১২

## মেত্রিক পরীক্ষা অমসুং মতুং

ঐখোয়গী হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট একজামিনেসন হৌবা অদু ইং ১৯৬৪ গী মার্চ থাদনি। পরীক্ষা অদু য়াউশঙ মনুংদা তাই। অঙৈং-অশা ওনবা, নুংশা হাইগৎলকপা মতম ওইবনা লাইরিক পাবদা হকচাং য়াম্না চোকথৈ, য়াউশঙ মনুং ওইবনা খরসু লাওই; পরীক্ষা লৈবনা মরম ওইদুনা লম লমদা থাবল চোংবনচিংবদি কয়া তৌদে, অদুবু কুম্মৈ মনুংগী আবীর তৈনবা, পৈশা মুনবা অমদি হোলিনচিংবা তৌবগী খরা চরাঙনবা অমদি অদুম লৈ। ঐ পুরূীং লাকশিন্দুনা য়ুমদগী মপাল কয়া থোক্কে, নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা লাইরিক পাই, নুংদাংদদি থেঙনা পাদে।

ঐখোয়গী পরীক্ষাগী সেন্টর অদু ডি, এম, কোলেজদা তাই। অচৌবা কোলেজগী চাউখ্রবা কাশিং, পরীক্ষা শীল্লিবা অনৌবা ওজাশিংগী শক্তম পুন্নমক অদু উরগা খরা পাখৎপা পোকই। কোলেজগী ওজা খরনা (মখোয়গী মনুংদা ওজা জি, নিমাই শর্ম্মা অমদি ওজা এল, রাজেনসু য়াওই) সুপরভাইজর ওইরগা তোঙান তোঙানবা হায় স্কুলগী ওজাশিংনা ইনভিজেলেসন চৎলি। পরীক্ষাদু য়াম্না চেকশিন্না পাঙথোকই। মদু বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরি ইডুকেসন, আসামনা শীনবা অহানবা পরীক্ষানি, রাহংগী নমূনা খূদিংমক য়াম্না নৌনা থোকই (মদুগী মমাঙদদি পরীক্ষাদু গৌহাটি য়ুনিভরসিটিনা লৌরম্মী)। ছাত্র অয়াম্বা রাহংগী পাউখুম খুম্বদা রানা থোকই। অদুবু নত্তবা পাম্বৈ শীজিন্নবদি থোইনা য়াওদে; ছাত্রশিংনা ওজাবু য়াম্না কি, করিগুম্বা নত্তবা পাম্বৈ শীজিন্নরগা ওজানা ফাখ্রবদি শোয়দনা তাঙ্খোক্কনি হায়বা রাখল অসি খন্নে। মরু ওইনা সুপরভাইজর ওইরিবা কোলেজগী ওজা খরা অদুনা ফাখ্রবদি শোয়দনা তাঙ্খোকই। ঐনা মখোয়গী চেকশিনবা মায়থোঙগী মতৌ অদু উবদা কিখিবা অদু ঙসি ফাওবা নীংশিংলি। ঐসু ইশানা শাদুনা ইবা অমদি চীনফা পুদুনা খুম্বা কয়া য়াওনা পরীক্ষা অদু উচিন নাচিন্না লোইখ্রে; অশোয়বা খরসু য়াওখি, ফজনা তৌবা খরসু য়াওখি।

পরীক্ষা লোইখ্রবা মতুংদদি পুরূীংদু য়াম্না রাইশংলে, হান্না বন্দীগী মতৌগুম্না য়ুমদগী

চখোক্তনা ফাজিন্দুনা লৈরম্বা ফীবম অদুদগী কোক্লে। মতম অদু য়াউশঙ লোইখ্রবসু থাবলদি য়াম্না চোংনরি। ঐ ইমান্নবশিংগা লোয়ননা থাবল চোংবা চৎপা হৌরে। অরুব্বা ইথৌ অমা পাঙথোক্লুরবা মতুংদা অদুন্না থাবল চোংবা চৎপা অদু য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। পরীক্ষা থারুবগী হকচাংদি শোল্লবসু মতমদুদা থেংনখিবা অমদি উথিবা দৃশ্য খুদিংমক্কা পুক্নীংবু তেকখৎহল্লি, অনৌবা ৱাখলগী ময়োল কয়া চোংহল্লি। য়াউশঙ মতুংগী নুমিদাংদু ঙল্লিঙৈদদি মম্মী, থাবল থোরক্লবসু থেঙনা থোরকই, বসন্ত মতমগী ওইবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না শীৎলি। খাজিল্লবা শূমাঙ নত্ত্রগা লম্পাক্তা থাবল চোংবগী মৈঙাল উবদা অমদি ধোন থীনবা, বঝায় খোংবগী মখোল তাবদা হায়নীংঙাই লৈতনা পুক্নীং লাঙই। সংসার অসি ঐখোয়তগী ওইবা নুংঙাইবগী মফম অমা ওইনা খল্লি।

কুম্মেদুগী নুংঙাইবা অদু কনাগুম্বী নুপী অমগা নুংশিনদুনা শরুক য়ামিন্নবদি নত্তে, অসুম ঈরাং অমদা নুংঙাইনবা য়াওবনি। থাবল চোংফমদা মশক-মতৌ ফজবী কয়া য়াওরবসু থোইনা আশা তৌরুবা তৌদে, মরমদি মখোয়গা শকখঙনদবগী য়াম্না কোইবা, থাপ্নবা মওঙ অমা ঐঙোন্দা ফাওই; করিগুম্বা হৈনীংদবা নুমিত্তা ইমান্নবশিংনা চোংলগা ঐদি য়াওদনা তুমিন্না কুম্মে য়েংলগা হল্লকপসু য়াওই।

মতম অদুদা থাবল চোংফমদা খৎন-চৈনবা, থাঙনা থিন্নবা, মকোক থুগায়নবা অসি য়াম্না তোই। নোংমা ঐসু নুংঙাইতবা দৃশ্য অমা উবদা থুক লাউখি। মফমদু খাগেমপল্লিদনি। নুংঙাইনা বঝায় খোংদুনা ধোন থীন্দুনা থাবল চোংলিঙৈদা ঐগী তুংদা পোপ লাউবা অহৌবা মখোল অমা তাখি। ঐনা তুং হন্না য়েংবদা লেডর জেকেট লীৎপা মথীক খরা নেম্বা, মশা ফুলৈনবা নুপা অমা মকোক অদু মখুৎ অনীনা পায়রগা লেপ্না লেপ্না হাইরং-তুরং তৌনা নোম্বদুনা লৈবা উই। ঐ খঙলকই ঐনা তাখিবা মখোল অদু কনাগুম্বনা মাগী মকোক্তা অচৌবা নুং অমনা থাবগী মখোলনি। মাগী মকোক্তু পায়রিবা মখুৎ অনীদুগী খুৎশা মরক্তগী ঈনা পুমঙাঙ ঙাঙনা মমায় অমদি মখুদাংদা চেন্থরকই। মদু উবদা ঐ খঙহৌদনা শ্বায় লাউরকই। মীয়াম্না থাবল চোংবগী নুংঙাইরবা কুম্মে অদু শরুক য়ারিঙৈদা অদুগুম্বা খৎন-চৈনবা হিংশাগী থবক অদু য়াম্না চুনদবগুম থোকই। মদুগী মতুংদা বঝায় খোংবা অদু লেপখ্রে, থাবল চোংবা অদু কায়রে। ঐ ইমান্নবশিংগা লোয়ননা মফম অদুদগী থুনা অদুম থোরক্লে।

নুমিত্তু ঐ য়ুম য়ৌরগসু থোকখিবা থৌদোক অদু নীংশিংলুবদা ৱাখলদু ইনুং নুংঙাইতে।

চৈরাউবা য়ৌবা ফাওবা থাবল চোংবগী কুম্মৈ অদু চখৈ। অদুবু চোন্থনা থামম্বা মরক অদুদা থাবল চোংবা চৎপা অদুদদি থোইনা হৈনীংবা পোক্লে, পুক্নীংদা লৈরম্বা নুংঙাইবা ৱাখলগী ঈথক অদু হুম্থখ্রে। ঐদি চুম্না ইমান্নবশিংগা চৎমিন্নরবসু অয়াম্বা মতমদা থাবল চোংবা য়াওদনা হল্লকই। করিগুম্বা নুমিত্তা চৈরাউবা ময়াগী অকনবা নোংনুংশিৎ থেংনদুনা নোংনা লুপ্পা য়ুমদা হল্লকপসু য়াওই।

চৈরাউবা লোইখ্রবা মতুংদা ঐখোয়না শীন্দুনা লৈশাবী-পাখং ময়াম মে থাদা চাক চানবা অমা য়াওখি। নুপানা লুপা মরি অদুগা নুপীনা লুপা অহুম খায়দুনা চানৈ। নুংদাংদা শুমাঙদা লীলা তৌই। তোঙান তোঙানবা লৈকাইগী ইমান্নবা অমসুং নুপী কয়ানা শরুক য়াবা চাক চানবগী থৌরম অদু ঐখোয়দদি নুংঙাইখ্রবা কুম্মৈ অমনি। মদু শীনবদা ৱাবা অমদি চোকথবা খঙদে।

মেট্রিক পরীক্ষা লোইখিবা মতুং অসি ঐ ইমান্নবা অমা-অনীগা লোয়ননা অতাউবা লৈচিলগুম্না পল্লেফম খঙদনা পঙকোয়দা কোয়রগা নুংঙাইবা পোকই, য়ুমদা ঙহাক্তা লৈনীংদে। নোংমদি অয়ুক্কী পুং তরা তাবদগী ইমান্নবা অচৌগা ইবানী য়ুমদগী খোঙনা থোক্লগা লৈকাই কয়া শীনবা থুংনা কোয়রুবগা সন্ধ্যাদা য়ুমদা হঞ্জিল্লকপা অমা য়াওখ্রে। মফম খঙদবা পুক্নীংগী থৌইনশিন অমনা ঈনশিন্দুনা ঐখোয় হেলোইনা পুবগুম্না পঙচত্তা চৎলুবনি। য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা ইমানা ঐঙোন্দা চৈদুনা হায়, "কদায়দা চৎলুরিবনো নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা?"

ঐ মাগী ৱাহং অদুদা খুম্ফম খঙদনা লৈ।

ইচেনসু ইমানা চৈবা অদু মতেং পাংশিল্লক্তুনা হায়রকই, "ঐখোয়দি নখোয় লাইনা পুখ্রে খন্দুনা মোইবুং খোংদুনা থিরসিরা হায়না খন্নরম্লবনি।"

ঐ মদুদসু করিমতা খুন্নমদনা ঐগী কাদা তুমিন্না চঙলক্লে।

ঐ নুংদাং খুদিংদসু কোয়বা চৎলি, লীলা-ফলা তৌফম থিদুনা লৈ, য়ুমদা থেঙনা থেঙনা হঞ্জিল্লি।

নোংমদি থামম্বা নুমিদাং অমদা অচৌগা ঐগা মোইরাং লৈরক্তা লৈবা অচৌবী কৌবা ইমান্নবা অমগী ময়ুমদগী থোরকপদা ঐখোয়বু থিন্দোরক্লিবা অচৌবী হায়বা ইমান্নবা অদুনা হায়রকই, "ঙসিদি গঞ্জা থকসিনা।" (অচৌবী হায়বা মরূপ অসি মতম খরগী মমাঙদা কালেন ছুটিগী কোচিং অদুদা য়াওমিন্নবদগী খঙনরক্তুনা ঐখোয়গা লুনা তিন্নরকপনি।)

ঐ চুরুটতি থক্লবসু গঞ্জাদি অমুক্তা থক্ত্রি। ঐগী য়ুম্লোন্নবা মরূপ অচৌ হায়বা অদুদি চুরুটসু থক্তে, গঞ্জাসু থক্তে। অদুগা অচৌবীদি চুরুট খরা মরক মরক্তা থকই, অদুবু মদু হৈনা থকপদি নত্তে, মৈখুদু য়ানুংদা খজিক্তং চিংশিল্লগা থনুংদদি য়ৌদনা নাতোন্দা হেক হেক কামথোরকপা মওওদুনি। মহাক গঞ্জাসু অমুক্তা থকপা মীওই নত্তে।

অচৌবীনা হায়রকপদু তাবদা ঐগা ইমান্নবা অদুগনা অনৌবা ৱাফম অমা হৌদোরকপগী নুংঙাইবা মওওদা হংই, "কদায়দা থকফম লৈবগে?"

"মফমবুদি লৈ, থকপু থকসি হায়ব্রা?"

"য়াই, থকসিনে," ঐগা অচৌগনা থোইনা ৱাখল খন্থদনা খুম্মী। নেশা অদু ঐখোয় অমুক্তং চাংয়েং তৌনীংই, অদুগা মরূপ অদুনা অদুগুম্বা ৱাফম অমা হৌদোরক্লগা ঐখোয়না পাঙদবা, কিগনবা মওওদা য়াদবা অদুসু পামদে।

"ফরে, অদুদি ঐ মফমদু চিংগে, অদুবু মমাঙগী দুকান অসিদগী অচাপোৎ খরদি লৈরগা চঙসি, " অচৌবীনা সড়ক্কী নোংপোক্তা লৈবা অপীকপা দুকান অমদা খূদোম্বী থিন্দুনা তাক্লগা হায়রকই।

ঐখোয় অহুম দুকান অদুদা চঙলে। মদুদা দুকান ফম্লম্বী মশা য়াম্না নোয়বী, মী মুবী, চহী মীয়ায় ওইনা তৌবী নূপী অমদগী ঐখোয়না অয়াওবা পৈশা খরা পুথোক্লদুনা নিমকী খরা লৈরে। নূপী অদুনা চে অমা চাউনা সেরৈ কোল্লদুনা নিমকী অদু হাপ্লগা পীরকই।

ঐখোয় নিমকী অদু পুদুনা মফম অদুদগী থোরক্লে, অদুদগী সড়ক্কী মনীংলোমদা অচৌবীনা চিংবা মায়কৈ অমদা চৎপা হৌরক্লে। মহাক্লা ঐখোয়বু ইনা কূপ্পা য়ুমদোম্পোক ওইনা তৌবা শঙ মচা অমগী মনাক্তা পুশিল্লক্লে।

মহাক্লা য়ুম অদুগী মাঙ্গোল কাখত্তুনা থোঙ মনাক্তা লেপ্লগা কৌরকই, "ইপন, ইপন।"

অহল ওইরবা নুপা অমনা থোঙ গে লাউনা হাংদোরকই, অদুগা মহাক্লা অমম্বা অদুদা থোঙদগী থোরকপা মৈগী মঙান্দা অচৌবীবু মুন্না য়েংদুনা মশক খঙনবা হোৎনরগা হায়রকই, "চঙলকউ, চঙলকউ, অচৌবী নত্ত্রা?"

ঐখোয় মাগী কা মনুংদা চঙলগা হান্না থাদুনা লৈরম্বা ফক অমদা ফম্লে। ফক মথক্তা চে অমগী মথক্তা হনুবা অদুনা হান্না গঞ্জা কক্লম্বগী অনানবা উকক মচা অমা লৈ।

অচৌবীনা অহল অদুগী য়ুম্লেগী ফীবম অদু ঐখোয়দা মশক তাকপা ওইনা হায়রকই, 'ইপন্দি ইথন্তা ৱাইশংনা লৈখ্রবা জাৎনি।"

"উম, ইবুংঙো, ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা লেল্লিবনি।"

ইমুংদা থাল্লম্বা লালটেনগী মঙান্দা ঐখোয়গী ইনাক্তা ফক্তা ফমদুনা গঞ্জা কক্লিবা হনুবা অদুদা ঐনা খরা মুন্না য়েংলকই। মহাক মশম শাংই, নাতোন শূমাঙদা মকোই খরা লৈখত্তুনা খাকই, চায়রুং চপ্পী, মমীত্তু কুৎলি অমসুং ঙাঙই, ৱা ঙাঙবদা লেম্না খজিক খজিক্তা ঙাঙই। মহাক্কী মনাক্তা ফক্লাংদা লংত্রিক লংবা থাঙপাক অমা ঙাদুনা লৈ। মাগী শক্তম, মাগী ঙাঙলিবা ৱাঙাঙ, মমীৎ-মনা অমদি মনাক্তা লৈরিবা অরংবা থাঙপাক পূম্নমক অদু উবদা ঐ পূক্নীংদা অকিবা, নিংকোক নিংকোক তৌবা পোকই। অদুবু ঐগী ইমান্নবা অচৌবীদি মাগা জ্ঞান তানা ৱারী শাদুনা লৈ। অতোপ্পা ইমান্নবা অচৌগা ঐগদি মখোয়গী ৱারী অদু তাদুনা খরা হঙ্গোইনা তূমিন্না ফমদুনা লৈ। ঐনা কাদুগী অকোয়বদু হাইফেৎ য়েংলকই। অমতা ঙায়বা কা অদুদা ফমুং অমতংগা অমনবা অনেম্বা মৈখু চুরবা উপু অমতংগা অতৈ পোৎ-চৈ অকূপ-অতা খরগা লৈ, কাচিন্দা চাকখুম লৈ। ইমুংগী অনেম্বা লৈমায় অদুসু নোংজু পাম্বা অদুদা লৈনিন কায়, কয়া নান্দে। নুমিৎ চুপ্পা গঞ্জা থক্তুনা লৈরবা নূপা অদুনা মাগী ইমুংগী ফীবম অদু থোইনা য়েংশিন্দবা মাল্লি। মাগী অচীকপা কা, লৈরিবা পোৎশিং, মাগী অকিবা শক্তম পূম্নমক অদু ঐঙোন্দা ইনৌ নৌবা ওইনা থোক্তুনা ইহৈ হৈনদে। অদুবু চঙলুরবনিনা পাক হৌগৎপসু য়াদ মাগী কা অদুদা তূমিন্না তাশিন্দুনা ফমদুনা লৈরে।

নূপা অদুনা গঞ্জা নোইবা অমদি ককপনচিংবদু লোইরগা ঙাম্বক মনুংদা হাপচিল্লে, অদুগা মথক্তা তিকি অচাকপা অমা হাপ্লগা মৈ চারুবা থৌরাঙ তৌরকই। মহাক্না নুমিত্তুদি মাগী মমান্নবশিংগা নত্তনা ঐখোয়গুম্বা অঙাং ঙাক্তগা থকমিন্নগদৌরে হায়বগী ৱাখলদা খরা ইকাইনা হায়রকই, "ঙসিদি ইচাশিংগুম্বা ঙাক্তগা থকমিন্নবা তাখ্রেদো।"

মহাক্না শেম্বা গঞ্জা ঙাম্বক অনীখক্কী মনুংদা অমখক ঐখোয় মথং মথং লান্নদুনা থকপা হৌরকই। ঐখোয়দি ঙাম্বক অদু মওঙ চুম্না পায়বা ফাওবা হৈত্তবনা মথক্তা হাপ্লিবা অচাকপা তিকি অদু গঞ্জাদু চিংবদা অমুক অমুক পোপ পোপ লৈমায়দা তারকই। মদুদা অহল অদুনা ঐখোয়বু চৈরক্তে, মহাক্না ঐখোয়গী থকপা হৈতবা মতৌ অদু খঙনা ঈংথনা চেগপ্পা লৈমায়দগী অচাকপা তিকি অদু অমুক অমুক লৌখৎলগা ঙাম্বক মথক্তা তপ্পা হাপকৎলি। ঙাম্বক অদু লান্নদুনা থকপগী মকোয় অনীরকশুবা মতম অদুদদি ঐ কোক ঙাওবা হৌরকই, মায়-মীৎ অদু বঙ বঙ লাউরকই, থবাক্তু মৈ হৌনা শাগৎলকই, লোয়ননা মিহুলসু দঙ

দঙ চোংবা হৌরকই। হকচাং অসি ইপাই পাইরকই, মফম অদু মঙগী সংসার অমগুম উরকই। উইরুম উইরুম তৌবা ঐখোয় মশেল য়েংনরগা পঙনোক্তা নোক্নীংবা পোকপা হৌরকই। ঙাম্বক অদু কোয়না লান্নরগা থকপদা ঐখোয় অহল অদুগী মতুং ইন্দুনা থকপা ঙমদ্রে। ঐখোয় মদু লান্নদুনা থকপা মকোয় অদু য়াওবা ঙমদদুনা মরক্তা লেপ্লা হৌরক্লে। অহল অদুদি ইরেপ লেপ্তুনা ঙাম্বক অদু মথক্তা জ্ঞান তানা থকপা হৌরকই। অহানবা ঙাম্বক অদু লোইখিদুনা মহাক্না অনীশুবা ঙাম্বক অদু অমুক পায়খত্তুনা থকপা হৌরকই। মহাক্না অমুক অমুক মৈখু অদু কন্না চিংশিনবা মতমদা ঙাম্বক্কী মথক্তা লৈরিবা তিকি অদুগা হীদাক্কা লোয়ননা মৈ ব্রঙ ব্রঙ হৌই। মহাক্না মৈখু অদু য়াম্না মহাউ খঙনা শাংনা থনুং য়ৌনা চিংশিল্লগা য়োৎশিন্দুনা কুইনা থাদোরক্তে। অদুম্না কুইনা লৈরম্বগা মহাক্না মচীন অমসুং মনাতোন্দা মৈখুদু থাদোরকপা মতমদা মৈখুগী চাং অদু মানা চিংশিনখিবা অদুদগী য়াম্না তারমগদবা মাল্লি, ইথোক থোরক্তে হায়বা য়াই। ঐনা খল্লি মাগী খুৎথক অদুনি অশেংবা মহাউ খঙনা থকপা হায়বদু। ঐখোয়না থক্লিবা অদুদি হৈবা নত্তে, মদু উবদা মানা শোয়দনা নোক্নীংলমগনি। ঐখোয় য়াম্না থীনা ঙাওনরে হায়বদু ঐখোয়না মীৎ ঙাঙনা খরা খরা য়েংনবা, মোমোন নোক্নবা অদুদগী খঙবা ঙম্মী। অদুবু হনুবা অদুদি ইঙাও ঙাওদনা জ্ঞান অদুম তানা উই।

ঐখোয় ঐখোয়না লৈরকপা নিমকী অদু হনুবা অদুগা চামিন্নবা হৌরে। ঐদি মদুগী মহাউ অমতা খঙবা ঙমদে, মঙদা চাবগা চপ মান্নে, থবাক অদু করিমতা য়াওদবগা চপ মান্নে, চাথ্রিবা পোৎ অদু মদুদা তাখি নত্ত্রগা তাখিদে হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমদে।

ঐখোয় পূং অমরোম অহলদুগী কাদা ফম্লগা চৎনবা হৌগৎনরক্লে। মতম অদুদা ঐখোয় অহুমমক অমতা চুম্না নীংথিনা লেপ্লা ফাওবা ঙমদ্রে, ঐখোয়গী হকচাংদু তশেংনা হাইরং-তুরং তৌনরে। ফম্লিঙৈদনা খরা ফরম্মী, হৌগৎলক্লগনা হেন্না কোক ঙাওরকই। ঐখোয় অহলদুগী কাদগী থোরকপদা থোঙজিন ফাওবা কাম্থোকপা ৱানা থোক্তুনা খুৎ শম্নরগা থোরকই। মাঙ্গোল, শূমাঙ, লম্বী থোকফম পূম্নমক অদু য়াম্না থীনা মম্মী। ঐখোয় মশেল খুৎ শম্নরগা হনুবা অদুগী থোঙ্গাল ফাওবা থোরকপা অদু য়াম্না ৱানা থোরকই।

মম্লবা নোংজুথাগী নুমিদাং অদুদা ঐখোয় অহুম সড়ক্তা লেপ্তুনা য়ুমদা চৎপগী ৱা খন্নবা হৌরকই। অচৌবীগীদি ময়ুম ময়ানি, অদুম লৈহৌবা য়ারে; অদুগা অচৌগা ঐগদি ঐখোয়না হেক হেক ফাওদুনা চৎপা অখূবা লৈরক অমা ফাওদুনা চৎকদবনি, মদুদা চত্ত্রবদি

য়ুম য়ৌবা লম্বীদু য়াম্না কোই। ঐখোয়গী ফাওফম লম্বী অদু নাকল অমীমক্তা উ-ৱা য়াম্না হৌই, নুমিদাং অদুদা য়াম্না শূক্লা মম্না উই। মদু ঐখোয়না নহানমখৈ নুমিদাংদা নোংমতা অকিবগী ৱাখল অমতা য়াওদনা ইতৎ তক্তনা ফাওদুনা চৎপা লম্বীনি, অদুবু নুমিত্তুদি ঐখোয় মদু ফাওদুনা চৎপা ফাওঁবা কিবা পোক্লকই। নাকল অনীমক্তা উ-ৱা হৌজিন্দুনা শুরুংগুম মম্না লৈখ্রবা অখুবা লৈরক অদু ফাওদুনা চৎপদা করিগুম্বা মখলগী খুদোংথীবা অমা হেক্তা থোকপা য়াবগী ৱাখল খল্লকই। ঐখোয় অদুক্কী মতিক পূক্নীং শোম্থখ্রে মদুদি ঐখোয়না অদুম্না ঙাওদুনা হাইরং-তুরং চৎলিঁঙৈদা কনাগুম্বা গুণ্ডা নত্ত্রগা ফত্তবা মী থেংনদুনা ঐখোয়বু ফূ-চৈবা তৌরক্লবদি ঐখোয়না করিমতা খুৎ হনবা ঙম্লরোই হায়বা ফাওবা খল্লকই।

ঐগা য়ূমদা হনমিন্নগদবা ইমান্নবা অচৌগা ঐখোয় অনীগী কিবা মতৌ অদু উবদা অচৌবীনা থৌনা ফবা শারদুনা হায়রকই, "নখোয় অনী কিরমাল্লে, ঐ থিনবীরগে লাকও।"

ঐখোয় মানা হায়রিবদু য়ানীংদে, ঙাওদুনা হাইরং-তুরং তৌরবা মানা ঙাওদবা, কিদবা শাদুনা ঙাঙলক্লিবা মওঙদু ঐখোয় অদুম খঙই।

ঐগা অচৌগনা মঙোন্দা হায়, "ফরে, নহাক লৈহৌরো, ঐখোয় কোইনা সড়ক অচৌবরোমদা চৎখ্রগে।"

"অদু ওইরবসু ঐ নখোয়বু থিনগনি।"

মহাক লাক্লনু হায়বা য়াদদুনা ঐখোয়গী ইতুং ইন্নরক্লে। ঐখোয় মোইরাং লৈরক্তগী থোরক্তুনা সড়ক অচৌবা য়ৌরক্লে। লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐখোয়না অমুক খন্নরকই মতমদু য়ূমদা হজিনবদা ঙনমক্লি, করিগুম্বা অহল-লমন তূম্লমদদুনা ঐখোয়গী গঙ্গা ঙাওদুনা হল্লক্লিবা ফীবম অদু উখ্রবদি অচৌবা দশা অমা তাবা য়াই। অদুনা ঐখোয় মফম অতৈদা কোয়রুরগা য়ূমদা থেঙনা হজিন্নবা লেপ্নরে।

ঐখোয়না বাজাররোমদা হাইগৎলকপদা ঐখোয়গী হোটেলদু হাংলম্মী, ঐখোয় মদুদা চঙদুনা অচা-অথক খরা চারে। হোটেল মনুংদা চঙবদসু কোক ঙাওবনা হকচাংসি ইপাই পাই, চুম্না চৎপা ঙমদদুনা মী উরগা করি খনখিগদগে খন্দুনা নুংশাথীবা পোকই। চাবা লোইরগা থোরকপদা ঐনা মী অতৈনা চারিবা ফাল অমগী মচীদা থেংজিল্লুই, অদুবু মীশিং অদুনা করিসু থোইনদি হায়রক্তে।

হোটেল অদুদগী থোরক্লগা ঐখোয় অহুম মখা পাংনা হাইথরক্লে। মতম অদুদা কৈশামপাত্তা থেঙনা লীলা অমা তৌরম্মী। ঐখোয় লীলা তৌফম অদুদা চুমদ্রীং চঙদুনা

লীলাদু য়েংবা হৌরকই। মফমদুদা থাল্লিবা মৈঙাল, তিল্লিবা মীশিং, লীলা শান্নরিবা মীশিং পুন্নমক অদু মঙদা উবগা চপ মান্নে; লীলাগী ৱারী, মীশিংনা ৱারী শানরিবা অসিনচিংবা পুন্নমক অদু করিনো হায়বা করিমতা লৌশিনবা ঙমদে। ঐখোয় মতম ঙাইবা ওইনা ঙহাক লীলাদু তরং অমদা ইতাউ তাউনা য়েংলগা মফম অদুদগী থোরক্লে।

অথেঙবা নুমিদাংগী অহাঙবা লম্বীদুদা ঐখোয় খোঙথাং তপ্না তপ্না থাঙদুনা চৎলি। মতম অদু ফাওবা নেশা অদু করিমতা হন্দ্রি, কোক য়াম্না ঙাওরি, হকচাংদু ইপাই পাইরি, থবাক্তা মৈ হৌনা শাগৎপা অদু করিমতা হুম্বদ্রি। কায়নফম মপা য়ৌরদুনা অচৌবীদু ময়ুমদা হনখ্রে, ইমান্নবা অমদুগা ঐগসু য়ূম্লোমদা হল্লক্লে।

ঐ য়ূমদা চঙবগী ৱাখল অদু খল্লুবদা য়াম্না নুংশাথীরকই, করিগুম্বা ইমাখোয় তূম্লমদ্রবদি কমদৌগদগে হায়বসি য়াম্না খল্লকই। অদুবু ঐনা মাঙ্গোল কাখৎলকপদা উরে য়ূমগী মী কনামতা ৱারী-ৱাতাই শাবগী মখোল তাদ্রে, চেক-মোক লাউদ্রে। মতমদু পূং তরামুক খরা হেল্লম্বা য়ারে। ঐনা মখোল থোকহন্দনা থোঙ হাংদোক্লুনা ইমুংদা য়াম্না কিনা খোঙ তপ্না থাংলদুনা চঙলক্লে। (ঐনা হল্লক্ত্রিবা ফাওবা থোঙ অদু ইমানা মোরা অমনা হেক হেক ঙাক্তুনা থম্মী।) ঐনা চঙলকপা অদু ইমুংগী মী কনামতা তাদ্রে।

ঐনা থোঙদু পৌরোল থাদুনা লোনশিল্লগা ঐগী কাগী ফমাঙদা কৃপ্তুনা লৈরিবা চাক অদু হাংদোক্লুনা চাবা হৌরকই। ঙসায় পোৎ চাবদা তৌবগুম ঐনা চাক চাবদা য়োৎখিবা অদু ঐঙোন্দা করিমতা ফাওদে, থবাক্তু ইহাঙ হাঙই, মায়-মীত্তু বঙ বঙ অদুম লাউরি।

শুন্দ্রং অমদা চাক্তু খরা চারবা ঐ ফমুংদা চঙদুনা তুমিন্না হীপ্লে। মতম অদুদসু ঐ কোক অমদি হকচাংদু ইপাই পাইদুনা পোথাফম করিমতা খঙদে। অদুগুম্বা ঙাওদুনা লৈরিবা ফীবম অদুদা তূমথরগা কৈদৌরক্কদগে, করিগুম্বা ৱাহুবগুম্বা খুদোংথীবা অমা থোক্লুনা অহল-লমন লোইনা খঙনরক্রবদি কমদৌগদগে হায়বা ৱাখল অসি হন্না হন্না খল্লকই। মতম অদুদদি স্বর হোনবা ফাওবা অৱাবা পোক্লকই। ঐ ফমুংদা তুমিন্না তাশিন্দুনা লৈরে। ঙহাক্কী মতুংদদি উইরুম উইরুম তৌরকই, তাইবঙগা মঙগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা অদু ঐ খঙবা ঙম্লক্তে। খঙহৌদনা ঐগী নাকোংদা লৈমিন্নবা ইমান্নবা অদুগী মমানা ঐখোয়গী থোঙদা থীন্দুনা ঐখোয়গী ইমাবু কৌবা মখোল অমা তারকই। মহাক্না অসুম্না হায়রকই, "ইচে জামিনি, অঙাংশিংসি নেশা চাশিল্লগা য়ূমদা হল্লক্লিবসি খঙদ্রা? ঐখোয়গী অচৌদু য়ূমদা লাক্লবা ঙমদ্রে, নখোয়গীদি কমদৌরি?"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐ হকচাংসি শ্বায় লাউই, কোকচাউবী কারকই। ঐগী ইমান্নবদু ময়ুমদা কাতু-কারল ঙাঙলুদুনা নত্ত্রগা মকোক ঙাওদুনা ৱাম্বদুনা ইমুংদা অচৌবা সমস্যা অমা থোকপদগী মাগী মমানা ঐখোয়দা ঐখোয়গী মরমদা পাউ তম্বা লাক্লিবনি হায়না ঐ চপ য়ুংনা খল্লকই। ইমান্নবগী মমাগী খোঞ্জেল অদু মশেল-মরাল তারবসু ঐ মীৎ পাঙথোকপদি ঙমদে, অঙকপা মঙওই-হাওই তৌবা তাইবঙ অমদা পুন্নমক্তু থোকপগুম তৌই। মীকুপ খরগী মতুংদা ঐখোয়গী ইমুংদসু অচৌবা ইরাং অমা থোক্লগনি হায়না ঐগী পুক্নীংদা ফাওরকই; অদুবু করিগুম্বা খরা ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংবা, ৱারী শাবগুম্বগী মখোলদু তাবা নত্তনা করিগুম্বা অহোংবা থৌদোক অমত্তা থোক্লক্তে। অসুম্না ময়েক শেংদবা, চমন্নবা, নাকোংদা তারিবা চরাঙনবা অদুগী মরক্তা ঐ খঙহৌদনা তুমথখ্রে।

নোংঙাল্লগা ঐনা ঐগী মরূপ অচৌ উন্নবদা হংই, "ঙরাংদি নহাক য়ুমদা হল্লগা কৈদৌই? নেশা চারগা য়ুমদা হল্লক্লিবনি হায়বদু অহল-লমন্দা খঙহল্লুব্রা?"

ঐগী ৱাদু তাবদা মহাক খরা ঙক্লা থোকই; মহাক্লা ইকোম কোম্না খুল্লকই, "কদায়দগী খঙহল্লুগদগে? য়ুম য়ৌরগা ঐ তুমিন্না ফমুংদা অদুম চঙদুনা হীপ্লে, মখোয় কনাসু খঙদে।"

"ঙরাং নখোয়গী ইমানা ঐখোয়দা লাক্লগা থোঙ থীন্দুনা ঐখোয়গী ইমাদা কৌরগা ঐখোয়গী মরমদা পাউ তল্লখিবগুম তৌবা অমা তায়।"

ঐগী ৱাদু তাবদা মহাক অমুক হেন্না ঙকখ্রে, মহাক্লা হান্নগুম থৌশাদনা হায়রকই, "কদায়দগীনো ঐখোয়গী ইমাদি মদুগী মরমদা করিসু খঙদে, নখোয়গী য়ুমদসু চৎখিদে।"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐ ৱাখল মুন্না খন্থরকই, তশেংনমক ঙরাংগী থৌদোক অদু ঐগী ভাবনা মশেল-মরাল তাবা ওইরমগনি হায়না খল্লক্লে। কোক কন্না ঙাওবা অদুদা ঐগী নাকোংদা মদু পঙতা তাবা ওইরম্বা য়াই। মদুগী প্রমাণদি নোংঙাল্লগা ঐখোয়গী অহল-লমন্না ঐনা ঙরাং নেশা চারগা হল্লকই হায়বনচিংবা করিমতা হায়রক্তে, চৈরকপসু তৌদে। ঐ পুক্নীংদা নুংঙাইবা ফাওরকই, থৌদোক অদু মখোয় তশেংনা খঙখিদ্রে হায়বদু খঙলকই, অচৌবা দশা অমা লাম্থোকখ্রবগুম খল্লকই। অদুবু থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগা মরী লৈননা ঐ লনাই ওইনা ৱাখল কয়াদি খন্থবা হৌরকই।

ঐ কোন্না ভাব তারকই ঐখোয়না তৌরুরিবা থবক অদু য়াম্না চুমদবা থবক্নি। গঙ্গা অমুক্তা থক্ত্রিবা ঐখোয়গা নেশা ফজনা পুবা ঙম্লবা, নেশাদা লুপ্লবা নুপা অদুগা থকমিন্নরুরিবা অদু তশেংনা ঐখোয়গী হেনমনবা থবক্নি। মতম অদুদদি ঙাওশিন্নবা পাম্বা,

করিগুম্বা পোৎ অমবু হেক্তা চাং য়েংনীংবা অসি য়াম্না তৌই। মদুদগী অদুগুম্বা থৌদোক অদু থোকখিবনি। মদুগী মতুংদদি ঐ গঞ্জা অমুক্তা থকখিদ্রে।

# ১৩

## পরীক্ষা হায়দোকপা

নোংজু পান্থাগী নোং লেপ্তনা তাবা হৌরক্নে। পুথ্রী, খোংবাল, অকুৎপা লম্বী অসিনচিংবা মফম কয়া ঈশিংনা পূন্নং লংখ্রে। নোংমা নুমিদাং অমনি। ঐনা তূন্নগে হায়দুনা ফমুংদা হীপথবদা ঙায়রিঙৈদা ঐগী মরূপ অচৌবীনা থোঙ থীন্দুনা ঐবু কৌরক্নে। মতমদু পূং মাপল মখায়মুক খরা হেল্লম্লগনি। মহাক্না মতম চাদনা অদুম্না লাকপা অদুদা ঐ খরা ঙকই, ঐ থুনা হৌগত্তুনা থোঙ হাংদোক্লুরে। মহাক মখূত্তা তোর্চ অমগা ছাটিন অমগা পায়দুনা, অমুবা খোঙ্গ্রাউ অমা খুকউ য়ৌনা থেক্কৎলদুনা ঐখোয়গী থোঙজিন কানশিল্লগা হোবে হোবে চঙলক্নে, অদুগা হায়রকই, "ঐখোয়গী পরীক্ষা হায়দোক্নে হায়বা পাউ তারে, এক্সচেঞ্জ অফিসতা চত্তুনা য়েংলুসি, নফি-নরোল শেৎচিল্লো।"

মহাক্কী মমায়দু নোংগী মরীক মরীক পকই, স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি, মশাদু খরা থক্কৎনা উই।

ঐ ফি শেত্তুনা ঐখোয়গী য়ুম্লোন্নবদা লৈবা মরূপ অচৌসু হৌদুনা ঐখোয় অহুম সাইকল তোংদুনা এক্সচেঞ্জ অফিস তান্না চৎলে। মখোয় অনী সাইকল অমদা তোংমিন্নে; ঐনা তোঙান্না ইচেগী লেডিজ সাইকল অমদা তোংই। থামস্বা নোং চুবা নুমিদাং অদু ইচীক চীকই, মতেক মতেক ঈশিং থূম্বা লৈরক্তুদা সাইকল থৌবদা ঈশিংগী জ্বায় জ্বায় লাউবা মখোল থোরকই। ঐখোয় অহুম লাঙতক্নবদগী ৱা কয়া ঙাঙনদে। থামস্বা নুমিদাং অদুগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমা লৈ।

অথেঙবা নুমিদাং অদুদা এক্সচেঞ্জ অফিসতা মীনা ওমদুনা লৈরম্মী। থোঙনাউদগী য়েংবদা উবা ফংলে ফুরিৎ অঙৌবা লীৎপা, চালাক য়াম্না লৈবা, মরোল-মরি য়াম্না লোনবা হৈবা অফিসকী নূপা অমনা টেলিফোন পায়দুনা গৌহাটিদগী হায়রকপা রোল নম্বরশিংদু কারবোন থাবা চে অমদা য়াম্না চেকশিন্না ইরি। চে অমা মপূং ফারবা মতুংদা মপান্দা ঙাইরিবা মীশিংদা হেক হেক পীথোরক্তুনা মদু মপালগী ফক্লাংদা থেৎলি। ঐখোয়সু মীয়াম ওল্লিবা অদুগী মরক্তা ঐখোয়গী রোল নম্বর মপা য়ৌনা হায়দোকপা ফাওবা ৱানা ঙাইদুনা লৈরে।

মমৈথঙদা ঐখোয়গী রোল নম্বরগী মপা য়াওবা চে অদু ফক্লাংদা থেৎলক্লে। ওন্নিবা মীয়াম অদুগী মরক্তা ইন্নদুনা ঐখোয়সু নিংদোল চোংনা ঐখোয়গী রোল নম্বরশিং অদু য়াওব্রা হায়না য়েংবা হৌরকই। ঐগী রোল নম্বর অদু সেকেণ্ড দিভিজন্দা য়াওরম্লে, অচৌগীনা থার্ড দিভিজন্দা য়াওরম্লে, অদুগা অচৌবীগীদি য়াওরক্ত্রে। মদুদা ঐখোয় নুংঙাইতবা পোক্লে, ঐখোয় অহুম লাকমিন্নবদা মহাকসু পাস তৌরম্লবদি য়াম্না নুংঙাইরমগদবনি।

খঙহৌদনা অচৌবীগী মায়থোঙ অদু য়াম্না লাংশিনখ্রে। পাস তৌরব্রুবা ঐখোয় অনীনা মঙোন্দা করি হায়গদগে, মতৌ করম্না মাগী পূক্নীংবু থেমজিনগদগে হায়বদু মফম খঙদে। মতম অদুদা খনফম থোক্তবা, চমম্নবা, পূক্নীং নুংশিবা ফাঁবম অমদা লৈখিবা অদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি।

ঐখোয় অহুম মায়থোঙ মক্না ব্রা ইঙাঙ ঙাঙনদনা মফম অদুদগী থোরক্লে।

মতম অদুদা নোং থিৎলি থিৎলি চুরি। অচৌবী য়ুম্লোন্নবা ইমান্নবা অদুগী সাইকলদা মখোঙদু নাম্মা হেন্দলদা থাঙ্গত্তুনা তোংই। লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক মথন্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকপা হৌরকই। মহাক্না মানা পায়রকপা তোর্চ অদুনা মরাইবক্তা পোপ পোপ থারদুনা মখোল নীক্না হায়রকই, 'ইস, ঐগী লাইবকসি ওন্থোক্না থীখ্রে!" অমম্বা নোং মরীক মরীক তাবা নুমিদাং অদুদা মহাক্না সাইকলগী ফ্রেমদা মরু লূকথদুনা তোংলগা অদুম্না থব্রায় শোক্না হন্না হন্না শোল্লকই। মদুনা ঐগী থম্মোয়বুসু য়াম্না নুংঙাইহন্দে। মহাকপু ময়ুম ফাওবা থিল্লম্লগা অচৌগা ঐখোয় অনী য়ুমদা হল্লক্লে।

অসুম্না হায়নৈ ইং ১৯৬৪ গী হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট একজামিনেসন অদু আসাম সেকেণ্ডরি বোর্ডনা অহানবা লৌবা ওইবনা পরীক্ষা অদুদা ছাত্র য়াম্না ফেল ওই, পাস তৌবগী চাং অসি চাদা তরামাপল্লোমদনি।

## ১

## কোলেজ অহানবা কাবা

ঐ ডি, এম, কোলেজদা পি, ইয়ু, সি, দা সাইন্স লৌদুনা তম্লে। তশেংবদি সাইন্স অসি ঐগী পামজবা বিষয় নত্তে, জিগী অপাম্বা মতুং ইন্না মদু তম্বনি; মহাক্না জেনেরেল লাইন্দা তম্বগী ৱাফম অসি শূকপাম পামদে, নুমিৎ চুপ্পা ঐবু প্রোফেসনেল ট্রেনিং কোর্স অমা তমহন্নীংবগী ৱা ঙাঙই। তল্লিবা অদুগা মরী লৈননা তশেংনা ঐগী অপাম্বা অকক্লবা প্রোফেসনেল লাইন করিনো হায়বদি ঐ থোইনা খঙদে।

হায় স্কুল তম্লম্বদগী কোলেজ কারকপা অদুদা পুক্নীং, ৱাখল অমদি শাজত্তা অহোংবা কয়া লাকই। ঈনখৎলকপা মতম অদুদা কোলেজ কাবা হায়বা অসি য়াম্না মরু ওইবা থাক অমা লানখৎলক্লবগুম খল্লি। ছাত্র কয়ানা কোলেজ কাবা অসি য়াম্না লেম্বা অমগুম্না খন্নে। ইমান্নবা কয়ানা লম্বীদা উন্নবদা অমনা অমদা কদায়দা চৎলিবনো হংনবদা অসুম্না খুন্নে, "ঐ কোলেজ চৎলিবনি" নত্ত্রগা "কোলেজদগী হল্লক্লিবনি।" করিগুম্বা লম্বীদুদা নক্না ছাত্রীনচিংবা চৎলম্লবদি পাউখুম অদু মখোয় তানবা হৌনা খুম্নবসু য়াওই। মদু নুপীশিং অদুদা মখোয়সি কোলেজগী ছাত্রনি হায়বদু খঙহন্নীংদুনা তৌরিবনি।

কোলেজ কারকপা অদুদা তশেংনা য়াম্না চাউবা অনৌবা জগৎ অমদা চঙবদৌনা তৌই। চাউরবা বিল্ডিং, ক্লাস তৌফম কাশিং, ওজাশিং, লোবোরেটরিগী কাশিং, অকোয়বা মফম, অনৌবা ছাত্র-ছাত্রীশিং, মখোয়গী হৈনীংবা শকফম, ফজবা অনৌবা ফিজোলশিং, অহনবা সাইকলশিং পূম্নমক অদু অনৌবা শক্তম ঙাক্তনি। নৌনা কারকপা ছাত্রশিংগী মরক্তা পুক্নীং লাকশিনবা ঙমদবা, ঈরাংদা তাউবা, ঙাওশিন্নবা কয়ানি। মখোয় কোলেজগী চৎনরোল, নীতি-নিয়ম, লমচৎকী অচুম-অরান কয়া খঙদে; পুক্নীংগী ইহুলনা পুদুনা মখোয়না তৌনীংবা থবক কয়া তৌই, ক্লাসতগী লৈথোক্লগা মপান্দা নোক-খেদুনা লাঙদুনা লৈ, ভেরেন্দাদা বোল-দান্স তৌবা, নুপী লক্লবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। ফি ইনবী মরু লুকপী, ৱা কয়া ঙাঙগন্দবী, ইকাইথীবী ছাত্রীশিংনা অসিগুম্বা ছাত্রশিংগী লীচৎ, লক্লবা মওঙ অদুদা পেন্দ্রবসু মখোয়না হৈনদবগুম তৌনা লৈথোকখিবা নত্তনা থীনা চৈরম্বদি

তৌদে। মখোয় মতম চুপ্পদা নূপীগী নোল্লুকপা মগুণ অমা চেল্লি। তশেংনমক কোলেজগী অনৌবা সংসার অদু অঙকপা ময়াই অমা য়াওই।

ক্লাসতা অহানবা ওইনা নূপীশিংগা তম্মিন্নবা অদুদা পূক্নীংদা লাকওম ফাওমদ্রবা অনৌবা ৱাখল কয়া পোকই। নূপীশিংদু মমাওগী গেলরিদা ফম্মী, অদুগা নূপাশিংনা মখোয়গী মতুংদগী হৌনা খ্বাইদগী অৱাংবা শরুক অদু ফাওবা পীক থন্না ফম্মী। মখোয়গী অনৌবা শক্তম, ফজবা ফিজোলগী তোঙান তোঙানবা মচু কয়াশিংদুনা ক্লাস অদু ঙাম্মোকই। অদুবু ঐখোয়গী ক্লাসতা তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংদু অয়াম্বনা অফবা ঙাক্তা ওইবা মরম্না লমচত্তা কা হেন্না নীংতম্বা মওঙদা মকাফোংবদি উদে। মখোয় অয়াম্বা মণিপুরগী ওইনা পরীক্ষাদা খ্বাইদগী পোজিসন ৱাংনা ফংলক্লবা ছাত্র-ছাত্রী ঙাক্তনি। ক্লাসতা পূক্নীং যাম্না চঙনবা, চেক্শিন্নবগী মতৌ অমা উই।

ঐখোয়বু তম্বীরকপা ওজাশিংগী মনুংদা য়াম্না অফবা ওজা যাওই। মখোয খরগী ব্যক্তিত্ব, মখোয়গী ঐঙোন্দা তাহৌবা প্রভাব খরদি ঐ তশেংনা কান্নবা মরু ওইবনি হায়না খল্লি, মবমদি ঐখোয়না মহৈ-লোমশঙদা তম্লিবসি লাইরিক ঙাক্তা নত্তে, ওজাশিংদগী তম্বা লাইরিক্কী নত্তবা লাইরিক্তগী হেন্না কান্নবা পোৎ কয়াসু য়াওবি। ওজাশিংগী চাংনাইবা, ক্লাস নীংথিনা তৌবা, মখোয়না ছাত্রশিংবু থকশি-খাশি ফজনা ঙাক্লবা তম্বীবা মতৌ পূন্নমক্তু যাম্না থাগৎনীংঙাইনি। মখোয় খবনা ছাত্র ওইরিঙৈদা লাইরিক-লাইসু ফরকপা, পরীক্ষাদা যুনিভরসিটিগী অৱাংবা পোজিসন লৌরকপগী ৱারী তাবদা ঐখোয় নুংঙাইবা পোকই, মখোয়গী মতৌ তম্নীংই। অদুবু সাইন্স সবজেক্টকী ক্লাসশিং অদু চেকশিন্না তৌরবসু ঐগী ওইনদি চূশিন্নবা ঙমদবগী নুংঙাইতবা অমদি অদুম লৈ। ঐ ফিজিক্স, কেমিষ্ট্রি অমসুং অঙ্কগী ফোরমুলাশিংদু চীনফা পুবদা হৈনীংদবা পোকই। করিগুম্বদা ওজাশিংনা ক্লাসতা য়াওরিবা অফবা ছাত্রশিং অদুগী থাক্কা চান্ননা পারাদু থুনা য়াঙনা তাকথখিদুনা মুন্না ভাব তাহৌদবা কযাসু যাওই। মখোয়না পারা তাক্লা তাক্লা হংবা ৱাহং কয়া অফবা ছাত্রশিংনা থুনা আচুম্বা পাউখুম পীদ্না য়াম্না থুনা পাবাশিং অদু চত্থখি। ক্লাসশিং অদু মরু ওইনা অফবা ছাত্রশিংগী ওইনা তৌই। অদুবু ঐ তম্বীরিবা মতম্বী অদু মতুং ইনবা ৱারবসু ক্লাসতি চাংনাইনা যাওই।

নৌনা ক্লাসতা নূপীশিংগা তম্মিন্নবা অদুসু পূক্নীং চোইথোক্নীংঙাই ওই। অয়াম্বা মতমদা ৱাখলদু মথুম-মরাঙ হৌই। মখোয়গী মরক্তা য়াওবী কনাগুম্বী মশক ফজবীশিংবু তূমিন্না

য়েংবা, মখোয়গী মরমদা খনবা, হীরম খুদিংমক্তা মখোয়গী মমাঙদা ইকোই কোইবা অসি তৌই। মসিনা করিগুম্বা অমা তৌনীংবদা য়াম্না নীংতম্বা ঙমদে, অপনবা পী; করিগুম্বা অমা তৌবদা মখোয়না য়েংলিব্রা, করি ৱাখল খল্লমগদগে, নোক্লীংলমগদ্রা হায়বসি য়াম্না খল্লি। ইথন্তগী ওইবা নুংগী মঙলানগী সংসার অমদা তাউদুনা লৈ; পুক্নীংদা মতম চুপ্পা অকনবা, থিংঙমদ্রবা ৱাখলগী নোংলৈ-নুংশিৎ অমা শীত্তুনা লৈ। মদুগী কান্নবদি করিসু লৈতে; কনানসু ঐগী ৱাখলগী ফীবম অদু খঙবীরম্লোই, অদুবু ঐ অদুগুম্বা পুক্নীংগী ফীবম অদ্দগীদি কোকপা ঙমদ্রে।

প্রাক্টিকেল তৌবা মতম অসি পুক্নীং খ্বাইদগী চরাঙনবা পোকপা মতমনি। ফিজিক্সকী প্রাক্টিকেল তৌবদা ওজানা খজিক্তং তাক্লগা ছাত্র-ছাত্রী কাঙলূপ কাঙলূপ তোঙান তোঙান্না পুন্দুনা ইনষ্ট্রুমেন্টশিং পায়দুনা তৌহনবদা ঐদি কয়া হৈনীংদনা ময়াম্না তৌরিবদু য়েংদুনা লৈ, ইনষ্ট্রুমেন্ট অমতা পায়রুবা তৌদে। নূপীশিংগা প্রাক্টিকেল তৌমিন্নবা অদুদা ঐ করিগুম্বদা মখোয়গী মতৌবু য়েংদুনা এক্সপরিমেন্ট অদুদা পুক্নীং চঙদবা য়াওই। মখোয়না তপ্না ৱারী শাবা, মখোয়গী ফিজোলগী মখোল, খুৎলাইশিং অদু পায়দুনা পুক্নীং চঙনা এক্সপরিমেন্ট তৌরিবা পুন্নমক অদুনা ঐগী পুক্নীংবু চোইথোকহল্লি। মদুনা ঐবু অমরোমদা ইপঙ পঙশিলহল্লি, পারাগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়া কাউহল্লি। ইনষ্ট্রুমেন্ট খুদিংমক্তু উরগা ঐ ইতন তট্টে, ইহৈ হৈনদবা, পেন্দবা ফাওরকই, কা অদুদা মী ময়াম লৈনা লৈনা ইথন্তা নায়তোম তাবগুম পুক্নীংদা ফাওরকই। অরোইবদা ঐ খুৎলাই ইপায় পায়হৌদনা ইমান্নবা অতৈনা তৌরিবা অদুদগী রেকোর্ড খরা নোটবুক্তা শিল্লগা তোকই।

কেমিষ্ট্রিগী প্রাক্টিকেল ক্লাস তৌবা অদুদসু ঐ লেবোরেটরি রুমগী মনম অদু য়াম্না হৈনদে। গ্যাস, এসিড অমসুং অতৈ কেমিকেলশিংগী মনমদুনা ঐগী হকচাংদা নুংঙাইতবা ফাওহল্লি। ওজাশিংনা অমদি ছাত্র অতৈশিংনা তৌবা এক্সপরিমেন্ট অদু য়েংলগা ঐ ইশানদি অয়াম্বা তৌদনা তোকথোকই। কা অদুদা লৈরিবা গ্লাস বোটল, ফনেল, গ্যাস জার, শংবান্নবা মচুদা চাক্লিবা গ্যাস ফ্লেম, তোঙান তোঙানবা সোল্টশিংগী মচল পুন্নমক্তু উবদা তম্বা পোকই।

জুলোজিগী প্রাক্টিকেল তৌবদসু অদু মঙায়। কাদুগী তোপ তোপ্পা ঙাহিং অমদি ক্লোরোফোর্মগী মনমদু স্বর হোনবদা নুংঙাইতবা ফাওই। হঙোই লেনবা অদুদা য়াম্না নুংঙাইতে। হঙোইদু ক্লোরোফোর্ম লূপ্পা লশিং মচেৎ অমা ময়াদা উমহল্লগা মবুক খায়দোক্লুনা

মনুংদা লৈবা তোঙান তোঙানবা কায়াৎশিংগী মমিংদু ওজানা তাক্লগা ক্লাস লোইদুনা য়ুমদা হল্লমদাই ফাওবা হঙোই অদুগী হার্ট অদু লেঙদুনা লৈহৌই। জীব অমা অদুম্না শিহৌবগী নুংঙাইতবা অদু য়ুম য়ৌবা ফাওবা খন্দুনা চৎলি।

বোটানিগী প্রাক্তিকেল তৌবা অদুদদি ঐবু তোপ তোপ্না অনৌবা ৱাখল অমা খলহল্লি। মদুদা মনমগী নুংঙাইতবদি লৈতে, চুম্নগী লৈ-শু, উনা খরা মাঙদা শন্দোক্নুনা ওজানা মখোয়গী মশক অমদি তোঙান তোঙানবা শরূকশিং অদু তাকই। মদুদা তম্বীবা ওজা অদু মমিংদি কাউরে, অদুবু মশক্তি ঐ নীংশিংলি; মহাক মী ৱাং-চাউই, নাতোন শূমাঙদা মকোই থাকই, লৈতোন শেংনা মখোল হৌনা ঙাঙই। মহাক্না চিনা-রোজ অমবু পায়খত্নুনা ঐখোয়দা য়েংহল্লগা মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা মদুগী তোঙান তোঙানবা শরূকশিং অদু তাকই, অদুদগী মদুগী মনুংগী ময়োলগী শরূক অদু ব্লেদ অমনা পানা পানা কক্লগা মাইক্রোস্কোপ্তা হাপ্নুনা য়েংহল্লি। মতম অদুদা ঐদি তল্লিবা অদুদা থোইনা পূক্নীং চঙদনা ৱাখল অমা খন্দুনা লৈ — মরু ওইনা লৈদুগী মরমদা অমদি তৌরিবা অদুগী কান্নব-কান্নদবগী মরমদনি। ঐদি মপূং ওইনা লৈদুগী মপালগী ফজবা অদুদা শুস্নাৎলি, মদুগী লৈনাদুবু শেগায়দুনা মদুগী তোঙান তোঙানবা মশক মমিং তাকপা অদু ঐঙোন্দা য়াম্না মরিং মরাংনা থোকই, মদুদা নুংঙাইবা পোক্কে, থোইনা কান্নদবগুম খল্লি। লৈদুগী তোঙান তোঙানবা শরূকশিং অদু খঙবদগী মদুগী মপূম ওইবা মপালথোংগী শক্তম অদু য়েংবনা হেন্না ঐঙোন্দা নুংঙাইজৈ অমসুং মরু ওই। কবি অমনা লৈদুগী ফজবা শক্তম্বু শীংথাদুনা মদুগা মরী লৈনবা পুম্নীগী লুথবা অর্থ কয়া হল্লম্লবদি ঐঙোন্দা কয়াদা নুংঙাইনা থোক্লমগদগে হায়না খল্লি। ঐ তৌদবা য়াদবগী তৌখিবা পারা অদুগী মরমদা নোটবুক্তা খরা ইশিল্লগা দশু অমা তৌরুবগুম পূং তাখ্রবা মতুংদা প্রাক্তিকেল রুম অদুদগী হেক হেক থোরকই।

থিওরি ক্লাসশিংনা প্রাক্তিকেল ক্লাসশিং অদুদগীদি খরা ফৈ।

অদুগা মতম অদুদা নুংঙাইতবা, খুদোংচাদবা অমনা ছাত্রশিংদা এন, সি, সি, কম্পলসরি ওইহনবা অসিনি। পি, ইউ, সি, গী চহী অমগী ওইবা একাদেমিক ইয়ার অদুগী মনুংদা থা তরূক-তরেৎলোমদা তম্বা অদুদা চয়োল অমগী মনুংদা অনীরক নত্ত্রগা অহুম্লক ওইরবসু এন, সি, সি, গী পিরিয়ড য়াওবা চৎপা অদু লাইরিক পাবদা মতম য়াম্না শীৎলি। অদুগা এন, সি, সি, য়াওবা হায়বসি ঐনা লনাই ওইনসু খ্বাইদগী পামদবা, হৈনদবা অমনি। মদু

য়াওদ্রবদি পরীক্ষা থাবা য়ারোই হায়বদগী দণ্ডি অমা ওইনা মদু য়াওবনি। ৱাকচীংগী উন খ্রঙ খ্রঙ তাবা মতমদদি নোংঙাল্লগা অয়ূক্তা এন. সি. সি. গী পিরিয়ড য়াওবা চৎকনি খল্লুবদা নুংদাংদগী হৌনা চিন্তা তৌই।

কোর্স কয়া তম্বা লোইহৌদনা চহীগী পরীক্ষা খঙহৌদনা য়ৌশিল্লকই। পরীক্ষাদু ইং ১৯৬৫ গী এপ্রিলগী তাং ২ দা হৌই। ঐ পরীক্ষা অদুদা কয়া নীংবা থুংনা ফজনা তৌখিদ্রে। পরীক্ষা লোইখ্রবা মতুংদা ঐ ৱাখলদু কয়া নুংঙাইত্রে, মদুগী ফলদু ফরক্কনি হায়বা থাজবা ঙমদ্রে। ঐ কোন্নতা খঙলকই ঐ হোৎনবসু য়ান্না ৱাৎহৌই। অনৌবা কোলেজ কাবগী ঈরাং অমদা তাউদুনা ইমান্নবশিংগা নুংথিলদা কোয়ব-লংবা কয়া চৎখি, পূক্নীং চরাঙনদুনা লাইরিক্তা থৌশাদবা কয়া য়াওখি, মদুগী মাঙজবদু ঐ পরীক্ষা থারবা মতমদুদতা খঙলকই।

## ২

## উপন্যাস ইবা হৌবা

পি, ইউ, সি, পরীক্ষা লোইখিবা মতম অসিদা ঐ সাহিত্যদা খরা অমুক মায়ওনশিল্লে; অইবা অমা ওইগে হায়বগী অরেপ্পা আশা অমা তৌবা হৌরক্লে। মতম অদুদা ঐ কমল, শরৎ চন্দ্র, কালিদাস অমসুং বঙ্কিম চন্দ্রগী লাইরিকশিংদগী হেন্না অতে অচৌবা অইবশিংগী লাইরিক ইপা পাদ্রি, মখোয়গী খূৎইগী মরমদা থোইনা খঙদ্রি; অদুবু ঐনা পারুবা শক্লাইরবা অইবা খরা অসিদগী ঐগী ৱাখলনা লাম্বা ঙম্বা ফজবা শরূক অদুতং মতৌ য়াম্না তম্লবা হোৎনৈ। ঐ উপন্যাস অমতং ইদুনা ফোঙনবগী আশা তৌরকই। উপন্যাস খরা পাম্রবসু তশেংনা মদুগী কূপথবা মশক-মওঙ, মদুগী দরকার ওইবা মচাকশিং, ইবগী আর্ট অসিনচিংবগী মরমদদি ঐ করিমতা খঙদ্রি। ঐনা তৌবা হায়ববু ঐনা পাখিবা উপন্যাস খরা অদুগী মতৌ তমদুনা, মশক লাক্তুনা, চেপ্তুর খায়দোক্তুনা ৱারী অমা হেক্তো লীনবা হোৎনবা অদুনি। ইবগী মওঙসু ৱাহৈপরেংশিংবু লৈশি-লৈথোন্দুনা প্রমাণ-পাহ্বে কয়া হাপ্তুনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনৈ। ৱারী শাবগী ৱাহৈ-ৱাতাসু য়াম্না পোইতিক ওইবা মওঙদা থোৎ-নৌনা, ঙাঙনরিবা লোন্দগী খরা লাপথোক্লা মরু ওইনা *শকুন্তলা* দা ঙাঙনরিবা নমূনা অদুগী মতৌ তম্লবা হোৎনৈ। ৱারী লীবগী মওঙদা শরৎ চন্দ্রগী *দেবদাস* অমসুং বঙ্কিম চন্দ্রগী *কৃষ্ণকান্তগী উইল* গী মতৌ তম্মী। অদুবু চহী নৌরিঙৈ (ঐ মতমদুদা চহী তরানীপাল চঙলকপদা ঙায়রি), ৱাখল মপূং ফাদ্রিঙৈ মতম অদুদা অশাংবা ৱারী অমা শাগৎনবা হোৎনবা হায়বসি অৱাবগী মশক্কি, ৱারী অদু পরিং নাইনা চথরকপদা মরক মরক্তা অমুক অমুক চপ চপ লেপ্লী, মচাক থিবদা য়াম্না ৱায়, পুন্সীগী মরমদা মুন্না খঙদ্রিবনা, থৌদোক কয়া থেংনবা ৱাৎলিবনা অমম্বদা পোৎ মাবগুম থোকই। বর্ণনা ফজনা তৌবা হৈতে, লমচৎ কমদৌনা য়েক্কদগে খঙদে। ৱারী অদু মপূং ফানা ইনবা হোৎনবদা অচৌবা লাম্হেং অমা তৌবগা চপ মান্নে। উপন্যাস অদু ইরিঙৈ মনুংদু ঐ য়াম্না নীংতমদে, করিগুম্বা পোৎলূম অমনা নন্দুনা লৈবগুম তৌই, ৱাখলগী অতোপ্পা সংসার অমদা লৈ, বন্দীগুম করিগুম্বা অকনবা লীপুন অমনা পুন্দুনা লৈ। ঐ চাং ওইনা অযুক্তা লামায় অমা, নুংথিলদা

লামায় অমা অদুগা নুংদাং লামায় অমা ইনবা হোৎনৈ। মরক্কী মতম অদুনা মদুগা মরী লৈননা ৱাখল খন্দুনা লৈ। অদুম্না তৌবদা ঐ কোক অসি লুম্বনা পুবা ঙমদে, ৱাখল অদুদা লূপখিবনা ঐ চাবা থকপা চঙদে, য়াঙ য়াম্না কংশিল্লি। মদু ঐঙোন্দা পুবা থাংবা ঙমদবা থবক অমা ওইনা থোকই। অসুম্না মমৈথঙদা য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা লামায় চামমুক পানবা উপন্যাস মচা অমা ইবা লোইবে। মদু চুমথোক-চুমশিন তৌরবা মতুংদা অপাকপা বই অমদা খূৎই ফজনা শিন্দোক্লে, অদুগা বিড়িচে মচুগী অথাবা চে অমনা মখুম পানশিল্লে। উপন্যাস অদুগী মমিংদি থোন্দ্রি, ঐনা খল্লি মদুদি ৱাখল মুন্না খল্লগা থোনগদবনি।

ঐগী ইবা লোইরবা উপন্যাস অদু যৃম্লোন্নবা মরূপ অচৌগী ময়ূমদা পুদুনা মাগী কাদা ঐনা মদু মঙোন্দা পাদুনা তাহল্লি। মহাক ঐনা পাবা অদু থৱায় য়াওনা লোইবা ফাওবা নুংঙাইনা তায়; ঐগী লাইরিক অদুগী অফ-ফত্ত, দোষনচিংবগী মরমদা মহাক কয়া হায়বা ঙমদে। মহাক্না ঐবু সাহিত্যদা থোইদোক্না থৱায় য়াওবা মীশক অমনি খন্দুনা ঐগী পূক্নীংবু থৌগৎলি। ঐনা নীংশিংবদদি উপন্যাস অদু অঙাং ওইরিঙৈগী হৌনবা ফোঙদোকপগী মতাংদা য়াম্না পূক্নীং নৌথবা নত্ত্রগা অকনবা ৱাখলগী ঈথক কয়া য়াওই, অদুবু মতম অদুদদি ঐখোয়গী পূক্নীংগী ফীবমগা চূশিন্নবনা ওইবা য়াই মদু পাবদা ইবানীমক নুংঙাইনা থোকই।

নোংমদি ঐগী উপন্যাস অদু ঐগী ইমান্নবা মোইরাং লৈরক্তা লৈবা অচৌবীনা অমুক্তা পারুগে হায়দুনা ময়ূমদা পুখ্রে। মাগী মখূত্তগী ইমান্নবা কয়ানা মথং মথং লৌরগা পাখিদুনা মদু ফনা কুইনা ঐগী খূত্তা হল্লক্তে। ঐখোয়গী ইমান্নবশিংতা নত্তনা ঐখোয়গা খঙনবা নূপীমচাশিং ফাওবা মদু মথং মথং পাবা হৌরকই। ঈনখৎলকপা মতম অদুদদি ঐখোয় মশেল অমনা অমগী ৱাখল অসি য়াম্না খঙননীংবগুম তৌই, মাঙদা লৈরিবা পুন্সীগী মরমদা খন্দুনা কল্পনাগী মঙলান কয়া শাগৎলকপা মতমনি। মী ময়াম্না মদু পারকপা অদুদা ঐ ইথন্তা অইবা অমনি হায়না খঞ্জদুনা নুংঙাইবা পোকই। অদুগুম্বা খূৎই ওইনা লৈরিবা উপন্যাস অদু য়াম্না কুইনা খূৎথাঙ কয়া লান্না কোয়রুরবা মতুংদা ঐঙোন্দা অমুক তপ্না য়ৌরকই। মখোয় খরগী থাগৎলকপা ৱাহৈ তারগা য়ামদ্রবদা ঐগী উপন্যাস অদুনা মখোয় খরবুদি নুংঙাইহনবা ঙম্লে হায়বগী ৱাখলদা পূক্নীংদা অপেনবা পোকই।

লাইরিক অদু ফোঙনীংবগী ৱাখল অমা ঐঙোন্দা কন্না লৈ। ঐ করিগুম্বদা প্রেসনচিংবদা চত্তুনা মদু নম্বদা চঙগদবা পৈশাগী মরমদা হংই; অদুবু মদু চুম্নগী আশা

হায়বদুনি, শেল পুথোক্তুনা নম্বা ঙম্বগী ৱাদি লৈতে, অহল-লমন্দা অদুগুম্বগী ৱাদু ঐনা নোংমতা হৌদোক্তে। কোন্নদি পৈশাগী ৱাফম ঙাক্তা নত্তুনা ঐঙোন্দা লাইরিক্তু নম্বগী মতাংদা নীংহন্নবা ৱাখল অমসু লাক্লে — মদুদি ঐগী লেঙ্গা ওইবা মী কয়ানা মদুবু থাগৎলক্লবসু কনাগুম্বা সাহিত্যবু মুন্না খঙবা, নৈনবা ঙম্বা অহল অমনা পাদ্রিবমখৈদি মদু ফোঙবা চুমদে হায়বা ৱাখল অসিনি। অসুন্না খন্দুনা উপন্যাস অদু খুৎহৈ ওইনা অদুম তাদুনা লৈবে।

## ৩

# বী, এ, তম্বা

পি, ইউ, সি, গী পরীক্ষা হায়দোকপদা ঐ থার্ড দিভিজন্দা পাস তৌরক্লে। ঐ মার্ক চাদা নীফুতরেৎ খরদমক হেন্না ফংই (মতম অদুগী সেকেণ্ড দিভিজন অসি চাদা য়াঙখৈ ফংগদবনি)। ঐ পূক্নীং য়াম্না হম্থরে। জিনা ঐবু দিভিজন ৱাংনা পাস তৌরক্লুবদি প্রোফেসনেল ট্রেনিং অমা থাবগী আশা তৌরম্বদু কায়রে।

ঐ হৌজিক্তি নীংঙমদবসু পোক্লকই, লাইরিক্তা খরা হেন্না কন্না হোৎনরন্নবদি দিভিজন ৱাংনা পাস তৌরম্বসু য়াবনি। হৌজিক্তি পূন্নমক অদু হৌখ্রে। অহানবা কোলেজ কাবদা নূপীশিংগা তম্মিন্নবদগী পূক্নীং লাঙখিবা, ঈরাং অমগা লোয়ননা লাইরিক তমখিবা, প্রক্তিকেল ক্লাসতা থৌশাখিদবা পূন্নমক অদু অচৌবা অরানবা, ইশাগী মাঙনবা তৌজবা থবক অমনি হায়না খল্লকই। কনানসু ঐবু থৌশাবীরমগদবা নত্তে, ইথন্তা অঙকপা মঙলানগী তাইবঙ অমদা তাউদুনা মতম কয়া অরেম্বদা মাঙহনখিবনি হায়বদু খঙলকই। ক্লাসতা থৱায় য়াম্না য়াওবা, ওজানা হংবদা য়াম্না খুম্বা, প্রাক্তিকেল তৌফমদা মখূৎ-মশা য়াম্না লেঙবা ছাত্র অয়াম্বা ফার্ষ্ট নত্ত্রগা সেকেণ্ড দিভিজন্দা পাস তৌখি। মখোয় কয়া মেডিকেল নত্ত্রগা ইঞ্জিনিয়ারিংনচিংবা প্রোফেসনেল লাইন্দা তম্নখি।

মতম অদুদা ঐ পূক্নীং নুংশিবা, নীংঙমদবা ৱাখল কয়ানা থম্মোয় অসি পীক থল্লি। ঐ হৌজিক করি তৌগদগে হায়বা ৱাখল অসি নুংঙাইতনা খনবা হৌরকই। জিনসু হৌখিবা পরীক্ষা ফল অদুদগী আশা কায়বগুম তৌনা ঐগী লাইরিক তম্বগী মতাংদা মাগী থোইদোকপা অরেপ্পা মত পীরক্তে, ঐগী অপাম্বদু নীংতম্না তৌনবা হায়রক্লে। মতম অদুদা ঐ সাইন্স লৌবা তোক্তুনা আর্টস ওম্থদুনা তম্নবা পূক্নীংদা চপ য়ুংনা খল্লে।

ঐ বী, এ, ফার্ষ্ট ইয়ারদা মিং চন্দুনা তম্লে। সাইন্স লৌদুনা তম্লম্বা অদুদগী আর্টস ওম্থদুনা তম্বা অদুদা হকচাং য়াম্না ৱাইশংলে, তম্লবা প্রাক্তিকেল ক্লাসশিং অদু য়াওররোই খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। ঐ তশেংনা অনৌবা মপোক অমা পোকপগা চপ মান্নরে। ক্লাসতা ওজানা ৱার্ডসৱার্থকী শৈরেং, সেক্সপিয়ারগী ড্রামা, বঙ্কিম চন্দ্রগী উপন্যাস

অসিনচিংবা তাকপদা নুংঙাইবা অদুদি অঙকপনি। ঐ বন্দীশঙদা লৈরুবদগী স্বর্গগী মফম অমদা য়ৌবগা চপ মান্নে।

সেক্সপিয়ারগী ড্রামাগী মহাউ খঙলকপা হায়বা অসি ঐগী সাহিত্যগী পুন্সীদা য়াম্না মরু ওইবা তাঙ্কক অমনি। মহাক্না মীওইবগী মরমদা য়াম্না পাকচাউনা খঙবা, নুংগী ফীবম্বু নৈনবা মতৌ অদু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মতম অদুদদি ঐগী সাহিত্যগী ওইবা মীৎয়েং অসি পাকথোরক্লে, সাহিত্য হৈবা তারবদি মীওইবা অমদি পুন্সীবু মুন্না খঙবা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি হায়বদু খঙবা হৌরকই।

মতম অদুদা সেক্সপিয়ারগী *ওথেল্লো* হায়বা ড্রামা অদু চোংথাম সমরেন্দ্রনা মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা ফোঙবা অমা থেংনরুই। ঐ মদু পাবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই, ইংলিস লোন্দা পাবদা মুন্না খঙবা ঙম্লরোইদবা অরুবা ড্রামা অদু ইমারোন্দা পাবদা মদুগী মহাউ অদু ইথন্তা পেন্না লৌশিনবা ঙম্মী। হন্দোক্লিবা মৈতৈরোনগী ৱাহৈ-ৱাতাদু য়াম্না ফজে, পাবদা য়াম্না নুংঙাই। সেক্সপিয়ারনা য়েকপা চরিত্রশিংগী অকূপ্পা ফজবা, মীওইবগী নুংগী ওইবা ফীবম্বু মুন্না খঙবা মতৌ অদু ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্না, নুংঙাইনা থোকই। তশেংনা ফজবা, মগুণ লৈবা সাহিত্য হায়বসি তোপ তোপ্পা পোৎ অমনি হায়বসি মতমদুদসু অদুম খঙবা ঙম্মী।

করিগুম্বদা ঐনা পাবা সাহিত্যগী লাইরিকশিংগী অফ-ফত্ত চাংদম্নবা অসি তৌই। মরু ওইনা বঙ্কিম চন্দ্র অমসুং শরৎ চন্দ্র মখোয় অনীগী খূৎই অনী অসি ইথন্তা চাংদম্নদুনা য়েংই। ঐখোয়না তম্নরিবা *কৃষ্ণকান্তগী উইলগী* ৱারী খূৎলীগা দেবদাসকী ৱারী খূৎলীগা চাংদম্নে, মদুদা খেন্নবা অদু শেংনা উবগুম নীংই। ৱারী লীবদা বঙ্কিম চন্দ্রগীনা খরা শেম-শাবা মানবা, কলাগী থোৎ-নৌবা ৱাৎপা মতৌ উই। শরৎ চন্দ্রগীনা মাগীদুদগী হেন্না ফজনা লীবগী মওঙ থেংনৈ। বঙ্কিম চন্দ্রনা সমাজগী চৎনবীগী মায়কৈদা মাগী অনৌবা মীৎয়েং কয়া উত্তুনা জ্ঞানগী ওইবা মচাক কয়া হাপ্পবা হোৎনরবসু মঙোন্দা শরৎ চন্দ্রগী কলাকার অমা ওইবগী মতৌ, ৱারী লীবা হৈবগী মগুণ, নূপা-নূপীগী নুংশি-নুংঙনগী মরমদা মুন্না খঙবা জ্ঞান অদু ৱাৎনা লৈবগুম নীংই। ঐগী ৱাখল মপূং ফাদ্রিঙৈদা তৌখিবা বিচার অদু চুমদবসু য়াই, অদুবু পূক্নীংদা ফাওখিবা ৱাখল অদুদি চুম্না ফোঙদোকচবতনি। অসুক চাউখ্রবা অইবা অনীবু অদুম্না হেক্তা চাংদম্নবদু অরায়বা নত্তে। অদুদগী ঐনা ঐখোয়গী ক্লাসতা তম্বা চাউবগী *লবঙ্গ-লতা* হায়বা অদুসু মথক্কী অইবা অনী অসিগী উপন্যাসশিংগা হাইফেৎ

চাংদম্নদুনা য়েংই, অদুবু মদুদদি ঐ তশেংনা নীংবা কায়বা পোকই। *লবঙ্গ-লতা* অসি অচৌবা অইবা অনী অদুগী উপন্যাসশিংগী মনাক্তা থম্বা ঙমদে; অদু পাবদা ঐ নুংঙাইবা ঙমদে, মদুদা অফবা উপন্যাসকী মগুণ ইয়াও য়াওবা উদে, ৱারী লীবগী আর্ট অদুসু য়াম্না মপূং ফাদে।

অসুম্না সাহিত্য পাবদা চাংদম্নবা, চিলহাউ থিবগী মওঙ অসি ঐ য়াম্না নৌরিঙৈদগী তৌরক্নে। ঐগী অথেনবা বুদ্ধিনা চাং ওনবা তারবসু পাবদা নুংঙাইতবা সাহিত্য অমবু ঐ অফবনি হায়বা ঙমদে। কন্নাগুম্বা মীনা হায়বা য়াওই নুংঙাইব-নুংঙাইতবা হায়বসি অপাবা মীগী খঙবা ঙম্ব-ঙমদবগী থাক্তা লৈরে, অরুবা সাহিত্যবু খঙবা ঙমদবদগী মহাউ লৌবসু ঙমদবা য়াই। ৱাফম অদু ঐ মপূং ফানা থাজবা ঙমদে, মত অদু অপাবা মীবু ইকাইখুম্নবা ৱাৎপগী মওঙনি। ঐগী মততদি অফবা সাহিত্য হায়বসি মদুনা অপাবা মী অদুগী খঙবা ঙম্বা থাক্কী মনুংদুদা মাবু পেলহনবদি ঙমগদবনি। মদুগী প্রমাণদি পণ্ডিত কয়ানা নৈনবগী, খঙবগী লোইবা নাইদ্রবা অরুবা সেক্সপিয়ার অমসুং কালিদাসকী ড্রামাশিং অদু অচম্বা মীনা মানা খঙজবা জ্ঞান অমদি থাক্কী মনুংদা নুংঙাইবা ঙম্মী। অসুম্না অফবা সাহিত্যদি মীবুদি শোয়দনা নুংঙাইহনগদবনি। অফবা অরুবা সাহিত্য অমবু লোইনা খঙবা ঙম্বসু ওইথোক্তে। নুমিৎ অমদি থাগী মগুণদু ঐখোয় লোইনা খঙবা ঙমদে, অদুবু মখোয়গী মঙাল খরতনা ঐখোয়না পেন্নরি; অসুম্না অফবা সাহিত্যগী মগুণবু ঐখোয়না লোইনা খঙবা ঙমদ্রবসু মদুগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বা শরূক অদুদা পেঞ্জবসু য়াই। অসিগুম্বা ৱাখল অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী থাজরকই, হৌজিকসু অদুম থাজরি।

অচৌবা সাহিত্যগী মহাউ অসি খরা হেন্না পাক-চাউনা খঙলক্লবসু ইবগী মতাংদদি ঐগী জ্ঞান থোইনা হেনগত্রি। মমাঙদা উপন্যাস মচা অমা ইবা লোইখ্রবসু বী, এ, তম্নবা মতমদুদা ইবা হৌবা উপন্যাস অমদি ৱারীদু মপূং ফানা শাগৎপা ঙমদদুনা অদুম তোকখ্রে। অদুবু মতমদুদা ফংখিবা ইবগী নুংঙাইবা ময়াই অদুদি অরেম্বা ওইখিদে, ঐ কোন্নসু মদুগী ময়াই অদুদগী অদুম নাম্থোকপা ঙমখিদ্রে।

ঐ পুন্সীগী মরমদা থনবা, অকোয়বগী ফীবম্মু মুন্না য়েংবা, তোঙান তোঙানবা ঋতুশিং — বসন্ত, নোংজুথা, শরৎথা অসিনচিংবগী অহোংবা শক্তমশিংবু য়েংবগী হৈনবীদি হান্নদগী অদুম লৈ। ঐ ইশাগী পুন্সীগী থৌদোক কয়াবুসু নীংশিংদুনা সাহিত্যগী মচাক শাগৎনবসু হোৎনৈ, অদুবু মদু মায় হেক্তা পাকপদি নত্তে।

বী, এ, তম্নকপা মতম অদুদা ঐগী পূক্নীংগী ফীবম অদু করিগুম্বদা য়াম্না ফত্তুনা লৈবসু য়াওই। ইশাবু হস্থজনা খনবগী ৱাখল অদু করিগুম্বদা লাক্তুনা ঐবু খুদুমচল্লি। ৱাখল অদুনা কুইনা কোক্তা নৈদুনা লৈরগা য়াম্না হৈনীংদবা, তস্থবা ফীবম কয়াসু লাকই। ঐ ফীবম অদুদগী কোকপা ইঙম ঙমদে। লাইরিক তম্বা অদু ফাওবা ইশানা ইশাবু থাজবা ৱাংলক্তুনা নীংহন্নরকই। অদুম্না পুন্সীগী লম্মাংনবা মওঙ লাকপা অদুদা ঐ কৈদৌগদগে, করম্না ৱাখল খনগদগে হায়বসি করিমতা খঙবা ঙমদে। নোংমদি ঐগা তম্মিন্নবা ইমান্নবা বুদ্ধি কৌবা অমনা ঐগা ৱারী শাবদগী ঐগী পূক্নীংগী ফীবম অদু খঙদুনা অসুম্না হায়রকই, “করিগী নীংহন্নরিবনো? ইশানা তৌরিবা খুদিংমক শোয়দনা ঙমগনি হায়না তৌগদবনি, ইশাবু ইশানা য়াম্না থাজগদবনি।”

মাগী ৱাহে মতেক খরা অদুনা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা ৱাখলগী মঙাল অমা পীবকই, পূক্নীং মকালামহল্লকই, ইশাবু থাজদবা, হস্থজনা খনবা ফীবম অদুদগী খজিক্তেং কোকপগুম তৌরকই। ইশাবু ইশানা হস্থজনা খনবা হায়বসি আত্মঘাত মখল অমনি হায়না খনবা হৌরকই। ইশাগী ফিরেপ লৈতবদগী মী খুদিংমকপু কিবগুম তৌবা, হোৎনরিবা খুদিংমকপু মায়পাক্নরোইদ্রা হায়বগী নুংশাথীবা, সংসারগী পোৎ খুদিংমকপু হৈনীংদনা উবা ফীবম অদুমক নরক্কী মশক অমনি। তশেংনা মরূপ অদুনা ঐবু মীৎ পাঙহল্লে। মহাক থোইনা লাইরিক ফবা ছাত্র নত্তে, অদুবু মানা ঙাঙখিবা থৌনা লৈবা, পূক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওইবা ৱাঙাও অদুনা ঐবু তশেংনো পুন্সীদা অফবা পারা অমা তম্বীখি, মদুনা তুংকোইনা ঐঙোন্দা অফবা প্রভাব অমা পীখি।

ইশানা ইশাবু থাজনা খনবা মতমদা নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফাওরকই, সংসার অসিদা ঐগী ইফমসু লৈরবগুম নীংলকই। মী অতৈগা নীংতম্না ৱারী শাবদা নুংঙাইবা ফাওরকই।

ঐ পূক্নীং খরা ঈংথনা লাইরিক-লাইসু অমুক হোৎনবা হৌরে। মমাঙগী চহীদা নুপীশিংগা নৌনা তম্মিন্নবগী পূক্নীং চরাঙনবা অদু হৌজিক্তি ফঙ্গে। মখোয়গা তম্মিন্নবদু হৈনরকপগুম তৌরে, মখোয়গীদমক্তা খন্দুনা মতম মাঙহনবা অদু তৌদ্রে। মখোয় কয়াদি তোয়না উন্নবদগী, ৱারী শাবদগী মরূপকুম্না তৌরক্লে। ঐ ক্লাস য়াম্না চাংনাইনা য়াওই, ওজানা তাকপা কয়া পূক্নীং চঙনা তায়। মতম অদুদদি ক্লাস য়াওবগী পারসেন্টেজ শুদ্রগা পরীক্ষা থাবা য়াদবগী ৱাফম লৈবনিনা য়াম্না কিনা খল্লি। ঐখোয়না তম্লিঙৈ মতম অদুদা ওজা নন্দবাবুনা প্রিন্সিপাল ওইরি, মহাক হীরম খুদিংমক্তা য়াম্না চেকশিল্লি।

ঐ মমাঙগী চহীদা তিন্নরম্বা ছাত্র কয়া তিন্নখিদ্রে, হান্নগী ক্লাসতা তিন্নরম্বা ছাত্রশিংগী মনুংদা এ, রোমেনকুমারদংদি মরক মরক্তা ওফ লৈনবা মপা চানরুদুনা উন্নবা, ৱারী শাবা য়াওই। মহাক মশা-মউ য়াম্না নাল্লি, চীংলেম্মী, মশা খীংই। মহাক্কী খ্বাইদগী পামজবা অসি ফিলম ঈশৈ শকপা অসিনি। অহাঙবা ক্লাস অমদা ফল্লগা দেক্সতা তাল থাদুনা মহাক্না ফিলম ঈশৈ হেক হেক শকই, ইমান্নবা অমগা ঐগনা মদু থৱায় য়াওনা তায়। মহাক তশেংনা সুর চুম্না, মখোল নুংশিনা শকপা মীওই অমনি; অদুবু করিগুম্বদা কোলেজগী ফংসন্দা ঐখোয়না মাবু ঈশৈ শরুবা হায়রবা মতমদি মহাক অমুক্তা য়াদে। অদুম্না হায়রুবা মতমদা মহাক্না (ষ্টেজদা অমুক্তা থোক্ত্রিবগী হৌনবা) মশাবু থাজবা ৱাৎনা, খরা পাখৎনা, মমায় খরা ঙাংলপ্না নিংদোল চোংনা লৈ। ঐখোয়না মাগী ঈশৈ ফজনা শকপা ঙস্বগী মগুণ অদু মানা ষ্টেজদা থোক্লুনা অমুক্তং ময়ামদা খঙহন্নীংবনি, অদুবু মদু অদুম য়াখিদ্রে। ঐগা নৌনা ক্লাসতুদা তিন্নরকপা ছাত্র অমদি কালাচান্দ কৌই। মহাক মী খরা পীকই, কুচু মুই, ৱা য়াম্না ঙাঙগল্লি। ঐ মাগা তিন্নবা মতমদা মানা ঙাঙবা অয়াম্বা তাদুনা লৈ। ঐনা মী অতৈদা হেক হেক ফাগী তৌদুনা হায় কালাচান্দনা ৱা ঙাঙবা অসিদি "উম" হায়না খুম্বদা চোকথৈ। (মহাক কোন্নদি জুনিয়র হায় স্কুল অমগী হেডমাষ্টর ওইখি।) মহাক তিন্নবা য়াম্না নুংঙাইবা মীনি, পীথোরকপা মগুণ য়াম্না লৈ, লাই য়েকপা ফজন্না হে, সাহিত্যদসু থৱায় য়াওই। নোংমা মহাক্না ৱার্ডসৱার্থকী "লুসি" হায়বা কবিতা অদু মৈতৈরোন্দা ট্রান্সলেসন তৌদুনা পুখৎলক্লগা ইবানী কোলেজদা পামিন্নে। অদুবু মহাক কোন্নদি ইবগী থবক্তি তৌখিদ্রে। ঐখোয়না ওফ লৈবা মতমদা কোলেজগী মমাঙদা সড়ক্কী ময়াদা হৌবা গুলমোহোর পাম্বীগী মখোঙদা ফমদুনা নত্ত্রগা ৱার সেমিত্রিদা চত্তুনা ৱারী শাদুনা লৈ। মদুদা মহাক্না ময়ূমগী, মাগী নুংশিনবা নূপীগী মরমদা লেপ্তুনা ঙাঙদুনা লৈ। অতোপ্পা ইমান্নবা অমনা এল, বীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মা কৌই, মহাক্তি ঐগা অঙাং ওইরিঙৈদগী তম্মিন্নরকপনি, মহাক্না মরক মরক্তা ৱারী শাদুনা ফম্মিন্নে। (মহাক কোন্নদি জজ ওইখ্রে।) মহাক্তি সাহিত্য য়াম্না থৱায় য়াওবা মীওইনি। মহাক কোন্না মশাগী উপন্যাস অমা ই, অদুগা সেক্সপিয়ারগী *সোনেটস* সু মৈতৈরোন্দা ট্রান্সলেসন তৌদুনা ফোঙই। নোংমদি মাগা ৱারী শাবদা ঐগী খুৎই ওইনা লৈরিবা উপন্যাস অদুগী মরমদা খঙখিদুনা মহাক্না মদু লৌরগা পাখি। মদু পারুরগা পুখৎলকপা মতমদা মহাক্না মদুবু থাগত্তুনা ঐগী পূক্নীং য়াম্না থৌগৎলি, মদুবু ফোঙনবা তকশিল্লি, অদুবু ঐগী পাঙদবা, ইশাবু থাজবা ৱাৎপা মতৌ অদু উবদা মহাক্না ঐঙোন্দা শাউই। অসুম্না ঐগা তিন্নরকপা ইমান্নবা খরদু ঈশৈ, লাই য়েকপা অমদি সাহিত্যগী লমদা থৱায় য়াওই।

## ৪

## আগষ্টকী তাং ২৭

ময়াম্না "চাকলাম খোঙচৎ" হায়না কোন্না খঙনরকখিবা ইং ১৯৬৫ গী আগষ্টকী তাং ২৭ তা থোকখিবা ছাত্রশিংগী চেং তাঙবগী অচৌবা ঈহৌ অদু খ্বাইদগী মিপাইনীংঙাই অমদি অকি-তুজুংনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমনি। মতম অদুদা এম, কোইরেংনা চিফ মিনিষ্টর ওইরি। ঈহৌ অদুবু লুচিংখিবা অদু মরু ওইনা ডি, এম, কোলেজগী ছাত্রশিংনি। ডি, এম, কোলেজগী জেনেবেল সেক্রিটরিনা সনাজাউবা নাউরিয়ানা ওইরি। মহাক য়াম্না থৌনা লৈবা, ছাত্রশিংগী অচৌবা লুচিংবা অমনি। নুমিৎ অদুদা মহাক্না হুমাং তানা, মশম-মনা ফানা, ফুরিৎ অদু খোঙ্গ্রাউগী মপান্দা থাদরগা অৱাবা, অদুবু থৌনা লৈবা শকফমদা ছাত্র ময়াম খোম্বা অমসুং মখোয়দা ৱা ঙাঙখিবা মতৌদু ঐ ফজনা নীংশিংলি। ঐখোয়গী কোলেজগী ছাত্রশিংদু মহাক্না লুচিংলগা অতৈ স্কুল-কোলেজদগী লাকপা ছাত্র-ছাত্রী কয়াগা পূল্লগা অহৌবা খোল্লাউ কন্না লাউদুনা চিফ কমিসনরগী কম্পাউণ্ড মনুংদা হুপচিন্দুনা চঙই। (মতমদুগী চিফ কমিসনর অদু বালেশ্বর প্রসাদনি।)

কম্পাউণ্ড মনুংদা ছাত্র-ছাত্রী কয়ানা পীক থন্না নৈদুনা লৈ। লুচিংবা কয়ানা মনুংদসু অকনবা খোল্লাউ কয়া লাউশিন্দুনা লৈ, অচম্বা ছাত্র-ছাত্রী কয়াদি মনুংদা করি ৱারী শানরিবা, করি তৌরিবা থোইনা খঙদনা ঈরাং মখল অমা ওইনা (অতৈ মতমদা পাক চঙবা ফংদবা কম্পাউণ্ড মনুং অদুদা চঙবদুদা) নুংঙাইবগুম করিগুম মফমদুদা হৌরিবা ফজরবা উপালশিং অমদি হৈকোল-লৈকোলদু য়েংদুনা, মরক্তা চঙদুনা উহৈ-ৱাহৈ অমদি লৈ হেক্তুনা লাঙদুনা লৈ। মফম অদু ছাত্র-ছাত্রী কয়াগী খোল্লাউ, লাঙবগী মখোলনা পূমনিল নিল্লি। তাল্লিবা দাবি অদুগী মরমদা অরেপ্পা অমা খঙদ্রিবা ফাওবা হল্লরোই হায়বগী ফীবমদা ময়ামদু মদুদা নৈদুনা লৈ। ছাত্র-ছাত্রী পূন্নমক্কী ৱাখলদা করিগুম্বা মখলগী খুদোংথীবা অমতা থোক্কনি হায়বগী থাজনরুবা লৈতে। অদুবু ময়াম্না চত্থরিবা মওঙ — লাউ-খোংবা, লেঙলিবা, নৈরিবা মতৌ অদুদি মফম অদুদা অচৌবা লান্দাবা মখল অমগুম শাথিবা মওঙ অমনি। ঐগা ঐগী মরূপ অচৌগা মফম অদুদা চৎমিন্নে; ঐখোয় অনী ফন্না কুইনা কম্পাউণ্ড

মনুংদা লৈরম্লগা মপান্দা থোরক্লে।

ঐখোয় সড়ক অমদি অকোয়বা মফম অদুদা কোয়চৎ চত্তুনা ঈরাং অদু য়েংদুনা লৈ। নুমিত্তু নুংশা লূনা থোক্তে, ওমচাক্লে, অতিয়াদা অপাবা লৈচিল খরা লন্না লন্না শন্দোক্তুনা লৈ। লম্বীদা ছাত্র-ছাত্রী খরসু চোইনা চোইনা চৎপা উই, অতোপ্পা মীওই কয়াসু ছাত্রশিংগী ঈহৌ অদুগী মরমদা ৱারী শাদুনা চৎনৈ। চেঙ তাঙলবা মতমদা ছাত্রশিংনা হৌবা ঈহৌ হায়বসি তশেংনা চানীংঙাই লৈতবগী অৱাবা চৈথেং কন্না ফংলবা মতমদা থোরকপনি, লৈবাক মীয়ামগী পূক্নীংগী ইস্থল অদু মখোয়না মহুৎ শিন্দুনা ফোঙদোরকপতনি হায়বসি ময়াম পূন্নমক্না হায়নৈ।

ঐখোয় অনী ঙহাক জোনষ্টোন হায় স্কুলগী অৱাং নোংপোক থংবা মায়কৈদা সড়ক্কী ময়াদা লেপ্তুনা লৈ। মদুদা (কোন্না ঐগী নূপী ওইরকখিবী) সরোজিনীসু মমান্নবী অমগা লোয়ননা লম্বীদা চিফ কমিসনরগী কম্পাউণ্ড তম্না চৎখি। মতম অদুদা ঐখোয় অনী শক খঙনরে; মহাক ক্লাস নাইন তম্লি।

ইমান্নবা অদুগা ঐগা অদুম্না ঙহাক লৈরম্লগা য়ূমদা হল্লক্লে। চিফ কমিসনরগী কম্পাউণ্ড মনুংদা ছাত্রশিংনা ওমদুনা অহৌবা খোল্লাউগা লোয়ননা হনবা নাইদনা লৈহৌবা ফীবম অদু ঐ নীংশিং নীংশিংদুনা হল্লকই। মদুনা করি ওইরক্কদগে হায়বা ৱাখল অমদি পূক্নীংদা নিংকোক নিংকোক তৌনা খল্লি।

নুংথিলদা ঐখোয়না য়ূমদা লৈরিঙৈদা ঈরাং তৌরিবা মফম চিফ কমিসনরগী কম্পাউণ্ড অদোমদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারক্লে। ঙহাক্কী মতুংদা ঐখোয়গী লৈকাইগী বাজারদা পোৎফম ফম্বী নূপী কয়া কৈথেল কায়দুনা ময়ূম ময়ূমদা চেন্নরক্লে। মখোয়না হায় ঈরাং তৌরিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংবু তানখায়নবা হোৎনবদা পুলিসনা টিয়ার-গ্যাস কাপ্পদা কান্নরক্তদুনা মমৈদা নোংমৈনা কাপ্পনি। ৱাফম অদু মখোয়না থৌদোক অদুদগী কায়দুনা চেন্নরকপা ছাত্র খরদগী তারকপনি। য়ূমদা লৈবা মীপূম খূদিংমক মিপাইনরে। য়ূমথোঙ খূদিংদা লৈবা ছাত্র-ছাত্রী কয়া ষ্ট্রাইক অদুদা য়াওখিদুনা য়ূম য়ূমদা হজিন্নরক্তি। মণিপুরদা ছাত্রগী আন্দোলন অমদা নোংমৈ কাপ্তুনা অদুক চাউবা ঈরাং অমা থোকপসি ঐনা খঙবদা মদুনা অহানবনি। নোংমৈ মখোল অদু তাবদা চিফ কমিসনরগী কম্পাউণ্ডদা ছাত্র-ছাত্রী লীশিং কয়ানা ফিঙৌ ফৌনা পৈদুনা লৈহৌবদু নীংশিংলকই, মখোয় অদুগী মরাইবক করি ওইরিগদগে হায়না নুংশাথীনা খনবা হৌরকই।

নোংমৈ কাপ্পা লেপখ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা ঐগা ইমান্নবা অচৌগা লোয়ননা থৌদোক থোকফম অদু তান্না য়েংবা চৎলি। হৌজিক খারিবা গভনরগী কম্পাউণ্ডগী অৱাংবা নূংগী ৱাল অসি কোন্না খাবনি, মসিগী মমাঙদদি খরা নেম্বা ৱাল অমা খারম্মী, মথক্তা তিংখং তারানা তিংই। ঐখোয়না গেট মপাদা লেপ্লুনা কম্পাউণ্ড মনুংদা য়েংশিল্লকই। মতম অদুদদি ঙসায় ওল্লম্বা ছাত্র-ছাত্রী ময়ামদু অমতা লৈত্রে, মনুংদা পুলিসকী গাড়িশিং হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, নোংমৈ পায়বা পুলিস কয়াসু কৃংনা লৈ। অদুদগী খঙহৌদনা উরক্লে কম্পাউণ্ড মনুংগী নাপী মথক্তা মী অমা ইণ্ডৌ ঙৌনা তাদুনা লৈবা। ঐ মদু উবদা পাখৎপনা নিংদোল চোংই। খূদক অদুদদি মী কয়া শিবা অমদি শোকপা য়াওবগে হায়বদু করিমতা খঙদে। মতম খরদংগী মমাঙদা অচৌবা ঈরাং অমা থোকখ্রবা মফম অদুগী ইচীক চীকপা শক্তম অদুনা ঐখোয়দা করিগুম্বা অঙকপা অকিবা অমা পোকহল্লি। ঙসায় ঐখোয়না মফমদু থাদোক্লুনা চৎলমদাইদা মী ময়াম তিন্দুনা লৈহৌবা ফীবম অদুগা হৌজিক ওইরিবা ফীবম অসিগা য়েংনবদা তশেংনা পৃক্লীংদা থুক লাউই।

ঐখোয় অনী ঙহাক মফম অদু য়েংলম্লগা য়ূমদা থুনা অদুম হল্লে। য়ূম য়ৌরবসু ঐ থৌদোক অদুগী মরমদা নুংঙাইতনা ৱাখল খন্দুনা লৈ।

নোংমা নীনিগী মতুংদা ঐ সরোজিনীগী মনাক্তা চত্তুনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা ৱারী শাই। মহাক থৌদোক অদুদা শোকপ-পনবা য়াওব্রা হায়বদু ঐ খঙনীংই। মহাক লাইবক ফবদগী মদুদা (তিংখংনা খজিক্তং খোৎপা নত্তনা) থোইনা থীনা শোকপা য়াওরমদে, অদুবু মতৌ করম্না মানা অচৌবা ঈরাং অদুদগী ৱানা নাম্থোরকপগে হায়বা অদুদি মহাক্না কূপ্না তম্মী। মহাক্না হায়, "ঐখোয়না অদুগুম্বা থৌদোক অদু থোরক্কনি হায়বদু করিমতা থাজরমদে, মনুং অদুগী ফজবা হৈকোল-লৈকোল কয়াদু য়েংদুনা লৈ, হৈ-লৈ হেকপা, উশা থেকপা মীওই কয়াসু য়াওই, মশীং য়াম্লবা ছাত্র-ছাত্রীশিং অদুনা মনুং অদুদা নৈবদা মফমদুগী শক্তমদু ফনা য়াম্না ওল্লি। অসুম্না লৈরম্বদগী খঙহৌদনা নূংনা থানবগুম্বগী চরাঙনবা খরা তৌরকই, অদুদগী টিয়ার-গ্যাস কাপ্লুনা ময়ামদু তানখাইবা হৌরকই। ইকুই কুইদনা নোংমৈ কাপ্পা হৌরক্লে, অদুদগীদি ঐ ময়াম কায়দুনা চেম্নবা অদুগী মরক্তা জ্ঞান তাদনা চেনবা হৌরক্লে। খঙহৌদনা কায়রকপা মীয়াম অদু অকিবগী মশক্তি, মী অমতনা অমবু হন্না য়েংনদে, মানা মানা হিংনবা চেম্নবা অদুদা নেৎশিন্নবা কয়া য়াওই। মীয়ামগী লাউ-খোংবগী মখোলনা মফমদু পূমনিল নিল্লি। খ্বাইদগী কিনীংঙাই ওইবদি ঐখোয়না

গেট য়ৌরকপদা মদু কনাগুম্বা মী খরনা লোনশিনখ্রে। মিপাইনরবা মীয়াম অদুনা থোকফম লৈতবদগী কম্পাউণ্ড খাজিল্লিবা ৱাল অদু কারগা তিংখং তারা কাল্লগা মপান্দা চোংথনরকই, ঐসু ইমান্নবীদুগা লোয়ননা ময়াম মরক্তা ঈন্নদুনা মদুম্না তৌরগা মপান্দা ৱানা থোরকই। ছাত্র-ছাত্রী ময়াম অদু ৱাল অদুগী মথক্তা ক্রক ক্রক ঈন্ননা ওম্বা, মদুদগী মীয়ামদু হৈথরকপদু অকিবগী মশক্কি, ঐ মতৌ করম্না লাম্থোকখিনো ভাব তাহৌদে। মদু লাম্থোক্লগা ঐ জ্ঞান মাঙনা মীয়াম মরক্তা সড়ক্তা চেন্না চেন্না চৎলি। মতম অদুদা নোংমৈগী মখোল অমুক অনীরক তারম্বদগী তাখিদ্রে, ঐ শিরুবদগী হল্লকপগুম নীংই। য়ুম য়ৌরগা ঐগী ফিগী মতোন্দা শেগায়রম্বা, অদুগা খোঙদা তিংখংনা খরা খোৎলম্বা অদু খঙলকই।" থৌদোক অদুদা মহাক থীনা শোকপ-পনবা য়াওদনা নাম্থোরকপা অদুগীদমক ঐ নুংঙাইবা পোকই। মাগা ৱারী ঙহাক শারগা ঐ য়ুমদা হল্লক্লে।

থৌদোক অদুদা শিখিবা নবকুমার, প্রমোদিনী, নীলমণি অসিনচিংবদু নত্তবা অশোকপসু কয়ানি। ঐগা তম্মিন্নবা মোইরাংদগী বুদ্ধি হায়বা ইমান্নবা অদুসু থৌদোক অদুদা খূকউ মখাদা নোংমৈনা পান্দুনা ফনা কুইনা কোলেজ কারক্তে। মহাক নুমিৎ কুন্নিরোমগী মতুংদা নোংমা মখোঙ শেক্লি শেক্লি তৌনা কোলেজ কারকই। মতম অদু ফাওবা মাগী অশোকপা মফম অদু বেণ্ডেজ য়েৎলি, মদু মহাক্না খোঙ্গ্রাউ তাখৎলগা ঐঙোন্দা য়েংহুনবদগী খঙবনি। ঐনা থৌদোক অদুদা মতৌ করম্না শোক্লিবনো হংবদা মহাক্না হায়রকই, "নোংমৈ কাপ্পা হৌরকপা মতুংদা ময়াম ৱা-ৱা কায়দুনা চেন্নবা অদুদা ঐসু কম্পাউণ্ডগী ৱাল অদু লাল্লগা সড়ক্তা মফম খঙদনা চেনবা হৌরকই। অদুম্না চেল্লিঙৈ মতম অদুদা খঙহৌদনা কপ্লাকতা অচৌবা নূং অমনা পানবগুম নীংখি। অদুদগী খোঙকাপ অমা-অনী চেল্লবা মতুংদা ঐগী খোঙ অসি খঙহৌদনা লুমথরক্তুনা থাংবা য়ারক্ত্রে। ঐনা হন্থনা য়েংলুবা মতমদদি ঐগী খূকউ মখাদা হোত্রোং হোনা লৈরম্লে। মতম অদুদতা ঐ খঙলকই ঐগী খোঙদা নোংমৈনা পাল্লগা ফাওদোক্তুনা চৎখ্রে। অদুদগী ঐ পাখৎপনা নীকখ্রে, কোক ঙাওবা হৌরকই; ঐ মফম অদুদা অদুম তূদুনা লৈরে। ঐবু ইমান্নবা খরনা ৱানা হোৎনদুনা হোসপিটালদা পুরকখি। মতম অদুদদি ঐগী খোঙদা অকনবা অনাবগী চৈনা ফাওরক্লে।"

"হৌজিক্তি করম্বা ফীবমদা লৈরিবগে?" ঐনা হংই।

"ফনা য়াম্না ফরে। শরূ মচেৎ খরা কায়দুনা ফগৎলকপদা খরা কুইনা চঙই। মতম খরগী মতুংদা বেণ্ডেজ অসি লৌথোক্লগনি।"

মহাক্না ঐঙোন্দা হোসপিটালদা লায়য়েংবগী, অশোকপা অদুগী চৈনা খাঙবগী ৱারী কয়া তম্মী। ঐনা মতম অদুদা খনখিবা ৱাখল হায়ববু মানা ঈহৌ অদুদা য়াওরুবগী ফলদুগী মরমদনি। মাগী মখোঙ নাম্মদু নোংমৈ গুলিনা পানখিবগী পুল্সী চুপ্পা শোইনাইবগী ফীবমদা লৈ, অদুবু মদুগীদমক কনানা ৱাবীরমগদগে? মাবু কাপ্লিবা মীশক অদুবুনা করি দণ্ডি পীরমগদগে?

ঈহৌ অদুগা মরী লৈননা ছাত্র লুচিংবা কয়া ফাদুনা জেলদা থম্মী। মখোয় থাদোক্ত্রিবা ফাওবা মতম ফনা কুইনা চরাঙনদুনা লাইরিক-লাইসু নীংথিনা তমদে। অসুন্না থৌদোক অদু ঙসি ফাওবা কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমা ওইরি।

৫

# সাহিত্যদা নীংহন্নবা

ঐনা বী, এ, সেকেণ্ড ইয়ার তম্লবা মতুংদা ঐগী খুৎই ওইনা লৈরিবা উপন্যাস অদু ফোঙনীংবগী ৱাখল অমুক লাক্লে। নোংমদি ঐগী ইমান্নবা, ঐগা অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপা বুদ্ধ হায়বা অদুগা মদুগী মরমদা ৱারী শাবদা ঐনা মদু কনাগুম্বা মতিক চাবা ওজা অমনা পাদ্রিবমখৈ ফোঙবা কিদুনা থম্লকপগী ৱা হায়বদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐখোয়গী কোচিং তম্বগী মণিপুরী তম্বীরিবা ওজা অদুদা মদু অমুক্তং পাবীরকউ হায়সিরা?" (মহাক মেট্রিক পরীক্ষাদা হন্না হন্না ঙমদদুনা মতম অদুদা জোনষ্টোন স্কুলদা চথবা কোচিং অমদা নুংদাং তম্লি।)

মাগী ৱাদু তাবদা ঐ খঙহৌদনা নুংঙাইবা ফাওরকই। ঐ ইশানদি ইকাইবদগী কনাগুম্বা ওজা অমতদা ঐগী লাইরিক অদু পাবীনবা হায়বা ঙমদদুনা লাক্লবনি। মদু নুংশি-নুংওনগী ওইবা ৱারী ওইবনা কনাগুম্বা ঐগা খঙনবা অহল ওইবা ওজা অমদা মদু হেক্তা পাহনবদু য়াম্না হঙ্গোইনা থোকই।

ঐনা মঙোন্দা হরাউনা হায়, "মহাক অমুক্তং পাবীরকউ হায়বদি শোয়দনা য়াগদ্রা?"

"করিগী য়াদনি? ঐ য়ানবা ঙাঙনগে।"

"ফরে অদুদি, মদু মঙোন্দা খরা পাহনবীরকউ।"

ঐনা মরুপ্তুদা নোংমা ঐগী খুৎই ওইনা লৈরিবা উপন্যাস অদু চেকশিন্না শিন্নদুনা পীখ্রে। মথংগী নুমিত্তা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়, "ওজা অদু থবক খরা চিন্নদি উই, অদুবু লাইরিক অদুদি পানবা লৌখ্রে।"

মদু তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইবা পোকই, উপন্যাসতু পারগা মাগী করি মত পীরক্কদগে হায়বসি য়াম্না লাঙতক্লে। মশক্তি খঙদ্রবসু সাহিত্য তম্বীবা ওজা অদুবু ঐনা পুক্নীংদা য়াম্না খাজৈ, মঙোন্দগী লাইরিক অদু ফোঙবা য়ারে হায়বগী করিগুম্বা ইঙ্গিৎ অমতং পীরক্লবদি হায়না ঐ খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈ, মদু ঐনা মমল য়াম্না খল্লি।

ওজা অদুনা উপন্যাস অদু পানবা লৌখ্রবা মতুংদা ঐ ইমান্নবা অদুদা মদুগী মরমদা

হেক হেক হংই। মহাক্না হায়, "ওজাদু থবক চিল্লি হায়দুনা মদু পাবা ঙমদ্রি হায়।"

অসুন্না নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। ইমান্নবা অদুনা ওজাদুদা মদুগী মরমদা হংবা খুদিংগী ওজা অদুনা থবক চিল্লি হায়দুনা মদু পাদ্রিতা হায়রকপগী ৱাশি ঐ ইমান্নবা অদুদগী তোয়না তারে। মদু তাবদা ঐ থৱায় নুংঙাইতবা পোক্লক্লে, ওজা অদুনা ঐগী সাহিত্যগী পোৎ অদুদা পুক্নীং চঙবীদ্রে হায়বসি খল্লক্লে।

ঐগী ইমান্নবা বুদ্ধ হায়বদু খরা শাউগনবা, হায়নি-হায়রোই খঙদবা মীনি। মহাক্না নোংমদি ওজা অদুদা অসুন্না হায়রুরে, "ওজা, লাইরিক অদু পাবীরোইদবা লৈরবদি ঐ নোংমা লাক্কুনা মদু লৌজরগে।"

মদু তাবদা ওজা অদুনা ইকাইদুনা অসুন্না মঙোন্দা হায়রকই, "ফরে, ঐ মদু পারম্লগে, নুমিৎ মরি-মঙানিগী মতুংদা য়ুমদা লাক্লো।"

মখোয় অনী অদুন্না ৱারী শারকপা অদু ইমান্নবদুনা ঐঙোন্দা তম্লবনি।

ওজা অদুনা হায়বা মতুং ইন্না ঐখোয় অনী নুমিৎ মঙানিরোমগী মতুংদা অয়ূক অমা মাগী ময়ূমদা চৎলে। ওজা অদু দলান মথক্তা লৈ। ঐখোয় অনী মাগী লৈফম দলান মথক্তুদা কাখৎলে। মহাক মাগী কাদা ওজা খরগা লোয়ননা ছাত্রগী নোট ফোঙবগী মরমদা ৱা তান্নদুনা থবক চিন্না লৈরম্মী।

মহাক্না থোঙদা ঐখোয় লাকপা উবদা মপান্দা থোরক্লে।

মহাক মমায় পাক্তক তৌই, ঐখোয়বু ছাত্রশিংনি হায়বগী ৱাখলদা কয়া থৌ-ৱা শাদনা উই। মহাক্না ঐখোয়বু মোরা অনীখক্তা ফমহল্লম্লগা মাগী কাদুদা অমুক চঙখ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক ঐগী খুৎইগী উপন্যাস অদু পায়দুনা পুথোরক্লগা থবক য়াম্না চিনবা মওঙদা ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙলক্কুনা মোরা অমদা ফম্লরে।

ইমান্নবা অদুনা ঐবু মঙোন্দা লাইরিক ইবা মীশক অদুনি হায়না মশক তাকই।

মহাক্না ঐঙোন্দা চুন্না খজিক্তং ফল্লপ য়েংলগা কয়া থৌশাবা তৌদনা হায়রকই, "ঐ ইবুংঙোগী উপন্যাসতু পারে।"

মাগী মায়থোঙগী মতৌদু য়েংদুনা ঐ মহাক্না করি হায়রক্কদগে হায়না লাঙতক্লম্না ঙাইদুনা লৈ। মহাক্না হাইফেৎ শূকথনা মখা তারকই, "মদু অশোয়বা খরা য়াওই, ফোঙবদা কয়া নুংঙাইগদবা মান্দে . . . ।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা ঐ থুক লাউরকই, মীকুপ অদুদা খঙহৌদনা নুংঙাইতবা ৱাখল

অমা পূক্লীংদা ফাওরকই। মাগী ৱাঙাঙ, পোত্তুদা কয়া খোয়জঙদনা উবা মতৌ, উপন্যাস অদু ইমান্নবা অদুনা মঙোন্দা কন্না হায়বদগী দণ্ডি ওইনা পাবা মানবা মওঙ পুন্নমক অদু উবদা ঐ পূক্লীংদা য়াম্না তঙ্থবা পোক্লকই, করি মরমগীদমক মঙোন্দা মদু পাহল্লুরিবনো হায়না খল্লকই। অদুবু ঐগী পূক্লীংদা ফাওরকপা নুংঙাইতবা ৱাখল অদু ফাথদুনা খাঙলে। মহাক্লা উপন্যাস অদুগী মরমদা পীরকপা মত অদু তূমিন্না তাদুনা লৈরে। মরু ওইনা হীরম অহুমখক্তা মহাক্লা ঐগী উপন্যাস অদুগী দোষ পুথোক্তুনা য়ানীংদবা উৎলকই। অহানবদা, মপূং ওইবা ৱারীগী থিম অদুগী মতাংদনি। ৱারী অদুদা হিরোইন অদুনা মাগা চহী লেঙ্গা ওইনা তৌবা ছাত্র অমবু য়াম্না নুংশিজৈ; মহাকপু অহল-লমন্না ডাক্তর অমদা পীনবা হায়ন-শাংনদুনা লুহোংনবা তৌই, নূপী অদুনা মদুদা য়ানীংদবা উত্তুনা মথন্তা শিজগে হায়না থৌরাঙ তৌই, ইমুংগী মী থেংনদুনা মহাকপু কলহৌই। থৌদোক অদু ওজা অদুনা য়ানীংদবা উৎলকই; নূপী অদুনা ডাক্তর অদুগা লুহোংনবা হায়ন-শাংনবদা য়ানীংদবা উৎপা অদু থোইনা মরম চাদে, মানা ডাক্তর অদুগী মগুণ খঙফম থোকই, অদুগা মদুনা ডাক্তর অদুগী মমল হঙ্গহল্লি হায়না মহাক্লা মত পী। অনীশুবদা, ৱারী লীবদা থৌদোক্কী চাশিন্নদবা, ওইথোক্তবা মানবা মতাং খরা য়াওই হায়না মহাক্লা ফোঙদোকই। অদুগা অহুমশুবদা, ঐগী লোল অদুগী মতাংদা মহাক্লা হায় মদু প্রমাণ-পাষ্টে য়াম্না য়াওশিনবা, খরা শেম-শাবা লোল ওইনা তৌই। মরু ওইনা ৱারী শাবগী মতাংদা অয়ূক-নুংদাং ঙাঙনবা লোলদগী খরা থাপ্তোকপা য়াম্না নৌথবা, পোইতিক ওইবা মওঙ ওইনা তৌই। মদু মহাক য়ানীংদে।

মহাক্লা ফোঙদোকপা মতশিং অদু তারবা মতুংদা ঐ অতৈগী মতাংদদি ৱা ঙাঙদ্রে; অদুবু থৌদোক খরগী ওইথোকপা য়াদবগী মতাং হায়রকপা অদুদা ঐনা *মাধবী* গা মরী লৈননা মঙোন্দা অসিখক্তং হায়, “ওজা, *মাধবী* উপন্যাসতা উরিরৈনা উমংদা লৈবা, মাধবীনা হৈবোকচীংগী লোক্লুংদা লাই নীংবা, অঙকপা লুহোংবগী মতাংদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক অদু ওইথোকপা য়াদবা ঙাক্তনি।”

মদুদা মহাক ঙহাক খুম্ফম খঙদবগুম তৌনা লৈ। ঐ খঙই ঐগী ৱাহৈ অদুদা মহাক কয়া পেন্দে। মাগী মায়থোঙ অদুনা উৎলি মদুদি *মাধবী* গুম্বা উপন্যাসকা ঐগী উপন্যাস অদুগা চাংদম্নবা মহাক পামদে। মহাক্লা খজিক্তং অর্থ লৈনা নোকফেৎ তৌরগা ঙাঙনরিবা ৱাফম অদুদগী লৈথোক্লীংবা মওঙদা কয়া থৌশাদনা হায়রকই, “হোয়, *মাধবী* দসু অদুগুম্বা খরবুদি য়াওই . . .।”

মহাক থবক চিন্না উবা, ঙাঙনরিবা হীরম অদুদা থোইনা পুক্নীং চঙদনা উবা, অদুগা অমুকসু মাগী কা মনুংদা ওজা খরা পুন্দুনা নোট ইবগী ৱা তান্নদুনা লৈবা অদুনা ঐখোয় মাগী মনাক্তা কুইনা ফম্বা পামদ্রে।

ৱারীদু থোইনা মতাং চানা লোইশিনবা তৌদনা ঐনা হায়, "ফরে, ওজা, অদুদি ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে।"

"ফরে ফরে, ইবুংঙো, য়ৌরো," ঐখোয়না চৎলমদাইদা মহাক্না হায়রকই, "মদু করিগুম্বা ফোঙনীংলবসু খরা শেমদোকপগী দরকার লৈরি। মদু শেমদোক্লগদি ফোঙগে হায়রবসু অদুম মতা য়েংউ।"

ঐ খঙই মানা মদু ঐগী নুংঙাইতবা কোক্লবা চুম্না হায়বতনি, মদুদা মহাক্না য়াম্না পুক্নীং চঙনা থৌগৎপা ওইনা হায়বদি নত্তে।

মহাক্না ঐগী উপন্যাস অদু ঐখোয়দা পীরম্লগা মাগী মী অতৈগা ফম্মিন্নরম্বা কা অদুদা অমুক চঙখ্রে।

ইমান্নবদুগা ঐগা মাগী ময়ুমদগী থোরক্লে।

নুমিৎ অদুদা ঐ অদুক্কী মতিক পুক্নিং হন্থবা পোকখ্রে মদুদি উপন্যাস অদু কৈদৌঙৈদসু ফোঙলরোই হায়না খনখ্রে। ঐগী লাইরিক পাহল্লুরিবা ওজা অদু সাহিত্যগী পোৎ অমবু বিচার তৌবদা নিয়ম চুম্না ফজনা তৌবা ঙম্বা মীরা হায়বদু ঐ থোইনা খঙদে, মাগী অহল ওইবগী জ্ঞান অদুবু ঐনা থাজদুনা উপন্যাস অদু মঙোন্দা পাহল্লুবনি। মানা ঐগী লাইরিক অদুগী ফজবা শরুক মচেৎ অমতা পল্লক্তনা চুম্না মদুগী দোষ ঙাক্তা পুথোক্তুনা ঙাঙলকপা মতৌ অদু ঐ নুংঙাইতবতা নত্তনা শাউনীংবা অমসু পোকই। ঐনা লম্বীদা চৎনা চৎনা মাগী থবক চিনবা মতৌ, লাইরিক অদু দগু ওইনা হোবে হোবে পারগা মত পীরকপা মানবা মওঙ, সাহিত্যদা পুক্নীং ইচঙ চঙদবা মতৌ, ছাত্রগী নোটনচিংবা ইদুনা শেল তানবগী ৱাখলদা হেন্না মরু ওইনা খন্দুনা ওজা খরগা মাগী কাদা চরাঙননা লৈরম্বা ফীবম, মাগী থৌশাদবা মায়থোঙগী ইঙ্গিৎ পুন্নমক্তু নীংশিং নীংশিংদুনা লাকই। ঐ হেন্না হেন্না পুক্নীং হন্থবা পোক্লকই, মাগী ৱাহৈ খরদুনা ঐগী আশাগী ময়োল খুদিংমক ককখ্রবগুম তৌরকই।

ঐ য়ুমদা হল্লক্লগা নুংঙাইতনা চিন্তা তৌদুনা লৈ, মানা পীরকপা পুক্নীং হন্থনীংঙাই ওইবা মত কয়াশিংদু হঞ্জিন হঞ্জিন্না নীংশিংই। ঐনা ঐগী খুৎইগী উপন্যাস অদু উপু মনুংদা হাপচিনখ্রে। মদুগী মতুংদা ঐ মদুবু অমুক হন্না য়েংলুদ্রে।

৬

# ঈশিং চাউবা

ইং ১৯৬৬ কী জুন থাদা মণিপুরদা থোকখিবা ঈশিং চাউবা অদু ঐগী পুন্সীদা থেংনবা খ্বাইদগী অহানবা ঈশিং চাউবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা ঈশিং চাউবা হায়বদু অমুক্তা উদ্রিঙৈদা মদু অমক্তং য়াম্না য়েংনীংখি, ইকং কংনা লৈরিবা শূমাঙ অমদি সড়ক্তা ঈশিংনা ইরং লংন। নীক নীক লাউনা পুখ্রী, পাৎ নত্ত্রগা তুরেলগী মতৌগুম্না লৈবগী শক্তমদু ভাবনা শাগৎপদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকখি। ঈশিং কূমথদুনা চৎপা, ঈরোইবা নত্ত্রগা ঙা ফাবগী রাখল কয়া থনখি। অসুম্না কোন্নসু ঐ অঙাংমক নত্ত্রবসু ঈশিং চাউবগী শক্তম অদুদি য়েংনীংবগী রাখলদি অদুম লৈ। নুমিৎ কয়ানিরোম — চাউরাক্লা থা মখায় অমরোম — নোং লেপ্তনা চুদুনা পুখ্রী, খোংবান, তুরেলনচিংবা থল্লক্তুনা ঈশিং চাউগদ্রা হায়না মীনা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরকপা মতমদা পূরক্লীংদা মদুগীদমক থোইনা রানা খল্লুদে, থোইনদুম মদুগী শক্তম অদু অনুক্তং য়েংনীংদুনা ঙাইবগুম তৌনা লৈ।

নুমিৎ চুপ্পা নোং জি জি চুদুনা লৈবদুদা ঐহাক য়ূমদগী চথোক্তনা লৈ। কৈরোল-লৈকাইগী কনাগুম্বা মীশিংদি ছাটিন পুদুনা তুরেলগী ফীবম্নচিংবা য়েংবা চৎনৈ। মখোয়না ঈশিং চাউরকপা য়াবগী পাউ পুরকপা মতমদা ঐ কয়া থৌশাদে। মদুগী অরাবগী মরমদা ঐ থোইনা ইখন খন্দে।

নোংমা অয়ূক চাকচামাঙদা ঈশিংগী ফীবম য়েংবা চৎনরুবা মীশিংনা শগোলবন্দগী সলাম লৈকাই মপাদা নম্বুল তুরেল পাথদুনা লৈকাইরোমদা ঈশিং য়াম্না হাজিনবা হৌরে হায়বা পাউ তারে। মদু তাবদা মীশিং মিপাইনবা হৌরে, পোৎ-চৈ ফাওবা লোইশিন্নবা হৌবা য়াওরে। ঐখোয়গীসু ইমানা পাখৎনা পোৎ-চৈ লোইশিনবা হৌরকই। মতম অদু ফাওবা ঐদি কয়া থৌশাদে, ইমানা ঐবুসু পোৎ লোইশিনবা অদু য়াওনবা হায়বদা ঐনা হায়, "ঈশিং করিসু চাউরোই, করি কান্নগদগে পোৎ লোইশিল্লগা? রানবনি।"

ঐগী রাদু তারগা ঐবু থৌশাদে হায়দুনা ইমানা ঙাঙই। তশেংনমক ঐদি ঈশিং চাউবা হায়বদু মীত্তা অমুক্তা উদ্রিবনা মদু থোরক্কনি হায়বদু শূকথা থাজরুদে। অদুনা ঐ অদুম্না

কোন্না ঙাঙলিবনি।

ঙহাক্কী মতুংদা ইথা থাজদনা লৈরক্লোমদা ঈচেল নাইনা ঈশিং তপ্না তপ্না চেনশিল্লকপা উরে। শূমাঙদা, য়েনখাদা লৈরম্বা শাইজীন মচুমগী ঈশিংগা মদুগা শম্নরক্তুনা দারীদা লৈরম্বা ঈশিংগী থাক অদু তপ্না তপ্না ৱাংখৎলক্লে। মতম অদুদদি ঐ ঈশিং চাউরক্কদৌরে হায়বদু থাজরক্লে, ইমুংগী পোৎ-চৈ লোইশিনবদু য়াওবা হৌরকই। ইখঙ খঙহৌদনা ঈশিংগী ঈমায় য়াম্না থুনা ৱাংখৎলক্তুনা য়ূমগী দারী থূমজিল্লক্লে। লৈরক্তা চেনশিল্লকপা ঈশিং অদু ঈমায় ৱাংনা, ঈচেল হেন্না কন্না কবোকঙ অমদি অকৃপ্পা কঙগা লোয়ননা চেনশিল্লকই। ঈশিং অদু ইকুই কুইদনা ইমুংদা চঙলক্লে। ঐখোয়না ঈশিং মরক অদুদা ইমুংগী পোৎ লোইশিল্লিঙৈদা ঈশিংগী থাক অদু অদুক্কী মতিক খঙহৌদনা ৱাংখৎলকই মদুদি ইমুংগী লৈমায়দু চাউরাক্না ফুট অমা মখায়রোম ৱাংনা থূমজিনখ্রে। মতম অদুদদি ঐখোয় নুংশাথীবা হেল্লকই, করিগুম্বা ঈশিংগী থাক অদুনা হেন্না হেন্না ৱাংখৎলক্তুনা মীগী লেপ থূমখিবগী ফীবম লাক্লবদি করি ওইগদগে হায়বা অদু ফাওবা খন্নরকই। ঐখোয়না সগাই হান্না শাহৌদবনা ঐখোয়গী ইমুংগী মী খূদিংমক খূদক অদুগী ওইনা য়ূমগী মনীংদা তপথবা জিঙঘনা কৃপ্পা অপাকপা য়ূমথক্তা কৈরাক থাদুনা কাখৎলে।

ঈশিং অদু শূমাঙদা অচৌবা তুরেলগুম্না ঈচেল কন্না ইরৈগা লোয়ননা ইরং লংনা চেল্লি; মথক্তা চফু, উ-ৱা অমদি অতৈ পোৎ কয়া তাউথরকই। মদুদা কূমথদুনা য়েংবদা ঈশিংদু থজিন য়ৌনা লুই।

য়ূমথক্তা নোং থিৎলি থিৎলি চুবা অদুদা ঐখোয় ছাটিন তূপ্তুনা লৈ। অয়ুক্কী চারা অদুদি ঐখোয় য়ূমথক্তা চারে। নুমিৎ অদুদা আলু মেক্তুনা চাবদা হাউখিবদু ঐ ঙসি ফাওবা নীংশিংলি। ঐখোয় ফনা কুইনা অদুম্না য়ূমথক্তা লৈ।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা জিসু মাগী সেকমাইদা লৈবা আউটপোস্টতগী ঈশিং মরক অদুদা খোঙ্গ্রাউ তাখত্তুনা য়ূমদা হল্লক্লে।

ঐগা ইনাউ অমগা য়ূমথক্তগী কূমথরক্তুনা জিগা লোয়ননা অস্তর তৌবা মাঙ্গোন্দা (ইমুংদি অস্তর তৌদ্রি) কাংথোল অনী মখোঙ ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা মী লৈবা য়ানবা শেম্নে। অদুদগী ইমুংগী মীশিংদু মথং মথং য়ূমথক্তগী কূমথরক্তুনা মাঙ্গোলগী ঐখোয়না শেম্লিবা মফম অদুদা লৈরে।

ইমুংদসু উ অচৌবা অশাংবা কয়া ৱাংনা লোনখত্তুনা মথক্তা উপাক থারগা মী খরা

তোংবা য়ানবা, অদুগা মদুদা স্তোভতা চাক্লচিংবা থোংবা য়ানবা শেল্লে।

নুংদাংদা ঐখোয় মাঙোন্দা থল্লিবা কাংথোল অমদি ইমুংদা উশিং লোন্নদুনা শেল্লিবা মফম অদুদা লৈরে। মতম পূম্বদা ঐখোয় ঈশিংগী ফীবমদু য়েংশিন্দুনা মীকুপ-নাহুম শিংনা লৈ, চুরিদা চৈ অমা য়ুংদুনা ঈশিংগী ঈমায় অদু ৱাংখৎলক্লিব্রা হায়না মরক মরক্তা য়েংদুনা লৈ। অহিং অথেঙবা ফাওবা ঈশিংগী ঈমায় অদু তপ্না তপ্না হেনগৎলকই, ঐখোয়না লৈরিবা কাংথোলগী মখাদা নক্না ঈথক য়াওবা ঈশিংগী ঈমায় অদুনা তপ্না তপ্না য়ৈরকই। শূমাঙদা অচৌবা তুরেলগুম চেল্লিবা ঈশিংগী ঈচেল অদু অচীকপা মতম অদুদদি হেন্না কনবা শউম অমা থোরকই। ঐখোয় নুংশাথীবা পোকই, করিগুম্বা ঈশিংগী ঈমায় অদু অসুম হেন্না হেন্না ৱাংখৎলক্লবদি য়াম্না খুদোংথীনীংঙাইনি, ঐখোয়গী লৈনবা মফম অদু অমুক নৌনা শেম-শাবা তাবনি। লৈরিবা মপালগী ফীবম অদুসু কিনীংঙাই ঙাক্তনি। থা শিরমদাই মতম ওইবনা নুংদাং অদু য়াম্নসু মম্মী। কংনা লৈরম্বা মফমশিং — শূমাঙ, নারক-শীংলক, উখোঙ-ৱাখোঙ অসিনচিংবা পূম্নমক্তু হান্না কিনীংঙাই ওইরমদ্রবসু ঈশিং ৱাংনা থূমজিনখ্রবা মতুংদদি কিনীংঙাই ওইবা শক্তম ঙাক্তা ওইরকই। অদুগা অমুকসু অথেঙবা থামম্বা অহিং অদুদা হূরান-চিহ্নী তৌরকপা য়াবগী ৱাখলসু খল্লি। ঐ অথেঙবা অহিং অদু ফাওবা তূম্নীংবা করিমতা পোক্তে।

ঐনা য়ুংলিবা চৈ অদুদা ঈশিংগী ঈমায় অদু ৱাংখৎলকপ্রা হায়না অমুক য়েংবদা হন্দক্তি ঈশিংগী থাক অদু লেঙদনা অদুম লৈরম্লে, হান্নগী থাক অদুদগী হেনগত্তনা ফনা কুইনা লৈরে। মতম অদুদদি ঐ নুংশাথীবা ফরকই,খুদোংথীবা থোক্লরোই হায়বদু পূক্নীংদা ফাওরকই।

অদুদগী ঐ ইমুংদা চঙদুনা উপাক মথক্তা ঙহাক ফমদুনা পোখারকই। পুক্সীগী অহানবা ওইনা থেংনবা অৱাবা থৌদোক অদু থৌনা ফনা থেংনবগী নুংঙাইবা ৱাখল অমসু ইশাদা ফাওই। মদু ঐঙোন্দদি অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীমক্কী অপুনবা থৌদোক্নি। চীক্লক্লবা অথেঙবা অহিং অদুদা উপাক মথক্তা ফমদুনা লৈবা অদুদা অনৌবা ৱাখল কয়া ঐগী পূক্নীংদা লাকই, কল্পনাগী তাইবঙ অমদা চঙশিনবা হৌরকই। ঐগী ৱাখলনা মফম কয়া শীনথুংনা য়ৌরুই, নুংশিবা নূপীগী মরমদা খল্লকই, মখোয়গী ইমুংগী ফীবমদু করি ওইরমগদগে হায়না খল্লকই (মখোয়না লৈবা মফম অদু য়াম্না কুথলি), ইমান্নবশিংবু নীংশিংলকই, ঈশিংনা থূমখ্রবা ইম্ফালগী মফম কয়াদা ওইরম্বা য়াবা ফীবম অদু ভাবনা

শারকই। অনৌবা থৌদোক অদুদা ঐগী পুক্নীং অদু ইনৌ নৌথোকই, অহিং তুমদনা লৈবা অদুদা থোইদোক্না নুংঙাইবা অমা ফাওই।

অসুন্না ফমদুনা লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা মপান্দা "হূরানবা চঙলে" হায়না লাউনরকপা মখোল তারকই। যূন্নোন-কৈরোন্নবা মী অয়াম্বা মাঙ্গোন্দা সগাইনচিংবা শাদুনা লৈনৈ। মী অমনা লাউরকপা মখোল তাবদা মী ময়াম ৱা-ৱা লাঙনরকই। ঐসু খুদক্তা মাঙ্গোন্দা থোরক্লে। ইমাসু পাখৎনা মোন ময়াদা থম্বা মাগী সনা-লূপাশিং খরা মখুত্তা চেৎনা পায়দুনা লৈরম্মী। জিসু মীকপ থোকই, অদুবু মাদি লাঙলিবা অদুদা কয়া থৌশাদনা লৈ। অচীকপা মতমদুদা মী ময়াম্না লাঙনরকপা মখোলনা ইনিল নিল্লি, অদুবু মখোয় খুদিংমক মাগী মাগী লৈনরিবা জগা অদুদগী অমতা লেঙনরক্তে, মী অমা-অনীদি তোর্চলাইট ঙান্না ঈশিংগী অরংবা ঈমায়দা, উখোঙ-ৱাখোঙদা কাপ্তুনা যেংনৈ। তশেংনা হূরানবা চৎলিব্রা নত্ত্রগা শা-ঙা ঈশিংদা চৎপগী জোম জোম লাউবা মখোল তাবদগী লাউনরক্লিব্রা ঐ করিমতা খঙবা ঙমদে। ঙহাক্কী মতুংদদি ময়ামগী লাঙবা অদু তপ্না তপ্না নেমথখ্রে। ঐখোয়সু মাঙ্গোলদগী হেন্দোক্তনা ইশাগী পোৎ-চৈশিং অদু চেকশিন্না শেন্নদুনা লৈ। মীকুপ খরগী মতুংদদি পূমচীক অমুক চীকখ্রে।

ঐ চুরিদা যুংলিবা চৈ অদুদা ঈশিংগী থাক অদু অমুক য়েংলকই। ঈশিংগী ঈমায় অদু হান্নগী চাং অদুদা অদুম লেঙদনা লৈরম্মী। ঐ তশেংনা খঙলে থোইদোকপা খুদোংথীবা থোক্নীংঙাই লৈত্রে।

নোং ঙানগদবা কুইদ্রে। ঐ ইমুংদা অমুক চঙদুনা উপাক মথক অদুদা ফম্না ফম্না ঙহাক ড়ৈথরকই। অদুদগীদি মীকপ অমুক থোক্লকপদা নুমিৎকী মঙাল লাক্লে।

ঐ হৌগত্তুনা ঈশিংগী ফীবম অদু য়েংবা থোরকই। চুরিদা যুংলিবা চৈ অদুদা য়েংবদা ঈশিং ঈমায়গী থাক অদু খরা হন্থরম্লে, অদুবু মফম খুদিংমক্তা ঈশিংনা পূম্নং লংনা পাক্না ঈপাক্কুম্না অদুম শন্দোক্তুনা লৈরি। হৌরিবা উ-ৱাদা য়েংবদসু ঈশিং হন্থখিবগী অৱাউবা দাগ অদুদি উরে, অদুবু ঈচেল কন্না চেল্লিবা ঈপাক অদুদি য়েংবদা অকিবা শক্তম ওইরি। ঙহাক্কী মতুংদা মীওই কয়ানা পোঙ শারগা তোংদুনা কোয়বা চৎনৈ। ঐগী ইমান্নবা অচৌসু পোঙ তোংদুনা কোয়বা চৎলুই। মহাক্না হল্লক্লগা ঐঙোন্দা তম্মী মহাক সরোজিনীখোয়গী ময়ুম ফাওবা চৎলুরে, মখোয়গী ময়ুম অদু শাইজীন য়ৌনা থূমহৌরে, মখোয় কন্নামতা ময়ূমদা লৈহৌদ্রে।

মদু তাবদা ঐ লাঙতক্লবা পোক্লকই। ঈশিং থীনা থূল্লবা অদুদা মখোয় খুদোংচাবা, শাফগদবা মফম অমদা থৈদোক্তুনা চৎলল্লগনি, অদুবু ঈচাউ অদুদা করিগুম্বা খুদোংথীবা থোক্লমগদ্রা হায়বদুদি খন্দবা ঙমদে।

ঈচাউ মনুং অদু ঐ য়ুমদগী মপাল থোক্লে। অমুবা লৈচিলনা অতিয়াদা অয়াম্বা মতমদা কূপ্তুনা লৈ, নোংসু খরা খরা অসুম থিৎলি থিৎলি চুই। পূক্নীংদু কয়া মকালামদে। অঙাং ওইরিঙৈদা তৌরম্বা ঈশিং চাউবগী নুংঙাইবা কল্পনা কয়া অদু তশেংনা অশেংবদু হকথেংননা থেংনরবা মতমদা য়াম্না তায়োন্ননা থোকই। শূমাঙদা ঈশিংনা পীক থল্লগা ঈরোইগনি, ঙা ফাগনি হায়না খল্লম্বা অদু অরেম্বনি, অনৈবা ঈশিং অদু উরগা কূমথনীংদবা পোকই। পোৎ-চৈ লোইশিনবগী, অহিং নীংথিনা তূমদবগী, চাফম-থকফম খঙদবগী অৱাবা, চোকথবা পূন্নমক অদু অঙাং ওইরিঙৈগী কল্পনা অদুদা য়াওখিদে।

নুমিৎ হুন্নিরোম ঈশিং চাউরল্লগা হম্থখ্রবা মতুংদা ঐনা ঐগী খূৎই ওইনা লৈরিবা উপন্যাস অদু খংনীং নীংশিংলকই। মদু হাপখিবা অমনবা অলমারী মচা অদু ঈশিংনা তংখায় য়ৌনা থূমজিল্লল্লগা ইচোৎ চোৎনা লৈনাং মথক্তা পৈনা লৈরি। ঐনা থুনা মদু হাংদোক্তুনা য়েংবদা মদুগী মখা থংবা থাক্তা থমখিবা ঐগী উপন্যাস অদু অতৈ চে-চাংশিংগী মরক্তা লৈনাং ইতৈ তৈনা, ঈশিং লূপ্পগী ইপৎ পৎনা লৈরম্বা থেংনরে। মদু উবদা ঐ শ্বায় লাউই, থুনমক অপৎপা চেনাশিংদু তপ্পা ফাক্তোক্তুনা য়েংবদা ইরিবা মুক্তু চাথোক্তুনা অমতা পাবা থোক্লে। ঐনা নীংবা কায়না মদু অমুক অলমারী অদুগী মথক থংবা কাদা অতৈ চেংশিংগী মরক্তা থমজিনখ্রে। মদুগী মতুংদদি ঐ মদু অমুক য়েংলুদ্রে, অদুদগী মদু মফম খঙদনা অদুম মাঙখ্রে।

থৌদোক অদুগী মতুংদা ঐ সাহিত্য ইবগী ৱাখল অসি ফনা কুইনা থাদোকখ্রে।

৭

# লুহোংবা অমসুং অহোংবা পুন্সী

ঐ চহী নৌনা লুহোংবগী ৱাখল অসি কৈদৌঙৈদসু খন্দে, অদুবু সবোজিনীবু ফত্তবা মী খবনা চিংগনি হাযদুনা কিহল্লকপদগী ঐখোয অনী চেন্দুনা ইং ১৯৬৬ কী ওক্তোবব তাং ২৬ তা লুহোংলে। মতম অদুদা ঐ চহী তবামাপল শুবকপদা ঙাযবি, অদুগা মহাক্না চহী তবাতবেৎলোম শুবে, ক্লাস টেন তল্লি।

ঈনখৎলকপা মতম অদুদা লাইবিক তন্না তন্না নপী থিবগা লাক্কদবা সমস্যা কযা অদু ঐ নীংথিনা উশিনবা ঙমদে। মতম অদুদা নুংশিবা হাযবসি মমল যাম্না খল্লি। ঐনা অচৌবা বারেপ অদু তুংগী ৱাখল ইখন খন্দনা থৌনা ফনা লৌখি।

অহল লমনগী মীৎযেংদদি ঐখোয যাম্না নৌবিবা ঙাক্তনি। যুম পানবা মতম চাদ্রিবনা ঐখোযনা থাংলিবা খোঙথাং অদু অবাবগী লম্বীদা চঙশিঞ্জবনি হাযনা মখোযনা শোযদনা লৌবমগনি। ঐ অদুগুম্বগী মওঙ অদু মতমদুদদি খঙবা ঙম্লমদে। যুম পাল্লবা মতুংদা সমস্যাশিং অদু ঐ তপ্পা কোন্না অসুম অসুম খঙলকই।

লুহোংলবা মতুংদা ঐগী পুন্সী খুৎলেন অমদি বাখলদা অহোংবা কযা লাক্লে, ইশাগী ওইবিবা ফীবমগী মবমদা বাখল খন্থবা হৌবকই। মীনদি অঙাং ওইনা খল্লবসু ইশানদি মপুং ফাববা দাযিত্ব লৈববা মী অমা ওইনা খঞ্জবা হৌবকই। মরু ওইনা ঐনা মতমদুদা খ্বাইদগী নুংঙাইতবসি ইমুং-মনুংগী মীশিংগা ঐগা লৈনবা মরীদা অহোংবা কযা লাকপা অমদি শেল থোক্তবগী অবাবা অসিনি। ঐখোয ইচিল-ইনাউ মঙাগী মনুংদা ঐনা নূপাগী অহলনি ইথক্তা লৈবা ইচে অদুসু মযূম পান্দ্রি। ফীবম অসিদা শেল থোক্ত্রিবা ঐনা লুহোংবা হাযবসি নুংঙাইনীংঙাই ওইদে। ঐ হান্নগুম অহল লমন্দগী পৈশা-নুংশা লৌবগী বাফম অদু ইকাইবা পোক্লকই। পাখং ওইবিঙৈ মতমদদি নুংশিনবা থুংনবগী, যুম পানমিন্নবগী নুংঙাইবা বাখলগী বাগ কযা শাগৎখি, শেল-থুম, চাব-থকপগী মতাংদসু অহল লমন্না পুন্নমক তৌগনি হাযনা কোম্না খল্লম্মী, মখোযনা ঐখোযগীদমক কবি খনবা যাবগে হাযবদু ঐ মুন্না খঙলমদে। হৌজিক্তি ঐ যুম্বানবগী পুন্সী অদু হকথেংননা থেংনববা মতমদা ঐনা

খল্লম্বা ৱাখলগী ওন্ন-তৈনবা কয়া অদু খঙলকই। অহল-লমন্না নূপী থিরবা মীশক অমবু শেল শোয়দনা থোকহন্নীংই হায়বসি খঙলকই। মদু খঙলকপদা ঐ ইথন্তা ইকাইবা পোক্লকই। মদু মখোয়না মচীন্না হেক্তা ফজদবা মওঙদা ফোংনা হায়রকপদি নত্তে, মখোয়না তৌরকপা ইঙ্গিৎ কয়াদগী ঐগী পূক্নীংনা ইথন্তা খঙবা ঙম্লকপনি। মখোয়না ঐগী লাইরিক-লাইসু তম্বগী, পরীক্ষা থাবগী দরকার ওইবা শেল খূদিংমক পী, অদুবু ঐগী লনাই খরচকুম্বগী মতাংদদি তশেংনা নুংঙাইতে।

অহল-লমন্না শেল পুথোক্তুনা ঐগী নূপীবু মেত্রিক পরীক্ষা থাহল্লি (১৯৬৭)। অদুবু নৌনা য়ূম পানবগী ইম্মুংগী থবক কয়া নোম্বগা করিগা মহাক লাইরিক নীংথিনা পাবা ঙমহৌদে, পরীক্ষাদু পাস তৌবা ঙমহৌদ্রে। মদুদগী মহাক লাইরিক তম্বা অদুম তোক্লে।

মদুগী মতুংদা মাগী অমতা ঙায়বা আশা অসি ঐঙোন্দা থম্বা হৌরক্লে, ঐনা লাইরিক নীংথিনা তমদুনা অফবা মী ওইরকপা, তলব চাবা থবক অমা তৌরকপা হায়বসি মাগী লাইনীংনি। করি অমুক হায়গনি ঐনা লাইরিক পাবা ফাওবা মহাক্না পানৈ।

ঐগী লমচৎকী মতাংদসু মহাক্না কূপ্না য়েংশিল্লি। ঐ মহাক লাক্লবা মতুং ফাওবা চুরুট থক্লম্মী, অদুবু মদু মানা কন্না পামদবা উৎলকপদগী ঐ কোন্নদি মদু থকপা তোকখ্রে। চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা নুংথিল তূম্বা অসিমা ঐগী হৈনবীনি, মদুসু মহাক্না তোয়না তোয়না হৌদোকমনবদগী কোন্নদি তূমখিদ্রে। অদুগা য়াউশঙ মতমদা থাবল চোংবা চৎপা, লীলা য়েংবা চৎপা, সিনেমা য়েংবা, মরক মরক্তা ইমান্নবশিংগা লোয়নন্না নুংথিল কোয়বা চৎপা অসিনচিংবা কয়াসিদি ঐ অদুম তৌই। পূন্নমক অসি মহাক্না কয়াদি পামদে; অদুবু মখোয়দুগী মরমদদি ঐঙোন্দা কন্না হায়রক্তে মরমদি ঐগী নহা ওইরিঙৈগী পূক্নীংগী ইহুল কয়াদু মহাক্না খঙই, থোইনা কায়বা নত্ত্রবদি কুম্মৈ-ফিওং কয়াগী শরুক খরমখৈ য়াবা অদুদি মহাক অদুম খাঙই, কন্না য়ানীংদবা উৎলক্তে।

মতম অদুদা ঐগী পুন্সীদা অকক্লবা পান্দম করিনো হায়বসি খঙদে, চুম্না লাইরিক তম্লিবনি হায়দুনা তম্বতনি। ঐগী ফীবম ফত্তবা, শেল থোক্তবা, তুফক-তুফাই চনবা পুন্সী মওঙ অদু নীংশিংলুরগা ঐ করিগুম্বা কান্দা খল্লকই ঐ অসি মতিক চাদ্রবা মপুরোইবা অমনি। ঐনা ইথন্তা অসুম্না খল্লকপা য়াওরকই, "নূপীনা ঐঙোন্দগী করি আশা তৌরমগদগে? মহাক য়ুম পাল্লবী নূপী অমা ওইনা মপুরোইবা অমদগী ফংফম থোকপা পূক্নীং লুম্বা ফীবম অদু ফংনীংলমগনি। মহাক্না ময়ূমদা লৈরিঙৈদা তুংগী আশাগী মঙলান

কয়া শাগৎলমগনি, হৌজিক্তি পূন্নমক অদু অরেম্বা ওইরে।" ৱাখল অসি খল্লুরগা মদুগী দায়িত্ব পূন্নমক অদু ঐনা ওইবগুম নীংদুনা নুংঙাইতবা ফাওই। অদুবু ঐনা ঙকপা অমদি মাগী মায়থোঙদি অয়াম্বা মতমদা হরাউনা উই, নীংবা কায়বগী মমি থোইনা তাদে। মদু ঐবু মী ওইরকখিগনি হায়বগী আশাদা চেৎনা থাজবা থম্বদগী ওইরম্বসু য়াই। অদুবু ঐ ইশামক্তি ইশাবু অদুক য়াম্না থাজবা ঙমদে, পল্লেপফম খঙদবা মন্নবা পুন্সীগী লম্বী অমদা খোঙ থাংলিবগুম নীংই।

বী, এ, পার্ট ৱানগী পরীক্ষা য়ৌরক্লে। মদু ইং ১৯৬৭ কী এপ্রিল তাং ১৮ দগী হৌই। ঐ য়ুমদগী চথোক্তুনা পরীক্ষাগী লাইরিক পাদুনা হোৎনরে। নুপীনসু ঐগী পরীক্ষা অদু শোয়দনবা লাইরিক কন্না পানবা নুমিৎ চুপ্পা তকশিন্দুনা লৈ। পরীক্ষা নুমিত্তা ঐ য়াহৌ খজিক্তা থেঙবা য়াদে, নোংঙাল্লমদাইদগী মানা ঐবু লাইরিক পানবা হৌদোকপদা খাঙবা ঙমদে। ঐগী ওইরিবা ফীবম অদুদা মানা অদুক য়াম্না আশা তৌবদু খল্লুবদা ইথন্তা চমন্নবা, পূক্নীং নুংশিবা অমসু পোকই। ঐ নুমিৎ খূদিংগী নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা লাইরিক পাদুনা হোৎনরে।

অসুন্না পরীক্ষা অদু লোইখ্রে।

লুহোংলবা মতুংগী পুন্সী অসি ফত্তবা অমসুং অফবা অনীমক লৈবগুম নীংই। অৱাবা, খুদোংচাদবা, পেন্দবা কয়ানি। ইমুং-মনুংগী মীশিংগা লৈনরম্বা মরীদু করিগুম্বা মওঙ অমদা অসুম হোংখিবা অদুনা পূক্নীংদা য়াম্না নায়তোম তাবগী ৱাখল অমা অদুম লৈ। মখোয়না করিসু খল্লমদবদি য়াই অদুবু ঐগী পূক্নীংদদি অৱাৎ-অপা, ওইরিবা ফীবমদুগী মরমদা খন্দবা ঙমদে। পূন্নমক অদু ঐ খরা খাঙই, মদু নৎলমদ্রবদি ঐ য়ুম পানবগী ইরৈদা ঈরাক্লদুনা, শেল তান্নবা হোৎনদুনা মাঙলবা মী অমা অদুম ওইরম্বসু য়াই। শেল থোক্লিবা, য়ুম্বানবদা মতিক চাদ্রিবা ঐনা নূপী চেল্লকপগী ৱা তাবদা মহৌশা অহল অমনা হায়খিবা ঐনা কাউবা ঙমদবা অমা লৈ। মদু ঐগী ইমান্নবা অচৌগী মপুবোক্লা মখোয়গী ময়ূমদা থৈরুবদা হায়রকপা ৱাহৈনি। মহাক্লা পেন্দবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা মশুবু চৈবা ওইনা অসুন্না হায়খি, "অচৌবা, নহাকসু মাঙলগে হায়দুনা তৌরেদনা।" ঐ মাগী ৱাদু তাবদা ইকাইবনা থুক লাউখি। মহাক্লা হায়রিবদু ঐগুম্বা ফত্তবা মীগা সঙ্গ তৌবদগী মাগী মশূ ওইরিবা ঐগী ইমান্নবা অদুসু মাঙলগনি অসিনি। ঐ মায় ঙাঙনা তুমিন্না লূকথদুনা খাঙখি। মানা হায়খিবা ৱাফম অদু ঐ কোন্না য়ুম পানবগী সমস্যা কয়া থেংনরগা ভাব তারকই। ঐ পুন্সী

লম্বীদা চৎপদা মী ওইরক্কনি নত্ত্রগা ওইরক্লোই হায়বসি অরেপ্পা খঙদ্রবা চুথিখেলাগী চাংয়েং অমা য়াওরিবা অদুগা চপ মান্নলা খল্লকই। অয়াম্বা মতমদা ঐগী ৱাখলদু নুংনাংবা ফীবম অমদা লৈ। অদুবু লুহোংলবা মতুংদা ঐঙোন্দা কান্নবা খরসু লৈখিদবদি নত্তে। ঐ য়ুমদগী মহৌশাগুম তোয়না চখোক্তবনা পূক্লীং লাঙবা খরা ফরকই, লাইরিক-লাইসুদা হেন্না পূক্লীং চঙলকই, পুন্সীগী মরমদা ৱাখল হেন্না লুনা খন্থবা ঙম্লকই। অদুগা অতোপ্পা অমনা হান্না ঐঙোন্দা করিগুম্বদা হেক হেক ওৎপগুম তৌনা লাকপা ইশাবু হুন্থনা খনবগী ৱাখল অমদি মপুং ফানা কোকখ্রে। মপুরোইবা অমবু (মহাক্তু অচম্বা মী ওইরবু) নূপী অমনা মমল লৈনা লৌবা নত্ত্রগা খনবা হায়বসিদা নূপা অমগী পুন্সীদা কান্নবা কয়া লৈ হায়বদু ঐ খঙলকই। মদুগীদমক্তদি ঐ পূক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওই, তূমিন্না নাপল ফাওবা তৌই। মদুনা ঐবু করিগুম্বা মওঙ অমদা অফবা ৱাখল খলহল্লি, আশা কয়া তৌবা ঙমহল্লি, ইশাবু থাজবা হেনগৎহল্লি। মাঙদা সমস্যা কয়া লৈরবা ফাওবদা ঐগী ৱাখলগী ফীবম অদু মহৌশা অঙাং ওইরিঙেদগী পাখং ওইরিঙৈ ফাওবা লৈরম্বা ফীবম অদুদগীদি করিগুম্বা মওঙ অমদা ফগৎহল্লি।

ইং ১৯৬৭ তা ঐ বী, এ, থার্ড ইয়ার কারে। চহী অদুগী ডিসেম্বর থাগী তাং ২৭ তা ঐগী ইচানূপী অমা পোক্লে। মহাক সন্ধ্যাদা পোকই হায়দুনা মাগী মখুরা লোকেন্দ্রনা মাগী মমিং সন্ধ্যারানী থোল্লি। মহাক পোকপা নুমিত্তা মহাক্না মমাগী মনাক্তা লেঙ-ওত্তুনা লৈবদু উবদা অমদি মাগী কপ্পগী মখোলদু তাবদা ঐ পূক্লীংদা অনৌবা ৱাখল কয়া পোকই। “পীক্লিবা অঙাং অসি ঙসিদগী ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওরবনি,” ঐনা খল্লকই। মাবু উবদা ঐ নুংঙাইবা অমদি লাঙতক্লবা ৱাখল অনীমক পোকই। মহাকপু ইচানি খল্লুবদা অমরোমদা নুংঙাইবা পোকই, অদুগা অমুকসু মহাকসু ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওদুনা পুন্সীগী অৱাবা শরূক য়ারগনি খল্লুবদা লাঙতক্লবসু ফাওই। ঐ মপুং ওইনা পুন্সীবু নুংঙাইবনি হায়না লৌবা ইঙম ঙমদে, মরম অদুননি অঙাং অদুবু উবদসু ঐনা খঙহৌদনা লাঙতক্লবা পোক্লিবদু।

মহাক পোক্লম্বা অদু ঐনা বাজার চখোক্লুবদগী হুঞ্জিল্লকপদনি। ঐ বাজারদগী লৈরকপা অমুবা অচৌবা ডাইরি অমসু খুত্তা পায়রি। ফিরোল হোংদোকপা লোইরগা ঐনা ডাইরি অদুদা অঙাং পোকপগী তারিখ, পুংফম্নচিংবা ইশিল্লে।

নুমিৎ অদুদি ঐ পূক্লীংদা ৱাখল মওল মওল খল্লি, পুন্সীদা ঐনা লৌফম থোকপা দায়িত্ব অদু হেন্না চাউখৎলক্লে হায়বদু তোয়না তোয়না নীংশিংই।

ঈংলবা ডিসেম্বর থাদুগী অথেঙবা নুমিদাং ফাওবা ঐ ফমাঙদা মৈফ্ তিক্তুনা ফমদুনা লৈ। মরক মরক্তা নুপীনা শোম্বাংনবা খোঞ্জেলদা মানা থেংনবা অৱাবা অমদি অঙাং অদুগী মরমদা ঋারী শারকই। অঙাং পোকপগী অৱাবা চৈনা কয়া খাঙলুরবসু হৌজিক্তি মাগী মায়থোঙদু মকালাম্লা উই, পেন্দবা নুংঙাইতবগী খূদম অমতা উদে। মাগী মচীন্দগী থোইন্দুম নুংঙাইবা, পুক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওইবা ঋারী কয়া শারকই। ঐগী ঋাগনবা থম্মোয় অদু মদুনা খরা তেকখৎহল্লকই।

নিংথমথা লোইখ্রে, য়াউশঙ মতম য়ৌরক্লে। মায়কৈ খূদিংমক লাঙবা, হরাউ-তয়াম্বগী মখোলনা নিল্লি, অদুবু ঐদি মপাল থোক্লে। য়াউশঙ মনুংদা করিগুম্বা নুমিত্তা নুংথিলদা নুপীনা পীক্লিবা অঙাং অদু অরাংবা টুপি অমনা মকোক্তা উপ্লগা ফৈনা পমদুনা সড়ক ময়াদা হিঙ্গোল মনুংদা চত্তুনা লৈ। ঐখোয় অনীনা অঙাংগী মতৌ অদু য়েংদুনা মপালগী কুম্মৈ অদুদা থোইনা পুক্নীং চঙদনা লৈ। য়াউশঙ মতমদুদা ঐখোয় করিগুম্বা নুংঙাইবা ঋাখল অমদি ফাওই, অদুবু মদু মহৌশাগী অঙাং ওইরিঙৈগী অকনবা ঈরাংগী ঋাখল অদুদি নত্তে। ঐখোয় অহলগী মতৌগুম্না পুক্নীংদু ঈংথখ্রে। য়াউশঙগী আবীর তৈনবা, শেল মুনবা অঙাংশিংনা লাঙবা, হোলিগী মখোল পূম্নমক অদুদা নুংঙাইরবসু হৌজিক্তি মখোয়দু ঐঙোন্দা অতোপ্পা কুম্মৈ মখল অমা ওইরে।

য়াউশঙ লোইরবা মতুংদসু ঐ য়ূমদগী মপাল ইথোক থোক্তে। বী, এ, গী অরোইবা পরীক্ষাসু নকশিল্লক্লে। ঐগা মহৌশা কোয়মিন্নরম্বা ইমান্নবশিংদু হৌজিক্তি ঐগা লাপথোক্লখ্রে; মখোয় ঐঙোন্দা কোয়বনচিংবা হৌবা লাকখিদ্রে। ঐসু নোংমতা মখোয়গী মনাক্তা চৎলুদ্রে। ঐ য়ূমদা অয়াম্বা মতমদা লাইরিক পাদুনা লৈ।

মতম অদুদা ঐগী হকচাংগী ফীবমদা নুংঙাইতবা খরা লাকই। ঐনা মতম চাদনা চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা লাইরিক পাশিনবদা চাকখাউ শোক্তুনা পূক শাউগৎপা হৌরকই। মদুগীদমক ডাক্তর য়েংদুনা হীদাক-লাংথক কয়া চায়, অদুবু নুংঙাইতবদু থোইনা ফগৎপগী মওঙদি তৌদে। অনাবা অদুনা ঐগী লাইরিক পাবদা য়াম্না অকায়বা পী, পুক্নীং য়াম্না শোম্বহল্লি। মদু পরীক্ষা য়ৌরক্লবা মতম ফাওবা অদুম ফত্ত্রে।

ইং ১৯৬৮ গী বী, এ, গী পরীক্ষা অদু এপ্রিল থাদা হৌরে। পরীক্ষা মনুংদা অঙাংদু অহিং য়াম্না কপ্পী। মানা কপ্পা মখোল তারগা ঐ তূম্বা য়াদদুনা হৌগৎলগা লাইরিক পাদুনা লৈবা য়াওই। মদু ঐঙোন্দা অনৌবা থৌদোক অমনি।

পরীক্ষা অদু নুমিৎ খরনি চত্থরগা লোইখ্রে। ঐনা নুংঙাইতবদি পূক শাউগৎপা, হকচাং নুংঙাইতবনা মরম ওইদুনা লাইরিক পাবা অদু নীংবা থুংনা পাদুনা হোৎনবা ঙমখিদে। অদুগা অমুকসু য়ুম পাল্লুবগী হৌনবা ইমুং-মনুংগী ওইবা ৱাফম্না করিগুম্বদা ঐগী পূক্লীংবু চোইথোকহনখি। অদুবু অপনবা, অয়েৎপা খরা লৈরবসু ঐ ইথৌ অদুদি পাঙথোকখ্রে।

## ৮

# শান্তিনিকেতনদা

চহী অদুগী জুলাই থাদা বী, এ, পরীক্ষা অদু হায়দোরক্লে। ঐ য়াম্না নীংবা থুংবা মওঙদা নত্ত্রবসু পাসতি তৌবক্লে। মতাং অদু ঐগী পুন্সীদা য়াম্না লুবা তাঙ্কক অমনি। ঐ য়ূম্বানবগী অপুনবা য়োৎহিলং অসি লৈনা লেনা লাইরিক মখা তমথখিগদ্রা নত্ত্রগা তম্বা লেপ্পুনা থবক্কুম্বা অমা থিরগা শেল তান্নবা হোৎনগদ্রা হায়বা ৱাখলসি খল্লুবদা য়াম্না চমন্নবা পোকই। মতম অদু ঐ চহী কুন্নমাথোই শুফাত্ত্রি, লাইরিক তম্নীংবগী অকনবা ঈখৌলাংবা অমদি ইশাদা লৈ। অদুবু ঐনা নীংবা মতুং ইন্না থবক অদু হেক্তা ওইথোকপা য়াবদি নত্তে; মতম অদুদা মণিপুরদা য়ুনিভরসিটি লৈত্রিবনা মণিপুরগী ৱাংমদা চৎপা তাই, মদুদা পৈশা য়াম্না চঙগনি। নূপী অঙাং লৈরবা মতুংদা অহল-লমন্দা এম, এ, তম্বা চৎনীংবগী ৱাফম হৌদোকপদা মখোয়না কনি হায়রক্কদগে হায়বসি ঐ য়াম্না খঞ্জানৈ। অদুবু ঐনা ইমাদা নোংমা ৱাফম অদু ফোঙদোকপদা মহাক্না মদুদা য়ানীংবগী মওঙ উৎলকই; মহাক ঐনা লাইরিক মখা তমথনীংবগী অকনবা ইখৌলাংবা ৱাখল অমা লৈরিবদু উই। মহাক্না হায় ৱাফম অদুগী মরমদা জিগা তান্নরগা ঐবু শোয়দনা লাইরিক তম্বা চৎহন্নবা তৌগনি। ঐ মাগী ৱাফমদু তাবদা নুংঙাইরে।

লাইরিক তম্বা চৎপা য়াবগী ওইথোকপা মওঙ অমা লাক্লবসু ঐঙোন্দা তূমিন্না লাওতক্লবা, নুংশাথীবা ৱাখল অমদি লৈ। মদু ঐগী চাকখাউ নাবা, হকচাং নুংঙাইতবা অদুগী মরমদনি। করিগুম্বা শেল য়াম্না পুথোক্লুনা লাইরিক তম্বা চৎলুরগা নাদুনা খুদোংথীবা, অৱাবা থেংনগদ্রা হায়বা অসিমসু খন্দবা ঙমদে। অদুবু ঐগী লাইরিক তমথনীংবগী ঈখৌলাংবা ৱাখল অদুনা মদুবু নমহৎখ্রে। ঐ চৎপগী ৱাখলদু চপ য়ুংনা খল্লে।

নোংমা ঐগা নূপীগা ঐগী এম, এ, তম্বা চৎপগী মতাংদা ৱারী শানৈ। ঐনা চৎখ্রগা মানা লৈহৌবগী মতাংদা মাগী মত হংবদা মহাক্না ঐবু লাইরিক তমথহন্নীংবগী অকনবা ঈখৌলাংবা ৱাখল অমগা লোয়ননা হায়, "মদুগীদমক থোইনা খন্নীংঙাই লৈতে, ঐ মতম খরদি ৱারবসু ৱানা অদুম খাঙগনি।"

ঐ পূক্নীংদা খঙই মাগী অমতা ঙায়রবা আশা — ঐনা লাইরিক তম্বা হায়বা অসিগা মরী লৈননা মহাক্না অব়াবা, খুদোংথীবা পূন্নমক থেংনবদা করিসু কিদে। মাগী ৱাহৈ অদুনা ঐবু পূক্নীং থৌগৎলি।

এম, এ, তম্বা অসি শোয়দনা চৎপগী ৱা খন্নরবসু করম্বা য়ুনিভরসিটিদা চৎকদগে হায়বগী মতাংদদি অরেপ্পা অমা খঙদ্রি। করম্বা য়ুনিভরসিটিনা ফগদগে, লৈবা নুংঙাইগদগে হায়বনচিংবা কয়া ইমুংগী মীশিংগা নত্ত্রগা ইমান্নবশিংগা খন্নবা হৌরকই। নোংমা ঐগী ইমান্নবা ঐগা লৈকাই অমতদা লৈমিন্নবা সোয়াম লোকেন্দ্রজিৎকা মাগী ময়ুমদা ৱারী শান্দা মহাক্না শান্তিনিকেতনগী বিশ্বভারতী য়ুনিভরসিটিদা চৎনীংবগী ৱাফম ফোঙদোরকই। মহাক্তি হান্না য়ুনিভরসিটি অদুগী প্রোসপেকটসনচিংবা চেন্দুনা লৈরম্মী। ঐঙোন্দসু মহাক্না প্রোসপেকটস অদু য়েংনবা পীরকই।

ঐনা য়ুমদা লাক্লগা প্রোসপেকটস অদু মুন্না পাদুনা য়েংলকই। শান্তিনিকেতনদা ক্লাসরুমগী মপান্দা উগী মখোঙদা লাইরিক তম্বগী, মফমদুগী নুংঙাইবা, অচীকপা মতৌগী মরমদা ঐ হান্না ওজাশিংগী মফমদগী তাখ্রে। প্রোসপেকটস অদুদসু ছাত্রশিংগী লাইরিক তম্বগী, উপালশিংগী মরক্তা শান্নবগী ফোটোনচিংবা খরা য়াওই। মখোয় অদুনা ঐগী পূক্নীংবু চিংশিল্লি। মমিং চৎলবা মফম অদুগী ফজরমগদবা, নুংঙাইরমগদবা, চীক্না লৈরমগদবা মতৌ কয়া অদু ঐগী কল্পনাদা শাগৎলি। ঐ মফমদুদা য়াম্না চৎনীংবা পোক্লকই। ইমুংগী মীগা তান্নদুনা ঐ মফমদুদা চৎনবা অরেপ্পা ওইনা খন্নরে।

ঐগা শান্তিনিকেতনদা খোঙবু ওইনা চৎমিন্নগদৌরিবা অসি ঐগা চহীদুদা পাস তৌমিন্নবা ছাত্রশিং — এস, লোকেন্দ্রজিৎ, এল, জয়চন্দ্র অমদি ককচীংদগী ইবোপিশক হায়বা অমগা মখোয় অহুন্নি। ঐখোয় মফমদুদা চৎনবা গাড়িগী টিকেট কক্লে। চৎনবা লেপ্পবা নুমিৎ অদু ইং ১৯৬৮ গী আগষ্টকী তাং ১ নি।

চৎকদবা নুমিৎ অদু ঐ ঙন্না হৌগত্তুনা পোৎ-চৈ য়োম্বা হৌরে। নূপীনা ঐঙোন্দগী হান্না মল্লিঙৈদা হৌগত্তুনা ঈরুজরগা চাক-ঈশিং থোংনবা থৌরাঙ তৌখ্রে। ইমুংগী মী অতৈসু পোৎ য়োম্বনচিংবা য়াওদুনা ইরাঙ লাঙই। ঐগী থা তরেত্তা ঙায়রিবা অঙাং অদুদি করিমতা খঙদনা ফমুংদা হীপ্তুনা শান্নদুনা লৈ। ঐগী পূক্নীংদা ফোঙদোকফম খঙদবা অৱাবা ৱাখল অমা ফাওরকই, ইশাদা করিগুম্বা অকনবা লীপুন অমনা পুনবগুম তৌই।

নূপীনা চাক থোংবা লোইরগা ঐগী পোৎ-চৈগী অৱাৎ-অপা য়েংবা চঙলক্লে। মাগী

মায়থোঙদা অৱাবা মতৌ উখোরক্তে (মহাক থবক নোম্লুবগী মশাখীংনা উই), অদুম ওইনমক মদুদা ঈংথবা, অহোংবা মতৌ খরদি লৈ। ঐ খঙই মাগী থম্মোয়দা ঐনা যুম থাদোক্তুনা চৎখিবদা মাগী ওইহৌগদবা নুংঙাইতবা ফীবম অদু খনবগা লোয়ননা ঐনা লাইরিক মখা তমথবা চৎপা অদুগী নুংঙাইবা অমসু মঙোন্দা লৈ। মঙোন্দা ওইরিবা ফীবম অদু অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীমক্কী অপূনবনি। মহাক্কা হায়খিবগী মতুং ইন্না ঐগী য়াইফবা লম্বী অমা তানখৎলকপা মতমদা মহাক্কা অৱাবা পূন্নমক খাঙগনি হায়বগী ইঙ্গিৎ অদুনি মাগী মায়থোঙগী মতৌ অদুনা উৎলিবদু।

ঐ হৌনবী মতুং ইন্না যুমদগী যাত্রা তৌরে। এম,এস, টি, অফিসকী বস থাফমদা চৎমিন্নগদবা ইমান্নবা অহুম অদু উন্নদুনা ঐখোয় ইম্ফালদগী খোঙশানবা হৌরে। ঐ গাড়িগী থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা তুংলোমদা লৈহৌরিবা লৌবূক-লম্মাঙ কয়া অদু য়েংদুনা চৎলি। মহৌশা অঙাং ওইরিঙৈদা লংফৈদা চৎপদা খনবা ৱাখল অদুগা হন্দক্কী অসিগা খেন্নৈ; মহৌশাদি ৱাখল ৱাইশংনা, মতম খরা লম য়েংবগী আশাদা নুংঙাইনা চৎলি; হন্দক্তি লাইরিক তম্বগী অরুবা থৌদাং অমা পুদুনা চৎপা অদুনা ঐবু পূক্নীং লাঙতক্নহল্লি। লাইরিক তম্ফম অদু য়ৌরগা কৈদৌরুগদগে, মিং চনবা শোয়দনা ফংগদ্রা নত্ত্রগা ফংলোইদ্রা অমদি ঐনা লাইরিক মখা তমথনীংবদগী হকচাংদা নুংঙাইতবা অনাবা অমা লৈনা লৈনা মহৈ তম্বা চৎশিল্লিবা অদু করি অকায়বা লাক্কদগে হায়বা ৱাখল অদু তোয়না তোয়না খল্লি। ৱাখল অদুনা ঐবু ফুম্বংনহল্লি, পূক্নীংদা পোখাফম খঙহন্দে।

ডিমাপুরদগী ঐখোয় রেলগাড়ি অমুক তোংদুনা চৎপদা টিকেটকী ফরক খরা তানদুনা ঐখোয় মরি পূন্না তোংমিন্নদ্রে, জয়চন্দ্রগা ঐগনা ডব্বা অমতদা তোংমিন্নৈ, অদুগা লোকেন্দ্রজিৎকা ইবোপিশক্না অতোপ্পা ডব্বা অমদা তোংই। স্তেসনশিংদা মরক মরক্তা রেলগাড়ি খাম্বদা লোকেন্দ্রজিৎনা মাগী তোংফমদগী কূমথরক্তুনা ঐখোয়গী থোঙনাউ মপাদা লাক্লগা ঐখোয়গী মরমদা হংলবা নত্ত্রগা মাগী তোংফমগী খুদোংচাব-চাদবগী মরমদা ৱারী শারবা য়াওই। জয়চন্দ্রগা ঐগদি ফম্ফমদগী ইকূম কূমথদ্রে। ঐ হকচাং নুংঙাইরোই হায়না কিবদগী চাব-থকপা কয়া তৌদে, অয়াম্বা মতমদা চরা হেন্দুনা চৎলি; অদুগা জয়চন্দ্রনা ঐঙোন্দগী অমুক হেন্না চাগন-থক্কন্দে, ঐনা মঙোন্দা করিগুম্বদা অচাপোৎ খরা চাশিরা হায়না হৌদোক্লবা ফাওবদা মহাক মঙক হেক্তা হাইরকই; রেলগাড়ি তোংদুনা চৎপা খোঙচত্তা চাব-থকপসি মঙোন্দা য়াম্না হৈনদনা উই, চোকথরবসু, ময়াঙ কংশিল্লবসু

মহাক অদুম খাঙদুনা লৈ।

অসুন্না নুমিৎ নীনি-হুন্নিরোম রেলগাড়ি মনুংদা তুম্ফম-চাফম খঙদনা চৎপা অদুদা হকচাং শোকই, কোক ঙাওই। ঐগী নীংহন্নবা অৱাবা ৱাখল অদুসু অয়াম্বা মতমদা ঐবু ওত্তুনা লৈ, ঐবু পোত্থাফম ইখঙ খঙহন্দে। মরক মরক্তা স্তেসন কয়াদা লাঙলিবা মীয়াম, রেলগাড়িগী মখোল, থোঙনাউদা উরিবা মখল কয়াগী দৃশ্য — উ-ৱা, চীং-মান, লৌবুক-লম্মাঙ, খুঙ্গঙগী তুম্বক তুম্বক লৈরিবা ইনা কুপ্পা শঙশিং, অশংবা মনা-মশীং হৌবা অচৌবা হিঙ্গোলশিং পূন্নমক অদু উরগা পুক্নীংদু অৱাবা ৱাখলদগী খরা কাউবসু য়াওই। অদুবু অদুগুম্বা খোঙচৎ অদুদা ঐগী পুক্নীংদু নুংঙাইফম ইখঙ খঙখিদে।

ঐখোয়না বোলপুরগী অপীকপা রেলৱে স্তেসন অদুদা থুংবদু নুমিৎ য়ুংলমদাই অদুৱাইদনি। বোলপুরগী থোইনা চাউদবা বাজার অদুদা লৈরিবা দুকান পরেং, অপীকপা লম্বী, রিক্সোশিং, কা হেন্না নিলখোংদবা মতৌ অদুনা মফম অদুগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমা উৎলি। মদুদগী শান্তিনিকেতন অসি মাইল অনী লাপ্পী। ঐখোয় রিক্সো তোংদুনা মফমদু তান্না চৎপা হৌরকই। মমাঙদা নোং খরা তাখিবদগী নুমিত্তু নুংশা ময়েক শেংনা থোক্তে, লম্বু লুম্বদমক শাই। অশংবা লম্পাক্কী ময়াদা রিক্সো তোংদুনা চৎপা মতমদা ঐখোয়দা য়ৈরকপা লম্মাঙগী নুংশিৎ অদু ঈংই, পুক্নীং হকচাং তেকখৎলি। লম্মাঙ-তুহাঙ, উপালশিং অমদি অকোয়বা মফম অদুগী অচৌকপা, মোংহাদবা মতৌ অদু তোঙান্না চোংথোক্তুনা লৈ। মফম অদুগী খুঙ্গঙগী ওইবা অচৌকপা চীংলেম্বা মতৌ অদু তশেংনা পুক্নীং হূনীংঙাইনি। ঐনা কল্পনা তৌরম্মা মফম অদু য়ৌরক্লে থল্লুবদা পুক্নীংদু ইনৌ নৌথোকই।

ঐখোয় এম, এ, তম্বা ছাত্রশিংনা লেবা বিদ্যা ভবন হোস্টেলগী মপা য়ৌরক্লে। মদু চেক্লা মথোল অনী শাবা ফনা চাউবা হোস্টেলনি। মফমদুদা হান্না এম, এ, তমদুনা লৈরম্বা মৈতৈ মচা ছাত্র অনীখক থোরক্তুনা ঐখোয়বু লমজিংদুনা হোস্টেল অদুদা পুশিল্লে। মখোয় অনীদু অমনা প্রেমকান্ত কৌই, ফিলোসোফি সবজেক্টতা তম্বনি, অদুগা অতোপ্পা অমদুনা অমুজাউ কৌই, মহাক্না হিস্তরিদা তম্বনি। ঐখোয়না মখোয় অনীগী কাদা পোৎ-চৈ থমদুনা ঙহাক পোত্থারিঙৈদা মখোয় অনীনা হোস্টেলগী মেসতা চঙদুনা ঐখোয়গী চান-থক্নবা হায়নবা চঙখ্রে। ময়ান্না চাক চানবগী মতমদি পুং তরামাথোইনি, মতমদু খরা থেঙথরবসু মেসতা চান-থক্নবদি লৈরম্মী।

কুচু মুবা খুদৈ অমোৎপা শেৎপা, ফুরিৎ লীত্তবা ঠাকুর অনীনা চাক-য়েঙ্গাং অদু য়েল্লি।

মখোয়দু উবদা খরা হৈনদবা পোকই। মখোয়না মীনৌ ঐখোয়বু চংয়েং তৌবা ওইনা খরা লক্লবগুমসু তৌই, ঐখোয়গী চাব-থকপা মওঙ-মতৌদা খজিক্তং শোয়বা, মখোয়না পামদবা মতৌ য়াওরক্লবদি বাঙ্গলা লোন্দা ৱা খরা হেক্তা হায়রকই। ঐখোয় মেস অদুগী চৎনবীদু মুন্না খঙদবনা ইকাইবা মওঙ খরসু য়াওই। থুমগা তিলহৌগা প্লেট অমদা হাপ্তুনা পুথোরকপদা ঐখোয়গীদা ওইরবোই নীংদুনা ঐখোয়গী মরক্তা কনানো অমনা মখূৎ য়েৎনা পায়শিল্লুবদা মদু পীরিবা মমায় পাকপা ঠাকুর অমনা শাউনা মর্মীৎ শৃক্তুনা ঙাঙলকই। (ঐ কোন্না মশক খঙলকই, মহাক্তু গোবিন্দ কৌই, ময়া থিগত্তুনা মী করেম্নগল্লি।) রেলগাড়ি মনুংদা চাফম-থকফম খঙদনা লাক্লবা অদুদা ঐখোয় চাক য়াম্না লাম্না চানৈ, লোকেন্না মপূং ওইনা সবজিদু তোয়না হাপ্লবা কৌরকই, পুজারীশিং অদুনা মদু কয়ারক হাপ্লবসু মহাক্কা হন্না হন্না হাপ্নবা কৌরবদা মখোয় অনী অদুনা খরা ঙক্লা অমগা অমগা য়েংনরকই। ঐখোয়না "পানি" পীয়ু হায়না হায়বদা মখোয়না "জল" হায়য়ু হায়না ওম্থোরকই। ঐখোয় কোন্নতা খঙলকই মেস অদুদা ঈশিংবু কনানসু "পানি" হায়নদে "জল" হায়না লোইনা হায়নৈ।

ঐখোয় চাক চাবা লোইরগা ডাইনিং-হোলদগী থোরক্লে। ঐনা পূক্নীংদা থুক লাউবা থৌদোক অমদি ঐখোয়না পূখমদা পুথোরকখিবা অরেম-অপা লূখাক অদু থোঙজিন্দা অমোৎপা মফি-মরোল নীংথিনা শেত্তবা অঙাং খরনা চাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্মী, মদু মখোয়না লৌরগা মুন্নদুনা চাহৌই। অদুগুম্বা থৌদোক অদু উবদু ঐ পুক্নীদা মদুনা অহানবনি। মীকুপ অদুদা ৱাখল লুথনা খনবা ঙমদ্রবসু মখোয়সু মীওইবনিকো হায়বা ৱাখল অমদি পূক্নীংদা কন্না ফাওখি।

ঐখোয় হান্না লৈরম্বা ছাত্র অনী অদুগা মফমদুগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা লৈরে। মখোয়না ঐখোয়দা য়ুনিভরসিটি অদুদা মিং চনবগী মওঙ, লাইরিক তম্বগী মওঙ, মফম অদুদা লৈবা মীওইশিংগী ফিজেৎ-চাকচা, বাঙ্গালীশিংগী লমচৎ-শাজৎ, মফমদুগী অঙাং-অশাগী মরমদা ৱারী কয়া শাদুনা তাহল্লি, লৈরিবা হোষ্টেলগী ফীবম অদু ঐখোয়বু কোয়না চত্তুনা য়েংহল্লি। প্রেভিয়স তমগদবা ছাত্রদি মিং চন্নদ্রিবনা কনামতা লৈরমদ্রি, মফমদুদা লাকপা ঐখোয়না ইহান হাল্লি। ফাইনেল ইয়ার তম্লম্বা ছাত্রশিংদি কা অমদা অমমমতা য়াম্না মওঙ তানা লৈনবা উই। হোষ্টেলগী মখারোমদা লৈরিবা চঙফম মপাগী সড়ক অদুদগী য়েংবদা মনীংলোমদা খরা চৎলগা লৈরিবা শান্তিনিকেতনগী লাইরিক তম্ফম ওইরিবা

মনা পূংবা উপালশিং ফজনা হৌরবা বন অদু অদুম উবা ফংলে, মদু মখোয়না ঐখোয়দা খূৎনা থিন্দুনা তাক্লকই। নুংথিল অদুমদি ঐখোয় শাংনা রেলগাড়ি তোংদুনা লাকপদগী কোক ঙাওবা, চোকথবনা মরম ওইদুনা হোস্টেলগী অকোয়বা মফম অদুদগী হেন্দোক্লে।

বাঙ্গালী ছাত্রশিংনা ভেরেন্দাদা লেপ্লগা কন্না লাউনবা, মখোল য়াক্লা ঙাঙবা, লাঙবা, নোক-খেবা কয়া তৌই। মখোয়গী মতৌদুদা ঐখোয়না কয়া হৈনদবা উবদা হান্না লৈরম্বা ছাত্র অমূজাউনা ঐখোয়দা হায়রকই, "অসুম্না তৌবা অসি মখোয়গী হৈনবীনি, মখোয় খরদি অথাপ্পা লরায়দগী লাকপনি, করম্না ফজবা লীচৎ চৎকদগে হায়বসি খঙদে। মখোয়দা লেমদবা, চবাঙনবা মতৌ অমা লৈ। অদুবু মখোয় মশেল লাঙজরবসু মীঙোন্দা কয়া অকায়বদি তৌদে, অদুম লৈমিন্নরগা হৈনরক্কনি, তিন্নরগা নুংঙাইরক্কনি।" অওইবমক ঐখোয় মৈতৈ মচাগী রা কয়া ঙাঙগন্দবা, কা হেন্না লাঙবা, নোক-খেবা হৈনগন্দবা মতৌ অদুগা মখোয়গী মতৌ অদুগা অহানবা হেক থেংনবদা য়াম্না চানদনা থোকই।

মথংগী নুমিত্তা ঐখোয় মিং চন্নবা ফোর্ম লৌবা শান্তিনিকেতনগী বন মনুংদা লৈরিবা অফিস তান্না চৎলে। মফমদুদা হৈনৌ পাম্বী অমদি অতৈ উপালশিংনা ফজনা হৌরিবা মওঙ, নাল্লবা লৈঙাঙ মচুগী নূংজ্রেঙ য়াওবা লৈমায়দা হৈপাল উপালশিংগী মরক্তা থেক্লা খোয়না লৈরিবা লম্বীশিং, উপালশিংগী মনা মরক্তুদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা চেক্লা শাবা অফিসশিং, মহৈ তম্ফমশঙশিং পূন্নমক অদু উবদা ঐগী পূক্নীংদা খঙহৌদনা খল্লকই, "ঐনা লাক্লিবা মফম অসি শান্তিনিকেতন হায়বদুনি — পৃথিবী শীন-থুংনা ফাওরবা বিশ্ব-কবি রবীন্দ্রনাথনা শেমগৎলম্বা।" ৱাখল অদু ঐনা মফমদুদা চৎপদা খোঙথাং খূদিংগী, মীকূপ খূদিংগী খল্লি। মফম অদুগী অকোয়বা ফজবা অদুনা ঐবু পূমশুম শুস্নাৎলি। লম্বীদা চৎপদা মনা পূংলবা উপালশিংগী তরু তরুবা মখোঙদা (ওজাদা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা কোয়শিল্লগা ফমদুনা) ক্লাস তৌবা ইঙান ঙান্না উই। উগী মখোঙ, লম্বী অমদি অশংবা নাপী হৌবা লম্পাক মচাশিংদু য়াম্না তরু তরুনা উই, ৱাইশীৎপা নূপা-নূপী কয়ানা কূংনা শীৎ-শেংদুনা লৈ, মফমদুগী ফজবদু য়োকখৎনবা য়াম্না কূপ্না শেন্নদুনা লৈ। আগস্ট থাগী ঋতুগী অওনবা শক্লোন অমা লাক্লবা মতম অদুদা অয়ুক্তা মফম অদুদা অহানবা ওইনা ফাওদুনা চঙলকপদা হায়ফম খঙদ্রবা নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফাওই, অচৌবা কবিগুরু অদুনা পামজরম্বা আধ্যাত্মিক ওইবা ৱাখলগী মঙলান অদু মফম অদুদা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লুনা লৈরবগুম নীংই। প্রকৃতিগী ফজবা মরক্তা মহৈ-মশিং তমদুনা মহাক্কা হকথেংননা শম্নবগী

নুংঙাইবা, নীংতম্বা অফা-অপুন লৈতবা ৱাখল অদু মদুদা লৈবগুম নীংই। ঐখোয়সু উগী মখোঙদা তল্লিবা ছাত্রশিং অদুগুম্না তম্লগনি খল্লুবদা নুংঙাইবা পোকই।

মফম অদুদা উবা মীশিং — ওজা, ছাত্র, অফিসকী থবক তৌবা মীশিং অয়াম্বা ফৈজোম নত্ত্রগী পুময়াৎ-পায়জামা শেৎলি, চেপল তোংই, খোঙ্গ্রাউ শেৎপা মীগী মশীং য়ামদে। অচম্বা ফিজোল শেৎপা, অচম্বা ৱাখল খনবা, অচম্বা শাজৎ চৎপা অসিনি মফম অদুগী চৎনবী। কলিকাতাগুম্বা সহরদা লাঙবা, মেন-মান তাদবা, মীগী মমল য়াওদনা উবা, পুর্সীগী মগুণ হস্থরকপা ফীবম অদুগা য়েংনরুরবদি মদুদগী মাইল চামরোমদা লাপ্না লৈরবা ঈংলবা মফম অসিদি তশেংনা স্বর্গগী মর্শাক্লি; মফম অসিদা মীশিংনা নুংশিননা, অনেম-অৱাংগী থাক খায়দনা চম্না হিংমিন্নবগী নুংঙাইবা পান্দম অদু ফংনবা হোৎনবা অসিনা মপূং ওই। মফম অসিবু অমদি লৈরিবা মীওইশিংবু উবদা অদুগুম্বা মওঙদু হেক্তা খঙবা ঙম্মী।

ঐখোয় মিং চনবগী ফোর্ম লৌফম অফিস কা অদ্দা চঙলে। মদুদা ময়াঙ কংবা, ফৈজোম শেৎপা, নাতোন শূমাঙদা মকোই খাকপা কেরানী অমগা খোঙ্গ্রাউ শেৎপা মনায় পাকপা, অরেম্বা, মশা খরা চাউরপ তৌবা অতোপ্পা কেরানী অমগা ফল্লম্মী। মকোই খাকপা অদুদি ৱা ঙাঙনবদা মরৈ খরা তৌগল্লি, অদুগা অতোপ্পা অদুনা ৱা কয়া ঙাঙগন্দে। ঐখোয়না মখোয়দগী ফোর্ম লৌরগা মপান্দা থোক্নুনা মেনশিনবা লোইরগা মদু মখোয়দা অমুক পীশিল্লে।

ঐখোয় কা অদুদগী থোরক্লগা ইংলিস ডিপার্টমেন্টলোমদা লাক্লে। ডিপার্টমেন্টকী ভেরেন্দাদা ইংলিসকী হেড ওফ দি ডিপার্টমেন্ট ডাঃ শ্রী চন্দ্র সেন কাংচুপ অমা চূপ্লগা চত্তুনা লৈরম্বা থেংনরে। ঐখোয়গা লোয়নরিবা সেনিয়র ছাত্র অনী অদুনা তাকপদগী মাবু মশক খঙবনি। মহাক মী ৱাং-চাউই, লেম্মী, অতৈ ওজাশিংনা ফৈজোম শেৎলবসু মহাক্তি খোঙ্গ্রাউ শেৎলি, পুরা সাহেবগী মওঙনি; মহাক হেক য়েংবদা অচৌবা স্কোলার মাল্লি, মগুণ য়াম্না লৈনা উই। জয়চন্দ্রগা ঐগনা মঙোন্দা ঐখোয় অনী মণিপুরদগী মফমদুদা এম, এ, ইংলিস তম্নবগীদমক্তা লাকপনি হায়দুনা মশক তাক্লগা ঐখোয়না পুরকপা (শান্তিনিকেতনদা তম্লম্বা ওজা টি, ঐচ, নীলমণিনা ঐখোয়গী মিং চনবগী ৱাফম খন্নবীনবগীদমক ইবা) চিঠি অমখক মঙোন্দা পী। মহাক্না চিঠি অদু লৌরগা পারে; মহাক্না ঐখোয়বু উবদা হরাউ-হরাউ তৌই। মাগী মোমোন নোকপা মায়থোঙ, মীঙোন্দা নুংশিনা

য়েংবা মতৌদু উবদা য়াম্না পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওই। মহাক্না ঐখোয়গী মার্কনচিংবা য়েংলগা মিং চনবা য়ারগনি হায়না কোম্না হায়রকই। মদু তাবদা ঐখোয় নুংঙাইরে।

ঐখোয়না মাগী মনাক্তগী থোরক্লবা মতুংদা ঐখোয়গা চৎমিন্নরিবা সেনিয়র ছাত্র অনী অদুনা মাগী মরমদা কুপ্না তম্লকই। মহাক ইংলেণ্ডগী ওক্সফোর্ড য়ুনিভরসিটিদা তম্লকপা ছাত্রনি; টি, এস. ইলিয়টকা শন্নরকপা মীওই অমনি। মহাক নোংচুপ্লোমগী চৎনবী ফিজেৎপু পাম্মী, অদুনা অতৈ ওজাশিংনা ফৈজোম নত্ত্রগা পূময়াৎ-পায়জামা শেৎনরবস্ মহাক্না খোঙ্গ্রাউ শেৎলিবনি, কাংচুপ থক্লিবনি। মহাক শান্তিনিকেতনদা লৈজরবসু মফমদুগী চৎনবী খরদি য়াওবা তৌদনা মাগী তোপ তোপ্পা পামজবা পুন্সী মরেল অমদা লেন্দুনা লৈবা মীওইনি। মাগী চীংলেম্বা, জ্ঞান লৈবা মানবা মায়থোঙ অদুদি ঐ ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদে।

নুমিত্তু জয়চন্দ্রগা ঐগদি মহাক উন্নরগা হোষ্টেলদা হল্লক্রে। মখোয় অতৈনা লোকেনগা ইবোপিশক্কগী মিং চনবগী ৱা ঙাঙননবা ডিপার্টমেন্টকী মকোকশিং উন্নবা চৎখ্রে (লোকেন্না ফিলোসোফি, অদুগা ইবোপিশক্না হিস্তরি সবজেক্টতা তমগদবনি)।

ঐখোয় হান্না লৈরম্বা ছাত্র অনী অদুগী কাদা চোইনা চোইনা লৈমিন্নে। মথংগী নোংমা নীনিদু ঐখোয় অনৌবা মফম অদুগী তোঙান-তোঙানবা জগা খরা কোয়দুনা য়েংবা হৌরকই। প্রকৃতি লাইরেম্বীগী শুন্দ্রাৎনীংঙাই ওইরবা শক্লোন কয়ানা তিল্লবা পূক্নীং হূনীংঙাই ওইরবা মফম অদুদা ঐগী কল্পনা কয়াগী শান্নফম ওইরকই। মতম অদুদদি ঐ শান্তিনিকেতনগী হৌরকপগী ইতিহাস, মদুগীদমক কবিগুরুন্না কয়া য়াম্না কখোকপা থবক তৌরম্বা অসিনচিংবা করিমতা খঙদ্রি। মদু শান্তিনিকেতনগী মরমদা য়াওবা লাইরিক খরা পারগা কোন্নতা খঙলকই। মদু হান্না খঙজরম্লবদি ঐনা মফমদুবু উবদা নুংঙাইবা, মফমদুবু নুংশিবা অমদি মমল লৈনা লৌবদু শরূক চামা হেনগৎলমগনি। অসুম্না হায়নৈ ইং ১৯০০ গী ডিসেম্বর থাদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা শান্তিনিকেতনদা ছাত্র মরিদংগা লোয়ননা স্কুল অমা হৌদোক্লম্বনি। মদু লিংখৎনবা হোৎনবদা মহাক্না শেল কয়া থাদখি, শেল লৈতবগী অৱাবা মায়য়োক্নরবা অমদি নীংহন্নরক্লবা মতমদা মাগী নূপী মৃণালিনীনা মাগী পূক্নীং থৌগত্তুনা মশাগী লীক-কোল খুদিংমক লৌথোক্তুনা মপুরোইবদা পীদুনা স্কুল অদুগী চাওখৎ থৌরাঙদা শীজিন্নহনখি। শান্তিনিকেতন অসি রবীন্দ্রনাথনা ইমা লৈবাক্কী আধ্যাত্মিক মুক্তি ফংনবগী পান্দম অমগা লোয়ননা শেমগৎলম্বনি।

নোংমা থাবল ফবা নুমিদাং অমা ঐ প্রেমকান্তগা লোয়ননা মফম অদুদা জগোইগী ওজা ওইদুনা লৈবা ঐখোয়গী খুবা থোকপা অমুবী হায়বা মীশক অমগী মযূমদা মাগা ষ্টন্নবা চৎলি। মহাক ঐনা অঙাং পিশক ওইবিঙৈদা মণিপুব থাদোক্তুনা চৎখ্রগা শান্তিনিকেতনদা থবক তৌদুনা বাঙ্গালী নূপী অমা লৌবগা মফমদুদা চনীং তানা লৈখ্রবা মীওইনি। অনকপা মবী-মতা অমা ওইনা লৈকাইদা লৈমিন্নবম্লবসু উন্নদবা কুইখ্রবা অদুনা মঙোন্দা নীংথিনা হৌদোক্তুনা তাক্ত্রবদি ঐবু মশক ফাওবা পাক খঙলমগদবা মান্দ্রে। ঐনদি মাবু ফজনা নীংশিংই। ঐখোযগী অহল-লমন্না ঐ শান্তিনিকেতনদা লাক্কনি হাযনা খঙহন্দুনা মঙোন্দা চিঠি অমদি হান্না ইদুনা থাখ্রবনি।

ইমান্নবদুগা ঐগা থাবল ফবা নুমিদাং অদুদা শান্তিনিকেতনগী বন মনুংদা ফাওদনা লাক্লে। ঐ মযম অদুদা লাকপা নুমিৎ নীনি হৌন্ন শুববসু অদুনা থাবল ফবা • •মদা বন মনুংদা ফাওদুনা চৎপদি মদুনা অহানবনি। অদুম্না নুমিদাংগী অটাকপা লম্বীদা চৎপদা মালতী লৈবাং অমাদি অচৌবা মনা পুংবা শেফালি উপালশিংদা শাৎপা লৈবাংশিংগী মনম্না বন মনুংদা হাবমখৈ নম্লকই। নুংশিববা লৈনম অদুনা ঐঙোন্দা ফোঙদোকফম খঙদবা পূক্লীং নৌথবা ৱাখল কযা পোকহল্লি। মনা পুংলবা অচৌবা উপালশিংগী মতোন্দা যেংখৎপদা অৱাংবা অতিযাদা থানা তরু তরু থোক্লি, মবক মবক্তা অপুংবা উপালশিং অদুগী মনানা মদুবু অমুক অমুক লুমশিনখি। উগী মখোঙদা থাবলগী মঙাল যৌবকপা ঙমদবনা লৈমাযগী শরুক্তা মচেৎ খবা খবা উকম লাংশিন্দুনা লৈ। মফম অদ উবদা ঐ মঙলৈবাক অমদা চৎলিবগুম নাংই। লৈগী লৈনম অদুগা মনাগা লোযননা মশা-মনেং পাক্লা শন্দোক্তুনা ইমং মংনা তমিন্না লোপ্লিবা উপালশিং অদগনা মফম অদুবু তোপ তোপ্লা অঙকপা শক্তম অমা ওইনা উহল্লি। শবৎ ঋতুগী থাবল ফবা নুমিদাংদা কবিগুরু অদুনা হিংলিঙৈদা বন অসিগী উপালশিংগী মবক্তা অহিং ফাওবা নীংথনা তুমদনা চত্তুনা লৈবগী ৱাবী ঐ তাখ্রে। "কবিগুরু অদুনা তাইবঙপালদগী মাঙখ্রবসু অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা ফজববা মফম অসিদি যুগ যুগ কযা অমব ওইনা লেঙদনা লৈহৌবগনি," অদুম্না ঐগী পূক্লীংদা চৎনা চৎনা খল্লকই।

খঙহৌদনা খুবা অমুবীখোযগী থোঙ্গাল মপা যৌবল্লে। মাগী মযূমদু শান্তিনিকেতনগী বন অদুগী মতাই ওইবপ্পা লৈ। মদু চেক্লা মথোল অনী শাবা, যেংবদা যাম্না চীক্লা নুংঙাইনা উবা যূম অমনি। মহাক্লা মণিপুবদগী মতম কয়াগী মমাঙদা মাঙখ্রবা মফম অদুদা অদুম্না চনীং তানা নুংঙাইনা লৈবম্বগী মওঙ অদু উবদা ঐ পূক্লীংদা থুক লাউবা নুংঙাইবা

ৱাখল অমা পোকই।

প্রেমকান্তনা চিংদুনা ঐখোয় অনী মখোয়গী য়ুমদা চঙলক্লে। মরূপ অদুনা মাঙ্গোন্দা কাখৎলগা কৌবদা খুরা অমুবীগী নূপী বাঙ্গালী নূপী অদুনা থোঙ হাংদোরকই। মহাক্না অহাঙবা ময়ায় কাগী মৈ কাপখৎলগা ঐখোয়দা য়েংলকই। মহাক প্রেমকান্তবুদি মশক খঙই, ইমান্নবদুদি মখোয়গী ময়ূমদা হান্নসু চৎলুরবনি।

প্রেমকান্তনা মঙোন্দা ঐবু মশক তাক্লদুনা ঐখোয় খুরা অমুবী উন্ননীংদুনা লাকপনি হায়না মঙোন্দা হায়রে। (ইমান্নবদুদি হান্না মফম অদুদা লৈরম্বনা বাঙ্গালা লোল খরা ভাঙবা ঙম্মী।)

নূপী অদুনা খুরা অমুবীদি চখোকখিবদগী হৃঞ্জিল্লক্ত্রি হায়না হায়রকই। অদুবু মহাক্না ঐখোয়বু খুরা লাকপা ফাওবা ভাইখো হায়দুনা তরাম তরান্না কৌশিন্দুনা অতোপ্পা কা অমদা পুশিন্দুনা লৈমায়দা ফিদা থাদুনা ফমহল্লে।

বাঙ্গালী নূপী ইন্দোমচা অদু মশা খরা নোয়, কুচু মুনং তৌই, লুমাঙগী শমদু খরা খোইরপ তৌই, মশক থোইনা ফজবা নত্তে; অদুবু মহাক মমীৎ-মনা শিংই, মশাখীংনা উই, মী খোল্লি। ঐখোয়না লাকপা অদুদা মহাক্না হরাউ-হরাউনা তৌই। মহাক্না ঐখোয়বু ফম্ফম অদুদা ফমহল্লগা ঐখোয়গী থল্লবা চা কপ অনীগা চানবা বিসকুইট খরগা পুখোরকই। অদুদগী মহাকসু ঐখোয়না ফল্লিবা অপাকপা ফিদা অদুদা ফল্লরে, অপীকপা চহী অনীরোম শুরবা মচানুপা অমসু মাগী মনাক্তা অমুকসু ফমদুনা, অদুগা অমুকসু  কোয়চেন চেন্দুনা শান্নে।

নূপী অদু ইংলিস ভাঙবা ঙমদে, ঐগা মাগা ৱারী শানবগী খুদোংচাবা অদু ফংদে। বাঙ্গালা খরা খঙবা ইমান্নবা অদুগদি ৱারী-ৱাতাই শাবা হৌরকই। ইমান্নবা অদুনা ঐঙোন্দা মরক মরক্তা মখোয় অনী ভাঙনরিবা অদু অর্থ হন্দোক্লনা খঙহল্লকই। নূপী অদুনা হায়রকই, "মাষ্টরজিনা করিগুম্বা নখোয় লাক্লবদি তরান্না তৌদুনা মহাক লাক্ত্রিবা ফাওবা ফমহল্লম্মু হায়।" (মহাক্না মপুরোইবদা "মাষ্টরজি" কৌই, খুরানা মহাকপু জগোই তম্বীবদগী লৌখিবনি হায়।) মখোয় অনী মখল কয়াগী ৱারী শাবা হৌরকই, চাব-থকপগী ৱারী ফাওবা য়াওরে। নূপী অদুনা চাবগী মরমদা অসুন্না হায়রকই, "মাষ্টরজিদি চাব-থকপা য়ান্না খল্লি, হামেংসু চাদে, অদুগা ঐদি হামেং চায়।" (মদু ইমান্নবা অদুনা অর্থ হন্দোরকপদগী খঙবনি।)

মখোয় অনীনা ৱারী শানরিঙৈদা ঐদি তূমিন্না ফমদুনা লৈরে। লৈতেং তৌরবা, মপুং

ওইনা বাঙ্গালীগী য়ুম্বাল ওইনা তৌরবা য়ুম অদুদা অহানবা ওইনা চঙবদু ঐঙোন্দা ইকোই কোইনা থোকই, ইপঙ পঙশিল্লি। ইন্দোমচা অদুনা ৱারী শানা শানা ঐবু মরী-মতা অমনি হায়বগী ৱাখলদা ঐঙোন্দা পুক্নীং চঙবা মতৌ উত্তুনা মরক মরক্তা য়েংলকই, ইবানীগী লোল ফাওনদবগী নুংঙাইতবা অদু মাসু মপুক্নীংদা ফাওবা ওইনা উই।

ঐখোয়না অসুম্না ফম্লিদুঙৈদা মাগী অপীকপা মচানুপা অদুনা মঙোন্দা শূরু শূরু নৈবা, নিংঙাই তৌবা হৌরকই। মহাক্না অঙাং অদুদা মমীৎ শৃক্তোক্তুনা মুন্না য়েংলগা চৈদুনা কিহল্লকই, অদুদগী অমুক ঐঙোন্দা খুদোম্বীনা থিল্লগা "মণিপুরী দাদা" হায়না মশক তাক্তুনা মচাদুবু থেম্বা ওইনা করিগুম্বা খরা ঙাঙলকই।

অসুম্না ফনা কুইনা ফম্লবা মতুংদা খুরা অমুবী অদু ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক পূময়াৎ-পায়জামা অঙৌবা শেৎলি, মশা পায়, মীয়ায় ওইনা চাউই, কুলৈ কুচ্নি, মমাং-মনা য়াম্না থৌই। মাগী মীৎয়েং অদুদা অঙকপা থৌনা অমগী মমি তাই। থবক চথোক্লুবগী মহাক হুমাং শৌনা উই। মহাক্না ঐখোয় ফম্লম্বদু উবদা ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙলক্লে। মহাক্না ঐবু মশক্তি পুরা লাকশিনবা ঙম্লমদবা য়াই, অদুবু হান্না পাউ চৎনবনা মরম ওইদুনা ঐনা লাক্লিবদুদা মহাক্না অদুম খঙই।

মহাক্না মমাগী মনাক্তা লৈরিবা নূপামচা অদুদা মানা লৈরকপা লফোয় অমা নুংশিনা পীজরকই। অদুদগী মানা মাগী নূপীদা বাঙ্গলা লোন্দা ৱা খরা ঙাঙলকই। মহাক বাঙ্গলা লোন্দ অদুক্কী মতিক ফজনা ঙাঙখ্রে মদুদি মাগী নূপী অদুদগী মানা হেন্না থুনা লত্তনা ঙাঙই। মহাক মানা লৈরকপা পোৎ হাপ্তুনা পুরকপা থাউ অমা থম্লুরগা ঐখোয়গী ইনাক্তা অমুক চঙলক্তুনা ফম্লগা ঐখোয়গা ৱারী শাবা হৌরকই।

মহাক্না ঐঙোন্দা হংলকই, "কমদৌরে নঙগী মিং চনবগী মতাংদি, য়ারনি হায়ব্রা?"

মহাক মৈতৈরোন ঙাঙবদু খরা খোইরে।

ঐনা খুম্মী, "উম, খুরা, ঐ ডিপার্টমেন্টকী হেডকা উন্নরে, মহাক্না য়ারনি হায়রে।"

"ফরে, ফরে, করিগুম্বা বেরা তৌগদবা লৈরবদি ঐ ঙাঙনবীগে তৌবনি।"

অদুদগী মহাক্না ঐখোয়গী ইমুং-মনুং অমদি হৌজিক-ওইহৌরিবা মণিপুরগী মরমদা ৱা খরা হংদুনা ৱারী খরা শারগা মানা শান্তিনিকেতনদা লৈরিবা ফীবমগী মরমদা ৱারী অমুক শাবা হৌরকই। ঐ খঙই মহাক মফমদুদা তলব চাউনা চাদুনা, ময়ুম-মকৈ চাউনা ফজনা শাদুনা নুংঙাইনা লৈবা মাল্লবসু অমরোমদা মণিপুর থাদোক্তুনা লৈবগী পুক্নীং শোম্বা,

শোয়দ-ঙামদনা হিংবগী মতাংদা লাঙতক্লবা ৱাখল অমদি লৈবা মাল্লি। মহাক্না অমতা পোকপা মচানুপা অদুগী মরমদা হায়, "খঙদে, ঐসু মাগীদমক্তা খনবদা ৱায়, মৈতৈরা মৈতৈ নত্তা, বাঙ্গালীরা বাঙ্গালী নত্তা। মাগী তুংগী ওইহৌগদবা ফীবমগী মরমদা ঐ য়াম্না খল্লি।"

মহাক মফমদুদা লৈবগী অচীকপা, নায়তোম তাবা পুন্সী মওঙ অমদা লেপ্লবসু মখোয়বু থেংনবগী থৌনা অমা মঙোন্দা লৈ। অদুগা অমুকসু চাউরবা, কলাবিদ্যা কয়াগী মরু ওইরবা তন্ফম অদুদা ওজা ওইদুনা লৈবগী পাক-চাউবা জ্ঞান অমদি অথৌবা বুদ্ধি অদুসু মঙোন্দা লৈ। মণিপুরী জগোইগীদি শান্তিনিকেতনদা মানা খ্বাইদগী অথোইবা গুরুনি। মহাক্না পায়রিবা অচৌবা ফম অদুগীদমক অমদি মানা মহৈ অদুদা থোইদোক হেন্দোক্না হৈথোই-শিংথোইবা উৎপগীদমক মফমদুগী মীওইশিংনা মঙোন্দা তৌবা ব্যবহার অদুগী মগুণদু মহাক্না চপ চানা ঙাকপা ঙম্না চৎলি। মহাক জগোইদা নত্তনা সেতার খোংবদসু মমিং চৎলি। সেতার খোংবগী ঔরাইমনবদা মাগী মখোঙ ওইথংবদু খরা শেক্লে। অসুম্না মহাক শোক্লুবা হীরম অমদা হনবা লৈতবা থৌনাগা লোয়ননা হোৎনবা মীওই অমনি।

মণিপুরদা লৈবা মৈতৈ মচাশিংগী মরমদা মহাক্না পেন্দবা ফোঙদোক্লদুনা হায়, "মৈতৈ মচাশিংসি য়াম্না তল্লি, হোৎননীংদে, হোৎনদনা নুংঙাইবা পাম্মী, মসিদনি শোয়রিবা।"

মাগী ৱাঙাঙ অদুদগী ঐনা খঙবদি মানা মফম অদুদা মরু ওইবা থবক অমা পায়দুনা লৈরিবা, শক্লাইবা মীশক অমা ওইদুনা লৈরিবা অদু তরাই তরাইনা হেক্তা ওইখিবা নত্তে, মাগী হনবা লৈতবা থৌনা অমদি হোৎনবা কনবদগী ওইখিবনি। পুন্সীগী হীরম অমদা মায়পাক্লবগীদমক হনবা লৈতনা হোৎনবগী দরকার ওই হায়বসি মাগী ৱাঙাঙগী ইঙ্গিৎ খূদিংমক্তগী খঙবা ঙম্মী। অওইবমকসু মানা হৌজিক ওইরিবা ফীবম অদুমক অরুবনি, অফাওবা কলাকার কয়াগী তোয়না পূনফম, থেংনফম ওইরিবা মফম অসিদা হোৎনবা লেপ্পদা চোপ্পা য়াবা লৈ, মফম অদুমক মতম চূপ্পদা চাংয়েং তৌফম ওইবা মৈফম অমনি।

মহাক্না নৌনা লাক্লিবা ঐঙোন্দা বাঙ্গালীশিংগী মশক অমুক তাক্লদুনা হায়রকই, "মখোয়সি তিন্নবদা লুবনি; মখোয়গী মপূক্লীংগা মায়থোঙগী মতৌগা থেন্নৈ। মখোয়সি অশিংবা কাঙলূপনি। মৈতৈদি খজিক্তং শাউরবসু নুংঙাইরবসু মায়থোঙদা লোইনা উথোকই, অদুগা মখোয়দি মদু নত্তে, মখোয়দি য়াম্না মনুং-মপাল নাইনা চৎপনি। মৈতৈগী অচম্বা মতৌগা মখোয়গা চান্নদে। মখোয় অয়াম্বা মচীন-মখা য়াংবা, মীঙোন্দা হরাউ-হরাউ

তৌগনবা কাঙবুনি, তিন্নবদি নুংঙাইবনি, অদুবু ঐখোয়না মখোয়বু ইচম চন্না হেক্তা লৌবদি য়াদে। মখোয়গা তিন্নবা তারবদি ঐখোয়সু মখোয়গুম্না শিংবা, মখোয়গী মনুং-মপাল নাইনা চৎপা মওঙ অদুমক খঙনা তিন্নবা তাই।"

মানা তাক্লিবদু ঐঙোন্দা অনৌবা পারা অমনি। ঐগী মরূপ হান্না মফম অদুদা লৈরম্লবা প্রেমকান্তদি মদুগী মরমদা খরা খঙলম্বা য়াই, অদুবু ঐদি মদুগুম্বগী মরমদা করিমতা খঙদ্রি।

ঐখোয় অনী মাগা ফনা কুইনা হীরম কয়াগী মরমদা ৱারী শাদুনা ফম্লগা মাগী ময়ুমদগী থোরক্লে। অমুক অৱাংবা মনা পূংবা উপালশিংগী মরক্তা হল্লকপা অদুদা হান্নগুম্না লৈনম্না হাবমখৈ নম্লকই। মথক্তা য়েংখৎপদা থাদু অতিয়াদা ফনা ৱাংনা কারম্লে। ঐ মফমদুগী কল্লবা ময়াই অমনা শুম্নাত্তুনা চৎলি। লৈনম অদুমক শান্তিনিকেতনগী থৱায়নি, মদুদা হায়ফম খঙদ্রবা অর্থ অমা য়াওরি, অরোনবা পাউখোঙ কয়া ফুপ্লি। শান্তিনিকেতনগী নুংঙাইবা হায়বদুমক নুমিদাং অদুগী তেল্লবা মীকুপ অদুদা মপূং ফানা ফংলবগুম নীংই।

নুমিদাং অদু ঐ পুক্নীংদা অনৌবা ৱাখলগী ঈথক কয়াগা লোয়ননা হোষ্টেলদা হল্লকই।

মিং চন্দ্রিঙৈ, লাইরিক তম্বা হৌদ্রিঙৈগী মতম অদু ঐখোয় শান্তিনিকেতনগী মফম কয়া কোয়দুনা য়েংই। অসুম্না চৎপসি অয়ূক নত্ত্রগা সন্ধ্যারাইরমদা হেক হেক চৎলি। নুংথিল ঙল্লিঙৈদদি নুংশা য়াম্না শাই, চথোকপা নুংঙাইতে। আগষ্ট থা হৌরকপা মতম অদুদা শান্তিনিকেতনদদি য়াম্না শারি। লৈঙাঙ ওইনা তৌবা লৈবাক অদুদা অরংবা নুংশানা য়ৈবদা অকন্নবা খাঙবা ঙমদবা মৈশা অমা থোকই। শান্তিনিকেতনগী অকোয়বদা হৌরিবা উপালশিং, লৈরিবা লৌবূক-লম্নাঙ, তাম্লবা লম্বী, অশংবা লম্পাক পূন্নমক নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা ইরং লংখৎনা মীৎ থক্কৎনা উই। অসিগুম্বা মতমদদি ঐখোয়সু অয়াম্বা মতমদা হোষ্টেলদগী হেন্দোক্তে।

সন্ধ্যা য়ৌরমদাইদা লংনা থোক্লম্বা নুমিৎ অদুনা নোংচুপ থংবা অতিয়াদা হাইথখিদুনা অঙাঙবা শেমগী মতৌগুম্না কোরোক কোয়না মমি শাম্না লৈ। মতম অদুদা খরদি ঈংথরকই, অদুবু ওমচাক্লবা অদুদি লৈরি। অসিগুম্বা মতমদা ঐখোয় শান্তিনিকেতনগী লম্বী-সড়ক কয়াদা কোয়বা চৎলি। কলা ভবনলোমদা চৎপদা লম্বীদা জগোই তম্বী, ঈশৈ তম্বী বাঙ্গালী নুপী কয়া পুন্না পুন্না চৎলি, মখোয় কনাগুম্বনা রবীন্দ্র-সংগীত হৌনা ঙংদুনা চৎপা য়াওই। শান্তিনিকেতনদদি রবীন্দ্র-সংগীত অসি মফম অয়াম্বদা তাবা ফংই; মদু শান্তিনিকেতনগী মরু ওইবা শক্তম অমনি। ঈশৈগী সুর অদুমক মফম অদুগী হৱা-নুংশিৎকা

য়াম্না চুশিন্নখ্রবগুম নীংই। সড়ক্কী নাকন্দা লৈবা য়ূম নত্ত্রগা ক্বারটর্স পূন্নমক হৈকোল-লৈকোল ফজনা শেমদুনা লৈনৈ। হৌরিবা উপাল, হৈপাল-লৈপাল খূদিংমক থোইদোক্লা মনা জুম জুম লাউনা পূংনা উই। শারবসু মফম অদু লৈহাউ য়াম্না চেনবা লমদম অমনি হায়বদু অদুম য়েংবদা খঙবা ঙম্মী। অশংবা মনা পূংলবা উপাল অমদি লৈকোলগী মরক্তা য়ূমশিংনা লৈবদু থোইদোক্লা ফজবা মতৌ অমা লৈ। মফম অদুদা শাৎপা লৈ খূদিংমক পাম্বীনা পৃবা ফাওবা ঙমদবমখৈ হৈথদুনা শাৎলি। মরু ওইনা য়ূম খরগী ময়াদা হৌরম্বা খাগীলৈহাউ পাম্বীশিংদগী লৈবাক্তা হৈথেবা মওঙদা শাৎলম্বা লৈশিং অমদি পাম্বীগী মখোঙ অকোয়বদা অশংবা নাপী মথক্তা কৃংনা চাইদুনা কেনবা লৈশিং অদু য়েংবদা তশেংনা পূক্নীং হূনীংঙাইহনি, মখোয়গী মনম অদু লম্বী-সড়ক খূদিংমক্তা শীনথুংনা নল্লকই।

নুমিৎনা তপ্না তপ্না তাথ্রবা মতুংদা অরুবা অতিয়াদা থানা লংনা থোরকই। থাবলগী মঙাল অদুনা লৌবুক-লম্মাঙ, শাল পাম্বীশিং, অতৈ উপালশিং অমদি য়ূমশিংগী মথক্তা য়ৈবদা প্রকৃতিগী অনৌবা ফিজেৎ অমা হোংবগুম উরে। দৃশ্য অদুদা করিগুম্বা পূমঈং ঈংবা মতৌ অমা লৈ।

ঐখোয় অচীকপা মফম থিদুনা লম্মাঙ ওইবা ৱাংখৎনা লৈবা, মনাক্তা রেলগাড়ি চেনবা শান্তিনিকেতনগী মতাই ওইনা তৌবা মফম অমদা ফমদুনা ৱারী শাদুনা লৈবা য়াওই। মদুগী ৱাংমদা লৌবুক অদুম লৈরে। মফম অদুদা ফম্লগা ঐখোয় য়ূম্বু নুংশিরকপগী ৱারী কয়া শানৈ, ফজবা দৃশ্য অদুনা মরম খঙদনা ঐখোয়বু পূক্নীং য়াম্না লাওতক্লহল্লি। ঐখোয়না ফম্লিবা অতোঙবা অঙম্বা মফম অদুদগী লুথনা মখাদা লৈরিবা রেলগী তালিদা রেলগাড়িনা, হাংদোক্লবা থোঙনাউদা যাত্রিক কয়া তোংবা উনা অহৌবা হোর্ন খোংদুনা অকনবা নুংশিৎকী শাফুগা লোয়নননা মখোল হৌনা মরক মরক্তা চেল্লি। মদুনা ঐখোয়বু খঙহৌদনা য়ূমগী ঈখৌলাংবা ৱাখল অদু হেনগৎহল্লি। তোংলিবা যাত্রিকশিং অদুগী মনুংদা কনাগুম্বনা ময়ূমদা চৎলিবনি হায়বগী ৱাখলদা মখোয়বু কল্লকপা পোক্লকই। য়ূম নৌনা থাদোরকপগী পূক্নীং নুংশিবা ৱাখল অমা মতম পূম্বদা থম্মোয়দা ফাওই। ঐখোয় মফম অদুদা ফম্না কুইনা ৱারী শাদুনা ফম্লগা হোষ্টেলদা অমুক হল্লকই।

অসুম্না নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। ঐ আগষ্টগী তাং ১১ দদি এম, এ, গী মিং চল্লে। মদুগী মতুংদদি হোষ্টেলগী কা ফংলে। ইবোপিশক্তা ঐগা কা অমতদা লৈমিন্নে, অদুগা জয়চন্দ্রগা লোকেন্দ্রজিৎকা অতোপ্পা থংনবা কা অমদা পূন্না লৈ। মিং চল্লবা মতুংদসু সেসনদি ফনা

কুইনা হৌদ্রে। ঐখোয় মতম খরদু তূম্বগা, চাবগা, কোয়বগা তৌদুনা লেল্লে।

মতম অদুদা কাছাড়দগী লাকপা শান্তিনিকেতনদা মণিপুরী জগোইগী ওজা ওইবা মৈতৈ মচা অমা লৈরম্মী। মহাক্না চিংদুনা ঐখোয়বু শান্তিনিকেতনগী উদ্রিবা মফম কয়া য়েংহল্লি। ঐ মহাক্কী মমিংদি নীংশিংবা থোক্লে, মাগী মশক, মওঙ-মতৌ অদুদি নীশিংলি। মহাক ফৈজোম শেৎলি, লফূলৈওন মচুগী মুগাগী পূময়াৎ অমা লীথলি, মীয়ায় ওইনা চাউই, মশা পারপ তৌই, কুলৈ কুচুনি, মৈতৈরোন ঙাঙবদা খরা খোই, ৱাহৈ কয়া চানদনা ওন্ন-তৈননা হায়রকপসু য়াওই। নোংমা সন্ধ্যাদা মহাক্না ঐখোয়বু কলা ভবনদা পুদুনা মণিপুরী জগোই তম্ফম ক্লাস অদু য়েংহল্লি। ক্লাস অদুদা সাড়ী শেৎপী বাঙ্গালী নূপী ময়াম্না মৈতৈ জগোই থেক্লুনা লৈরম্বা অদু উবদা পুক্নীং খৎনুং নুংশিবা পোকই। মণিপুরগী ৱাংমদা অদুগুম্বা মণিপুরী জগোইগী ক্লাস অমা উবদু মদুনা অহানবনি।

নোংমনা মহাক্না ঐখোয়বু টেগোরনা লৈরম্বা মফম অদু য়েংহন্নবা পুই। লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক্না ঐখোয়দা মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথনা মখোঙদা ধ্যান তৌরম্বা মনা পূংবা ছাতিম উপাল অনী অদু য়েংহল্লি। টেগোরনা লৈরম্বা ময়ুম অদু য়৾ৌরগা মদুদা হৌজিক ফাওবা নীংথিনা য়োক্লুনা থল্লিবা হৈকোল-লৈকোলগী ফজবা অদু উবদা অঙকপা পোকই, অদুম্না ফজবা হৈকোল-লৈকোল ঐ পুন্নীদা অমুক্তা উখিদ্রি। যতন তৌনা কক্লুনা শেম্নবা পাম্বীশিং, মখল কয়াগী লৈ-শূশিং পূন্নমক অদু উবদা স্বর্গগী নন্দন-কানন হায়বদুমক য়৾ৌনা ফজরমগদবোই নীংই। ঐনা উবদা থুক লাউখিবা অমদি মনানা লৈবাক্কা কোয়না শন্নদুনা মউগী অকোয়বদা মনা ময়ামদুনা উপশিন্দুনা কোয়শিনখ্রগা মনুংদনা খাংপোক অমগী মনুংগুম্না নান্না লৈরিবা, কয়া ৱাংদবা উপাল অমখক্কী শক্তম্নি; মদুগী মনুংদা টেগোরনা হেক হেক ফমদুনা পোখাবা অসিনচিংবা তৌরম্মী হায়নৈ। মশক নাইবা অথোইবা কবি অদুনা লৈখিদ্রবসু মানা পামজরম্বা পোৎশিং, লৈতেং অমদি খূদমশিং অদু উবদা মাগী আত্মানা মখোয়শিং অদুগী মরক্তা লৈরিবগুম নীংই।

ঐঙোন্দা খ্বাইদগী নুংঙাইনা থোকখিবদি টেগোর মিউজিয়ম অদু য়েংবদনি। শান্তিনিকেতনদা খ্বাইদগী মরু ওইবা য়েংবা য়াবসি মদুনি হায়নীংই। মদুদা কবিগা মরী লৈনবা মরু ওইবা পোৎ খূদিংমক উত্তুনা থম্মী — মাগী খূৎই য়াওবা চেনাশিং, মানা ফংলকপা নোবেল প্রাইজ, মঙোন্দা তৌরকপা খূদোলশিং, মানা ইরম্বা কলম, শীজিন্নরম্বা পোৎশিং অসিনচিংবা কয়া। মানা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিং — চিনা,

জাপান, জরমনি, রুসিয়া, ইংলেণ্ড, অমেরিকা অসিনচিংবদা চৎলুবগী ফোটোশিংসু উৎলি। মফমশিং অদুদা মীয়াম্না মাবু হরাউ-তয়াম্না ওকপগী মতৌ অদু ফোটোশিং অদুদা উবদা মাবু পৃথিবীগী মীয়াম্না কয়া য়াম্না ব্যবহার তৌবগে হায়বদু খণ্ডবা ঙম্মী। মহাক্না ওক্সফোর্ড য়ুনিভরসিটিদা ভাষণ পীবগী ফোটো অমসু য়াওই। মিউজিয়ম অদুদা লৈরম্বা মরু ওইবা পোৎ খূদিংমক্তি লোইনা নীংশিংবা ঙমদ্রে, অদুবু মখোয়দু উবদা পুক্নীংদা ফাওখিবা মপূং ওইবা ৱাখল অমতংদি অসিনি ঐনা রবীন্দ্রনাথপু অচৌবা কবিনি হায়না হান্না খঙলম্বা অদু মপুং য়াম্না ফারমদ্রে। পোৎশিং অদু উরগতা মাগী মগুণদু শরূক চামা হেন্না চোংথোরকই। ঐখোয়সু মানা লিংখৎলম্বা বিশ্বভারতীগী ছাত্র ওইরবনি খল্লুবদা পুক্নীংদা নুংঙাইবা ফাওই।

নুমিৎ অদু ঐনা শান্তিনিকেতনদা লাকপদগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনি।

ঐ নুমিৎ য়ুংবা কালগী চখোক্তবা মতমদদি হোষ্টেলদা লেনবদা খরা ৱাই। নুংশা শাবা মতম অদুদা ছাত্র খূদিংমক তূমদুনা লৈনৈ। ঐদি চাকখাউগী নুংঙাইতবা লৈবা অদুনা মরম ওইদুনা নুংথিল তূমদে। করিগুম্বদা ইথন্তা কাদা তূমিন্না লৈরম্বদগী মপান্দা থোক্তুনা ভেরেন্দাদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈবা য়াওই। কা খূদিংগী খোঙনাউদা য়েংবদা ছাত্র খূদিংমক্না মাগী মাগী ফমুংদা অশিবগুম্না তূমদুনা লৈবা অদু উবদা ঐসি ময়ামগা মান্নদ্রবা, নায়তোম তারবা মী অমগুম্না খল্লি। অসুম্না ইথন্তা চীক্না লৈরবা মতমদা য়ূমগী ৱাখল কয়া খল্লকপা য়াওই নত্ত্রগা হকচাংদা লৈরিবা অনাবগী মরমদা খল্লকপসু য়াওই। শান্তিনিকেতনগী ফজবা দৃশ্য কয়াশিং অদু উবগী নুংঙাইবগী মরক্তা অসিগুম্বগী মরমদা খল্লুরগা অরোনবা অৱাবা ৱাখলসু মরক মরক্তা চঙলকই। অদুগা অমুকসু মফম অদুদা লাক্লিবা অদু মহৈ তম্বগী অরুবা থৌদাং অমা পুদুনা লাক্লিবনি খল্লুবদা করিগুম্বা মশক উদবা লীপুন অমনা ইশাসি পুল্লিবগুম নীংই। অসুম্না অচীকপা মতমদা পুক্নীংদা ৱাখল কয়া মওল মওল খল্লি।

মতম খরা লৈরবা মতুংদা ঐখোয়গী সেসন হৌরে। মদু সেপ্তেম্বরগী তাং ৫ দনি। নুমিত্তুগী অয়ুক্তা জয়চন্দ্রগা ঐগা ইংলিস ডিপার্টমেন্ট তান্না চৎলে। ঐখোয় ক্লাস তৌফম্নচিংবা করিমতা খঙদে, ডিপার্টমেন্টকী ময়াদা হৌবা উ অমগী মখোঙদা লেপ্তুনা লৈরিঙেদা মী খরা মুবী, মমীৎ-মনা শিংবী, মশাখীংবী বাঙ্গালী ছাত্রী অমনা ঐখোয়দা হংলকই, "করি ক্লাসতা তমগদবনো? কদায়দগী লাকপনো?"

ঐখোয়না খুম্মী. "ঐখোয় এম, এ, ইংলিস তমগদবনি মণিপুরদগী লাকপনি।"

মদু তাবদা মহাক্না মহাকসু ক্লাস অদুদা তমগদবনি হায়দুনা হরাউ-হরাউনা ঐখোয়বু ক্লাস তৌফম তাক্কুনা চিংদুনা চৎলে। মহাক্কু মচীন-মখা য়াম্না য়াংই, ঐখোয়বু করিমতা কোইবা তৌদে। ঐখোয় কোন্না খঙলকই মহাক বিদ্যা ভবনগী প্রিন্সিপালগী মচানুপীনি, মমিংনা নীলা দাস কৌই। মহাক্তি মফম অদুদগী বী, এ, পাস তৌরকপনি, নৌনা লাকপা ঐখোয়দা মহাক্না ডিপার্টমেন্টকী ক্লাস তৌফম, ওজাশিংগী মশক, লাইব্রেরিনচিংবা কয়া তাকই। মহাক্না লোয়নননা ঐখোয় ক্লাসতা ফমদুনা লৈরে। নুমিত্তুদদি অতৈ ছাত্র কনামতা লাক্ত্রি, মহাক্না জয়চন্দ্রগা ঐখোয় অহুমতনি।

অহানবা চঙলকপা ওজা অদু ফৈজোম শেৎপা, মী খরা পীকপা, অহল ওইরবা ওজা অমনি। মাগী মশমদু পোংলপ তৌনা নান্না হাৎলি, মমীৎ থৌই, অহল ওইবগী য়াম্না ঈংথবা মতৌ অমা লৈ। মহাক অরিবা সাহিত্য তম্বীবা ওজানি। মহাক্কী মমিং কালি প্রসাদ ভট্টচার্য্য কৌই। মহাক্না ঐখোয়গা শকখঙ-মায়খঙনবা ওইনা ৱারী খরা শারবা মতুংদা অসুন্না হায়রকই, "নখোয়না তম্লিবা মফমসি বিশ্ব-কবি রবীন্দ্রনাথনা শেমগৎলম্বনি খন্দুনা মাবু মতম চুপ্পদা নীংশিংগদবনি।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা নুংঙাইবা পোকই, মফম অদুগী অচৌবা স্কোলারশিংনা রবীন্দ্রনাথপু কয়া ৱাংলা থাঙ্গৎপগে হায়বদু খঙবা ঙম্মী।

মহাক্না নৌনা লাক্লিবা ঐখোয়দা মফমদুগী মরমদা ৱারী ঙহাক শাদুনা লৈ, অদুদগী ঐখোয়দা হোষ্টেলদা লৈবগী চাব-থকপগী মরমদসু হংলকই। জয়চন্দ্রনা মদুগী মরমদা পাউখুম পী।

নুমিৎ অদুদা অতৈ ওজা অনী-অহুমসু উন্নরকই, মখোয়গসু চুম্না ৱারী-ৱাতাই খরা শানরগা ক্লাসতি তৌরক্লে।

মথংগী নুমিৎশিংদা ক্লাস চাংনাইনা তৌবা হৌরে। ওজা অয়াম্বা কা মনুংদা ক্লাস তৌই, অদুবু ইংলিস ফিলোলোজি তম্বীবা ওজা অমখক্তংদি উগী মখোঙদা ক্লাস তৌই। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা অনৌবা ছাত্র-ছাত্রী খরগা লাক্কুনা ঐখোয়গী ক্লাস অদু ঐখোয় নুপা মরিগা নুপী মরিগা পুন্না নীপাল শুরে।

মতম অদুদদি লাইরিক পাবগী থবক কন্না হৌরে। লাইব্রেরিদা চত্তুনা লাইরিক থিবা, ৱায়বা অসিনচিংবা তৌই। লাইরিক তম্বা হৌবগী লাঙতক্কবা, নুংশাথীবা অমসু ইশাদা

লৈ, খঙদবা কয়া খঙনবা হোৎনবগী অৱাবা অমদি হোৎনগদবা কয়া হোৎনহৌদদুনা অরেম্বদা মতম হৌখিগদ্রা হায়বগী অকিবা ৱাখলসু লৈ। ঐনা মফমদুদা লাক্লিবদু লাইরিক তম্নবগীদমক্তনি হায়বা ৱাখল অসি মতম পুম্বদা থম্মোয়দা লেঙদনা লৈ।

মরক মরক্তা ঐখোয় বোলপুর তান্না লাইরিক লৈবা চৎলি, ফংদবা লাইরিক কয়ানা কলিকাতাদগী চেনবীনবা ষ্টোরদা ওর্ডর তৌই। নোংমদি রবীন্দ্রনাথকী ইংলিসতা ইবা *গীতাঞ্জলি* অসি লাইরিক্ য়োনফম অমদা য়াওবা থেংনরুরে। ঐনা ঐগী তম্নবা লাইরিক খরগা লোয়ননা মদু লৈদুনা পুরক্লে।

হোষ্টেল য়ৌরগা ঐ *গীতাঞ্জলি* অদু পূক্নীং চঙনা পাবা হৌরকই। শান্তিনিকেতনদা লৈনা লৈনা রবীন্দ্রনাথকী পৃথিবী ফাওরবা কবিতাগী লাইরিক অদু পাবদা থোইদোক্না নুংঙাইবা ৱাখল অমা পোকই। মতম অদুদা ঐগী পুন্সীগী লৌশিং কয়া ৱাৎলি; লাইরিক অদুনা অহানবা ওইনা ঐঙোন্দা পীখিবা ঈশ্বরগী অমদি আধ্যাত্মিক্কী ওইবা ৱাখলগী ইথিল অদু অঙকপনি। মদুনা ঐবু পূমশুম শুন্ধাৎলি। টেগোরনা ঈশ্বরবু হকথেংননা থেংনবগুম তৌনা ফোঙদোকপা ৱাখল, মাগী নুংগী অঙকপা আধ্যাত্মিক অভিজ্ঞতা পূন্নমক অদু ঐঙোন্দা য়াম্না নৌনা থোকই।

ঐনা মদু পাবগী নুংঙাইবা ময়াই অদুনা কাব্য অদুগী অহৌবা শরুক খরা ফাওবা মৈতৈরোন্দা হন্দোক্নুনা শান্নে। নোংমা নুংথিল অমদি ঐনা জয়চন্দ্রগী কাদা চক্নুনা ঐনা হন্দোকপা কবিতাগী অহৌবা শরুক অদু মঙোন্দা পাদুনা তাহল্লি। মহাক্না মদু মুন্না তারগা ৱাহৈ খরা অকরুনা পুথোক্লদুনা মাগী মত পীদুনা হায়রকই, "ৱারেংগী মওঙ মাল্লিবা ৱাহৈ খরসি শেমদোক্নুনা খরা নৌথবা শৈরেংগী মওঙদা ফোঙদোক্লবদি হেন্না ফজগনি।"

ঐ মাগী মত অদু মুন্না তাশিল্লি। অদুবু ঐগী হন্দোকপগী থবক অদুদি অসুম পাবদা নুংঙাইবগী ময়াইনা মতেক খরা তৌরুবনি, শৈরেং অদুবু মপূং ফানা হন্দোকপগী থবক্তি তৌখিদ্রে।

ঐ মরু ওইনা ঐগী অতম্বা লাইরিকশিং অদু চাংনাইনা পাদুনা হোৎনরে।

ক্লাস চাংনাইনা হৌগৎলক্লবা মতম অসিদা ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অমনা ঐগী হান্নগী চাকখাউগী নুংঙাইতবা অদু অমুক হৌরক্লে। মরু ওইনা অয়ুক অঙনবদা ক্লাস তৌবা অদু ঐঙোন্দা পক্লদবদৌনা তৌই। ক্লাস য়াওরিঙৈদা পূক্তা শাবা ফাওরকই। অদুম্না হকচাংদা

নুংঙাইতবা অদুনা ওজানা তাক্লিবা অদুদা পূক্নীং চঙবা ঙমদবা য়াওরকই। ক্লাসতা মী য়াম্না তমদবগী নুংঙাইতবা অমনা ওজাগা নক্না মায়য়োক্নুনা ফম্বা অদুদা মানা ঐখোয়গী মওঙ-মতৌ খূদিংমক মুন্না উই। নোংমদি ইকাইবা থৌদোক অমা থোকখ্রে। ওজা অমনা তাকপদা ঐগী হৈনীংদবা, পূক্নীং চোইথোকপা মানবা মায়থোঙগী মতৌ অদু উখিদুনা মানা পেন্দবা মওঙদা হায়রকই, "নহাক কৈদৌরে?"

ঐ মদুদা পাক খুম্ফম খঙদনা তুমিন্না লৈ। মহাক্না তাকপা অদুদা ঐনা পূক্নীং চঙদবা মান্না লৈবা অদুদা মহাক নুংঙাইতবা মাল্লি। মানা তাকপা অদুদা ঐসি লৌশিনবা ঙমদবা, অশোনবা ছাত্র অমনি হায়না খল্লম্বসু য়াই।

অহল ওইরবা ওজা অদুনা করম্না খঙবা ঙল্লিবনো খঙদে ঐগী মায়থোঙ য়েংলগা খঙহৌদনা অমুক হংলকই, "নহাক চাকখাউগী নুংঙাইতবা লৈব্রা?"

অকোনবগী ৱাহং অসিদদি ঐ মদুগী নুংঙাইতবদু লৈ হায়না অশেংবদু খুমখ্রে। অদুদগী মানা ঐবু নুংশিবগুম তৌনা য়েংলগা অনাবদুগী মরমদা ঐনা চেকশিনগদবা, চাগদবা চিঞ্জাক্কী মরমদা মীকূপ খরদং তাক্লকই। ঐ ক্লাসকী ইমান্নবশিং অদুগী মমাঙদা খরদং ইকাইবা অমদি পূক্নীং নুংশিবসু পোক্লকই। ঐগী হকচাংগী মরমদা ওজাদুনা অদুম্না অখন্ননা পূক্নীং চঙবা মানবা উৎপদু ঐ ইনুং নুংঙাইতে।

অসুম্না হকচাংদু কয়া নুংঙাইতনা ক্লাসশিং অদু নম-হাদুনা য়াওরে। ঐ চিঞ্জাক্কী মতাংদা খরা চেকশিন্নবা হোৎনৈ, অদুবু মদুগী থোইনা কান্নফম ইখঙ খঙদে। অয়ূক্কী ক্লাস অদু য়াওবদা পূক শাবা অদুম কন্না ফাওই। ঐগী ৱাখলদা চিংনবা পোক্লকই, ঐগী পূক নুংঙাইতবা মওঙ অদু অদুম্না অদুম চথরবদি লাইরিক তম্বদুদা য়াম্না অরূবা ফীবম লাক্কদৌরি হায়বসি খল্লকই।

মতম খরা হৌখ্রে। ওক্তোবর থাদা দুর্গাপূজাগী ছুটি থাদুনা থা অমরোম খরা হেন্না য়ুমদা থোক্তুনা লৈরুই। ঐনা য়ুমদা লৈরিঙৈদা ডাক্তর য়েংদুনা হীদাক-লাংথক চাদুনা কন্না ফনবা হোৎনরকই। অদুবু হকচাংগী ফীবমদি ইফ ফগৎলক্তে। ঐ অমুক হন্না শান্তিনিকেতনদা লাকপদু য়াম্না নীংজিং-মাঙজিংনবা লাকপনি। পূজা ছুটি কারবা মতুংদা ক্লাস য়াওবদুদদি হকচাংগী নুংঙাইতবদু অমুক হেন্না হেঞ্জিল্লক্লে।

নোংমা খুরা অমুবীগা উন্নবদা ঐনা ঐগী হকচাং নুংঙাইতবগী ৱারীদু মঙোন্দা শারে। মহাক্না হায়রকই, "ঐগা নোংমা চৎমিন্নরগা ডাক্তর অমুক্তং য়েংথোক্লুসি।"

ইবানী লেপ্পবা নুমিৎ অমদা মহাক্কা ঐখোয়গী হোষ্টেলদা লাক্কুনা ঐবু শান্তিনিকেতনগী লনাই লায়য়েংফম অমদা পুরে। মহাক্কা হায় মদুদা লায়য়েংলিবা ডাক্তর অদু শান্তিনিকেতনগী হোসপিটালদা চিফ মেডিকেল অফিসার ওইরম্বদগী থবক্তগী পোখারবা মীওইনি, মনানূপা ডাক্তর অমসু মাগা লোয়ননা লায়য়েংমিন্নবগী থবক তৌই। খুরা অমুবীনা মফম অদুদা কুইনা লৈরকপদগী ডাক্তর অদুগী মগুণদু মুন্না খঙনা, মাবু য়াম্না থাজনা ঙাঙই।

ডাক্তর অদুগী লায়য়েংশঙদু য়ৌরগা উরে মদুদি মদু কা অনীরোমদা লৈবা ইচম চম্বা শঙ অমনি। অচৌবা সহরদা লৈবা অচৌবা লায়য়েংশঙ অদুগুম্বা নত্তে, খূজু-খূৎলাই থোইনা ইরৈ লৈতে।

ঐখোয়না ফম্ফমকাদা ফমদুনা ঙহাক লৈরবা মতুংদা ডাক্তর অদু অতোপ্পা মী অমা য়েংবা লোইবগা কাদুদা থোরকই। মহাক ফৈজোম শেৎপা, অহল ওইরবা, মপোক হৌরবা মীশক অমনি, য়াম্না লেম্মী, মগুণ লৈনা উই। খুরা অমুবীনা মঙোন্দা ঐবু মশক তাক্লগা ঐগী চাকখাউগী অনাবা অদুগী মরমদা মঙোন্দা ৱারী শারকই।

ডাক্তর অদুনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ঐগী পূক্তা নুংঙাইতবগী মওঙ কয়াদু কূপ্না হংলকই। ঐনা মঙোন্দা ঐগী নুংঙাইতবা পূন্নমক্তু লীরে।

মদু মুন্না তারবা মতুংদা মহাক্কা ঐবু হীপহন্দুনা যন্ত্র থাদুনা য়েংলকই। মহাক্কা মতম চঙনা মরক মরক্তা ঐঙোন্দা ৱাহং হংদুনা য়াম্না কূপ্না য়েংই। অদুম্না য়েংবা লোইরগা মহাক্কা ঐবু হৌগৎনবা হায়রকই, অদুদগী মহাক্কা টেবল ময়াদা ফমদুনা হীদাক মমিং ইরকই।

মহাক্কা হীদাক ইনা ইনা হায়রকই, "অনাবা অসি হীদাক ঙাক্তনা ফহনবদি ঙম্লোই, অচম্বা চিঞ্জাক চাবা, পোথাবা, থবক তৌবদা চাংনাইবা অসিনচিংবা য়াম্না দরকার ওই।"

মহাক্কা ঐঙোন্দা তুমদবা পোৎ — অতাউবা, হৱাই-চেংৱাইনচিংবা চাদনবা হায়রকই।

মহাক্কা এন্তাসিড টেবলেট, কোড-লিভর ওইল অদুগা ভিটামিন অমগা ইদুনা থারকই। মখোয়দু চাবগী মওঙ অমদি মতম তাক্লগা মহাক্কা অমুক হায়রকই, "অয়ূক্তা অফূৎপা য়েরুম অমা চাউ, শঙ্গোম গ্লাস অমা থকউ, মদুদা কবোক মুড়ি থাদরগা চাবা য়াই। নুংথিল অমদি নুংদাং তূম্নমদাইদসু শঙ্গোম গ্লাস অমমম থকউ।"

ঐনা লায়য়েংবা হল্লক্লবা মতুংদা ডাক্তর অদুনা ইবা হীদাকশিং অদু চাবা অমদি মানা হায়বা চাব-থকপগী নিয়ম খূদিংমক অদু তৌবা হৌরে।

হীদাক চাবা অমদি মানা পীরিবা চাব-থকপগী নিয়ম ময়ামদু ইনবদা য়াম্না ৱায়।

লাইরিক পাবদা মতম য়াম্না শীৎলি। অদুবু ঐ চেকশিন্না মানা তাকপা খুদিংমক তৌরে। অসুন্না তৌদুনা য়েংবদা মতম খরদি হকচাংগী ফীবমদু খরা ফগৎপগুম নীংই, অদুবু খরা লৈরগা হান্নগুম্না অয়ূক ক্লাস য়াওবা চৎপদুদা পূক অমুক শাবা হৌরকই। ঐ তশেংনা থৱায় ৱাবা, নীংবা কায়বা হৌরক্লে।

মতম অদুদা ঐঙোন্দা শেলগী সমস্যা খরসু লৈ। পূজা ছুটি থোক্লুবদা য়ূমদগী য়াওবকপা পৈশা অয়াম্বা হীদাক-লাংথক লৈবদা লোইখি, দরকার ওইবা লাইরিক কয়া লৈবা ঙমহৌদে। য়ূমদগীসু ঐঙোন্দা অকক্লবা পৈশা খবদগী হেন্না থারকপা ঙমদে। ঐগী ইচেসু মতমদুদা লক্ষ্নৌ য়ুনিভরসিটিদা এম, এ, তম্লি, মবম অদুনা য়ূমগী অহল-লমন্না ইবানীমক্কী পৈশা থাবদা ৱানা থোকই। অসিগুম্বা ফীবমদা ঐগী ৱাখল অদু ইপঙ পঙশিল্লি। ঐ য়ূমদগী শেৎলকপা খোঙ্গ্নাউ-ফূরিৎ অমদগী হেন্না লৈতে, অতৈ তূবা ঙমদে। নুংঙাইতবা অমনা মতম অদুদা ছাত্রশিংগী ফিজিকেল ট্রেনিং ক্লাস অসি তঙায়ফদনা যাওদবা য়াদবা অমনি. মদুগীদমক অঙৌবা খোঙ্গ্নাউ-ফূরিৎ শেৎকদবনি হাযবা নিয়ম লৈ। ঐ পি, টি, ক্লাস অদুদা য়াওনবা দ্রেস লৈতবদগী মদু যাওদ্রে। অদুবু মদুগী সমস্যা অদুমদি খরা লৈবগা উচিন নাচিন্না কোকখ্রে, ঐখোযগী হোষ্টেলদা লৈবা ছাত্র লুচিংবা খরনা ঈরাং হৌদুনা এম, এ, তম্বা ছাত্রগীদমক্তি পি, টি, ক্লাস অদু তঙায়ফদবা ওইহনখিদ্রে।

নবেম্বর থাগী লোইরমদাই অদুৱাইদদি ঐগী অনাবা অদু য়াম্না হেঞ্জিল্লক্লে। অয়ূক্তা ক্লাস তৌবদুদা ঐগী পূক অসি শাবনা প্রোক প্রোক চাক্তুনা ফম্বা ঙম্লক্ত্রে। ঐ ক্লাস কয়া চৎপা ঙম্লক্ত্রে। ঐ অরোইবা ওইনা নোংমা ইমান্নবা অমগা লোয়ননা শান্তিনিকেতনগী হোসপিটালগী চিফ মেডিকেল অফিসারগী মনাক্তা চত্তুনা ঐগী অনাবা অদু য়েংহল্লে।

ডাক্তর অদু চহী কুন্থ্রামঙামুক্কী লেঙ্গা ওইবা য়াই, মীয়ায় ওইনা চাউই, মশক-মতৌ ফজে, মশা-মউ য়াম্না নাল্লি, মশম নান্না হাৎলি, পীক্লবসু শান্তিনিকেতনগী হোসপিটাল অদুগী মকোক ওইবগী তোঙানবা চীংলেম্বা মতৌ অমা মঙোন্দা লৈ। মহাক্না ঐখোয়বু শান্তিনিকেতনদা তম্বা ছাত্রনি হায়দুনা লুনা হরাউ-হরাউ তৌই। অদুবু মহাক্কী মশাদা নাপল অমদি লৈ। মহাক্না ঐখোয়দা ৱারী শারকপদা মহাক ফোরেন য়ুনিভরসিটি অমদা তল্লকপগী ৱা হায়রকই। মহাক মশাবু য়াম্না থাজনা উই, অদুগা ৱা ঙাঙবদা মমীৎ-মনা য়াওনা লায়য়েংবগী লমদা মাগী হৈশিংবা অদু ঐখোয়দা য়াম্না উৎনবা হোৎনৈ।

মহাক্না ঐগী অনাবা অদুগী মরমদা হংলকপদা ঐনা পূক্কী নুংঙাইতবা মওঙদু মঙোন্দা

ৱারী লীদুনা খঙহল্লগা ঐনা হান্না বাঙ্গালী ডাক্তর অমদা য়েংলুবদুগী অমদি ঐনা মণিপুরদা লৈরিঙেদা ডাঃ গফরদা য়েংলকপগী ৱা পল্লি, অদুগা মখোয়না ইরকপা হীদাক্কী মমিংশিং অদু য়েংহল্লি।

ঐগী ৱাদু তাবদা মহাক শকফম খরা হঞ্জিল্লি, মরু ওইনা শান্তিনিকেতনগী প্রাইভেট ক্লিনিক অমদা য়েংলুবা অদুনি মহাক্না নুংঙাইত্রিবা, ৱারৌবা মান্না উরিবা; বিশ্বভারতীগী ছাত্র অমনা নারগা শান্তিনিকেতনগী হোসপিটাল অদুদা য়েংদনা অতোপ্পদা য়েংফম থোক্তে হায়বসিনি মাগী ৱাখল।

ঐনা মাগী নুংঙাইতবা অদু উবদুদা ঐনা হান্না অতোপ্পা লনাই ডাক্তর অদুদা য়েংলুবগী ৱাফমদু মঙোন্দা কূপথনা হায়দ্রে।

মহাক্না ৱা কয়া ঙাঙদনা ঐবু হীপহন্দুনা ঐগী হকচাং অদু যন্ত্র থাদুনা কূপ্না য়েংলে। মদু লোইরবা মতুংদা মহাক্না ঐনা মণিপুরদা লৌরকপা এক্স-রে অমা পায়দুনা থাঙ্গৎলগা মঙান্দা খান্দুনা মুন্না চেকশিন্না য়েংলকই, অদুদগী ডাঃ গফরনা ঐগী অনাবগী ডাইগনোসিস তৌবদা "ডিউওদিনল অলসর" হায়না চেদা ইরকপা মত অদু কক্লদুনা এক্স-রে অদুগী মপা অমদা মখূৎনা থিল্লগা হায়রকই, "মসি 'ডিউওদিনল অলসর' নত্তে, চাকখাউগী মথক থংবা শরুক্তা লৈবা অলসরনি।"

মহাক্না হায়বা অদু তশেংনা চুম্রা নত্ত্রগা চুমদব্রা হায়বা অদুদি ঐ খঙদ্রে; অদুবু মাগী মায়থোঙ অমদি ৱাঙাঙগী মতৌ অদুদগী ঐনা খঙবদি ঐনা হান্না য়েংলুরিবা ডাক্তর অদু খঙবা ৱাৎলি, মানা হেন্না ফজনা মদুগী মরমদা ডাইগনোসিস তৌবা ঙম্মী হায়বা অসিনি।

মতাং অদুদদি মানা মমীৎ-মনা য়াওনা মাসি মীরৈবাক্তা তম্নকপনি হায়বগী মওঙদা নাপল অমগা লোয়ননা ঐখোয়বু হেন্না থাজহন্নবা ঙাঙলকই। মাগী মতৌ অদুদা ঐ কয়াদি হৈনদ্রবসু মাগী ৱাদু তুমিন্না তাদুনা লৈরে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ঐগী ৱাখলদি অনাবা অদু থুনা ফবনি, মানা লায়য়েংবগী লমদা হৈথোই-শিংথোইবা উৎপা অদুদা ঐ থোইনা পুক্নীং চঙলুদে।

ঙহাক্কী মনুংদা ডাক্তর অদুনা ঐগী চানবা হীদাক্কী মমিং ইরে, অদুগা হীদাকশিং অদু চানবগী মতম তাক্লকই। অইবা চে অদু পুরদুনা ঐ মাগী কাদগী থোরক্লে।

হোষ্টেল তম্না ইমান্নবদুগা খোঙনা লাকপদা ঐ ডাক্তর অদুনা তৌরকপা মতৌ অদু নীংশিংদুনা লাকই। মানা মাগী লায়য়েংবগী লমদা হৈথোই-শিংথোইবা উৎপা ওইনা নাপল

অমগা লোযননা ঙাঙজববসু মহাক্না ঐগী অনাবা অদুবুদি পূক্নীং চঙনা যেংলকপগী নুংঙাইবা অমদি লৈ। শান্তিনিকেতনদা লৈনবা মীগী অফবা মবী অদুদি মহাকসু ফজনা ঙাক্না চৎলি, মহাক্না ঐখোযবু ছাত্র অমা ওইনা নুংশিনা তৌই।

ঐ ডাক্তব অদুনা ইবা হীদাকশিং অদু অমুক চাবা হৌবে। মহাক্না ঐঙোন্দা হীদাক চাবিঙে মতম অদু যাববদি পুবা পোত্থাদুনা লৈনবা পাউতাক পী. অদুবু মতম অদু লাইবিব কন্না তমখৎলকপা মতমনি, ক্লাস যাওহৌদ্রগা তম্লিবা লাইবিক কযা খঙহৌবোইদ্রা হাযবগী নুংশাগীবা অমা ঐঙোন্দা কন্না লৈ। ঐ পোপ তুদুনা নাবগা নত্তবগা ক্লাস যাওদনা পোত্থাদুনা লৈথোকপা হাযবসি ইঙম ঙমদে, হীদাক চানা চানা ক্লাস অদুম যাওবা চৎলে।

নুংথিলগী মতমদা হোস্টেলদা ঐনা অযূক ক্লাসতা তম্নকপা লাইবিক অদু খঙনবা পাদুনা লৈ। মক ওইনা নুংথিল লাইবিক পাবা অসি পূক্তা যান্না শাবা, নুংঙাইতবা ফাওই, অদুবু ঐ লাইনিক পাদনা লৈথোকপদি কৈদৌঙৈদসু ঙমদে তম্লিবদু খঙহৌদ্রগা নত্ত্রগা পবীক্ষাগীদমক্তা হোৎনফম থোকপা কযা অদু হোৎনহৌদ্রগা কবি থোক্লগদগে হাযবগী লাঙতক্লব্বা অমা ঐঙোন্দা মতম চুপ্পদা লৈ। কবিগুস্বা ঐগী পূক্তা শাবিবা মৈশা অদু খাঙবা ঙমদবা যাওবকই, মতম অদুদা পূক্তা ফি অচোৎপা যেত্তুনা খাওই। অসুন্না লাইবিক তম্বা অমদি পানবা হোৎনবা অসি ঐঙোন্দা অচৌবা লাম্বেং অমা ওইবে। অকোনবা ডাক্তব অদুনা থাবিবা হীদাক অদুস্ন কবিমতা অদুম কান্নফম খঙদ্রে। কবিগুস্বদা অনাবা মীনা মশাগী অনাবা অদুগী মবমদা ডাক্তবদগী ফাওবা হেন্না খঙজবা কবিগুস্বা মওঙ খবা লৈ। ঐসু ঐগী পূক্নীংদা ইথন্তা খঙজবকপা অমদি ঐগী অনাবা অদু হীদাক ঙাক্তনা ফহন্নবগী আশা তৌবা কান্নববোই, পুন্সী মবেলদা অচৌবা অহোংবা অমগী দবকাব ওইবে হাযবা অসিনি। ঐনা লাইবিক তম্নবগী, পানবগী হোৎনদুনা লৈবিবমখৈদি মদু কৈদৌঙৈদসু ফবা ঙমগদবা মান্দ্রে, তমথিবা জীব অমা লরুদুনা শাউহনবগুম ঐগী লাইবিক্নী হোৎনবা অদুনা অনাবা অদুবু হেন্না শাথিবা মওঙ অমা ওইহল্লক্রে। "ঐগী অহোংবা পুন্সী হাযবসি কবিনো?" ঐ ইথন্তা হংজে। মদুগী পাউখুমদু মীকূপ খবগী মনুংদা থম্মোযনুংদগী পীবকই, "অহোংবা পুন্সী হাযববু অতৈ কবিসু নত্তে, লাইবিক তম্বা তোকপা, পুবা পোত্থাবনি।" লাইরিক তম্না তম্না পোত্থাবা হাযবদু কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্তে, ঐনা লাক্লিবা অসি পোত্থাবা লাকপা নত্তে, লাইবিক তম্বা লাকপনি, মফম অসিদা লৈবগা পোত্থাদুনা, ক্লাস যাওদনা, লাইবিক পাদনা লৈবা হাযবসি অর্থ থোক্তে। পোত্থাবা হাযবসি কযাম কুইনা পোত্থাগদৌবিবনো হাযবসু

কনানা খঙগনি? চাকখাউগী অনাবা হায়বসি ফবদা য়াম্না কুইনা চঙবা ঙাক্তনি, পুন্সীগী কোক্তবসু য়াই। অসিগুম্বা ৱাখল খল্লকপা মতমদা ঐ য়াম্না ফুম্বংনৈ, কোক্তা অৱাবা, নুংনাংবা ৱাখল কয়া ঈরোঙ ফাংনা চেনশিল্লকই, পল্লেপফম খঙদবা মওঙ অমা লাকই।

ঐ য়ুমদা থোক্লগদ্রা নত্ত্রগা মফমদুদা অসুম লাইরিক তমদুনা লৈখিগদ্রা হায়বগী মতাংদা অরোইবা ৱারেপ অমা লৌনবগী ৱাফম লাক্লে। ৱারেপ অদু লৌবদা ঐ মতম কুইনা চঙই। ঐ ফমুংদা হীপ্তুনা নুমিৎ চুপ্পা মদুগী মরমদা খন্দুনা লৈবা য়াওই। "ঐনা য়ুমদা থোকপা তাবদা ঐনা লাইরিক তম্বা লাকপদা চঙহনখিবা শেল অদুগীদমক অহল-লমন্না করি খনগদগে?" ঐনা খল্লকই। অদুদগী অমুক লাইরিক তম্মিন্নবা লাক্লিবা ইমান্নবশিং অদুগা মীমান্নবা ঙমদনা লাইরিক তম্বা তোক্নুনা য়ুমদা থোকখিবগী মওঙদু য়াম্না নুংঙাইতবা অমনি।

ঐ হকচাং নুংঙাইতবা অদু হেঞ্জিল্লক্নুনা ক্লাস য়াওবা পুরা তোক্লে। তশেংনা হকচাং শোন্দুনা চৎপা ঙমদবদি নত্তে, পূক শাউগত্তুনা ক্লাসতা ফম্বা ঙমদবতনি। ক্লাস য়াওদবা মতমদুদা ঐ অয়াম্বা মতমদা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ, ৱাখল কয়া পূক্লীংদা মওল মওল খল্লি। ইমান্নবশিংনা অয়ুক্তা ক্লাস য়াওরুবগা পুং তরামাথোইদা চাক চাবা নংনবা হোষ্টেলদা ৱা-ৱা লাঙদুনা হল্লকপা মখোল অদু তাবদা ঐ পূক্লীং য়াম্না নুংশিবা পোকই। ঐ মখোয়গী নাদ-য়েক্তবা ফীবম অদু কল্লকই, অনাবা অদুনা ঐবু য়োৎহিলংগুম্না পুল্লমদ্রবদি ঐসু মখোয়গুম্না অদুম্না নীংতম্না নুংঙাইনা মহৈ-মশিং তম্বা অদু ঙম্লমগনি খল্লুবদা পূক্লীংদা য়াম্না নুংনাংবা পোকই। ঐ অয়াম্বা মতমদা চিন্তা তৌদুনা লেল্লি।

য়ুমশকৈশ নত্তবা অতৈ নুমিৎশিংদা (য়ুমশকৈশ নুমিত্তি ছুটিনি) ইমান্নবা অতৈনা ক্লাস য়াওবা চৎখিবা খৃদিংগী ঐ অদুম্না হেক হেক হোষ্টেলদা চীক্লা কা মনুংদা লৈহৌই, ইথন্তা চীক্লা ফমুংদা হীপ্না হীপ্না পূক্লীংদা ৱাখল মওল মওল কয়া খল্লি। ঐনা থা খরগী মমাঙদা শান্তিনিকেতনদা লাক্লমদাইদা তৌখিবা আশা, নুংঙাইবা ৱাখল, মফমদুদা অহানবা থুংলবদা ফাওখিবা ৱাখল, থেংনখিবা থৌদোকশিং পূম্নমক্তু নৌহৌনা নীংশিংলকই। মফম অদুনা ঐবু কয়াদা পেন্নীংঙাই ওইবা মওঙদা তরাম্না ওকপগুম তৌখিবা! অদুবু হৌজিক্তি মফম অদুগী ফজবা শক্লোন অদু ঐঙোন্দদি অৱাবগী শক্লোন ওনখিবগুম তৌখ্রে। ইথন্তা অসুম্না চীক্লা কা মনুংদা লৈরিঙৈদা অৱাং থংবা মায়কৈদা লৈবা নাপী হৌবা লম্পাক অদুদগী নিংথমথা ওইরকপা মতমগী ঈংলপ তৌবা নুংশিৎনা থোঙনাউদা তপ্না তপ্না হুমজিল্লকই।

অওনবা ঋতুগী অনৌবা শক্তম অদুনা ঐগী পূক্নীং য়াম্না নুংশিহল্লি। অশংবা লম্পাক মথক্তা অমেঙবা নুংশানা তরু তরু য়ৈরি। হোষ্টেলদগী খরা চৎলগা লম্পাক্তা অনেম্বা কোনা পাম্বী খরসু লন্না লন্না হৌই। ঐনা অহানবা মফম অদুদা থুংলখিবদা নুংশা কন্না শাবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঐনা লম্মাওদা হৌবা কোনা পাম্বী মনা অদু হেক্লগা হুমাই শাদুনা হুন্নখি। ঙসিদি থৌদোক অদুবুসু নীংশিংলকই। লম্মাওদা হৌবা মপু পান্দবা কোনা মনা অদু হেকপদা ঐগী থম্মোয়দা কয়াদা নুংঙাইবা পোকখিবা! মদু ৱাহৈনা থাবা থোক্লরোই। লম্পাক অদুমক ঐঙোন্দা পূক্নীং হুনীংঙাই ওইবা শক্লোন অমা ওইখি। ঙসিসু মদু মীৎমাওদা তান্না শন্দোক্তুনা লৈরি, অদুবু ঙসিদি মদুগী শক্তম অদুনা ঐগী অৱাবদমক হেনগৎহল্লি। লম্পাক অদু ফাওদুনা লাইরিক তম্বা কানবা ছাত্র-ছাত্রী খরা মরক মরক্তা মখোঙনা চৎপা উই, টুপি উপ্পা মুসলিম প্রোফেসর অমসু লাইরিক খরা নাকন্দা য়েপ্লগা ছাটিন অমা পায়দুনা মদু ফাওনা হেক হেক মখোঙনা য়ুনিভরসিটি তান্না চৎলি। মখোয়দু উরগা ঐ পূক্নীং হষ্টনা ৱাখল অমদা ইতাউ তাউনা লৈ।

মতম অদুদা হোষ্টেলগী মেসরোমদা কা ইনিল নিন্না পুজারীশিংনা লাঙবা, ঈশৈ শকপা অমদি খাবৈ-চেগপ, কোল-লীক্কী মখোল তারকই। খোঞ্জেল অদুনা ঐবু মঙ অমদগী মীকপ থোকহল্লকপগুম তৌরকই। মদুনা ঐবু মফমদুদা নিয়ম য়াওদনা লাইরিক তম্বা তোকপগুম তৌনা লৈরিবা ফীবম অদু নীংশিংহল্লি, ঐসি মফম অদুদা চন্নদ্রবা মী অমগুম, মরম চাদনা লৈরবগুম ইথন্তা খঞ্জরকই।

ঙহাক্কী মতুংদা ক্লাস য়াওরুবা ছাত্র ময়াম মায়থোঙ মকালান্না ৱা-ৱা লাঙদুনা হল্লক্লগা মেসতা চাক চানবা হৌরকই। মখোয়গী মরক্তা চঙদুনা চাবা অদু ফাওবা ইথন্তা নুংঙাইতবা ফাওরকই, মখোয় খুদিংমক মশা মশাগী মথৌ তৌরুবনি; অদুবু ঐদি মদুদা ইথৌ অমতা তৌদনা মখোয়গা মান্নদনা লৈরবনি। মখোয়গী হরাউ-হরাউবা মায়থোঙশিং অদুনা ঐবু করিগুম্বা মওঙ অমদা অৱাবী পী।

মমৈথঙদা ঐ লাইরিক তম্বা তোক্তুনা য়ুমদা চৎনবগী ৱাখল অসি চপ য়ুংনা লেপ্তুনা অহল-লমন্দা মদুগী মরমদা চিঠি ইদুনা খঙহনখ্রে। চিঠিদু ফংবদা মখোয়না করি খল্লমগদগে খনবদা ঐ য়াম্না পোত্থাফম খঙদে।

অসুম্না মতম খরা অদু ঐ চুন্নগী হংগী মূর্তি অমগুম্না আশা অমতা য়াওদনা মফমদুদা লেল্লি। নুমিদাং য়ৌরগা ঙন্না তুম্মী, নোংঙাল্লগা ইমান্নবা ময়াম্না অয়ুক্তা ক্লাস য়াওবা

চৎনখ্রগা ইথন্তা হান্নগুম্না অমুক কা মনুংদা চীক্লা লৈহৌই।

ঐ নোংমা ইমান্নবা ইবোপিশক্কা লোয়ননা কলিকাতাদা চত্তুনা ডিসেম্বরগী তাং ১৪ দা য়ুমদা থোক্লবা প্লেনগী টিকেট কক্লুরে। ঐ প্রিন্সিপালদগী ছুটি ওইনা লৌদুনা থোক্লবা থৌরাঙদু তৌবনি। অদুম্না ছাত্র অমা ওইনা চৎলবদি প্লেনগী কনসেসন ফংই।

ঐনা শান্তিনিকেতনদগী খোঙশানবা অদু তাং ১৩ গী নুংথিলদনি। ইমান্নবা সেনিয়র ছাত্র অমুজাওদি ঐবু কলিকাতা ফাওবা থিনগনি হায়দুনা থৌরাঙ তৌদুনা থোকমিন্নরকই। ঐগা ক্লাসতা তম্মিন্নবা আইভান অমদি জিতেন হায়বা ময়াং অনীখক য়াওনা ঐগা লৈমিন্নবা লোকেন, জয়চন্দ্র অমদি প্রেমকান্তনা ঐবু বোলপুরগী রেলৱে স্তেসন ফাওবা থিন্দোরকই। কায়নরমদাই মতম অদুদা ঐখোয় অমনা অমদা করি হায়নগদগে হায়বদু খঙদে, থৌদোক অদুগী নুংঙাইতবা ৱাখলদুনা ঐখোয়বু ইপঙ পঙশিনহল্লি।

জিতেন হায়বা ইমান্নবদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "করিগুম্বা নাবা ফরবদি থুনা অমুক লাকউ।"

"উম," ঐনা পুক্লীং হঙ্গনা অসিতমক খুম্মী।

হৌনবী মতুং ইন্না বিদায় তৌনরগা ঐ বোলপুরগী রেলৱে স্তেসন অদু থাদোরক্লে।

অমুজাউ ইবানী কলিকাতা য়ৌরগা নুংদাং অদু এয়ার অফিস মনাক্তা লৈবা অচৌবা হোটেল অমগী দলান মথক্তা লেকমিন্নে। অচৌবা সহর অদুগী হোটেলগী অৱাংবা কা অমদা ইবানীদা অচীকপা অহিং অদু লেনবদু নিংকোক নিংকোক তৌই, তূম্বা ইয়া য়াদে। নোংঙাল্লমদাইদা ইবানীমক হৌগত্তুনা এয়ার অফিস তান্না চৎলে। ঐগী চৎনবা থৌরাঙ খূদিংমক তৌমিন্নবা লোইরবা মতুংদা মহাক শান্তিনিকেতনদা অমুক হন্নবগী সিয়ালদা রেলৱে স্তেসনদগী টিকেট কক্লে। ইবানী স্তেসন অদুদা কায়নরে। মহাক্লা ঐঙোন্দা তৌবা মমল য়াম্লবা মতেং অদু ঐ কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদে।

## ১

# লাইরিক তম্বা লেপ্পা মতাং

ঐনা য়ূমদা হল্লকপা অদু পূজা ছুটিদা থোরকখিবা অদুগা খেন্নে। মতম অদুদদি হকচাং নুংঙাইত্রবসু লাইরিক তম্বা ঙমগনি হায়বগী আশা খরা লৈরম্মী, য়ূমদা থোরকপগী ঈরাং লাঙই, নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে, অদুবু হন্দক্তি ঐ করিগুম্বা আশা অমতা য়াওদনা থোরকপনা ব্রা ইঙাঙ ঙাঙদে। য়ূমগী অহল-লমনসু মায়থোঙ মকালামদে, ঈংথৈ, ব্রা ইঙাঙ ঙাঙদে। জিগা ইমাগনা ঐঙোন্দা অসিতমক হায়, "ফরে, হকচাং ঙমদ্রবদি কমদৌনি, থোরকপনা ফরে।"

ঐ খঙই মখোয়গী ব্রাহে অদু মতাং অদুদা ঐগী পূক্নীং থেমজিন্নবা হায়বনি; মখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা নুংঙাইতবগী মতৌ অদুদি ঐ অদুম উবা ফংই।

ঐনা পুরকপা বেডিং, স্যুটকেসনচিংবদু হাংদোক্লে। পূজা ছুটি থোরকপদা লৈরকখিবগুম্না হন্দক্তি অচাপোৎ অমদি অতৈ পোৎ-চৈ করিমতা লৈরক্তে। ঐনা চৎলমদাইদা পুখিবা পোৎ অদুগা নৌনা লৈবা লাইরিক খরগতনি য়াওরকপা।

ঐগী নূপীসু ঈংথনা ঐনা পুরকপা পোৎ-চৈশিং অদু লোইশিনবা য়াওদুনা লৈ। ঐনা মীকুপ্তুদা  খঙহৌদনা খল্লকপসি ঐগী লাইরিক তম্বগী মরমদা মহাক্না তৌরম্বা আশা খুদিংমক্তু কায়খ্রবা মতুংদা মাগী ব্রাখলদু করি ওইরমগদগে হায়বা অসিনি। অদুবু মহাক তাঞ্জা অদুদা অদুগুম্বা ঐগী ফীবমদুগী মরমদা ব্রা করিমতা হায়রক্তে।

লাইরিক তম্বদগী য়ূমদা থোরকপা মতাং অদু ঐগী পুন্সীগী অচৌবা অহোংবা তাঙ্কক অমনি। ঐ ছুটি লৌদুনা থোরকপনিনা হকচাংগী ফীবম্না ফরক্লবদি অমুক তম্বা চঙবসু য়াবনি, অদুবু য়ূমদা নুমিৎ খরনি হীদাক চাদুনা লৈরবা মতুংদসু ঐগী হকচাংগী নুংঙাইতবা অদু ইফ ফগত্তবনা ঐ অমুক শান্তিনিকেতনদা চঙবগী ব্রাখলদি পুরা থাদোক্লে। ইংলিসকী হেড ওফ দি  ডিপার্টমেন্ট ডাঃ শিশির কুমার ঘোষতা  ঐ অমুক লাক্লরোই হায়বসি চিঠি ইদুনা খঙহনখ্রে। (ঐনা তম্বা হৌগৎলকপদা হান্না ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইরম্বা ডাঃ এস, সি, সেন অদু থবক্তগী পোথাখি, মাগী মহুত্তা ডাঃ শিশির কুমার ঘোষনা ইংলিস

ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইহৌরে।)

পুন্সীগী অহানবা ওইনা লাইরিক তম্বা তোক্তুনা য়ুমদা তূমিন্না লেনবা মতম অদু পুক্নীং য়াম্না নুংশি। অঙাং ওইরিঙৈ জ্ঞান খজিক্তং তারকপদগী লাইরিক তম্বগী অকনবা থৌদাং অমনা পুন্দুনা লাক্লগা হৌজিক্না লাইরিক তম্বা তোক্তুনা লৈবদু য়াম্না হৈনদে, থবক অমতা লৈতবগুম তৌই, ৱাখল অদুসু ইহাঙ হাঙই। ঐসি ইথন্তা অরেম্বা মী অমগুম্না খঞ্জরকই, মতম অয়াম্বদা ৱাখলদু ইতাউ তাউনা লেল্লি।

হকচাং নুংঙাইতবা অদু ডাক্তরগী হীদাক ঙাক্তা চাবনা ফভম খঙদবা অদুদা ঐ মহৌশাগী লায়য়েং লাইরিক খরা পাদুনা ইথন্তা লায়য়েংনবসু হোৎনৈ। তূম্ব-চাবা মতম নাইবা, অচম্বা চীঞ্জাক চাবা, শঙ্গোম থকপা অসিনচিংবা কয়া তৌদুনা হোৎনৈ। ঐনা মপূং ওইনা পাখিবসি ক্ষেত্রিময়ূম কালানা ইবা মহৌশাগী লায়য়েংগী মরমদা ইবা লাইরিক অমগা (ঐ মমিংদু নীংশিংবা ঙমদ্রে) অতোপ্পা গান্ধীজিগী *দি নেচর কিওর* হায়বা লাইরিক অমগা অনী অদুনি।

অসুম্না ঐ অয়াম্বা মতমদা য়ুমদগী চখোক্তনা পোখাবা ওইনা হকচাংগীদমক হোৎনদুনা মতম লেল্লি। মপূং ওইবা থবক অমা লৈতবনা ৱাইশংনা, কোম্না লৈরবসু পুক্নীংদদি ঙহাক্তা পোখাবা ইখঙ খঙদে। ঐগী তুংগী পুন্সীগী মরমদা খল্লুবদা ৱাখলদু ইমম মমশিল্লি। য়ুম পাল্লবা, অঙাং লৈরবা মতমদা অদুম্না লেনবা হায়বসি তশেংনা দগু মখল অমনি। ঐ হিংবগী মহাউ অমতা য়াওদবগুম তৌরকই।

মতম অদুদা ঐ পুক্নীংগী পোখাবা ফংনবা মরু ওইবা লাইরিক খরা পাখি। মীওইবনা পুন্সী লম্বীদা চৎপদা কান্নবা লমজিংগী ৱাখল পীগদবা অফবা লাইরিক পাবা য়াম্না মরু ওই হায়বসি ঐ মতম অদুদা খঙলকই; তম্নবা লাইরিক্তগী ফংবা জ্ঞান ঙাক্তনা মপূং ফাদে, পুন্সীগী থৌদোক অমদি মতাং খুদিংমক্তা দরকার ওইবা জ্ঞান অদু তানশিন্নবগীদমক্তা অখন্নবা অতোপ্পা লাইরিক খরা পাবা দরকার ওই হায়বসি পুক্নীংদা ফাওরকই। মতম অদুদা ঐনা পখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইখিবা, ৱাখলগী লমজিং য়াম্না পিখিবা লাইরিকসি *টিচিংস ওফ শ্রী রামকৃষ্ণ* হায়বা অদুনি। মদু ঐঙোন্দা মমল নাইদ্রবা লন অমা ওইনা থোকই। রামকৃষ্ণগী পাউতাকশিং অদু পারুরগা ঐ পুন্সীদা মীৎ অমুক পাঙথোরকপগুম তৌরকই। মহাক্না তাকপা মীওইবনা ঈশ্বরবু হান্না নীংলগা থবক খুদিংমক তৌগদবনি, লেঙদবদি ঈশ্বরতনি, অতৈ পূন্নমক অরেম্বা ওইদবা ঙাক্তনি, ঈশ্বরবু

নীংলগা অকে-অমৌ পূন্নমক থাদোক্কদবনি, অশেংবা নুংঙাইবদি ঈশ্বরবু নীংবদা লৈ হায়বা অসিনচিংবা কয়াদু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইবা অনৌবা জ্ঞান ঙাক্তা ওইনা থোকই। মহাক্না পুন্সীদা মীওইবনা মতৌ করম্না হিংগদগে, করি মথৌ তৌগদগে হায়বগী, মীগা মীগা লৈনবা মরীগী, কখোকপগী অমদি মীনুংশিগী মরমদা তাকপা পাউতাক ময়াম অদু তশেংনা য়াম্নমক কান্নবা ঙাক্তুনি। ঐগী ওইরিবা পুন্সীগী ফীবম অদুদা মহাক্না হায়রম্বা ঐঙোন্দা য়াম্না কান্নবা ঐনা নীংশিংবা ৱাহে অমদি অসিনি, "থম্মোয়নুংদা কৈদৌঙৈদসু নীংবা কায়বা ৱাখল চঙহনগনু, আশা পূন্নমক মাঙখিবা হায়বসি কনাগুম্বা অমগী চাওখৎলম্বীদা অচৌবা অপনবা অমনি। মীনা মানা মানা খঞ্জবা ৱাখলগী মতুং ইন্না মশাগী ফীবমদু ওইরকই।"

ঐ নুংগী ওইবা ৱাফমগী মরমদা খম্বদুনা ঈশ্বরবু নীংবা, পুক্নীং শেংনা লৈবা, অচুম্বা তৌবা অসিগুম্বগী মরমদা খল্লকই, মদুদা লৈবা নুংঙাইবগী মহাউ অদু খঙনীংলকই।

ঐঙোন্দা প্রভাব তাহনখিবা অতোপ্পা লাইরিক অমনা গান্ধীজিগী মশাগী পুন্সী ৱারি *দি ষ্টোরি ওফ মাই এক্সপরিমেন্টস ৱিথ ট্রুথ* হায়বা অদুনি। অচৌবা মী অমনা মনুং-মপাল নাইদনা অখাকপা অমতা লৈতনা অওইবা পূন্নমক শেংনা হায়দোকপসি মাগী লাইরিক অসিদগী হেন্না হায়দোকপা অতৈ লাইরিক লৈরমগনি থাজদে। মদু পাবদা মহাক অসি তোপ তোপ্পা মীওই অমগুম্না পুক্নীংদা ফাওই, অচম্বা মীওইবা অমদা লৈবা য়াবা দোষ কয়া মঙোন্দসু লৈবা — পূন্নমক অদু মহাক্না শেংনা হায়দোকপা অদু তশেংনা পুক্নীং য়াম্না চীংশিন্নীংঙাইনি। করি অমুক হায়গনি মদু পাবদা মহাক অসি অচৌবা মীওই অমনি হায়বসি কাউবা মতাং কয়া য়াওই। মদু মহাক্না অদুক্কী মতিক ফজনা, চেকশিন্না ই মদুদি মদুদা নাপলগী মমি অমতা তাদে, তোঙান তোঙানবা থৌদোক, মতাংশিংগী মরমদা মহাক্না ফোঙদোকপা ৱাখলশিং অদু চপ চাবা ঙাক্তুনি। লাইরিক অসিমক মীওইবা কয়াদা জ্ঞানগী লমজিং পীরমগনি হায়বসি ঐ চপ য়ুংনা থাজে। অচৌবা মীশিংগী মগুণবু মুন্না খঙবা, মখোয়গী মতৌবু মপূং ফানা তম্বা ঙম্বদি হেক্তা ওইথোক্কে, অদুবু মখোয়গী মপাল নাইদ্রবা মগুণগী শরুক খরদংবু ফংনবা ঐখোয়না মখোয়গী লমচত্তা অপাম্বা শরুক খরা মতৌ তম্বদা কায়বা লৈতে। মদু ঐখোয়গী কান্নবতা ওইগনি। ঐনা মপূং ওইনা গান্ধীগী নীতিদা পামজবা অসি মাগী অচুম্বা চৎপা অমসুং ঈশ্বর নীংবা অসিনি। অদুগা অমুকসু মাগী লাইরিক অদু ঐনা সাহিত্যগী মচল অমা ওইনসু য়াম্না নুংঙাইনা পাই। ৱারী লীরিবা মওঙ অদুদা

থাক ৱাংলবা সাহিত্যগী খূদম কয়া য়াওরি — খূদম ওইনা লমচৎ য়েকপদা, তোঙান তোঙানবা থৌদোকশিং থাবদা য়াম্না হৈশিংই, অচৌবা অইবা অমগী মগুণ খূদিংমক উবা ফংই। মাগী মতৌদা য়াম্না সেনসিটিভ ওইবা মওঙ অমা য়াওই। অচৌবা মী হায়বসিমক অচৌবা সাহিত্যকার অমনি হায়নীংই, মখোয়গী মচীন্দগী থোরকপা, মখোয়না ইথোরকপা কয়াদা সাহিত্যগী ওইবা ফজবা ৱাখল, মচাক কয়ানা থল্লি। তশেংনমক গান্ধীজিগী আউতোবাইওগ্রাফি অসিমক অচৌবা সাহিত্যগী পোৎ অমনি।

ঐনা পাখিবা অতৈ লাইরিকশিংদি ঐনা তমখিবা ইংরাজী সাহিত্যগী লাইরিক খরনি। মখোয়দু ঐনা নৌনা অমুক মহাউ লৌবা ঙম্নবা পোত্থাদুনা লৈবা মতম অদুদা পাবনি। রবীন্দ্রনাথকী ৱারী মচা "কাবুলীৱালা" অমসুং "দি চাইল্ডস রিতর্ন" অনী অসিসু পাখি। "কাবুলীৱালা" দি ঐনা মৈতৈরোন্দা হন্দোক্তুনা ইবা তম্বগী মওঙদা হোৎনৈ। বঙ্কিম চন্দ্রগী উপন্যাস *চন্দ্রশেখর, দুর্গেশনন্দিনী, আনন্দমঠ* অসিনচিংবসু পাখি। মখোয়দুনা ঐঙোন্দা অনৌবা ৱাখল কয়া পীখি। তুংগী পুন্সীগীদমক ঐ ৱাখল য়াম্না খন্থবা হৌরকখি।

নিংথমথা অদু ঐ অসুম্না য়ূমদগী কয়া চৎখোক্তুনা লেল্লে। হকচাং নুংঙাইতবা, থবক লৈতবা অমসুং আশা য়াওদবগী হৈনীংদবা পুন্নমক অদু কোক্লবা লাইরিক খরা পাদুনা লেনবদু নত্তুনা ঐগী পোত্থাফম অতৈ লৈতে।

কুম অদু য়াম্না ঈংই। ঐঙোন্দা অঙাং নাবগী নুংঙাইতবা থৌদোক অমসু থোকই। ঐগী ইচানুপী পিশক অদু নোংমা মমানা পোরিঙৈদা সন্ধ্যাদা খঙহৌদনা ওবা হৌরকই। অদুদগী নুংদাং অদু মহাক কোল্ড ডাইরিয়া তৌদুনা লাক্লরে। নোংঙাল্লবসু মাগী ফীবম অদু ইফ ফগত্রে। ঐনা ফারমাসিদা হংদুনা হীদাক মহী অমা লৈদুনা পীথক্লে, অদুবু মদু থক্লবসু মাগী ফীবম অদু করিমতা ফগৎপা তৌদ্রে। নুংদাং য়ৌরকপদদি মাগী ফীবম অদু থীনা শোক্লে, ময়াঙ কংত্রিক কংশিনখ্রে, মশা অদু হাইবা হৌরক্লে, মৈচাক খাঙবা য়াম্না ৱানা উরক্লে। মহাক নাহেবা হৌরকই। মহাক্কী মচীনবান অদু ইকং কংই, তাইফেৎ তাই।

মাগী ফীবম অদু উবদা ঐ য়াম্না নুংশাথীবা পোক্লক্লে। নুংদাং অদুদা ঐ ইমা পোকপা ইপুবোক গুলামজাৎকী মনাক্তা চত্তুনা মাবু কৌরুরে। মহাক্না লাক্তুনা য়েংবদা অনাবগী ফীবম অদু লুবা অদুদা মহাকসু নুংশাথীদুনা অহিং অদু ঐখোয়দা লেক্লে।

নোংঙানবদদি অঙাং অদু লেঙবা ফাওবা নীংথিনা ঙমদনা লৈখ্রে, মমিৎ উইশিনখ্রে,

তুম্বগুম তৌনা লৈখ্রে। মাগী অনাবগী ফীবম অদু হেন্না ফৎলক্তবা মতৌদু উবদা নুমিৎ অদুমক্তদা ডাক্তরনচিংবা কৌদুনা কোয়চেন চেন্নরে।

ঐখোয়গী মাম্মা অমনা ডাঃ কালা কৌবা চৎলুরে। মহাক্না হল্লক্লগা ঐখোয়দা হায়রে ডাক্তর অদু ঙহাক্কী মতুংদা লাক্লগনি, মহাক্কী লায়য়েংবগী মমলদি লূপা কুম্থ্রানি। অকক্নবা শেনফম অদু ডাক্তর অদুনা হায়রকপনি। মানা ঐখোয়গী য়ুম্লোন্নবদা লায়না অদুমক্না নাবা অঙাং অমসু নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা লায়য়েংখি, মদুদা থাখিবা শেল অদু ডাক্তর অদুনা পেন্দদুনা হায়রকপা ওইরম্বা য়াই। ঐ মদুদা থোইনা নুংঙাইতবদি তৌদে, ডাক্তর অদুনা মাগী চপচাবী লায়য়েংবগী ফি অদু হায়জরকপতনি। ঐনা নুংঙাইত্রিবদি অঙাং অদু নাবগী শেল-থুমগী হৌনবী দায়িত্ব ঐনা লৌবা ঙমদবগী ৱাখল অদুনি। লূপা কুম্থ্রা হায়বসি মতম অদুদদি য়াম্মী।

ঙহাক লৈরবা মতুংদা ডাক্তর অদু কার তোংদুনা লাক্নে। মহাক্না অঙাংগী অনাবগী ফীবম অদু কুপ্না য়েংলে, অদুগা অঙাংদুগী চানবা হীদাক খরা ইরে। হীদাক অমদি মহাক্না হান্না চাবা অমনি।

ডাক্তরনা চৎলমদাইদা মহাক্কী লায়য়েংমন লূপা কুম্থ্রা অদু জিনা প্লেট অমদা পুথোক্তুনা থারে।

মহাক পৈশা অদু লৌরগা হনখ্রে।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা মাঙোন্দা ফম্লিবা ইপুবোক্না ঐঙোন্দা হায়রকই, "অঙাং লায়য়েংবগী পৈশাদি নপানা থাখ্রেদো।"

ৱাহৈ অদু তাবদা ঐ য়াম্না ইকাইবা পোক্লকই, মায় থম্ফম খঙলক্তে। অহল অমগী কুপ্লবা মীৎয়েং অমদগীদি মপা অমা ওইনা ঐনা শেলগী খরচ অদু তৌফম থোকপনি অসিনি। মহাক্নদি ৱাহৈ অদু চম্না হেক্তা খম্থহৌদনা হায়দোকখিবা ওইরম্বা য়াই, অদুবু মদুনা ঐঙোন্দা খাঙঙমদবা চৈনা অমা পীরকই। মদুনা ঐগী ওইরিবা ফীবম্বু অমুক হন্না নীংশিংহল্লি, লায়য়েংবা অদুগী ৱাফমতা নত্তনা পুন্সীগী অতৈ হীরম কয়াদা অচৌবা দায়িত্ব পুফম থোক্লবা ঐনা অদুম্না শক্তি য়াওদনা, করিসু তৌবা ঙমদনা লৈবদু ৱাখল খম্থক্লরগদি য়াম্না নুংঙাইতবা হেল্লকই।

লায়য়েংলবা মতুংদদি অঙাং অদু তপ্না তপ্না নাবা ফগৎলক্নে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মহাক নাবদু পূমফ ফদুনা মহৌশাগুম্না শান্নরে।

মহাক নাবগী নুংঙাইতবা ৱাখল অদু কোকখ্রবা মতুংদা ঐগী পুন্সীদা করি অমুক তৌগদগে হায়বগী পুক্নীং লাঙবা, পোথাফম খঙদবা ৱাখল অদু অমুক হেক্তা লাকই। করিগুম্বদা থবক অমা থিবগী ৱাখল খল্লকই, করিগুম্বদা লাইরিক তম্নীংবগী ঈখৌলাংবা ৱাখল অদু লাকই। পুন্সী লম্বীদা লম্মাংনবগী ফীবম অদুদা ঐ অদুম লৈ।

মমৈদা ঐ থবক থিবগী ৱাখলদু চপ য়ুংনা খল্লক্লে। ছাত্র ওইরিঙৈদা, পুন্সীগী অওইবা অকোকপা মশক্তু মুন্না খঙদ্রিঙৈদা আশা য়াম্না চাউই, থবক মচা তৌবা হায়বসি অচোপ্পনি হায়না খল্লি; অদুগুম্বা ৱাখল অদু লাইরিক তম্বা তোক্লবা মতুংদসু পুক্নীংদা অদুম লৈরি। থবক মচা তৌবা হায়বসি পুন্সী মাঙলবা মওঙ অমনি হায়বগী ৱাখল ফাওবা খল্লি। নহা ওইরিঙৈগী পুন্সীগী থোইদোকপা জ্ঞান লৈত্রিঙৈ মতম অদুদা মফম মতমগী মতুং ইন্না চাশিন্ননা ৱাখল খনবা ইঙম ঙমদে। ঐ অরেম্বদা ইশাগী নাপল অমা তৌদুনা থবক তৌবা তারবসু মচা তৌবগী ৱাখলদি ইখন খন্দে।

ইং ১৯৬৯ গী এপ্রিল থা অদুৱাইদা চীংমৈরোঙদা লৈবা রেসিডেনসিয়েল হায় স্কুলগী ইংলিস তম্বীনবা গ্রেজুয়েট পোষ্টকী ওজা অমা কৌবগী এডভরটিজমেন্ট অমা থোরকই। জিনা খবর পাবদা মদু থেংনরুদুনা ঐবু পোষ্ট অদুগীদমক দরখাস্ত থানবা হায়রকই।

ঐ মাগী পুক্নীংদা লৈবা ৱাখলদু মুন্না খঙদনা অদুগুম্বা এদেদ স্কুলগী ওজাগী পোষ্ট অদু পামদবগী ৱা খঙহৌদনা ফোঙদোক্লুরে।

মদুদা মহাক্না খরা পেন্দবা উত্তুনা খজিক্তুং অর্থ লৈনা নোক্লগা হায়রকই, “হুম, মী কয়ানা অদুগুম্বা পোষ্ট অদু ফংনদ্রিবনি — নহাক্না থৌশাদনা ঙাওলিবা অদু। নহাক মদু ফংবু ফংলবদি লাইবক য়াম্না ফরবনি।”

মাগী ৱাহৈ অদুনা ঐবু হৌজিক্কী মতমদা ওইরিবা থবক ফংদবগী অরুবা সমস্যা অসি খঙহন্দুনা মীৎ পাঙহনবগুম তৌই। মদু তাবদা ইকাইবসু পোকই, পুক্নীং নুংশিবসু পোকই, ঐগী অপঙবা নাপল অদু ফোঙদোক্লুবগী নুংঙাইতবসু ফাওই।

ঐ করিমতা খুমদনা তৃমিন্না লৈরে।

ওজাগী পোষ্ট অদুগীদমক ঐ দরখাস্ত থারে। দরখাস্ত অদু পিশিনবা চৎপদা স্কুলগী কেরানীদগী খঙলকই স্কুল অদুদা হান্না অণ্ডরগ্রেজুয়েট পোষ্টতা পুবা গ্রেজুয়েট ওজা অমসু লৈ, মহাকসু পোষ্ট অদুগীদমক দরখাস্ত থারি। মদু তাবদা ঐ অদুম খঙলে থবক অদুগীদমক আশা তৌরুবগী কান্নবা লৈররোই, ফোংনা মীয়ামদগী দরখাস্ত কৌদুনা থবক অদু হাপ্পবা

তৌবা মাল্লবসু মনুংদদি ওজা অদুবু অপগ্রেড তৌনবা তৌবা থবক্নি। অদুবু দরখাস্ত থাজিল্লুরবনিনা ইন্টরভিয়ু ফাওবদি অমুক্তুং চাংয়েং ওইনা য়াওনবা পূক্নীংদা লেপ্লে।

নুম্মিৎ খরনিগী মতুংদা ঐ ইন্টরভিয়ু য়াওনবা চে ফংলে। ইন্টরভিয়ু তৌগদবা নুমিৎ অদুদা ঐ হৌনবী মতুং ইন্না দরকার ওইবা সার্টিফিকেট, চে-চাংনচিংবা পুদুনা পুং তরা তাবা অদুৱাইদা স্কুলদা চৎলে। নুংশাদু অদুক হাক্না কন্দ্রি। ঐনা চীংথক্তা লৈবা স্কুল অদুদা কাখত্তুনা য়েংবদা মতম অদুদা ইন্টরভিয়ু য়াওগদবা মী ইরাক লাক্নরমদ্রি। ঙহাক্কী মতুংদদি কেন্দিডেট অতৈদুসু মথং মথং ফাইল, চে-চাংনচিংবা নাকন্দা য়েপ্লদুনা লাক্লরে। ঐ স্কুলগী ময়াদা হৌবা উ অমগী মখোঙদা লেপ্তুনা লৈরে, মখোয় অতৈদুসু ইন্টরভিয়ুগী মতম ঙাইবা ওইনা চীংথক্তা — খরনা পূন্না ৱারী শাদুনা, খরনা চোইনা চোইনা নায়তোম তানা লৈ। মখোয় খরনা চীংথক্তা লৈবা স্কুল অদুগী অকোয়বা ফীবম, উপালশিং, অশংবা মনা-মশীং অদু য়েংলগা মফমদু লাইরিক তম্বগীদি চূশিন্নবা নুংঙাইগদবা মফম্নি হায়না খন্নদুনা ৱারী শাবা তায়। ঐসু ইন্টরভিয়ুগী মতম ঙাইবা ওইনা চীংথক্তা হৌরিবা উপালশিং, অশংবা মনা-মশীং, নোংপোক থংবা মায়কৈদা চীংখোঙদা শন্দোকখ্রিবা লৌবূক অসিনচিংবদু য়েংদুনা লৈ।

ঐ পুন্সীগী অহানবা ওইনা ইন্টরভিয়ু য়াওবা লাকপা অদুদা পূক্নীংদু লাঙতক্লে। কেন্দিডেট খূদিংমক ঐঙোন্দগী চহী হনবা ঙাক্তা ওইনা উই, মখোয়গী মনুংদা খরদি ফন্না অহল ওইবা ফাওবা য়াওরে। মখোয় উরগা পোষ্ট অদুগী মমলদু হেন্না য়ামখৎলকপগুম নীংলকই। স্কুলদুদা ওজা ওইবা মীওই অমা-অনীসু ইন্টরভিয়ু অদুগী শীল্লাঙবা য়াওই। মখোয়গী মশাখীংবা অমদি পোম্বোকচনা উবা মতৌ অদু উবদা মখোয়বু লাইবক ফরবা মীশিংগুম্না খল্লি। ঐনা খল্লি, "মখোয়দি ইন্টরভিয়ুগী লাম্বেং অমা থেংনরগা স্কুল অদুদা হান্না থবক চঙখ্রবনি, অদুগা ঐখোয়দি মদুগী অচৌবা লাম্বেং অদু থেংনগদবা ৱাৎলি।"

ফন্না কুইনা উরুমদা লেপ্তুনা ঙাইরবা মতুংদা ইন্টরভিয়ু হৌনবা ঐখোয়বু কৌশিল্লক্লে। স্কুল অদুদা হান্না ওজা ওইবা মীশক অদুনা ইহান হান্না কৌশিনখি।

মী খরা কৌশিন্দুনা মথং মথং চঙলুরবা মতুংদা ঐবুসু কৌশিল্লক্তুনা ঐ ইন্টরভিয়ুগী কা অদুদা চঙলে। বোর্ডকী মেম্বর মরি-মঙা ইকোয় কোয়না ফমদুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মনুংদা মশম লেংবান য়ৌনা শাংবা অহল অমসু য়াওই, অদুগা স্কুল অদুগী হেডমাষ্টরনি হায়বা মী খরা ঙৌবা, মমায় কোয়দানবা, আনোক উপ্পা মী অমসু য়াওই।

মতমদুদা ঐ ইন্টরভিয়ু য়াওবগী আর্টনচিংবা করিমতা খঙদ্রি। হেডমাষ্টরনি হায়বা মীশক অদুমখক্তংনা ৱাহং অনী-অহুমদং ইংলিসতা হংই; মদু ঐনা লৌরকপা সবজেক্ট, ঐগী অপাম্বা হীরম খরগী মরমদনি। ঐনা মখোয়দু ইচম চম্না খুম্লে। অদুদগী অতৈ অমুক থোইনা হংবা তৌদনা ঐবু কাদুদগী য়াম্না থুনা থাদোরক্লে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদদি স্কুল অদুদা হান্না পুরম্বা ওজা অদু পোষ্ট অদুদা হাপখ্রে হায়বা পাউ তারে।

জুলাই থা য়ৌরক্লে। চহীদুগী বী, এ, পরীক্ষা অমুক হায়দোক্করক্লে। থবক্কা ফংদবগা ঐ লাইরিক তম্নীংবগী ৱাখলদু অমুক পোকপা হৌরকই। মণিপুরগী ছাত্রশিংনা মপান্দা এম, এ, তম্নবা চৎনবা মতমদুদা ঐ অমুক হন্না তম্বা চৎনীংবগী ঈখৌলাংবা পোক্লকই, ঐগী ওইরিবা হকচাংগী নুংঙাইতবগী ফীবমদু কাউথোকই। ঐনা শান্তিনিকেতনদা তমহৌরিবা ইমান্নবা জয়চন্দ্রদা ঐ অমুক হন্না মফমদুদা তম্বা লাক্নীংবগী ৱাখল ফাওবা ফোঙদোক্লুনা চিঠি ইরুই। অদুবু ঐনা মমাঙগী চহীদা মফমদুদা নাবদগী ক্লাস য়াওবা ঙমদনা নুংঙাইতনা লেনখিবা ফীবমদু নীংশিংদুনা মহাক্না ঐনা মফমদুদা অমুক লাকপগী ৱাফমদু হকচাংগী ফীবম য়েংলগা ৱাখল মুন্না খল্লগা লেপ্পবা হায়রকই। অদুদগী ঐ ইশাগী ওইরিবা হকচাংগী ফীবম্মু নীংশিংদুনা ৱাখল অমুক খন্থরকই, মফমদুদা হন্না চৎপগী ৱাদু নীংজিং মাঙজিংনরকই। ঐ ৱাখলনা ফুম্বংননা লৈ। অদুগা ঐনা ৱাখল ইখন খন্থরুদবা অমনা ঐনা অমুক হন্না লাইরিক তম্বা চঙবগী ৱাফম হৌদোকপদা অহল-লমন্না করি হায়রক্কদগে হায়বা অসিনি। ঐনা চম্না খল্লি ঐগী হকচাংগী ফীবম অদু ফগৎলক্লবদি মখোয়না ঐনা লাইরিক তমথবা চৎপগী ৱাফম অদুদা করিসু হায়রোই। অদুবু ঐগী ৱাখল অদুদি খরা ওন্নরম্লে। নোংমা জিনা ঐবু অমুক হন্না লাইরিক তম্বা চৎহনবগী আশা তৌদবগী ৱাহে খরা ফোঙদোরকই। মদু তাবদা ঐ ইথন্তা ইকাইবা পোক্লকই, ঐনা ইথন্তা অরেম্বদা আশা কয়া তৌরুবদু ইশাগী ওইরিবা ফীবম্মু করিমতা খঙজদবা মতৌনি হায়বদু খঙলকই। মদুদগী ঐ লাইরিক তম্বা চৎপগী ৱাখলদু পুরা থাদোকখ্রে।

## ২

## থবক চঙবা অমসুং এম, এ, থানবগী থৌরাঙ

ঐ মতম লেনবা ওইনা ডি, এম, কোলেজগী কেমপসতা লৈবা শঙ অমদা চথবা, গৌহাটি য়ুনিভরসিটিগী মখাদা প্রাইভেট ওইনা থাবা য়াগদবা এম, এ, হিস্তরি ক্লাসতা মিং চনশিন্দুনা য়াওরে। সবজেক্ট অদু ঐনা থোইনা পাম্বা নত্ত্রবসু অসুম লেম্না লৈগদবগী শরুকপুদি মদু তঙ্গা করিগুম্বা খরা কান্নরকপসু য়াই খন্দুনা তম্বনি। ইংলিস সবজেক্টতি মদুদা হাংদে। ঐ তম্লিবা সবজেক্ট অদুগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া চেন্দুনা অমদি লৈদুনা পাবা হৌরে।

আগষ্ট থা লোইরমদাই য়ৌরক্লে। মতম অদুদা দি নিউ গার্লস এণ্ড এডল্ট নাইট হায় স্কুলগী ইংলিসকী গ্রেজুয়েট পোষ্টতা হাপ্পবা ওজা কৌরকই। (স্কুল অদু হৌজিক্তি খোয়াথোং হায় স্কুল হায়না মমিং ওনখ্রে।) ঐ পোষ্ট অদুগীদমক দরখাস্ত অমুক থারে। স্কুলদা অইবা চাংয়েং অমদি অহানবা ইন্টরভিয়ু তৌরবা মতুংদা মী নীপাল খনগত্তুনা ইন্সপেক্টরগী অফিসতা অরোইবা ইন্টরভিয়ু অদু পাঙথোকই। মতম অদুদা স্কুলগী ইন্সপেক্টর অদু বিমল গুহনা ওইরি। মহাক্তি য়াম্না অচুম্বা তৌবা শেঙ্গা-থুমজা য়াদবা মীনি। মানা চিয়ারমেন ওইবনা ৱাহং অয়াম্বা মহাক্না হংই। ৱাহং খরা হংলবা মতুংদা মহাক্না ঐঙোন্দা ঐনা তম্লকপা ইংলিসকী শৈরেং অমদগী মতেক খরা চীনফা থিনবা হায়রকই।

মদুদি ঐ থীবা ঙমদ্রে, সাহিত্যগী ছাত্র ওইরক্লবসু শৈরেং চীনফা পুবগী হৈনবী অসি ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈদসু লৈরক্তে। মদুদা মহাক খরদি পেন্দনা উই। মহাক্না বোর্ডকী অতৈ মেম্বরশিং অমদি ঐঙোন্দা ইচম চম্না পাউ তম্বা ওইনা হায়, "ঐনা খঙবা ইংরাজী সাহিত্যগী ছাত্র অমা লৈ, মহাক্তি মিল্টনগী *পেরডাইজ লোষ্ট* অসি ফনা শাংনা চীনফা থীবা ঙম্মী।" মদু তাবদা ঐ খরা ইকাইবা পোকই, মঙোন্দগী করিগুম্বা পারা অমা তমহৌবগুম তৌই। ঐ ৱা হায়ফম খঙদনা তূমিন্না তাদুনা লৈ। অদুদগী অতৈ ৱাহং অমা-অনী হংলবা মতুংদা ঐ থোরক্লে।

ইন্টরভিয়ু অদুদা ফজনা তৌখিব্রা হায়বদু ঐ থোইনা হায়ফম খঙদে, চিয়ারমেন্না ইংলিসকী শৈরেং মতেক খরা চীনফা থীয়ু হায়রকপদা ঐনা থীবা ঙমখিদবা অদুদি ঐগী

অশোয়বা শরূক অমনি হায়দুনা ইথন্তা হেক হেক নীংশিংই, মদুদা খল্লকপা য়াবগী থাজবদু কয়া কন্না লৈরুদে।

মথংগী নুমিৎকী পুং তরামুক খরা হেনবা অদুৱাইদা স্কুলগী হেডমাষ্টরনা চৌকিদার থারক্তুনা ঐবু কৌহল্লরে। মহাক্না ঐবু থবক খনবগী মরমদা করিসু হায়দে, চুন্না ঐবু স্কুলদা লাক্লবা খঙহল্লকপনি।

মতম অদুদা ঐ এম, এ, গী ক্লাস য়াওবা চৎনবা থৌরাঙ তৌরি। মহাক হনখ্রবা মতুংদা ঐ য়ূমদগী থোরক্লে।

ঐনা চৎলমদাইদা নূপীদা হায়রম্মী, "ঐ ক্লাস য়াওবা চৎপদা স্কুল অদুদা ঙহাক চঙলক্কে, মখোয়না লাকউ হায়রিবদু করিগীনো খঙলক্কে।"

ঐ পুক্নীংদদি খল্লি থবক অদু খল্লম্বসু য়াই, অদুবু অরেপ্পা অমা খঙদবনা অদুক য়াম্না পুক্নীং লুম্বদি ঙমদে।

ঐ চৎলগা স্কুলদা চঙদুনা হেডমাষ্টর উন্নরে। মতম অদুদা হেডমাষ্টর অসি এস, জয়কিশোরনা ওইরি। মহাক্না ঐবু মাগী কাদা ফমহল্লে। কাদুদা ঐগা নৌনা খনমিন্নবা অতোপ্পা অহল ওইরবা ইংলিসকী ওজা হরিমোহন সিনহা হায়বা অমগা জিওগ্রাফিগী ওইনা খল্লকপা ঐগা তম্মিন্নরকপা কুমার কৌবা মীশক অমগা মখোয় অনীসু ফমদুনা লৈরম্মী। হেডমাষ্টরনা ঐঙোন্দা ঐবু পোষ্ট অদুদা খনবগী মরমদা খঙহল্লকই, অদুগা হায়রকই, "য়ারবদি ঙসিদগী ক্লাস অদুম চঙবা হৌবীরো, ছাত্রশিং অসি ওজা ৱাৎপদগী ঈরাং তৌগদবগী তৌরে। এপোইন্টমেন্ট লেটরদি কোন্না অদুম পীজরগে।"

ঐগা খনমিন্নবা ওজা অনী অদুদসু নুমিৎ অদুমক্তদগী ক্লাস লৌবা হৌনবা হায়বদগী ঐখোয় অহুম নুমিত্তুদগী ক্লাস চঙবা হৌরে। নুমিৎ অদু ইং ১৯৬৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ১৩ নি।

ঐনা স্কুলদগী হল্লক্লগা ঐগী নূপীদা হায়, "ঐ ঙসিদি স্কুলদা ক্লাস চঙলুরে, এম, এ, ক্লাস য়াওবা চত্ত্রে।"

ঐনা অদুম্না হায়বা অদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা খজিক্তং থাজফাত্তুনা ঙক্না হরাউবা মীৎয়েং অমনা য়েংলদুনা হায়রকই, "অওইব্রা? অসুক থুনা, চে-চাংসু করিমতা পীরক্তনা?"

"অওইবনি, মদু কোন্না পীরক্কনি হায়। ঐ হয়েংদগী স্কুল অদুদা কাবা তারে।"

"লাইরিক তম্লিবা অসিদি কমদৌবা?"

"তোকপা তারে, থবক ফংলবদি কৈদৌরুগনি?" ঐনা সবজেক্টতু কয়া পামদনা মতম লেন্নবা তম্বা ওইবগা অসুন্না খঙহৌদনা হায়দোকখি।

নুমিত্তু ঐগী পুন্সীগী অচৌবা অহোংবা নুমিৎ অমনি। নহানমখৈ শেল থোক্তনা ৱাখল ফকচিন্না লৈরম্বা ফীবম অদু খংহোং হোংদুনা পূক্নীং মকালাম্বগুম তৌরকই। ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অদু নুংঙাইনা উরকই। পুন্সীগী অহানবা ওইনা তলব চাবগী ৱাখল তৌরকপা অদুদা পূক্নীংদা ফাওরকপা নুংঙাইবা অদু ৱাহৈনা মপুং ফানা থাবা ঙম্নরোই। লাঙতক্নবা, মণ্ডল মণ্ডল খনবা ৱাখলনা পূক্নীং অসি পীক থল্লি। নুমিৎ অদুদি নূপীসু মায়থোঙ মকালাম্না হৰাউ-হৰাউ উই।

মথংগী নুমিত্তগীদি ঐ স্কুল অদুদা চাংনাইনা কারে। এম, এ, হিস্তরিগী ক্লাস য়াওবা অদু ঐ অদুম তোক্লে।

ওজা ওইবগী অনৌবা পুন্সী অদু নীংশিংলুবদা য়াম্না নুংশিবা পোকই। মতমদুদা ঐ চহী কুন্নিথোই শুফাত্ত্রি, মতৌ করম্না ছাত্র তম্বীগদগে হায়বগী লৌশিং লৈত্রি, অদুবু ঐনা ঐখোয়বু তম্বীরকপা ওজাশিংনা তাকপা মওঙ অদু নীংশিংদুনা অমদি ঐনা লৌরকপা ইডুকেসন সবজেক্টতা তম্নকপা পারা কয়াদগী মরু ওইবা কান্নবা ৱাফম কয়া নীংশিংদুনা ছাত্রশিংবু তম্বীবা হৌই। নৌনা চঙবা ওজা ওইবগী শিনফম অদুদা পূক্নীং চঙনা তৌবা হৌরে। মতম অদুদদি ঐগী পূক্তা নুংঙাইতবা, শাউগৎপা অদুসু খরা ফখ্রে। ঐ অহানবদদি খরা নুংশাথীরম্মী করিগুম্বা থবক চঙলবা মতুংদা মদুনা মরম ওইদুনা থবক তৌবা ঙম্লোইদ্রা হায়না, অদুবু ক্লাস কন্না চঙদুনা থবক চাংনাইনা তৌরবা মতুংদদি ঐগী হকচাংদু কনখৎলক্তুনা অনাবা অদু কাউবগুম তৌখ্রে।

থবক চঙলবা মতুংদা তলব চাবগী নুংঙাইবতা নত্তনা ছাত্রশিংগা লোয়নবগী নুংঙাইবসু লৈ। ওজাশিংনা নৌনা তৌরকপা ব্যবহারদা হঙ্গোইবা পোকই, অনৌবা ফীবম অদু ঐঙোন্দা চুশিন্নদবগুম থোকই। (স্কুল অদুদা ওইরিবা ওজা খুদিংমক্তগী ঐনা খ্বাইদগী চহী নৌরি।) মতম অদুদা ঐগী পুন্সীদা লাকখিবা অচৌবা অহোংবা অদু ঐ কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদে। ঐ মতুংদা হেন্না ফবা থবক মফম কয়াদা হোংলবসু মতম অদুবু নীংশিংবা, নুংশিবা ৱাখল অদুদি থম্মোয়দা ময়েক লানা লৈরি।

মতম খরা হৌখ্রে। ঐগা তম্মিন্নরকপা ওজা কুমারগা ইবানী হাফ থাবদা খোঙনা ঙহাক সড়ক্লোমদা চখোক্তুনা ৱারী শাবা, হোটেলদা চা থকপা অসিনচিংবা তৌই। মতম

অদুদা মহাক্তি পাখং ওইরি। মহাক্না মশক ফজবী নুপী কয়াগী মরমদা নুংঙাইরবা ৱারী কয়া শাবা হৌরকই। ঐদি চহী নৌরবসু নুপী লৈরবনি হায়বগী ৱাখলদা পূক্নীং লাকশিন্দুনা মদুগুম্বগী মরমদা থোইনা খল্লুদ্রে, লনাইগী ওইবা ৱারী শানীংঙাই থোইনা লৈতে, মাগী ৱারী অয়াম্বা তাদুনা লৈ।

থবক পূক্নীং চঙনা তৌবা, ছাত্রশিং অমদি ওজাশিংগা লোয়নবগী নুংঙাইবা, তলব চাবগী নুংঙাইবা পুম্নমক অদু লৈরবসু ঐগী থম্মোয়দদি করিগুম্বা লাঙতক্লবা, নুংনাংবা ৱাখল অমদি ফুমদুনা লৈ মদুদি থবক্কী লীপুন অদুনা পুনখিদুনা অমদি মদুগী ময়াই অদুনা শুমখিদুনা ঐ অদুগুম্বা ফীবম অদুদগী করিগুম্বা ফগৎপা ফীবম অমদা কাখৎপা ঙম্লরোইদ্রা, পুন্সী চূপ্পা অদুম্না লেল্লগদ্রা হায়বা অসিনি। নোংমদি পরীক্ষাগী ডিয়ুটি তামিন্নবদা ইন্দ্রেশ্বর হায়বা ঐঙোন্দগী চহী য়াম্না হনবা ওজা অমগা ৱারী শাবদা মহাক্না হায়রকই মহাক গৌহাটি য়ুনিভরসিটিদা প্রাইভেট ওইনা এম, এ, (মেথেমেটিক্স) থাগদৌরি, মহাক হাকুমসু পরীক্ষাদু থাবদা ঙমহৌদবনি। ঐ মাগী ৱাদু তাবদা পূক্নীংদা খঙহৌদনা ৱাখলগী মঙাল অমা ফাওরকই। ঐনা মঙোন্দা পরীক্ষা থাবগী নিয়ম-নীতি অদু য়াম্না কূপ্পা হংলে। মহাক্না ঐঙোন্দা মদুগী মরমদা মমুৎ তানা তাক্লদুনা ঐবুসু এম, এ, থানবা পূক্নীং থৌগৎলকই। মতমদুদা মহাক্তি চহী নীফুমুক শুরক্লবা মীওইনি, মাগী থৌনা অমসুং হোৎনবা কনবগী মতৌ অদু ঐ পূক্নীংদা য়াম্না থাগৎনীংই। ঐসু মাগী মতৌ তম্নীংবা পোকই।

নুমিৎ অদু ঐ য়ুমদা হল্লক্লগা এম, এ, থাবগী ৱাখল অসি চপ য়ুংনা থক্লে। নহানমখৈ য়ুনিভরসিটিদা চত্তুনা তমদ্রিবমখৈ য়ারোইদবগুম খল্লম্বা অদু ওজা অদুগা ৱারী শাবদগী ঐঙোন্দা তশেংনা অঙকপা অনৌবা আশা অমা লাক্লে। মানা থৌগৎখিবা মীকূপ অদু ঐগী পুন্সীগী মরু ওইবা মীকূপ্নি।

ঐনা থুনমক গৌহাটি য়ুনিভরসিটিগী এম, এ, ইংলিসকী সিলেবস চেক্লে। ঐঙোন্দা য়াম্না খুদোংচাবদি ঐনা হান্না তম্লুবা বিশ্বভারতী য়ুনিভরসিটিগী সিলেবস অদুগা মদুগা য়াম্না মান্নে, মদুগী লাইরিক অয়াম্বদি ঐঙোন্দা লৈ, অনৌবা লাইরিক লৈগদবা য়াম্না লৈতে। ঐঙোন্দা লৈবা, ঐনসু হান্না খরা পাখ্রবা লাইরিকশিং অদু ঐনা পরীক্ষাগী ওইনা পাবা হৌরে।

থবক তৌনা তৌনা পরীক্ষা থানবগীদমক লাইরিক পাবা অদুদা খুদোংচাদবা কয়া লৈ, অদুবু ঐ নীংহন্নবা তৌদ্রে। ঐঙোন্দা হান্না লৈরম্বা লাইরিক তম্বা তোকপগী নীংবা

কায়বা ৱাখল অদু কোকখ্রে। থোইনদুম ঐগী ফীবম অদুদদি অদুন্না হোৎনবা অদু চপ চাবা থৌওঙ অমনি হায়না খল্লক্লে। ঐঙোন্দা হান্না লৈরম্বা এম, এ, হিস্তরিগী লাইরিক খুদিংমক অদু সবজেক্ট অদুদা তম্মিন্নরম্বা ইমান্নবা অমদা লোইনা য়োম্থোকখ্রে। মদুগী পৈশা অদুনা ইংলিসকী অনৌবা লাইরিক খরা লৈশিল্লে।

ঐ ইং ১৯৭০ দা পরীক্ষা থানবা হোৎনবদু খুৎয়ৌনমনবনা মথংগী চহীদা থানবা মপূং ফানা থৌরাঙ তৌরে। প্রিভিয়স পরীক্ষা অদু নকশিল্লক্লবা মতমদদি লাইরিক তম্বীনবা হোৎনবগা, লাইরিক কন্না পাবগা য়াম্না ৱায়, হকচাং য়াম্না শোকই। অসুন্না পরীক্ষা তৌরমদাই নুমিৎ কুন্নিরোমদা ঙায়রবা মতমদদি ঐ কোক ঙাওবা, কা হেন্না হকচাং চোকথবা, য়াঙ কংশিনবা, ঈ থাংদবা, মরক মরক্তা লাইহৌ হৌবা অসিনচিংবা তৌবা হৌরক্লে।

ঐ নুংশাথীদুনা বাজারদা চত্তুনা ডাঃ যোগেন্দ্রগী মিনা ক্লিকতা চঙদুনা মঙোন্দা হকচাংদু য়েংহল্লে। ঐনা মঙোন্দা হায়, "ডাক্তর, ঐ গৌহাটিদা এম, এ, থাবা চৎকদৌরিবনি, ঐগী হকচাংগী ফীবমসি চৎপা খুদোংচাগদ্রা চারোইদ্রা য়েংবীরগা পাউতাক পীবিয়ু।" মহাক্না ঐগী অরূম্বা অমদি হকচাংগী ফীবম অদু য়েংলে। ঐগী হকচাংগী অরূম্বা অদু য়াম্না ৱাৎপা উবদা মহাক চিংননা উই, মদু ওইফম থোকপা চাংদগী হম্থে হায়না মত পী, অদুবু মদুগী মরমদা মহাক্না শাংথনদি হায়রক্তে। ঐগী লাঙতক্লবা পূক্নীংগী ফীবম অদু মহাক্না উই, থবক অদুগী অরূবা মওঙ অদু খঙনা মহাক্না হায়রকই, "ইবুংঙোগী পরীক্ষাদি কয়াম ৱাৎলিবা?"

"কুন্নিরোম ৱাৎলি।"

মহাক্না ৱাখল খল্লগা ঈংথনা হায়রকই, "ইবুংঙোগী হৌজিক ওইরিবা হকচাংগী ফীবম অসিদা থুনা চৎপদি নুংঙাইখিরোই। হকচাংসি লাইহৌ য়াম্না লৈরি। ঐনা থারিবা হীদাক অসি চারগা শোয়দনা মরাইনা ফজরক্কনি, খজিক্তং চোম্থনা চৎপীরো।"

মাগী পাউতাক অদু তাবদা ঐ পূক্নীং খরা তেকখৎলকই, হীদাকশিং অদু চারগা মতম খরদংগী মনুংদা শোয়দনা ফদুনা পরীক্ষা থাবা চৎপা ঙম্লগনি হায়না খল্লকই।

ঐ মানা ইবা হীদাকশিং অদু লৈদুনা য়ুমদা হল্লক্লগা মখোয়দু চাবা হৌরে।

ঐনা তৌরম্বা আশা অদুদি খজিক্তং তায়োন্নরে, নুমিৎ মঙা-তরুক্নি মাগী হীদাক অদু চারবসু ঐগী অনাবা অদু ইফ ফগৎলক্ত্রে, লাইহৌদু অদুম হকচাংদা চেন্নদুনা লৈরে। পরীক্ষা ময়া ওইবগী লাইরিক কন্না পাশিনবা অদুনা ঐগী হকচাংগী ফীবম অদু ফগৎলক্তবা ওইরম্বসু

য়াই, মদুগী তশেংবা মরমদি ঐ খঙবা ঙমদ্রে; অদুবু লাইহৌ অদুনা মরম ওইদুনা পরীক্ষা থাবা অদু চৎপা ঙম্লোইদ্রা হায়বা অসিদি য়াম্না চিংনরক্লে।

পরীক্ষাগী মতমদি নুমিৎ তরানিমুক্তা ঙায়রক্লে। ঐগা খোঙবু ওইনা চৎমিন্নসি হায়নবা মী পূন্নমক হান্না চৎনখ্রে, ঐ হকচাংগী ফীবম অদুনা য়াম্না ফরক তাদুনা লৈহৌরে। ইমুংগী মীনসু ঐবু চহী অদুদি পোত্থারগা মথংগী চহীদা চৎনবা হায়রকই। ঐসু মখোয়না হায়বদু চুমগদমাল্লে হায়না খন্দুনা পরীক্ষা থাবদু চত্তবগী ফীবমদা লৈরে। মতম অদুদা ঐগী পূক্নীংদা অঙকপা ফংনা লাঙতক্লবা, নুংঙাইতবা ৱাখল অমা ফাওবা হৌরক্লে; মতম কুইনা লাইরিক পাদুনা পরীক্ষাগীদমক হোৎনরক্তুনা থৌরাঙ পূন্নমক লোইরবা মতুংদা চত্তবগী ফীবম লাকপা অদু ঐগী ৱাখলদা খাঙবা ঙমদে। হন্দক্কী মতাং অসিনা মহৌশা শান্তিনিকেতনদগী লাইরিক তম্বা তোক্তুনা থোরকপা অদুদগী হেন্না নুংঙাইতবগুম নীংই।

নোংমা ঐগী নূপীনা চাক থোংলিঙৈদা ঐনা চাকশঙদা ফম্লগা ঐগী হকচাং ঙমদবা অমদি পরীক্ষা থাবা চৎপা ঙমদবগী মতাংদা অসুম নুংঙাইতনা ৱারী শারকই। মদুদা ঐনা খঙহৌদনা মঙোন্দা অরেপ্পা ৱাখল অমগা লোয়ননা অসুন্না হায়খি, "ঐ পরীক্ষা থাবা অসি চৎলগে।"

ঐগী ৱাদু তাবদা নহামখৈ পূক্নীং হন্থনা লৈরম্বা ঐগী নূপীনা লাঙতক্লনা অদুবু ঈংথবা মতৌ অমগা লোয়ননা হায়রকই, "হকচাংদুবু চৎপা ঙম্লগদ্রা? পরীক্ষাদি হৌজিক য়াম্না নকশিল্লক্লে, চৎপা খুদোংচাখিগদ্রা?"

"হুম, ঐ চৎপা ঙম্লগনি, ঐ চত্তবা য়াদে।"

ঐগী অচেৎপা ৱারেপ অদু তাবদা মহাক মশাগী ওইবা অকন্নবা মত পীরকপা ঙমদ্রে, ঐগী হকচাংগী ফীবম অদুদা চৎলগা করি থোক্লক্কদগে হায়না থৱায় ৱানসু উই, অদুগা অমরোমদা ঐবু চৎহন্নীংবগী ৱাখল অমসু মাগী থম্মোয়দা কন্না লৈ। মহাক ঐগী পূক্নীংগী ফীবম পূন্নমক্তু মুন্না খঙই, হীরম অসিদা ঐবু য়াম্না থৌগৎনীংই, ঐগী খঙহৌদবা ৱারেপ অদুদা মহাক্না অসিতমক হায়রকই, "ফরে, ৱাখল মুন্না খল্লগা তৌবীরো, চৎপবুদি য়াম্না চৎহন্নীংই।"

তশেংবদি ঐগী লাইহৌ তৌবগী নুংঙাইতবা অদুদি অদুম লৈরি। ঐনা মাগী পূক্নীং শোক্ষদনবা মদু ফাওবা মঙোন্দা শেংনা হায়দ্রে।

ঐনা ইমাদসু ঐগী ৱারেপ অদু খঙহল্লে। ঐনবু চৎপা ঙমগনি খল্লবদি য়াম্না ফরে, লাইবক য়েংলুরো হায়না মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই। মহাকসু ঐগী ৱারেপ অদুদা হরাউই।

মতম অদুদা জিদি কংলাতোংবীগী ফোরেষ্ট রেঞ্জ অফিসতা পোষ্টিং তাদুনা লৈ। নোংমা নীনিগী মতুংদা মহাক্না য়ুমদা লাকপদা ইমানা মঙোন্দা ঐবু থিনবা চৎনবা ৱা ঙাঙনরে।

ঐগী পূক্নীংদদি ঐনা চৎকদৌরিবা অসি লাইবক চাংয়েংবা চৎকদৌরিবনি হায়না তুমিন্না খল্লি, অদুবু পূক্নীং শোন্থবা মানবা ৱাখল অদুদি ইমুংগী মীশিংদা কন্না উত্ত্রে। জিদদি ঐ নাবা ফরে হায়দুনা ঐগী হকচাং মনুংদা লাইহৌ তৌবগী নুংঙাইতবা লৈবা অদু ফাওবা খঙহন্দ্রে।

৩

## গৌহাটিদা পরীক্ষা থাবা চৎপা

জিগা  ঐগী ইনাউনুপা অতোম্বা দরেন্দ্রগা মখোয় অনীনা ঐবু থিন্নবা থৌরাঙ তৌরে। মদু পরীক্ষা হৌগদবা চয়োলমুক্তা ঙায়রবা মতমনি।

ঐখোয় ইম্ফালদগী খোঙশাল্লে। ঐখোয়না গৌহাটি য়ৌরকপদু নুমিদাংনি। রেলগাড়ি তোংদুনা লাকপদা গৌহাটি য়ৌরমদাইদা খোঙনাউদগী য়েংবদা চীংখোঙ-চীংয়া, কারখানা, য়ুম অমদি অথাপ্পা অতৈ মফম কয়াদা মশীং লাকঙমদনা তগুপ তরেংনা ঙাল্লিবা ইলেক্ট্রিক মৈঙালশিং অদু উরগা পূক্নীংদা মফম খঙদবা লাঙতক্লবা, নুংশাথীবা ৱাখল অমা পোক্লকই। "অনৌবা ঙক্না থোক্লবা মফম অসিগী করম্বা জগাদনো ঐনা পরীক্ষা ফম্লগদৌরিবা?" ঐগী থম্মোয়নুংদা খঙহৌদনা কিথী-কিরুম তৌনা ৱাহং অসি ইথত্তা হংলকই। ঙসায়মখৈ অমম্বা লম্মাঙ-তুহাঙ কয়া ফাওদুনা লাকপা মতমদদি ঐ অদুক হান্না ৱাখল খন্থরমদে, অদুবু গৌহাটি য়ৌরকপগী অঙকপা ফংবা মৈঙাল ময়ামদু উরবা মতুংদদি ঐনা পুদুনা লাক্লিবা অরূম্বা থৌদাং অদুগী মরমদা য়াম্না কন্না নীংশিংলকই।

গৌহাটি য়ৌরগা নুংদাং অদু ঐখোয় হোটেল অমদা লেক্লে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা ঐখোয় রিক্সো তোংদুনা কটন কোলেজগী হিন্দু হোস্টেল তান্না চৎলে। মতমদু  জুন থানি, নোং থিৎলি থিৎলি চুই। সড়ক্কী ময়াদা হৌবা উপাল খূদিংমক মনানা পূমশং শংই। অনৌবা মীওইশিং, অনৌবা দুকান, য়ুমশিং অমদি নাপীনা শংত্রিক শংনা হৌবা লম্পাক পূন্নমক অদু য়েংনা য়েংনা চৎলি। মনা পুংলবা খোংনাং পাম্বীশিংগী মতোন্দা ময়াংকাকশিংনা অরোবা খোঞ্জেলদা য়া-য়া লাঙদুনা খোংই। মখোয় পূন্নমক অদু উরগা ঐগী পূক্নীংদু হায়ফম খঙদবা মওঙ অমদা ইনৌ নৌথোকই।

ঐখোয় কটন কোলেজগী জিঙঘ অঙাঙবনা কূপ্পা হিন্দু হোস্টেল অদু য়ৌরে। কালেন ছুটি থাখিবগী কোলেজগী ছাত্রশিংদি লৈরমদে। পরীক্ষা থাগদবা মীওই ঙাক্তা লৈবনা হোস্টেল অদু ইচীক চীক্না উই। কম্পাউণ্ড মনুংদা অশংবা নাপী ফজনা হৌরবা চীক্লবা হোস্টেলগী শক্তম অদু উবদা ৱাখলদা চনীংতাদবা, লাঙতক্লবা অমদি পোকই।

ঐনা লাকপা অদু পরীক্ষা ময়া নক্লবনা হোষ্টেলগী কা অয়াম্বা পরীক্ষা থাবা লাকপা মীওইশিংনা কনশিন্নরম্লে। (মখোয়শিংগী মনুংদা মৈতৈ মচা কয়া য়াওই।) ঐ সড়ক্কা নক্লবা কা অমা ফংলে। ঐনা য়াম্না ঙকপদি ঐনা লাকপগী চোকথবা মরক অদুদা ঐগী অনাবদু কাউখ্রে, লাইহৌ অদু মাঙখিবগুম তৌখ্রে। মদু হন্না-নুংশিৎ ওন্নবনা ওইবসু য়াই হায়না খল্লি।

জিগা ইনাউনূপা দরেন্দ্রগা মথংগী অয়ুক্তা য়ূমদা হনখ্রে।

ঐ পরীক্ষাগীদমক লাইরিক পাবা হৌরে। অনৌবা মফম অদু ঐঙোন্দা ইকোই কোইনা থোকই. চূশিন্নবা ঙমদে। অকোয়বদা উরিবা লম্বী, উপাল, অশংবা নাপী, ক্বাক্পী মখোল. সড়ক্তা তোয়না চেনবা গাড়িগী মখোল পূম্নমক অদুনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা মওঙ অমদা পূক্নীং লাঙতক্লহল্লি। হোষ্টেলগী মেস অদুদা চারিবা পরীক্ষা থাবা লাকপা মীওইশিংগী মায়থোঙ, পুজারীশিং, মখোয়না ঙাঙবা মখোল, চাব-থকপদা লাঙবা মতৌ, কোল-লীক্কী মখোল পূম্নমক অদুনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পোকহন্দে। মখোয়দু ঐঙোন্দা ইহৈ হৈনদনা থোকই।

ঐনা লাকপা নুমিৎ অদুদি নোং খরা চুদুনা নুংশা শাদ্রবসু নোংমা নীনিগী মতুংদদি নুংশানা মৈগুম্না শাবা হৌরকই। অদুবু ঐ অশাবদি অদুম খরা খাঙবা ঙম্মী। ঐঙোন্দা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা অচৌবা সমস্যা অমা ওইনা থোকপদি ঐগী কাগী ময়াদা লম্বীদা নক্না কূংনা চেল্লিবা বস অমদি অতৈ গাড়িগী অহৌবা মখোল অদুনি। মদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না অকায়বা পী। লাইরিক পারিঙৈদা সেকেণ্ড খরা কান্নরা নত্ত্রগা মিমিট খূদিংগী কূংনা চেনবা গাড়িগী অহৌবা মখোল অদু হেক তাবদা ঐনা পারিবা খূদিংমক অদু কাউই, মরী অমতা শম্নবা ঙমদে। ঐনা ফনা কন্না মদুদা চূশিন্নবা ঙম্নবা হোৎনরবসু চূশিন্নবা ঙমদ্রে। ঐনা মদুদগী হোংদোক্লগা অতোপ্পা খরা চীকপা গাড়িগী মখোল তাদবা কা অমদা লৈনবা থৌরাঙ তৌবা পাম্লক্লে। নুংথিলদা ঐনা হোষ্টেলগী ভেরেন্দাদা কোয়না চত্তুনা য়েংই: অদুবু কা খূদিংমক মীনা লোইনা কনশিন্দুনা লৈ। লৈরিবা মীওইশিং পূম্নমক লাইরিক পানদুনা লৈ. অমতা লাঙনদে। অদুবু ঐনা কা অমদা য়েংবদদি খরা অঙাং ওইবা কোলেজ অদুগী ছাত্র মানবা মীওই অনীখক ব্রারী-ব্রাতাই শাদুনা লৈবা উই। কা অদু সড়ক্তগী খরা থাপ্পা গাড়িগী মখোল থোইনা তাদবা অফবা কানি।

ঐনা থোঙদা লেপ্লগা মখোয়দা ব্রা অমতা হায়নীংই হায়না হায়রুরে। অনীদুগী মরক্তা

মকোই খাকপা ছাত্র অমা থোরক্তুনা হায়রকই, "করি ওইরবনো?"

"অদোম কোলেজ অসিগী ছাত্র নত্ত্রা?"

"মান্নি, ঐখোয় বী, এ, তম্লিবনি। করি হায়বীনীংবগে?"

ঐনা মঙোন্দা ইশেং শেংনা ঐগী নুংঙাইতবা সমস্যা অদু পুথোক্তুনা হায়রে, "ঐ মণিপুরদগী এম, এ, পরীক্ষা থাবা লাকপনি। ঐনা লৈরিবা কা অসি সড়ক্কা নকমন্দুনা গাড়িগী মখোল তাবদা লাইরিক করিমতা পাবা য়াদ্রে। অদোন্না করিগুম্বা ঐনা লৈরিবা কা অসিগা অদোমগীসিগা ওম্থোক্লসি য়াবীরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইজগনি।"

ছাত্র অদু ঐগী ৱা অদুদা পুক্নীং চঙনা তায়, মহাক্না ঐগী লুরবা মতাং অদুদা ঐনা থেংনরিবা নুংঙাইত্রবা সমস্যা অদু মুন্না খঙনা উই। ছাত্র কয়াবুদি অদুগুম্বা অরাঙবা কা অদুদা লৈরগা লাইরিক পানবা য়াউনরিবনি, অদুবু ঐদি মখোল অদু হৈনদদুনা তৌরিবনি হায়বসি মহাক খঙই। (ঐনা হায়রিবা অদু য়াম্না নীংজিং মাঙজিংননা হায়রুবনি, মরমদি কা হোংদোক-হোংজিন তৌবা হায়বসি মখোয়দসু অকায়বা পীবা মখল অমনি।)

ছাত্র অদুনা থোইনা ৱাখল খন্দনা মোমোন নোক্লগা হরাউ-হরাউনা ঐনা হায়বা ৱাফম অদু য়ারক্লে। মাগী ভাব তাবা, পূকচেল চাউবা, মীগীদমক খনবা মানবা মতৌ অদু ঐ ঙসি ফাওবা কাউদে।

নুমিৎ অদুমক্তদা মখোয়গা ঐগা পোৎ হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌনদুনা হান্না লৈরম্বা কাশিং অদু ওম্থোক্লরে।

গাড়িগী মখোল থোইনা তাদবা চীক্লবা কা অদুদা হোংজিল্লবা মতুংদদি ঐ নীংথিনা জ্ঞান তানা লাইরিক পাবা ঙম্লে। ঐঙোন্দা থাজবা ৱাখল অমা লাক্লে। মথংগী নুমিত্তা পরীক্ষা থাগদবা আসামী মচা মরেপ ৱাংবা, মশা পাবা মীশক অমসু লাক্তুনা ঐগী কাদুদা লৈররে। মহাকসু হায় স্কুল অমগী ওজা ওইবা মীশক্নি। ইবানী অয়াম্বা মতমদা লাইরিক পানদুনতা লৈ, ৱারী-ৱাতাইনচিংবা থোইনা শানদে।

ঐ মফম অদুদা থুংলবদগী ইচৎ চথোক্তনা লেল্লি। সন্ধ্যাগী মতমদা হোস্টেলদা লৈবা মীওই খুদিংমক ৱাকিং চথোক্লখি, ঐ ইথন্তা হোস্টেলদা চীক্লা লৈহৌই। হকচাং শোন্থবা, চোকথবা অমদি শাবনা মরম ওইদুনা চথোক্লুরগা হঞ্জিল্লকপদা লাইরিক পাবা নুংঙাইরোই খনবদগী ঐ ময়াম্না ৱাকিং চৎপা অদু য়াওদবনি। সন্ধ্যাদা চথোক্লুবা মৈতৈ মচাশিংনা ব্রহ্মপুত্র মপান্দা চৎপগী নুংঙাইবা ৱারী কয়া তম্লগা ঐসু অমুক্তং য়েংনীংবদি পোকই। নোংমদি

ঐসু মৈতৈ মচা অনী-অহুমগা লোয়ননা সন্ধ্যাদা ব্রহ্মপুত্র মপান্দা কোয়বা চৎলি। নোংজুথাগী মতমদুদা ঈমায় ৱাংনা অকনবা ইরৈ অমদি অহৌবা ঈরাউখোলগা লোয়ননা চেল্লিবা, তোর্ব্বান ৱাংমদু তান্না উরবা অপাকপা তুরেলগী শক্তম অদু য়েংবদা কিনীংঙাই অমদি শুঙ্কাৎনীংঙাই অনীমক ওই। তারমদাই নুমিৎকী অরোইবা মঙালনা অপাকপা ঈশিং ঈমায়গী শরূক খরদা য়ৈদুনা ঈথকশিং অদু সনামচু মান্না ইরং লংনা লেঙ লেঙ চৎনা উরি। তুরেল্লোমদগী হুন্নকপা ঈরিক পুবা নুংশিৎ অদুনা হকচাংদা য়ৈবদা ঈংই, ওমচাক্লবা মৈশা অদু খরমখৈ কোকহল্লি। ঙহাক্তং অদুদি পরীক্ষাগীদমক্তা কোক্তা পুরিবা অরূম্বা ৱাখল অদু কাউবগুম তৌই। ব্রহ্মপুত্রগী ময়ায়দা উমানাথ মন্দির লৈরিবা চীংদুম মচা অদু য়েংবদা থোইদোক্লা পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাইনি। তুরেলগী অকনবা ইরৈনা ফুক্তুনা পুগদবা মাল্লবা চীংদুম অদু অশংবা মনা-মশীং, উপালশিংগা লোয়ননা ঈচেলদুগী মায়য়োক্তা খাঙদুনা লৈরি। চীংদুম অদুগী নাকন্দা তুরেলগী অকনবা ইরৈনা ৱাংখৎনা ঈরাউখোলগা লোয়ননা ঙাওনা উরু উরু লৈশিন্দুনা শাফু কন্না য়ৈরি। অকনবা ঈথক-ইরৈ অদু উবদা অকিবগী মশক্লি, মদুনা কনাগুম্বগী পুক্সীবু খুদক্তা ঈরোন্নুংদা লূপশিনখিদুনা মাঙহনখিবা য়াবগী অকিবদু পোকহল্লি। অদুবু মফমদুগী পূক্নীং হুনীংঙাই ওইবা তোপ তোপ্পা মতৌ অমদি লৈ। নায়তোম তানা লৈরিবা মফম অদুদা করিগুম্বা অঙকপা সংসার অমা লৈরমগদবগুম নীংই। তারমদাই নুমিৎকী ঙাঙলৈনবা মঙালনা অশংবা মনা-মশীং অদুদা তরং তরং য়ৈরি। চীংদুম অদদগী মরক মরক্তা লাউরকপা মীওইশিংগী মখোলনা পাক্লবা ঈমায় অদুদা খোঙ্থাঙ য়ৈনা লাক্তুনা তোর্ব্বান য়ৌরকই, খোঞ্জেল অদু তুরেল ঈচেলগী মখোলগা পূল্লগা অহাঙবা অতিয়াদা তিনখি। ঙহাক্কী মতুংদা তুরেলগী শরূক খরদা অমদি চীংদুম অদুদা য়ৈরম্বা নুংশাগী মঙাল অদু মাঙখ্রে। তুরেলগী শক্তম অমদি চীংদুম অদুগী শক্তম অদুসু হোংলকই। ঈপাক অদুগী মথক্তা অশংবা অতিয়াগী মখাদা উচেক অমা-অনীনা শান্নবগুম তৌনা কোয়পাই পাইবা উরি।

পরীক্ষা থাবা লাকপা মৈতৈ নূপা-নূপী কয়াসু তোর্ব্বান অদুদা চৎনবা উই। কনাগুম্বা মৈতৈ নূপা-নূপী খরনা ঈরাং অমগা লোয়ননা চৎমিন্নবা য়াওই। অদুবু ঐ মখোয়দা থোইনা পূক্নীং চঙলুদে। মৈতৈ নূপীশিংনা লংফৈদা থোরক্লগা অহল-লমন কনাসু উদ্রে হায়বগী ৱাখলদা অদুম্না খরা কা হেন্না নীংতম্না চৎপা মানবা মতৌ অদুগীদমক্তদি ঐ পূক্নীংদা খরা নুংঙাইতবা ফাওই।

ঐনা হোষ্টেলদা হল্লকপা অদু পুরা মমদ্রি। লাইরিক পাবসু খরা ঙল্লি হায়দুনা ঐ লৈমিন্নবা মৈতৈ মচা অনী-অহুম পূন্দুনা কা অমদা ৱারী শাদুনা লৈ। ঐখোয়না অদুম্না লৈরিঙৈদা ব্রহ্মপুত্র মপান্দা (অতোপ্পা মায়কৈ অমদা) ৱাকিং চৎলুবা মৈতৈ মচা অনীনা কাদুদা চঙলক্লগা অসুম্না নুংঙাইতবা পাউ অমা তল্লকই, "ব্রহ্মপুত্র তোর্বানগী চপ ঙম্বা নুংনা চনবা মফম অমদগী অঙাং অনীখক ঈশিংদা তাখ্রে, কুইদ্রি মিমিট তরামুক্কী মমাঙদনি। মখোয়বু কনানসু কনবা ঙম্লরোই!"

পাউ অদু তাবদা ঐ নুংঙাইতবগী অকনবা চৈনা অমা থম্মোয়দা ফাওরকই। অঙাং অনী অদুনা মীকুপ খরদংগী মমাঙদা ঈথক-ইরৈ কল্লবা, অকিবগী শক্তম লৌরবা তুরেলগী ঈরোন্নুংদা শিবগী অরোইবা লাম্থেং অমা থেংনরমগদবা অদু খল্লুবদা অকি-তুজুংবা পোক্লকই।

নুমিত্তুগী নুমিদাং অদুদি ঐ নুংঙাইতবা ৱাখল অদুনা মবম ওইদুনা লাইরিক পাবা ফাওবা নীংথিনা যাদে। মাঙদা লৈরিবা লাইরিক অদু পাবদা থৌদোক অদু নীংশিংলুরগা অমুক অমুক তূমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈ। ঙসায় ঐনা চথোক্লবদা উরকপা ঈমায় ৱাংনা, ইবং লংনা অকনবা ঈথক-ইরৈগা লোযননা চেলহৌবা তুরেল অদুনা অঙাং অনী অদুগী থৱায লৌখ্রবনি খল্লুবদা মদুবু থৱায় পানবা, শক্তি লৈবা অকিবা শক্তম অমা ওইনা পূক্নীংদা উবকই। পরীক্ষাগী লাঙতক্লবা, থৱায় ৱাবা অদুগী মরক্তা অদুগুম্বা থৌদোক্কী নুংঙাইতবা অদুনা ঐগী মহৌশাগী ওইবা পূক্নীংগী ফীবম্বু য়াম্না কায়হল্ল।

নংদাং অদু যাম্না ওমচাক্লে, অশাবগী মনিলনা য়ৈবদা হকচাংদু হুমাংনা পূমচোৎ চোর্ৎলি। ঙহাক্কী মতুংদা চাক চানবগী কাংশি য়ৈরক্লে। চাক চাবা চৎলুরবা মতুংদা ঐ অদুম তূম্লে।

মথংগী অয়ুক্তগী ঐ লাইবিক অমুক কন্না পাবা হৌরে। ঙল্লিঙৈ মতমদনা লাইরিক পাবা নুংঙাইবা হেল্লি, নুংশা হাইগৎলক্লবা মতমদদি শামনবনা কোক ঙাওই, লাইরিক পাবা ঙমদে। হোষ্টেলগী কম্পাউণ্ডদা চথোকপা ফাওবা ঙমদে, অরংবা নুংশাগী মঙালনা য়ৈবদা মীৎ থকই, হনগৎনা পাঙবা ঙমদে। ঐ নুমিত্তুগী সন্ধ্যা অদু চথোক্লে, কাদা লাইরিক অদুম পাদুনা লৈরে। সড়ক্কী ময়াদা হৌবা মনা পুংলবা খোংনাং পাম্বীদা ৱাকশিংনা খোংবগী মখোল অদু অদুক্কী মতিক লাঙই মদুদি মদুনা লাইরিক পাবা ফাওবা অকায়বা পী। অদুগুম্বা ৱাকশিংগী মখোল অদু মতম অদুদদি নুংঙাইখিদ্রবসু ঐ কোন্নদি মদুবু হেক হেক নীংশিংই, মদুনা মফমদুদা পরীক্ষা থাবদা থেংনখিবা অৱাবা, লাঙতক্লবা থৌদোক কয়াবু

হেক হেক নীংশিংহল্লি।

মথংগী নুমিত্তু পরীক্ষা হৌবা নুমিৎনি। পরীক্ষা অদু কটন কোলেজগী চাউরবা হোল অমদা তৌই। মতমদু নুংশা য়াম্না শামনবনা মরম ওইদুনা হোল মনুংদা ফেন য়াম্না উংই। মখোয়গী মখোল অদু য়াম্না হৌনা থোকই। মদু ঐঙোন্দদি কয়া হৈনদে, পাখিবা পারা কয়া নীংশিংবদা ৱানা থোকই, অদুবু মদু ময়ামগী থবক্লিনা মদুদা করিসু হায়রুনীংঙাই লৈতে, ঐ অদুম খাঙদুনা হোৎনরে। ঐঙোন্দদি অশাবা অদু খাঙলগা ফেন উংদনা চীক্লা তৌবনা হেন্না নুংঙাইরমগনি খল্লি।

পেপর অমা লোইবা খুদিংগী মরক্তা নোংমা ওফ লৈ, অদুনা পরীক্ষা হল্লকপা নুমিৎ অদুদি ঐ হেক হেক ইমান্নবশিংগা ব্রহ্মপুত্র মপান্দা কোয়বা চৎলি, হল্লক্লগা লাইরিক পাদনা পোথাদুনা লৈ।

পরীক্ষা মনুং অদু হকচাংদি পোথাবা য়াওরবসু পূক্নীংদি ঙহাক্তা পোথাবা খঙদে, উরুবা পোৎ খুদিংমক্তা অৱাবা লাঙতক্লবা ৱাখল অমগা ঈরোইনৈ। ঐনা নুংঙাইতবা অমনা ঐগা লৈমিন্নবা আসামী মচা অদু লাইহৌ তৌদুনা নাদুনা হীদাক হেক হেক চারগা পরীক্ষা থাবা চৎলি। মহাক মমীৎসু নাই, আনোক সনগ্লাস অমা হেক হেক উপ্তুনা লৈ। ঐ মাগী অনাবগী মরমদা মরক মরক্তা হংলবসু মঙোন্দা য়াম্না পূক্নীং চঙশিল্লবদি ঙমদ্রে। নুংথিল নত্ত্রগা অয়ূক্তা মাগী নক্লবা মীশিংনা মাগী মরমদা হংদুনা মাবু য়েংশিনবা হেক হেক লাকই।

মতম অদুদা গৌহাটিদা মীৎ নাবগী লাইচৎ অমা পাক্তক্লনা শন্দোকই। পরীক্ষা থাবা লাকপা মীওই কয়া (মৈতৈ মচাশিংসু) মীৎ য়াম্না নানৈ। লায়না অদুগী হীদাক লৈতবদৌনা তৌই। মখোয়না ডাক্তরদা চত্তুনা য়েংলুবদা ডাক্তরনা পীরকপা হীদাক অমতা কান্নফম খঙদে। ডাক্তরনা অসুম্না হায়রকই হায়দুনা ইমান্নবা খরনা তস্মী, "লাইচৎ অসি মীত্তা কা হেন্না শোকহনগদবদি নত্তে, নুমিৎ খরনি নারগা মথক্তসু অদুম ফজরক্কনি, হীদাক থাবগী কান্নবা থোইনা লৈরোই। মসিদা তৌবা য়াবা খ্বাইদগী ফবা লায়য়েংদি অরুবা, লুমথোক্লগা ঈংহনবা লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিংদা থুম খরা হাপ্লগা মীৎ চামথোকপা অসিনি।"

মীৎ নাবা মীওইশিং অদুনা ডাক্তরনা তাকপদুগী মতুং ইন্না লায়য়েংদুনা, যতন তৌদুনা ফনা কন্না হোৎনরবসু মতম খরদি নাবা অদু ইফৎ ফত্তে। মদুনা মখোয়গী লাইরিক-লাইসু পাবদা অচৌবা অপনবা অমা থোকহল্লি।

ঐদি লাইবক ফবদগী অদুগুম্বা মীৎ নাবগী লাইচৎ অদুদি য়াওহৌদ্রে; অদুবু হকচাং

শোনবা, কোক ঙাওবগী য়াম্না নুংঙাইতবা মওঙ অমদি লৈ। মফমদুগী হৱা-নুংশিংকা চুশিন্নবা ঙমদবা, মেসকী চাক-য়েঙ্খাং হৈনদবা, পরীক্ষাগী হোৎনবদা ৱাবা অসিনচিংবা কয়ানা ঐগী য়াঙ য়াম্না কংশিল্লি। করিগুম্বদা ঐ পূক্লীং অদুক্কী মতিক শোল্পরকই মদুদি ঐ পরীক্ষা অদু লোইনা থাবা ঙমদনা তোক্লগদ্রা হায়না খনবা য়াওরকই। মতম অদুদা ঐ পূক্লীংদা ইথস্তা ৱাশকচৈ, "ঐ গৌহাটি অসিদা শিবা তারবা ফাওবা শিরগনি, পরীক্ষা লোইনা য়াওদ্রিবমখৈদি য়ুমদা কৈদৌঙেদসু থোক্লরোই।" মহৌশা শান্তিনিকেতনদা লাইরিক তম্লরগা নাদুনা য়ুমদা থোরকখিবা অদু ঐ মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনা লৈ, হন্দকসু পরীক্ষা অদু লোইবা ফাওবা য়াওবা ঙমদনা য়ুমদা থোকপা তাববদি ঐ তশেংনা শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না চপ য়ুংনা খল্লি।

অসুম্না পূক্লীংদা অকনবা ফিরেপ অমগা লোযননা অকিবা, লাঙতক্লবা, নুংশাথীবা ৱাখল কয়াগী মরক্তা পবীক্ষা অদু লোইশিনখ্রে। পরীক্ষা লোইখিবা নুমিৎ অদুদি পূক্লীং য়াম্না ৱাইশংলে। পরীক্ষা থাবা লাকপা অতৈ মীওইশিংদুসু নুমিত্তুদি অফা-অপুন অমতা যাওদনা কোয়বা, বাজারদা পোৎ-চৈ লৈবা চৎনবা য়াওই। মথংগী নুমিত্তা ময়ুমদা হন্নবা থৌরাঙ কয়া তৌনৈ। ঐসু ঙহাক সন্ধ্যাদা চথোক্লুরগা হল্লক্রে।

মথংগী নুমিত্তা ঐ খরা অহল ওইবা ওজা অনী-অহুমগা লোযননা গৌহাটিদগী থোকমিন্নরকই। থোরকপগী খোঙচৎ অদুদি নুংঙাইবা খোঙচৎ অমনি, ঐখোযগী কোক্তা অহানবা লাকপদা লৈবম্বা পরীক্ষাগী অরূম্বা ৱাখলদু লৈত্রবনা ফাগী-জুগায কযা তৌনদুনা নোক্তুনা নুংঙাইনা ৱারী শাদুনা লাকই। গৌহাটিদা লাকখিবগী খোঙচৎ অদুগা হল্লকপগী খোঙচৎ অদুগা তশেংনা খেন্নবা অমনি।

পরীক্ষা থারুরগা য়ুমদা থোরকপা অদু অরুবা থবক অমা পাঙথোক্লুবগী পূক্লীংদা নুংঙাইবগী নাপল অমা লৈ। ইমুংগী মীনা ঐবু নাব-য়েকপা তৌরক্তুব্রা হংবদা ঐনা করিসু থোইদোকপা তৌরক্তে হায়না খুম্মী, ঐনা থেংনবা নুংঙাইতবা, অৱাবা কয়াগী মরমদা মখোয়দা কবিমতা তমদে। মখোয়না পরীক্ষাগী মরমদা হংলকপদদি ঐনা অসিতমক খুম্মী, "ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি, ঐনা খঙবা খরদি তৌরম্লে।"

## ৪

# অকোনবা চহী

ঐনা থোরকপা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা স্কুলগী কালেন ছুটি কারে, হান্নগুম স্কুলগী থবক চাংনাইনা অমুক তৌবা হৌরে।

চাউরাক্লা থা অমা মখায়রোমগী মনুংদা পরীক্ষা হায়দোরক্লে। ঐ পাস তৌরক্লে। অদুদগী লাইরিক-লাইসুনচিংবা চেন্দ্রনা অরোইবা পরীক্ষাগীদমক অমুক হোৎনবা হৌরে। অকোনবগী চহী অদুদি মমাঙগী চহী অদুগুম্না হোৎনবগী মতম শাংনা লৈতে। মরম অসিনা ঐ অকোনবা চহী অসিগীদমক য়াম্না নুংশাথীবা পোকই। স্কুলগী ক্লাসসু নোংমদা মনি মরি লৈ, কারক্তবা ওজাগী মহূৎ মেনবগা থারবদি নোংমদা অয়াম্বা মতমদা ক্লাস মঙা চঙই। অসিগুম্বা অকনবা স্কুলগী থবক অসিগী মরক্তা লাইরিক পানবা হোৎনবা অদু য়াম্না রানা থোকই। অদুবু ঐ নোংমগী পুংশিং কক্লা অয়ূক্তা পুং অহুম্লোম নুংদাংদা পুং অনীরোম চাংনাইনা লেপ্তুনা লাইরিক পাদুনা হোৎনরে।

থবক তৌনা তৌনা পরীক্ষাগী হোৎনবা অদু হকচাংগীদি য়াম্না রারবসু অমরোমদা করিগুম্বা নুংঙাইবা অমসু লৈ। য়ূমদা লৈরবদি হকচাং নাদনবগী চাব-থকপদা যতন কয়া তৌদুনা হোৎনবা ঙম্মী।

অরোইবা পরীক্ষা অদু থুনা অমুক নকশিল্লকপা খঙহৌদে, মদু ইং ১৯৭২ গী জুন থাদা পাঙথোক্লবা লেপ্লক্লে। হন্দক্তি ঐ পরীক্ষা মমাঙদা থা অহুম ছুটি লৌদুনা হোৎনরে।

ঐ গৌহাটিদা অহল ওইবা ওজা অহুমখক্লা চৎমিন্নে। অদুবু মফমদু য়ৌরগা লৈফমদি তিন্নদ্রে, ঐদি ঐনা মমাঙগী চহীদা লৈরম্বা কটন কোলেজগী হিন্দু হোষ্টেল অদুদা লৈরে অদুগা মখোয়না অতোপ্পা হোষ্টেল অমদা লৈখ্রে। মমাঙদা থেংনখিবা থৌদোকশিং অদু নত্তবা থোইনা অনৌবা থৌদোক থেংনদে। নুংশা শাবা, চাব-থকপা নুংঙাইতবা, হকচাং শোম্বা, পূক্নীং লাঙতক্লবা কয়া অদুম হান্নগুম্না তৌই। হন্দক্তি গৌহাটি য়ুনিভরসিটিদা করিগুম্বা ষ্ট্রাইক অমা তৌদুনা পরীক্ষা অদু লেপখিবা মতমদগী থা অমরোম য়েথোক্তুনা জুলাই থাদা পাঙথোক্লবা নৌনা অমুক লাউথোরক্লে, মফমদুদা শাংথনা লৈবা তারে। মদুগী

খুদোংচাদবা কয়া লৈ — শেল-থুমগী খুদোংচাদবা, চাব-থকপা নুংঙাইরক্তবগী, পরীক্ষাগীদমক থৌরাঙ ফজনা লোইরবা পারা কয়া অমুক হঞ্জিন্না পাবগী অদুগা ঐনা স্কুলদগী লৌরম্বা ছুটিগী মতম লোইথোকখিবগী খুদোংচাদবা কয়া অসিনচিংবা। ঐনা স্কুলগী হেডমাষ্টরদা পরীক্ষা য়েথোকপগী ৱাফম অদু খঙহন্দুনা ছুটি শাংথনা পীবিনবা চিঠি অমা থাখি, অদুগা মদুগা চপ মান্নবা কপী অমসু জিদা থাখি। ঐ মঙোন্দা হেডমাষ্টরবু লনাই ওইনা চত্তুনা উন্নরগা ৱাফম অদুগী মরমদা ৱারী শাবীনবা হায়খি, করিগুম্বা হেডমাষ্টরনা ঐগী চিঠি অদু ফংদে হায়রক্লবদি অতোপ্পা কপী অদু মঙোন্দা পীবিনবা হায়খি। মতম খরা লৈরগা পরীক্ষাগী লেপখিবা তারিখ অদু য়ৌরক্তুনা পরীক্ষাদু মথং মথং পাঙথোকখ্রে।

যূমদা থোরক্লবা মতুংদা ঐ ফজনা পোথারে। ঐগী ইচানূপীনদি ঐনা লাইরিক পাবা ফাওবা য়াদ্রে। মতম অদুদা মহাক চহী মরিরোম খরা হেল্লে। নহানমখৈ ঐনা অয়াম্বা মতমদা লাইরিক পাদুনা লৈবদগী মহাকপু ইনাক্তা চঙহন্দবা, মানা লাঙবদা চৈবা অসি ইতৎ তত্তনা তৌই। মদু মঙোন্দা নুংঙাইতবা অমনি। হন্দক ঐনা পরীক্ষা লোইদুনা থোরক্লবা মতুং অসিদদি ঐনা করিগুম্বা লাইরিক অমতং পারবদি মহাক্না ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা ঐনা পারিবা লাইরিক অদু পায়রগা খুমজিল্লৈ! মহাকসু খঙই পরীক্ষা লোইখ্রবা মতুংদদি ঐনা পারিবা লাইরিক অদু মরু ওইদবনি। লাইরিক পাবগী মহূত্তা মাগা লোয়ননা শান্নবা, ৱারী শাবা অসিনি মহাক্না পাম্লিবা। ঐ ইথন্তা ৱাবা নত্তনা পরীক্ষা অদুনা মঙোন্দসু অৱাবা অমা পীরম্মী।

ঐনা থোরকপদা স্কুলগী কালেন ছুটি কানবা ফনা কুইরম্লে। ঐনা স্কুল কাবদা হেডমাষ্টরনা  ঐঙোন্দা থোইদোকপা ৱা করিসু হায়রক্তে। পরীক্ষা য়েথোকখিদুনা ছুটি শাংথনা লৌবা অদুগী মতাংদসু হেডমাষ্টরনা ঐঙোন্দা করিসু হায়রক্ত্রবনা ঐনা মদুগী মরমদা ইচম চন্না করিমতা খনখিদ্রে। ঐ থৱায় য়াওনা স্কুলগী থবক চাংনাইনা অমুক তৌবা হৌরে।

সেপ্তেম্বর থা য়ৌরক্লে। মতম অদুদা ঐঙোন্দা খরা ঙকপা থৌদোক অমা থোক্লে। সেপ্তেম্বর থাগী তাং ১৩ দা ঐগী তলবগী ইনক্রিমেন্ট তাবনি, অদুবু তলব শাবদা ঐগী ফংফম থোকপা ইনক্রিমেন্ট অদু য়াওদনা শারক্লে। ঐনা ঙক্লা মদুগী মরমদা কেরানীদা চঙশিন্দুনা হংবদা মহাক্না হায়রকই ঐনা পরীক্ষা থাবগী চোম্থনা ছুটি লৌবা অদুনা মরম ওইদুনা  ঐগী সার্ভিসতা ব্রেক লৈরে, অদুনা ফংফম থোকপা ইনক্রিমেন্ট অদু চোম্থনা ফংলগনি। মহাক্না মখূৎ থেক্তুনা ঐগী ফংগদবা মতম অদু পারকই।

ঐ ৱাফম অদু তাবদা পূক্নীংদা খঙহৌদনা নুংঙাইতবা ফাওরকই, ঐঙোন্দা করিমতা খঙহন্দনা মনুংদা ঐগী ফত্তনবা শীল্লম্লিবা থৌওঙ অদুদা য়াম্না পেন্দবা পোক্লকই। ঐ কেরানীদুনা মখুৎ থেক্তুনা ঐগী ইনক্রিমেন্ট ফংফম থোকপা মতম পারকপা অদু থোইনা তারুবা তৌদনা মাগী মনাক্তগী অদুম থোরক্লে।

নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐগী ৱাখলদা করিগুম্বা অহোংবা অমা কন্না লাক্লে, ঐ স্কুল অদু থাদোক্লীংবা পোক্লে। মদুদা থবক তৌবা অদু হৈনীংলক্ত্রে। অদুবু ঐ মপালথোংদদি উত্তে, মদুগী মরমদা থোইনা খন্দবা শাদুনা ঐ হেডমাষ্টরদা করিমতা হায়দ্রে। ঐগী পূক্নীংদা অসুম্না খল্লি, "পরীক্ষা ঙম্লকপা থোক্লবদি ঐ স্কুল অসিদা কৈদৌঙৈদসু কুইনা লৈররোই। মখোয়না তৌনীংবদু তৌরসনু। সার্ভিস ব্রেক লৈবগী ৱাবা হায়বসি মফম অদুদা লেঙদনা থবক তৌবগী ৱানি, করিগুম্বা থবক মফম হোংগদবা লৈরবদি করিসু অকায়বা লৈতে।" ৱাখল অদুনা ঐগী পূক্নীংবু থেমজিল্লি। অদুবু অদুগুম্বা ফজদবা খূজিল অদুদি ঐ কাউবা ইঙম ঙমদে।

৫

# পরীক্ষা লোইবদা পাখিবা লাইরিক খরা

পরীক্ষা লোইখিবা মতুংদগী ঐ সাহিত্যদা কথোকপা ৱাখল অমগা লোয়ননা নৌহৌনা পূক্লীং চঙবা হৌরে। নহানমখৈ লাইরিক তম্বগী অফা-অপুন্নবা য়োৎহিলং অদু লৈরম্বনা ঐ হীরম অসিদা কন্না পূক্লীং চঙবা ঙন্নমদে, অদুবু হৌজিক্তি অপুনবা অমতা লৈত্রবনা ঐ সাহিত্যগী জগত্তা নীংতম্না চঙনবা খল্লক্কে। মতম অদু ঐ ইবদি ইদে, পাবতমক তৌই। ঐনা খ্বাইদগী পূক্লীং চঙনা পাবা হৌবা অসি থোমাস হার্ডিগী উপন্যাসশিং অসিনি। মাগী উপন্যাস *দি রিটর্ন ওফ দি নেতিভ* অমসুং *টেস ওফ দি দ উর্বরভিলেস* অনী অসি তমখিবদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মাগী উপন্যাস অতৈগী মহাউসু খঙনীংদুনা ঐ মাগী *জুড দি ওবস্ক্যর, দি মেয়র ওফ কেস্তরব্রিদজ, ফার ফ্রোম দি মেডিং ক্রাউড* অসিনচিংবসু পাবা হৌই। মহাক্না ৱেসেক্সকী খুঙ্গঙগী পুন্সী, চীং-মান অমদি মফমদুদা লৈরিবা মীওইশিংগী মরমদা ইবা অদু য়াম্না ফজে, পাবদা য়াম্না নুংঙাই। ঐগী পূক্লীং হকচাং ফাওবা মানা থারিবা ৱেসেক্সকী লম্দমদা লৈখি। মহাক্না পুন্সীদা য়েংলিবা অৱাবগী মীৎয়েং অদুনসু ঐবু ৱাখল য়াম্না খন্থহল্লি। মীওইবগী অৱা-অনা, ঐখোয়না তৌগে নীংবা কয়া ওন্ন-তৈনবা, করিগুম্বা তম্বা ঙমদবা অচৌবা শক্তি অমনা মীওইববু মশাগী অনীংবা কয়াগী মায়য়োক্তা হুমদুনা পুবা, মদুনা মীওইবগী লাইবক লেপ্পা অসিনচিংবা কয়াগী মরমদা ইবদু ঐগী পূক্লীং য়াম্না চিংশিল্লি। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মীওইবগী পুন্সী অসি নুংঙাইবনি হায়না খনবা ইঙম ঙমদবা, মসিগী অৱাবা শরুক্না হেন্না উগনবা অদুমক্না মরম ওইবা য়াই ঐনা হার্ডিগী পুন্সীগী ফিলোসোফিদা অদুক য়াম্না নুংঙাইনা থোক্লুরিবা।

ঐনা মাউপাসাঁগী উপন্যাসশিং *বেল-অমি, অৱার হার্টস* অমসুং মাগী ৱারী মচাশিং কয়াসু পাই। মাগী রিয়েলিষ্টিক ওইবা খুৎই অমসুং ৱারী লীবগা আর্ট অদু ঐ য়াম্না পাম্মী। মাগী পুন্সীদা য়েংবা মীৎয়েং অমসুং দর্শনগী মতাংদদি ঐ অদুক হাক্না পূক্লীং থিংজিল্লুবা ঙমদে। অদুবু মহাক ঐগী ফিদম ওইনা খঞ্জবা অইবা অমনি।

সাহিত্যনা ঐগী পুন্সীদা পীবা প্রভাবকী মতাংদদি চমন্নবা খরা লৈ। অইবা অমনা

মাগী কল্পনাগী মতেংনা য়েক্লিবা চরিত্র, লীরিবা ৱারী, পুন্সীগী মরমদা হায়রিবা কয়া অসিদগী কদায় ফাওবা ইশাগী হিংবগী কান্নবা লমজিং ওইবা ৱাখল লৌগদগে হায়না খনবদা করিগুম্বদা খন্দোকফম খঙদদুনা লম্মাংনবগুম তৌবা য়াওরকই। কলাগী পোৎ হায়বসিদি কলাকারনা মাগী ৱাখল, মহৈ, কল্পনা, মানা লৌবা পুন্সীগী মশক অদু পুল্লপ তাশিন্দুনা মদুদা হাপ্পুনা মপুম ওইনা শেমখ্রবনি। মদু থুগাইবা, খন্দোক-খঞ্জিন তৌবা অমা চঙই। অদুগা করিগুম্বা কলাগী পোৎ খরদা মোরেলিটিগী ওইবা ৱাফম করিসু য়াওদবসু য়াওই। মরম অদুনা ঐ করিগুম্বদা কলাগা য়েৎশিন্নদ্রবা তরং তরংনা লৈজবা পুন্সীগী মরমদা লমজিং ৱাখল পীগদবা লাইরিকশিংসু পানীংলকপা য়াওরকই। পাকশনখ্রবা মপাল নাইদ্রবা সাহিত্যগী তাইবঙদগী হিংবগী লৌশিং-জ্ঞান লৌনবা হোৎনবদু ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা থোকই। অদুনা ঐ ধর্ম্মগী লাইরিকশিং নত্ত্রগা অচৌবা মীনা হায়রম্বা পাউতাক য়াওবা লাইরিকশিংসু পাই। ঐনা পাখিবা অদুগুম্বা লাইরিক খরদি *গীতা*, ৱালপোলা শ্রী রাহুলাগী *হৱাট দি বুদ্ধ তোট*, রোই ইউজিন ডেভিসকী *টিচিংস ওফ দি মাষ্টরস ওফ পারফেকসন*, নোরমান ভিনসেন্ট পিলগী *দি পৱার ওফ পোজিতিভ থিঙ্কিং*, নেপোলিয়ন হিলগী *থিঙ্ক ইয়োর ৱে টু ৱেলথ* অসিনচিংবনি। লাইরিকশিং অসি পাবদগী ঐঙোন্দা কান্নবা ৱাখল কয়া ফংই। অকোনবগী লাইরিক অসি নেপোলিয়ন হিলনা শেল তানবগী লম্বী, নিয়ম-নীতিগী মরমদা তাক্লুনা ইরবসু মদুদা পুন্সীদা মী ওইনবগী হোৎনবা য়াবা লম্বী কয়া তাকই। ঐনা মরু ওইনা মদুদগী লৌরিবা অসি মায়কৈ অদোমগী ওইবা কান্নবা অদুনি।

৬

## সাহিত্যগী জগত্তা হেন্না মপূং ফানা চঙলকপা

ওক্তোবর থাদা এম, এ, পরিক্ষা হায়দোক্নুনা ঐ পাস তৌরক্লে। মতম অদুদগী ঐ পুক্নীং লৈতাদবা, অনৌবা থবক থিনবগী ৱাখল খনবা হৌরে।

ইং ১৯৭৩ গী জনুয়ারি থাদা ঐ জি, পি, কোলেজদা মণিপুরীগী ওজা ওইনা চঙলে। মতম অদুদদি মণিপুরী বিষয়দা এম, এ, লৈত্রিবনা বী. এ. দা মনিপুরী লৌরকপা, লোল অমগী সাহিত্যদা এম, এ, পাস তৌরকপা মী অমবু মণিপুরীগী ওজা ওইনা খনবগী নিয়ম অমা লৈরম্মী। ঐসু ঐগী বিষয় অদু ওন্নরবসু হেন্না ফবা থবক অমা লাকপগী খুদোংচাবা অদু মাঙহন্নীংদদুনা থবক অদুদা চঙনবা হোৎনবনি।

ঐ মফম অদুদা থা মঙারোম লৈরম্লবা মতুংদা এন. জি, কোলেজদা, অদুদগী অমুক চহীদুগী ওক্তোবর থাদা ইম্ফাল কোলেজদা মথংং মথং ইংলিসকী ওজা ওইনা অমুক চঙলে। ইম্ফাল কোলেজদা চঙলবা মতুংদদি ঐ নীংতম্না সাহিত্যগী জগত্তা চঙবা হৌরে। পাক-চাউনা পাবগা লোয়ননা ইবসু অমুক নৌহৌনা খরা হৌরে।

ঐ মখল খূদিংমক্কী সাহিত্যবু পামজরবসু ঐনা খ্বাইদগী মপূং ওইনা পামজবা অসি উপন্যাসনি। তোঙান তোঙানবা অইবা কয়াগী উপন্যাসশিং পাক-চাউনা পাবগা লোয়ননা অইবা কয়াগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী পামজবা গুরু অমা থিবা হৌরকই। অচৌবা অইবা খূদিংমক মখোয় মখোয়গী তোঙানবা অচৌবা মগুণ কয়া লৈরবসু মখোয় খূদিংমকপু ঐগী পামজবা হায়বদুদি ওইদে। ঐ লাইরিক পাবদা চীলহাউ য়াম্না থিগল্লি।

ঐনা মতমদুদা পাখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা খরদি লিও তোলস্টোই, মোরাভিয়া, হেনরি জেমস, ভরজিনিয়া ৱোলফ, পার্ল এসঃ বক, থেকরে, ডিকন্স, হেমিংৱে অসিনচিংবগী উপন্যাসশিংনি। অইবশিং অদুগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী পামজবদি তোলস্টোইনি। মী মরক্তসু রাশি তিন্নব-তিন্নদবা হায়বা অমা লৈবগুম্না লাইরিক পাবদসু কূপশিল্লক্রবা মতমদদি লাইরিক অদুগী মরুমদা লৈরিবা অইবা অদুগী ৱাখল, ব্যক্তিত্ব, ৱাঙাঙ, ৱাহৈ-ৱাতা অদুগা ইশাগী পুক্নীংগা কয়া য়াম্না চাশিন্নবগে-চাশিন্নদবগে হায়বা ৱাফম

অমা শোয়দনা লাকপগুম নীংই। ৱাখল-পুক্কীং চানরুবা অমদি মফোঙদোক অদু পামজরুবনা ওইবা য়াই ঐনা তোলষ্টোইবু অদুক য়াম্না খোয়দারুরিবা। ঐনা ক্লাস টেন তম্লিঙৈদা মাগী ৱারী মচা "হাউ মচ লেণ্ড দজ এ মেন নিদ?" হায়বা অদু তমখিবদগী মদুগী মহাউদু খঙবা নত্তনা ঐ মাগী অতৈ লাইরিক্কী মহাউদি খঙদ্রি। মদুগী মথংদা ঐনা কোন্না মাগী *দি কোসাকস* হায়বা অপীকপা উপন্যাস অদু লৈদুনা পারুবদগী মাগী সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা মহাউ অদু খঙলকপনি। মাগী খুৎই, মফোঙদোক, মীওইবা অমদি প্রকৃতিগী মরমদা হায়বা ৱাফম পুম্নমক অদু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। মহাক্না মীওইবগী মরমদা খঙবা, নুংগী মরমদা উশিনবা অমদি নৈনবা অদু য়াম্না কুপ্পী। সেক্সপিয়ারগী মথংদা মীওইবগী নুংগী ফীবমগী মরমদা খ্বাইদগী হেন্না কুপ্না খঙবা অইবা অসি মহাক্কি হায়না ঐনা লৌই।

ৱারী লীবগী আর্টতা ঐনা মতৌ তম্বা অতোপ্পা অচৌবা অইবা খরদি মাউপাসাঁ, পার্ল এসঃ বক, মোরাভিয়া, শরৎ চন্দ্র অসিনচিংবনি। মখোয়গী ৱারী মরীদা খোঙজেন থুবা, ময়েক শেংবা, থৌদোকশিংবু হোংদোক-হোংজিন তৌদুনা অপাববু তস্থহন্দনা শুমদুনা পুবা মওঙ পুম্নমক অদু য়াম্না শীংথানীংঙাইনি হায়না খল্লি। মখোয় তশেংনা অচৌবা ৱারীলীবা ঙাক্তনি।

মতম অদুদা ঐ ইংলিসকী ৱারী মচা খরা ই, অদুগা তোলষ্টোইগী উপন্যাস *দি কোসাকস* হায়বদুসু মণিপুরীদা ট্রান্সলেসন তৌবা হৌই। মাউপাসাঁগী ৱারী মচা "দি ডাইমণ্ড নেক্লেস" সু মণিপুরীদা ট্রান্সলেসন তৌই।

ঐ মণিপুরী সাহিত্যদগী ইয়ুরোপকী হায়বদি নোংচুপলমগী সাহিত্যবুনা হেন্না থৱায় য়াওনা পাই। মদু থাক অমসুং মহাউ খেন্নবদগীনি। তশেংনমক মণিপুরী সাহিত্যগী মনুংদদি ক্লাসিক্কী থাক্তা পুখৎপা য়াবা লাইরিক য়াম্না তাঙলি, ইয়াওমক য়াওদ্রি হায়বা য়াই। কলাগী লমদদি ইশাগী অমদি মীতোপকী ওইবা হায়বা থোইনা অমুক খেন্নবা লৈতে, ফজবা অথোইবা পোৎ অদুতনি মরু ওইরিবা। মরম অদুনা ঐনা মখোয়বু খন্দুনা লৌখত্তুনা পারুবনি।

অঙাং ওইরিঙৈদা ইবা মতমদা খনখিবা ৱাখলগা হৌজিক্কী ৱাখলগা খেন্নরে। অঙাং ওইরিঙৈদদি ইবদা ইচম চম্না হেক্তা ই, মদুদা চঙবা অভ্যাস অমদি অতৈ হোৎনফম থোকপা কয়াগী মরমদা মুন্না খঙখিদে, হৌজিক্তি ইবা হায়বসি অরায়বা নত্তে, য়াম্না কন্না হোৎনবা

অমসুং পাবগী দরকার লৈ হায়বসি খঙলকই। ইবদা চঙবা কলাবু য়াম্না মরু ওইনা লৌরকই।

ইবা তম্বগী মতাংদা সেক্সপিয়ার অমসুং তোলষ্টোইবু খ্বাইদগী ফিদমগী ওইবা অইবা ওইনা লৌখৎলি। সেক্সপিয়ারগী ড্রামাশিংগী মহাউ অসি ছাত্র ওইরিঙেদা খরমখৈ খঙখ্রবসু ওজা ওইনা তম্বীরক্লবা মতমদা মহাউ অদু খরগা অমুক খঙলক্তুনা হেন্না নুংঙাইবা পোক্লকই। মানা চরিত্র য়েকপগী ফজবা, মীওইবগী পুন্সীগী মরমদা হায়বা অচুম্বা অমসুং বর্ণন তৌবগী ফজবা পূন্নমক অদুগী মরমদা অমুক হায়রুবগী কান্নবা লৈতে। তোলষ্টোইসু মীওইবা, পুন্সী অমদি থৌদোকশিংগী মরমদা চপ চাবা অচুম্বা কয়া য়াম্না নীংথিজনা ফোঙদোকপা ঙম্মী। মীওইববু হেন্না মশক মুন্না খঙনবগীদমক মখোয়গী সাহিত্যবু পাদবা, নৈনদবা য়াদে হায়বসি ঐগী অচেৎপা ৱাখলনি। মীওইববু মুন্না খঙদ্রিবমখৈদি, মরু ওইনা নোভেলদি ইবা ইয়ামক য়াদবা পোৎ অমনি হায়না খল্লি। মরম অসিনা ঐনা অইবা অনী অসিদগী মীওইবগী মরমদা খঙনবা য়াম্না তম্মী।

কনাগুম্বা সমালোচক খরনা সাহিত্যদা সমাজগী মমি তাবগী নত্ত্রগা সাহিত্যনা সমাজগী ওইরিবা ফীবমগী মরমদা নৈনবগী ৱা পন্দুনা, মদুনা সাহিত্যদা খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইবগী মওঙদা মত পীদুনা ঙাঙবা য়াওই। মসিমক্তি ঐ য়ানীংবা পোক্তে। সাহিত্যনা সমাজগী শক্তম নত্ত্রগা ইস্কুল উৎপা হায়বা অসিদি তৌরবসু তৌদ্রবসু য়াবা সেকেণ্ডরি ওইবা পোৎনি, হেন্না মরু ওইরিবদি যুগ কয়াগী মীরোলশিংগী লেঙদ্রবা ৱাখল, লমচৎ, পুন্সীগী অচুম্বা অদু উৎপনি। মীৎয়েং অশোমদগী য়েংলগনি ঐনা সেক্সপিয়ার অমসুং তোলষ্টোইগী লাইরিকশিংবু য়াম্না লুনা তৌজরিবা।

অদুগা অমুক মীবু করেম্নদুনা নত্ত্রগা মপুং ওইনা ফাগী-জুগায় তৌদুনা ইবা সাহিত্য মখল অসিমদি ঐনা খ্বাইদগী পামদে। করেম্নবা নত্ত্রগা ফাগী হায়বা অসি মীওইবগী পুন্সীদা চন্নফম পীক্লা লৈ, অৱাংবা ৱাখল ফোঙদোকপা য়াবা অফবা উপায় অমা নত্তে হায়না লৌই। সাহিত্যদা সেরিয়সনেসকী ৱাফম অসি ঐ য়াম্না লুনা লৌই। করেম্নবা হায়বা অসি নেগেটিভ ওইবা ৱাখলগা মরী লৈনবা পোৎ অমনি, কনাগুম্বা মীনা মীবু নত্ত্রগা সমাজবু করেম্নবগী হক লৈতে হায়না খল্লি, মরমদি মহাক মশামক মপুং ফাবা মী নত্তে। মীগী অশোয়বা হায়রকপদা ঐনা অইবা মশাগী লমচত্তা লৈরম্বা ৱাবা অশোয়বদু হেক্তা নীংশিংই। মাগী ৱাখল অদুবু অফবনি হায়না খন্দে।

৭

# অওইবা পুন্সীদগী নূপীগী শক্তম লাকপা

চরিত্র খূদিংমকপু ভাবকী জগত্তগী ঙাক্তা পুথোকপসি পামদে। অওইবা তাইবঙদা লৈরিবা মীওইশিংবু মুন্না য়েংশিনবা, মখোয়গী মওঙ-মতৌ, ঋঙাঙ-শঙাঙবু মুন্না খঙজিনবা হায়বসি ঐগী পামজবা অমনি। মরু ওইনা নূপীশিংগী লমচৎ, মশক-মতৌ, মওঙ-মতৌবুনা হেন্না মুন্না য়েংগল্লি। নূপাশিংগীদি ইশানা খঙজবা কয়া লৈ, নূপীশিংগী মরমদদি ইখঙ খঙদে, য়াম্না কুপ্না থিজিনবগী দরকার লৈ। অসুন্না মখোয়বু য়েংবদগী ঐনা উবা মপূং ফানা ফজবা মৈতৈ নূপী খরদি কল্পনাগী জগত্তা লৈ। মখোয়শিংগী মনুংদা খরদি খঙনবসু য়াওই, খঙনদবসু য়াওই। অদুবু মখোয় অয়াম্বনা ঐবু খঙদে, অদুগা ঐগী থৌরাঙ অসিসু খঙদে। ঐ মতমসিগী ওইবা কলাকারশিং — ঈশৈ শকপী, ফিলম এক্ট্রেস, ড্রামা য়াওবী, জগোই শাবী ফন্না য়াম্না উরে; অদুবু ঐনা খল্লুরিবশিং অসিদি মখোয়গী মরক্তগীদি নত্তে, শিনফমগী ওইনা থোরকপা মীশিং অসিগী পরিকর অসিদি য়াম্না পীকই, মখোয়গী মরক্তগী খনবনা পেন্দে, ঐনা খল্লিবা অসিদি পাক্রবা সমাজগী মীয়াম মরক্তগীনি, শক্কী লমদা, ঙাঙব-শকপগী মগুণলোমদা য়েংলুরগা থোইদোক হেন্দোকপী মৈতৈ নূপীশিং খরগী মরক্তগীনি।

অসুন্না অওইবা পুন্সীদগী খনবা নূপীশিংগী মনুংদা অমখক্তং খূদম ওইনা পঞ্জনীংই। মীশক অদু অচম্বা মীওইনি, মতমদুদা কাঞ্চিপুরগী জে, এন, য়ুনিভরসিটি সেন্টরদা এম, এ, তম্বী অমনি। মহাক ঐবু মশক খঙবা মী নত্তে। নিংথমথাগী মতমদা ইমান্নবা পাখং ওইরিবা ওজা অনীনা ঐবু সেন্টর অদুদা কোয়বা পুবা চৎপদগী মহাকপু উরকপনি। ঐনা মাবু মফমদুদা উবদা মহাক ফি অঙৌবা ইল্লি, ফনেক হীগোক শেৎলি, মশা খীংই, মায়থোঙদু হৈনীংবা শুম্বাৎনীংঙাই ওইবা মতৌ অমা লৈ, কুচু ঙৌই, মীয়ায় ওইনা চাউই, ফীবম-মূর্ত্তিদু য়াম্না ফজে, নোকপদা উবা চাং মান্নরবা য়াতোনশিং, খজিক্তং হঞ্জিল্লবা মমীত্তুনা নোকপা মতৌ পুন্নমক অদু য়াম্না পুক্নীং চিংশিন্নীংঙাইনি। মহাকসি তশেংনা অতাঙবা নূপী অমনি, মাগী মূর্ত্তি অদুনা মমান্নবীশিংগী মরক্তা লৈবদা ইঙান ঙাম্থোক্না উই, মদুনা ঐবু অঙকপা কল্পনাগী তাইবঙ অমদা পুশিল্লি। নুংথিলগী ঙাঙলৈনবা

নুমিৎকী মঙালনা অঙৌবা মপূং ফারবা মায়থোঙ অদুদা য়ৌবদা ফজবা, শুদ্ধাৎনীংঙাই ওইবা মতৌ অদু য়াম্না হেনগৎহল্লি। অকোয়বা মফম অদু মহাক লৈবতনা পুক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওইবা নুংঙাইবগী মফম ওইহল্লি, হৌরিবা উপালশিং, লম্পাক, নক্লা উরিবা হৈবোকচীং পুন্নমক অদু মাগী মঙালতনা ফজবা হেনগৎপগুম পুক্নীংদা ফাওই।

ঐ ইমান্নবা অনী অদুনা হৌদুনা মফম অদুদা অনী-অহল্লক চৎলুই। নোংমদি নূপী অদুনা উচান মশা অমা পায়রগা মমান্নবশিংগা লোয়ননা হৈবোকচীং কারুবদগী হল্লকপা উই। মানা অদুম্না হল্লকপা উবা মীকূপ অদুদা ঐগী পুক্নীংদা তম্ফম খঙদবা নুংঙাইবা ৱাখল অমা পোকই, মাগী শক্তম, মওঙ-মতৌ অদু উবদা কল্পনা কয়াগা ঈরোইনরকই। ডাঃ কমলগী *মাধবী* গী থৌদোক ফাওবা নীংশিংলকই। শক্তম ফজরবী অদুনা অদুম্না উচান মশা পায়দুনা হল্লকপা অদুগী পকচবা, ফজবা মতৌ অদু ৱাহৈনা চপ চানা থাবা ঙম্লরোই। অওইবা পুন্সীদা থোকপসি কলানা মতৌ তম্বদা য়ৌররোইদবা ফজবা শরূক কয়াসু লৈবগুম নীংই। মহাক্তু ঐনা উরিরৈ অমসুং মাধবীদগীসু হেনগনি হায়না কল্পনা তৌই। ঐনা অওইবা পুন্সীদা উবা মী নত্ত্রগা থোকপা থৌদোকশিং খরবু করিগুম্বদা কলাগী তাইবঙদা উবদগী য়াম্না হেন্না মমল লৈনা লৌই। তাইবঙপাল অসিদা ঙমখৈ লৈতনা তাঙলবা লন ঙাক্তা পীক থন্না লোক্তুনা লৈ; থিজিনবা, উশিনবা নত্ত্রগা খঙজিনবা ৱাৎপদগী মখোয়শিংদু খঙদনা লৈবতনি। নূপী অদুসু অদুগুম্বা লনশিংগী মনুংদা অমনি। মাগুম্বী নূপী অতৈ কয়াগী শক্তম লাক্তুনা ঐনা ঐগী উপন্যাসশিংগী চরিত্র শাগৎখিবা য়াওই।

৮

# জিগা মী ফূনরকপা

জি কংলাতোংবীগী ফোরেষ্ট অফিসতা ডিপুটি রেঞ্জর ওইনা লৈরি। মহাক মরক মরক্তা নুমিৎ মঙা-তরানিগী মনুংদা য়ূমদা হেক হেক লাকই। মহাক্না মাগী এয়ারবেগ অমা নাকন্দা য়াল্লদুনা মশাখীংনা য়ূমদা লাকপদা থোঙজিন কানশিন্দ্রিঙৈদা খাউ পুথোরকউ হায়দুনা কোয়লাউ লাউই, মদু কৈথেল কাদুনা ঙা লৈরুনবনি। অসুম্না মহাক লাক্লগা ইমুংগী মী খূদিংমকসু ইরাঙ লাঙই। মহাক ঐখোয়না পোক্ত্রিঙৈদগী লংফৈদদা লৈরকপা মীওই ওইবনা য়ূমদা লৈবসু কয়া হৈনদে. য়ূমদা নোংমা নীনি লৈরম্লগা মাগী আউটপোষ্টতা অমুক হনখি; করিগুম্বদা ইমাগা খৎনদুনা য়াম্না থুনা অদুম হনখিবসু য়াওই। খরা লৈরগা য়ূমদা অমুক হল্লকপদা মহাক হান্না খৎনবগী রাফম অদু কাউবগুম তৌনা মাগী হান্নগী হৌনবী মওঙ অদু অদুম তৌদুনা ইরাঙ লাঙই। অসুম্না মহাক ইচম চম্না লেল্লি, ইমুংগী মীশিংগা লোয়ননা অহাউবা অচা-অথক চামিন্নদুনা নুংঙাইনা লেনবা অসিনি মাগী পামজবা।

নোংমদি মহাক হান্নগা মান্নদবা অঙকপা মওঙ অমদা য়ূমদা হল্লকই। মহাক মাগী এয়ারবেগ অদু নাকন্দা য়াল্লগা মায়খোঙ মক্না থোঙজিন কানশিল্লগা ইমুংদা চঙলকই, রা-লান অমতা ঙাঙদে। অদুম্না চঙলক্লগা মহাক ফমুংদা মরু লূকথদুনা ফমদুনা লৈ. মাগী এয়ারবেগ অদুনা লৈমায়দা মখোঙময়াদা থম্মী। অদুদগী মহাক্না ঈংথবা খোঞ্জেল অমদা ঐখোয়দা হায়রকই, "ঐ মী ফূনরুরে।"

মাগী রাদু তাবদা ঐখোয় পাখৎলে।

ইমানা নুংশাথীনা মঙোন্দা হংলকই, "করি রানো, কদায়দা কনাগা ফূনরুরিবনো?"

ইমাদি জিগী মহৌশাদগী ফিংবা, মী খৎনগনবা, মীনা লাকচবা য়াদবা মতৌ অমা লৈ  হায়বসি খঙদুনা লাক্লবনি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা আউটপোষ্টতা লৈরিঙৈদা ইমুংদগী লীচৈ পুদুনা চৎথ্রগা তুরেল মপান্দা মানা ঈরুজবা কারকপদা মঙোন্দা খৎনবা হৌরকপা মী ফূরুবা য়াওথ্রে; য়ুথকপা, লমহেনবা মী কয়াগসু খৎনগে তৌবদগী খান্নবা কয়া য়াওথ্রে। অদুবু চহী য়াল্লক্লবা মতুংদদি মহাক অদুম্না খৎন-চৈনবগী থবক অদু তৌখিদবা।

কুইরবনি। ঙসিদি ইথা থাজদনা মানা অদুন্না লাকপা অদুদা ঐখোয় য়াম্না ঙক্লে। মহাক মতম অদুদা চহী য়াঙখৈ ফনা য়াম্না হেল্লে, পেন্সন লৌগদবা কুইদ্রবা মতমনি।

ইমানা হংবা ৱাহং অদুদা মহাক পাক খুন্নক্তনা ফমুংদা অদুম ফম্লগা মখূৎ অনী অদু খুকউ মথক্তা খুৎশা লোনশিন্নদুনা পায়রগা তূমিন্না ঙহাক লৈ। অদুদগী মহাক্না হান্নগী ঈংথরবা খোনফম অদুদা হায়রকই, "অফিসতা ঐগা লৈমিন্নবা ফোরেষ্টর কাহাইগনি।"

"করম্না মাগা খৎনরুরিবা?" ইমানা হংই।

"ঐনা অফিসকী কাদা থবক শূদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্না ঐগা ৱা অমা-অনী ঙাঙনবদগী মহাক্না ঐঙোন্দা উশিত্তবা উত্তুনা শাউনা করি পাম্মী হায়দুনা চঙশিল্লকপনি। মদুদা ঐ খাঙবা ঙমদে। মীনা উশিত্তবা হায়বসি ঐদি খাঙবা ঙমদবা অমনি। মতম অদুদা ঐগী ঈ অসি লৱাই লৈতোন্দা হাইগৎখ্রে, ঐ ফাথবা ঙমহৌদনা ঐগী টেবলদা লৈবা রুল অদু লৌখত্তুনা মকোক্তা থোম্বনি," জিনা ৱাফম অসি হায়রগা ঙহাক তূমিন্না লৈখ্রে।

মখোয় অনী কা অদুদা কন্নাসু খামদোকপা তৌদনা ঙহাক ফূনরম্লগনি হায়বদু অদুম খঙবা ঙম্মী। মাগী মমায়দা মুনা খাম্বা দাগ খরা লৈ, অদুগা ওই থংবা খুৎকী খূদোম্বী মতোন অদুসু মুশূক মুনা খামদুনা পোম্লে।

ঐখোয় মাগী মতৌদু উবদা নুংঙাইতবা পোক্লে, মাবু উশিত্তনা তৌরকপা মীশক অদুবু শাউসু শাউনীংই, তৌরিবা মওঙ অদুদা য়াম্না নুংশাথীবা, লাঙতন্নবসু পোকই। মতাং অদুদা ৱা ঙাঙফম ইখঙ খঙদে।

"নূপা অদুদি কয়াম থীনা শোক্লবগে?" ঐনা হংই।

জিনা হান্নগুম ঈংথবা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "মাগী মকোক অদু থীনা কায়রম্লগনি, টেবল মখোঙ অদু ঈনা পূমচোৎ চোৎহৌরে।"

মদু তাবদা ঐখোয় অমুক হেন্না পাখৎনরে, করিগুম্বা শোক্লিবা ফোরেষ্টর অদুগী ফীবমদু ফৎমদবা থোক্লবদি মঙোন্দা অচৌবা দশা অমা তাগদ্রা হায়না খন্নরে।

জিনা মাগী এয়ারবেগকী চেন অদু হাংদোক্লগা মানা ফূনবদা লীৎলুবা ফুরিৎ অঙৌবা অমগা স্বেটর অমগা চিংথোক্লগা হায়রকই, "মখোয়সি ঈনা ইচোৎ চোত্তুনা হোংদোক্লগা পুরক্লবনি।"

অওইবমক ফিশিংদুগী শরুক অয়াম্বা ঈনা ইরাং লাংনা চোৎলে। মখোয়দু উবদা য়াম্না থক্কৎপা পোকই, থৌদোক অদুদা ওইরমগদবা ফীবম অদু মীত্তা উরকই।

ইমানা থুনমক ফুরিৎ অনী অদু খুদেংদা হাপ্লগা ঈশিং হৈজিন্দুনা থাদোকপা হৌরকই। করিগুম্বা শোক্লিবা মীশক অদুগী ফীবম অদু ফরমদদুনা পুলিসনচিংবা লাক্লবদি হায়না ঐখোয় য়াম্না পাখৎলি।

জিদু মপালথোংদা ঈংথনা উরবসু মাগী ঈংথরিবা মায়থোঙ অদুদা নুংদা পোথাফম খঙদবগী মমি অমা তাবা উই। মাগী মমীত্তু ইতু তুথৈ, ৱা য়াম্না ঙাঙলক্তে, মরক মরক্তা ৱা অমা-অনীদং ঙাঙলকপদু মহৌশাগা মান্নদে।

মহাক্না লাক্লিবা মতৌ অদু চেল্লকপা মওঙ অমনি, অফিসকী কাদা ফূনরবা মতুংদা মাগী কারটর্সতা চঙদুনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা থোঙ শো লোনশিল্লগা বস তোংদুনা লাকপনি।

ঐখোয় খুদিংমক করি থোক্লগদগে হায়না চিংন-চিংননা লৈবদুনা সন্ধ্যা য়ৌরক্লে। মতম অদু ফাওবা করিসু তৌদ্রে, য়ুমদা পুলিস অমতা লাক্ত্রে।

সরকারগী কর্মচারী অমা ওইনা অদুগুম্বা ফূন-চৈনবগী থৌদোক অদুগী মতুংদা মঙোন্দা করি ফত্তবা ফল লাকপা য়াবগে হায়বসি ঐখোয় য়াম্না খন্নে। জিনা থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগী মতাংদা রেঞ্জরদা খঙহন্দুনা ৱারী অমুক্তং শানীংই। রেঞ্জর অদু ট্রাইবেলনি। মতম অদুদা মহাক মশাগী নিউ চেক্লোন্দা লৈবা ময়ুমদা চৎখিদুনা কংলাতোংবীগী অফিসতা লৈহৌদে হায়না জিনা তম্মী। জিগা ঐখোয় অনী মমথরক্লবা সন্ধ্যাগী মতম অদুদা সাইকল অমমম তোংদুনা রেঞ্জর অদুগী ময়ুমদা চৎনবা থোরক্লে। খৎন-চৈনবা থোক্লুরবা মতুং অদুদদি  অদুম্না চৎপা অদু ফাওবা নুংশাথীবা পোকই, করিগুম্বা খৎনরিবা ইমুংগী মী থেংনদুনা খুদোংথীবা থোকদ্রা হায়না পুক্নীংদা নিংকোক নিংকোক তৌই। ইবানী সাইকল তোংদুনা চৎপা অদুদা ঐনা মাগী মতুং ওইরপ্না চৎলি; ঐখোয়গা থৈনরিবা ইনাক্তা চৎলিবা মী খুদিংমকপু ঐনা মীকুপ-নাহুম শিংনা য়েংই।

রেঞ্জরগী ময়ুম য়ৌরে। মদু উপাক্লা কাংথক হারগা শাবা তিম্না কুপ্পা য়ুম অমনি। ঐনা য়ুমদুগী কোম্বোঙদা লেপহৌরগা জিনা রেঞ্জরগা উন্নবা চঙখ্রে। মহাক ফম্না কুইনা রেঞ্জর অদুগা ৱারী শারুরগা থোরকই। মানা ঐঙোন্দা তম্মী রেঞ্জর অদুনা খৎন-চৈনবগী থৌদোক অদুবু পেন্দবা উত্তুনা মাবু ঙাঙলকই। মদু তাবদা ঐ ৱাখলদা ইনুং নুংঙাইতে। ফূনবা অদু অতোপ্পা অমদুনা হৌবনি, মানা ঈ খরা তাদুনা শোকখিবা অদুমক্লা জিবু ঙাক্তা মরাল লৈরবা মী অমগুম্না ঙাঙলকই হায়বদু তাবদা ঐ পেন্দে। অদুবু মদুগী মতাংদা ঐ

করিগুম্বা মত অমতা পীদ্রে।

ঐখোয় অনী ৱা ইঙাও ঙাঙনদনা য়ূমদা হল্লক্লে।

নুমিৎ নীনি-হুন্নিগী মতুংদা খঙহৌদনা জিগী ট্রান্সফর ওর্ডর থোক্লে। ঐখোয় মনুংদা তায় শোক্লিবা মীশক অদু (মতমদুদা ওইবা) ফোরেষ্টকী মন্ত্রীগী মরী-মতা থোকপা মী অমনি, মন্ত্রীনদি জিবু থবক ফাওবা লৌথোক্লবা হায়বনি, অদুবু মদুমক্তি তৌরক্তনা মাবু ট্রান্সফর ওইনা তৌরকপনি। মহাকপু ট্রান্সফর তৌরক্লিবা মফম অদু ইম্ফালগী মন্ত্রীপুখ্রীদা লৈবা ফোরেষ্টকী অফিসতনি।

মহাক্কী ট্রান্সফর ওর্ডর ফংলবা মতুংদা ঐগা ইনাউনূপা অনীগা লোয়ননা টাটাগাড়ি অমা নেক্তুনা কংলাতোংবীগী ক্কারটর্সতা লৈহৌবা মাগী মপোৎ-মচৈ লৌবা চৎলি। মফমদুদা মী ইরে লৈরমদে, ইচীক চীকই। নাপী হৌবা অফিসকী কম্পাউণ্ড মনুংদা লৈরিবা অফিসকী শঙ, ক্কারটর্স, মনুং অমদি অকোয়বদা হৌরিবা উপালশিং পূম্নমক অদুনা তূমিন তূমিন্না ইচীক চীক্লা লেপ্তুনা লৈবদু উবদা পুক্নীংদা থুক লাউই, মখোয়না মফম অদুদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা করিগুম্বা খরা লোন্না পাউদম্বগুম তৌই।

জিগী শো লোন্দুনা লৈরম্বা তিন্না কূপ্লা নোংপোক ওন্দুনা শাবা পিক্তক তৌবা ক্কারটর্স অদু ঐখোয়না হাংদোক্লে। ঐখোয়না মদুগী মনুংদা চঙদুনা মাগী মপোৎ-মচৈ — কাংথোল, ফিরোল হাপ্পা উপু, কোল-লীক অসিনচিংবা পূম্নমক লৌথোক্তুনা গাড়িদা মথং মথং হাপকৎপা হৌরে। জিগা খৎনরুবা মীশক অদু থোরক্তে, ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদুদা কনামতনা অপনবা পীরক্তে। কনাগুম্বা ময়াঙ কংবা, মী মুনং তৌবা মীশক অমতংদি ঐখোয়গী ইনাক্তা খোরক্তুনা লেপ্লগা ৱারী শারে। মহাক ফোরেষ্ট গার্ড ওইরম্বা য়াই, অদুবু কনানো হায়বদি অকক্লনা খঙদ্রে। ৱারী শাবদা মহাক্না জিবু "বাবু" হায়না পল্লি। মহাক জিবু খরা নুংশিবা মী মাল্লি। মহাক্না খৎনবা অদুগী মরমদা জিবু খরা কনখৎনা ঐখোয়দা ফোরেষ্টর অদুবু হুন্দুনা তম্মী, "ফরবসু ফত্ত্রবসু মহাক বাবুগী মখাদা লৈবা মীনি, মহাক মী খরা উশিংমন্দে, থকশি-খাশি নাইমন্দে। বাবুনা অফিস কাদা থবক শৃদুনা লৈরিঙৈদা মানা চঙদুনা খৎনবা হৌরম্বনি, উশিত্তনা ঙাঙলুবনি, মদুদগী থোকখ্রিবনি। অদুবু খৎনবা লোইরগা বাবুনা থুনা য়ূমদা চৎখ্রিবদুদি ফৈ, নুমিত্তুগী সন্ধ্যাদা মাগী মনাউনূপা খরা থাঙ পায়দুনা মফমসিদা লাকই, করিগুম্বা বাবুগা থেংনরম্লবদি খুদোংথীবা থোক্লম্বা য়াই।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা খুদোংথীবা থোক্লম্বা য়াবা ফীবম অদুমক্তি থোকখিদ্রে খনবদা পূক্নীংদি খরা ঈংথৈ।

জিগী কা মনুংদা চঙদুনা পোৎ-চৈ হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌবা অদুদা পূক্নীংদা ৱাখল মওল মওল খল্লি। মানা মথন্তা মদুদা চীক্লা দণ্ডিগুম্না লৈরমগদবা মওঙ অদু ভাবনা উরকই, মহৌশা ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা অদুগুম্বা ক্বারটর্সশিংদা ইমুং-মনুং পুল্লপ লাঙদুনা লৈবগী নুংঙাইবদু নীংশিংলকই। ক্বারটর্স অদুগী অপীকবা মৈখু চুবা চাকশঙ, লৈরঙ, তূম্ফমকা পূম্নমক অদুনা ঐবু ইনুং নুংঙাইহন্দে।

পোৎ-চৈ লৌথোকপা লোইরবা মতুংদা অহাঙবা ক্বারটর্স অদু থাদোক্লম্লগা ঐখোয় য়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

মী খৎনরুবা থৌদোক অদুগী মতুংদা জিগী ফিবমদা অহোংবা খরা লাকই। মহাক ৱাখল খনগনবা মীনি। ফিংবদগী, মীনা লাকচবা য়াদবদগী ফুন-চৈনবগী থৌদোক অদু থোকখ্রবসু মঙোন্দা মদুগী নুংঙাইতবা ৱাখল অমদি ফুমদুনা লৈরে। মরক মরক্তা তূমিন তূমিন লৈবা, থবক তৌবদা পূক্নীং চঙদবা মানবা, করিগুম্বা ৱাখল অমনা ওক্তুনা পোথাফম খঙদবগী মতৌ অমা মঙোন্দা উই। ঐখোয়সু মাগী মতৌদু উরগা নুংঙাইতবা পোকই, অদুবু করি ৱা হায়রগা মাগী নুংঙাইতবা কোক্কদগে হায়বা অদুদি মফম ইখঙ খঙদে। থৌদোক অদুনা মাগী পুন্সীদা অচৌবা অকায়বা অমা ওইহল্লে হায়বা অদুমদি ঐখোয়গী পূক্নীংদা ফাওই।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা জি য়ুমদগী মন্ত্রীপুখ্রীদা লৈবা মাগী অফিস অদু কাবা হৌরে। অফিস কাবা অদু ফাওবা মহাক নুংশাথীনা উই, খৎনরুবা ইমুংগী মীশিংনা লম্বী-লমখাঙদা মাবু ঙাইদুনা লমন খুম্লক্রদ্রা হায়বগী ৱাখল খন্না উই। মহাক্লা মসিগী মরমদা ঐখোয়দা ফোংনা করিসু হায়দে, অদুবু মহাক্লা অফিস কাবগী লম্বী চৎপদা মীনা কয়া চৎনদবা লম্বী অমদা কোইনা চৎলি হায়রকপদগী ঐনা মাগী ৱাখলদু অসুম খঙবনি।

অসুম্না নুমিৎ খরনিগা অমুক হৌখ্রে। মঙোন্দা ফক্ত-নুংদা থোইদোকপা থোক্লে, লমন খুম্লকপা তৌরক্লে। অদুবু মাগী ৱাখলগী নুংঙাইতবা অদুদি ইকোক কোক্তনা উই।

নিংথমথা য়ৌরগা মহাক রেঞ্জর কারে, মদুগা লোয়ননা মহাক শুগনুগী রেঞ্জ অফিসতা অমুক ট্রান্সফর তৌরক্লে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মহাক শুগনুদা অমুক চৎখ্রে। অহোংবা ফীবম অমা লাকপা

অদু মওোন্দদি অফবনি, ইম্ফালদা লৈবদা অয়াম্বা মতমদা বাখল নুংঙাইতনা পোথাফম খঙদনা লেনবদু খরা কোকখিবগুম তৌনা উরে।

মহাক্না শুগনুদা চৎলুরগা য়ুমদা অমুক লাকপদা ঐখোয়দা হায় কারটর্স অদু ঐখোয়না মহৌশা অঙাং ওইরিঙেদা লৈরম্বা অদু নত্তে, হৌজিক্তি কারটর্সতু উচান হৌবা চীংয়া অমদা হোংদোক্লুনা শারে, নিংথমথাগী মতমদুদা উশিংগী মরুম্না লাংশিন্দুনা নুংশা ফংদে, কালেন য়ৌরগদি নুংঙাইগনি। মফম অদুদদি মাগী মখাদা লৈবা মীশিংগা পূকচেল-খোয়জেল তিম্ননা নুংশিননা লৈমিন্নবগী বা মহাক্না ঐখোয়দা তম্মী। মহাক্না য়ুমদা লাকপদা মাগী এয়ারবেগ অদুদা শুগনুদগী নুংঝম খরসু পুরকই। মদু ঐখোয়না অনৌবা পোৎ অমা ওইনা হরাউনা মৈদা লৌদুনা চায়। মদুগী মনম অমদি তোপ তোপ্পা ওইনম্বা মহাউ অদু ঐ হৌজিক ফাওবা হেক হেক নীংশিংই।

অহোংবা পুন্সী মওঙ অদুনা জিগী বাখলদা খজিক্কুং পোথাবা পীবগুম তৌনা উরবসু মাবু উবদা ঐখোয়না নুংঙাইতবা অমতংদি মহাক মী খৎনরুবা অদুগী মতুংদা মাগী মশা শোকখিবা, ময়াঙ কংথখিবা ফীবম অদুদগী মশাদু অমুক হনগৎপা ঙমদ্রে। মহাক হান্নদি মশা-মউ য়াম্না ফবা মীওইনি, অদুবু থৌদোক অদুনা মাগী দশা অমা ওইহনখ্রে।

৯

# লাইরিক ফোঙবা হৌবা

ইং ১৯৭৫ গী মার্চকী তাং ১ দা ঐ ডি, এম, কোলেজদা মণিপুরীগী ওজা ওইনা অমুক চঙলে। অদুদগী ঐনা হান্না ইখিবা ইংলিসকী ৱারা মচা নীপালগী পূনশিনবা *ইন দি দেপথস ওফ অৱার হার্টস* কৌবা লাইরিক অমা মথংগী চহীদা ফোঙলে। মদু ফোঙলমদাই মতমদা ঐ আশা য়াম্না চাউই, অদুবু ফোঙলবা মতুংদা থেংনরকপা অভিজ্ঞতা অদুদি তোঙানবা মওঙ অমনি। মদু কয়া পুক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওইদে। য়োনবগী নুংঙাইতবা কয়াসু লৈ। মরূপ-মপাং খরনা মদু থাগৎপা য়াওরবসু ইংলিসতা ইবা অদু কয়া য়াম্না মতোল লোম্না, মায়পাক্না চঙশিনবা ঙমগদগে হায়বা অসি খল্লুবদা ঐঙোন্দা চমন্নবা, নীংহন্নবা ৱাখল অমা হেক হেক লাকই। মুন্না খল্লুরগা মদুগী অকরুবা পান্দম অদু য়াম্না লাপ্না লৈবগুম তৌই। লম্বী অদুদা চঙশিন্নীংবগী ঈথৌলাংবা অদু ঐঙোন্দা খংমাঙ মাঙখিবগুম তৌরকই। ঐনা ইতৎ তত্তনা খনবা হৌরকই পৃথিবীগী মতোল লোম্না ফাওবা অইবা অয়াম্বা পূম্নমক মমারোন্দা ইবা ঙাক্তনি, ঐসু করিগীদমক ইমারোন্দা ইরোইদগে? অসুন্না ঐগী ৱাখলদা য়াম্না থুনা অহোংবা লাকপা হৌরকই।

ঐ অচৌবা অইবা কয়াগী লাইরিক পাদুনা মখোয়গী আর্ট কয়াদু মতম পূম্বদা তম্নবা হোৎনৈ। ইবগী আর্ট অসি য়াম্না মরু ওইনা লৌদুনা মদু তম্বগী দরকার লৈ হায়বসি মতম চুপ্পদা নীংশিংই। ঐনা বোম্বেদা লৈবা বি, আই, ই, টি, দা ফিক্সন ইবগী করেসপোন্দেন্স কোর্সতা ফাওবা মিং চন্দুনা হোৎনৈ, অদুবু মখোয়গী কম্মর্সিয়েল ওইবা খুৎইগী মতম্বী অমদি লেসনশিং অদু পাম্লক্তদুনা ঐ মতম খরা তম্লবা মতুংদা তোক্লে।

খরা লৈরগা ঐগী উপন্যাস *পদ্মিনী* ইবা হৌরে। মদু ইবদা ঐ আশা য়াম্না চাউই, মীয়াম্না মদুবু মরু ওইনা, মমল য়াম্না খনগনি অদুগা মদু মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা মরু ওইবা দান অমা ওইগনি হায়না খল্লি। অদুবু মদু ইং ১৯৮১ দা ফোঙলবা মতুংদদি ঐগী মঙ অদু পুমচুম চুম্বা ওইরমদে, ঐনা নীংলম্বগা ওন্ন-তৈনবা কয়া থেংনরকই। ঐনা মদু ফোঙবদু মীয়াম্না খঙনবা খবরদা হাপ্পী, বাজারগী লাইরিক য়োনফম দুকান মরি-মঙাদা

থম্মী, অদুবু মদু পাক্লবা সমুদ্রগী মচীদা ঙা মচা অমা মোংবগুম কনানসু থোইনা খঙবীদবা মওঙ অমদা লৈ। দুকান্দা খরা অশিংপা অদুগী পৈশাসু অয়োনবশিংনা পীরক্তে, ঙসি হয়েং তৌদুনা লৈ। মতম অদু আগষ্ট থানি, ঐনা নুংশা মরক্তা ঐগী লাইরিক থম্ফম ষ্টোর খুদিংমক্তা চৎলুরগা নীংবা কায়না, থৱায় নুংঙাইতনা য়ুমদা হেক হেক হল্লকই। ইবা মতমদা ফংখিবা স্বর্গগী ওইবা নুংঙাইবা অদু ফোঙলবা মতুংদদি পূম্মাঙ মাঙখ্রে, ইনীংবগী আশা ফাওবা ইমাঙ মাঙখি। অসুম্না লাইরিক য়োনফম দুকান্দা চৎলুবা খুদিংগী য়ুমদা হল্লকপা মতমদা ঐ ইবা হেক হেক লেপ্লী, ঐনা নৌনা ইবা হৌগৎপা উপন্যাস অমা মখা চখবা ঙমদে, ইবা হায়বা অসি কান্নদ্রবা পোৎ অমনি হায়না খল্লি। অসিগুম্বা ফীবম অসিনা ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইতবা চৈথেং অমা পী। পাক্লবা মপাল নাইদ্রবা কলাগী জগত্তা চঙবা অসি অমম্বা মফম অমদা চঙবগুম, লম্মাংনবগুম খনবা হৌরকই। মমৈদদি ঐ দুকান্দা তোয়না চত্তবনা ফরে খন্দুনা ইচৎ চত্ত্রে, লাইরিক থম্বা অদুসু দুকান অমখক্তদা থম্লে। অসুম তৌরগা ৱাখল খরা ঈংথৈ, লাইরিক ইবা য়াই। ঐগী লাইরিক থম্ফম দুকান অদু পাউনা বাজারদা লৈবা এ, কে, বুক ষ্টোর কৌবা অমদনি। মদুদা লাইরিক য়োনবা মীশক অদু মশা পাবা, চালাক লৈবা, মীখোনবা মীশক অমনি, মাগী মমিং নবকুমার কৌই। দুকান্দুদা সাহিত্যগী লাইরিক ঙাক্তা য়োল্লি। মানা ঐগী লাইরিক অদু অরৈবা মীশিংদা মশক তাক্তুনা ফনা য়াম্না য়োনখি।

ঐ মতমদুদা পূক্নীংদা ফাওরকই লাইরিক ইবা হায়বা অসি অচৌবা লাম্থেং অমনি, তরাই তরাইবা পোৎ অমদি নত্তে, ইবদা নুংঙাইরবসু নম্বা অমদি য়োনবগী মতাং খুদিংমক্তা অৱাবা ঙাক্তনি। মসিদা থৌনা অমা চঙই; পুন্নমক কথোকপা অমা চঙই। লাইরিক নম্বদা পুথোকখিবা পৈশা অদু হঞ্জিল্লকপগী আশা তৌবা ঙমদে, ফংলিবা খরা অদুসু মচীৎ মচীৎ মফম খঙদে, সাহিত্যগী পোত্তা মীয়ামগী ওইবা ঈখৌলাংবসু থোইনা লৈতে। ঐনা চঙশিল্লিবা চাংয়েংগী লম্বী অসিদা পল্লেপফম খঙদবগী মওঙ অমা কন্না লৈ। নোংম-ফাদোক্তি লাইরিক য়োনখিবগী পৈশা খরা দুকান্দগী পীরকপা নুমিত্তা আশা খরা লাকপসু য়াওই, লাইরিক ইবা অমদি ফোঙবা অসি মায়পাক্না তৌবা য়াবা থবক অমনি হায়না খল্লি; অদুবু ৱাখল অদু কুইনা লৈবদি নত্তে, নুংঙাইতবা ফীবম খরা থেংনরগা অমুক হেক্তা নীংহন্নবা পোক্লকই। মনিপুরদা সাধারণ ওইবা মীয়ামগা সাহিত্যগা শম্নদবা মরম্না ইবগী থবক অসি কান্নবা লৈতে হায়বসি পূক্নীংদা য়াম্না তোয়না খল্লি। সাহিত্যগী

ঈখৌলাংবা লৈতবা মফমদা সাহিত্যনা হিংনবা হোৎনবা হায়বসি হার য়াওদ্রবা লৈকংলাদা পাম্বী অমনা হৌনবা হোৎনবগা চপ মান্নে। তশেংনা ফীবম অসি অৱাবগী মশক্কি। অদুবু ঐনা ইবদি ইরেপ লেপ্তনা চখে। ঐগী পুক্লীংদা ইথন্তা অসুন্না খনবা অমা লৈ, "ইবদা স্বর্গগী ওইবা নুংঙাইবা অমা ফংলি, মদু ফংলবদি ঐগী কান্নবনি, ঐগী পোত্থাবনি, মসিগী ফলগী মরমদা অমুক খল্লুবা কান্নদে।"

নীংবা কায়বা, নীংহন্নবা ৱাখলশিংগী মরক্তা করিগুম্বা নোংথাঙ কূপ্পগী মতৌগুম্না ঐগী পুক্লীংদা আশাগী মঙাল খরা খরা লাকখিবসু য়াওই। মখোয়শিংদু মমল য়াম্লবা মীকুপ ঙাক্তনি। মচীন য়াংবা লাইরিক য়োনবা নবকুমার হায়বা মীশক অদুনা মাগী দুকান্দা লাকপা ঐগী লাইরিক অদু পারুবা মীশিংনা মদু থাগৎপা ফোঙদোকপগী ৱা ঐঙোন্দা তম্লকপা য়াওই। অদুগা অমুকস্ ঐগী উপন্যাস অদু এল, জয়চন্দ্রনা ওল ইন্দিয়া রেডিওদা রিভিয়ু তৌখিবগী ৱাসু মহাক্না ঐঙোন্দা তম্লকই। ঐদি রিভিউ অদু তাহৌদ্রে। মদুগী মরমদা মহাক্না ঐঙোন্দা তম্মী, "অতোপ্পা লাইরিক অমগা মদুগা পূন্না তৌখিবদগী রিভিয়ু অদু কয়াদি মপূং ফাখিদ্রে।" ৱাফমশিং অদু তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইনা পোকই। মখোয়শিংদু য়াম্না পুক্লীং থৌগৎনীংঙাই ওই। অদুগুম্বা মরক মরক্তা তাবা ফংবা পুক্লীং থৌগৎনীংঙাই ওইবা ৱাহৈশিং অমদি ঐগী ইবদা ফংবা নুংঙাইবা অসিতনা মরম ওইদুনা ঐ অইবা অমা ওইবগী লম্বীদা চঙশিনবা ঙমহৌই, নত্রবদি ঐ শোয়দনমক কলম থাদোক্লম্লগনি।

উপন্যাস অদু ইখিবা মতমদা ঐঙোন্দা আত্মাগী ওইবা অঙকপা অভিজ্ঞতা কয়া থেংনখি। ৱারীগী জগৎ অদুদা লূপখিদুনা অমদি য়াওরিবা চরিত্রশিংগী মরমদা হেঞ্জিন্না খনখিদুনা ইশাগী পুন্সীগী মরমদা ফাওবা ইখন খনবা ঙমখিদবা য়াওই। চরিত্রশিং অদুবু অহিংবা ওইনা খন্দুনা মখোয়গী অৱা-অনাগী মরমদা ফাওবা খন্থবা য়াওখি। ঐনা মখোয়গী নোংদম্বা শাদুনা মখোয়গী পুন্সীগী ঈচেলদা নম-হাদুনা ঈথৈ পীবসি ঐ য়াম্না পামদবা য়াওরকই, অদুনা মখোয়গী ওইফম থোকপা ফীবম অদু মথন্তা অদুম ওইহন্নবা হোৎনখি। মখোয়গী অৱাবা থৌদোক কয়াদা ঐ উপায় লৈতনা ৱানা খাঙবা য়াওখি। করি অমুক হায়গনি, ঐগী উপন্যাসকী নায়িকা পদ্মিনীনা শিখিবা মতাংদা ঐ অদুক্কী মতিক নুংঙাইতবা ফাওই মদুদি ৱারীদু লোইশিনবা নুমিৎকী নুমিদাং অদু ঐ অহিং ফাওবা নীংথিনা তূম্বা য়াখিদে

অইবা অমা ওইনা অদুক্কী মতিক চীক্না লৈজবা অসিনি ঐনা পামজবা। চরাঙনবা

মওঙ অমদা ঐ হীরম অসিদা চঙশিনবা পামদে। কলাগী মহাউ লৌবা নত্ত্রগা মমল লেপ্লা অসি অচীকপদা ধ্যান তৌরগা তৌগদবনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। ৱাখল অসিদগী ঐ করিগুম্বদা ময়ামদগী নায়তোম তাবগী মওঙ অমা হেক হেক লৈ। অদুবু ঐগী অচেৎপা থাজবা ৱাখল খরসিগী যুম্ফমদা ঐ ইবদি অদুম লেপ্তে, অচৌবা অইবা কয়াগী লাইরিকশিংবু লেপ্তনা পাই, মখোয়গী খুৎইবু মুন্না য়েংশিল্লি। ইবা তম্নবগী ওইনা ঐনা দোরোথিয়া ব্রান্দেনা ইবা *বিকমিং এ রাইটর* কৌবা লাইরিক অমসু চেন্দুনা পাই। মদুদি ঐঙোন্দা তশেংনা য়াম্না কান্নখি।

ঐগী অনীশুবা উপন্যাস *ইমুং অমগী ৱারী* ইবা লোইদুনা ইং ১৯৮৪ গী এপ্রিল থাদা নম্বা লোইরে। ঐগা থবক তৌমিন্নবা কবি শ্রী বীরেন অমদি সমালোচক টি, ঐচ, ইবোহনবী মখোয় অনীনা ঐগী লাইরিক অদু ফোঙদোকপগী থৌরম অমা পাঙথোক্লবা কন্না হায়, মরম অদুনা ঐ অদুগুম্বা থৌরম অমা পাঙথোক্লবা থৌরাঙ তৌরে। মতম অদুদদি লাইরিক ফোঙবগী থৌরম পাঙথোকপা হায়বসি কয়া তৌনদ্রি। মতম অদুদা ওজা ইবোহনবী নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতিগী জেনেরেল সেক্রিটরি ওইরি। মপূং ওইনা মহাক্না শীনবীদুনা, ঐগী ইতেং পাংবীদুনা থৌরম অদু পাঙথোক্লবা হোৎনৈ। মাগা তান্নদুনা থৌরম অদুগী সভাপতি ওইবীনবা ওজা নীলকান্তদা হায়জনবা খন্নরে।

নোংমা ওজা ইবোহনবীগা ঐখোয় অনী ওজা নীলকান্তগী ময়ুমদা চৎলি। নুমিত্তু নোং কুপ্লি কুপ্লি তাই। ওজা নীলকান্তনা মতমদুদা ঐবু মুন্না খঙদ্রি। মহাক মণিপুর স্টেট কলা একাদেমিগী সেক্রিটরি ওইরবা মতুংদা মতম খরা ঐখোয়গী কোলেজদা ফিলোসোফি ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইনা লৈরম্মী, ঐনদি মাবু খঙলবসু ঐবুদি মহাক্না মুন্না খঙখিদে।

ঐখোয়না চঙবা মতমদা ওজা নীলকান্ত খুদৈ হঙ্গামপাল অমা শেৎলগা মোজাফুরিৎ অঙৌবা অমা লীৎলগা কা অমদগী থোরকই। মহাক হান্না লাইরিকুম্বা অমা পাদুনা লৈরম্বা মাল্লি। ইবোহনবীগা ঐগা মঙোন্দা খুৎ লোন্নদুনা কোক নোল্লি। মহাক্না ঐখোয় অনীবু পুশিন্দুনা মাগী ফম্ফমকাদা ফমহল্লে।

ইবোহনবীনা ঐবু মঙোন্দা মশক তাক্লে, অদুদগী ঐগী অনৌবা উপন্যাস অমা ফোঙবগী থৌরম অদুদা মাবু সভাপতি ওইবীনবা হায়জরকই। ঐসি অইবা অমনি হায়বসি মঙোন্দা য়াম্না নৌনা থোকপা মীশক অমনি। মহাক্না সোফাদা জ্ঞান তানা ফম্লগা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ইবুংঙোগী করি করি লাইরিক্তি ফোঙখ্রে?"

ঐনা হান্না ফোঙখিবা লাইরিক অনী অদুগী মরমদা হায়রে, অদুগা ঐনা মঙোন্দা খুদোল তমগে নীংদুনা পুরকপা *পদ্মিনী*গী কপী অমা মঙোন্দা পী।

ঐ ইচিং চিংনবা পোকই ওজাদি থবক য়াম্না চিনবা মীনিনা করিগুম্বা মাগী থবক অতৈ লৈরম্দুনা ঐখোয়না হায়জবা ৱাফম অদু য়াবীরক্লোইদ্রা হায়না, অদুবু মহাক্না মরু লুকথদুনা ঐগী লাইরিক ফোঙবগী মতম মফম্নচিংবা মুন্না হংলগা ঐখোয়না হায়জরিবদু য়াবীরে।

ঐখোয় অনী মাগী মনাক্তা ঙহাক ৱারী শাদুনা ফম্মী।

মাগা ৱারী শাবা হায়বসি অরুবা অমনি, করিগুম্বা হীরম অমদা ৱা ঙাঙ্নরকপদা লাইরিক-লাইসু পাক-শন্না পাহৌদ্রবা, ৱাখল খম্থহৌদ্রবদি ঐখোয়গী অপঙবা অসি ইরায় লায়না উখোকখিদুনা চোপনীংঙাই ওই। মরম অদুনা ঐখোয় য়াম্না চেকশিল্লি। ঐ মাগী মনাক্তা ফম্বা অদু নিংদোল তীং তীং চোংই।

মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ঐগী হান্না ফোঙখিবা উপন্যাস অদুগী মরমদা হংলকই, "ইবুংঙোনা উপন্যাস অদুদা উৎনীংলিবা মরু ওইবা পান্দম অসি করিনো?"

ঐ ঙহাক চঙক্লনা পাক খুম্ফম খঙদনা লৈ, অদুদগী থংনবা মীকুপ্তা তিন য়োথরগা খরা থক্কৎনা খুম্মী, "নূপী ওইবীগী সমস্যা, মোরেলিটিগী ওইবা ৱাফম খরা উৎনবা ইজবনি।"

ঐগী ৱাদু তারগা মহাক তূমিন্না লূকথদুনা লৈ।

ঐ পুক্নীংদদি মানা লাইরিক অদুগী মরমদা হংলিবদু ঐনা চপ চানা খুমখ্রব্রা হায়বদুগী মরমদা খনবদা খরা লাঙতক্লৈ।

অদুদগী মহাক্না ঐনা পাবা লাইরিকশিং, ঐনা পাম্বা অইবশিং, ঐগী অনীংবা ৱাখল কয়াগী মরমদা কুপথনা হংবা হৌরকই। ঐ অরুবা ইন্টরভিয়ু অমা মায়য়োক্নবগুম নুংশাথীবা পোকই, ৱাহৈ খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না ঙাঙনবা হোৎনৈ। ঐনা মঙোন্দা ঐনা পারুবা ধর্ম্মগী নত্ত্রগা সাহিত্যগী ওইবা লাইরিকশিং অমদি মখোয়না ঐঙোন্দা পীখিবা প্রভাবকী মরমদা হায়বা হৌই। ঐনা মঙোন্দা মরু ওইনা পনখিবা মীশক অনী অসি বুদ্ধ অমদি তোলষ্টোইনি।

মহাক্না মরক করিমতা থত্তনা লূকথদুনা ঐনা ঙাঙলিবা অদু পুক্নীং চঙনা তায়। ঐ খঙই মদু মহাক্না ঐবু মশক মুন্না খঙদোক্নবা হোৎনবনি।

মদু তারবা মতুংদা ৱাহং খরা হংদোক-হংজিন তৌনদুনা অইবশিংগী অমদি

লাইরিকশিংগী মরমদা ঙহাক খন্ন-নৈনবগী থবক তৌই। মদু য়াম্না পূক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওই। নহানমখৈ অচৌবা থৌরমশিংগী সভাপতি ওইদুনা, ভাষণ পীদুনা, সেমিনারগী চে পাদুনা, খন্ন-নৈনদুনা উখিবদা ঐনা কিনা, ব্যবহার তৌনা খনখিবা মীশক অদুনা য়াম্না চমথোক্লা লনাইগী মত ফোঙদোক্লদুনা খন্ন-নৈনবা অদুদা ঐ তশেংনা অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওই। মহাক্লা ঐঙোন্দা পূক্নীং য়াম্না চঙই। ঐনা খল্লি মহাক অসি তশেংনা অনৌবা মণিপুরগী সাহিত্য, সংস্কৃতি, কলাগী লমজিংবা মীশক অমনি। মঙোন্দা চঙলকপা কনাগুম্বা অইবা নত্ত্রগা কলাকার অমবু মহাক্লা শোয়দনা পূক্নীং থৌগৎপি হায়বসি ঐ কোন্নসু মুন্না খঙলকই।

ঙহাক খন্ন-নৈনরবা মতুংদা মহাক্লা মশাগী ওইবা ৱারী অমুক শাবা হৌরকই — মহাক্লা ইয়ুরোপকী লৈবাকশিংদা কোয়রুবগী, সাহিত্য, কলাগী লমদা মশক নাইবা মীওইশিংগা মাগা উন্নরকপগী ৱারী কয়া। ফ্রান্সকী অফাওবী অইবী অমবু মশক মুন্না খঙদনা ৱারী শারকপগী মরমদা মহাক্লা হায়, "ঐ মাগা পুং অনীরোম ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই। মহাক্লা ঐঙোন্দা ভারতকী ফিলোসোফি, বুদ্ধিজমগী মরমদা হংবদা ঐনা মখোয়দুগী মরমদা মঙোন্দা য়াম্না হায়রম্মী। মদুদা মহাক্লা য়াম্না পূক্নীং চঙনা তায়। নুমিৎ অদুদা ঐনা অয়াম্বা ঙাঙদুনা তোক্লে, ঐ মঙোন্দগীদি ইখঙ খঙলক্তে। ঐ কোন্নতা ভারত্তা হল্লক্লগা মহাক্তু য়াম্না মমিং লৈবী, অফাওবা অইবী অমনি হায়বদু খঙলকই। মদু খঙলকপদা ঐ য়াম্না নীংঙম্লক্তে। ঐনা মঙোন্দগী ৱা য়াম্না তারমগদবনি হায়না খল্লকই, ঐতনা অয়াম্বা ঙাঙদুনা তোক্লকপদু য়াম্না পেল্লক্তে।"

মহাক্লা ঙহাক ৱারী-ৱাতাই শারগা ঐখোয় মাগী ময়ূমদগী থোরক্লে। ঐ লম্বীদা মাগী মগুণ অমদি মানা শারকপা পূক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওইবা ৱারী কয়াদু নীংশিং নীংশিংদুনা হল্লকই। মদুনা ঐঙোন্দা ইনীংবগী অনৌবা থৌনা অমা পী। ঐনা মমাঙদা উন্নরুবা সাহিত্যগী মীওই নত্ত্রগা অইবা খূদিংমক্কা মাগা খেন্নবা অমা লৈ।

লাইরিক ফোঙবগী থৌরম অদু কলচরেল ফোরমগী অফিসতা অয়ূক্কী পুং মাপল অদুৱাইদা পাঙথোকই। নুমিত্তু মেগী তাং ২৭ নি। কা অমদা লৈমায়দা ফিদা থারগা ময়াম ফম্মিন্নদুনা চম্না পাঙথোকই। মদুদা মণিপুরগী মশক নাইবা অইবা, স্কোলার কুন্থ্রামুক তিল্লি। ৱা ঙাঙখিবা মীওশিংদি টি, ঐচ, যোগেন্দ্র, এন, তোম্বী, শ্রী বীরেন অমদি এল, জয়চন্দ্র মখোয়শিং অসিনি। শ্রী বীরেন অমদি জয়চন্দ্রদি লাইরিক্কী মরমদা ঙাঙবা নত্তে, ঐবু চুম্না

মশক তাকপা ওইনা ঙাঙবনি। জয়চন্দ্রনা ঐগী উপন্যাস অদু ওল ইন্দিয়া রেডিওদা রিভিয়ু তৌরকনি হায়বগী ৱাফম ফোঙদোকই। যোগেন্দ্র অমদি তোম্বীনা ঐগী লাইরিক্কী মরমদা ঙাঙই। ঐগী লাইরিক্কী মরমদা নৈনদুনা ঙাঙবা তাবা অসি মদুনা অহানবনি, ঐ পুক্নীংদা নিংকোক নিংকোক তোই; মখোয়না পীরকপা মততা ঐনা য়ানীংবসু য়াওই অদুগা ঐনা খনবা ৱাখলগা চানদবা খরসু য়াওই। ঐগী ইমাঙদা ঙাঙবদা মখোয়না হায়নীংবা খুদিংমক চপ চানা হায়রমদবা য়াই, খরা খাক্তুনা ঙাঙলম্বা য়াই হায়না খল্লি। নৈনবা অদুমক্তা লাইরিক অদুগী চপ চাবা মশক থোরকই হায়বদু ঐ থাজবা ঙমদে, অদুবু মখোয়গী মত পূন্নমক্কু তাবদি নুংঙাই।

সভাপতিগী ভাষণদা ওজা নীলকান্তনা লাইরিক্কুগী মরমদা নৈনদুনা মত খরা পী, অদুগা হৌজিক্কী মতমদা উপন্যাসকী ঈচেল অসি লৎখিবগুম তৌবা ফীবম অসিদসু মহাক্না নুংনাংবা ফোঙদোকই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়, “ইবদি তোকপা য়াদ্রে।”

মহাক্না লাইরিক্কী মরমদা ঙাঙবদা ঐগী ৱাখল, মফোঙদোক অমদি খুৎইগী মরমদা মত খরা পীবদু তাবা নুংঙাই, পুক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওই, অদুবু ঐনা খ্বাইদগী নুংঙাইরিবদি মদুদা নত্তে, মাগী অর্থ লৈবা ৱাহৈ, “ইবদি তোকপা য়াদ্রে” হায়বা অদুনি! মদুনা ঐগী পুক্নীংদা মথৌ য়াম্না হাপখি।

মদুগী মতুং খরনি লৈরগা (জুনগী তাং ১৪ গী নুমিদাংদা) এল, জয়চন্দ্রনা ঐগী উপন্যাস অদু অল ইন্দিয়া রেডিওদা রিভিয়ু তৌরকই। মানা পীবা মততা ঐনা য়ানীংবসু য়াওই অদুগা ঐনা নীংলম্বা ৱাখলগা চানদবা খরসু য়াওই। মরু ওইনা উপন্যাস অদুগী নায়িকা ওইরিবী মালিনীনা শিখিবা অসি কলাগী মায়কৈদগী চুম্না চুমদব্রা হায়বসি খন্ননীংঙাই ওইরি হায়না মহাক্না ফোঙদোকই। ৱাফম অদুগী মতাংদা লাইরিক ফোঙবা নুমিত্তসু ওজা যোগেন্দ্রনা পন্দুনা নায়িকা শিখিবা অসি উপন্যাস অসিগী দোষ অমগুম হাইফেৎ নাকোইননা অসুন্না হায়খি, “মালিনী অসিমক্তি শিহল্লমদ্রবসু য়াবনি . . .।” মদু তাবদা ঐ খজিক্তং নুংঙাইখিদে, অদুবু নুমিৎ অদুদদি পাউখুম পীবা নুংঙাইতবনা তূমিন্না অদুম লৈখি। ওজা নীলকান্তনদি অতৈ লাইরিক্তগী মদুগা মান্নবা খূদম পীদুনা ঐবু কন্নখত্তুনা পাউখুম পীখি। ঐনা হায়নীংবদি অসিনি ৱারীগী পরিংদা হোংদোক্লম্নবদি ঐনা পীনীংবা কলাগী মপুম ওইবা ইফেক্ট অদু পীবা ঙম্লোই। অকন্নবা নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা পোমশাৎনবী লৈরাং অমনা লৈখোক্তগী কেন্নখিবগুম সমাজগী অকন্নবা মীৎয়েং, মৈশা, অৱাবগী

নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা নৌরিবী নূপীমচা মালিনীনা খাঙহুথক্তা মাঙখিবতনি। এরিষ্টোটলগী ট্রেজেদিগী থিওরিরোমদগী য়েংলবদি মদুদা অকায়বা খরা লৈবসু য়াই, অদুবু হৌজিক্কী মতমদা লাক্লিবা অনৌবা ট্রেজেদি মখল অমা খূদম ওইনা গালসৱার্দি অমদি টি, এস, ইলিয়টনা ইরিবা ট্রেজেদি (সমাজগী নত্ত্রগা অকনবা মপালগী শক্তি অমনা মরাল লৈতবা মী অমবু মাঙহনখিবা য়াবগী মওঙ উৎপা ট্রেজেদি) অসিগী মীৎয়েংলোমদা য়েংলবদি মদুদা থোইনা অকায়বা লৈতত্রা খল্লি। মালিনীগী মমা রমা অমদি মনাউনূপী ইন্দিরাবুদি মশাগী দোষ অমদি সমাজগী চৈথেং অনীসিনা মরম ওইদুনা মাঙখিবনি। অসুম্না অকনবা সমাজগী মীৎয়েং, মৈশারক্তা নুপী ঙাক্তা পানবা ইমুং অমনা মুৎখিবগী ৱারীনি। ৱারীগী পোলোই অদু ঐনা ফোঙদোক্লীংলিবা মপুং ওইবা হীরম অদু উৎনবগীদমক চপ চাবা পোলোই অমনি হায়না খল্লি। অদুবু লাইরিক ফোঙবগী নৈনবদা অমদি রিভিয়ু তৌনকপদা ঐনা নীংলিবা মপুং ওইবা ৱাফম অদু শোক্লমদনা কান্দুনা চৎখিবগুম তৌই। মদুদা ঐ খজিক্তং পেন্দে, অদুবু মখোয়না মশাগী মত খরা ফোঙদোকখিবা অদুদি থোইনা কায়বা লৈতে।

ঐগী উপন্যাসতুগী অচম্বা, প্রমাণ-পাষ্টে কয়া য়াওদবা লোল অদুগী মহূত্তা লৈতেং তৌবা লোল শীজিন্নবা পাম্বগী মত জয়চন্দ্রনা ফোঙদোকই। অদুবু লোন্দা লৈতেং তৌবা, প্রমাণ-পাষ্টে শীজিন্নবগী হৈনবী অসিদি ঐঙোন্দা কয়া লৈত্রে; চম্না ইবা হায়বা অসিমক ইশাগী ষ্টাইল নত্ত্রগা লনাইগী মশক অমা ওইখ্রে। মদু অনীংবা ৱাখল অমগা লোয়ননা হোংদোক্লবা হোৎনরবা ফাওবা হোংদোকপা ঙমগদবা মান্দ্রে। মাগী মত অদুগা ঐগী ৱাখলগা থৈনবা খরা লৈ। অদুবু মহাক্না ঐগী উপন্যাসকী আর্টকী মরমদা হায়খিবা ৱাফম অমখক্তি ঐ কাউদ্রি। মহাক্না অসুম্না হায়খি, "... মসি য়াম্না লৌথুপ-লৌকোই য়াওদনা লীরকপা ৱারীনি। মায়গৈ অসিদা অইবগী চপ চাবা তেলেন্ট উবা ফংই ...।" ৱাহৈ খরা অদুনা ঐ পূক্নীং য়াম্না থৌগৎখি।

উপন্যাস অদু য়োন্নবা দুকান্দা থম্বদা ঐনা মমাঙগী লাইরিক অনী ফোঙখিবদা থেংনখিবা ফীবম অদুগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। নীংহন্ননীংঙাই ওইবা মওঙ অদুম থেংনৈ, অদুবু ঐ অদুম ইবদি লেপ্তুনা চৈখে।

মতমদুদা ঐনা ইবা তম্বগী ওইনা পাখিবা লাইরিক খরগী মনুংদা তোলষ্টোইগী *অনা কারেনিনা, রেজরেকসন, চাইল্ডহুদ, বোইহুদ, এণ্ড য়ুথ* অমদি মাগী ৱারী মচাশিং, ডিকন্সকী

*দেভিদ কোপরফিল্ড*, পার্ল এসঃ বক্কী *দি গুদ আর্থ, মন্দলা*, পুস্কিনগী *দি কেপ্তেনস দোটর* অসিনচিংবা য়াওই। লাইরিকশিং অদু পাবদগী ঐঙোন্দা অনৌবা জ্ঞান কয়াসু লাকখি।

*ইমুং অমগী ৱারী* ফোঙলবা মতুংদা ঐগী অইবা অমা ওইবগী পুন্সীদা থোইনা অহোংবা লৈতে। ইথন্তা তুমিন্না হোৎনবা মীয়ামনদি অইবা অমা ওইনা কয়া শকখঙদবগী মওঙ অসি অদুম লৈ। অদুবু ঐ মদুদা থোইনা নুংঙাইতনীংঙাই লৈতে, ইবদা নুংঙাইবা ফংলিবমখৈ অমদি অচৌবা পামজবা অইবা খরগী মতুং ইন্দুনা চৎলিবমখৈদি ঐগী অমাঙবা করিসু লৈতে, কান্নবা হায়বদু মদুদা অদুম য়াওজরবনি হায়বা ৱাখলদুগা লোয়নবা ইবদা ফলগী খনবগী মহূত্তা ঐনা মদুদা ফংবা নুংঙাইবা অদুনা হেন্না মপূং ওইনা খন্দুনা লেপ্তনা হোৎনৈ।

## ১০

## জি লৈখিদবা

ইং ১৯৮৪ দা জি পেন্সন লৌবা চহী নীপাল্লোম শুরে। মহাক ঐখোয়না হান্না লৈরম্বা য়ূম অদুদগী (লৈকাইদুমক্কী মহাক্না হান্না ঐখোয়না য়াম্না পীক্লিঙৈদা লৈদুনা লৈরবা) অতোপ্পা হিঙ্গোল অমদা য়ূম শাদুনা ঐখোয়গা লোয়ননা চহী মরিমুক্কী মমাঙদা হোংদোরকখি। মহাক্না ঐগী ইনাউনুপা লোকেন্দ্রগা লৈমিন্নে, ঐনা মখোয়গী মনীংদা লৈ। পেন্সন লৌরবা মতুং অদু মহাক মশার্খীংনা উই, য়ূমগী থবক-ইশ্নাং তৌবা, হিঙ্গোলদা মনা-মশীং থাবা অসিনচিংবা তৌদুনা মতম লেল্লি। মহাক অয়ূক্তা ৱাকিং চত্তুনা মশা ফনবা হোংনৈ। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক হকচাংগীদমক য়াম্না চেকশিল্লি, অচম্বা এক্সরসাইজ তৌবা, অফবা চীঞ্জাক চাবা, ৱাকিং চৎপা অসি মহাক্কী নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা হৈনবী অমনি।

অসুম্না মতম খরা লৈরবা মতুংদদি মহাক্কী মশাদা খঙহৌদনা অহোংবা খরা লাক্লে, মপালগোংদা অনাবগী খূদম অমতা উদ্রবসু মাগী হকচাং অদু হান্নদগী ময়েং তাখ্রে। মাগী থবাক্তা লৈবা মুদবা হকচাংগী মচু ওইনা তৌবা শক্ষং অমা খরা চাউথোক্লা উই। ঐখোয় মাগী ফীবম অদু উবদা কয়া নুংঙাইতে, অদুবু মহাক্না নাবা নত্ত্রগা হকচাং নুংঙাইতবগী ৱা করিসু হায়রক্তবনা ঐখোয় মঙোন্দা হকচাংগী মরমদা থোইনা হংলুদে। নোংমা নুমিদাং অমদি মহাক্না লোক কন্না খূবদা খঙহৌদনা ঈ খরা য়াওরকই হায়দুনা ঐখোয়দা তন্নকই। মদু তাবদা ঐখোয় খরা ঙক্লা থোকই। ঐখোয় ইমুংগী মীশিংনা নুংশাথীদুনা ডাক্তর য়েংহন্নবা হায়বদা মহাক কয়া থৌশাদে, য়েংহনসি হায়বা য়াদে। নোংমা নীনিগী মতুংদা মহাক্না ঐখোয়দা অসুম্না হায়রকই, "ঐনা ঐখোয়গা ৱাকিং চৎমিন্নবা মী অমগা ৱারী শাবদা মহাক্না হায় মহাকসু অদুম্না তৌবদগী ডাক্তরদা য়েংহনবদা করিসু ওইরমদে, চুম্না খৌনাউগী শিংলি অমা কায়দুনা ঈ থোকপা ওইরম্মী। ঐগীসু অদুম্না তৌবা ওইরমগনি হায়না মহাক্না হায়।"

খৌদোক অদু অহানবা ওইবগা অদুগা ঈসু য়াম্না থোকপা নত্তবগা ঐখোয়সু করিসু

ওইরমদবা য়াই হায়না খন্নদুনা ডাক্তরদা য়েংবা চত্ত্রে। মদুগী মতুংদা মাগী মশাদা থোইনা অকায়বা খূদম লৈতে, হান্নগুম্না ফজনা চা-থকই, থবক চাংনাইনা তৌবা ঙম্মী।

থা মঙা-তরূক হৌখ্রে। ফনা শাংবা মতম অদুগী মনুংদা মঙোন্দা করিসু তৌরক্তবা অদুনা ঐখোয় মমাঙগী থৌদোক অদু কাউবগুম তৌখ্রে, মঙোন্দা করিসু অনাবা লৈতে হায়না লৌরে। অদুবু নোংমদি নুংদাং অমা চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা মহাক্লা লোক খূবদা ঈ খজিক্তং অমুক য়াওরক্লে। মতম অদুদদি ঐখোয় মাগী ফীবমদু চিংনবা খরা পোক্লক্লে, মদুবু তরাই তরাই লৌবা ঙম্নক্ত্রে।

মথংগী নুমিত্তা মাবু ডাক্তরদা পুদুনা য়েংহল্লে। ডাক্তরনা হায়বা মতুং ইন্না মাগী থবাক্তু এক্সরে য়েংলে অদুগা মশাদগী ঈসু লৌদুনা তেষ্ট তৌরে। এক্সরেগী রিজল্ট অদু য়েংলগা মাগী য়েৎ থংবা লংদা দাগ খরা লৈরে হায়না ডাক্তরনা হায়, অদুবু মদু করিগো হায়বদি অরেপ্পা হায়বা ঙমদে; টি, বি, ওইবা য়াই হায়না মত পী।

ঈগী  তেষ্ট তৌবদদি টি, বি, নাবগী খূদম ফংদে হায়না ক্লিনিক্তগী মত পীরকই। মদু য়েংলুবা হল্লক্লগা জিনা ঐখোয়গী য়ূমগী চুরিদা লেপ্লদুনা হায়, "ডাক্তরনি হায়দুনা করিসু খঙদে, ঐঙোন্দা টি, বি, নাবগী খূদম অমতা ফংদে হায়না ক্লিনিক্কী মীনা হায়রকই।" অদুদগী মহাক্লা মাগী মপাম্বোম অদু উৎলদুনা মশা ফরি হায়বা মওঙদা অমুক শমথরকই, "ঐগী হকচাং অসিদা অদুগুম্বা লায়না লৈবা ওইখোক্তবনি। মখোয়না ঐগী ঈসু য়াম্না শেংই হায়রকই।"

ক্লিনিক্কী মীনা হায়রকপা ৱাহৈশিং অদুনা মাগী মপূক্নীং য়াম্না লুমহল্লি, শাথিরবা লায়না অদু মঙোন্দা লৈতে হায়বগী নুংঙাইবা মতৌ উই। মহাক্লা মাগী মশাগী ফীবমদু ফরি হায়না মশাবু থাজনা ৱারী কয়া শাই।

ঐ পূক্নীংদদি তূমিন্না চিংনবা খজিক্তং লৈ। জি অসি ইং ১৯৮০ দা ঐগী য়ূম শঙ্গাবা নৌরিঙৈদা ঐগী য়ূমদা মতম খরা লৈরম্মী। মতম অদুদা মহাক অহিংদা মরক মরক্তা লোক খূবদা শাংনা শাংনা চিংদুনা "অহম, অহা" হায়না কন্না কন্না লাউবা য়াওই। মানা লৈরিবা কা অদুদগী তারকপা লোক খূবগী মখোল অদু অচীকপা অহিং অদুদা য়াম্না হৌই। মতম অদুদদি মহাক্লা থোইদোকপা থবাক্কী নুংঙাইতবা লৈবগী ৱা হায়দবনা ঐ মদুগী মরমদা থোইনা করিসু খনখিদে; অদুবু মহাক্লা হৌজিক্তি লোক খূবদা ঈ য়াওরকপগী মতাং লাকপা অসিদা ঐ থৌদোক অদুবু নীংশিংলকই, মদু করিগুম্বা অনাবা অমা হৌরকপগী

খূদন্না হায়না খল্লকই। অদুবু মদুগী মতাংদা তশেংনা অরেপ্পদি খঙবা ঙমদে।

চহী অমরোম হৌখ্রে। মদুগী মনুংদা জিগী লোক খূবদা ঈ য়াওবদু অমুক্তা তৌরকখিদ্রে। ঐখোয় হৌখিবা থৌদোক অদু কয়া নীংশিংখিদ্রে, মঙোন্দা অনাবা অমা লৈ হায়বা ফাওবা অমুক কাউবগুম তৌখ্রে। মহাক্কসু হেক হেক মরক মরক্তা হায়, "করিসু খঙদবা ডাক্তরশিং অসিনা করিসু নাদবা ঐঙোন্দা পঙহায়দা হায়জিন্দুনা ঐ কয়াদা নুংশাথীরুরে।" মহাক্কা মশাগী ফীবমদু করিসু তৌদে হায়না অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়ননা হায়বা অদুদা ঐখোয়সু মঙোন্দা মদুগী মরমদা হৌদোক্তুনা করিমতা ঙাঙলুদ্রে। মহাক য়ূমগী থবক-ইশ্মাং তৌদুনা মতম লেল্লি, মশাগী ফীবমদু শোক্রুবসু ঐখোয়না মাবু অনাবা অমগুন্না খল্লুদ্রে।

অসুন্না মতম খরা লৈরম্বদগী নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কা লোক খূবদা ঈ অমুক য়াওরক্লে। হন্দক্তি থোরকপা ঈগী চাং অদু হান্নদগী য়াম্না হেল্লি। ঐখোয় য়াম্না নুংশাথীনরে, তূমিন্না মদুগী মরমদা কূপ্পা খন্নবা হৌরে। জিসু পূক্লীং শোঙ্গনা উরে, ঐখোয়না য়াম্না থুনা ডাক্তর য়েংনবা ৱা খন্নবদা মহাক্কী মত করিমতা পীরক্ত্রে। মাগী মতৌ অদুনা অসুন্না হায়বগুম তৌই, "হৌজিক্তি ঐগী ৱা অমুক তারুবগী কান্নদে, নখোয়না 'সিনা ফরে হায়বদু খন্নদুনা তৌরো।"

মহাকপু থুনা অমুক অতোপ্পা ডাক্তর অমদা পুদুনা য়েংহল্লে। মাগী য়েৎ থংবা লংদা লৈরিবা দাগ অদু টি, বি, নাবগী খূদমনি হায়দুনা মাবু লায়না অদুগী অকনবা হীদাক কয়া কাপ্পবা অমদি চানবা থারে। অসুন্না মহাক মতম ফনা কুইনা হীদাক কাপ্পা অমদি চাবনচিংবা তৌরে। মদুগী মনুংদা মহাক মরক মরক্তা লোক খূবদা ঈ য়াওবদু অদুম তৌই। ঐখোয়না ডাক্তরদা হংবদা মদু তপ্পা তপ্পা ফরক্কদবনি, লায়নাদু মতম য়াম্না কুইনা চঙনা লায়য়েংগদবনি হায়না হায়রকই।

কিনীংঙাই ওইবা লায়না অদু নারবনি হায়না লৌরবসু মঙোন্দা ফরক্কনি হায়না থাজবা অমদি কন্না লৈ। মহাক্কা হায়, "হৌজিক্কী মতমদদি টি, বি, হায়বা লায়নাসি হীদাক্কা লায়য়েংবা ঙম্লবনি, হীদাক চাংনাইনা চারগা শোয়দনা ফরক্কনি।" মহাক কা হেন্না থৱায় ৱাবা উদে, হান্নগুম য়ূমগী থবক চাংনাইনা তৌই, ৱাকিং চৎলি, অদুগা হোটেলদগী তলনচিংবা চারগা হল্লকই। অদুন্না মতম খরা তৌরগা মহাক্কী মশাদু খজিক্তং হনগৎপগুমদি নীংই, অদুবু মদু তশেংনা অনাবা ফরকপগী খূদম্না হায়বা অদুদি খঙবা ঙমদে।

মহাক হীদাক চাবা অমুক লেপ্লে।

মতম খরা লৈরগা নোংমদি মহাক হান্নদগী খরা হেন্না শাথিনা লোক খূদুনা ঈ ওবা হৌরক্লে। মহাক মশাদু য়াম্না ৱানা উই, ঈ অদু ওবদা মশাদু হুমাঙ কাংই। ঐখোয়না মঙোন্দা হায়, "ডাক্তরগী মৱা তাদনা মফম খঙদনা হীদাক চাবা লেপ্পদগী তৌরিবনি, হীদাক চাংনাইনা অদুম চারম্লবদি করিসু তৌরোইদবনি।"

মহাক ঐখোয়না হায়রিবা অদুদা করিমতা খুম্লক্তে, ৱাখল অমদা ইতাউ তাউনা লোংনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ, স্বর অদু খরা ৱানা থবেৎ থবেৎ হোল্লি। মাগী পূক্লীংদা অনৌবা অৱাবা ৱাখল অমা ফাওরকপা মাল্লি।

ডাক্তরদা চত্তুনা হংবদা অসুম্না হায়রকই হীদাক চাবা লেপ্লবা মতুংদা অমুক হৌরকপা অসি য়াম্না খুদোংথীনীংঙাইনি, হান্না চাবা হীদাক্কী চাং অদুদগী শরূক অনী হেনগৎনা চাগদবনি। অসুম্না ডাক্তরনা হায়রকপদুদগী মহাক হীদাক অমুক লৈদুনা চাবা হৌরে। অদুবু মদুনা মাগী ফীবমদু ফগৎলকপগী মওঙদি উদ্রে। লোক খূবদা ঈ য়াওবা অদু হেন্না হেন্না কূংশিল্লকই। চহী অমা নত্ত্রগা থা তরূক নত্ত্রগা থা অহুম অসুম মরক মরক্তা কান্ননা তৌরম্বদগী থা অমগী মনুংদা অনী-অহুম্লক্তুগী হেন্না কূংনা তৌরক্লে। করিগুম্বা কান্দা মহাক ঐখোয়না নুংশাথীখিনি হায়দুনা মদু হায়দোক্তবা ফাওবা য়াওরক্লে।

মাগী মশাগী ফীবম অদু হেন্না হেন্না শোকচিল্লক্লে, চায়রুং অনী অদু য়াম্না চপশিনখ্রে, ফূরিৎ লৌথোক্লগা য়েংবদা মাগী থবাক অদু হান্নদগী য়াম্না হেন্না চপশিল্লে। মাগী মনম অদুসু খরা কোম্থনা উই। ৱা ঙাঙবদসু মখোলদু ইশি শি। মহাক মশানা করিগুম্বা খরা খঙজবগুম তৌনা পূক্লীং ইশোন শোম্থনা উই। মাগী লমচত্তসু করিগুম্বা অহোংবা খরা লাক্লে; মশূশিংবু হেন্না লুনা তৌরকপা হৌরকই, পুন্সীগী মমলবু হেন্না য়াম্না খনবা মান্না ঙাঙলকই। মহাক্না ঐখোয়গা কুইনা পুন্সীগী থবক-থৌদাংগী মরমদা অমদি অতৈ হীরম কয়াগী মরমদা ৱারী শাদুনা হেক হেক ফমদুনা লৈবা য়াওই।

নোংমদি মহাক্না ফি অমা ইন্দুনা ঐখোয়গী মাঙ্গোলগী রেলিংদা ঙাথদুনা ৱারী শাদুনা ফম্লগা অসুম্না হায়রকই, "ঐ ইচা-ইশূশিং অসি কোন্দুনা চহী মরি-মঙাদংদি হিংনীংলি।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা থম্মোয়দা থুক লাউই। মহাক্না অসুম্না থম্মোয় নৌথনা ঙাঙবা ৱাঙাঙ অসি ঐ অমুক্তা তাখিদ্রি। পুন্সীগী খোঙচৎ লোইশিল্লক্কদৌরে হায়না চিংনরক্লবা মতমদা পুন্সীগী মমলবু হায়নীংঙাই লৈতনা য়ামখৎনা খল্লক্তুনা হায়রকপা ৱাহৈ অদু তাবদা

পুক্নীং য়াম্না নুংশি, ৱাখল মওল মওল থল্লি। মহাক্না হিংবগী মতমবু শাংদোকহন্নীংদুনা মন্তিক্নবা মওঙদা হায়রিবা ৱাহৈ অদুগী করি ফল লৈরিগদগে? থোক্লগদবা অদুদি ঈশ্বরদি খঙলমল্লগনি।

করিগুম্বদা নুংথিলগী মতমদা মহাক পুথ্রী মপান্দা মথন্তা ৱাখল খন্দুনা ফমদুনা লৈবা উই। মহাক্না ঐখোয়দদি মাগী নুংগী ৱাখল খুদিংমক্তু ফোঙদোক্ত্রবসু মাগী মতৌ অদুদগী ঐখোয়না মঙোন্দা লাক্লিবা অহোংবা ৱাখল খুদিংমক্তু অদুম খঙবা ঙম্মী।

ঐখোয়না মাবু য়ুমদগী চখোক্তনবা হায়রে, অদুবু মহাক পোপ তুদুনা নাবদি নত্তবনিনা থবক-ইস্থাং চখোক্কনু য়াদে, থাগী পেন্সন লৌবা, বাজারদগী পোৎ লৈবা, লৈকাইগী কর্মনচিংবা অদুম চৎলি। নোংমদি পেন্সনগী চে থম্বা চৎপদা মহাক ট্রেজরিদা ৱাহুদুনা থংনেবা লৈকাইগী অহল অমনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্তুনা পাউ পীরে। ঐনা ট্রেজরিদা রিক্সো তোংদুনা মাবু লৌবা চৎলি। ঐনা চৎপা মতম অদুদদি মহাক জ্ঞান তারম্লে, ট্রেজরি অফিসকী ভেরেন্দাদা থাবা ফানশাং অমদা ঙাথদুনা ফমদুনা লৈরম্মী। মাগী মকোক অদু ঈশিং চোৎলি:

রিক্সো মথক্তা তোংখৎহল্লবা মতুংদা চৎনা চৎনা মহাক্না শোষ্টাংননা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐ জ্ঞান করিমতা তারুদ্রবনি, ঐনা জ্ঞান তারকপদা মশক খঙদবা পেন্সন লৌবা লাকপা চীংমী নূপী অমনা কোক্তা ঈশিং হৈদুনা লৈরম্মী।"

নোংমসু ইং ১৯৮৭ গী জনুয়ারি তাং ২৬ কী অয়ুক্তা রিপব্লিক দেগী কুম্মৈ য়েংবা চৎশিবদগী বাজারদা ৱাহুরক্তুনা কুম্মৈ য়েংবা লাকপা নহারোল খরনা মাবু জ্ঞান তানবা হোৎনবীরগা জিপ্তা হাপ্তুনা য়ুমদা থিনবীরকই। মহাক্না হায় মহাক নালা ময়াদা অসুম লেপ্লম্বদগী কোক ঙাওরক্তুনা ফমথবদগী জ্ঞান তাখিদ্রে। তুশিনবা অদুদা মাগী মথক্কী চীনবান অদু তত্তুনা ঈ থোক্লকই।

ঐখোয়না খূদক্তা ঐখোয়গা নক্না লৈমিন্নবা ডাক্তর অমা কৌদুনা য়েংহল্লি। চীনবান মথক্কী শোকপদু মহাক্না ঈদাক-লাংথক হাপ্তুনা হোৎনরে, অদুদগী যন্ত্রনচিংবা থাদুনা মাগী হকচাংগী ফীবম অদু অমুক য়েংলকই। ডাক্তর অদুনা মহাকপু য়ারিবমখৈ য়ুমদগী মপাল থোকহন্দনবা ঐখোয়দা কন্না হায়রকই।

নুমিৎ অদুগী নুংদাংদসু জিগী অনাবা অদু কন্না হৌরক্তুনা লাক্লে। কোক ঙাওবা হায়বসি মাগী অনাবদু হৌরমদাইগী খূদম অমনি হায়বদি ঐখোয়না মমাঙদসু খঙখিবা

খরা লৈ। নুমিত্তুসু অয়ুক্তা মকোক ঙাওদুনা ৱাম্বুরম্বা অদু অনাবা হৌরমদাইগী খূদম অমনি হায়বসি ঐখোয় খঙলে।

ঐখোয়না মাবু য়ারিবমখৈ য়ুমদগী চখোক্তনবা হায়রবসু মহাক মশা অদু কা হেন্না শোম্বদুনা চৎপা ঙমদবমক নত্তবনা য়ূমদা অফা-অপুন্ননা লৈবদু ঙমদে, হেক্তা চখোকই। নোংমা নুমিদাং অমসু মহাক ফৈজোম শেত্তুনা ঐখোয়গী মনীংদা লৈবা য়ুম অমদা ষষ্ঠী পূজা অমা চৎলি। মহাক্না মফম অদুদা ফন্নিঙৈদা অনাবা হৌরক্কদৌরে হায়বগী খূদম অমা মশানা খঙজরক্তুনা থৌরম অদু মপূং ফানা য়াওরমদনা য়ুম তান্না চেল্লকই। য়ুম য়ৌরগা মহাক য়াম্না শাথিনা লোক খূদুনা ঈ ওবা হৌরক্লে। নুমিৎ অদুদা হৌরকপা অদুদি ঐখোয়না নহানমখৈ থেংনরকপদগী খ্বাইদগী শাথিবনি। ঈ ওদুনা লোক খূবা অদুদা মহাক থবাক পায়দুনা ৱানা খাঙই, স্বর থিংগে থিংগে তৌই, মমায় অদু হুমাং মরিক মরিক শৌই। ফমুংগী চিদাইদা লূকথরগা য়াম্না ৱানা মঙক অদু হাইরকই। মাগী অৱাবা মতৌ অদু ঐখোয় য়েংবা ঙমদে। ফনা কুইনা লাক্লরবা মতুংদা মহাক খজিক্তং পোখারকই। মহাক্না খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "ইমান্নবা খরগা ফক্তা ফমদুনা লাইরিক তারিঙৈদা কোক কন্না ঙাওরকই, অদুদগী ঐ অনাবা হৌরকপা য়াই হায়না চিংনরদুনা য়ূমদা থুনা হেক্তা চেল্লকপনি।"

ইমানা মঙোন্দা হায়রকই, "চৎলমদ্রবদি ফগদবনি। করিগুম্বা মফম অদুদা অসুন্না তৌরক্লবদি কমদৌনি?"

জিদু ফমুংদা লোংখাক লোংনা হীপ্লগা মমীত্তু তূকথনা পাঙদুনা লৈ, ইমাগী ৱাহৈ অদুদা পাউখুম করিমতা পীরক্তে। মহাক করিগুম্বা ৱাখল অমা খনবগুম তৌনা লৈ, ঐখোয়বু মাগী মনাক্তগী চখোক্তনবা হায়রকই। নুমিদাং অদুদি ঐখোয়না মাবু চেকশিন্না শেন্নদুনা লৈরে।

মথৎগী নুমিৎকী অয়ুক্তা ইনাউনুপা লোকেন্দ্রগা ঐগনা মহাকপু ডাক্তর রাজাককী মনাক্তা ওটোরিক্সো অমদা পুদুনা চৎলি। মতমদু জুলাই থানি, নোংসু তাই।

ঐখোয়না ডাক্তরগী ময়ুম য়ৌবদা মহাক চখোক্কদবগী মফি-মরোল শেত্তুনা থৌরাঙ তৌদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না হায়জবদগী মহাক জিবু য়েংবীয়ু হায়বদু য়ারে। ঐখোয় মাগী লায়য়েংফম কাদা চঙলে। কাদুগী ফক্লাংদা থবাক্কা মরী লৈনবা অনাবশিংগী মশক উৎপা লাই খরা থেৎপা উই, নাকন্দা লায়য়েংনবগীদমক শীজিন্নবা অচপ্পা ফমুং অমা থাই। ডাক্তরনা ঐখোয়গী জিগী অনাবগী মরমদা শাংলবা ইতিহাস অমা লৌই। ঐখোয়না মঙোন্দা

জিগী থবাক্কী এক্সরে মরি-মঙাসু য়েংহল্লি।

ডাক্তরনা এক্সরেশিং অদু লৌবগী মথং মনাউ কায়দনা মথং মথং থাঙ্গত্তুনা য়েংলকই। মতম অদু ফাওবা মহাক অনাবা অদুগী মরমদা মত অমতা পীদে।

মহাক্না জিবু মাগী লায়য়েংফম ফমুং অদুদা হীপহল্লগা মশাদা যন্ত্র থাদুনা য়েংলকই। অদুদগী মহাক্না জিবু ফুরিৎ লৌথোকহল্লগা ফমুং অদুদা চপ তিংনা ফমহল্লি, অদুগা স্বর শাংনা ঙহাক হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌহন্দুনা য়েংলকই। জিনা তিংনা ফম্লগা মাগী চপশিল্লবা থবাক অদু উত্তুনা স্বর হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌই। ডাক্তরনা মাগী নঙ্গল অমদি থবাক্তু অমুক যন্ত্র থাদুনা য়েংলকই। মহাক্না জিগী থবাক্তা লৈরিবা চাউথোরক্লবা মতৃম তাবা শক্তংগুম্বা হকচাংগী অহেনবা শরূক অদুসু হাইফেৎ পায়দুনা য়েংলকই, অদুগা খদাঙ মখাদা খৌরীগী নাকল অনীমক অদু পাযদুনা য়েংলকই। মদু পায়রুবদা মহাক্না করিগুম্বা অমা চিন্নবগুম তৌনা ঐখোয়দা হায়রকই, "মসিদা চাউথোক্লিবা গ্লাণ্ড অসিদগী মহী খরা চিংথোক্লগা অমুক্তং তেষ্ট তৌবা দরকাব ওই। ক্লিনিক অমদা চৎপীবগা তেষ্ট অদু তৌবীয়ু, অদুগা মদুগী বিজল্ট অদু ঐঙোন্দা অমুক খঙহনবীরকউ।"

মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ভাব তানবা তাকপা ওইনা জিগী চরমদা লৈরিবা চাউথোক্লিবা গ্লাণ্ড অনী অদু পায়দুনা য়েংহল্লি।

লায়যেংবা অদু লোইরগা জিনা কাদুগী মচী অমদা ফুরিৎ লীৎশিন্দুনা লৈরি। ডাক্তরনা ঐগা ইনাউনুপা লোকেন্দ্রগা ঐখোয় অনীবু মাগী টেবল ময়াদা কৌশিন্দুনা ফমহল্লগা অনাবা অদুগী ডাইগনোসিস পীবা ওইনা চে অমদা অসুম্না ইবকই, "সসপেক্তেদ কেস ওফ লং কেন্সর।"

মদু উবদা ঐখোয় খঙহৌদনা শ্বায় লাউবকই, তুজুংবা পোক্লকই। লাইওঙ অদু করিমতা খঙদ্রিবা জিনা কাদুগী মচীদা ফুরিৎ লীৎশিনবা লোইরগা ডাক্তরগা ৱারী শারিবা ইনাউনুপাগা ঐখোয় অনীবু অচম্বা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা তৃমিন্না ঙাইদুনা লৈ। মাগী মতৌ অদু উরগা পূক্নীংদা অকনবা নুংঙাইতবা ৱাখল অমা ফাওবকই। ঐখোয়গা লোয়ননা মখোঙনা থোংনা লাকপা ঙল্লিবা মহাক অদুগী পুক্নী অদু মতম খরদংগী মনুংদা লোইখিবা য়াই হায়বদু খঙলকপদা পুক্নীংদা ফাওরকপা চমন্নবা, নুংঙাইতবা ৱাখল অদু ৱাহৈনা থাবা ঙম্লরোই। মাগী মতৌ, ফীবম, ৱাঙাঙ অমদি মায়থোঙ পূম্নমক অদুনা ঐঙোন্দা অকনবা চৈনা অমা পীরকই।

লায়য়েংবা অদু লোইরগা ঐখোয় ডাক্তর অদুগী ময়ূমদগী থোরক্লে। ঐখোয়না জিদা মাগী লায়না অদুগী মরমদা ডাক্তরনা পীরকপা মত অদু খঙহন্দ্রে।

ওটোরিক্সো মনুংদা ঐগা ইনাউনূপাগদি ৱাখল অমদা উংদুনা চৎলি, ৱা ইভাঙ ঙাঙনদে। জিগী মায়খোঙদি হান্না লাকপগী মতৌ অদুগা থোইনা খেন্নবা লৈতে, অৱাবগী মমি থোইনা তাদে। নোং চুবা অদুদা ওটোরিক্সোগী চাকাদগী লম্বীগী লৈনাং অদু ঐখোয়দা খরা হাইগত্তুনা চোংলকই। ঐখোয়দি মদুদা ফাওবা পূক্নীং চঙলুবা ঙমদ্রে। জিদি হাইগৎলকপা লৈনাং অদু চে অমনা খন্দুনা হোৎনৈ, অদুগা মহাক্না ড্রাইভর অদুদা মাগী গাড়ি চাকা অদুদা মদগার্ড হাপ্তুবগীদমক ঙাঙলকই।

ঐখোয় ববিনা ক্লিনিক্তা লাক্তুনা ওটোরিক্সোদগী কুমথরে। মফম অদুদা মী য়াম্না চিল্লম্মী। জিবু ঐখোয়না ফাল অমদা ফমহল্লে। মদুদা মী চিনবনা মরম ওইদুনা কুইনা ঙাইগদবা, য়েংবা খুদোংচারোইদবা অদুগী মরমদা ঐগা ইনাউনূপাগা খন্নরকই।

জিনা ঐখোয়না তৌরিবদু থোইনা ভাব তাদনা হান্নগী অচম্বা মায়থোঙগী মতৌ অদুগা লোয়ননা অঙাং মচাগুম্না ঐখোয়দা হংলকই, "করিনো সিদা ঐখোয়না তৌগদৌরিবা অসি?"

ঐখোয়না মঙোন্দা লায়না অদুগী মরমদা করিমতা পন্দনা হায়, "চুম্না থৌরীদগী করিগুম্বা মহী খরা লৌথোক্লগা য়েংগদবনি।"

মহাক তুমিন্না অমুক লৈখ্রে।

ঐগা লোকেন্দ্রগনা নুমিৎ অদু য়েংবা খুদোংচারোইদবা মওঙ অদু উদুনা কোন্না অমুক য়েংবা লাক্লবা ঐখোয় য়ুমদা হল্লক্লে।

নুমিৎ অদু ঐখোয়গী ইমুংদা নহানমখৈদগী খ্বাইদগী নুংঙাইনদবা নুমিৎনি। অকিবা লায়না অদু ওইবা য়াই হায়না হেক তাবদগী ঐখোয়গী ইমুংগী মী পূম্নমক্তু চিন্তা তৌদুনা লৈনৈ। নহানমখৈ ওইরক্লিবা মাগী হকচাংগী ফীবম, নারিবা মওঙ পূম্নমক অদুদগী ডাক্তরনা হায়রিবা লায়না অদু ওইরম্বা য়াই হায়বগী থাজবদু ঐখোয়দা চপ য়ুংনা লৈ। ঐনা ইথন্তা খনবা অমসু লৈ মদুদি চহী খরগী মমাঙদা মহাক্না মী ফূনরুবা মতুংদা থৱায় য়াম্না নুংঙাইখিদবা, হকচাং শোকখিবদু মাগী পুক্নীদা য়াম্না অকায়বা অমনি; মদুদগী মাগী হকচাং অসি অমুক্তা হান্নগুম্না হনগৎপা ঙমখিদ্রবনি, থৱায় নুংঙাইখিদবা অদুমক লায়না অদুগী হৌরকফম ওইরমগদ্রা হায়না চিংনবা পোকই। মদু ওইরম্বা য়াই ওইরমদবা য়াই, অদুবু

ঐনা হৌখিবা থৌদোক অদু মাগী অনাবগী হৌরকফম ওইনা ইতৎ তত্তনা নুংঙাইতনা নীংশিংই, অশাউবা মীকুপ্তুগী থোকখিবা থৌদোক অদুনা মাগী পুন্সী তেলহন্নবগী মরম ওইরক্কব্রা হায়না ইতৎ তত্তনা খল্লি।

নোংমা নীনি হৌখ্রে। ঐখোয়না জিবু ক্লিনিক্তা অমুক পুদ্রে। তমথিবা লায়না অদুনা নারে হায়বা খঙনবগীদমক চাংয়েং তৌবগী দরকার লৈতে হায়না খল্লি। করিগুম্বা জিনা লায়না অদুনা নারে খঙখ্রবদি থব্রায় নুংঙাইতবদগী মদুনা হেন্না মাগী পুন্সী থুনা লোইখিবা য়াই।

ঐখোয়না মঙোন্দা ডাক্তরনা ইরকপা মরোল অদু অদুম খঙহন্দ্রে। মহাক হান্না চাবা টি, বি, গী হীদাক অদু অদুম চাংনাইনা চারি। ঐখোয়না মদু মঙোন্দা খাম্বা তৌদ্রে মরমদি হীদাক চাবা অদুনা মাগী পুক্লীংদু খরা পোত্থাহল্লি। অদুগা অমুকসু ডাক্তরনা হায়রকপা লং কেন্সরগী ৱাফম অদু চিংনবগী মওঙদমক হায়রকপনা করিগুম্বা মদু ওইরমদদুনা টি, বি, গী কেস ওইরম্লবসু হীদাক্তু চাবদা কায়দে হায়না খল্লি। অদুবু লায়য়েংলুবা অদুগী মতুংদা মাগী অনাবা অদু য়াম্না শাথিবা মওঙদা তোয়না তোয়না হৌরক্লে। নোংমা ঈ য়াম্না ওবা নুমিৎ অমদা মহাক য়াম্না ঙমদনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা ইথা থাজদনা অসুম্না হায়রকই, "ইবুংঙো, নঙ ঐগী মোজাফুরিৎ অমতং লৈরকউ।"

ঐ মাগী ৱাদু তাবদা পুক্লীংদা থুক লাউই, অনৌবা ৱাখল অমা পোকই। মহাক নোংমতা মাগী পোৎ অমতা ঐখোয়দা লৈয়ু হায়খিবা লৈতে, মহাক মশানা লৈজবা ঙাক্তনি। মহাক পেন্সন ফংদুনা পৈশাসু মখুত্তা ৱাত্তনা লৈ। অচম্বা মমল তাঙবা নত্তবা পোৎ মোজাফুরিৎ অমবু ঐঙোন্দা লুনা লৈনবা হায়বদু মাগী পুন্সী লোইরমদাইগী মতমদা খল্লকপা করিগুম্বা অঙকপা ৱাখল অমদগী হায়রকপা মাল্লি। মদুননি ঐগী পুক্লীংদা থুক লাউখিবদু।

মথংগী নুমিত্তা ঐনা মাগী মোজাফুরিৎ অমা লৈদুনা পীরে। নুমিৎ নীনি-হুম্নিগী মতুংদা মহাক্না খরা কন্দুনা চৎপা ঙম্লগা ঐখোয়গী য়ুমময়াদা মদু লীৎলগা চত্তুনা হায়, "মোজাফুরিৎ অসি য়াম্না ফরে, লীৎপা য়াম্না নুংঙাইরে।" অহোঙবা পোৎ অদুদা মহাক্না মমল য়াম্না লৌবা মতৌ অদুদা ঐ অঙকপা অমসুং পুক্লীং নুংশিবা ৱাখল অমা পোকই।

মদুগী মতুংদা মহাক কুইনা লৈরমদ্রে। মহাক্না ইকোন কোম্না য়ুমদগী চখোক্লম্বা অসি চহী অদুগী হায়বদি ইং ১৯৮৭ কী সেপ্তেম্বর তাং ১ দা মাগী অরোইবা পেন্সন লৌবা চৎপা অদুনি। মদুগী মতুংদা মহাক অনাবা কন্না হৌদুনা ফমুংদগী অদুম হৌগদ্রে।

সেপ্তেম্বরগী তাং ৫ নি। জি মানা হৌজিক লৈনরিবা (মানা চহী কুনমঙারোমগী মমাঙদা শাখিবা) প্লেন সিটকী জিঙঘনা কূপ্পা শঙ মচা অদুগী মনুংদা হীপ্তুনা লৈ। য়ুমদু সিলিং থাদে, মানা হীপ্লিবা মপা অদু চুন্না রা খরা ফৈরগা ফক্লোং খরা থাঙ্গত্তুনা থম্মী। লাংবন থাগী নুংথিলগী নুংশা অদু য়াম্না শাই। অনাবগী মৈচাক অদুগা নুংশাগী মৈশা অদুগা মহাক য়াম্না খাঙবা রানা উই। নুমিত্তু মহাক ঈ য়াম্না তোয়না ওদুনা স্বর থিংবদগী হুমাই হুমদুনা হেক হেক লাক্নে, ঐখোয় কনামতা মাগী মনাক্তগী চখোক্লে। মহাক ঐনা লৈবা মোজাফুরিৎ অদু লীৎলি; মদু ঈ খরা তৈরে অদুগা মাগী মোনখুম, মোম্পাকফিদক অমদি অতৈ মানা শীজিন্নবা ফিরোলশিংদুসু ঈ খরা তৈ। মহাক ফমুংদা নুমিৎ মরিনিরোম হীপ্লকপগী রানা উরে। মতমদুদা মহাক য়াওনবা ফাওবা ঙমদ্রে; মহাক্না চেপ্পীংবা মায়কৈদু মহাক্না হায়রকপা মতুং ইন্না ঐখোয়না থাঙ্গত্তুনা শৌগৎলগা চেপহল্লি। হীপ্পদু রাদ রারক্লগা ঐখোয়না শৌগত্তুনা মোন্নচিংবা ঙাক্লগা ফমহল্লি। মহাক্কী মচীন্দা মরক মরক্তা শোল্লকই, "ইস, ওহোক্না রাখ্রে!"

ঐনা মাবু হুমাই হুমদুনা লৈ।

নুমিত্তুদা জিদু রা য়াম্না ঙাঙই (মাগী খোঞ্জেল অদুদি হান্নদগী হেন্না ইশি শিরে), ঐখোয়গা রারী কয়া শানবা তৌরকই, অনাবা হংবা লাকপা মীগসু মাগা ওনশিন্নদুনা রারী শারকই। মহাক্না হীপ্না হীপ্না রা কয়া ঙাঙলকপদা ঐনা খুৎনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা য়ারিবমখৈ রা ঙাঙদনবা হায়। মহাক্না অঙাং মচাগী মতৌগুম্না ঐনা হায়বদু তারগা তূমিন্না অমুক লৈখি, অদুদগী ঙহাক লৈরগা রা অমুক হেক্তা ঙাঙলকই। ইমানা মাগী কাদুদা লৈবা অমোৎ-অকায়, পোৎ-চৈ কয়া মপান্দা মথং মথং পুথোক্তুনা কাদু শেংদোকই। জিদি ইমানা তৌরিবা অদুগী অর্থদু করিমতা খঙদবগুম তৌনা রা অদুম ঙাঙই। তশেংবদি ইমানা তৌরিবদু করিগুম্বা মীকূপ অমদা জিগী অরোইবা পুংফমদু হেক্তা ওইবা য়াই হায়না খন্দুনা তৌরিবনি।

জিনা মোন ময়াদা মাগী ঘড়ি অদু থম্লগা মশামক্না মাগী হীদাক চাবগী মতমদু হেক হেক য়েংই।

মরক মরক্তা অনাবা হংবা লাকপা মীগা ঐখোয়গা রারী-রাতাই খরা শারবসু মখোয় হনখ্রবা মতুংদদি ঐখোয় রা কয়া ঙাঙনদে, অয়াম্বা মতমদা তূমিন্না লৈনৈ। নুংথিল থেঙথরক্লবা মতমদা শারম্বা নুশা অদু খরা ঈংথরক্লে। কাদু হীদাক্কী মনম কন্না নম্মী।

মরক মরক্তা জিগী লোক খূবা অদু ইরেপ লেপ্তে, চাং ওইনা ঈ খরা অদুম য়াওই। মহাক্কী থবাক্তগী স্বর হোনবগী মখোল হৌনা তারকই। ইকুই কুইদনা থোক্লবা য়াবা মাগী অরোইবা পূংফম অদুগীদমক ঐখোয় মীকুপ-নাহুম শিংনা লৈ। ইনাউনূপা লোকেন্দ্রনা জিগী ফমুং মথক্তা ফমদুনা মাবু শেন্নদুনা লৈ, ঐনা মাগী ফমাঙদা ফমদুনা লৈ।

মহাক্না ফমুংদগী লৈথদুনা পেলাদা লোক খূবদা করিগুম্বদা ঈ য়াওরক্তবা য়াওরবদি মহাক খজিক্তুং নুংঙাইনা উই। মহাক্না মতমদুদা করি ৱাখল খনবগে হায়বদি খঙদে, অদুবু মীকুপ অদু মঙোন্দা মমল য়াম্না খন্না উই।

ঐখোয় পুন্নমক মাগী মনাক্তগী হন্দোক্তনা লেঙদনা লৈরে।

সন্ধ্যা য়ৌরক্লে। জিগী চাক খজিক্তুং থোংনবা খন্নরকপদা মহাক্না ইমাদা হায়রকই, “ঐগী চাক্তু গ্যাসতা থোংলক্কনু, হাউতে। মৈফূদা চাউবী চফূদা খজিক্তুং থোংলকউ, ঙা অরৌবা অপেৎপগা চাগে।”

মদু মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা চাখিবা অদু নীংশিংদুনা হায়রকপা মাল্লি। মানা অপাম্বদুগী মতুং ইন্না ইমানা চাক্তু থোংলে। ঐগী ইনাউনূপা লোকেন্দ্রনা ফমুংদা মাবু চাক ইল্লি। মহাক চাক খজিক্তমক চায়। মদু লোইরগা মানা ঘড়ি য়েংদুনা মাগী হীদাক চানবা মতম তাক্লকপদগী ঐখোয়না মঙোন্দা হীদাক্তু পীজরে।

নুংদাং য়ৌরগা মহাক খজিক্তুং পোত্থাবগুম তৌনা উই। ঐনা কাঙখল থাদুনা কাঙ হোইদোক্লে। অদুদগী ফমুংদা মাগী মনাক্তা ফমদুনা সেবা তৌদুনা লৈ।

কাগী ময়ায়দা য়াম্বদুনা থাল্লিবা ইলেক্ট্রিক বল্বকী মঙালনা কাঙখল অদুদা ঙান্না য়ৈ। মহাক্না হায়রকই, “খজিক্তুং তুমথবা য়াব্রা য়েংগে, মৈগী মঙালনা মায় মপাদা য়ৈরিবসি নুংঙাইতে, খজিক্তুং খনজিল্লু।”

ঐনা কাঙখল চৈখোক্তা য়ান্নবা ফি অমতং থিরকপদা মহাক্না হায়রকই, “অলমারী মনুংদা ঐগী খূদৈ অহনবা য়াম্না লৈবনি, অমা হেক্তা লৌথোক্লুনা খল্লু।”

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা ঐ থম্মোয়দা থুক লাউরকই। চহী খূদিংগী মরী-মতা, মচা-মশূ থোকপা ময়ূম পানখ্রবী নিঙোলশিংনা চৈরাউবদা মঙোন্দা থিল্লকপা খূদৈ কয়া মহাক্না শেন্তোকপা তৌদনা চেকশিন্না অলমারী মনুংদা থম্মী। মীকুপ অদুদা মানা হায়রকপা ৱাহৈ অদুনা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়রকপগুম তৌই হৌজিক্তি মখোয় অদু মঙোন্দা অমুক কান্নদ্রে।

মহাক্না হায়বা মতুং ইন্না ঐনা অলমারীদগী ফি অমা লৌথোক্তুনা কাঙখল চৈখোক্তা খল্লগা মাগী ফমুংদা অমুক কাখত্তুনা মাগী সেবা তৌদুনা লৈ।

মহাক্না ঐখোয়দা হায়রকই, "ফরে, নখোয়সু তূম্লুরো, পোখারুরো, ঐসু ঙহাক্তং তূম্বা য়াব্রা য়েংগে।"

লোকেন্দ্রগা ঐগা মহাক তূমথবা ফাওবা মাগী কাদা শঙদুনা লৈরম্লগা মাগী মনাক্তগী থোরক্তুনা তূম্বা চঙলে। ঐখোয়না ইমাদা মাগী ফীবম অদু য়েংলগা করিগুম্বা খজিক্তং নুংঙাইতবা মওঙ উরবদি ঐখোয়বু হৌদোরক্লবা হায়রম্মী।

অহিংগী পুং অনীরোম তারমদাই অদুৱাইদা ইমানা মপান্দগী ঐবু খোঞ্জেল নীক্লা কৌবা মখোল তারক্লে। মহাক্না অসুম্না হায়রকই, "ইবুংঙো, বীরেন, তারিব্রা? অমুক্তা হৌগৎলকউ, নপাদু অমুক অনাবা কন্না হৌরক্লে।"

অচীকপা অহিং অদুদা ঐবু কৌরক্লিবা ইমাগী নীক্লবা খোঞ্জেলগী মখোল অদুনা নুমিত্তুদা থোক্লবা য়াবা অকিবা থৌদোক অদুমক হান্না পুক্নীংদা তাক্লবগুম তৌরকই।

ঐ থুনা ফমুংদগী চোংথদুনা থোঙ হাংদোক্লে। মাঙ্গোলগী থোঙজিন ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্বা ইমানা ঐঙোন্দা অমুক হায়রকই, "ইবুংঙো, খরা থুনা লাক্লো, নপাদু য়াম্না থীনা হৌরক্লে।"

জিনা লৈরিবা মমাঙগী য়ুম অদুদা মহাক্না অচীকপা অহিং অদুদা লোক কন্না কন্না খুবগী মখোলদু ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা তারকই। ইমানা ঐঙোন্দা হায়রকই, "য়েংউ, তাব্রা লোক কন্না খুরিবসে?"

ঐ থুনা ইমাগা লোয়ননা মাগী মনাক্তা চৎলে। লোকেন্দ্রদি মাগী মনাক্তা হান্না লৈরম্লে।

জি অদু ফমুংদা থবাক পায়দুনা ৱানা লোক খূদুনা লৈরম্মী। মহাক স্বর হোনবগী অৱাবা অমদি অনাবগী মৈচাক অদু খাঙবা ঙমদদুনা কন্না নাহেবা, লাউবা অসিনচিংবা তৌবা হৌরক্লে। মানা ওরকপা ঈ অদু অহোবা পাত্র নত্ত্রগা অকায়বা পলদগী ঈশিং হৈথরকপগুম তৌরকই, মদুদা হকচাংগী শদোং ফাওবা য়াওরকই। মাগী মকোক অমসুং মশা অদু ফর ফর হাইরকই। মহাক্কী থবাক্তা স্বর হোনবগী মখোল অসি গর গর লাউনা তারক্লে, থবাক্তা ঘ্রোক ঘ্রোক লাউরকই। ঈশিংদা ঈরাক্লরবা মী অমগী মতৌগুম্না মাগী অৱাবা ফীবম অমদু য়েংবদা অকিবা মতৌ ওইরক্লে।

ঐখোয়গা নক্লনা লৈবা জিবু হান্নসু হেক হেক য়েংবা ডাক্তর অদু থুনমক কৌদুনা

য়েংহল্লে। ডাক্তরনসু মাগী অরোইবা পুংফম য়ৌশিল্লকপা মওঙ অদু খঙনা চুন্না লাইকন্নবা অদু য়াওদুনা লৈরে, হীদাক থোইনা থাবা ত্তৌরক্তে।

ইমাদি জিগী সেবা তৌবা য়াওরম্বদগী মাগী অৱাবা মতৌ অদু য়েংবা ঙমদদুনা অতোপ্পা কা অমদা চঙখ্রে। মঙোন্দা মহৌশাদগী পাখৎপা য়াদবা লাইমন অমা মশাদা লৈ। ডাক্তরগা ঐখোয় নুপা খরগতা জিগী মনাক্তা লৈরে। জিবু করিগুম্বা অকনবা, অঙকপা শক্তি অমনা পুগদবগী হোৎনরকপা অদু হেন্না কনশিনবগী মওঙ উরক্লে। মহাক স্বর মতেক মতেক হোন্দুনা অকনবা লাম্থেং অমা তৌবা হৌরক্লে। মহাক্না স্বর হোনবা খুদিংগী ঈশিংগী মখোলগুম্না থবাক্তা চ্রোক চ্রোক লাড়না তাবা মখোল অদু হেন্না হৌনা তারক্লে। মহাক অৱাবগী চৈনাখোল অদু খাঙবা ঙমদদুনা হেন্না কন্না লাউ-খোংবা হৌরকই। অদুদগী খঙহৌদনা লোক খুবগা লোয়ননা মহাক ঈ অমুক য়াম্না ওবা হৌরক্লে। হকচাংগী মতোং কয়া মরী-মরী য়াওরবা ঈ অদু মাগী কংলবা, তাইফেৎ তাইরবা হকচাং অদুদগী অদুক্কী মতিক য়াম্না হৈথরকখ্রে মদুদি ঈ হায়বদু মাগী হকচাংগী শরুক্তা অমুক য়াওরন্নরোইদবগুম নীংই।

জিনা হন্দক্তি মাগী অরোইবা পুংফম অদু লাক্লে হায়বদু মশানা খঙজবগুম তৌনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না ফমুংদগী লোংখাক লোংনা ঐঙোন্দা অঙকপা, খৌরাংবা কায়নবগী মীৎয়েং অমনা য়েংলকই। অদুগুম্বা মীৎয়েং অদু মানা পুম্নীদা ঐঙোন্দা অমুক্তা য়েংখিদ্রি। মদু মানা ঐখোয়বু মতম পুম্বগী ওইনা থাদোক্তুনা চৎলগনি হায়বগী অঙকপা, ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্নরোইদবা পুক্নীং নুংশিবগী মতৌ উৎপা অরোইবা মীৎয়েং অমনি।

মহাক্কী অৱাবা অদু পোখানবা ডাক্তরনা হীদাক অমা কাপ্পী। ঙহাক্কী মতুংদা অৱাবগী হাই-হুম্বা অদুগা লোয়ননা মহাক জ্ঞান তাখিদ্রে। মমীৎ অদু সংসারগী জ্ঞানগা শম্নদ্রবা মওঙ অমদা পাঙলকই। জি ফমুংদা লোংখাক লোংনা চীনবান কাথোক্তুনা মোনগী নাকল অমদা মঙক লেকথদুনা ঙহাক মাগী অরোইবা স্বরদু ইক ইক লাউনা হোন্দুনা লৈ। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক করিমতা লেঙখিদ্রে। ডাক্তরনা মাবু অঙৌবা ফি অমনা কুপশিনখ্রে।

মতম অদু অহিংগী পুং অনী মখায়রোম খরা হেল্লে। ইমুংগী মীশিংনা কপ্নবগী খোঞ্জেলনা নিক্লি। দরকার ওইবা হৌনবী থবক কয়া পাঙথোক্লবা ঐখোয় কোয়চেন চেন্নরে।

নোংঙাল্লগা মাগী হকচাং অদু সংস্কার তৌনবা ঐখোয় ঙাইদুনা লৈ। নুমিত্তুগী অয়ুক অদু নোং য়াম্না কন্না চুই। নোং খজিক্তং পারক্লবা মতমদা মাগী অশিবা হকচাং অদু

পুথোক্লুনা সংস্কার তৌখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা হৌনবী মতুং ইন্না মাগী শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবা পাঙথোকখ্রে। মতম য়াম্না কুইনা ইমুংগী অহল অমা লৈখিদবগী মেনশিনবা ঙম্লরোইদবা অচৌবা অৱাৎপা অমা লৈবগী নুংঙাইতবদু পুক্নীংদা ফাওই।

## ১১

# অনৌবা ফোঙবা উপন্যাস অহুম

ইং ১৯৮৯ দা ঐগী উপন্যাস *অমৃত* ফোঙলে। লাইরিক অদু ইং ১৯৯০ গী *সাহিত্য* চেফোঙদা রিভিয়ু তৌরকই। রিভিয়ু অদুদা উপন্যাস অদুদা ঐনা ফোঙদোক্লীংলিবা ৱাখল অমদি আৰ্টকী মরমদা য়াম্না মপূং ফানা নৈনরকপদি নত্তে, অদুবু মদুগী ৱাহৈ খরদি ঐগী পূক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওই।

মদুগী মতুং খরা লৈরগা ভারতকী সাহিত্য একাদেমিনা ফোঙবা *ইন্দিয়ান লিতরেচর* চেফোঙদা (মে-জুন ১৯৯১) ইং ১৯৮৯ দা ফোঙবা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংগী মশক তাকপদা অসুম্না ইরকই, "For example, in the realm of prose fiction Arambam Biren has written a commendable novel, *Amrita*, (Nectar) . . . The novel shows all the signs of an original artist who is gifted with the art of story–telling." অসিগুম্বা পূক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওইরবা ৱাহৈ খরা অসিগী মমলদি তশেংনা য়াম্মী, মখোয়না ঐগী অনৌবা আশাগী ময়োল চোংহল্লি।

মতম খরা লৈরগা ঐগী উপন্যাস *ইথিল* (১৯৯১) অমদি *পুন্সীগী মরূদ্যান* (১৯৯২) ফোঙলে। *সাহিত্য* চেফোঙদা ইথিলবু রিভিয়ু তৌরকই অদুগা *পুন্সীগী মরূদ্যান* না ওল ইন্দিয়া রেডিওদা তৌরকই। *পুন্সীগী মরূদ্যান* গী মরমদদি মদু হেক ফোঙবা মতুংদা ওজা নীলকান্তনা মশাগী মত ফোঙদোক্তুনা ঐঙোন্দা লনাইগী চিঠি অমসু ইরকখি। চিঠিদুগী মরোলগী শরূক খরদি মখাগী অসিনি ঃ

"ইম্ফাল,

৩।১।৯২।

" . . . বীরেন,

"নহাক্কী *পুন্সীগী মরূদ্যান* হৌজিক্তা পাবা লোইরে। তশেংনমক নুংঙাই। ঐহাকপু ৱাখল য়াম্না খন্থহল্লি — নহাক্কী মী অমসুং ফিলোসোফিগী মরমদা। *অমৃত* পাবদগীনি

নঙোন্দা ইন্টরেষ্ট লৌরকইবসি। . . . লোইশিনবদু য়াম্নমক ফজখি। তোলষ্টোই নীংশিংহল্লি। . . .

"মণিপুরদা নহাক্কী লাইরিকপু খঙবা ক্রিতিক থোরক্লি। নহাল* ভাঙনখিবদু য়াম্নমক পেন্দে . . . মহেন্দ্রদি নহাক নত্রা? অদুবু মহাক্কী ৱারীদি লোইদ্রি। লুহোংবগী 'মরুদ্যান' অমুক লাম্থোকপা তাবনি। অঞ্জলিগী পূকচেল হোংবা য়ানীংই — মহাক্কী নুংশিবা (মহেন্দ্রবু) য়াম্নমক ফজে। প্রিয়ানা চিংনবসু য়ানীংই। অদুবু মহেন্দ্রগীদি লুহোংবসি compromise নত্রা? নত্ত্রগা logical continuation নি হায়না লৌরিব্রা? তোলষ্টোইগীদা হায়বা — extraordinary illusion of inevitability হাযবদু নহাক্কী নোভেল অসিদা থেংনৈ। ৱাহং কয়াবুদি পোক্লকই। নহাক্কা ৱারী অমুক্তং শাননীংই।

"ঐহাক্না নহাল request তৌখিবদুনি। নহাক্কী হন্দক্তা ফোঙবা নোভেল** অদু কপী অমতা পীরকউ। . . . *পদ্মিনী* সু কপী অমতা ফংগদ্রা? নহাক্কী নোভেল পুম্নমক অসি পারগা অমুক্তং ক্রিতিকেল রিভিয়ু অমতং অইবা অমা ওইনা তৌশিরা খল্লি। . . .

"নহাক্কী নোভেলশিংসি পারগা অমুক্তং ৱারী শাশি। ৱারী শাদনা ইথোকপা পামদে। . . . নিপা-নুপীগী মরীদি ইতরনেল ইশুনি। থায়না-হৌজিক হায়বা নাইদবা। রোমান্টিসিজম রিয়েলিজমগী আনোক্না মশক খঙগদবা নত্তে।

"মহেন্দ্র-প্রিয়াগী ৱারী অদুৱাইদা লোইশিল্লগে হায়রবরা — মচা-মশু পোক্কুনা? ঐহাক্কী মততদি মখা চত্থখিবা চুমই হায়না খল্লি। অঞ্জলিগীদি লোইশির্নখিবা য়ারে — কায়দ্রে। অতৈ কেরেক্টরশিংসু লাইফতা ফনা য়াম্না faithful ওই হায়না খল্লি।

"নীলকান্ত।"

চিঠি অসি ফংবা নুমিৎ হুন্নিরোমগী মতুংদা ঐ ওজানা পাম্বা ঐগী উপন্যাসশিং অদু পীবা ময়ূমদা চৎলি। মাগী চিঠিদুগী পাউখুম অমসু ইদুনা পুই।

মতমদু নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি। নিংথমথাগী নুংশাদু মমি শেংদনা শোনমেঙননা শাই।

* তাং ১। ১। ৯২ ইং লাইরিক ফোঙবা নুমিৎ

** *ইথিল*

ঐনা চুরিদা লেপ্লগা ইমুংদগী থোরকপা নুপীমচা অমদা হংবদা মহাক্না খুম্লকই, "ঐখোয়গী ইধৌ দলান মথক্তা লৈরমগনি, ঐ কৌরক্কে।"

নুপীমচা অদুনা থুনমক দলানগী সিড়ি থাক অদু কাখৎখ্রগা ওজাবু কৌবা মখোল তারকই, "ইধৌ, ইধৌ, মী লাক্লে।"

মতমদুদা ওজাদু তূম্লমগদ্রা নত্ত্রগা লাইরিক পারমগদ্রা হায়বা খঙবা ঙমদ্রে। মশূগী মখোল তাবদা মহাক্না অসুম্না হায়বা তারকই, "কনানো লাক্লিববো?"

"খঙদে।"

ঙহাক্কী মতুংদা ওজা তপ্না তপ্না দলানগী সিড়ি থাক্তা কূমথরক্লে।

ঐনা মখোয়গী চুরি ময়াদা লেপ্লগা লৈরম্বা অদুদা মহাক খরা ঙকচাননা উই। ঐনা অদুম্না লাক্কনি হায়বা অদু মানা থাজরমদবা য়াই। মহাক্না ঐঙোন্দা চিঠি পীরকখিবদু মখোয়গা নক্না লৈমিন্নবা, ঐগা ডিপার্টমেন্ট অমতদা থবক তৌমিন্নবা ওজা রজনীকান্তদা পীরকখিবনি। ঐনা ঐগী লাইরিক অদু ওজা রজনীকান্তদা অদুম পীরকপগী ৱাখল মহাক্না খল্লমগনি নীংই, অদুগা মানা ইরকপা চিঠি অদুগী মতাংদদি ঐঙোন্দগী পাউখুমগী আশা থোইনা তৌরমদবসু য়াই।

মহাক্না ঐ লাকপগী মরম হংলবদা মানা চিঠিদা হায়রকপগী মতুং ইন্না ঐনা ঐগী উপন্যাসশিং অদু মঙোন্দা পীগে হায়দুনা লাকপনি হায়না খুম্মী। ঐনা মঙোন্দা চেনা য়োম্বা লাইরিক ময়োম অদুগা চিঠি অদুগা পীরে। অদুদগী ঐ হল্লগে তৌরুরে।

মহাক্না ঐবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "লাউনে, ঙাইখো, ঙহাক ৱারী শাখিসি, ফম্লখো লাউ।"

মানা চিংদুনা ঐবু মাগী ফম্ফমকা অদুদা পুশিন্দুনা ফমহল্লে।

ঐনা নোংমা মাগী ফম্ফমকা অসিদা মাগা ফম্মিন্নদুনা অহানবা ওইনা ৱারী শাখিবদু চহী নীপালমুক্কী মমাঙদনি। মাগী অচম্বা লৈতেং তৌদবা ফম্ফমকা অদু থোইনা অহোংবা লৈরমদে। মহৌশা লৈরম্বা লাইরিক হাপ্পা মিংশেল চনবা অচৌবা অলমারী অনীখক্তি হৌজিক কাদুদা লৈরমদ্রে। মহৌশাদগী ফ্রেম চাউনা চল্লগা ঈরাৎপা মওঙদা লৈবা শ্রী অরবিন্দগী ফোটো অমদি হৌজিকসু লৈরি। অসিগুম্বা অচম্বা কা অসি ঐঙোন্দদি থোইদোক্না অখন্নবা, ময়ামগীগা মান্নদবা, মরু ওইবা মফম অমা ওইনা খল্লি। মসিদা মাগা ঐগতা ফমদুনা ৱারী শাগনি হায়বসি খল্লুবদা মহৌশাগুম লাঙতক্লবা ৱাখলদু অদুম ফাওই।

অহানবা উন্নখিবা অদুদদি ওজা ইবোহল্নবী য়াওবনা খরমখৈ ফরম্মী। ঙসিদি অসিগুম্বা অচৌবা মীশক অসিগা থেংনগদবদু ঐ ইথন্তা ঙায়রে।

ইবানী ইচম চম্না সাধারণ ওইনা সাহিত্যগী মরমদা ৱারী শাবা হৌরকই। হৌজিক্কী সাহিত্য ইনরিবা নহারোলশিংগী মতাংদা মহাক্না হায়রকই, "হৌজিক্কী নহারোলশিং অসি পাক-চাউনা সাহিত্য পাবা ৱাৎলি। অফবা সাহিত্য পুথোক্লবগীদমক্তা মখোয় খরা হেন্না হোৎনবা, পাবা দরকার ওইরি।"

অসিগুম্বা ৱাফম অসি মহাক্না থৌরম্নচিংবদা ৱা ঙাঙবদদি অমুক্তা হায়দে, লনাই উন্নবা অদদা মাগী পূক্নীংগী ওইবা ৱাফম অদু ফোঙদোরকপনি। ঐ মাগী মত অদু তৃমিন্না তাদুনা লৈ। মহাক্না অফবা অইবা অমা ওইনবগীদমক অচৌবা সাহিত্যশিংগা শম্নদবা য়াদবগী ৱাফম কন্না পল্লি।

অদুদগী মহাক্না ঐনা পাবা লাইরিকশিংগী মরমদা হংবা হৌরকই, অদুগা মানা পাবা লাইরিক কয়াগী মরমদসু ৱারী শারকই। মহাক্না ঐঙোন্দা অখন্ননা হংলকই, "*মেদাম বোভেরি* পারব্রা?"

"পাজদ্রি, ওজা।"

মহাক্না ঐঙোন্দা মমিং চৎলবা ফ্রেঞ্চ উপন্যাস অদু পাহন্নীংবগী মওঙ উৎলকই। ঐসু উপন্যাস অদু অমুক্তং পাগে হায়না খনখি। (কোন্নদি লাইরিক অদু লাইরিক্কী মেলা অমদা থেংনদুনা লৈদুনা পাখ্রে।)

মহাক্না ঙহাক্তং তৃমিন্না লৈরগা ঐঙোন্দা অমুক হংলকই, "তোলষ্টোইগী *কোসাক* হায়বা উপন্যাস অদুবু কমদৌবা জাৎনো?"

ঐনা উপন্যাস অদু মণিপুরীদা অনুবাদ তৌবা লোইরে হায়বা তাবদগী মহাক্না মদুগী মরমদা খঙনীংদুনা হংলকপনি।

ঐনা উপন্যাস অদুগী মরমদা অসুন্না খরদং খুম্মী, "তোলষ্টোইনা ককেসস চীংদা সিফাই ওইনা লৈরিঙৈদা থেংনরকপা কোসাকশিংগী পুন্সী মরেল, প্রকৃতিগী মরক্তা লৈবগী নুংঙাইবা মতৌ অদু উত্তুনা ইবনি। অইবা মশাগী মশক ওইনা উত্তুনা পুথোক্লিবা ওলেনিন্না মফম অদুদা লৈবী চম্লবী, প্রকৃতিগী শরুক অমগুম্না শুব্দাৎনীংঙাই ওইনা ফজরবী কোসাক নূপী মারিয়ানকাবু নুংশিবা — মখোয় অনীগী খেন্নবা থাক অদুনা মরম ওইদুনা নূপী অদুনা মাবু কৈদৌঙৈদসু মশক খঙবা ঙমদবা — মমৈদা মহাক ককেসসতগী নূপী অদুদগী বিদায়

তৌদুনা মোস্কোদা হল্লকপগী ৱারীনি। ৱারীদি থোইনা য়াওবা নত্তে, অদুবু তোলষ্টোইনা থৌদোক মতাং খুদিংমকপু কৃপ্না থাদুনা কবিত্বগী ওইবা ৱাখল কয়া ফোঙদোক্লুনা ইবা অদুদি য়াম্না ফজে হায়না খঞ্জে।"

ঐনা হায়বা অদুদা ওজানা মরু লূকথদুনা তুমিন্না পূক্নীং চঙনা তায়। ঐনা ঙক্লিবদি করিগুম্বা হীরম অমদা ওজানা য়াম্না খঙনীংবা, পূক্নীং চঙবা হেক্তা উৎলকপা অসিনি। মসি মী অতৈদা পাক থেংনদবা মাগী তোপ তোপ্পা মগুণ অমনি।

অসুম্না ইবানী ফম্মিন্নদুনা সাহিত্যগী মরমদা ৱারী ফনা কুইনা শাই। মহাক্না ঐঙোন্দা হেন্না চাউবা উপন্যাস ইহন্নীংবগী মত ফোঙদোরকই।

ৱারী শাবা লোইরগা ঐ মপাল থোরক্লে। ওজানা মাঙ্গোন্দা লেপ্লগা হায়রকই, "ঐসি হীরম য়াম্না পায়খৎমনখ্রে, হৌজিক্তি ঐ অতৈ খরা থাদোক্লগা সাহিত্যদা অখন্ননা পূক্নীং চঙলগে খল্লি।"

ঐ মাগী ময়ূমদগী হল্লক্লে।

মদুগী মতুং নুমিৎ মরিনিরোম লৈরগা জনুয়ারিগী তাং ১০ দা সাহিত্য পরিষদনা শীনবা মণিপুরী লোনবু ভারত সংবিধানগী নীপালশুবা সেদুলদা চলহন্নবগী দাবি তৌবা ওইনা মী খরনা শাবা চারা হেনবগী খোঙজঙ অমদা ঐগা ওজা নীলকান্তগা পূন্না য়াওমিন্নৈ। মদু জোনষ্টোন হায়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী মমাঙদা সড়ক ময়াদা শঙ শারগা পাঙথোকই। নুমিৎ অদুদসু মহাক্না ঐগা ফম্মিন্নরগা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়রকই, "ঐ নহাক্কী চিঠি অদু পারে, অদুবু ঐনা হংখিবা ৱাহং মহেন্দ্রগী লুহোংবদু কম্প্রোমাইজরা নত্র্রগা লোজিকেল কনতিনুয়েসনলা হায়বা ৱাফম অদুদি পাউখুম পীরক্ত্রবা কৈদৌরে?"

খঙহৌদনা ৱাহং অদু হংলকপদা ঐ পাক খুম্ফম খঙদে। ঐনা চিঠিদা মাগী ৱাহং অতৈগী পাউখুমদি পীখ্রগা মদুমদি চিংখি। মদুগীদমক মহাক লাঙতক্লনা লৈবা মাল্লি। ৱাহং অদু ৱাখল খন্থনীংঙাই ওইবা তশেংনা অরুবা ৱাহংনি। অদুগা অমুকসু কলাগী ওইবা পোৎকী মতাংদা ঐনা চপচাবী অকক্নবা অমা হেক্তা হায়বসু কয়া নুংঙাইতনা থোকই, অপাবশিংনা নত্র্রগা ক্রিতিকশিংনা মশাগী ওইবা ৱাখল খরা শাগৎলকপদুনা হেন্না পাম্মী। মহাক্কী ৱাহং অদুগী পাউখুম ওইনা ঐনা মহেন্দ্র লুহোংবগী মতাংদা মত খরা (মদু দরকারগী ওইনা তৌবনি হায়বা মওঙদা) পীদুনা মঙোন্দা হায়; মদুদা মানা পেনব্রা নত্র্রগা পেন্দব্রা হায়বদি খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু নুমিত্তুদা মাগা অসুম্না ৱারী শাখিবদুদি তশেংনা ঐগী পূক্নীং থৌগৎনীংঙাই ওই।

## ১২

# নুংঙাইতবা মতাং অমা

ইং ১৯৯২ গী চহী অসিদা ঐগী পুন্সীদা নুংঙাইতবা অমা থেংনৈ। মমাঙগী চহীগী নবেম্বরদা ঐগী ইচানুপী সন্ধ্যারানী লুহোংখি। মদুগী য়ুমদা ইচীক চীকপা নুংঙাইতবা ফীবম অমদা লৈরিঙৈদা ঐগী নুপী নারক্তুনা ইং ১৯৯২ গী জুনগী তাং ৭ তা ওপরেসন তৌই। মী য়ামদবগী নুংঙাইতবা কয়া থেংনৈ। ইচানুপীনা য়ুমদা মতম খরা লৈদুনা, য়ুমগী থবক-ইথ্বাং নোমদুনা, হোসপিটালদা চত্তুনা মমাগী সেবা তৌদুনা হোৎনৈ। হোসপিটালদা পুরা ওইনা লৈবদি ঐগী নুপীগী মনাউনুপী অমনা লৈ। পুন্সীগী অহানবা ওইনা থেংনবা নাবগী অচৌবা অৱাবা থৌদোক অদুনা ঐগী ৱাখলদা অঙকপা মওঙ অমদা অহোংবা কয়া পোকহল্লি। অদুগুম্বা অনাবগী খুদোংথীবা চৈথেং অদু ফংবদা খঙহৌদনা শাথিবা নীংবা কায়বা মওঙ অমা লাকই, পুন্সী অসি তশেংনা নিয়ম য়াওদবা, মীওইববু দণ্ডি তৌফম অমা ওইনা ফাওবা খল্লুই। পুন্সী অসিদা ঐখোয়না নীংবা অপাম্বা মতুং ইন্না থবক পূন্নমক তৌবা য়াদে, করিগুম্বা অঙকপা শক্তি অমনা ঐখোয়বু ঐখোয়গী অনীংবগী মায়য়োক্তা তায়োন্ননা হেক হেক পুদুনা চৎলি হায়বসি চপ য়ুংনা থাজরকই। পুন্সীবু চুন্নগী মঙ অমগুম খন্দুনা নীংবা কায়বা ৱাখল কয়ানা ঐবু খূদুমচল্লি।

নুপীনা হোসপিটালদা লৈখ্রিঙৈগী মনুংদা ইমুংগী থবক-ইথ্বাংদা অৱাৎপা, অহোবা কয়া লাকই। ইমুংগী মী অতৈনা খরমখৈ মতেং পাংলবসু নীংবা থুংবদি ঙমদে, পোৎ কয়াগী পোথমফম চাদবগী, ইচাই চাইবগী, চনীং তাদবগী করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমা লৈ। মতমদু য়ুমগী মপু পান্দবগুম, থৱায় অমা য়াওদবগুম তৌনা ইহাঙ হাঙই। কোন্না মহাক লাক্লবা মতুংদদি মতম খরা য়ুমগী থবক য়াওবা ঙমদ্রবসু ঈংথবা, চনীং তাবা ফীবম অমা অমুক  লাকপা হৌরকই।

থামুক্কী মতুংদদি মহাক মশা খরা কনখৎলক্রে, ইমুংগী থবক-ইথ্বাং ফনা য়াম্না নোম্বা ঙম্নক্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা হেক হেক হায়, "ঐহাক শিরুবদগী অনৌবা মপোক অমা পোক্লবনি।" মহাক ওপরেসন মমাঙদা শিবা য়াই হায়বগী অকিবা ৱাখলনা নুমিৎ চুপ্পা

কপ্পুনা লৈখি, অদুবু হৌজিক্তি মাগী মায়থোঙদু মকালাম্না উরে। ঐনা তৌরম্বা থবক অয়াম্বা মানা তৌগ্রে, মশাগী মথৌশিংদু তৌবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইনা উই। থা অহল্লোমগী মতুংদদি মহাক মশা ফজনা কনখৎলক্লে, য়ূম পানবগী মওঙদু হান্নগী লৈতাবা ফীবমদা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। ঐসু ৱাখল খরা ঈংথরক্লে। অতৈ থবক্তা পূক্নীং চঙবা ঙম্লক্লে।

## ১৩

# লোইশিনবা শরূক

চহী য়াঙখৈ শুরমদাই মতমদা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা অহোংবা ৱাখল কয়া লাকই। ইশাবু ইথন্তা অহল ওইরক্লবগুম খঞ্জবা, পূক্লীংদা কল্পনাগী শরূক কয়া মাঙখিবা, পুন্সীগী অওইবা মশক কয়াবু হেন্না থেংনরক্তুনা, মীওইবগী মশকপু হেন্না খঙলক্তুনা পুন্সীগী মরমদা ইথন্তা ৱাহং কয়া হংলকপা অসিনচিংবা কয়া তৌরকই। অমরোমদা চহী মতাং অসিদা পূক্লীং, ৱাখল, শাজত্তা অঙাংগুম্না তৌরকপগী মওঙ কয়াসু লাকই। অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক কয়াবু নৌনা নীংশিংই, কুইনা মাগী মাগী মথৌ তৌনদুনা পুন্সীগী লম্বেলদা তোঙান তোঙান চৎনখিদুনা অমগা অমগা কাউনবগুম তৌখ্রবা মরূপ-মপাং কয়াবু নৌনা নীংশিংই, উন্ননীংলকই, মখোয়গা উন্নরগা হৌখিবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংনদুনা ৱারী শাদুনা, নোক্তুনা মতম লেনবা য়াওই।

পুন্সীগী মাঙ-তুংগী মরমদসু ঐ ৱাখল কয়া খন্থরকই। "ঐগী পুন্সীদা ঐনা করি তৌবা ঙমখ্রবগে? ঈশ্বরনা পীরকপা মপূং ওইবা থৌদাংবু কয়া য়াম্না পাঙথোক্লবগে?" ঐ ইথন্তা পূক্লীংদা হেক হেক হংজবা ৱাহংনি। মসিগী মরমদা খনবদা ঐ মতম চূপ্পদা লাঙতক্লে, ঐগী তৌফম থোকপা থবক্কা ৱাৎহৌবা, মতম্না হেন্না হৌজিনখিবগী ৱাখল অসি পূক্লীংদা কন্না ফাওই, তুংগী পুন্সীদসু ঐনা তৌনীংবা কয়া নীংবা থুংনা তৌবা ঙমদনা তোক্লগদ্রা হায়বসি য়াম্না খনবা য়াওরকই। পন্সীদা হিংবগী থবক-থৌদাং, দরকার ওইবা পোৎচঙ কয়াগী মরমদা ৱাখল কয়া খন্থদনা ঐনা সাহিত্যগী তাইবঙ অমদা লূপ্তুনা লৈরিঙৈদা ঐঙোন্দা লাকপা অৱাৎ-অপা কয়াগী মরমদসু ঐ করিগুম্বদা খন্দবা ঙম্লক্তে। পুন্সীগী দরকার ওইবা পোৎশিং থুংহনবগী নত্ত্রগা অওইবা থৌদোকশিং মায়য়োক্লবগী থবক্কা কলাগী থবক্কা অনীগী মরক্তা ঐবু কন্না চিংনরকপা য়াওই। মদুদনি ঐঙোন্দা হেক হেক নুংঙাইতবা, লাঙতক্লবা থোক্লিবা। করিগুম্বদা পুন্সীগী অওইবগী লীচিংনা ঐবু কলাগী তাইবঙদগী চিংথোরকপা য়াওরকই, মদুনা কলাদগী হেন্না লুরকই, অদুবু ফীবম অসি ঐ নাম্থোকপা ঙম্বা অমদি নত্তে।

সাহিত্যগী মতাংদা ঐ কৈদৌঙৈদসু পেঙ্খোক্তুনা লৈবা ঙমদে। মীয়াম্না পাম্বা, মী পূন্নমক্কী পূক্নীংবু হুম্বা ঙম্বা সাহিত্যগী পোৎ অদু পুথোকপা ঙমদ্রিবমখৈ ইশামক মতিক চাবা অইবা অমনি হায়না খঞ্জবা ঙমদে। অশেংবা অইবা অমা হায়বা অসি মী পূন্নমক্কী থম্মোয়গা শকখঙনবা, অমতা ওইবা ঙম্বা নত্ত্রগা তিন্নবা ঙমখিবা অদুনি। মদু ঐগী শক্তিগী ৱাংমদা লৈবদি য়াই, অদুবু মদু ঐগী পামজবা পান্দমনি।

নোংমদি ঐঙোন্দা অপাবগা শকখঙনবগী নুংঙাইবা মীকুপ অমা থোকখি। মদু ঐগী *মাঙখ্রবা লম্বী* (১৯৯৫) কৌবা উপন্যাস অদু হেক ফোঙখ্রবা মতুংদনি। মতমদু সন্ধ্যাদনি, ঐনা অঙৗংবা নুংশিৎ চাদুনা শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈরিঙৈদা কোঙ্খোঙ ৱাংমদগী নূপীগী খোঞ্জেল অমনা খরা হৌনা খঙহৌদনা অসুম্না কৌদুনা হায়বা তারকই, "কনা কনা লৈবিবগে? ওজা লৈবিব্রা? গেট অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।"

খোঞ্জেল অদু তাবদা ঐ থোক্তুনা গেট অদু হাংদোক্লুরে। মফমদুদা নূপী অনীখক লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐ মখোয়বু মশক খঙদে। অনীদুগী মনুংদা ফি ইনবী, মমীৎ-মনা শিংবী নূপী অমনা য়াম্না খঙনবা মওঙদা কোইদনা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐখোয় ওজাগী নৌনা ফোঙবা লাইরিক অদু লৈজগে হায়দুনা লাকপনি। মদু থিবদা ঐখোয় বাজারগী লাইরিক য়োনফম কয়াদা ঙসায়দগী কোয়চৎ চৎলুরে, সাহিত্য পরিষদতসু হংলুরে, দেবলা বুক ষ্টোরদসু হংলুরে, লাইরিক্তু অমতা লৈতে হায়রকই।"

ঐঙোন্দা য়াম্না খঙনবা, কোইদবা মওঙদা কৌদুনা ঙাওলকপা অদুদা ঐ মখোয়বু ঐগী ছাত্রীশিং ওইনা খল্লুরে। মশীং য়ামখ্রবা ছাত্র-ছাত্রী ময়াম্বু লোইনা খঙবা ওইথোক্তে, করিগুম্বদা য়ূমদা মশক খঙবা ওইরবসু, খঙদবা ওইরবসু ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মরক মরক্তা লাকপা অসিদি মহৌশাদগী ইতৎ তত্তনা তৌই।

ঐ মখোয়গা চঙমিন্নরক্লগা মাঙ্গোন্দা মোরা অনীখক থাদুনা মখোয়বু ফমহল্লে। ৱারী শাবা হৌরক্লবা মতমদতা ঐ খঙলকই মখোয়দু ঐগী ছাত্রীশিং নত্তে। অদুবু মচীন য়াংবী নূপী অদুদি ঐবু হান্নগুম কোইদনা তৌই। মহাক্না হায় মখোয় কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদগীনি।

মতম অদুদা ঐগী নূপীসু মাঙ্গোন্দা লৈ। মহাকসু মখোয়না লাক্লিবা লৈকাই অদুদগী ওইবনা মখোয় মশেল ইমুং-মনুং মশক তারুদুনা ৱারী শানরকই। মখোয়গী ৱারী অদুদগী ঐনা খঙলে লাক্লিবী নূপী অনী অদু বামোননি, মচীন য়াংবী অদুনা মৌনি অদুগা অতোপ্পা

অদুনা মাগী মচননূপী লৈশাবী অমনি।

মচীন য়াংবী নূপী অদুনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ঐগী লাইরিক্কী মরমদা অমুক হায়রকই, "ঐখোয় ওজাগী লাইরিক অতৈদি লোইনা পাজরে, *পদ্মিনী* গা হন্দক ফোঙখিবা অদুগদা ঙায়রে পাদবা। য়ারবদি অনীদু খরা লৈজখিগে।"

মতাং অদুদা ঙসায়মখৈ তুমিন্না লৈরুবা লৈশাবীমচা অদুনা হায়রকই, "লাইরিক খরদি ঐখোয় হঞ্জিন হঞ্জিন্না য়াম্না পাজরে।"

ঐনা ইমুংদা চঙদুনা মখোয়না পাল্লিবা লাইরিক *পদ্মিনী* গা *মাঙথ্রবা লক্ষী* গা অনীদু লৌথোক্তুনা পুথোরক্রে।

মখোয়দা য়াওরক্লিবা পৈশা অদু লাইরিক অনীগী মমল অদু খজিক্তং কোন্নফাম্ব্রে। লাইরিক অনী অদুগী মমলদি লূপা নীফুতরেৎনি। অদুগা মখোয়দা য়াওরকপা শেলনা লূপা কুন্থ্রামঙাখক্তা ঙায়রে হায়। মচীন য়াংবী নূপী অদুনা হায়, "বাজারদা চৎলুবদা পোৎ খরা লৈথোক্লুদুনা তৌরিবনি।"

লাইরিক অনীদু লৈনবগী পৈশাদু খজিক্তং কোন্নফাত্তবা অদুদা মখোয়না লুনা খনবা অদুদা ঐনা মখোয়দা হায়, "য়ারে, অয়াওবা খরা হেক্তা পীরম্মু, কুন্থ্রাখক্তং পীরম্লবসু য়ারে।"

নূপী অদুনা হায়রকই, "অদুদি য়াম্না ইকাইজৈ, কোন্না অমুক লাক্লগা অরাৎপদু হাপচরগে।"

"য়ারে, য়ারে, অমুক হাপত্রবসু য়ারে।"

নূপী অদুনা মাগী বেগতগী লূপা তরাচৎপী অহুমখক হান্না লৌথোক্লগা অদুগা মদুদা লূপা মঙাচৎপী অদুসু অমুক লৌথোক্তুনা হাপ্লগা ঐঙোন্দা পীরকই।

মখোয় অনী অদু মাঙ্গোলদগী চৎনবা হৌগৎলক্রে। মীখোনবী, মচীন য়াংবী নূপী অদুনা চুরিদা কুমথরগা চৎনা চৎনা তুং হন্না য়েংদুনা নোক্লগা হ্রাউ-হ্রাউ হায়রকই, "ওজা, লাইরিক য়াম্না ইবিরকখোকো, ঐখোয় পাগদবগী ঙাইদুনা লৈজরিবনি।"

মাগী ৱাহৈদু তাবদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পোকই। সাধারণ ওইবা মীশিংনা হায়রকপা ৱাহৈ, মখোয়দগী পীরকপা মতপু ঐ মমল য়াম্না খল্লি।

ঐ হৌজিক ওইরিবা সমাজগী ফীবমগী মরমদদি পেন্দবা, লাঙতক্নবা কয়া লৈ। মীওইবগী অফবা মরী কয়া মাঙথ্রবা, নুংশিনদ্রবা, তমথিবা পুকচেল চেন্নবগুম তৌরবা

মতম অসিদা করি তৌগদগে হায়বসি চমন্নবা পোকই। হায়ফম থোকপা ৱা কয়াদি লৈ, অদুবু মখোয়দু হায়বা ঙমদে। তশেংনমক হৌজিক মণিপুরদা সাহিত্যনা সমাজগী চপ চাবা ইহুল ফোঙদোকপা নত্ত্রগা মশক উৎপা ঙল্লিব্রা হায়বসি চিংননীংঙাইনি। অইবশিংনা নীংতম্না, অফ-ফত্ত, অচুম-অরানগী বিচার তৌদুনা পুক্নীংদা ফাওবা ৱা কয়া হায়বা ঙল্লিব্রা? মসি খন্ননীংঙাই ওই। মখোয়দা য়োৎহিলং নত্ত্রগা অফা-অপুন্নবগুম্বা অমদি লৈরি। অদুবু ফীবম অসি থুনা কোকখিবদি ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা নীংজরি। সাহিত্যগা সমাজগা অনীগী মরক্তা অহোবা লৈরবদি সাহিত্যদা য়াওফম থোকপা সমাজ অমগী মীওইশিংগী স্পিরিত অদু য়াওররোই। সাহিত্যনা বিচারগা লোয়নননা সমাজদা অফবা ৱাখল পীবা (মদু অপান্ননা তৌবদি নত্ত্রবসু) হায়বা মরু ওইবা ৱাফম অসি কৈদৌঙৈদসু ঙমগদবা মান্দে। ঐ মসিগুম্বগী মরমদা খনবদা করিগুম্বদা পুক্নীংদা নুংনাংবা মীকুপ কয়া য়াওই; ঐ করিগুম্বদা পুক্নীং হম্থনা মতম লেল্লি।

নোংমদি ঐ নুংঙাইতবা পাউ অমা তারে। নুথিল অমা ইমানা ঐঙোন্দা শান্তিনিকেতনদা লৈবা খুরা অমুবী অদু নাদুনা লৈখিদ্রে হায়বা পাউ তম্লকই। মদু তাবদা ঐ থুক লাউরকই। ঐনা শান্তিনিকেতনদগী থোরক্লবা মতুংদা ঐখোয় করিগুম্বা পাউ অমতা চৎনখিদ্রে, য়াম্না লাপথোক্লখ্রে, অদুবু মহাক লৈখিদবগী পাউ অদু তাবদা ঐ মহৌশাগী মাগী শান্তিনিকেতনদা নুংঙাইনা লৈহৌবা ফীবম, ঐগা উন্নখিবা, মানা হায়খিবা ৱাফম পুন্নমক্তু নীংশিংলকই। ঐনা নুংঙাইতবা অমনা মাবু মণিপুরনা মশক কয়া খঙবীদনা অদুম মপুন্সী লোমখ্রে হায়বা অসিনি। মহাক মাগী বিদ্যাগী লমদুদা য়াম্না মতিক চারবসু মণিপুরদগী থোইদোকপা সন্মানদি ফংখিদ্রে। ঐ শান্তিনিকেতনগী অতে থৌদোক কয়াবু নীংশিংলকই। কুইখ্রবা মতম অসিগী মনুংদা মফমদুগী ওইরমগদবা অহোংবা কয়াগী মরমদা ঐনা কল্পনা কয়া তৌই, মতম অদুগী শান্তিনিকেতন অদুগী শক্তম অদু হৌজিক করি ওইরমগদগে হায়না য়াম্না খঙনীংবা পোকই। শান্তিনিকেতনগী মশাইগোন্দা মীরোল কয়া লাকখ্রে, মখোয় লোইনা চৎখ্রে, লৈরিবা কয়াসু নোংমা চৎখিগনি — মহাক্তনি অমর ওইনা মতিক মগুণ, লেঙদ্রবা মিংচৎকা লোয়নননা লৈহৌগদবা।

মরক মরক্তা জয়চন্দ্রগা ঐগা উন্নবদা শান্তিনিকেতনগী ৱারী হেক হেক শাই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐসু শান্তিনিকেতনদা মহৌশা লৈরম্বা অদুগী মতুংদা অমুক্তা চৎলুদ্রি।

অফিসকী থবক্তা মরী লৈননা ঐখোয়গী অফিসকী মীশিংদি মফমদুদা চৎলুরে, অদুবু ঐদি অমুক্তা চৎলুদ্রি। মফমদুগী মরূপ-মপাংশিংনা ঐবু অমুক্তা লাক্কে হায়দুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোরকই।"

ঐখোয় অনী ৱারী শাবদা ঐখোয়বু তম্বীরম্বা ওজা শিশির কুমার ঘোষতু মতম খরগী মমাঙদা লৈখিদবগী ৱারীসু শানরকই। ঐনা অহোংবা কয়া লাকপা পূন্নমক অসিগী মরমদা লাঙতক্নবা ফোঙদোক্লুবদা মহাক্তা ঐঙোন্দা হায়রকই, "ঐখোয়না কুইদ্রিবোই নীংবনি, ঐখোয়না লৈরম্বা মতমদু য়াম্না কুইখ্রবা মতমনি। চহী কুনতরেৎলোমগী মমাঙদনি।"

মাগী ৱাদু তাবদা ঐ ৱাখল অমুক হন্থনা খন্দুনা ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা ফীবমবু নীংশিংই।

চৎলিবা মতমগী খোঙচৎ অসিনা ঐবু শুমদুনা পুবগুম তৌই। হকচাংগী শক্তি ৱাথরকপা অমদি পূরুীংগী হৈনীংবা মাঙথরকপগা লোয়ননা নহা ওইরিঙৈগী অপাম্বা কয়া খঙহৌদনা য়াম্না ময়েং তাখিবগুম, পূরুীং অসি ইহাঙ হাঙবগুম তৌবা ফাওরকই। পূন্নমক অসি য়াম্না থাজদনা মথন্তা লাকপা অঙকপা অহোংবা অমনি।

মপালথোংগী পোৎ কয়াদা অপাম্বা হন্থরকপা, হৈনীংবা মাঙখিবা অমদি মীওইবগী পুন্সী অসি মরু ওইনা অৱাফমনি হায়না খনবা মরম্না ঐনা লেঙদবা আত্মাগী ওইবা নুংঙাইবা অমা হেন্না কন্না থিনীংলকই, ঈশ্বর নীংবগী ঈখৌলাংবা অসি হেনগৎলকই। মসি নত্তনা পুন্সী অসিদা অতোপ্পা মপুং ফাবা নুংঙাইবা অমা লৈতে হায়না খল্লকই। অদুদগী ঐনা মহৌশা পাখিবা গীতা, বুদ্ধ অমদি রামকৃষ্ণগী পাউতাকশিং য়াওবা লাইরিকশিংবু অমুক নৌহৌনা পাবা হৌরকই। সাহিত্যগী লাইরিক পাবা, ইবা অমসুং মদুগা লোয়ননা ঈশ্বর নীংবা, আত্মাগী ওইবা নুংঙাইবা থিবা অসিনি ঐগী পুন্সীগী মপুং ওইবা পামজবা, পোত্থাফম ওইবা। ঐগী তুংগী পুন্সীগী খোঙচত্তসু অসিগুম্বা অপাম্বা অমদি অনীংবা লম্বেল অসিদগী অমুক থৈদোক্নুনা চৎকে হায়না খল্লুদ্রে, অদুবু ঐগী নীংজরিবা লম্বেল অসিদা কয়া য়াম্না মহৈ য়ান্না চৎপা ঙমগদগে হায়বা অদুদি ঈশ্বরতনা খঙবা ওইসনু।